অকোংবা :
হাওমব বারুনী সিংহ
চিংঙামথক থোচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

অহানবা থুংনম ১৯৯৭ ইং
কোপী ২,০০০



মমল লুপা ৪৫.00

নম্ফম : লুখোই কৈশামচা প্রেস, শিংজমৈ পার্কিং, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

ভগবদ গীতাগী পাও পিনবিরম্ব অমস্থং গীতা মশামক্ক 'ভগবান্দু ঐনক্নি' হায়রম্ব শ্রীকৃষ্ণমু তাদব মী নৈরমগদ্র ?

ঐনা হেক নিংশিংজব ডম্ব মতমদগী হৌদুন শ্রীকৃষ্ণন ঐগী রাথলগী মপুং ওইব য়ুম্ফম ওইদুন লাকচবনি। ঐনা অভাং ওইরিবীদগী মাগী তৌব ডম্ব মতিক মগুলসি তাজবদ অঙকপ ওইদুন লাকপনি। মতম অদুদগী হৌদুন মাগী নরমদ, লাইরিক কয়া পাজরমই, মতিক মগুণ কয়া শকচরকই, মাবু থাগৎচৈ, লাইশং কয়াদ মাবু থুরুনজে অমস্থং চহি খুদিংগী মাগী মপোক সুমিত্ত য়ুমদ পূজা তৌজে। সুমিং খুদিংগী, হৌগ্রিব চহি খুদিংগী মান তাকপিরম্ব পাওতাক্ক ঐগী পুন্সিগী পাঙ্গল ওই। লায়বক থিবদি হৌখ্রব চহি লিশিং অহুমলোমসিদ অসিগুম্ব খ্বাইদগী মীথোয় মীহেন্ব, মী পুন্নমকপু চিংশিন্ব ডম্ব মীওং অসিগী শক্তম, থংগদোদ অশেংব হান্নগী (origina:) মহাভারত অদুগী মথক্ত ফুংনাক রারী কয়া ওইথোক্তব অঙক্প থোদোক কয়া ভাবন শাব রারী কয়া হাপচিন্দুন ইথিবদগী অশেংব শক্তমহু মাংখ্রে।

মহাকসি অফ-ফত্ত নিংথিন থন্দোকপ ডম্ব, মানস্থ সুংশিব, মীনিস্থ নুংশিব, তুংগী থোবম উব অমস্থং হৌজিক হৌজিক্কীস্থ,

কায়দব, যোগীগুম্ব অপাম্ব লৈতব, তৌইগুম্বস্নুং মীওইবগী শাজস্তি কাহনদব, বাজনিতিক হৈব, মুনি ওইব, চংনশোন্দস্নু ভগবান্দন তৌবঙম্ব শক্তি থৌনা উত্তুন থবক্কী মী ওইব তোমখিন থোকপ মীওংনি।

মাগী তৌব ঙম্ব, হৈশিংব, অচুম্ব অশেংব পাম্বগী, রাবীসি শেমদোক শেমজিন তৌরগ রোমান্স ওইন ইথোকপসি মরক মবক্ত ঐঙোন্দ পোকই।

ভারতকী চহি চা কয়াদগী মতিক চাবব লাইরিক লেংব কয়ান মাগী মবমদ কয়া ইরম্বগুম্ন ঐগী রাখলন লাম্ব ফংব অমস্নু শেমদোক শেমজিন তৌরগ, ঙমজব মওংদ মতিক চাদ্রবস্নু অমস্নুং ওইথোকপদ রান থোক্লবস্নু, ঐগীস্নু ঙমজব মওংদ লৈরাং লৈপুংসি কংচবি।

হোংনজরিব লাইরিকশিংসিগী অপুন্ব মমিং কৃষ্ণ অবতার হায়ন কৌই। কংশ হাৎপন অবোইব ওইব অহাম্ব ভলুমসি 'মেজিক ফ্লুইত' মিত্রংগী বাশি কৌই। মরমদি মসিদ মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মতম পুম্নমক্ত লোয়নরব বাশিসিন মী, শা-উচেক, উ-রা পুম্নমকপু শুমহংখিব অমস্নুং কবি কয়ান মান-শান পাম্ব মওংদ থোংন নৌন-মশিং নায়দন শক্ল-শোম্নখিব বাশিনী।

অনিশুব শরুক 'রুক্মিনি হরন' কৌই। মসিদ শ্রীকৃষ্ণন মগধগী নিংথৌরেল জরাশন্ধবু কোংন, মায়পাক্ত ইকায়ব পিখিব,

রুক্মিনি হরন হায়ন কৌই। অহুমগুবন 'মচিন-মনাও মডা, (Five brothers) কৌই। মসিদ দ্রৌপতি স্বয়ম্বরন লোয়শিল্লি। মরিগুব শরুক্ 'ভীমগী মরম (The book of bhima) কৌই। মডাগুবন 'সত্যভামাগী লাইরিক'। তরুক্কগুবন বেদ ব্যাস সান্তার' কৌই। মসি চাং নায়ন ভবন জর্নেলদ ফোংলি।

ঐনা মথং মথং ফোংজরক্লিবসি কৃষ্ণন কুরুক্ষেত্রগী লানয়াইদ 'ঐহাক জাগৎ পুম্নমকপু ডাক শেল্লিব খামাত ধর্ম্ম গোপ্ত' নি হায়ন অর্জুনদ ফোংদোকখিব অহু কাওব ইজগে মাগী থৌজাল ফংলবদি সেরিজ ওইন ইজগে থনজবনি।

ঐনা শকাব্দ ১৯২২ দগী হৌহুন শেমজ হৈনজব মওংদ পুরগুর পরাজয়দ (ড্রামা) লাওখিব চ্যাভন অমসুং সুকন্যাগী রারী অগত্য অমসুং লোপমুদ্রা, বশিষ্ট অমসুং বিশামিত্র, বিশারমদ য়াওব পরগুরাম অমসুংসহস্রার্জ্জুন (মুশিং রারি) দেবদিধেলি (ড্রামা), বিশামিত্র ঋষি (ড্রামা), লোমহর্ষিনি (মুংশি রারী) ভগবান পরগুরাম (মুংশি রারী) অমসুং হৌজিক শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মহাভারতকী হিরো অমসুং হিরোইনশিংগী রারীহু কৃষ্ণবতারগী ভোদুমশিংদ পাংথোচরি।

ঐনা হন্না হন্না হায়জরি —লাইরিকসি অরিব পুরাণ অমদগী হন্দোকপ নংচদে।

হৌঞব ইপা-ইপু কয়ান তৌখিবগুম শ্রীকৃষ্ণগী মপুজিগী রারী, অভকপ তৌবওব কয়াহু শেমদোক শেমজিন তৌহুন থোমজিন্নকপদ মাগী মিংয়েং, লমচং-শাজং অমসুং তৌবওব কয়াহু

হৌজিক্কী মতমগী মুংশি-মুংওল, অকল-অথৌ কয়াগী মচুগ চুশিন্নন ইননব হোংনজবনি। মহাভারতা পিরিব মওং কয়াগী ৱারীশু অনৌব লু-তোং হাপচিন্দুন ইজব তাখি।

ইতিক ইপা নত্তবসি ইননব লাক্লজবদ হৌজিক্কী মতমগ চুশিন্ননব হোংনজবদ লিরব ফুংনাক ৱারী কয়াগী অমসুং পুরাল কয়াগী ৱারীদগী হোংদোক হোংজিন তৌবদ ঐগী লৈজরিব জ্ঞানসিদ অওকপা ফংন তৌফম থংদব পি। ঐনা মপুংফানা থাজবৈ মচুদি ইবুংঙো মান লৌজরিব ইনিংতম্ব ফিরেপ অসিদ মান ঙাকপিগনি। তৌইগুম্বসুং ঐন ঐগী ৱাথলনপাম্ব মওংদ ইজবদি শোয়দন তাবনি।

K. M. Munshi

———

# প্রোলোগ (ব্রামাং শৈরেং)

অহৌব অরোইব লৈত্রব মতম অনন্তদ লেংশিন্দুনা লৈরিব ভগবান নরায়ন্দ পুম্নমক্কী মমা ওইরব পৃথি ম্যাতাল মম্নিত্ত ইরা চেম্ন খুরুমজরমই।

ইমান খুৎ লোম্নজরে অমম্বুং ভাইবং মপুদ অম্বুন্ন হায়জরমই 'শক্তি হায়বত্তুমক ওইরব ইবুংঙো, অরা অনা তারব পুম্নমক্কী চংজ্রফম ওইরব ইবুংঙো, অরা অনান থল্লব জগৎকী অরুম্বসি ঐহাক পুক্তব ডমজরোইদোরে। ইবুংঙোন ঐংগোন্দ নংগী ভক্ত ওইব ইচা মুপা মুপি কয়া পোক্কুন লৈয়ু হায়ত্তুন য়াথং পিনবিবনি। অত্তুবু অনোব মথলগী মুপা মুপি কয়া থোয়রক্লে। মখোয়সি ফত্তবগী ডমথৈ লৈখিদ্রে অমম্বুং নংডোম্বগী মমায় লৈথোকাংখ্র।

ময়ামগী মকোক ওইব মীন মশাগী ওইজবদ তাল্লে অমম্বুং মখোয়গী রাথলম্ব ফত্তে, মখোয়ন হেন্ন শক্তি পাম্বগী ঙপান্বন ত্রেগী ইচাশিংদ ওং-নৈব কয়া তৌরে, দণ্ড কয়া পিরে অমম্বুং ধর্ম্ম হায়ব সত্য (অচুম্ব) নিয়মত্তু ইনক্রে। মখোয়িন লৈমিন্নরিব মুপা মুপি কয়া কায়নহল্লে অমম্বুং অঙাং মচা কয়া মমা, মপাগ কায়নহল্লে। মুশিনবন য়ুমফম ওইরম্ব মকমদ মখোয়ন ফুংশিনদব মরূ ছুলহল্লে'

লৈবাক্কী মপু ওইব কয়ান মথোয়গী পৈশান শক্তিন মুপা মুপি কয়াবু অরাম্ব লম্বীদ চৎননব তম্বী। মথোয়ন জগোই শান্থুন ময়াই কাব থক্কুন অমস্তুং নিয়মগী রাংমদ অমগ অমগ হিপমিন্নথুন মশা মশা মাংহঞ্জে। মথোয়ন ইবুংঙো নংবু য়াদ্রে অমস্তুং মথোয়গী তৌব ওম্বদ মুংঙাইথুন তাওথুন লৈরে। মথোয়ন ইংন লৈরবম্ব ইমুং কয়া থুগাইরে, লাইশং কয়া মাংহল্লে। সাধু কয়াবু নোক্কে, নুংন থায় অমস্তুং হাংলি।

'ইবুংঙো'। অরাব ময়ামসিগী অরুম্বসি ঐহাক পুব ওমজদ্রে। হে! ঙাকপিহৈব ইবুংঙো! নংগী রাশক ঙাকপিয়ু, ঐবু কম্বিয়ু'। মতুংদ য়াম্ন মুংশিব রাহৈন পৃথিবী মাতাদ হায়রকই। 'ইচা ইবেম্ম নংন হায়রিব পুন্নমম্মি ঐনা হান্নন থংথুন লৈরবনি। কিরুমু নংঙোন্দ হায়থিব রাহু ঐনা শোয়দন ঙাকনি অমস্তুং মতম পুন্নমক্তুমু মহু ওইগনি। ধর্ম্মন লৈখ্রা তারক্লব, মাংথরক্লব মতাং খুদিংদ ঐনা ফক্তবরু মরূ ফংন মাংহন্নব পৃথিবীদ কুম্নকনি। ঐবু নিংজ্ঞব ভক্ত করিগুম্ব মতমদ মাংব য়ারোই।

মতুংদ পৃথি মাতান ভগবান্দ অস্তুম্ন হায়র্জে :—

'ফরে ইবুংঙো! ঐন নংবু খুরুমজরি, লেংথবিরক্লো অমস্তুং ঐগী ইচাশিংবু কম্বিররো'।

মতুংথুদ ভগবান্ন তাকপিরকই 'ঐ শোয়দন লাক্লগনি'।

---

# UNIVERSAL PRAYER

O ! Lord Beautiful O ! Lord Beautiful
In the Forest Thou art Green,
In the Mountain Thou art Height,
In the River Thou art Restless
In the Ocean Thou art grave,
In the Devotee Thou art Devotion
In the Lover Thou art Loves'
In the Yogis Thou art Bliss
O ! Lord Beautiful O ! Lord Beautiful
At thy feet I bow Thee,

—Guru Nanak,

O ! Lord, I am thine,
All are thine, thy will be done,
Have mercey on us,

—Guru Sivananda

# য়াওফম তাকপা

| ছিবম | লমাই |
|---|---|



———

# বসুদেব অমসুং দেবকী লুহোংবা

মগুণ লৈরবা দ্বাপর যুগতদি ব্রজভূমি হাযনা থংনরবা লৈহাও চেল্লবা যমুনা ভেল্লিদা যাদবশিংনা খুন্দাবমখই। মসিদা উকম য়াম্না লাংচল্লবা চাওর-চাওরবা উ-রা, লৈমা কজুন শাংলবা উরি রারি অমসুং মরক মরক্তা নাপি-শিংবিনা থল্লবা লমহাং কয়ানা থম্না লৈরমখই অমসুং মত্তুদা অয়োক্পা শা-মণ কয়া মপুক থম্না চাহন্দুনা যোক্রমখই। গোবর্দ্ধন চীংনা লৈহাও চেল্লবা লমসিগী মকনি অমসুং মাবু লাংনৈ-পূজা তৌনৈ।

যাদব হায়না খংনরিবা খুন্দারিবা ময়ামসি কুকুর, অন্ধক, ব্রিষনি, সৎরাং, ভোজ, মধু অমসুং মুয়নচিংবা শাগে ময়ামসিনা শাবনি। মসিবু ব্রিসনি সন্ধ হায়নসু খংনৈ। মখোয়গী লৈপাক শাকপগী নিয়মসি সমাজবাদনি। অহুম ওইনমক অন্ধক শাগেনা য়াম্না হেন্না কল্লি অমসুং মখোযগী মকোকপু, ইজং ওইন-নিংথৌ হায়ন খনেরমখই।

যাদবশিংসি য়াম্না মথৌনা ফবা অমসুং হৈশিংবা কাংবুনি অমসুং পৃথ্বিসিদা লৈনরিবা ময়ামসিদগী মখোয়না হেন্না চাওবা শাগেনি হায়নসু চাওথোকচরমখই। ময়মদি মখোয়সি জগৎ শেম্ব ব্রহ্মা অহুমকী শাগেনি হায়না মখোয়না হায়নরমখই।

অত্রি অমসুং দক্ষ কৌবা ব্রহ্মাগী মচা অনি পোক্লমখই। দক্ষনা অদিতি পোক্লমখই। অদিতিনা দৈবশং পোকই। দৈবশংনা

মনু পোক্লমই। মনুগী মচানুপি ইলান সোমগ লুহোংলমই, অমসুং মখোয়গী পুরুরভ পোক্লমই পুরুরভন পাখং কাগংলকপ ইনখংলকপ মতমদ স্বর্গগী লায়শিংগী জগোইশাবি উর্ব্বসিবু লুংশিন্নমই।

পুরুরভগী মচা নিপা অনি পোক্লমই, অহলগী মমিংদি আয়ুষ কৌই। আয়ুষগী মচানিপা মঙা পোক্লমই। মখোয়গী মবক্কী নহুষন মচানিপা অহলনি। মাগী মচানিপা অহলন যযাতিনি যযাতিন পৃথিবীগী মনুংদ লৈপাক জয় তৌব হায়বদু ওইখি। মান লায় হিংচাব অনিমকপু জয় তৌখি। যযাতিগী লুপি অহল দেবযানি কৌই। মহাকসি হিংচাবগী পুরোহিত ভর্গব মুনি শুক্রচার্য্যগী মচানুপিনি। শুক্রচার্য্যগী অকন্ব তপস্যাগী মগুণ লায়শিংগী চাওখোকচবসি মাংহল্লমই। দেবযানিন যদু অমসুং তুর্বসু কৌব মচানিপা অনি পোক্লমই।

যদুগী মচামগুশিংবু যাদব হায়ন খংনয়মই। যদুন ক্রোষতু কৌব মচা নিপা অমা পোক্লমই। ক্রোষতুন-দেবমিধুষ অমসুং দেবমিধুষন সুর পোক্লমই।

দ্বাপর যুগকী মমাং ত্রেত্রা যুগ লোয়রমদাইদ ব্রজভূমিদ খুকন পাঙ্গল্লব মধু কৌব হিংচাব অমা পাল্লমই। মহাকসি অমুকী মতিক মপাঙ্গল কল্লি, মহুদি মান পাম্ব লমশিংবু মধুবোন হায়ন খংনরমই। মহাক যমুনা তুরেলগী মপান্দ ফজরব সহর অমা শেম্লমই। মহুবু মথুরা হায়ন খংমরে।

মধুগী মচাশিংন প্রজাশিংবু য়াম্ন ওৎ-নৈব তৌরমই অমসুং মখোয়গী মমিং তাবদ প্রজাশিংনা কীবন নিক্লরমই। মতম অদুদ

অবতারমক ওইরব ভগবান রামচন্দ্রগী মনাওনিপা শত্রুঘ্ননা মথুক কত্রব মধুগী মচাশিংচুদ য়াম্না শাওরমই। মহাক্না মথুরাদ লান্দারমই অমস্তুং মধুগী মচা-মশু পুম্নমক মাংহনখি। মহাক্নসু অমুক লমথর শেংদোক্লগ মাগী মথাদ অমস্তুং ইখাকু শাগৈ হায়না খংনরব মাগী মচাশিংনা হায়না ওইরবা মধুবোনসি মমাংদৈদ থোকখিত্রিব মওংদ য়াম্না হেন্না চাওখংপা চমদম অমা ওইহনখি।

মতুংদ সুরন ময়ামগী মরক্তুগী খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল কনখৎলক্লে। খান লুচিংলপ যাদবশিংনা মথুরাদ লান্দারমই অমস্তুং শত্রুঘ্নগী মচামশুশিংবু জয় তৌখি। মতুংদ যাদবশিংনা পাক চাওরব ভেঙ্গি অসিদ খুন্দাকম কয়া শেমখ্রে। মখোয়না শা-ষণ, সনা লুপান-চিংব কয়া লৈরতুনা ইনাক কয়া খুনগৎকক্লে। মাগী মমিংসি লৌহুন ব্রজভূমিসি সুরসেন হায়না খংনরে।

বসুদেবসি সুরগী মচামশুনি। মহাকসি য়াম্না থৱানমিচাক কব য়ুম্ফমদ পোকপনি। মহাক পোকপ মতমদ স্বর্গদ ডুনধুভি খিনখি। মরম অসিনা অনেক ডুনধুভি হায়নসু খংনৈ। মাগী মশকসি খাগুম্, কঞ্জে অমস্তুং মাগী মমিংসি সুমিৎ থান লৈরিবমখৈ সেংহৌরগদৌবনি খংচুন লায়শিংনা লৈ চায়খখি।

বসুদেবগী মচল মতা পোকই। মতুগী মমুংদ পৃথা হায়বসিসু অমনি। মহাকসি কুন্তি ভোজ নিংথৌনা য়োকখি। মতুংদ পাণ্ডু নিংথৌগী মহারাণী ওইখি। সুমিৎন থান লৈরিবমখৈ মংলবোইদৌব কাওরব মহাভারত হায়না খংনরব লাঙদ মায়পাকখিব পাণ্ডব মতাগী অহমদি মাগী মচানি। বসুদেবগী মচল অমনা চেদি নিংথৌগী

মচা অমদ লুহোংখি অমসুং শিশুপাল হায়রিবা খংনবব মচানিপা অমা পোকখি।

বসুদেবসি সুরগী মকোক্নি। মাগী শা-ষণচিংব ময়ল মথুম য়াম্না লৈরমই। অতুম ওইনমক মমাংগৈদ হায়রিবা ক্রোষ্টুগী মচাশিংগী মরক্তগী ওইখিব অন্ধকা শাগৈন য়াম্না হেন্না মপাঙ্গল কল্লমই অমসুং মখোয়গী মকোক উগ্রশেনগী মখাদ লৈব লুচিংব অমদ ওইন লৈরমই। উগ্রশেনবু নিংথৌনি হায়রিন য়ানবমমই। মহাক্কী মচানিপা মতা অমসুং মচানুপি মাপল পোক্লমই। মচানিপা অহলত্থু কংশনি।

উগ্রশেনগী মনাওনিপা দেবককী মচানিপা মবি অমসুং মচানুপি তরেৎ পোকই। মতুগী মনুংদ দেবকীম খ্বাইদগী হেন্না ফজে।

মতম অতুদ সুরগ অন্ধকাগ খব মুকথোক মুকসিন তৌনরমই। মখোয়গী শাশন শেম্ব কাংবুগী মরক্ত খংন-চৈনব খর থোক্লমই কাংলুপ অনিসিগী অহল-লমনশিংন মসি থিংম্লবগী অমসুং মতু শাংন ইংন লৈমিন্নব যানমবগীদমক দেবকীসি বসুদেবদ লুহোংব হায়ন য়ানবে। উগ্রশেন নিংথৌগী কোমুংদ মখোয় অনি লুহোংখি।

থা-গুম্ব কজরব শক অমসুং য়েংবদ শুক্নাংনবগী মশক ওইরবা মুপিমচাসিবু চিংলত্থন বসুদেবন শেংলব যজ্ঞগী মৈত্থু কোয়রে। মোইবুং, শঙ্খার বেণু, ধুলোক অমসুং খুংন য়ৈব য়াব তকংন-চিংব খিন্দুন মঙ্গলগী মশক ওইবব মুংঙাইবন্থু—ময়ান পুম্নমক্ত থংহল্লে। মতিক চারব অমসুং হাযনিংঙায় লৈতন কজরব বর-কন্যা অনিগী লুহোংবসিদ যাদবশিংসি য'ম্ন হরাওনরমই।

———

# কংশগী অশাওব

ভারতত লৈরম্ব কত্তব নিংথৌশিংগী মরক্তু উগ্রশেনগী মচা কংশ হায়বসিন থাইদগী হেন্না কত্তব নিংথৌ মচানি। মহাকসি মথৌন লৈ, মরিল লৈ চাওথোকচৈ, লম্বল শিংবগী রাকমস্‌ কয় লৈ, কত্তবদস্থ য়াম্ন হৈ শিংই। অকনব নিংথৌ মচাশিংগ মরূপ ওই ; মরূপনস্থ অমস্থং য়েক্লবনস্থ মাবু কৌ। মী অমস্থং লাইগী আইন পুম্নমকসি মান ইন্দে। অশিংব মীবু থৌওইদে, ধর্ম্ম লৈব মীবু করেম্নে অমস্থং ঈশ্বর নিংদুন লৈব মীবু মান ভুকচন য়েংই।

দেবকী অমস্থং বসুদেবগী লুচোংব মুমিং অসিনজ্জদ ভগবানব নিংজব অমস্থং হকথোননন মশক খংসব যোগী ঋষিশিংগী রাখলদগী পোকপনি হায়নবব, পুন্সিবগী চঠি মশিং খংদবব নারদ মুনি কংশগীদ লাক্লমই। কংশন মুনিবু তরায় ওকলমই। পূজানচিংব কংসি অমস্থং মঙ্গল নিজরমই।

মসিগী পাওথুম ওইন মুনিন কংশদ মাগী কত্তব লমচৎ শাজংসি তোকউ অমস্থং ধর্ম্মগী নিয়ম থুগাইন চৎপ মীদি মমৈন শোয়দন মায়থিব ফংগনি-চেকশিল্লু হায়রমই।

কংশন মত্থদ নোক্লমই অমস্থং হায়রমই 'মাস্তর! আইন ওইব ওইদব ঐনা অপাম্ব লম্বীদ কনা অমত্তন থিংব য়াথোই, ঐদি ভগবানবু কীদে। মাদি অশোনব মী কীইন্নব ভাবন শাব ভুংনি।

ঐদি অকন্বনি। ঐন নিংবন অথোযব আইম্নি, অতৈ নিযম য়াদে। ঐনা অপাম্বতু আইম্নি, পুম্নমক ইনগদবনি।

লায় ওইবব নাবদ মুনিন, অশিংব মীন তৌব তৌনব নোকাফেং তৌন নোক্লমই।

ইবুংঙো ধর্ম্মগী আইন কনা অমত্তন থুগাইব ওমদবনি, মংসু মতুগী য়াংমদ চৎপ য়ারোই। জগৎ পুম্নমকসি ভগবানগী অমম্ব ওায়ব ধর্ম্মগী মমুংদ লোযনমক লৈবনি, কাওগনু। ধর্ম্মসিন মাংথয়ক্লব মতমদ ভগবান লেংথবকুন অমুক অমুক শেমগৎপনি, মুনিনা হায়বমই।

কংশন য়াম্ন থোওইদব মওংদ পুন্নমক 'কনান ঐবু শোকহনব ওমগদগে ?

মুনিন মতম খরদং ধ্যান তৌবমই। মতুংদ মহাক্ত হায়রমই 'যুবরাজ ! নংগী নত্তিক নগুংগ অচুদ নংন চাওথোকচৎবস্মু ভগবাম্ন নংবু দণ্ডি পিননব শিল্লে হায়বসি ঐহাক খংলে। নগী নখুয়াগী মচাম্নুপি 'দেবকীগী নিপাল্পশুব মচান নংবু শোম্নদন হাংলরনি'। কংশন পাওখুম পিত্রিত্তৈগী মমাংদ নায়দ মাংথোকখ্রে। কংশগী মপাবুং উগ্রশেন্ন নিংথৌ ওইজরবস্মু লৈপাক্তি কংশন ওাক্লমই। মাগী প্রজান তৌবগুম্ন মনাক্ত লৈব নিংথৌশিংসি মাগী মমিং তাবদ নিক্লমই, মরমদি কন অমত্তন মাগ মায়োক্লব ওম্নমদে। মরম অসিন লায়ওইরব মুনিগী তুংদ থোক্লগদোব য়াহৈ তাবদ অকীব কংন শাওরমই।

নারদ মুনিন মাগী তুংদ খোরকদোব রা হায়রিঐ মতাং অসিমক্তদ দেবকাসি বসুদেবগ লুহোংলি। মহাক্ক করিগুম্ব তাঞ্জ অমত্ত লাববর তম্বনি হায়রুব নাম্বোকহম্ব পান্নমদে। তুংদ ওইবকদব চৎননব দেবকীগী মচা পোক্কনব দেবকীগী মচা খুদক্ত হাৎকে হায়ন মান পন্নমই।

মরম অসিন লুহোংব থিনগদৌবগী মীয়াম তিন্দুন লৈরিব কোন্না সমখোংদ, কংশন, মমিত্তি ঈ-কারকুন চেন্নকমই। প্রসেসম চৎকাদৌবগী মুংভাহন লৈনবিব মী পুম্নমক্তুন অশিবগী মমগী তুং ওইন তমথিবব মণ্ডদ লাক্লিব কংশবু উবমই। মখোয়ন কীনচুন চপ-চপ লেপ্পরমই। ধুলোক থিনবনচিংব লেপ্লে শিঙ্গ বেণু, মোইবুং খোংবনচিংব লেপ্লে।

কংশ, শাওন, লুহোংব থিম্নব শেম্লিব শগোল গাড়ী তাম্ন চ শিল্লমই। মাগী অপোকপ মপা নিংথৌ অমম্বুং অতৈ অতৈ শাগে নাতে, অঙম অথৌ পুম্নমক্কা মমাংদ কংশন দেবকীগী মশম পাযরগ গাড়ীদগী চিংথরে।

মশম থরগী মমাংদ নিংথিন লৈতেংলব অমম্বুং সনা লুপা কয়া শিত্তুন, চম্বনখে ফজনব হোংনরব, তুংগী মুংভাইবগী অশান ওন্দন লৈলম্বনি। হৌজিক কংশন গাড়ীদগী চিংথবত্তুন মচিন্দগী অশীবগী খোল্লাও থোবক্লমই।

উগ্রশম্ন, শাওরক্লব মতমদ অরান-অচুম খংদব মচান তৌরিবত্তু উরগ, তৌকম খংদন অকীব ফংন পংথবমই অমম্বুং তুমিন্ন লেপ্তুন য়েংলমই। নহা ওইরিব যাদবকী নিংথৌমচা বসুদেবন শগোল গাড়ীদগী চোংথরগ থা থাঙ্গত্তুন লৈরব কংশগী মথুক্ত কাবমই।

‘মীংচৎন থরম্ব ভোজ শাগৈদ পোকপ, পুকচেল চাওরব যুবরাজ ! কম্রিনো তৌবিগদৌরিবসি হায়দুন শুক্নুন হংলমই অমম্নুং হায়রমই নংন লুহোংবদস্মু ঙায়রিব, মপাঙ্গলস্মু শোম্লগী নংগী নচলসি হাংকে তৌবিব কবিগনো ?

শাওবন মমিত্তি ঙাংশং ঙাংলব কংশন মখুৎ ফাবিব, বসুদেববু ইমথোক্কে লাক্লবগ লোয়নন, লাওরকই চৎথোকখ্রো ! ঐগা মাংদ লেপকনু ।

নিংথৌ উগ্রশেনগী মনাওনিপা দেবকস্মু কংশগী মথুৎ কারগ হায়রমই—‘ইচা ইবুংঙো ! দেবকী থাদোকপিথো, কবিংনো—নন তৌরিবসি । মহাক্ন নংঙোন্দ করি তৌববগে ?

কংশন মখোং থিল্লদুন হায়বমই ‘মাবু ঐন থাদোক্লবোই মহাক শিদব য়াম্রবনি ।

বসুদেবসি চহিদগী য়াম্ন হেন্ন শিংই । মহাকসি কংশগী যাম্ন তৌবঙব শক্তিগী মতমদ চাওরকপনি । অমসুং যুবরাজসিন শাওবব মতমদ ব্রা ঙাংনবসি অবেম্বনি হাযব শংই । মরম অসিনা মহাক্ন মখুং লোল্লদুন কংশদ হায়জ্ঞবমহ—‘ভোজ মবস্তগী খ্বাইদগী হেন্ন নতিক নগুণ লৈবব । ঐনা হাযজরিবসি অমুক্ত ভাবিযু । ঐখোয়দ ইবুংঙোন অসুক যান্ন শাওম্রিবসি কবিগীনো ?

য়াম্ন খুংশিহৈতব মওং দ মমিত্তু খানা যেংলগ কংশন হাযরমই-লায়শিংদগী ঐমা চবশিন্ব ব্রা অমা খংই । দেবকীগী নিপালশুব মচান ঐবু শোয়দনা হাংলগনি হায় । মহু থোক্লুলব ঐহাক থবক তৌগে হোৎনরিবনি ।’

অহুক য়াম্ন তিল্লিব মীয়ামহুগী মরক্ত কংশ অমম্মুং মাগী ময়শাওবন তৌগে নিংল্লিব থবক্ত লেপ্ল ডম্ব কনা অমত্ত লৈরেতে হায়বর্সি বসুদেবন খ্রুলমই। বসুদেবন মথুং অনি লোম্নহুন হায়ত্তরমই 'মী মবত্তগী অংথোয়ব! অহুন লোবত্রা মপাঙ্গল শাল্লবী হুপিমচাসিদগীদি লায়শিংন খুদোংথিব লৈ হায়রমদেদন। কর্বগী মাবু হাংকদৌবিবনো? লায়বাওন হায়রিবদ্—মাগী মচা নিপাল্লগুবন ইবাংডবু হাংলগনি হায়বনি। ঐসি নংগী—য়াম্ন হাযব ইম্ব, নংগী খুদোংথিব লাকপ মতমদ নংবু কান্নবব হোংনগে হায়ন লৈব নংগী মবিমত্তানি। দেবকী লৈজশন্ন। ঐনা নংডান্দ বাশকল্লিবনি—মান পোকপ মচা নিপা পুম্নমক পোকপগ নংডান্দ পবক্তুন কংলগে। মতু দ ইবুংঙোন তৌনিংব তৌব য়াবে অমস্নং তুংদ থোক্লগদৌব লায়গী রাদ্ শোয়বগনি'।

কংশন মপাদ, মথুবাদ, কৈবন নিক্লবী দেবকীদ অমস্নং নুডাইতব, অরাবন থম্ন লপ্লিব মাগী শাগৈ-নাতৈ পুম্নমকত লৈদ্রন য়ংলমই। মহাকসি মপুক ফত্তন শিংব অমস্নং পায়বক্কী লৌশিং লৈব মীনি। মহাক্ক যাদব পুম্নমক্ক, মান তৌগে নিংল্লিবদ্দ, যানিংদব অমস্নং মাগী য়েক্কব ওইবক্কদৌরিবদ্ থংলমই। মরম অসিন মহাক্ক দেবকীবু হিংজরসন্নু থল্লমই।

কংশন হায়রমই—'দেবকী হিংহনগে হায়রবদি মবম অমত্তং পিগে। গজরাজ কোম্নুংদ মথোয়বু থাথো। মথোয়বু ঐনা থাজব ঐগী মীন অয়ুক মুংথিল শক্তি তৌগনি। বসুদেব!

নংন নংগী ৱাশক্কু ডাকপ তায়। দেবকীন পোকপ মচা পুম্নমক পোকপগ ঐডোন্দ শিন্নৌ। মসি কাওগনু, শোয়গনু, নখোয়ন পোকপ নচা অমত্ত ঐনা হিংহল্লোয়'।

---

# কংশন থৌশিন অমা শিল্লে

## ( কংশগী থৌশিন অমা )

লুহোংব নুমিংমক্তদ দেবকী অমসুং বসুদেব থোকখিব থোদাক-সিদ সুবশিংগী মরুপ সত্ত্রাৎ অমসুং কক্কুবশিংসি মখোয়বু যাম্ন ইকায়ব পিরে। হন্থন য়েংলে হায়দুন নুঙাইখিদে। উগ্রসেন নিংথৌ ওইবিব অন্ধক কাংবুসু মখোয়গী যুবরাজন চংখিব শাক্তং অদুদ যাম্ন নুংঙাইতব, পেন্দব পোক্লমই।

পেন্নদবা ময়ামজিদগী কংশগী মায়োক্ত নুংঙাইতব থবক কয়া থোরক্লে। থা খবগী মতুংদ মাঙ্গী গুপ্তচরদগী পেন্নদব য়াম্ন হেনগংলে হায়বসি অরোম্ব পাওফংই। পুকচেল চাওবব যাদবশিংন লুহোংব নুমিংমক্তদ মখোয়গী মকোক বসুদেবদ চংখিব শাক্তং অদুগী মরমদ মখোয় থন্নব হৌরক্লে। নুপিশিংসু য়াম্ন শাওবমই। দেবকীন রাবিব নুংঙাইতবদু মখোয় মশ মশাদ থোকপগুম্বনি

হায়ন খন্নরমই অমসুং কংশন পাম্নবদি মদুদগী হেন্না চোপ্প-নংব থোদোক থোকপ য়াই হায়বসিসু মখোয়ন খন্নরমই।

পেন্নদব ময়ামসি লৈরে খংলবসু কংশদি মদু করিমত্ত কীরমদে, থোশারমদে। মীয়ামগী ওইব ময়াম পংথন খন্নজবনি হায়ন কংশন খন্নমই অমসুং মঙোন্দ য়েংপ পুন্নমক মরু ফংন মুথংকে হায়ন মান খল্লমই। মান মাগী থাজ্রব মচা-মনায় পুন্নমক কৌরগ অরোম্ব অথুপ্প রা তান্নরমই।

কংশগ লোয়নরিব মীশিংদি অত্তকপ মথলগী মীমকতনি। মখোয়সি যাদব শাগেদগী থনব মীমক্ত নত্তে। মশান লু-তোংদগী হৌন গুকফং ফংলক্তব মী কয়া য়াওরি। মখোয়শিংসি মীগী-লায়গী ওইব আইন অমত্ত ঙাক্তে। মখোয়সি কংশগী মরল চাদুন লৈবনি অমসুং মান হায়বমখৈ মখোয়ন তৌই অমসুং মীয়াম কীহন্নবগীদমক ময়ামগী মরকত তিন্দুনা কোয়চং চংলি। মাগী মমিংদ মী কয়া ফুব চৈব তৌই। মখোয়ন মী কয়াগী ইমুং মাংহল্লি অমসুং মুপি কয়াগী মশাগী নত্রগ ময়ামগী ওইন ইচ্ছং মাংহল্লি।

কংশন পুবক্লিব পাওশিংদু শাওবগী মথকত হেন্না হেন্না শাওন পাওশিংদু তারমই। মখোয়ন হায়নৈ—'ইবুংঙো চংলিব শাজং-সিদি শা-ঙাদন চংকদোব শাজংনি, হায় ফত্তরনি হায়নৈ। দেবকী অমসুং বসুদেবগদ মুংশিব উংলি। ইবুংঙোন তৌব ফত্তব থবক্তি হায়দুন মখোয়ন উগ্রশেন নিংথৌদ মশিং নায়দন

য়াকংলি। অহল ওইবব নিংথৌসিদি শোল্লে অমসুং ইবুঙোগী নথকত হুন্দুন হায়ব য়াশিংদু মতম পুন্নমকত তাদুনা লৈ।

পুতনা হায়বিসি কংশগী য়া তানকম ওইবব পুচিব অমগী মুপিনি। মহাক্ক কংশগী মরমদ যাদবকী মুপিশিন কবি কবি ঙাংনরিবগে হায়বসিগী পাও লৌবসিন মাগী মথৌ ওইবমই। মহাকসি য়াম্ন য়াং-চাওব মীওই মীতৌ ফজব, মখলদি অকীব পোকপ অমসুং মশাগী ওইব য়াঙা' কল্ল ওইবমই। কংশং মাবু মাগী অবোল্ল পাওমীশিংগী মবকত খ্বাইদগী হন্ন চংশিবমই মরমদি মহাকসি অকী-অথং লৈতন অবোল্ল পাওদু তল্ল ঙমই

মান হায়বমই,—'যাদবকী মুপি পুন্নমক্ক ইবুংঙোব য নিংদ. তুক্কচৈ। ইবুংঙোবু মখোয়ন অসুক্কী মখিক যদিংদে-মদুদি মখোয়গী নিপাশিংবু ইবুংঙোগী মায়োকত থবক লৌননব ইনশিল্লি। মখোয় পুন্নমক্ক দেবকীবু মুংশি। দেবকী অমসুং বসুদেবব ইবুংঙোন ওংপ-নৈবগী চাংদ মখোয়ন মখোয় অনিবু মুংশি। তুংদ থাক্ক-গনি হায়ব লাইপাওসি মখোয় লাবে। অমসু মখোয়ন শাদবশি ব কনবিল্ল নিপালজব অঙাংদু পোকপ ঙায়দুনা লৈবি।'

কংশন থম্মোইদদি যাম্ন শাওন মংকোক নাল্ল-কাল্লদুনা লৈরমই, মান থাদোকপ মীশিংদগী অরোল্ল পাওশিংসি তাবগ যাদবশিংসি পরা অমা তম্বিগে খল্লমই অমসুং মপুক্কি দ হি চ-য়াইতল্লদনা তৌগদৌব থৌশিল অমা লেপ্লে।

মতম খরগী মতুংদ কংশসি অগ্রভান কৌব জক্কলদ শা তাল্ল চংলমই। মতুংদ ব্রজভূমীগী মনাকতা লৈব লৈবাক মচা অমগী

নিংথৌ—ভোমগ উনরমই। কংশগ ভোমগসি অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপ মরুপ্নি। বান কৌব অতোপ্প লৈপাক মচা অমগী নিংথৌগ—মংথোয় অহুমসি গল্লভ ঋষিগী আশ্রমদ পুম্ন ছাত্র ওইন লৈমিন্নরমই। অমসুং মংথোয়গী লমহেন্ব শাজং কয়ান লৈমিন্নরিব আশ্রমগী ছাত্র পুম্নমক কৌহুনত্ত লৈরমই। মংথোয়ন আশ্রমদ অসুক্কী মতিক ওং-নৈব তৌরমই—মদুদি মংথোয়গী গুরুন মগী লৌথোকপিশিনবগীদমক উগ্রশেন নিংথৌন হায়বদ য়াদ্রহুন-হায়জরমই।

নতম অহুমগী হৌন কংশন—ঙম্বমথে ট্রগীনি হায়হুন মবল মথুম পৈশিন্দব, জ্ঞান তাননব বিদ্যা তম্বন মপুংনি থম্ব-মীশিংবু — মহাক মংশিরমদ অমসুং তুকচন থম্লমই। মরমদি মংথোয় মশামক আইন অমা ওইন লৈ। চাওরক্লব ফাওবসু মংথোয় অহুমসি চান্নরব মরুপ ওইন অদুম লৈরমই।

ভোম অমসুং বান্ন—মথোয়গী মরিলসু ফব, য়ম্ন হৈশিংবসু ওইব লুচিংববু য়াম্ন থাগংলমই। মংথোয় হৌড্ডিক যাদবকী মকোক ওইব কংশন লৈপাক জয় তৌরকপদু ঙায়হুন লৈরি। মরমদি মংথোয়গী লৈপাক থজিক্কং চাওথোক্লব হোংনবহু কংশগী মতংদ লৈ।

কংশন ভোমগী অতিত, ওইন লৈব মতাংদ বানসু লাক্কুন লৈরে। অহুম পুন্নব মতাংদুদ মথুরাদ থোকখিব থৌদোকী মরমদ য়ারী শারমই। যাদবকী মরক্তগী মডক হায়গংলকপহু নমথগদৌবনি হায়বসি মথোয় অহুমমক্ক য়ানরমই। পেন্নদব মম্নাম

পুন্নমক্কী পুনফম অমসুং ৱাকৎফম ওইবিব উগ্রশেনবুসু পুনফম ওইদনব থবক খবসু লৌথংপ তায় হায়বসিমসু মথোায় যান-বমই। কংশন মপোক্কী ওইন মীন্নুংশি থংব অমসুং মাগী প্রজা পুন্নমকপু মচা ওইন উব মপা উগ্রশেনবু মহাক্ন হংগোইন তুক্কচন খল্লমই। কংশন হায়বমই—‘অপংব অহলসি প্রজাশিংন মংোন্দ লাকপ পাম্রমই অমসুং ঐন তৌব থবক্ত য়েংপগী ন্নংঙাইবদু মহাক্ন কবিগুম্ব মতমদ থাদোক্তে।’

কংশন মাগী মপুক্লিংগী অপাম্বদু থংলমই অমসুং পেন্নব যাদবশিংন য়েংলকপদু মক ফংন মুথংকে খল্লমই।

ময়ামগী লুচিবসি মান ফংফম থোকই হায়ন খংলবসু যাদবশি সিদি মপা মপুদগী হৌন শান্তি অমসুং সমাজবাদ পাম্ব কাবুনি। শাগে খুদিংমক্ন মনিং তম্ব পামই। মবম অসিন মথুক্ত শক্তি পুন্নমক পায়শিম্ব পাম্ব মীবু মথোায়ন থাজ্রদে. মবমদি মতুদগী শোয়দন লাল থাকই। মবম অসিন কংশগী—ফাভমসি শালহল্লি। মচাক লোংম নিংথো ওইবকপ য়াই, তৌইগুম্বসু মমিংদ ওইন ওইপাদৌবি, শক্তিদি লৈবোইদৌবি, মহাক্ন কবিগুম্ব মতমদ লৈপাক জয় তৌব চংপ ঙমলোইদৌবি। মবম অসিন মহাক্ন শক্তি পুন্নমকসি পায়গে হায়ন খল্লগদি—অকম্ব থবক থবদি লৌথংপ তায়। মরম অসিন মহাক্ন মপাঙ্গল কম্ব মকপ-মপাং দরকাব ওই, মদু ফংদ্রিবমথৈদি মহাক পায়বক লৌশিং-শিংব তায় অমসুং থাংব কম্ব তায়।

মতম অদুগী খ্বাইদগী কম্ব নিংথৌদি মগধগী জরাশন্ধনি। মহাকসি য়াম্ন হৈব জেনেরেলনি। মাগী অকোইবদ লৈব নিংথৌ কয়ামুক মান জয় তৌদুনা লৌশিল্লমই। চহি থরগী মতুংদ রাজ চক্রবর্তীগী থাক্তু য়োরকপ য়াই।

জরাশন্ধসি কংশদদি মাগী তমজনফম ওইব অকম্বনি, অমসুং মাগী মতৌচু মান তম্ব পাল্লমই। হৌজিক্তি মদুগী মতমদ য়োরে অমসুং মাগী পম্বুংফমদু য়োননব থবক লৌথংপ লেপ্লে। জরাশন্ধন মাগী মচামশু কনাগুম্বীগ লুহোংদুনা মরি লৈনরগদি মাগী লৈপাক জয় তৌবদ মতুং পাংগে থল্লমই। মচুগী মহৈ ওইন মান যাদবশিং পুম্নমক্কী মথক্ত নিংথৌ ওইবসি মান শোয়দন পাংবিগনি হায়ন থল্লমই। অচুগ-অমুকস্থ তম্ব ঙম্ব নত্তে, নিংথৌরেল শিব য়াই অমস্থং লৈপাক থর মাগী শরুক ওইন ফংবস্থ য়াই।

মান য়াম্নশিংন থল্লিব থৌশিলচু কনা অমত্ত থংহন্দন থবক ওইন পাংথোক্লব তৌরে। কংশগী মচানুপি অমা লুহোংব শিন্ন-নবগীদমক, কংশগী থরদি লাপ্পব, মচিন-মনাওথোকপ বানবু থারমই অমসুং বান্নসু মদুদ হরাওন য়ারমই। মথোয়ন নিংলম্ব-দগী হেনগংন—হোংনব মহৈ য়াল্লে। থা থরগী মতুংদ মগধ নিংথৌগী মচানুপি অনি কংশদ লুহোংলে। লুহোংলব মতুংদ জরাশন্ধগী মচানুপি অনিচু থিল্লকপ মতাংদ, কল্লব, তমথিরব লাম্মী কাংবু অমা কংশন মাগী মীশিংগী মায়োক্ত থবক তৌবদ পাংননব থারক্লমই। কংশন মাগী মীশিংগী মনু য়ৈথেক্লব অকম্ব থবক লৌথংপ পায়মই।

---

# সাধু অক্রুর

কংশন মাগী মপাঙ্গল শাগংলিঙৈগী মতমসিদ বসুদেব অমসুং দেবকীন মখোয়গী বন্দিশং ওইবব পিকথ্রব .কান্ন অদুদ ল্লান মতম লেল্লি।

বসুদেবন মখোয়বু বন্দিদগী কন্থিনবগীদমক বিষ্ণুবু তন্থুন খুরমজরমই।

বসুদেবন মখোয়বু জেলদগী কন্থিনব ভগবানদ খুরমজবমই। দেবকীসু অল্লাব কোকপিব ঙস্থ মপু লংথোকপিবগীদমক খুরমজরমই। মপুবোইব নিংব মুপি কয়ান তৌরম থোকপ মখৌ কয়া, মপুবোইবগী ভগবান নিংজব থবক্ত মতে কং পাংলমই। তৌইগুম্বসু মাগী তোংঙাম্ব অপামব অমসু লৈ। অল্লাব পুন্নমকপু কোকপিব ঙমব ভগবানগী মমা ওইব পাল্লমই। মরক মবক্ত মান বসুদেব হিপমিন্নবমবদগী—হৌগত্তুন—মকোক নোন্ন, মখুং লোন্নতুন ভগবান্দ হায়জবমই—'ইবুংঙো! পুন্নমক চংজকম ওইরব! অল্লাব পুন্নমকপু কোকপিব ঙমব জগংকী মবুংঙোম্বগী মমা অমুক্ত ওইজগে।' কবিগুমব মতমদ মান নোং-ঙাল্লমদাইদ ভগবান খুরমজব মতমদ মান হায়জল্লিবদু য়াবিরে হায়নন থন্বদু য়াবিরে হায়ন থম্ববসু য়াওরকই। মান বসুদেব সেবা তৌবদ, মাগী মতেং পাংবদ—অহিং মুংথিল অনিমক্ত অল্লা-বগী মশক্ত ওইবব মতমসিদ থাংব কল্লগ লোয়নন, থৌন লৈন মতেং পাংলমই।

যাদব শাগৈগী মসুংদ অক্রুর হায়বসি ধর্ম কায়দন চৎপ, অচুম্ব পাম্ব ত্রিমনি, শাগৈগী লুচিংব অমনি। যাদব পুম্নমক মাবুদি য়াম্ন ব্যবহার তৌই অমসুং অতৈ শাগৈগী লুচিংবশিংন কংশগী কত্রব ফিরেপ অসি তৌদনব হায়জবিযু হায়হন ময়াম্ন হায়জরমই। মখোয়ন হায়জরমই মহুদি—'মবাল লৈত্রব পোক-পদ ভারিরিব অঙাং অমবু হাংপ হায়বসি কত্তব, মিসুংশি খংদবগী ভমথৈ য়োরবনি।'

অক্রুরনসু ময়াম্ন হায়বত্থু য়ারমই অমসুং বসুদেবন মান হায়-খিবত্থুগী মতুং ইন্না মচা অহাম্ব পোকপত্থু কংশদ পিনব পুরকপ মতমদ অতৈ লুচিংব কয়ানুক লোয়নন অক্রুরসু লাক্রমই।

কংশন মাগী থাজব, মতুং ইন্ন মীম কোয়শিল্লগ অমসুং মগধদগী লোয়নরকপ খুৎলায় পাম্বব লাম্মী থম্বগ লোয়নমগ ময়ামসিবু কন্নিমত্ত থৌশদন ওক্রমই। অক্রুরন মাগী শাহিং-ভাহিং চাবগী মওংগী, তৌগে নিংলিব থবকসি তৌদনব হায়জরমই।

অক্রুরন মথুং লোম্নরত্থুন হায়জরমই—'খুংলোম্নরহুন ঐনা ইবুংঙোদ হায়জরি—'থৌজানবিয়ু, জীব সুংশিবিয়ু। অঙাংসিন ইবুংঙোদ কন্নিমত্ত তৌরব নত্তে। মমাল লৈত্রিব অঙাং অমা হাংপ হায়বসি আর্য্য অমগী মতিক চাব থবক নত্তে, মহা-পাপনি। নংঙোন্দ খুদোংথিব লাকনি হায়রিব অঙাংত্থুসু দেবকীগী নিপাল শুব অঙাংহুনি, অহান্ব পোকপসি নত্তে।'

কংশন পিত্তব শুঙোকুন থুম্নমই 'ঐহাক খুদোংথিব লৈহন্দব পামই।'

বসুদেবন অঙাংছু চেঞ্জৎ কোল্লগ হায়জরমই—'নিংথৌ হায়বসি মথুং মরি পাম্ব বিষ্ণুগুম্ম থৌজাল হৈব হায়বদুমক ওইগদৌবনি।'

কংশন হায়রিব পুম্নমক্তু য়াম্ন তানিংদব মঙংদ তাম্লমই। মতুংদ মপুক কত্রব মওাদ কংনোক নোক্লমই।

কংশন থুম্লমই—'নংগী লায়চুন য়াম্ন থৌজাল হৈব ওইরগদি মাগী মতেং নিজৌ। ঐদি লায়চু নত্তে ওইবসু পামদে অমসুং ঐদি ঙাকপি হৈব মীসু নত্তে।'

অক্রুর অমসুং বসুদেবন মতম শাংনা হায়জরমই, তৌইগুম্মসুং অয়েঙ্ব তাখি। কংশন মখোয়দ তুকচব অমসুং উশিত্তুব মওংদ য়েংলমই। মখোয়ন ঙাংব লোয়রব মতুংদ কংশন হৌগংলক্তুন অঙাংছু বসুদেবগী মথুত্তগী মুন্দুন লোৎরে অমসুং মাগী মকোক্তু নৈপাক্ত হাইহত্তুন থুগাইরমই। মহুদ নৈরিব যাদব পুম্নমক্ত মাগী তমখিব মওংছু উবদ নিক্করমই।

বসুদেবগী মচা হাংপগী পাওসি তাবদ যাদব পুম্নমকসি ইলেক্ট্রিক শোকপগুম্ব তৌরমই। মখোয়ন কনাদ চংজগদগে, করি তৌগদগে হায়বসি খংলমদে। মখোয়ন মতুংদ নিংথৌ উগ্রশেনগী কোম্নুংদ চংলমই। নিপাশিংন মুংঙাইতহুন মপি তারমই, নুপিন মথবাক্ত থুদুম্ন গুজরমই। য়াম্ন তমখিগ্রব মওংনি। তমখিরব মওংসি তৌদনব করিগুম্ব অমা তৌদব য়াম্নে হায়বসি খল্লমই।

উগ্রশেন নিংথৌন মাগী মচাগী তমখিরব থবকশিংসি তারমই অমসুং মমিত্তগী মপি চহুম চহুম তারমই। মাগ মা ভাংনমগ অরাম্ব তৌদনবগীদমক তপ্প-তপ্প কংশগী কোম্মুং তান চংলমই।

মপা-মচা উনমগ করি থোকখিবগে হায়বসি কনা অমত্তন খংখিদে। তৌইশুনমসুং নিংথৌদি কংশগী কোম্মুংদগী অচুম হন্নকখিত্রে অমসুং কংশগী গুপিশিং মাগী থাজব, মতুং ইথ থম নত্তন কনা অমত্তন অদুন উখিদ্রে। যাদবশিংসি মমাংথৈদ অমুক্ত থোকখিদ্রিব থৌদোক ওইন থোক্কুন মুংভাইতবদগী তৌকম খংদন পথরমই। মরমদি আর্য্যশিংদদি মপা হায়বসি মচাগীদি লায়নি।

মতুংগী মমিত্ত কংশগী চোর-চণ্ডালশিংন মথুরাসি অকীব ফংন নৈরমই অমসুং কীহন্নমই। বসুদেব অমসুং দেবকী কাহ্নন থম্ব কোম্মুংদুদ সাধু অক্রুরবুসু ফাহন থনলে। মাগ লোয়নমকপ দুচিংবশিংগী মমুমন্ন মৈ থাদোক্লে। নিংথৌ ভাক্কনব কোম্মুংগী সিকাইশিংতুসু লোয়নমক হাতোক্লে। নিপা পুম্নমক মাগী মাগী মযুম ময়ুমদ থোংলোনশিন্নচুন লৈনরমই। সহরদ মান খিরগ হাংলব মাই থব মীশিংতু সহর থাদোক্কুনা চেনখ্রে।

কংশন মাগী থাজব শগোল তোংব মনাইশিংগ লোয়নন্নুন সহরদ মান মায়পাকপগী ভুংভাইব কোংদোকপ ওইন কোমব মতমদ মাবু মাব মীশিংন মাবু থাগৎপগী থোঞ্জেল অমসুং মথোমন নৈবগী অরা-অনাগী থোঞ্জেল অনিমক তারমই। মান, মাগী লম্নলশিংবু

মপুং কারে হায়ন খন্দুন মাগী মকোয় নাল্ল-নাল্লডুন শান্নরমই অমসুং যাদবশিংসি মখোয়গী কংকম থোকপ দগিদু কংলে হায়ন খল্লমই।

পেন্দবন থিংব য়াদন হিক্ল-হিক্ল কপ্লিব দেবকীন হিপলিব কমুংগী মমাংদ, মখোয়বু বন্দি ওইন থমলিব কোমুং মসু দ বসুদেবন কল্লমই। দেবকী মপিদি ভারমদে, মরমদি মুংঙাইমন্দডুন মপি কাওব কংগ্রে। থমোই শোক্ল পেন্দবগী খোঙ্গাং অম' মতোন্দগী খোরকই—'জগৎকী মবুংঙো! হে মুংশিজ্জবব! খোঙ্গাল হৈবগী ইফুৎ ওইরব ইবুংঙো! ব্বারিব পুম্নমকসিবু কোকপিব ভখঙ্গু থুন থাবিয়ক্লো।' মকম অক্রুদ লেপ্তুন লৈবিব অক্রুরন হায়রমই— অবাব হায়বসি ভগবান্দ চংনমবগী খোং অমনি, দেবকী কীরুম্নু।'

বসুদেবন মান অসুম্ন হায়রমই— 'বসুদেব! অরাব কোক-পিনব মপু শোয়দন লাক্লগনি। ভগবানগী নিয়মদি মীন খংব ঙমনত্তে। মুখিং মরিনিগী মমাংদ ঐহাক মুংঙাইব পাও কংলে। ইকায় খুম্নবগী মশক ওইরব—কৃষ্ণ দৈপায়ন, ইন্দ্রপ্রস্তদ চৎপদ মকম অসিদ লাক্তুন পোথাবিরম্মিনি। মহাকসি অশিংবশিংগী মরক্ত খ্বাইদগী হেন্ন শিংব মীনি অমসুং ঐখোয়গী চংবদোব লম্বা ভাকপিরগনি।'

অক্রুর চহিদ নহা ওইরবসু জ্ঞান্দদি য়াম্ন অহলনি অমসুং ভগবানগী থৌশিলদ মপুং কান থাজব মীনি। মহাকপু মথুরাগী মী পুম্নমক্ল মুংশি অমসুং মানসু মখোয়গী অরা-অনা পুম্নমক্ত শরুক য়াই।

কংশগী গুপ্তচরন—লাল হৌবহ্ন মপুং ফান নমথরে হায়ন পাও পিররে। যাদবশিংগী লুচিংব ময়াম অমস্তুং মখোইগী ইমুং-মনুংগ লোয়নন মনাক্ত লৈব লমদ চেন্নখিছন খুন্দাংখ্র। অতেন মখোয়গী খৌন মমুত্ন য়েংথক্তন হায়ব ইত্ন প্রজা ওইরে। তৌইগুম্বস্তুং মী খুদিংমক্ক মাবু লুন তৌব মী কাওবনস্থ অক্রুরগুম্ব সাধু অমবু দণ্ডি পিবসিদি য়াম্ন পেল্লরমদে।

কংশদি মাগী অহান্ব চৈফুদ ফংলিব মহে অসিদ খান্ন পেল্লমই অমস্তুং প্রজাগী পেন্দবস্থ মরাইন নেমজখিনি হায়ন খল্লমই। মরম অসিন অক্রুর থাদোকপসি মাগী য়াম্ন হৈশিংব, কান্নব ওইনি হায়ন খল্লমই। মাগী অসিগুম্ব ডাকপি হৈবসি উবদ প্রজাশিংগী পেন্দব কাওখিনি হায়ন খল্লমই।

কুরুগী ফাওরব, লালগী লুচিংব ভীষ্মদগী শংগোল পাও লাক্লমই। মহুদ বসুদেববু ইন্দ্রপ্রস্তদ লাক্লনব বার্তন তৌরমই। কংশন করি পাওখুম পিগদগে হায়ব খংলমদে। ভীষ্ম হায়বসিদি হস্তিনাপুরগী চাওরব সম্রাজ্য ডাক্লিব মখৌন লৈরব লুচিংবনি। মান তৌরকপ বার্তন থোওইদ্রবদি মাগী য়েক্লব ওইগনি। কংশন মসিদগী নাম্বোক্লব লম্বী অমত্ত উরক্তে। তৌইগুম্বহৃং অক্রুর হায়বসিদি হস্তিনাগদি য়াম্ন চান্নব মীনি হায়বসি মান খংলমই অমস্তুং মহুন নাম্বোক্লব লমবী লৈরকপ য়াই। মরম অসিন অক্রুরবু বন্দিদগী থাদোক্লে।

মীহাংপ মঙোন্দগী অক্রুরদি করিমত্ত থৌজাল পাম্নমদে। মহাক ময়ুমদ হল্লক্লে অমসুং মাগী ইমুং-মন্নুং পুম্নমক গোকুলদ থাখ্রে। তৌইগুম্বসুং মহাক্তি অন্না-অনা তারব মীগী মতেং পানব মথুরাদ লৈহৌই। মহাক্ন য়ুম য়ুমদ চংলগ কংশগী মনায়শিংন ওংপ-নৈবগী রান্থু য়াম্ন মিন্নুংশি থংন তারমই। মহাক্ন হেক উম্বমখে ময়ামগী মতেং পাংলমই অমসুং মাগী হেন্ন লৈব পোংস, য়েন্থোক্লমই, অন্থুগ মখোয়গী খ্বাইদগী হেন্ন দবকাব ওইবিব পোং 'ভগবানবু থাজব' হায়বসি শন্দোক্লমই। মহাক্ন হায়রমই— 'অন্না-অনা' অসিন্দ ইবুংঙো মঙোন্দগী থোবকপনি, সনাসি মৈফুদগী, হেন্ন লংন ফজন থোবক্তব মৈফুগুম্বনি। মরমদি ভগবান্দ শ্রদ্ধা লৈন থাজব মীদি করিগুম্ব মতমদ মাংব য়াদে হায়বসি মুনিশিংগী লেংদ্রব ৱাহৈনি।

মসিদগী মীশিংগী থম্মোইদ নিংব কায়ব থোকহন্দে অমসুং অরাম্ব মায়োক্লনব থৌনা পি, কংখংহল্লি।

---

# কংশগী পেন্দব

ব্রিষনিগী লুচিংব অক্রুরবু মাগী কোন্নুংদ কোব মতমদ কংশগী চিংখোল তৌব অমসুং য়াম্ন ভরাম্ন ভোন্থন মুংশিব মানখ্রবু উবদ অক্রুরসি উক্লমই।

কংশন হায়রমই— 'অক্রূর! কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন কৌব, মুনি মরক্তগী খ্বাইদগী অখোইবনি হায়নব মুনিদু হয়েং থুংলগনি হায়রি। মান লাক্লিবসি করিগীনো হায়বসি নংদি খংনখ য়াই। মহাগী মরমদ ঐডোন্দ লোয়নমক হায়গ্নু। অকীবগী মশক ওইরব ভীষ্মগী ঐনা ফংলিব চিঠিসিগী মরমদ ওইরমগনি হায়ন নিংই। বসুদেবসি ইন্দ্রপ্রস্তদ প্লরকউ হায়বকপনি হায়বসি নংহাক খংদ্র?

'নত্তিক সৈরব যুবরাজ! ঐহাক মহু খংই' অক্রূরন খুম্নমই।

'দ্বৈপায়ন অসিদ লাক্কদৌরিবসি করিগীনো?' কংশন খাংকম খংদব মওংদ হংলমই। অক্রূরন নাককেং তৌহুন খুয়মই— 'ঐহাক করম্ন খংগদ্গে'? কংশন হায়বমই— 'নংহাক শোয়দন খংই হায়ন ঐনা খংই। নংহাক মাবু মুম খংব্রা?'

অক্রূর—হোয়! ঐহাক মাবু মুম খংই। কয়াবক হন্না ঐহাক মাগ উম্নগ্রে।'

'মুনিসি ডুম নিংডোল মচানি অমসুং কুরুগী নিংথৌ মচাশিংগী মপান্দি মহাক্লি' হায়বসি য়াম্ন কংবম্নব মওংদ চুম্বা হায়ন্থন য়ংথিব মীংয়েংগ লোয়নন হংলমই।

অক্রূরন খুম্নমই— 'মহুদ মাষ্টারন অবোম্ব ওইন থক থমদে অমসুং মহু খংহন্দ ইকায়বনু লৈতে। ইকায় খুম্নফম ওইরবী কুরুগী নিংথৌমচাশিংগী মবেষ্মোক সত্যবতিসি মাগী মমানি।

ডুম নিংডোলগী মচা ওইববস্থু মাণ্টাববু পোকপনি। ইবুংঙোসু তাবিরিনি—মী পুম্নমক্ক থুবম্নবব বশিষ্ট মুনিগী মশু পবাশব মুনিগী মচানি।' কংশন কবেম্নব মওংদ হংলমই— 'ইকায থুম্নফম ওইববী সত্যবতিসি নহা ওইবিডৈদ অঙকপ ফংন ফজ্জৈ হায়ন-বিবসি চুমলিদ্রা? হৌজিক ফাওব ফজবিদ্রা?

থুন রা হেক ঙাংথোকপ পামদবদগী অক্রুবন ঙায়হাক্তং তুমিন্ন লৈবমই। মতুংদ মান হায়বমই—'ইকায় থুম্নফম ওইরবী মহারানীদু মহাবানী অমন ফজফম থোকপ শক্তু অম্নম ফজবি। মহাকসি মহাবানী অমা ওইবগী তমজনি ঙাই ওইরব চিং .লম্ব, ফজব হায়বদুগী মত্তি অদুমক্কি। অক্রুবন মুম্ন থংব অনম্ন য়াম্ন ইকায় থুম্নন থমজব মওংবু, কংশন কারেম কঠাইনন হ ব্দুদ শাওনিলমই। 'মীন য়াম্ন তমথিবনি হায়নব ভীষ্ম হায়বদু অঙকপ মথলগী মীনি। অহল ওইবব মপাবুংন ডুম নিংঙোলসি লোননবগীদমক মহাক্ক মপুন্সি চুপ্প মথৎ লৈথি।' অক্রুবন য়াম্ন ইকায় থুম্নজরিব ন্নপিসিদ রাঙা, ফজদন হায়রগ অক্রুববু মুংঙাই-তনব তৌবমই।

মশাগী মুংঙাইতব, শাওনিংব ফাননবগীদমক অক্রুরন্থু অমুক ঙায়হাক্ত তুমিন্ন লেরমই। মতুংদ থুম্নমই—'যুবরাজ! তাকপি-রিবদু চুমই, অসিগুম্ব মীসি যুবরাজ—থোয়ন থংবদ রাগনি, তৌইগুম্বনুং ইকায় থুম্নফম ওইরব ভীষ্মদদি—মপাইবুংঙো শাস্তমুসি লায়মক্কি হায়ন থল্লি, অমম্নুং অশেংবন্ন মঙোন্দদি ওইরিবনি।'

কিরুপ অমত্তু কংশন মপুক থাননা অক্রুরদ শংত্রিক য়েং-লমই। রাজা দুন মান মপাদ চৎলিব শাজত্তু খিন্দুন তাকপগুম থোরমই। তৌইগুম্বসুং য়েংউ। শাস্তনুগী মচা অনিছু মচা পোক্কন শিদোকখ্রে, মহাগানীন মাগী মচেৎ পাংননব মুনিবু কৌব নত্রা? অমসুং মান ধৃতরাষ্ট্র অমসুং পাণ্ডু পোকপ নত্রা? কংশন হংবরমই।

'চুমই। ইপ-ইপুদগী চৎনবরক্রব কুইনব 'নিয়োগ' কৌব নিয়মগী মতুং ইন্না' অক্রুরন খুম্লমই।

কংশন খংহৌদনা য়াম্না কব শাক্তিম্রে অমসুং হায়রমই হৌজিক অক্রুর ভুমথু শেংন ঐঙোন্দ অমুক্ক হায়ু। থা খরগী মমাংদ নংহাক চস্তিনাদ চৎলুই, নত্রা? নিংথৌমচা অনিগী মরক্ত ধৃতরাষ্ট্রদি মমিৎ ত্তাংই অমসুং ভারত সম্রাজ্যাসিদ মান নিংথৌ ওইব য়াদে। অছুগা পাণ্ডু চাবক্তুম্ব মপা খোন্নি অমসুং নাংগনি। অনিমক মচা পোক্কে মখোয়না শিংরব মতুদ মখোয়গী সম্রাজ্যাসি কয়ম [illegible] লৌবিবনো?

'ভীষ্মন ত্তাকুন লৈরিবমৈৎদি কুরুগী সম্রাজ্যাদ করি থোকপ ভুমগদগে? কুকশিংদি ধর্ম্মদ চিংবনি। মখোয়গী মপাম লৌথুপ-লৈংকায় লৈতে' অক্রুরন খুম্লমই।

কংশন হায়রমই—'হোয় ঐ খংলে। তৌইগুম্বসুং বসুদেবা মখোয়না ইন্দ্রপ্রস্থদ কৌরিবসি করিগীনো? মসি হন্নুবসিগী চত্রি ওইরমগনি।'

অক্রুরন খুম্নমই—'ইকায় খুম্নফম ওইরব ভীষ্মদি লৌথুপ-লৈকোয়গী রাংমনি হায়বসি ঐনা খংজে।

কংশ—'তৌইগুম্বসুং বসুদেবদি ঐনা চংহল্লোই।' 'ইবুংঙোন চংহব পামলোয় হায়বসি ঐনা খংজে। তৌইগুম্বসুং ভীষ্মদি সুংঙাইরোই। মান শাওরক্লবদি অকীবগী মশক্নি। ইবুংঙোন রাখল থম্বরগদি বসুদেব চংহমখিবন চুমগনি। তৌইগুম্বসুং দেবকী হুন্দোক্লরগ চংপদি মশাম রারোই অমসুং যুবরাজনসু মাগ লোয়নন দেবকী চংহব হায়বসি তৌরোই হায়ন খল্লি।

কংশন হায়রমই—'চুমলে, চুমলে! অক্রুর নংসি য়াম্ন শিংব মীনি। ভীষ্মদ ঐনা করি পাওখুম পিগদগে? ঐঙোন্দ অমুক্ত হায়যু। মাগী মহুত্ত খুন্না ইবুংঙো দেবক থাগন্না? মসিগ চপ মান্নব পাওসি য়ুনিম পুবল্লগদি য়ুনিদ করি খুমগদাগে?

অক্রুরন হায়রমই—'অচুম্বদু হেক্ত হায়দোকউ। দেবকী বসুদেবদি যুবরাজন চংহল্লোই। মরমদি মখোয় অনি চংথ্রগদি অমুক হল্লক্লোই অমসুং যুবরাজনসু মখোয়গী তরেৎ শুব মচা হাংকনি হায়বিবনিন চংথোকহল্লিংলোয়।

কংশন ভংঙহুম হায়রমই—'ন.হাক য়াম্ন রাখল তৌদম ভাংলে। করিগী মন্থুগীদমক ঐনা রাগদৌরিবনো?' অক্রুরন নোকুন খুম্নমই—'মরমদি মী পুম্নমক মদু খংই।'

কংশ— 'যেঙউ, অক্রূর! নংতাক ঐহোঙ্গী য়াম্ন হেন্না শিং ব উংনিংবগুম্ব অমা তৌরে। ঐহাক বসুদেব মশামক্তু চৎনিংদে হায়রবত্তু পাম্মই। দেবকী লৈহৌবসি মান পামদে। অসিগী মথক্তু ঐনা পাম্বদি মখোয়গী মচুত্তু নং নশামক্তু চৎপ পাম্মই। মতুন তমখিরব অহল ওইবব ভৌম্বগী অপেম্ব ওইগনি।'

মতু তাবদ অক্রূর— ঙায়হাক্তং তুমিন্ন লৈরমই। মতুংদ মান হায়রমই— 'ঐহাক হয়েং মুনিগ ৱা ঙান্নখিগে। যুবরাজন হাযরিবত্তু মান য়াবগদি ঐহাক চৎকে।'

কংশন শাওন হংলমই— 'মান য়াত্রগদি কয়দৌব?' অক্রূরন তপ্প খুম্মমই— 'য়াত্রগদি চৎলোই।' শাওবন মমিত্তু ঙাংখং ঙাংন কংশন হায়রকই— 'নংন য়াদত্তুন চংত্রগদি করি থোকদগে হায়রবত্তু নং খংকম থোকই।'

'পোকপ-শিব তায়রবসি ভগবানগী মথুত্ত লৈরনি' হায়রগ নোঙ্গুক্ত পুরক্লগ কাত্তু থাদোক্লমই।

কংশন শাওন কমকমদগী হৌগৎলমই অমস্থং লাওরমই— 'ঐহাক হয়েং শা-তাম্ন চৎকনি। মুবিগ উনব পামদে। ঐনা হায়রব মতুং ইম্ন নং তৌগদৌবনি।'

অক্রূরন হন্দুন মমায় ওনশিল্লমই অমস্থং পাওখুম ওইন নোক্লমই।

---

# বেদ ব্যাসকী প্রোফেসি

মতুংগী মমিক্ত ত্রিযনি ঘাৎ-ত তিল্লিব মীয়াম্ম তুংবেলগী ঈচেলদ তাওথরক্লিব হি অতুমচু যেংলমই। মমিং চাওনচংলব কৃষ্ণ-দ্বৈপায়ন্দু মথুরাদ লাকনি হায়বসি পাও হায় ফংলমই অমসুং মাবু দর্শন তৌনিংবা অমসুং খুরমজনিংবা মীয়াম হিথাংথমন তিল্লমই।

চহি অহুমগী মমাংদ মুনিনা মথুরাদ লেংলক্লব মতমদ য়ুম্ন ফুংঙাইব ওইখিবমই।

উগ্রসেন নিংথৌ মশমক মাবু ওকপ লাক্লমই। হৌজিক্কি মতুংগ পুমখন ওক্লগে। দেবক অমসুং অক্রূর অনিদমক মাহ্টার ওক্লব ভাবকমই অমসুং কংশন মংথাযবু অংশিদে হায়বসি পুম্নমক খংই। তিশিংদুন নকশিল্লকপগা লোয়ননা অক্রূরন খুদক্কু, মমাং থাব তিদ য়াওদ্রিবা মনিবু মশক খংলমই। ইন্দ্রিয় খুত্তুম চনবন হৌনশ ওইরবদগী মশা... ফাওরব মাগী লংলব হকচাং, চাও-রব কোক অমসুং চংলব মৈ অমসুং শক্তি মউলন কুপশিল্লব হকচাং উবদ মাবু মশক খঙদবে লৈতে।

মাহাক্কী হৌত্রব পুন্সিগী হৌখ্রব থৌদোকশিংদু অক্রূরনা মমিত্ত শাংশং উবমই। চুম নিংথোলনা পোকপ, পরাশর মুনিগী মচা ওইবনা, মহাক বেদ-শাস্ত্র পুম্নমক হৈরমই। মান বেদসি

কল্লম্বনি হায়ব য়াই অমম্বুং অমুক হন্ন শেমজিল্লমই অমম্বুং মত্তু তম্মনব স্কুল কয়া লিংথংলমই। মীয়াম্ন হায়নৈ—মত্তুদি-মাদি হৌখ্রব, হৌজিক্কী অমম্বুং তুংগী থোক্কদোব থৌদোক পুম্নমক খ ব ওমই। অশিংব মীন হায়নৈ—মাদি লুপ্তোংন শাব ঃকচা সি থুহ্নম চন্ব ওম্লবনি মাদি মমা ভৈগী যোগী ঋষিশিংগ চপ মান্নরবনি অমম্বুং মান চৎখি চৎখিব মফম পুম্নমক্ত ধর্ম্মসি লেংদন লৈ।

মুনিন হিদগী হেক কাথংলকপদ অক্রূবন মাগী মথোদ তুহ্নন থুবমলে। মুনিগী মোমোন তৌব মীংয়েংন মাবু উবিবদ অক্রূবহ্ন হরাওন কোম্বিরবোই থল্লি অমম্বুং য়াম্ন মুংডাইরব ইমোসন অমন মাবু থুম্জংলে হায়ন থল্লি, অমম্বুং পাম্বৈ লৈত্রিব অডাং অমন মমাগী তম্পাক্ত লৈরগ মুংডাইজবগুম্ন থল্লমই। মত্তুং হিদগী কুমথরক্লিব নহা পাথং অমদ ওনশিল্লমই অমম্বুং মাবু তবাম্ন ওন্নমই।

মুনিন য়াম্ন মুংশিব থোম্থোক হায়বমই—'অক্রূর! ঐগী ইচা বিষ্ণুরসি নংহাক মশক থংব্রা?

অক্রূরন বিষ্ণুবগী মথোং শোক্লমই। হস্তিনাগী নিংথৌ শাগৈ কায়দনব মচা পোক্রবী নিংথৌ মচাম্নুপিশিংদ 'নিয়োগ' যজ্ঞ তৌহ্নন মতিক চারবী মীনায়মুপি অমন পোকখিবনি হায়বসি অক্রূরন হায়ন তাখিরমই।

কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন্ন বিত্নুরগ লোয়নন অক্রূরগী য়ুমদ চৎলমই। অক্রূরন হৈ-রা, শঙ্গাম পিবমই। মতুংদ মান দেবকী অমস্তুং বসুদেবদ থোক্লিব থৌদোক পুন্নমকসি তন্নমই অমস্তুং মখোয়বু বন্দি তৌরিব কোন্নুং তান্ন মহাকপু পুবমই।

বসুদেব অমস্তুং দেবকীন মুনি লেংলকপ উজবদ ঙমখৈ লৈতন নুংঙাইজরমই। মখোয়ন মাগী মখোংদ দগুবং তান খুবমজবমই অমস্তুং দেবকীবুন মশম-মনা নাম্বিবমই। মতুংদ দেবকী অমশু বসুদেবন মখোয়গী মবায়বক থিবসিগী মরমদ মশিন্ত মপি তান তমজরমই। মুনিন মখোয়ন তমলিবত্নু য়াম্ন ইন অমস্তু নুংশিবিব মীনোক্ক লোয়নন তাবিরমই। মতুংদ নুংশি থোস্নাক্ক মান হায় রমই—'বসুদেব অমসুং নিংথৌ দেবকগী মচান্নপি! নখোয়বু য়াম্ন নুংশি হৈতন ওং-নৈব তৌবে হায়বসি ঐহাক খংলে। কংশ হায়বসি 'ফত্তব' হায়বত্নুমক ওইন পেংরক্লবনি হায়বসি ঐনা খংই, হোংব য়াররোই। তৌইগুনস্তং পাপকী নুংশিংন ঙমখৈ লৈতন শিংলক্লব মতাংত্নুদনি—'অচুম্ব লৈবাং শাংলকপসি।' নংহাক অমসুং দেবকী ঐগ লোয়নন লাকপ য়ারবদি নুংঙাইগনিদ।'

বসুদেবন মখুং লোম্নরমই অমসুং হায়জরমই 'ইন্দ্রপ্রস্থদ মাষ্টারগ লোয়নন চৎপ য়ারবদি ওস্তোক্ক নুংঙাইজরমগনি। ইকায় খুম্নফম ওইবব ভীষ্মগী অনিংবত্নু ঐঙোন্দদি মাগী য়াথংনি অমসুং ইবুংঙোবুসু কৌবগদি য়াম্ন ফগুব অকায়ব লৈব তারে।'

মাষ্টারন থুম্লমই— 'ইচা ইবুংঙো! মতুগীদমক্ত নংহাক নকোক শারুম্মু। নংগী নথৌদি দেবকীগ লৈমিন্নবনি। নংবুন মাগী খ্বাইদগী হেন্ন মাগী দরকার ওই। নংগী মতুত্ত কংশন অক্রুর থানিংই। মহাক ঐগ লোয়নন লাক্লসনু। খুদোং চাদব কয়া লৈরবস্ নংন তৌব য়াব কয়া ফন লুরবস্ মান তৌজগনি। ভীষ্মদি য়াম্ন শিংবনি অমসুং নংন লাকপ ঙমদ্রিবসি করিগীনো হায়বসি মাদি হেক্ত খংগনি।'

বসুদেবন হায়জরমই— 'ইকায় খুম্নফন ওইরব ইবুংঙো! অক্রুরসি ঐগী য়াম্ন চান্নরব মরুপনি। মহাক্কি শিংবসু য়াম্ন শিংই অমসুং ঐনা তৌবদগী হেন্ন করি তৌরগ ফগদগে হায়বসু মান হেন্ন খংগনি।

মতুংদ দেবকীন মরক থন্দুন, খোল্লাওদি তনিক-তনিক হায়জরমই— 'মুনি মরক্তগী অথোয়বব! নংন পিনখিব মঙ্গল পামই। ইবুংঙোবু খুরমজব ফংব অসিমক ঐগীদি য়াইফরবনি।'

মুনিন থুম্রমই— 'মপুরোইব নিংব মুপিদি মতম পুম্নমক্ত মঙ্গলগী মশক্কি। ইবেম্ম! কাওগম্মু, থাংব কম্ব হায়বসি খ্বাইদগী হেন্ন চাওব গুন্নি অমসুং ভগবান্ন পান্বসু অত্নুনি।'

'ইবুংঙো! ঐহাক হেক ঙম্বমথৈ থাংব কম্ব হাম্লবম্ন ওই-ননব লাক্লজরি। লায়বক্ত তম্লবনি হায়ত্নুন—হরাওন ঐহাক থাংতুন লৈজরিবনি। অত্নুবু কংশবুদি য়াম্ন কীজখ্রে। মান ঐগী ইচা

পুম্নমক হাংকদোরি অমসুং তুংগী লায়ফাওসি চুমলোইদোবি'—দেবকীন হায়জরমই। মসি হায়বসিদ মহাক মমিত্তগী মপি চহুম-চহুম তারমই, তৌইগুম্বসুং মুনিগী ঙাকপি-কেনবিবগী মওংসিদ মাগী পোত্থাফম ফংজরমই।

দেবকী কীরুম্নু, চিংনরুম্নু! থোক্লকদোব তুংগী ৱাত্থ শোয়দন চুম্নগনি।

'মসি প্রোফেসি নত্রগ চুম্ন মীন হংনব্রা? নত্রগ যুবরাজগী মংদ্রংল? লায় ওইরব নারদ মুনিদি ইরায় লায়ন মী পংভ উনবিব মী নত্তে, অমসুং কংশগদি শোয়দন উনরয়োয়' বসুদেবন হায়রমই।

'প্রোফেসি অহুগী ৱা তবদ ঐহাক য়াম্ন মুঙাইবে' মুনিন হায়রমই। 'পৃথিবীসিদ ফত্তবন পিক থঙ্গল্লক্লে। ভগবান লেং-থোরকপ মতম হেল্লবনি।

দেবকীন য়াম্ন মুংঙাইতন হায়জবমই—'ইবুংঙো! মহাক শোয়দন লেংথোকপিরক্কদ্রা? অরাব পুম্নমক কাকপিরগদোব ইবুংঙো মাগী মমা হায়বহু ওইজব ফংগদ্রা? মহাক লাক্লগসু ঐগী তমথিরব ইবুং কংশন মাবু হিংহনগদ্রা?

মুনিন ঙায়হাক্তং তুমিন্ন লৈরমই অমসুং মমিং উইশিন্দুন ভগবানবু খুরমজগ্রে। অতেন অকীব অমসুং য়াম্ন ইকায় খুম্নবগ লোয়নন তুমিন্ন য়েংহুন লৈরমই। মতুংদ মহাক মমিং পাংথোরক্লে অমসুং দেবকীদ য়াম্ন ঙুংশিন চাগদোবমথৌ মুম্ন য়েংলমই।

মহাক্ন হায়রমই— 'ইকেম্ম! থাজব মাংহনগমু। অরাব কোকপিনব ইবুংঙোদ্ধ শোয়দন লেংথোরক্লগনি, কানাসু অঙোন্দ করিমত্ত তোব ঙমলোয়, মরমদি মহাক জগৎ পুন্নমক্কী মবুংঙোনি।'

মুনিন তুংগী রা ঙাংবদু লায়ফাওগুম্ন হায়বনি, অমসুং মদু তাবদ মুংঙায়খিবন রাম্বংশ্রে।

---

# হসতিনাগী মতম নকশিল্লক্লে

মুমিং তারমদায়গী মুংশা মঙালন গঙ্গাগী ঈশিংদ লৈতেংলি, হস্তিনাগী কোম্নুং অমসুং লায়শং মমি অদুন ইরং-ইরং লংন ফজরি।

তুংরেল মপান্দ লৈব কুরুগী কোম্নুং মনুংদ শান্তনু মহারাজগী লুখ্রা ওইরবী মহারানী— সত্যবতীন মাগী পায় খুরমকম কাদ ফমলি। মাবু পোকপ মপা ডুমদগী লোরকপ লংলব মুরপ তোব মশাগী কুচুদ্ধ, শেংলিব অঙোব শারী অমসুং মরাম্বক্ত নমলিব উং অদুন ম্রায় নিংথিন শেংন উংলি। চহি ছুম্ফুগী মথক ওইরব কাওবদসু মুনি পরাশর অমসুং শান্তনু মহারাজবু খুদুম চনখিব, মাগী অঙকপ ফংন ফজরব মায়খোং অমসুং কীভমদ্ধ চৌজিক কাওব কারদন লৈরি।

মাগী য়েক্ত খজিক্কং লাপ্প মী পুন্নমক্ক ভীষ্ম কৌনবব, মংডান্দগী চহি কুন অমুক হন্ন গঙ্গেয়ন সনামচু মান্ন উনান শাব ফম্পাক অমদ ফম্লি। চহি য়াম্নদগী মকোয় মশম পুমংডৌ ভৌববস্ম চপ-তিংন ফম্লি। মমাযদ অহল ওইবগী উপশ থুইডম্ব অমও লৈত্রবস্ম মমিং পিশুম শুক্রোক্কুন লৈ।

মহাবানীগী মমাদ কুশনু শাব থক হমদ মুনি কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন ফংমই। মান মমাদগী হন্ন কুচ থজিক্কংদি দ্রোণ্থ কই ভোইগুম্বস্ম ভীষ্মগুম্বদি নত্তে মাগী শকওদি মমা নবিগী যন্ন লাপত্রব কনাগুম্বদগী লেইত্র ওইতুনু চাং নাফদ, খুত্রক, ... কনাগুম্ব মী অমদ লৈত্রব, য়াম্ন চম্ব অকব মী অমা ওইবগী মংশবব শকফম অমদি লৈ।

অত্রব অমম্ভ বিত্তব মুনিগী য়েং ওইদ যম্নমই। থাযনগী লিবব লংগী ঋষিশিন ধ্যানদগী যলব ভগবানগী মংম পুক্নমক্ক চুমত্তুন লৈবব অশেব জ্ঞানসি কৃষ্ণ দ্বৈপায়নন থোমজিন্নুন শেংবব বেদসি পুস্নিন্নগ নিযম নাইহন শম্নম্বগী, মী অমক্কুন ফোবদ চেকফম থোক্কৎব মওংসি শম্মদোক্কুন পত্রম্বগীদমক মাবু ইকায় খুম্নফম উম্প ওইন বেদ ব্যাস হায়ন কৌরমই, খঙনরমই।

'কৃষ্ণ'! ঐনা নবু প্রাংগতগী কৌবসি য়াম্ন নুরব মওং অমা নিংথৌরেল ভাবত শাগৈদ থোক্কদৌরে। ইচা ইবুংঙো! নংহাক নত্তন কনা অমত্তুন ঐখোযগী মতেং পাংব ঙম্নরোই। মীবু

ব্যাস ঃ— 'ইমা ! নিংব কায়বিমু। ইমান ৱারিবসি করিনো ঐঙোন্দ তাকপিয়ু।'

সত্যবতীন তারকপ পি জৈথাক্লগ খুম্লমই— 'ধৃতরাষ্ট্র অমসুং পাণ্ডু লুহোংব চহি অনি শুরে। আকাশত মুমিং থান থোক্লিব-মথৈ কুরু শাগৈ মুংলোয় হায়ন খল্লমই। তৌইগুম্বসুং মথোয়সি লুহোংলবসু ........' মথা তান ৱা ঙাংব ঙমথিদ্রে।

ব্যাস ঃ— 'ইমা ! করিনো ঐঙোন্দ শেংন তাকপিয়ু।'

সত্যবতীন মথোলদি নিক্ল চংথরমই— 'ধৃতরাষ্ট্রদি মমিৎ তাংই, নিংথৌ ওইব য়াদে। মাগী মুপি গন্ধারী মশা ৱাই শংদ্রে, তৌইগুম্বসুং মঙোন্দ শাপ অমা লৈরে। গর্ভ লৈখিব চহি অমা হেল্লে, অদুবু মাগী নাওয়োমদ অঙাং অদু পিকথগ্রে।'

'পাণ্ডু ... .... ...' সত্যবতী মথা তাব ঙমদ্রুন মিকুপ অমত্তং তুমিন্ন লৈরমই অমসুং ঙাংথোকপ ঙমদ্রুন ঙায়হাক্তং লৈপাক্ত য়েংদুন হায়রমই—'দোষ অমা লৈরে, মহাক্তি মচা অমত্ত পোকপ ঙমলোইদৌরি। ঙায়হাক্তং ময়াম পুম্নমক তুমিন্ন লৈরমই।

ভীষ্মন মথৱাই মুংঙাইত্তন হায়রমই—'পুন্সি চুপ্প চাওরব কুরু শাগৈ অসিগী মিংচৎ মাংদনব হোংনদ্রুন লাকচবনি। অদুবু হৌজিক্তি কনা অমত্তন অহল-লমনগী পিণ্ড পিবিনিঙায় লৈরোই-দৌরে।' মাগী মথোলসি তুমিন্ন অমসুং থোৱাই মুংঙাইত্তন ঙাংলমই।

সত্যবতীন মবক থন্দুন হায়রমই— 'পুম্নমকসিগী মরালদি ঐহাক্নি। ভীষ্মন পুন্সি চুপ্প লুহোংলোয় হন্নখ্রিবসিমু ঐডোন্দগী থোকপনি। অসি ফাওবদ ভগবান শঙ্করন ঐবু হৌজিক ফাওব দণ্ড পিবিদ্রি। মমিং চৎলব ভারত শাগৈসি কনবব করিগুম্ব লম্বী অমত্ত লৈত্রব্রা?' সত্যবতী হিক্ল-হিক্ল কপ্লক্লে।

মপুক্লিং লাকসিন্ন ভাব ভীষ্মন য়াম্ন তপ্না খোম্থোক্ল হায়-বকই— 'মপানগী মীশিংন কক শাগৈগী অম্নিত্তম্ন খুদোং চাদবসি খাংথ্রবদি ককগী মিংচং পুম্নমক্সি লোয়নমক পুম্মাং মাংখ্রগনি।'

মুনি বেদ ব্যাসন হায়রমই— 'ইকায় থুম্নকম ওইবব ভীষ্ম! অনৌব কবম্ব খুদোংথিব লৈরবগে'?

'পাণ্ডুগী নুপি কুন্তিদি মচা পোক্লবদি হিংবগী কাম্নদ্রে অমসুং মৈন্নু দ চাংশিন্দুন শিরগনি হাযবসি মগী অরপ্প ওইবে।' ভীষ্মন হায়রমই।

'ও:! ঐহাক শিবন হেন্ন ফবগনি' সত্যবতীন মথুত্ত মবায়বক্ত থম্লগ নিংব কায়তুন হায়বমই।

ব্যাসন অবাবন নোং মংবগুম্ন কুপসিল্লব মমাগী মায়থোং হু উরমই অমসুং থেমজিন্ন খোম্থোক্ল হায়রমই— 'ইমা! নিংব কায়ব তৌবিম্নু। চহি অম্নুক শাংবসি লায়ন শিন্ন লায়বক্ত মায়োক্লতুন ইমা লাক্লবনি, মতুদ মায়পাক্লক্লবনি অমসুং ইকায় থুম্নকম ওইরব ভীষ্মসু অদু ওইরক্লবনি।'

'কৃষ্ণ! ভীষ্মন লায়গুরুশিংগী মতুং ইনথ্রগদি করি থোক্ল-কদগে?'

'ইমা! ইমান রাবিরিবত্থু ঐহাক থংজরে। ঐস্থু মুংঙাই-জত্রবনি। কুরুশিংদি চুন্নগী নিংথৌ ওইবদ নত্তে। মখোয়দি আর্য্য ধর্ম্ম ঙাক্লনবগী লুচিংবনি। মখোয়গী সম্রাজ্যসি মাংলগদি কাংখোং চায়ব শোয়দন থোক্কনি অমসুং ধর্ম্ম মাংথরক্কনি।'

'মুনিদেব! ঐখোয়গীদমক্ত ধর্ম্মসি অমুক্ত কণ্বিয়ু' ভীষ্মন হায়জরমই। 'নংন শোয়দন হৌজিক ঐখোয়গী ইতেং পাংবি-গনি।' জ্ঞান লৈবশিংগী মবক্ত ঐখোয়গী লম্বী তাকপিব ওম্বসি—নংহাক নথম্তুনি।'

'কুন্তি অসিদ লৈব্রা?'

'হোয়! ঐখোয়ন মহাকপু অসিদ পুবক্লে। ঐখোয়ন হৌজিক ওইরিব ফীভমসি হস্তিনাগী কনা অমত্ত থংহণ্ণনিংদে' ভীষ্মন খুম্লমই।

তৌফম থংদবদগী অরাবগী মওংদ পৃথাসি মাগী অহল ওইরবী য়োকচবীদ ঙাত্থুন য়াম্ন মুংঙাইতবগী মওংদ লৈবমই। মহাকসি বসুদেবগী মচল্লনি, তৌইগুম্বসুং কুন্তিভোজ নিংথৌন য়োকখিবদগী মাগী মমিং কুন্তি হায়ন থংনখি। মহাকসি মতম অমদ মশা মউ য়াম্ন ফবমই অমসুং হরাও তয়াম্ন লৈজবমই, তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কি অহিং মুংথিল কপ্তুনত লৈব মবমদগী ময়াং কংলে, মশা শোন্লে।

মুনিন মাগী মায়কৈদ লেংলকপ উবদ কুপ্তিন হৌগংলমই অমসুং চপ চাব তরাম্ন ওকচনিংব রাহৈ থংদত্থুন মখোংদ তুবগ

খুরমজতুন হিক্ক-হিক্ক কপ্পমই। মুনিন মহাকপু মুংশিন লৈপাক্তগী হাগৎপিরে অমসুং মকোক্কী মশম মনম নম্মমই অমসুং য়াম্ন ন্নুংশিন মখুংন মরেংবান্দ কোম্বিরগ মাগী ফমফম তাম্ন পুসিম্বিরমই। মাগী অহল ওইরবী য়োকচবীন খাব উনান শাব ফক অমদ ফম্নগ মংডান্দ মঙ্গল পিবিরমই অমসুং মকম অতুদগী চংখিনব মচুক হায়তুন ইঙ্গিং পিবমই।

'কুম্ভি! করিনো তৌরিবসি?'

মাষ্টার! ঐ শিজরগে! হিংতুন লৈব পামজদ্রে।' কুম্ভিন য়াম্ন মথরাই মুংডাইতন হায়জবমই।

'ইবেম্ম! পাণ্ডুদ তারিব দোষ পুম্নমক ঐহাক থংই। তৌইগুম্বসুং ঐনদি নংন রাব য়েংব ঙমদে অমসুং রাহম্নিংদে।'

'ও:! ঐহাক করিগুম্ব মতমদ মুংডাইগনি হায়ব নিংজদ্রে, ঐহাক শিখিব পামজরে। ঐহাক অডাং কয়া য়াম্ন মুংশিজবগে হায়বসি থংবিবিনি। ঐনা পোকচব ইচাগী মশক উব ফংলোইদোরে। তৌইগুম্বসুং ঐগী মীংকী মমাংদদি অহিং মুংখিল থাইদন ঐবু কোবি অমসুং ঐবু ডাযতুন লৈবি। পোকপদ ডায়বিব অডাংবু ভান্দোকপ ঙম্ব ঐসি মিন্নুংশি থব্রব মমানি। মতু চংখ্রে। ফজ্জখ্রব অডাংনি ... ...। মাষ্টার ইবুংডো! ঐবু ডাকপিধু, ঐহাক ডাওতুন চংকদোরে। ইবুংডাদসু ব্যবহার থংদ্রে। হে! জগৎকী মবুংডো! ঐহাক অমুক হম্ন ইচা অতৈ লৈরোইদোরে। ঐনা পোকচব ইচান নোকপগী খোংস্থোক মংখালতুন ঐনা

শিত্রিফাওব তান্নগদোরি। ইবুংঙো! ঐহাক শিজ্জবগে, মত্থদন ঐগী লম্বী ওইরনি।

মুনিন তপ্ন কুন্তিগী মকোক্ত মথুং থম্লমই। মাগী নোক্লনত লৈব মায়খোংজুন, মিনুংশি থব অমসুং মীগী পুক্কি থংবজুন তপ্ন-তপ্ন পুক্কিং ফাজিল্লজুন কুন্তি পাখাকম থংদন মুংঙাইজবদগী হন্থরক্লে।

ঙায়হাক্তং তুমিন তুমিন লৈনরমই।

মতুংদ য়াম্ন নুংশিব খোন্থাংন মুনিন হায়রমই—'ইবেম্ম! নংন নচা পান্ব, নুংশিব মখোয়বু য়োকপ অমসুং মখোয়গীদমক নংন হিংব পান্বসি ঐহাক থংদবোই নিংব্রা? ঐ থই।'

'মাষ্টার! ঐনা হায়জবিব রাইসিমকসু ইকায়কম থোকপনি, অদুবু কমদোনি, হায়দোওব ঙমজদে।'

'কুন্তি! ইকায়রুন্নু। নুপি পুন্নমক মমা ওইব পান্বসি হৌনশানি। মচা পোকপ পামদব, মচা থাদোকপ, মচাগীদমক হিংব পামদব নুপিশিংদু হিংচাবিনি। অদুগুম্ব নুপিদু শাগে অমসুং ধর্ম্ম মাংহন্বনি।'

ব্যাসকী তপ্ন, নুংশিন ঙাংব খোন্থোক্লুন নিংব কায়রবী কুন্তিগী আশাদু অমুক নিংশিংহল্লি অমসুং থিংব ঙমদন কপ্লক্লি।

নুংশিরবী মমা অমন তৌবগুম্ন মুনিন কুন্তিগী মশম অদু তপ্ন-তপ্ন নানবিরমই অমসুং হায়রমই—কুন্তি! নংগী থরাই হকচাং য়াওন পামজরিবদু ননিং থুগনি অমসুং কুরু শাগে মুংলোয়। ঐনা হায়রিবসিন নং পেল্লব্রা?"

কুন্তিন মন্দিন চোংলব মীত্তুন মুনিদ য়েংজবমই অমসুং থাজ-বম থোক্কব অনৌব আশা অমা মপুক্কীংদ পোক্লমই।

মুনিত্থু মতম শবা তুমিন্না লৈরমই। মতুংদ মান য়া ঙাংলকই। 'কুন্তি মুন্না তাও, ইকায় খুম্নজবা ওইবব ঋষিশিংন ধর্ম্ম কম্বনবগী-দমক্ত অংংবম মৈ খেংনত্তুন মাগী মাগী শাগৈদু কনগদৌবনি অমসুং মচা মশুবু পুন মুশিন তৌব অমসুং মপুবোইবদ কায়দব য়ুমগী মমান ধর্ম্মগী য়ুম্ফম্ম হায়বিবমই। মুনি ঋষিশিংন 'নিয়োগ যজ্ঞ' তৌবসি য়ারমই। মবম অসিন ইনা তৌ হায়গদৌবিবসি ইম্ব ঙম্লগদি নংহাক নশাগী মচা লৈব য়াগনি' বদ বাসন হায়রমই।

কুন্তিন অনৌব আশান থম্ব থম্মোই কায়গদৌবগুম মুংঙাই-জত্তুন হায়জবমই। 'কুরু শাগৈগী অথোয়বব, ইগী ইপুরোইবদ থম্ম কায়দব ওইবগদি মুনিন তাকপিব পুম্নমক ইঙ্গনি।

'নংহাক সন্তি অমা ওইন অতুম লৈগনি। পাণ্ডুন নংঙোন্দ মাগী অয়াব য়াথং পিগনি। নংগী লায়গুরুনসু মত্তুদ অয়াব পিগনি। মতুংদ ইনা লায়শিং কৌনব মন্ত্র তাক্কনি। নংন মন্ত্রদু শোঙ্গবগ মঙালগী মশক ওইবব লায়শিংদুবু ধ্যান তৌরদৌ, মখোয়ন মঙ্গল পিবিগনি, মতুং যজ্ঞদু, চপ চান মপু ফানবব নশাদু মখোয়দ কংথোক্কদৌবনি। মদু তৌবিরঙৈ মতমদ নংগী নপুরোইব নত্তুন কনা অমত্তু থম্ব য়াদে, মুংশিরুব য়াদে অমসুং অপাম্বগী মুংঙাই-বত্তুস্থ থম্ব য়াদে। অতুম তৌবগদি লায় পুম্নমক্কী লায় ওইরব মহাদেবন শোয়দন নংঙোন্দ থৌজাম্বিগনি।'

কুন্তিন মুন্ন খল্লগ হায়জবমই—'মাষ্টার! মাষ্টার! ঐনা তৌগদৌবিবদু অচুম্ব ওইগদ্রা?'

'ইচা ইবেম্মা! মসি অচুম্বনি। নহা মপি অমন মতিক চাব মমা ওইব, মথৌ মশক থংনা লৈব অমসুং মপুংবোইবব লায়মক্লি হায়না পূজা তৌব হাযবসি খ্বাইদগী হেন্না ব্রাংব ধর্ম্মনি। ইচা ইবেম্মা! নংহাক লায়গুম্ব নচা পোক্কনি, নংনা মথোয়গী-দমক্ত হিবা হায়বদু ওইগনি অমসুং মথোয়সু ধর্ম্মগীদমক্ত হিংল-গনি। মুংঙাই য়াইফব ওইরজৌ। সত্যবতীগী মচা ঐনা নংঙোন্দ রাশক্লবনি'—মুনিন হায়বমই।

---

# নন্দন মথুরাদ চৎপ

ফজবব ব্রজগী লমসি চাক তাব থোক্লে। তুরেল মচা পুন্নমক কাখ্রে। যমুনা ফাওব পিশক থিকশিনখ্রে।

ব্রজগী খ্বাইদগী হেন্না ফজবব খুল গোকুলসি অরাবন থক্লে। গুহা পুন্নমক থাংশিনখিত্নুন ঈশিং পশিকমক লৈরে। শান্তা। পুন্নমক ঈশিং মশিক চান থকপ মংলবদগী মযাই লায়নমক কল্লে, শকন্দ উনশাদন কপ্রে। শঞ্জেন নহা—নুপা-নুপি পুন্নমক নোকপা খেব, ঈশৈ শকপ অমসুং ভগোই শাবনচিংব তৌখিদ্রে।

' গোকুলগী যাদব, সুর শাগৈগী লুচিংব নন্দন য়াম্ন খৌরাংন আকাশত নোং লাক্কদ্র হায়ত্তুন য়েংলি। মাগী মন্ত্রী চহুমত্ত মরাং ক'যন লৈব শক্তিক চাবদগী নোয় পেন্দুন য়েংবদ অঙকপ কংন ফজরমই। ছৌভিক্তি মথোয়ন শক্তিক লৈত্রব লমহুদ ; ময়াং কংত্রিক কলহুন মমিং মনা ইথক থক্ক ঈশিং থিবি। থরদি আকাশত য়েংলগ লেপ্প ডম্লক্ক তুন তুহুন লৈবি।

নন্দন মশাগী শা-ঝণগীদমক থোয়ন হেন্ন ব্রাকব নত্তে, ব্রজদ লৈরিব ন্নুপা-ন্নুপি পুন্নমকসি অশিংব মপা অমন মচা মত্ত পুন্নমক যদুন লৈবগুন্ন ন্নুংশিন, নুন গ্রৌন শোন্নবনি।

মাগী ন্নুপি যশোদাসিস্ত, পুন্নমকপু মমাগুন্ন লুন তৌবনি। মগাক্ক ন্নুপি পুন্নমকপু কৌবগ অবৈ অরৈব পুন্নমক্কু পুন্সিল্লগ, মী, অমত্ত-লৈতহুন চরা হন্দনব, ঈশিং থকপ ফংননব লাক্করি।

মনাইডদ কংশগুন্ন মতমদ অস্নুন্ন ব্রজদ নাংতাদবসি থোক-খিদ্রে। মবম অসিন মী অয়াম্বসি তুফক-কুফায় চল্লমই। অসিগুন্ন পকৃতিগী ওইব খুদোংথিবসি লৈপাক্কী মপু ওইবিবহুন য়াম্ন ফত্রগদ থাকপনি হায়বসি মথোয়ন থাজে। লায়শিংন মথোয়দ শাও-রিবসি ফত্রব কশন নাব পাশৰ্ন হায়বসি চিংননিংডম্ন লৈতে। অস্নুন্ন থম্বসি ব্রজদ লৈব মী পুন্নমক চপ মান্নে।

মথুবা ফাওবদ অনাবগী তীলগুন্নব মাম্মী মতুং ইন্ব মী নত্তুন মী অয়াম্বন যানদ্রে। চৌডিক ফাওবদ দেবকীগী মচা তকক থাকপগ হাংখ্রে। অহাং খুদিংগী প্রজা পুন্নমক অকীব ফংই। অহুমকপু মী পুন্নমক্ক তুংদ ওইবক্কদোব লায়তাক অত্থু থাজবদগী

মুংভাম্বকতুন পোথাফম ওইরগ লৈনরমই অমসুং যক্তবসিন হেক্তিস্ত্র- কপন অরা-অনা কোকপিরগদোব ভগবান লেংথোবক্লগনি হায়বসিন পোথানরমই।

নোংম সুব শাগেগী পুরোহিত গর্গা চাযান নন্দগ রারী শাননবগীদমক শাংলব লম্বী গোকুল তাম্ন লাক্লমই। গর্গগী মী ফমহু পোথাফম থংদব, তৌফম থংদব মায়থোং উংলি, তৌইগুম্বসুং নন্দগীদি মচিন্দ নোকমি-নোকমি তৌরবসু পুকচেল কব উংলি।

গর্গন নন্দদ চেকসিন্ন রা হায়রব মতুংগী মুমিত্ত কংশন থারকপ মী শগেল তোংতুন লাক্লমই। মখোয়ন নন্দ মশামক মথুবাদ লাক্তব য়াদে, নিংথৌগী য়াথংনি হায়রমই। নন্দসু নিংথৌ য়াথংতু ইনগে হায়তুন হান্নন লেপ্লবনি। মবম অসিন নন্দন যণ গাড়ী নিপাল অমসুং থাঙ্গোল পায়ব মপাঙ্গল কল্লব মুব তরাগ লোয়নন মথুবা তান্ন লাক্লমই।

হৌখ্রব চহি তরুকসি কংশসি পোথাফম থকলমদে, শাস্ত্র ফংলমদে। মবমদি মহাক্ল মী পুন্নমকসি মাগী য়েক্লব ওইন থল্লি। মাগী রাথলসি অংশব অমসুং মাগী রাথসন শাব য়েক্লবশিংদগী করম্ন ডাকথোক্লবদ থন্দুনত লৈ। অহিংদসু মহাক নিংথিন তুম্ন য়াদে, মরমদি মান তুমলিডেদ বিশাস ঘাতক তৌব মীন হাং- থিগাদ্রা হায়তুন চিংনতুনত লৈ অমসুং যাদবশিংন মখোয়গী অরাব- দগী কোকপিবনব মী পোক্লকপ ডায়রি হায়বসি মান থংই।

অরব কোকপিরনব মীসি পোক্লক্কদোব রাংলি থংন থান কংশগী মিত্তদি অহিং মুংথিল থায়দন উক্লনত লৈ। মুপা-মুপি

কয়ান তুমিন তুমিন লাক্কদৌরিব অবতারসিগী ব্বারী শাননবগী পাওসি মংঙোন্দ তন্নবদ, মশক উদব লাং অমন মাবু ফাবগুম তৌবমই। করি করিগুম্ব মতমদ মহাক মিন্থল চোংবগ লোয়নন মশাদি হুমংন পুমচোং চোত্তুন অকীব মং মংবদগী মিকপ থোকই। মতুংগী অৱাব কোকহন্বিরগনি হায়ব মীতু মাগী ভাবত উরমই। নুমিং খুদিংগী হৌগংলকপদ, ময়া চিক্ক রশকুন, যেশা শক্তি তৌতুন মান শোয়দন ভয় ওইগনি খল্লমই।

মতুংগী নোং তাদব লাক্লে অমসুং চাক তাংলে। মতুন প্রজান পেন্দব হায়বতু ওইরে। কংশন মীপুম খুদিংমক্ক মাবু পেন্নদবতু উরমই অমসুং যাদবশিংসি কীহল্লগ নমতুন মান হায়ব ইলহনগে খল্লমই। মাগী মী খুঙ্গং খুঙ্গংদ থাদোক্লগ মংথোয়গী শাসণ অমসুং লৌনচিংব নমতুন লোগনি হায়ন খুলগী মীশিংবু কীহল্লমই।

কংশন দেবকীগী মচা তরেং শুবতু পোক্কদৌব নুমিং থা মশিংতু থিতুন কুপ্প শেন্নতুন লৈরমই। 'মসিবু নিপাল শুবব্রা ?' হায়তুন কংশন করি করিগুম্ব মতমদ ঙক্লমই।

সুরশিংন পাওসি তাবদ য়াম্ন হরাওনৈ হায়বসি কংশন পাও ফংলমই অমসুং লাক্কদৌরিব অৱাব কোকপিরগদৌব মীতুগী রাতু ইকোং ফোংন ব্বারী শানব হৌরক্লে। নন্দন সুর মরক্তগী থ্বাইদগী হেন্ন কন্ব লুচিংবনি অমসুং মাগী কাংবুগী মহাকসি মপাগুম্বনি। মান করিগুম্ব মতমদ ফোংন, পোক্কদৌরিবসিগী ব্বা

ঙাংদে, তৌইগুম্বসুং ময়াম্না থাজনবিবসিদ মাসু অমনি হায়বসি
কৈশন থই।

অতৈ অতৈ যাদবশিংসু মান থাজবিব অতু ৱায়েন থাজবক্রে। ময়ামসিগী অরা-অনা বোকপিবনবা মী অমা পোকপিবক্কনি হায়-বসিদ, কৈশস্মু, হৌজিকমক শক্তি যাম্না লৈবনস্ত, ঙায়হাক্তু পোক-ফম থৈলমদে। কবিগুম্ব অকম্ব থবক অমা লৌখংপ তাম্ম হায়বসি মান থল্লমই, নন্দবু কৌনিবসি অতুগীনি। যুববাজগী মথোং ময়াদ নন্দন তৌফমথোকপ ব্যবহারগ লোয়নন মান পুবকপ পাং মথোং ময়াদ থম্বতুদ কংশন শাওন য়েলমই। নন্দগ লোয়ন-বক্লিব পাখংশিংতুন ইকায় খুম্নবগ লোয়নন যুম্বীগুম য়াম্না তুমিন্না মতুংদ লেপ্পমই।

মতুংদ কংশন নন্দদ হায়বনই—'নন্দ! নসি য়াম্না অশিংব মীনি হায়েন ঐনা লৌই। অতুবু নংহাক হকুংগী লোয়নপাং পিবক্তে। মতু করি মরমদগীনো?'

'পুকচেল চাওবব যুববাজ! হকুম নোং তাদতুন য়াম্না রাকৈন হায়বসি ইবুঙোন খংবিবিবনি। ঐখোয় অয়াম্বন নোংমগী চানব ফাওব ৱংনখিদে। ঈশিং লৈতবদগী শা-ষণ কয়া শিথ্রে। কম্ম ঐখোয়ন লোয়পোং কাবকপ ঙমগদগে, কদায়দগী লৌকগদগে?' নোক্লুপ তৌবগ নন্দন য়াম্না ইকায় খুম্নন নপুং লোম্নবক্তন খুম্নমই।

'নগী লোয়পান্তু কদায়দগী ফংব ফংদন্তু ঐগী ইশৌ নত্তে। ঐগীদি কাবক্তব য়াবোই। ঐগীদি লৈপাকসি শাসন

তৌদব য়াদবনি। নংন খাজনাহ কাদ্রগদি করি থোকদগে নং থংত্রা? নংগী লৌফমশিংডু ত্রৈনা নমডুন মুনগনি। নংডোন্দগী লৌংগ ত্রৈনা হায়ব য়াব মীদ পিংথাক্কনি অমসুং মথোয়ন হেন্ন ফজন লৌ ভৈব উমগনি।'

নন্দন নোক্লুন খুম্নমই 'নত্তিক নগুণ লৈরব যুবরাজ! ইবুংঙোন ত্রৈথোয় পুম্নমক্কী মপুনি। তৌইগুম্বসুং লৌফমদি ত্রৈথোয়গীনি। তৌবগীদি ইবুংঙোন ত্রৈথোয়গী মপুনি, তৌইগুম্বসুং ত্রৈথোয়সি লৌফমগীদি পিক্লবসু চাওরবসু ত্রৈথোয়গীনি, মরমদি ত্রৈথোয় মশামক, ইমুং-মনুং তোগ্নব মপা-মপু পুম্নমকসি মান য়াকপিরকপনি। ত্রৈহাক লাইরিক লায়সু হৈজবা মী নত্তে, তৌইগুম্বসু লৌফমদি লায়রবুন ইঙ্কি অমগী লম ফাওব ত্রৈথোয়দগী লম লৌথোকপ হায়বসি ধনু থোক্লোয়। পুকচেল চাওরব যুবরাজন অত্তগুম্ব ধর্ম্মগী ব্রাহ্মন লৈব থবক্তু তৌগনি হায়ব নিংজদে। অদু তৌরগদি ভগবান্ন করিগুম্ব মতমদ ঙাকপিগনি নিংদে।

নংগী লৌফমদগী পৈশা য়াম্ন হেন্ন ফংব ঙমগদৌব লৈরগদি অমসুং ত্রৈগী শক্তি য়াম্ন হেনগংকদৌব লৈরগদি ত্রৈহাক অধর্ম্ম চামরক হেন্ন তৌব ঙমগনি। ত্রৈহাক ত্রৈগী লাম্মী অমসুং ইনায়শিং পিজদব য়াদে। ত্রৈনা মদু করম্ন তৌব ঙমগদগে? লোয়পোত্তু করম্ব কান্দ পিগদগে হায়ধু।' অসুম্ন কংশন লাওরমই।

'লায়শিংগী থৌজালদগী নোং নিংথিন হেক তারব অমসুং ষণশিং মথোম নিংথিন থোক্লগদি ত্রৈথোয় শোয়দন পিজরক্কনি' নন্দন মনিঙ্ঙু লাওন পাংথাক্লগ খুম্নমই।

'নন্দ! ফবে, ঐ ঙাযখিগে। হন্দক্তি নংহাক অমসুং নংগী মীশিং থাদোকপিবগে। তৌইগুম্বসুং নংহাক অমসুং নগী মীন ঐগী মায়োক্ত ফত্তব খজিক্তুং হক ঙাংনববদি নহাক অমসু নংগী শাগৈ ফাওব তুম্ন হংকনি। অরা-অনা কাকপনব মী অমা পোক্লক্কনি হায়নবিবসি কবি হায়বিবনো? নংখেয ঐনা শিবগী খল্লিব্রা?'

'অবতাব অমা! কনান মতুগী রাবী শাবগে?' নোক্লবগুম মমিং লংখত্তুন অমসুং নোকমি-নোকমি তাত্তুন নন্দন খুমমই।

নংগী সুবশিংন তৌই। মখোয ভুমিন্ন লৈযু হাযযু' কংশন লাওহত্তুন হাযবমই। 'হৌঙ্ক্তি চংখ্রা।'

'ইবুংঙোন থৌজালবিবদি ঐনা হাযঙনিব অমথক্ত লৈজে।'

কবি হায়নিংবগে?'

নন্দন মাগী মমিত্তু নোকফেং তৌন হায়জবমই—'ঐগী সুবশিংদ ইবুংঙোন ঙাজো হায়বগদি ঐখোয়গী মকোক বসুদেবগ উনহন্বিমু। অদু ওইবগদি ঐনা মাগী মতুং শিন্ব ওইন ঙাংব য়াবে।'

'নন অপান্ব তৌ। তৌইগুম্বসুং নংগী শাজক্তু ঐনা পেন্দ্রগদি নংগী লম মচেং অমা ফাওব মাংজগনি'— কংশন হায়বমই।

'লমগী মপুদি ইবুংঙো নংহাক্তি' হায়ত্তুন খুবম্নগ নন্দ কংশগী মমাংদগী হন্দোবকই।

মতুংদ রুক্মিণী মংকাক অক্রুর অমসুং মখোয়গী শাগৈগী পুরোহিত গর্গাচার্যাগ লোয়নন বসুদেব অমসুং দেবকী উনরমই। বসুদেবগী মুপি অহল, অদুগা পোকপ মতমদি থক্তিকুং হেল্লব কহিনিঙ্গু উনবদুদ য়াওবমই।

কুইন শাংন অমসুং খোরাংন মখোয় মা তান্নরমই। তৌরিব মওংসি তৌফম থংদব মওংনি অমসুং কংশগী লাংদগী নাম্থোক্লব পংখ্রসি অমত্ত উরমদে। মতুংদ কহিনিন মমায়দি ডাংশ ডাংলদুন হায়জবমই অমসুং ময়াম পুন্নমক তুমিন্ন তাবমই। নাম্থোক্লব লগী মান তাকনি হায়রমই।

মমিত্তগী তংবকপ মপিন মমায় পুমচোৎ চোংন মহাক হায়জরমই—'তুগী লায়ফাও শোয়ব য়ারোই।

মতুংগী অয়ুক্ত কহিনিদু নন্দগ লোয়নন গোকুলদ চংখ্রে। তৌইগুম্‌স্সু নন্দন মথুরাদ লাকপদ পুরকপ গাড়ী পুন্নমক্তি লোয়-নমক হনখিদে। নন্দগ কহিনিগ তোংব গাড়ীদু নত্তন অতৈ অয়াম্বদি লম্বীদ লৈহোই।

অহিং অদুদ কংশ মং অমা মংলমই। মদুদগী মহাক অকী-অথংগ লোয়নন লাওরদুন মিকপ থোক্লমই। মহাক শ্বর মতেক হোল্লদুন ফমুংদগী হোগংলমই অমসুং মহাক হিংলি থল্লুবদ ভক্লমই।

কংশন মমংদ দেবকীন অডাং পোক্লিব কাদ চংলমই অমসুং দেবকীন মচানিপ অনি পোকই হায়দুন লৈরমই, অডাং অনিদু মখোং মখুং কাওদুন শান্নরমই অমসুং মহাক হিংলি থল্লুবদ ভক্লমই।

নিপাল শুবনি হায়ব অঙাংতুদি ফজংখ্রে। থংবা অশংব কুচু মাল্লি অমস্তুং উন উন মিকুপ খুদিংগী অস্থুম অস্থুম চাওখংল লক্লমই। থাং পায়বিব কংশগী খুত্তু পংথবমই অমস্তু মমিংন উবিবত্নমক মান থাজব ঙম্রমদে। অঙাংসি অঙকপ ফংন ফজরমই, মকোক্ত মণিমুক্ত হংপ লুহুপ উপ্রমই অমস্তুং মখুত্তক চক্র ঘমা পাযবমই। অঙাং অসিন চক্রতু লংলকপতুদ মহাক বা হাংব ঙমদন লেপ্রমই। মতুদ চক্রতুন পাযশিন্নক্তুন মাগী মংকক কক্লগ ঈমক্ত ঙংযত্নন মকোক্তু লৈপাক্ত তাবত্ন মান উবমই। অঙাং অত্নন মতুদ নোক্তুন লৈবতুস্ত মান উবমই।

মতুংদ কংশন পুতন কৌশিল্লমই। পুতনসি মাগী চংক- শেল্লিব সিপাহিশিংগী মকোক প্রত্যাতগী ন্তুপনি অমস্তু মান খ্বাইদগী হেন্ন থাজব রা তান্ননব মীনি। মাবু দেবকী শন্ননব শিন্নবে অমস্তুং মান মাগী মতুস্ত তগ্রমই।

দেবকীগী অঙাং পোকপ মতম য়ৌবক্কত্রা হায়বতুগী কুপ্ন শেন্ননব পুতনদ হায়বমই। মান চত্নুন পাও কুপ্ন লৌরমই অমস্তুং অঙাং পোক্কদোব থা অমুক রাংলি হাযব তগ্রমই। কংশত্তু মতু তাবদ শ্বব লৈতাবে, পোথাব ফংলে।

---

# বলরাম পোকপ

বসুদেব অমসুং দেবকী নুমিং তরানি চুপ্পা ভগবানবু খুবম-ফমই। মালেম মখোয়না কংশকপিথিব অমা লৈখি অমসুং মখোয়নসু মফম শায়দনা খুংগনবিগনি হায়না মপুং ফানা থাজৈ। ব্যাসন লংখিব ব্রম্‌সি শায়দনা চুমগনি হায়রবসি দেবকীনা থাজবমই অমসু মতু অমদা নুংঙাইজবমই

মখোয়বু ডান্‌ক্রিব সম্প্রিশিংনা বসুদেব অমসুং দেবকী অনিনা নুমিৎশিংদা অমসু ভগবানদা থাজবগা লোয়ননা নোংময় নোংমগী ডাংক্রব শৈনাক পুম্নমক হৌংনা মায়োক য়ারিবসি উরমই। মখোয়গী থম্মোইসু শংঙাক্রে অমসুং সুবগী নুচিব অমসুং নিংথৌ মচানুপ অমমক লোয়না-উম্মদবসি মখোয়সু খল্লমই। ব্যাসন তুগী হায়বদা অক্রুরনা অরাব পুম্নমকসি কোকপিনব ভগবান লেংথোকপিবদগনি হায়বসিদা থাজরিবসি উরগা মখোয়গী থম্মোই-ঙুংদ— থুন লেংথোকপিবকপদু মখোয়সু পাম্লমই।

গোকুলগী লুচিংব নন্দন সংখ্রব নুমিং তবানিগী মতুংদা অহিং অংথংবদা, নোংয়াক্টগী মতমদা বসুদেব অমসুং দেবকী ফাতুনা থম্লিব কোনুং অদুগী হি-থাংকম ঘাট অদুদা হি অমা লোম্ন লাক্লমই। হি অদুদা য়াওবকপ মী অহুমগী মনুংদগী ময়োম অমা য়াওবা মী অমা হিডুদগী কাখংলমই। বসুদেবগা লোয়ননা তত্তুনা লৈব গর্গাচার্যগা লৈমিন্নরব অক্রুরনা ঘাট অদুগী শিবিদা কুমথরক্লমই।

'বৃষ্ণিগী লুচিংব! ঐহাক লাকচবে' নহাক্তুন হায়বমই। অক্রুরন পুবক্লিব ময়োম অতুদ মথুংন থিল্লগ খা অমত্ত চাদন ইঙ্গিংন হংলমই।

'হোয়! সিনি, পোকপ নুপিমচা অমনি।'

অক্রুবন মথুং লোন্নতুন ভগবানবু খুবমজবমই।

ডাক শেন্দুন লৈরিব সন্ত্রি অনিথক মখোয়গী মনাক্ত লাক্লমই। অক্রুরন মখোয়দ তুমিন্ন হায়বমই— 'ব্রাহ্মণ নহাসি, নিংথৌ, মচানুপি দেবকীগী থক্লাই কননবগীদমক্ত মন্ত্র থীব লাকপনি, দেবকীসি মচা নুপা পোকপ য়াই।

সন্ত্রিশিংতুন ওক্তুন মমিং লাওন পাংতুন য়েংলমই অমস্তা থুনমক মখোয়গী মথৌ পাংথোকপ চংখ্রে।

গর্গাচার্য্যন হন্নুবী ধায় অনিগ লোয়নন নহা অতুন লাকপ ডায়রমই। মিকুপ থব মখোয়ন তুমিন-তুমিন্ন র. ডানবমই। বসুদেবন তুমিন্ন হিপ্তুন লৈবিব দেবকীগী মনাক্ত মথুং পায়বগ ফমতুন লৈবমই। গর্গন দেবকীগী কোক্ত মথুং থম্লগ হায়রমই— 'ইবেম্ম! ভগবান্ন নংডোন্দ শান্তি পিনবিব ওইসন্ন।'

গুরু দেব! চিংনবিরুন্নু! দবকার লৈরগদি ঐহাক মৈমুংদ চোংশিন্ন ফাওব ডমজগনি। 'ঐহাক করিমত্ত তৌরোই'— মোমোন তৌরগ মহাক্ত হায়জরমই। মকোক লিশিং পান্ন আনন্নন ঐবু কম্বিনব লৈবিরে হায়ন থগুরিব ডসি নুম্নিং নিনি গুবে।' মহাক্ত মথুং লোমজরে, গুরুগী অমসুং বসুদেবগী মখোং শোক্ত থুরমজরমই অমসুং হন্নুবীতুগ মথংগী কাদ চংখিরমই।

নহা অত্তুন পুরক্লিব, ময়োম অহু হনুবী অমদ শিন্নরমই। মতম থর চিক্ল লৈরমই। মতুংদ দেবকীন নাব খাংবগী লাওবহু ত.রমই। লাওবহু হেন্ন হেন্ন কনথংলক্লে। মতুংদ কপ্ন থংলাও লাওরম্নগ নাহেত্তুন লেংখ্রে।

গর্গাচার্য্য, অক্রুর, বসুদেব অমসুং নহাহু খর ফাওব হৌল্লি থংদন ভায়রমই। মতুংদ কল্লব অমসুং ম্নাক্লব নৌন পোকপ অভাংগী কপ্প তারমই।

মতম থর তুমিন্ন লৈনরে। অভাং কপ্পহু তোকংখ্রে। লেপ্লিব মীশিংত্তুগী মনাক্ত হনুবী অমা লাক্লমই।

'নিপানি, মপাঙ্গল কনংখ্রে' মাগী ময়া য়াওদ্রব মচিন্দুন নোল্লতুন, মুংংাইরতুন হনুবীতুন হায়রমই। 'লাকও, পুম্নমক লাক্লো।'

নিপাশিংতুন তপ্প কাত্থদ চংলমই অমসুং হাংদোক্তুন লৈব থোংত্থদ মুন-মুন য়েংলমই। মৈ নিংথিন থান্দব কাহুদ দেবকীসি কুচু তাইফেৎ তায়ন, য়াম্ন চোকথন হিপ্প উরমই। থা-শুকন পোক্লবসু, অভাহু মপুং ফান চাওরে অমসুং মমাগী মনাক্ত হেক পিথক্লিবমখৈ থক্লতুন লৈরমই।

অক্রুরন হায়রমই—'মতম মাংহল্লমু, সত্রিশিং কংশদ তাকপ চংখ্রে; মথোয় থুন হল্লকপ য়াই।

দেবকীন মথল্লাই মুংভাইজতুন নোক্লমই অমসুং 'ঐহাক থংজরে' হায়রগ য়াম্ন মমল য়াম্নব মণিমুক্তগুম চেংন মথবাক্ত

কোঙ্গরগ হন্নুবী অমদ পুখ্রো হায়তুন শিন্নরমই অমম্নুং তাঁবক্লিব মপিদু তৈথোক্লমই।

হন্নুবীতুন অমুক হন্ন কন্ন কপ্লব অঙাংদু লৌবগ ইকজথোকপি'র অমম্নুং লৈপাক্ত থন্নমই। গর্গাচার্য্যন অঙাংদু লৌখংলে অমম্নুং মতম পুন্নমক্ত মন্ত্র থীরগ মঙকশমদ লং অমুব অমা শিজিন্নিবে।

গর্গাচার্য্যন হংলমই— 'করি মম্নিং থোনগদগে ?'

বসুদেবন মাগী মুপিদ, 'কয়াদ মবিল ফগ্নবনো 'থল্লগ' মুংশিন য়েংতুন হায়রমই— 'দেবকী নং করি মিং থোন্ন পামই।' মান হায়জরমই— 'মসি মপাঙ্গল য়াম্ন কল্লি 'বল' কৌবিন্নু।

বসুদেবন মথোয়গী পুরোহিত্ত হংজরমই 'গুরুদেব! গুরুদি করি থোন্নিব পান্নিবগে ?'

গর্গাচার্য্যন নোক্লতুন খুন্নমই— 'ঐদি মাবু শঙ্কর্ষন কৌব পামই। মহাকসি মশান পোক্লকপ নত্তে, চিংথোকপনি।'

বসুদেবন অঙাংদু গর্গদগী লৌবমই অমম্নুং য়াম্ন মুংশিন কোম্নব মতুংদ লৈরিব নহাতুদ শিন্নখ্রে। নহাদু অক্রুরগ লোয়নন কাদু থাদোকুন খুদক্ত থোকখ্রে।

সন্ত্রিশিংতুন কংশদ তাকপ কোন্নুং তান্ন চেনখ্রে, মরমদি দেবকীন অঙাং পোকপগী পাও থজিক্তুং থিন্নদ শিবগী দন্তি ফংগদৌরিবনি। দেবকী অঙাং পোক্কদৌরে হায়রতুন পাওদু সন্ত্রি অমদগী অমদ মথং মথং চংথিরমই।

পার্দশিংগী কেপ্পেন প্রত্যুতান পাওদু তাবদ তুন্নমদগী হৌগতু্ন

কংশ উনব চেল্লমই। মহাক্ন হায়বমই—' ইবুংঙো! দেবকী অঙাং উনগদৌরে।'

কংশন মমংদ মিকপ থোকপগুম্ন হৌগংলমই অমসুং মমিং নোয়র-নোয়রহুন মাগী থাং পায়রমই অমসুং গাড়ী পুরক্নব য়াথং পিরমই। মহাক্ন গার্দকী কেপ্তেন্দুদ মাগী মুপিস্নু, মথন্নত, পুরকউ হায়হুন য়াথং পিরমই। মাগী মপুক্লিংদ য়াম্ন অকীব অমসু পোক্লমই, মরমদি মুমিং তরানিমুক্কী মমাংদ মংখিব মংহু মহাক্ন কাওব য়াদে অমসুং দেবকী মচা ফাইবোক পোকপসু য়াই হায়না মান থল্লমই। শগোল অমসুং শগোল গাড়ী চেম্বগী মথোলন বসুদেব অমসুং দেবকী লৈরিব লমহু পুমনিল নিল্লমই।

প্রত্যাত্য অমসুং পুতনাগ লোয়নন কংশন কোমুং অহু য়োরকপ মতমদ মথোয়বু ওকপ-গর্গাচার্য্য অমসুং বসুদেব চংফম থোংদ লেপ্লুন লৈরমই। কংশন হংলমই—' অঙাং নিপাশিংহু কদায়দ লৈবে' গর্গ—নিপামচাশিং! করম্ব নিপামচাশিংনো? কংশন হায়রমই—' দেবকীন পোকপ নিপা ফাইবোক্তুগী বানি।'

' নিপা অমিশুদে, অমা ফাওব পোক্কে। মুপিমচা অমা পোকই' বসুদেবন খুম্নমই।

দেবকীন ছিপ্পিব কাদ চংগে তৌরগ কংশন লাওরমই— ' নংখোয় মিনম্ব রা ভাংলে, পুতন, নংহাক চংলপ শোয়দব থংলুচা অঙাং মুপিহুদি কদায়দ লৈ?'

মহাক অসিদ লৈরে' গর্গনা খুন্নমই অমসুং অঙাং শেন্নরিব হন্নুবীতুন সিন পোকপদ ঙায়রিব গোকুলদগী ব্রাহ্মণ মচাতুন পুরকপ অঙাংতুবু য়োম্লিব ফীতু হাংদোক্লমই।

কংশন অশিব অঙাংতুদ মুন্ন য়েংলমই অমসুং ঙক্লমই। মতুংদ পুতন অমসুং মাগী মপুরোইব, কোন্নুং ঙাক্লিব কেপ্তেন প্রদ্যোত্যাদ লাওরমই— 'য়ুমসিগী কোচিন কোয়া পুন্নমক মুন্ন থিবু, ঐঙোন্দ করিগুম্ব যাহু অমা তৌরে।

মখোয়ন মুন্ন অতুগী থীব য়াবা কাচিন কোয়া পুন্নমক থীরে, তৌইগুম্বসুং অরেম্ব ভাবে।

কংশন নিংব কায়ন কোন্নুংদ হল্লক্লমই। মহাক য়াম্ন শাওবদগী তুফক-ভুফাই চম্ব অমা পোক্লে। মহক্ক থল্লমদব মঙংদ থোদোকসি চংথরক্লি। মশক উদব অকীব থুং অমন মাবু ফাবগুম তৌরমই।

মতম থরগী মতুংদ মহাক পোথারক্লে। মসি দেবকীগী অরেং শুব মচানি। নিপাল শুবতুদি লাক্কদৌব রাংলি। চেক-শিল হৌনব মতিক চান মতম লৈরি। দেবকী খুদক্ক হাংপসু মান থল্লমই। তৌইগুম্বসুং মান মহু তৌরবদি মাগী মপা অমসুং মখুবা চবা হেন্দুন শিব য়াই অমসুং যাদবশিংন ফোংন লাল হৌরক্কনি নত্তে! নিপাল শুব অঙাং পোক্লকপ ফাওবদদি ঙায়থিব তায়।

ব্রাহ্মণ পাথংতু য়াম্ন হৈব মায়বনি। ঙায়হাক লৈতন লামতুন লৈরব অঙাংতু খোহি লুপ্পব লশিং মতুম অমন তত্তন চুপহল্লমই।

নোংঙাব্রিবৈদ মহাক গোকুল য়োপ্রে অমসুং অঙাংতু বসুদেবগী মুপি অহল, নন্দগী অতিথি ওইন লৈব্রিব রোহিনিদ শিন্নপ্রে।

মহাক্ল নোয়রব অঙাংতু উরে অমসুং মপুরোইবগী শককম মাব্ব মমায়গী মওংতু উবদ হায়নিংঙাই লৈতন মুংঙাইজরমই।

মহাক্ল অঙাংতু মপুক থল্ল পিথক্লে অমসুং নাওশুম কমুংদ চিপহল্লে অমসুং মহাক তুম্লব তোরে। হৌগংলকপদ মহাকসি কীমনগুতুন পংথরমই। চাওরব থারৌ লিন অমন নাওশুমতুগী মথক্ত হায়র হায়রতুন লৈরমই। 'রোহিনিন তৌকম থংদন তুমিন্ন পংথতুন লৈরম।' মিকুপ অমুক্তু মহাক্ল যুগ অমাগুম্ল থল্লমই। মহাক্ল লাওরগ অঙাংতুদ লিন্দুন চিকপিগদ্রা হায়তুন লাওব ফাওব ঙম্রমদে।

য়াম্ন চিংনরব মিকুপ থরতু লেনখ্রে। লিন অতুন ঙায়হাক্তং মকোক্ত হায়তুন লৈরম্লগ, ফন্দোক্লিবতু হঞ্জিনখ্রগ তপ্প-তপ্প চংখ্রে।

রোহিনিন নাওশুম মনাক্ত চংলমই। অঙাংতুদি নোককেং-নোককেং তৌন মুংঙাইন তুমতুন লৈরমই।

---

# নিপাল শুব অঙাং

ব্রজ পুম্মমকসি মপুক্লিংদ হায়্নকম থংদব অমা পোক্লমই। মী খুদিংমক মাগী মাগী মওংদ থম্মোই নিকপগুম তোরমই। মুর শাগৈগী মকোক বসুদেবগী মুপি দেবকীতু, মাগী নিপাল শুব মচা পোকদোরে।

তোমথিল ওইব মুমিংসি নকশিল্লকপগ লোয়নন বসন্তগী মতমদ হৈরাং-লৈরাং পুন্নমক অনৌব য়েনিং হুন্দুন মকাফম্ন শাংকায়-বগুম্ দেবকীসি মান অমুক্ত ফংলক্তিব মুংঙাইব মওং অমা পুক্লিং হকচাং য়াওন ফংলমই। মাগী মমিংসি ভগবানবু মু শিজ-বগী ইরুং লংলমই, মবমদি মহাক তুম্ব, হিপ্প থায়দন জগংকী মপুবু কাওব লৈবমদে।

অসি পুন্নমক্কী মথক্ত মাগী পুক্লিংসি পোথাকম থংদব অমম্ন পোক্লমই। শোল্লবী, পাম্বে লৈত্রবী অমস্নুং লাইবক থিবী ওইবব মঙোন্দ ভগবান পোকপিগনি হায়বসি মান থাজব ডম্নমদে। অসিগী মথক্ত কংশগী মথুক্তগী যাদবশিংসিবু মান কম্ব ডম্নগ-দৌবিব্রা, নত্রগ মাগী ফত্রব মথুরাসিন পোক্লকদৌরিব অঙাংসিবু হান্তোকপিবগদ্রা ?’

চিংনব কযাসি লৈনমক মান ভগবান্দ শ্রদ্ধা লৈবদি শুপ-কায় কায়দে। শোয়দনমক নারদন তাকপিরম্ব তুংগী য়া অমস্নুং মুনি ব্যাস দেবনম্নু তাকপিবম্বসি চুমগনি হায়বসি মহাক্ত থাজরমই।

দেবকীগী মচা পোকদৌব নকশিল্লকপগ লোয়নন কংশগী চেকশিংম্ন য়াম্ন হেনগংলমই। মহাক অমস্নুং মাগী মপুরোইববু ডাক্লমলিব সিফাই পুন্নমক মহাক্ত লোথাকখ্রে। হন্দক্তি মমাংঙৈ-গুম্ন, অঙাং পোকপি মায়বী অমত্ত চংহল্লে। অদুগী মতুক্ত মাগী থাজরব পুত্তন অমস্নুং মাগী মপুরোইব, গার্দকী কেপ্তেন, প্রত্যুত্তান মখোয়গ লৈমিন্নব লাক্লে।’ তৌইগুম্বস্নুং দেবকীন পুত্তনাসি অম্নুকী মত্তিক য়েংনিংদে, মত্তুদি মাগী মনাক্ত চংহন্দে।

অতুম ওইনমক বসুদেবন সেবা তৌবী, লোয়নবী ব্লাংলে হায়ন দেবকীন খন্দনবসি য়াম্ন কল্পা লাক্লৈ। মান মাগী মশা শোল্লবী, মশক্তি ফজববী মুপিসি য়াম্ন লুন তৌই অমসুং মাগী অব্লাং-অপা করি লৈবমগদোবগে হায়বসিদ কুপ্ন শেষ্নৈ। মান মাগী ভগবান খুরম্বদ য়াওই অমসু' মপুক্লিং মুংঙাইরক্তব উবদ মুংঙাইনব থোগংলি। মুমিং খুদিংগী মান বেলকনিদ (Balcony) কাথংলগ, মুমিদাং ব্লাইবমদ যমুনাগী লৈচুন চেল্লিব ঈচেল যেংবসি মাস্ন য়াওই, অমসুং হৌগ্রব অকল-অথৌ কয়াগী ব্লাবীস্ন লিরমই।

মথোয়ন ভগবানগী অমসুং মাগী থৌজালনচিংবগী মরমদ ব্লাব্লী কল্পা শাদন অমসুং লেংদ্রব মুংশিনবগী থৌরিন অনিমক পুল্লি। কি গুম্ন মতমদ মথোয়ন ভগবানগী মরমদ ব্লাবী শাব মতমদ ভগবান্দু লেলকুন মথুং তিংথোক্কুন মঙ্গল পিবিবে হায়ন খব্ব য়াওই।

মথুরা অমসুং খুঙ্গং পুম্নমক আশ্রম লৈব মফম খুদিংমক মফম খংদব মুংঙাইব অমা ফাওবগুম তৌই। ধর্ম্ম কায়বন থল্লব কংশন পাম্ব চহি নিপালসি মরু ফংন মাংহন্নব লাক্কদৌব মতমদু মীপুম খুদিংন ঙায়চুন লৈনরি। কংশন অঙাং হাংপ খুদিংগী প্রজাশিংন লাক্কদৌরিব ভগবান্দুগী মশিং থীচুন লৈনৈ। হৌজিক্তি মথোয়ন নিংজবচু থুংগদৌব মতম য়োরে খন্দুন প্রজা অয়াম্বন থা থৌরাম্মীচাক্লচিংব গ্রহ অয়াম্ববু অমসুং লায়শিংবু ভগবান লেংথোবকপদ খুদোং চাব পিবিনবগীদমক খুরমজরমই। যমুনা তুংরলগী মপান্দ লৈরিব আশ্রম পুম্নমক্ত

ভগবান্ন পেম্বিনব পূজা কয়া তৌনৈ। লৈবিব ব্রাহ্মণ পুন্নমক্ত করিগুম্ব অর্চা পূজানচিংব তৌবদ ভগবান লেংথোকপিবরুব অকম্ব প্রার্থন তৌই।

হন্দক্কি কংশ মশামকস্থু মক্ম থংদব অকীব অমা মতম পুন্নমক্ত পোক্লমই। মহাক্ত হন্ন হন্ন যাদবশিংবু ওংপ-নৈব তৌদুন মস্থু য়ৈথেক্রব লাক্লবস্থু অপুন্ব ওইনদি মথোয়গী মপুক্লিং ওলহম্ব ডমদে। অয়াম্ব যাদবকী লুচিংব ব্রজভূমি থাদোক্তুন চংখ্রে। লৈহৌবিব থরন্থুস্থু মমাংদদি ফজন চাংতুন মবু থাগংলগ মতুংদদি মাবু মাননব থম্ব মী মক্তনি হায়বসিস্থু মহাক থংদব নম্ত্রে। মাগী চাক শেল্লিব সিফাইশিং অমস্থুং মাগী অবাম্ব এজেক্স-শিংদুদি মাবু নিংথিন, শেংন সেবা তৌই, মরমদি যাদবশিংন শাওবদগী মা-দন কন্দুন লৈবনি।

নোংম নোংমগী হৌথিব মতমগ লোয়নন কংশসি অকীব অমন ফাবগম তৌরমই অমস্থুং কীব হেক্সংলি। ভগবান লেংথোকপিবক্কনি হায়ব মতমন্থু নোংম নোংমগী হৌথিবন নকশিল্লকপগ লোয়নন প্রজ্ঞান থম্ব মওংদু মাগী এজেক্তন তম্নবত্থুদ মাগী মপুক্লিং লৈতাব ডমস্ত্রে। পুন্নমকস্থু মান চিংনব হৌরে। করিস্থু লৈতব মবমগীস্থু য়াম্ন শাওব হেল্লে। কবিগুম্ব মতমদস্থু নিংশিংব ডমদব, কাওগম্ব থোক্লে। তুম্ব য়াদ্রে। মংদস্থু অকী-অথং কয়া মংলে।

কংশগী ৱাথলদগী বস্থুদেব অমস্থুং দেবকী শেন্নরিব সন্ত্রি-শিংদু হুমিৎ হুদিংগী ওল্লি। মথোয়গী পুরোহিত, গর্গাচার্য্য নত্তব

কনা অমত্তু উনবস্থু য়াদে হায়ত্নন অকম্ব য়াথং পি। দেবকীগী নিপাল শুব মচা হাংপ মতমদ, প্রজা মরক্তগী লাল হৌরকপ য়াই হায়ত্নন মহাক্ত মগধগী লান্মী সহরগী অরুব মফমদ থমই।

শ্রাবন থাগী শিথরকপগী নিপাল শুব মুমিংনি। মুমিংসি মুমিং চুপ্প থাকপ লাওবগ, নোং কম্ন তায়, মুংশিংস্থু কম্ন শিংলি। মী লম্বী চংপ ঙম্নদে। অতুম ওইনমক, মুমিং তারম-দাইদ নোং মুংশিং কন্ন শিংনবস্থু গর্গাচার্য্যাদি কোম্নুংগী নোংমগী ভৌফম থোকপ পুজা তৌব লাক্লমই। মতু লোয়রগ অহল ওইরব পুরোহিতন বস্তুদেববু কোল্লমই অমস্তুং মনাকোংদ পাও অমা হায়ল্লমই।

নোং কন্ন তাব শুপলেপ লেপ্পমদে অমস্থুং মুমিং তান্ত্রি-কৈঙদগী সহরদ মম্ব হৌখ্রে। মুমিং চুপ্প নোং থাকপগ, লাওবগ, নোংথাং কুপ্প শুপলেপ লেপ্পমদে, নোংস্থু লেপ্তন কম্ন তায়, মুংশিংস্থু মী লম্বী চংপ য়াদবমথৈ কম্ন শিংলি। পুতনাদি অম্নুক ময়ুমদ হল্লকপদগী লম্বী ঈশিং থুমত্নন মাগী মথো পাংথোকপ হল্লকপ ঙম্নমদে। কোম্নুংদু ঙাক্লিব সন্ত্রিশিংন শরু ফাওব, চিক-চিক লাওন ইংত্নন, পুতন চংলক্নব থোঙ্গালগী থোং হাংদোক্লম্লগ মাম্মী মাগী কাদ চংত্নন লৈনখ্রে।

দেবকী হিপ্তুন লৈরিব কাদ থাওমৈ অমত্তং থাল্লিবতু নত্তন কোম্নুংতু অমম্বন পুমকুপ কুপখ্রে। বসুদেবন মাগী মনাক্ত ফম্নমই। নোংতু ঈরি নাম্বন চুরমই অমস্তুং মত্নন য়ুমথক্ত অকীবগী মশক

ফংন্‌ মখোল থোক্লমই, নোং থাকপগী মখোলন অহাংব কা কয়াদ য়ৈবদ অকীব ফংন নিল্লমই।

আকশসি নোংথাং কুম্মদগী মরক মরক্ত পুমডান পুমডান ভাল্লমই। কল্লব নোং থাকপন কোম্লুংহু নিক্লমই দেবকীন থংহৌদন অকীব পোকপদগী হৌগত্তুনা ফম্লমই। মথংগী মিকুপ্ত অনাব থাংনন-বগীদমক লাক্লবদ বসুদেবগী মথুং পায়রমই। মান মপুরোইববু শুরমজবগী মওংদ য়েংজরকপদ নুংঙাইজহুন মমিত্ত মপি শিন্থরমই।

মিকুপ অহুদ মাগী অনাবহু থাংনব লাক্লগ মান হায়জরমই— 'ইবুংঙো! মহাক লাকদৌরে।

বসুদেবন য়াম্ন চেকশিন্ন মথুং পায়রগ, মাবু, থংনব কাদ পুশিল্লমই।

নোংয়াই মতম য়ৌরে। নোং কম্ন ভাব অমস্নুং নোথাং কুম্মদি লেপ্তে। মঙ্গলগী মশক ওইরব অভিজিৎ কৌব থৌরাম্নিং-চাক কাংলুপন নোংপোকলোমদ্দ থোকপ মতম চপ চান দেবকীন ইরা য়াদন অঙাং অমা পোক্লে।

ইংগব মপুরোইব বসুদেবন মাগী মায়বী ওইরে। মংথোয়গী আশা পুম্নমক মডোঙ্গ লৈরব অঙাংহু মান থাঙ্গৎপ মতমদ মহাক পুমওক ওক্লমই। অঙাংহু চুং ফিরানচায় অমস্নুং কুচুদি আকশকী মুচু থক্লো অশংবগী মচু য়াম্লি। অতৈ অঙাংশুম্ন পোকপদসু কাপ্তু অমস্নুং কম্নগী মক্তু মাগী পিক্লব মচিন্দুদ য়াম্ন ফকরব মওংদ নোকফেং-নোকাফেং তৌরমই।

বসুদেবন অঙাংচুদু য়েংজব মতাংদ মহাক পুমঙক ঙক্লমই। মিকুপ অমদ মহাক্ন শঙ্খ, চক্র, গদা মোইবুং পায়রব জগৎকী মবুংহোচু মমাংদ লেপ্প ওইন হেক উই। মুনি বেদ ব্যাসন তুংগী থোক্কদোব য়া তাকপিরম্বচু চুয়ে।

বসুদেব জ্ঞান মাংলম্বদগী মিকপ থোরক্লে। হৌজিক মান তৌগে লেপ্প মথোচু তৌব ভারে। মতম থক্লদং মান অঙাংচু দেবকীগী মখুত্ত শিন্নরমই, থাওমৈ অনিথক মথুংন পায়রগ বেল-কোনিদ কাথংগ্রে অমসুং আরতি কৎপগুম্ম হাইরম্মী। তুরেল য়াংমদগী পাওখুম লাক্লে, মৈরা অমা কোরক কোয়ন হাইরম্মী।

বসুদেব দেবকীগী মনাক্ত হল্লক্লে অমসুং অঙাংচু শেংন ইরুথোকপিরে। মান থোহি লুপ্প লশিং মতুম অমা অঙাংচুগী মচিন্দ ইনবিরমই অচুগ থুমোক অমদ হাপচিল্লে।

‘দেবকী! ঐহাক হৌজিক চত্তব য়াল্লে।’

‘কবয় চংকদোরিবনো! ইবুংঙো! লোং মুংশিং কয় শিংলি অমসুং যমুনাসু ইচাও হৌরি।’

‘ইবুংঙো মান অল্লিংবনি’— বসুদেবন খুল্লমই অমসুং সত্রিশিংচু করি তৌবিবগে য়েংব থোরক্লমই। সত্রিশিংচু মথোয়গী কাপী থোংচু লোনশিল্লগ তুমজন লৈরমই। পুত্তনাদি ময়ুমদগী হল্লক্লমদে অমসুং থোঙ্গান্দু হাংদোক্তুন লৈরমই।

বসুদেবন অঙাংচু অকল্প কী অমন য়োমশিল্লে, থুমোক অমদ হাপ্লে, ফক মচা অমন কুপ্লগ থুমোক অচু মাবংবান্দ হাপ্লগ কোমুংচুদগী মপান্দ থোরক্লে।

ফার্লং অনিবোম লাপ্প গোকুল চৎননবগী প্রকৃতিগী ওইব লৈশেম্ন শেম্ব নুংমক্ত ওইব লম্বী অমা লৈ। মহাক মফমত্তু তাম্ন থুমোক্ত মকোক্ত হাপ্লগ চৎলমই অমস্তুং অঙাংতুদি য়েংথংব খোংবিত্তু চুপ্লগ মুংঙায়ন তুম্লমই।

অঙকপ থৌওং অমগ থোকই। থারো মকোক মাম্ব মুবব নোং মপাক অমন অঙাং অত্তুগী মপাদ থম্বগুম তৌই।

বস্তুদেবন ফোপ, উত্তু তাম্ন চৎলমই অমস্তু স্নংথক্ত যমুনাত্তু কম্ন চেন্নবস্তু বস্তুদেবন যমুনা'লাম্ছোক্লে অতোপ্প তুবেল মপান্দুদ গর্গাচার্য্য অমস্তুং গোকুলগী যাদবশিংগী মকোক নন্দগ লেপ্তুন উ অমগী মখোংদ ঙায়ত্তুন লৈরমই।

গর্গন বস্তুদেবন পুরম্লিবা থুমোক্ত লৌবে অমস্তু অতোপ্প থুমোক অমা পিবে।

বস্তুদেবন হংলমই—'অঙাংসি কনাগী মচানো?' 'বস্তুদান ঙসি অমুক পোকপ মচানি।'

বস্তুদেবন মুংঙাইজব অমস্তুং তৌবিমল থংব উত্তুন নন্দদ হায়রমই—' নন্দ! ঐনা করম্ন নংগী লমন শিংব ঙমগনি হায়ব থংদ্রে।'

নন্দন বস্তুদেবগী মখোং শোক্লগ হায়রমই?—'ইবুংঙো! নংন ঐখোয়গী মপুনি। ঐগী লৈজব পুম্নমক নংগীনি।'

নন্দুন গর্গাচার্য্যগী মথুক্তগী থুমোক্ত লৌরমই। মত্তুদ থুমোক্ত কুপ্লিব ফক্ত নাম্থিরমই। নোংথাং কুপ্লমই অমস্তুং মহাক্ন কুচু শংবাম্নবব, মমিৎ অমুক পাংথোক অমুক কুপশিন তৌরিব কজরব

অঙাংদু উবমই অমসুং অহল ওইরব যণশেন্ন অসিগী থম্মোইদ নুংশিবগী ইথক অমা কন্ন হৌরমই।

অরাব পুন্নমক কোকপিরগদৌবদু লেংথোরক্লে।

---

# কংশগী চেকশিন থোরাং
## ( STRATEGY )

কংশ য়াম্ন নুংঙাইত্রে। চহি কয়া, চংন-চংন পোথাকম খংদ্রহুন লৈবদগী মাগী মশাসি শোক্লক্লে। মান অঙম্নমখৈ তুংগী লায়ফাওসি চুমগদ্রা হায়ন মপুক্লিংদ চিংনবদি ইকোক কোকপ চমদে। খুদোংথিবসি কোক্লনব মান তৌব য়াবমখৈ তৌবে হায়বসিদ কবিমত্ত চিংননিংঙায় লৈত্তে। বসুদেব অমসুং দেবকী শেন্নহল্লিব সস্থিশিংসি মান য়াম্ন থাজব মীমক্তনি। মাগী মথুরাম পোকপ, মান য়াম্ন থাজব মচন পুত্তন হায়বসিন দেবকী শেন্ন-বিবনি। শাগৈগী পুরোহিত গর্গাচার্য্য নত্তন কনা অমত্ত চংহন্দ্রিবনি। মহাকসু অয়ুকী পূজা তৌব লাকপদনি অমসুং মান লাকপ মত্তমদ পুত্তনাসু লৈ।

শ্রাবনগী থা শিথরকপদগী নিপাম্নি ত্তব মুমিত্তুদি কংশসি মিকুপ অমা ফাওব তুম্ব য়াদে। মহাক য়াম্ন খিন কীরমই। নোং থাকপ, লাওবগ তৌবহুন মাগী থম্মোইদ য়াম্ন অকীব অমা

পোকহল্লমই। নোংথাং কুপ্তুন নোংখাক্লকপদ মহাক অঙকপ ফংন কীরমই অমসুং খংলমই। অসিগুম্ব ওইথোক্লব মওংদ থোক্লিব থৌদোকসি মাগী অরোয়ব লাক্কদোরে তাক্লিব্রা?

কংশন মাগী লৈফমতুদ হঙ্গৎ-হন্দ চত্তুন লৈরমই। খাংফম খংদব অমন মাবু ফাবগুম তৌরমই। মসিগী থৌদোক অসিগী· দমক মহাক শাংলব চহি তরাসি ঙায়তুন লৈরক্লবনি। নোংম নত্রগ নোংম থোকপা য়াব মতম, মিকুপ য়োৗরে। মতমতুদ মহাক্ল দেবকীগী নিপাল শুব মচাদু হাৎকনি অমসুং তুংগী লায়ফংওতু লালহনগনি।

পোথাফম খংদতুন মিহুৎথোং তান্ন চৎলি অমসুং হাংদোক্লগ আকাশত য়েংলমই। তৌইগুম্বসুং য়েংবা ঙম্লমদে, মবমদি নোংলিক ফুজিল্লকপন মশা চেংলি। মহাক্ল মিহুৎথোংতু থিংজিল্লমই অমসুং মকোই নাল্ল-নাল্লতুন হঙ্গৎ-হন্দ চত্তুন লৈরমই।

কংশন মাগী মপুক্লিংদ চিংনতুন লৈরিব লাক্কদৌব খুদোংথিবতু কাওথোকপ ঙম্লমদে। পোথাফম খংদ্রব শাংলব অহিংতু লোয়ব লৈতবগুম চৎখরি।

মহাকী মী অমদ তান্ননিংঙাইস্ব লৈতে। মাগী মীশিংন মাবু কী, মাগী মুপিন ফাওব কী। মাগী ফত্তব থবক তৌব মীন ফাওব মাবু কী। মহাক মশামকপুস্তু মশান কীজরে। মসি মতম খরগীদনি, হৌগ্রদৌবনি হায়ন মশা মথন্নত থেমজল্লে।

দেবকীগী মচা নিপাল শুবসি লোয়শিনখ্রগদি—মাগী অকীবসি লোয়রগনি খল্লমই।

মতুংদ কাতুদ মঙাল খব চংলাক্লে, নোংঙাল্লে, তৌইগুম্বস্নুং আকাশতি নেংন কুপশিন্দুন লৈ, নোং তাব লেপ্তে।

হৌজিক্তি নোং পুমঙাল ঙাল্লে। দেবকী মচা পোক্তি হায়তুন পাও তম্ব পুতন লাক্লগনি। মতুম্ম অন্নাব পিব অমনি, মতুন খাক্ম থংদব অহিং কয়া ওই, তৌইগুম্বস্নুং মতুন মতম খরদি দ থাকম ফংগনি।

মমৈথদ পুতন লাক্লে অমম্নুং মখুং লোম্নতুন মাবু খুরম্নগ হায়জরমই— 'ইবুংঙো! মহারাজ! দেবকীত্বু মচা ম্নুপি অমা পোক্লে।'

কংশন য়াম্ন চিনন হংলমই—'নংন হায়বিবত্বু শোয়দ্রব্রা?'

মাগী পাথংপত্বু লাকশিল্লগ পুতনন য়াম্ন খৌনা ফনা মিনম্ব অমা হংলে—'শোযদ্রবনি ঐগী ইমাংমক্তদ পোকপনি।'

কংশদি অত্বুম ওইনমক থাজবদি ঙম্লমদে।

তুংগী লায়ফাও ভতুন চুম্ব তাববদি নিপাল শুব মচাসি নিপা ওইফম থোকই। ম্নুপিমচাসিম্নু হাংকদ্রা? কবিগী খুদোংচাবোইদৌব থমগদগে? কংশন থল্লমই।

কংশন মাগী গদা লৌরগ লাওবমই 'ঐগী শগোল গাড়ী পুবকউ।' বসুদেব অমম্নুং দেবকী বন্দি ওইন থম্লিব, সহরদগী লাপ্ন লৈব যোম্নুং, বন্দি শং তাম্ন মহাক্ন শগোল গাড়ী তোংত্বুন লাক্লে।

দেবকী যাত্বুন থম্লিব কাদ থোংথাং কম্ন কংশন চংশিল্লক্লে। 'অঙাং কদায়দ লৈবে, ঐহেন্দ পিয়ু' মান লাওরমই।

'যুবরাজ! মসি মুপিমচানি, মুপা নত্তে। করিগী ম'বু হাৎপ পাম্বিরিবনো?' দেবকীন হংজরমই।

'মুপা থংদে, মুপি থংদে মহাক হিংহম্ব য়াদে' অসি হায়বগ লোয়নন তূমতুন লৈরিব অঙাং অদুগী মনাক তাম্ন চংশিল্লমই। দেবকীন মমিত্ত ঈরা চেল্লতুন মখুৎ লোম্নতুন হায়জরমই— 'য়াম্বুং! নংন অম্মুক য়াম্ন মিনুংশি থংদব শাজৎ চংলিবসি কবিগীনো?' য়ামত্রবদ ইচা অমত্তদি হিংহম্বিযু। ইবুংঙোগুম্ব মতিক মগুণ লৈরব নিংথৌ মচা অমদ অঙাং অসিন কবি তৌব ঙমজগদোবগে?' অসি হায়তুন ম'গী থাম্মাই কাইথিবতুগুম্ন অঙং অদু লৌখংলগ কপ্প-কপ্প মথবাক্ত কোল্লমই।

কংশন অঙাংদু নমতুন লৌরগ মথো পায়তুন মকোক্ত মথা থংলগ থাঙ্গংলমই। খংহৌদন মহাক তৌফম থংদব অমা পোল্লক্লে, মখুত্ত থক-থক নিক্লমই। অঙাং পায়রিব মখুৎ অমম্বুং অংদু লৈপাক্ত হাইহত্তুন হাংকে তৌবদু খংহৌদন ইপং পংথবমই অমম্বুং অঙাংদু মখুত্তগী নাম্বোকখ্রে। মতুগ লোয়নন য়াক্লব অকীবগী মশক ওইরব খোম্থাং অমগ থোরক্লমই অঙাংদু মিহুৎ থোংদ পায়থোকখ্রে।

কংশগী মমাংদ কাদু উক্ত-উক লৈবগুম তৌরমই। 'নংবু হাংকদোবদি মক্কম অমদ পোকখ্রে' হায়তুন য়াক্লব লাইগী ওইব খোম্থোক অমা লাওব তাবদ কংশসি ঙাওখ্রতুন কাদুদগী তুরোই ঙারোই, মপান্দ থোরক্লমই।

কংশন দেবকীগী কাদগী থোরকপদগীদি মহাক চুম্ন লেপ্ল

ফাওব ঙমদ্রে, মথুং নিক্লে। য়াক্লব মফম খংদ্রব খোম্পোক অত্তুদ তা-ভুন লৈখ্রে।

পুতনান ঈশিং কপ অমগ লোয়নন মাগী মনাক্ত থুন চংশিল্লমই। মাগী মপুংবাইব প্রত্যুত্স্ত চেনশিল্লক্লে অমস্তুং মাগী মনাক্ত লেপ্লবে।

মান হায়বমই—'ইবুংঙো! কোন্নুংদ হন্বন ফগদ্রা?' কংশন খুম্নমই — 'মফমসি থাদোক্লসি।' মহাক মফম খংদব অকীব অমন ফাবগুম তৌবমই।

'বস্তুদেব অমস্তুং দেবকী অনিবু কবি তৌজো হায়বগে? ঐহাক মখোয়গী মনাক্ত লৈজখিদ্র নত্রগ যুমদ চংচবো হায়ব্রা?' পুতনান হ ঙবমই।

হ লিব রাহংশিংসি খংদবগুম কংশন পুতনাদ য়েংতুন লৈবমই। মত্তুংদ খোনসি নিক্ল হায়রমই 'মখোম্নসি মখোয়ন পাম্ব মতমদ চংহনখ্রো, মখোয়ন পাম্নবাদি মখোয়গী কোন্নুংদ চংখ্রো হায়যু। ভুংগী রাত্তু নারদন ঐঙোন্দ ফাগী তৌব ওইরম্লে। মখোয়সি চংহনখ্রো।' মহাক মত্তুদগী মাগী কোন্নুংদ হল্লক্লে।

মত্তুংগী স্নুমিত্ত মাগ য়ানব মী ময়াম অমগী অপুন্ব মীয়াম অমা কৌবমই। মত্তুদ মাগী মরু ওইব রা ভাম্নফম্ প্রালম্ব য়াওবমই। প্রত্যুত অমস্তুং মাগী স্নুপি পুতনাস্তু য়াওরমই। মগধগী, লান্দ য়াম্ন হৈবব অহল ওইবব বহুকস্তু য়াওরমই। মহাকসি মাগী মচা স্নুপি অনিগী স্নুংঙাই য়াইফ য়েংনবব মগধদগী মথুরাদ থারকপনি।

কংশনময়ামদ, থোকখ্রিব থৌদাক্তু তম্নমই। য়াক্লব খোম্থোক্ল ওইথোক্লব মওংদ অডাং অতুন লাওবগ পায়থোকখিব অমস্তুং 'নংবু হাংকদোৌবদি মফম অমদ পোকখ্রে' হ য়ৎস্বসি তম্নই।

কংশগী মক ওইব রা তান্নফম, প্রালম্বন যম্ন নেল্লুরু হায়বমই— 'ইবুংঙো! ঐনা খংজব অচুম্ব রা থবা শেংা হ যডব স্নাগদ্রা?'

কংশন য়াব থ ননব মকেক হাইবম্মী। 'ইবুঙো! ইবুংঙোন তাবিব রাহৈশিংতু ইবুংঙোবু চেকশিন্নবগীদমক লায়শিন হাৎব রাহৈ ওইগনি'— প্রালম্বন হাযবমই— 'মীন ইবুংঙোন বী অমস্তু রা-ডাংথোক্কে। তৌইগুম্বস্তুং পুম্নমকপু অরাব কেকপি-গদোব মীতু ডায়তুন লৈবিবনি।'

'ইবুংঙো! ঐস্তু খোম্থোক অমা তাক্তে, কাদামদগী লাকপনা হায়বদি খংজদে। রাহৈদি— 'নংবু মাহল্লগদোৌবতু লম অমদ পোকখ্রে হায়।'— পুত্নান হায়জবমই।

কংশন মতম খবদং তুমিন্ন লৈবমই। মতুদগী পিশুম শুক্তো-ক্তুন হায়বমই— 'ঐহাক তাপ্পা য়েংতুন ডায়তুন লৈব যাদে। নুমিং তবাশিমুক অসিগী মন্নুংদ পোকপ অডাং পুম্নমক হাত্রেৎবউ। মতুদস্তু নত্তে, হৌখিব থাসিগী মন্নুংদ পোকপ অডাং পুম্নমক হাংলু। ইকায খুম্নফম ওইবব বহুক! ইবুংঙোগী মত কবিনো?' কংশন অহল ওইবব মগধগী লাম্মীতুদ হংলমই।

জরাশন্ধগী মন্ত্রি ওইরম্ব বহুকন হায়রমই 'নতিক নগুণ লৈরব মহাবাজ! ইবুংঙোন ঙম্বমথৈ অডাং হাংপ য়াই,

তৌইগুম্বসুং প্রজান মখোয়গী অরা-অনা কোকপিগদৌব মী অমা থোবক্কনি হায়ন থাজরিবসিদি থিংব ঙম্মোয়। মখোয়না মখোয়গী থাজবিবতুদ ভায়তুন লৈবিবমথৈদি ইবুংঙোগী খুদোংথিব ওইগনি।

'তুংদ থোবকদৌবতু প্রজান থলহন্দব হায়বসিদি করম্ব ওথোক্কনি' কংশন হংলমই।

'মপু ইবুঙো! প্রজাশিংসি মরিল য়াওদবনি। য়াম্ন অকন্ব চৈথোক পিবগদি— ইবুংঙোবু শে য়দন মবুংঙোনি হায়তুন য়াগনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়বু অরাব বোকপিব অমা লাক্কনি হায়ন থাজবিবতু য়াম্ন মখোযগী আশা থুদকপদি তৌবিকম্নু' বহুকন হায়রমই।

'মখোয়না করাব অমা লাককনি, হায়ন থাজবিবতুদগী ঐনা কন্ম নাম্লক্কদগে?'

বহুকন হায়রমই—'ইবুংঙো! মখোয়গী আশাসি মুনি ঋষিশিং অমসুং ধম্মগী মবম্দ রা ভাংব ব্রাহ্মণশিংনা হিংহন্দুনা থম্বনি।'

নন হায়বিবতু চুম্লে। ঐনা তৌব পুম্নমক অধম্মনি হায়। বহুক! অদুংসি য়াম্ন শিংই। নংদ ঐখোয়গী মতিক মগুণ লৈবব, উকাবাক জ্ঞানশঙ্কন তম্বীবক্লবনি। নংদি মতিক চনা সংসারগী ওইব জ্ঞান লৈবম্লগনি। ঐখোয়ন করি তৌব য়াবগে হায়বতু থ ভারো।'

'মথৌন লৈব নিংথৌ অমগী মগুণদি — প্রজান থাজরিব অবতার অমা লাক্কনি হায়বসি মক ফংন মাংহনথদৌবনি।

ঐনা হায়জথ্রবতুনি— মসিগী আশাসি মুনি ঋষিশিংন লেংদন কায়হন্দন থম্বনি।'

'মখোয়দ করি শাজং চত্তুন মায়োক্লগদগে?'

'নতিক নগুণ লৈরব ইনিংথৌ! মখোয়গ থেংনবসি অরায়ব থবক নত্তে। মখোয়গী মশাদ অকীব, অপাম্ব অমসুং মীব য়েংথিবসু লৈতে। মশাগী ওইব কবিগুম্ব অপাম্ব চনত্ত লৈতে। মরম অসিন মখোয়সি য়াম্ন মথৌন লৈ। মসিদসু নত্ত্রি। মশা মশান শেমজব অকম্ব নিয়ম চংপ, শেংলব বেদগী ব্রাবু থাজব, লায়শিংবু কৌতুন পূজা তৌব অমসুং নিংথৌগী তৌব ওম্ব শক্তিদগী ধর্ম্মন হেল্লি হায়ন তম্বীব ব্রাহ্মণ কাংবু অমসু লৈবি। মখোয়ন নংগী য়াথংসি হরাওন ইল্লোয়। মখোযন ধর্ম্মনি হ যবিব অতুগী মতুং ইল্লগ মী পুম্নমকপু ব্রায়েন তৌই।'

'ঐবু মখোয়ন য়াবিনব মবাং কায়ন লনথুম কয়া পিতুন লাক্লরি' কংশন হায়রমই।

লনথুম পিবদন, ইবুংঙো, মুনি ঋষিশিংবু ফাব য়াবোই। করিগুম্ব অমত্তন মখোয়গী লমচং মাংহম্ব ঙমলোয়। ইবুংঙোন ব্রাহ্মণদ লনথুম ময়াম পিরবসু মখোয় কুংঙাইনি— ঐসু থংক্কে। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী থম্মোইদ জ্ঞান্ন মপুং ওইন পাম্বদি অতুন লৈগনি। 'মখোয় লোয়নমক ঐনা হাংপ ঙমগনি।'

'ইবুংঙো! ইনিংথৌ! মখোয়বু নংন হাংলবদি প্রজাগী অশাওব ইবুংঙোদ পুল্লপ হাপ্লকনি। মখোয়বু ত স্থোক্লবসু— মখোয়ন চংথিব মকমদ ইবুংঙোগী য়েক্লব হেঙ্গংলক্লব হোংনরক্লনি।

কংশন অহল ওইরব বহুকনী রাজু তুমিন্ন তারমই অমসুং অহল ওইরব বহুকন মখা চংথন হায়রমই— 'নতিক নগুণ লৈরব ইনিংথৌ ! মুনি অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু মাংহন্নব লম্বী অমখক্তং লৈ। ইবুংঙোগী লনগী পুক্কে হাংদোক্লো ; প্রজাদ নত্তব চিঞ্জাক চাব, ময়াই-কাব পোং থকপ, মখল মথেলগী কুম্মৈ ইরাং তম্বীয়ু। নুপিশিংদ মখল মথেলগী মুংঙাইব পিতুন মখোয়গী লমচং মাংহল্লু. অপাম্ব য়াম্ন পিতুন মখোয়গী ইমুং ইংন লৈহনগন্নু। নহা অঙাংশিংদ, মচা-শিংদ মমা-মপাবু কান্নদ্রব। মীরেম্নি হায়ন খলহল্লু। মখোয়ন পুন্সিগী পম্বুংফমদি হিংলিঙৈদ মুংঙাইহৌবনি হায়ন খল্লগদি মুংঙাইবদ লুপ্পুন ঋষিশিংগী মরা তারোই অমসুং ব্রাহ্মণশিংন হায়ব— মথৌনি, জীব মুংশিগদৌবনি, তপ-যজ্ঞনচিংব তৌগদৌবনি হায়ব লৌবগী মচুত্ত মখোয়সি মশা থবক শুনিংদতুন লেম্ন লৌব পম্ব, মশাগী ওইজবদ পাম্ব কাংবুনি হায়ন লৌরক্কনি। ময়াই-কাব পোং পিজরো, য়ু-পিথক্লো, শেঞ্জা-থুমজা হেনগংহল্লো,— অদু ওইরগদি প্রজাশিংসি ষণজেন্নহান তৌনিংবদ তৌব য়াব নোয়-পেল্লব ষণগ চপ মান্নরক্কনি। অদু ওইরগদি ইবুংঙোন তৌনিংবদ তৌব য়াগনি, ষণগুম্ন মপুক থন্ন চারগ পেন্দুন লৈবগুম ইবুংঙোন তৌনিংবদ তৌব য়াগনি।

বহুক ! নংন ঐখোয়দ উংলিব লম্বীতুদি মতম চংগদৌব শাংগ্রব লম্বীনি। অতুবু ঐখোয় ইম্নব লাক্কগে। মরক অসিদ পুত্তন ! মুমিং থরসিদ অঙাং কয়া য়াম্ন পোকথিবগে থিয়ু অমসুং মখোয় অমত্ত হিংদনবসি নংহাকতৌ'

# মাগী মমিং কৃষ্ণ থোল্লে

দেবকীদি, হৌজিক্তি মনিং তন্নব অমস্তুং মশাগী কোন্নুংদ লৈবরস্থু মাগী ওইব মংগী জগৎ অমদ লৈ। মুরপ্প শংবান্নবব মাগী মচা অহুদ উহুন লৈ, মথোং কাওই, মাগী অমৃত থকই, ময়া কাথোক্তুন মোমোন নোকই, লংলব ফজখ্রব মমিং অনিহুন মাবু নুংঙাইহুন য়েংহুন লৈ। মগা বস্থুদেবগদ লৈমিন্নব অমস্তু কনা অমত্ত লৈতব, মী তাবাবাই থন্ব মতমদ মাগী রাবী শাবগদ নুংঙাইজে অমস্তুং শাই। তোমথিল ওইবব অহিং অহুদ বস্থুদেবন অঙাংহু হেক লোব মতমদ থোকখিব থৌদোকশিহু দেবকীন তাবগী পেম্ব লৈতে। অঙাং অহু মান হেক লোখংপ মতমদ মাগী মমিত্ত মখুৎ মবি পাম্ব বিষ্ণুগী মওং ওইন উব, থংহৌদন থম্মোইদগী ভগবানগী স্তুতি থোরকপ, থোংগী পোবোলশিং মরন্নাই হাংদোবকপ, সন্ত্রি পুন্নমক তূম্ব, নোং তাব লেপখিব, ইহৌরকপগী কন্ন চেল্লম্ব যমুনাগী ঈচেল মান কুমথবকপদ লেপখিব, মকোক লিশিং পাম্ব লিনগী নিংথৌ অনন্ত ভগবান মাম্ব নোংন মাবু থন্ব, কনা অমত্ত থংদন মহাক্ল যশোদাগী মচান্নুপি পুবকপ, করম্ন কংশগী মখুত্তগী নাম্থোক্লগ মিহুং থোংদ পায়থোকখিরমদাইদ য়াক্লব থোঞ্জেলন লাওরম্বহুন কংশগী থম্মোইদ হায়ফম থংদন অকীব পোকহল্লম্ব— মসিগী রাবীসি তাবগী মান অপেম্ব লৈরমদে। দেবকীন বস্থুদেব অমস্তুং গর্গাচার্য্য নত্তন কনাগুম্ব অমত্ত উনব

পান্নমদে, মবমদি মখোয়গ লোয়নরগদ মাগী থম্মোইগী অথুপ্প, মুংশিবগী ইচেলহু ফোংদোক্কুন ৱারী শাব য়াই। করিগুম্ব মতমদ মুংশিজরব মচাহু গোকুলদ করম তৌরমগদগে, খন্বদ খোরাংবন মহাকসি গোকুলদ লৈবগুম হেক তৌই। অহুম ওইনমক কনাগুম্বন মাগী মচা হিংলি, হায়বসি খংথিগনি হায়বগী য়ান্ন চেকশিন্ন তারমই।

অহিদ বসুদেবগী থবক্ত মখুং থম্লগ হিপ্প মতমদ মান অঙাহু কোন্দুন পম্বগী অকম্ব অপাম্ব অমা পোক্লকই, অঙাংন লখ্রব মমিত্তু পাহুন য়েলকপ নোকপনচিংবহুদ মান উহুন লৈ।

চয়োল অনি খুদিংগী গর্গাচার্য্যদি নন্দগী মযুম গোকুলদ পন্থা তৌব চংলি। মহুদ দেবকীগী থম্মোইসি থাংকম খংদনা চাক্কুন লৈ। পাও তাবিবন গর্গাচার্য্যান হন্নকপসি ভায়বদ য়ান্ন রান থোকই। মান হন্নক্লব মতমদ অর্থ লৈব মিংয়েংন লোকফেং তৌব উবদ মাগী থম্মোইদ হায়কম খংদনা কুংঙাইজরমই। 'মহাক ফবি, খুদোং চাদব লৈতে, ঐগী ইচা, ঐনা পোকচব ঐগী অৱা-অনা কোকপিবগদৌরিব, ঐগী ঈশ্বর' অসুম্ন মাগী থম্মোইদ, মপুক্নিংদ খঙ্গে।

মাগী মচাগী খোরাংবসি করিগুম্ব মতমদ অসুক্কী মতিক কল্লি, মহুদি মহাক মথন্ত নাওশুম ঈশৈদ শক্কুন লৈ। মাগী সেবা তৌবিব লোয়নবীশিংন অসিগুম্ব অঙাওবগী মতৌসিদ ঙক্লমই। মতুংদদি মচা নিপাল, মুংশি হৈতন হাংপিখিবহুদ মবেম্মসিগী ৱাথল মওং অমা তৌবনি খংলমই।

নোংমদি, দেবকীসি মাগী মপুক্নিংগী থৌবাংবসি লোত্তুন থম্ব ডম্লক্লে। মাগী নিংথিরব মথুক্তুমক্ক, লৈবাক্কী অনৌব পোকপদ ডাযবিব অডাং অমা শাবে অমস্থং অডাংদুগী নাওশুম ফমুং অমস্থ শাবে। মতুংদদি অযুক অঙন্বদ হৌগংপ হায়বসি মাগী মুংডাইজব শাজং ওইবক্লে। লৈথোম্ম অপিকপ অডাং অমগী মুক্তি শাবে, লৈশু, সিন্দুব অমস্থং গেক মচুগী ফীজেং অমা শেংপি, কুপ্পিবগ শঙ্গোম পিথকই।

—মসিন মাগী নোংমগী মথৌ ওইবক্লে। মতম পুম্নমকসিদ মহাক্ক মুংশিরব নাওশুম ঈশৈ শকই। মতদ তং তু তুমহনখ্রে; য়াম্হৌ ঈশৈ শকুন অমুক হৌগংহল্লি। মতম পুম্নমক্ক শাবিক অমা খিংই; হৈ, লৈ, শঙ্গোম, উহৈ কংলি অমস্থ থোহি পিথক্লমই।

বসুদেব অমস্থং গর্গাচার্য্যগদি দেবকীন তৌবিবসি মুন্ন থই। লৈথোম্ম শাব মাগী পিকখ্রব অডাংদু, কওব ডমদ্রব মাগী মাখ্রিব অডাংদুগী মহুৎনি, অদুগ অডাংদুবু মগক্ক ভগবানমক্কি হায়ন থল্লি। অতৈনদি মাবু ডাওবে হায়ন থল্লি, তৌইগুম্বস্থং থম্মোই শেংন মাগী ঈশ্বব ওইবব অপিকপ মুক্তি অদু নিংবদুদ পুম্নমক্ক মবু ইকায় খুম্নরমই।

নন্দগী মুপি যশোদাসি চহি শাংলব মতমসিদ মচা অমত্র ফল্লক্রবনি। মরম অসিন মাগী মচা পোকপসি য়াম্ম অরাঅনান থল্লি। মরম অসিন অডাংসি পোক্লব মতুংদ মহাকসি জ্ঞান মাদুন রাম্হখ্রে। বসুদেবগী মুপি মথক্তন মাগী শেন্নবী ওইবমই।

যশোদাসি অযুক অঙম্বদ জ্ঞান তারকই। রোহিনিন অডাংদু

মঙোন্দ শিন্নবে। অঙাং উবদ নুংঙাইমনখিত্রুন, ঙকখ্রত্রুন খ্বর ফাঙব নিংথিন হোম্ব ঙম্নমদে। অঙাং পোকপগী চহি য়াম্নক্লুন অশা পুম্নমক থাবব মতমদ—ফজখ্রব, তোমথিন ওইব, হাযনিংঙাই লৈতন মওং ফজব, কুচুম্নু শাবান্নব আকাশ মচু ওইব অঙাং অমা ফংবত্রুদ মান অঙকপ ফংন নুংঙাইজখি। নুংঙাইবন থুক্নাং-খ্রব যশোদান বাহিনিদগী অঙাং তুংলৌবগ মাগী থম্মোইদ চেজেং কানশিল্লমই।

কবিগুম্ব মতমদ মপুক্নিংসি লুপশিনখিত্রুন ‘ঐগী ইচা ইবুংঙো! ঐগীদি ওইজববা।’ অম্নুম্ন হায। মতমত্রুদ অঙাংনম্নু মমিং পাংথোক্লুন মঙান্দ যেংবগুম তৌই, মত্রুদ মান অঙকপ ফংলমই।

মসিগী পাওসি গোকুলদ চিন তমদগী অমদ মথং-মথং শন্দোকখিবমই। গোকুলসি হাযফম থংদন নুংঙাইনরমই। মখোয়গী অহল ওইবব, নন্দ মচানিপা অমা লৈবে, ‘ফজখ্রে হায়ন হায়নবমই। অম্নুক ফজব অঙাং অসিগুম্বদি কনা অমত্তন উনখিদ্রি। মণাজ্ঞন নহা, গোপ-গোপীশিং মণ য়েংকপ স্নুব শাগৈগী ম্নুপি ম্নুপা পুম্নমক নুংঙাইবগী ঈথক হৌবমই। গোপীশিংন মখোয়গী নুংঙাইব ফোংদোকপ ওইন, মকোক্তু, কুম্মৈগী থৌদোক্ত তৌব-গুম্ন লৈন পুময়োম য়োম্ন চিল্লমই। গোপশিংন— মখোয়গী মণ লাব অমোম শেংন ঈকুডথোকপিবমই, মমায়দ অঙাংব নক্রগ অশংব মচু তৈবিরগ লৈতেংবিবমই। মচীদন সনা-লুপা মাম্ব উনাগী পরেং শিবিরমই। অঙাংশিংন ব্রজদ কোইচং চত্তুন লাওথোন

লম্বীদ জগোই শাই, ঈশৈ শকই, থবক্তগী থাদোক্লুন ছুটি থাজুন মুংঙাইবত্থু, মথোয়ন মপুং ফান মুংঙাইনবমই। মবমদি মথোয় পুন্নমক, মথোয়গী লুচিংবগী ময়ুমদ চংলগা, যশোদাগী মচাত্থু য়েংব পায়মই।

মতুংদ সনা-লুপা মাম্ব কয়ান লৈতেংলব ষথী কয়া, অতোং মচা কয়ান লাওখোংন কোয়চেল চংত্থুন গোপ কয়ান মথল মথেল কয়াগী কোয়েৎ য়েংলগ, হমা-অমগ মুংঙাইনব ফো-দোকপ ওইন, নঙ্গলদ, লেংবান্দ মখুংন পোপ-পোপ ফুনবত্থুন, গোপী কয়ান কুম্মৈগী ফীজেৎ, কয়া শেংলে অমসুং মকোক্ত শিথ্রাইন শাব তুপি কয়া উপ্লত্থুন—তুংথাম্লগ—মুংঙাইনবব ময়ামত্থু নন্দগী ময়ুম তান্ন লাক্লমই।

মীয়ামত্থু নন্দগী শুমাংদ লেপ্লবে। মীয়াম পুন্নমক্লবু মথোয়গী লুচিংব নন্দন, মোমান-মোমোন নোক্লুন, অমসুং মাগী নকুব মবিমতাশিংন হরাওন তরাম্ন ওক্লমই। গোপীশিংন যশোদাগী মচাসি য়েংনিংথ্রত্থুন থুনিং কাংথৎ কাংথৎলত্থুন যশোদান হিপ্লিব কাদ মুন-মুন য়েংনরমই। মচাসি ফংজবদ হরাওজবব যশোদাসু মুংঙাইজব উংপ ওইন মচাসি পমথৎলগ ময়ামগী মমাংদ থাঙ্গৎলমই, উংলমই। শংবান্নব কুচু ওইরব অঙাংত্থু উবদ গোপী পুন্নমক হায়ফম থৎদন, অঙকপ, মুংঙাইব পোক্লমই অমসুং ঙক্লুন, শ্বব হোল্লি হায়ব ফাওব খংনরমদ, মরমদি অশুক ফজব, শংবান্নব কুচুগী অঙাংদি মথোয় করিগুম্ব মতমদ উথিত্রি।

নোংম দেবকীসি মাগী কোমুংগী বেলকোনিদ লেপ্তুন লৈব

মত্তমদ অমংব তমুব নোং খর আকাশত পায়ত্তুন চংপ উরমই। মত্তু মুন-শাংই— মাগী মুংশিরব মচাগী কুচুত্তুমক মাল্লি। মান অমুম য়েংন য়েংন নোংত্তু মাগী মশক মাল্লক্কে। মান মতম পুন্নমক্ত কাওব ঙমদ্রব মাগী মখুং মখোং অমসুং মিকুপ খুদিং উত্তুনত লৈরব মচাগী মমিত্তু উরে। মুংঙাইমনখ্রত্তুন মহাক ব্রাম্থগে ত্তোই। হোয় ! মাগী মচাসি নোংগী কুচুনি— ঘনশ্যামনি।

মতুংদ গর্গাচার্য্যমু মাগী মনাক্ত লাক্লে, বসুদেবসু চংলক্লে। শাগৈগী পুরোহিত অসিন অঙাংসিগী কুঠি ইরে অমসুং য়েংলমই। অঙকপগী অঙকপদি—ঋষিশিংন তাকপিরম্বগী মতুং ইন্ন— অঙাং অসিগী মমিংদি— ‘ক নত্রগ ঘন’ হৌগদৌবনি হায়রে। মত্তুদগী নোংগী কুচুনি হায়ত্তুন—ঘনশ্যাম, মুন শংবান্নে হায়ত্তুন কৃষ্ণ হায়ন থোম্ব তারমই।

মতুংগী মুমিত্ত বসুদেবন অমুব মার্বলন, শান্নপোৎ অঙাং অমা দেবকীগীদমক শাবীরে। মত্তুগী মুমিত্তুদগী হৌন দেবকীন মাগী— ‘ঘনশ্যাম’ হায়ন কৌব, মুংত্তিগী ওইব লায়খুরকম ওইখি। মখোয় অহুম নত্তন মত্তু কৃষ্ণগী মহুৎশিম্বনি হায়বসি কনানসু খংদে অমসুং মখোয়নসু কনাবু খংহন্দে। মরমদি নোংম-নোংমগী তত্তুন চাওখংলক্লিব কৃষ্ণগী মহুৎশিন্দুন খুরম্লিবনি হায়বসি কংশ খংহন্ব য়াদে।

ব্রজদদি অঙাং অসিগী ধর্ম্মগী ওইব নিয়ম পাংথোকপসু চাওরব কুম্মৈ অমা ওইররে। নন্দগী শুমাং-থিংঙেল পুন্নমক লফু পরেং পরেং য়ুংই, হৈনৌ মনা পরেং পরেং লেংত্তুন, থেত্তুন

কোম্বোংদগী শুমাং ফাওব লৈতেংই। লফুগী লাশিং অমসুং হৈনৌ মনাশিংতুন — মুংশিংন শিংলকপদ হায়-হুমতুন শান্নবতুদ তাঙকপ ফংন যভহল্লি। কস্তুরী য়াল্লব যা চন্দোনগী মহিন মফম পুম্নমক্ত চাইথোল্লমই অমসুং লংলব পিথ্রাইগী পাত্রশিংন মথ-মথং লোন্নতুন শুমাংগী ময়াইদ থল্লমই।

মতুংদ গর্গাচার্য্যন মাগী শিষ্যশিংগ ব্রজদ লেংলক্লে, অমসু মখোয়বু মোইবুংনচিংব খোংতুন তবান্ন ওক্লমই। মমল য়াম্রব ফীনচিংব কত্তুন নন্দন মখোয়বু ইকায় খুম্নমই। যশোদান অঙাং তু পুথোরক্লে অমসুং গর্গান ঘী তোংপ চাক ইনবিবে অমসুং তৌফম থোকপ শাস্ত্রবিধি কায়দন অঙাংসিগী মমিং ‘ কৃষ্ণ ’ হায়ন থোল্লে।

মতুংদ গোপ-গোপী পুম্নমক য়াওন চাওরব উৎসব অমা কংলে। অকোয়বদ লৈরিব লমদগী লাকপ লায়বব মী কয়াবুস্ন মপুক থন্ন পিজরে। মুংথিল ওইরক্লগ গর্গা অমসুং মাগী শিষ্যশিং মথুবা তান্ন হনখ্রে।

দেবকী অমসুং বসুদেবন পাওসি তাবদ অমুব নুংন শাব নাওশুম ফমুংদ হিপহল্লিব অঙাংদ লৈন পুময়োম য়োম্ন কংলগা খুরমজবমই। ভগবান মশামক্ত মখোয়গী মচা ওইন পোকপি-রবতুদ মখোয়গী মপুক্লিংদ শ্রদ্ধা অমসুং নু শিব কয়া হেনগংলকই।

থা তবানিথোই হৌখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী চহি ফারকপগী মুংঙাইব যমুনা মপান্দ লৈব গোপিনাথ মহাদেবগী মন্দিরদ পা থোক্লে। নন্দন ব্রজগী গোপ-গোপী পুম্নমক য়াওন ব্রাহ্মণশিংবু চাওরব

উৎসব অমা কৎলি। যশোদান পিক্লিব অঙাংদু পম্নগ মে'মোন-মোমোন তৌন ময়াম্বু ওক্লমই। চাক চাব হৌবসি মুমিৎ য়ুংব মতুং য়োরক্লে। অঙাংদু তুম্নিংলক্লে, উইরে অমসুং যশোদাস্বু মনিং তম্ন চৎথোক চৎশিন য়াননব, মুংশা থম্নব ঙাক্তুন থম্ব গাড়ী অমগী মরুমদ কৃষ্ণবু থম্নমই।

যশোদান মুপিমবক্ত কোয়চং চত্তুনা, নোক্ল-নোক্লহুন ফাগী জোগায় কয়া তৌনৈ, হরাওনৈ অমসুং চাব থকপগী অর্বাং-অপা হংজৈ। থংহোদন য়াক্লব খোংগ্লল, অমা তাবমই। গাড়ীদু মথক মথা ওন্দুন তাবে। যশোদান অকী-অথং খোঙ্কলগ লোয়নন অঙাং তুম্লিব মফম তাম্ন চেনশিল্লমই। অদুগ য়েংউ! অঙাংদি অশোক অপন অমত্ত য়াওদনা, মখোং-মখুং কাওর-হাইবত্তুন মুংঙাইন শাম্নতুন লৈবনই।

নন্দস্ন মফম অদু তাম্ন চেনশিল্লমই অমসুং পিকথ্রব অঙাংতুন গাড়ীদু কাওবত্তুদ ঙক্তুনা য়েংতুন লৈরমই।

গর্গাচার্য্যান অঙকপ শক্তি লৈরব থোঁদোকসিগী পাওসি প্রবকপ মতমদ দেবকীগী মমিৎসি ঈবা চেম্ন মুংঙাইজৈ। মান হায়জরমই—'ঐগী ইবুংঙো! মুংশিরব ইবুংঙো! ঐগী ভগবান!'—অমসুং মুংঙাইজবন মমিত্ত মপি শিস্থরমই।

———

# পুতনান গোকুল চৎপ

কংশসি পুতনাদ শাওবে। শ্রাবন থা'দ পোকপ অঙাং পুন্নমক থংদোকউ অমসুং হূ পিজব থংদে পাম্বৈ অমন লে'য়নমক হাত্তোকউ হায়বনি। মান থবক্তু তৌথিব চহি অনি হৌখ্রে অমসুং মথুরাদ থা অহুগী মনুংদ অঙাং মাপলদমক পোকই অমসুং ম:খ'য়হু মা'গী য়াথংগী মতুং ইম্ম হূ পিজহুন নত্রগ হুবান্দুন লোয়নমক হাংখ্রে হায়ন পাও পিখি।

কংশসি মতম পুন্নমক্ত কীহুনত লৈবমই। পুতনা'ন থংদহুন মা'ন হা'ংপদ চিংথহৌব অঙাং য়াওহুন কবিগুম্ব মফম অমদ লৈবমগদ্রা হায়হুন মতম পুন্নমক্ত চিংনহুন, কীহুন লৈ। মাগী সহব অসিদ থা অমদ অঙাং মাপলদি পোকই হায়বসি মান থা'জব ঙমদে।

কংশন য়াকমসি পুতনাদ হন্ন-হন্ন তকশিল্লি অমসুং গা'দশিং-হুনসু পুতনাগী মমাংমক্তদ দেবকীগী মচানুপি পোকপনি হায়বসি হায়বব ফাওবদ মসি লেংদ্রব য়াফম্নি, শোযদ্রবনি, হায়জম্ব নত্তে হ'য়ন মান থাজব ঙমদে। অহুগী মথক্ত পোকপদ ঙা'য়বিব অঙাং নুপিমচাহুন মথুত্তগী নাম্বোক্ত্লা মিহুংথোংদ পায়:থাকথিব অমসুং পায়থে'কথিব মতমদ হকীব ফংন য়াক্লব থোম্বোক্ল ল'ওবম্বহু কংশন অহিং নুংথিল থুদিং ত্রা-হুন্নত্র লৈ। 'নংবু হাংকদোব মীহু পোকথ্রবনি অমসুং লম অমদ লৈখ্রবনি' হায়হুন লাওবম্বহুগী অর্থ মহাক থ ব ঙমদে।

অসিগী মথক্ত পুভনাস্থু তৌফম থংদ্রে। থা অছুদ পোকখ্রিব অমস্থুং মান হাংখ্রিব অডাং মাপল্সি নত্তন মান থংবস্থু লৈতে, হায়রবস্থু লৈতে। হৌজিক্তি মান তৌথ্রিবসিদগী হেন্ন তৌনিংডায় লৈত্রে অমস্থুং তৌফমস্থু থংদে। মান লম্বীদ চৎপ মতমদ মীন থোং, কোস্থোং গম-গম লোনশিল্লি। কনা অমত্তন মডোন্দ অডাং অমত্ত উহন্দে অমস্থুং উহন্দনব লাক্লি। অপিকপ অডাং চেম্ব মনা ং য়াম্ব মথুরা পাদোক্তুন চেন্নখ্রে।

কংশন চহি অমগী মন্নুংদ লৈব মথুরাদ লৈব অডাং নিপা-মচা পুন্নমক হাংকে হায়ন থন্নমই। তৌইগুম্বস্থুং মান থাজরব মাগী মীশিংগী মরক্ত চহি অমত্ত ডায়রিব মচা লৈব মী য়াওনব্রি। চহি অসিদ মাগী হুপি অনিস্থু মচানিপা অমমম্ পোকখি। মরম অসিন মান থল্লিব থবকসি পাংথোকপ য়াদে।

মতুংদ গোকুলগী সুচিংব নন্দগী মীয়ায় চন্দুন অডাং পোকপ মতম হেল্লব সুপিন চহি অনিরোমগী মমাংদ মচানিপা অমা পোকই হায়বসি ভারে। সুমিং থরগী মমাংদ নন্দতু মাগী মরিমতা থরগ লোয়নন মথুরাদ লোয়পোং কাব লাক্লমই। কংশগী গুপ্তচোরশিংন নন্দগী অসিগুম্ব মচাসিবু সুরশিংন লুন তৌব, থাগংপ অমস্থুং সুংশিব, নন্দন মাগী ইচম-চম্ব মওংদ মচাগী অঙকপ মওং কয়া তম্ব, অমস্থুং অডাংশিংগী ফজব শক অমস্থুং তৌথোরকপ থবক—সুর পুন্নমক্তী মচিন্দ রারীনফম ওইব পাওসি ভারে।

কংশন মসিগী পাওসি ভাবদগী থম্মোইদ হায়ফম থংদব,

য়াম্ন অকীব অমা পোক্লমই। নন্দ অমস্থুং মাগী শাগৈ-নাতৈ পুন্নমক্ক ভাংনরিব, মাবু হাৎলগনি হায়রিব অভাংসি অসিন ওইর-গদৌরিব্রা? নন্দন মাগী লোয়পোং চাং নায়ন পিবি অমস্থুং মাগ লোয়নরিব পুন্নমক্ক মাবু নুংশি অমস্থুং য়াম্ন ইক'য় খুম্নৈ। গোকুলগী সুবশিংসি মপাঙ্গল, মথৌনাস্থু লৈ, ইনাকস্থু খুল্লি। মথোয়গী অমগ-অমগ নিংথিন মরি লৈনৈ অমস্থু মীনস্থু য়াম্ন ইকায় খুম্নৈ। মথোয়সি মথোয়গীদ ওইব ইতোপ ভেম্প মতিক মথৌন লৈ। করিগুম্ব শাওহল্লুবস্থু অমস্থুং য়েক্করুবগদি য়াম্ন খুদোং চাদব, অরাব থোকহন্ব ৎম্মি, মবমদি মথোয়গী নিংথৌ বস্থুদেবসি য়াম্ন থাক রাংলব অচৌ অশাংগ মবি থোক্লৈ, মাগী মচন কুন্তিহু মপাঙ্গল কল্লব হস্তিনাগী নিংথৌ পাণ্ডু মহাবাক্সগী মুপিনি। মথোয়গ লাল শোক্লব অমস্থুং চহি অনিদ ভায়বিব অভাংসি ইফোং ফোংন হাৎপ হায়বসি ওইথোক্লোই অমস্থুং মতুদগী লাল থোরক্লবদি মগধদগী হস্তিনাপুব ফাওবন য়েক্লব ওইবক্কনি। নত্ত্বে! অতুম্ন তোব ওইথোক্লোই, ভমলে'য়। পুতনাগী মতং লৌব নত্তন অতৈ পাম্বৈ লৈতে। মাবু মাগী মনাক্ত লাক্লব কৌবে।

পুতন কংশগী মমাংদ লেপ্লরে। মাগী শকফম য়াম্ন মুংভাই-তব শকওংনি। মহাক্ত লায়তাক ওইন, মাবু অভাং থব হাংনব য়াথং পিগদৌরিমাম্লে হায়বসি মপুক্লিংদ থল্লমই। মাদি মতমসিদ অসিগুম্ব ব্র'থলসিমক থম্ব পামদ্রবনি মান হাৎখিব নক্তগ হু পিজহুন শিখ্রিব অভাংশিংহুগী শিরমদাইগী অরাব শকফম ফীভমহু মাগী মমিত্ত, মনাদ, উহুন, তা-ছুনত লৈরে।

'পুতন! গোকুলগী লুচিংব, নন্দগী মচানিপা অমা পোকই হায়বসি নংহাক তারব্রা?'

পুতনান খংদব শাজিন্নতুন মকোক হাযবমই। দেবকীন মচান্নপি অমা পোকপ, অতুগ মতম চপ চানন নন্দগী মুপিস্ত মচানিপা অমা পোকই। মীন হায়নৈ—'অঙাতু অঙকপ অঙাংনি। নং মপু য়েংলুব তায়।'

পুতনান মথরাই য়াম্ন মুংঙাইতন খুমজরমই 'ইবুংঙো ঐহাক মতু ঙমজববোই। ইবুংঙোন খংবিরিবতু মঙাই, ঐসি মথুবাদ মীন খ্বাইদগী হেন্ন কীনবব মুপি ওইরবনি। ঐসি খ্বাইন তুক্কচনরব 'মনে' পুতন হায়ন খংনববনি। ঐগী মিংদ তাবদ অঙাং-শিং কীনবে। ঐবু শাপ তৌদব মচা পোকপ মুপি অমা ফাওব লৈত্রবনি। ঐগী ইমুং-মমুংগী মী-ইচে-ইনাওন ফাওব তিন্নদনব লাক্লরে। উন-উনব হায়বসিমক অমঙ্গলনি হায়ন খল্লবে'— অসিনি ঐবু হৌজিক ময়াম্ন খল্লিবসি।

'অপংবী!

'মপু ইবুংঙো! ঐসি হেক ঙম্বমথৈ ইবুংঙোবু সেবা তৌজবক-পনি, নযাথং ইঞ্জবকপনি। ঐহাক অমুক হেন্ন তৌব ঙমজররোই। ইবুংঙোগী লৈমিন্নবিব মুপিশিংদ হায়বিবো। ঐগী শক্ক উবদ পাপ, ওইবে হায়তুন মন্ত্র যন্ত্র তৌতুন অমুক শেংদোক্লরবনি।

পুতন! নংন খল্লিবতু লাল্লে। ঐনা নংবু কয়ামুক য়াম্ন য়াবগে হারবসি নংহাক খংত্রে। মতুদগী হেন্ন অমুক করি লৈরিবগে? অপংবী মুপিশিংতুগী রা খল্লুরগন্নু। নন্দগী মচাসিগীদ

অমুক্তুগ মতেং পাংখো। অসিমত্ত তৌরমখো, অসিগী মত্তুংদ ঐহাক অমুক হন্ন হায়ররোই।

ইবুংঙো! চান্নিত্তুন ঐবু তৌহন্নিরম্নু। ঐহাক অঙাং অমা পন্ব, পুত্তুন চৎপগী শক্তি ফাওব মাংখ্রে। থা অনিরোমদ ঙায়রি, ঐগী ইকোন কোন্ন পোকচব ইচা ঐগী তম্পাক্ত শিখিব। মাগী অরোয়ব শ্বর হোনব মতাংদ ঐনা ইকোন কোন্ন খোমপিথক্তুন হাংখিব অঙাং মরিগী অরোয়ব হোম্ব শ্বরগী খোম্থাং তাব ফংখি। মান শিব মতাংদ ঐনা হাংখিব অঙাং মাপলগী মমা মাপলত্তুন ন্নাখিব, মুংঙাইতবত্তু ঐঙোন্দ ইশাদ পাল্লে। মচাশিরগ মমান মমিত্ত করি উবগে হায়বসি ঐহাক হৌজিক্তি থংজরে। ইবুংঙো! ঐহাক অমুক হন্ন অসিগুম্ব থবক তৌব ঙমজররোই। পুতনান য়াম্ন থম্মোই শোক্ন হায়জরমই।

'পুতন! অপংব মীগী মওংদ ন্না ঙাংগম্নু। ময়ামসিগী মমুংদ নংদদি হেন্দোক্ন নথোনা লৈব তায়। ঐনা অঙাংসি হিংহন্ব পামদে। ঐনা হন্ন-হন্ন খল্লগ অঙাংসি হিংহন্ব য়াদে হায়ন লোই।

পুতনান কীন মরুল্লুকথরত্তুন অমস্তুং তৌফম থংদন লৈরমই।

কংশন খোল কন্ন কীহল্লত্তুন হায়রমই 'নংহাক মসি তৌরোই হায়ব্রা?'

'ঐবু ঙাকপিয়ু ইবুংঙো! অতৈ অমা তৌ হায়ত্তুন য়াথং পিবিয়ু ঐহাক তৌজগে, অঙাং হাংলু হায়বসিদদি অমুক হন্ন হায়বিরম্নু।' পুতনাত্তু য়াম্ন য়েংহৈদব ফীভম ওইররে। মপুন্সিগী অহান্ব ওইন মমিত্তগী মপি শিন্থরক্লে।

বংশন য়াম্ন কম্ব য়াথং পিব মওংগী খোম্থোক্ক য়াক্লব ব্রাহৈন হায়রমই—'পুতন! নংগী নপুরোইব, বক, আখনচিংব—নংখোয় পুম্নমকসি ঐগা থাদোক্লব য়াদ্রবনি। নংন ঐগী য়াথং ইন্দ্রবদি নংবু ঐনা তাম্থোকপ ঙমই। তৌইগুম্বস্নুং ঐঙোন্দগী তোংঙাম্ব তাবদি য়ারোই। অসিমস্নু কাওগম্নু নংগী হৌজিক লৈরিব পুম্নমকসি ঐগী ইপান্দগীনি, নংগী নরল-নথুম শক্তি, তৌব ঙম্ব নথৌন, নপুন্সি ফাওব ঐনা হিংলিব মথৌগীদনি। ঐনা শিব থোক্লবদি নংখোয় অমত্তস্নু হিংলোয়, মচেৎ-মচেৎ শেগাইত্তুন হাংথিগনি। মরম অসিন নংখোয় পুম্নমক ঐনা হায়ব ইম্ব তায়। হৌজিকস্নু মতুংদস্নু—মসি মুম্ন থংগদোবনি।

পুতন মরুলুকথন তুমিন্ন লৈপাক্ত য়েংত্তুন লৈরমই। কংশন মখা চংথন ইংন হায়রমই—'নখোয়ন থংলিবত্থ মডায়—ঐদি হায়ব ইন্দবদি য়াদে। ঐগী মগধগী মথৌন লৈরব লাম্নীশিংন নংগী নখোরি মেত্তুন হাংলু হায়বদ হরাওন য়াগনি। 'পুতন!' নংহাক অমস্নুং প্রত্যাত্ম নংখোয় অনিদি শিন্দ্রি ফাওব নপুন্সিসি ঐগী ওইরবনি খংউ। পুতন 'ইবুংঙো! ঐহাক খংজে।'

অত্থ ওইরগদি—মরোল থোক্তব শাগুম্ন লেপ্তুন লৈরগন্থু। গোকুলদ চংলগ নথৌ পাংথোক্লুরো।

পুতনান মথোল শেলন, নিক্ক হায়জরমই নয়াথং ইঙ্গগে।'

'ঐগী য়াথং ঙাক্লবগীদমক ঐনা চয়োল অনিগী মতম পিগনি।'

'নয়াথং ইঙ্গনি' হায়ত্তুন মখুৎ অনি লোম্নরগ খুরুম্নম্লগ পুতন চংখ্রে।

পুতনান মুপিন চংননব থোংদ চৎখিব মতমদ কোম্নুংদ থবক তৌবি মুপি অমন উরগ থোং গম্ লোনশিল্লগ ' মহাক পুতনানি, হিংচাবিতুনি ' হায়তুন মথোয় মশেল ঙাংনবসি মহাক্ত তারমই।

অশিন থাগী পুণিমাদ কৃষ্ণন চহি অনি ফাবক্লব মতংদ, গোকুলগী মপু ওইরিব ভগবান— গোপিনাথ মহাদেবগী পুজা থৌরম অমা, চহি খুদিংগী ওইন তত্তন পাংথোকই। হন্দক্তি, ষণ গাড়ীন মুমিৎ নিনি লাপ্প লমদগী ফাওব, মাগী মাগী ইমুংমন্নুং পুন্নমক লোয়নরগ কুম্মৈসি য়াওব লাক্লবমই।

মুমিৎ অসিদ মী পুন্নমক অয়ুক অঙন্বদ, যমুনাদ কুম্নগ ধর্ম্মগী ওইব মওংদ খুরম্লগ, ইকুজথোক্লগ কাবক্তুন মহাদেববু খুরমজে, হৈরি-থাগোক মনা-মাহি কচ্চরগ চাওবব উৎসব অমা চামিন্নৈ।

মতুগী মুমিত্তুগী অহিংদ থোকপ থাবলতুদি খ্বাইদগী হেন্ন ফজরব, মঙ্গলগী মশক ওইরব থাবলনি হায়নৈ। সোম নিংথৌ থান মাগী মঙালগ লোয়নন মাগী অমৃত খিকথরকই। মতুগী অহিংগী থাবলতুদ মুপি মুপা, অঙাং ফাওব থান কাখৎলকপগ লোয়নন যমুন মপানগী লৈঙোইদ চংনরমই। মখোয়ন মতুদ শঙ্গোম, চেংপাক য়াম্নরব ফোলা চফু পুতুন চংলি, মতু অহিং ময়ামগী মরক্তগী থোয়দোকপ অহিংনি হায়তুন, থাবলদ থমই অমসুং অহিংতুগী থাবলন য়ৈরগ, মতুগী চেংপাক শঙ্গোমতু চারগ পুন্সি শাংই অমসুং লায়বক ফাব ওই হায়ন থাজনবমই।

মুরশিংন থাবল য়ৈহন্দুন শক্তি হাপ্পব ফোলাতু চানরব মতুংদ হরাও কুম্মৈ কয়া তৌই, ঈশৈ শকই। নহা ওইরিবী মুপিশিংন

মোক্ত খেন, হয়াওন জগোই শাই, ঈশৈ শকই। নহাশিংন, পাখং মচাশিংন ধুলোক থিল্লহুন, খুবাক খুরহুন নত্রগ চৈ অনি পায়রগ তান চান মৈহুন জগোই অহু মতেং পাংই। অঙাংশিংন চোংকল্লি, লমজেন তাম্নৈ। হয়াও কুম্মৈদু অয়ুক অঙবদ লোয়শিল্লি অমসুং খুঙ্গংগী মী পুম্নমক সুংঙাইন অমসুং অশিন থাগী থাবলদন পিব ওস্থ মঙ্গলসু কংলে হায়ন খন্দুন মাগী মাগী খুঙ্গং তাম হল্লকৈ।

অশিনগী পূর্ণিমা হুমিত্ত থোক্লিব অসিগুম্ব হয়াও কুম্মৈগী হুমিংসি কংশন পুতনাদ য়াথং পিব হুমিংকী মতম থরগী মতুংদনি। গোকুলগী লুচিংব অমসুং মাগী মরিমতা থরদি মথুরাদ চংখিরমই অমসুং নোংয়াইগী মমাংদদি হল্লকনি হায়ব নিংনদে।

হুমিত্তুগী হুমিং য়ুংব মতুং থম চংথমক্লগ গোকুলগী লুচিংবগী হুপি যশোদান মথুরাগী মরু ওইব ব্রাহ্মণ শাগৈগী হুপি অমা মান নিংজখিব রাশক অমা থুংনমব গোপিনাথ মহাদেব খুরমজব লাকদৌরি হায়ব পাও অমা কংলমই।

খুঙ্গংগী মী অয়াম্বসি য়াম্ন যিচং মিথোক কজে মপুকচেল চাওই, কনাগুম্ব অমা লাকপদ পিজ পিথক কজব অমসুং অচিত পূজা তৌনিংবসি অয়াম্ব মীন থংনরিবনি। কনাগুম্ব অমন গোকুলদ লাকপদ অচৌ পিশক থায়দন নন্দন তরাম্ন ওক্লুন মাগী অতিথি ওইহন্বসি নন্দগী থোয়দোকপ চাওথোকচনিংঙাই ওইব মওংনি।

যশোদ, রোহিনি অমসুং ইমুংগী অতৈ মী পুম্নমক থা লোয়কপ য়েংনবগীদমক তুরেল মপালগী লৈঙোই মরক্ত চথকে তৌব মতমদনি

পাওমীন পাওসি পুরকপসি। পাওসি তাবদ মহাক্ক মিনায় খয়াগ লোয়নন মহা অনি, মাবু ওকপ খুলগী অহৌব থারমই। অতিতশিং অহুবু মুমদ তরায় ওক্লগ, তুরেল মপান্দ, লৈত্তোয় মরক্ক মান নিংবত্থু থুংননব লাকপিবু অমসুং নিয়ম কায়দন তুরেলদ লুপ্তুন, ভগবান খুরমজুব, অনিংব থুংনব, লাকপিনব হায়জরমই।

মত্তোন্দ শিন্নরক্লিব থবক্ত, মথরাই য়ায় সুংঙাইত্তন লাক্লব পুত্তনাবু; গোকুল খুঙংগী খুনজিন্দ নন্দগী মবিয়তান ওক্লমই। মহাক্ক যশোদাগী পাওকংবদ গাডী থয়য়গে হাবন খল্লে অমসুং গাডীথু নন্দগী ময়ুমদ থাজিনখ্রে; মরমদি মগশিংথু ঈক্লজথোক-পিরগ, মপুক থম্ন পিজরগ মহাক নোংম্নাইগী মত্তমদ হনগে হায়ন খল্লমই। মরম অসিন মাগ লোয়নবী অমসুং লোয়নব মিন্নায়-শিংগ লোয়নন, লৈত্তোয়মক্ত ওায়ব তুরেল মপান্দ লাক্লমই।

মহাক্ক ময়ামত্থুগী য়ায় শেংব সুংঙাইনব মওংথু উবদ মপুক্লিংদ অরাবন থল্লমই। গোপীশিংথু, নোক খেল্লন অমগ-অমগ কয়া ফাগী-জোগাই কয়া ত্তৌনৈ, গোপশিংন খুবাক খুমল্লন অমসুং অল্লন অমগী মবঙ্গলদ খুবাক্ক থানরজুন কল্লা হল্লাওনৈ। সুংঙাই-নক্লিব ময়াবসিগী মফুংদ মথন্তুনি সুংঙাইত্রিবনি। মহু পাব লিনগুম গোকুলগী লুচিংবগী, অমত্ত পোকচব মচা ফুংগী লুচিংব ওইরগদৌ-রিব অমসুং মমান চহি য়ামশিল্লক্তুন অঙাং পোকনি হায়ব থাজব লাজনব মত্তমদ তাংন পোকচয়ব, মশক ফত্তৌ ফবগ্রব, মমাগী অমত্ত ওায়জয়ব মচা থ্যাংকনি হায়জুন লাক্লিবনি।

পুতনান অহানবদ থুরেলদ কুম্রে, টরুজখোক্লে অমসুং মভুংদ লায়শংদ চংলমই। মহাক মপুং ফান থোক্লব নিংথিরব থা-থোকপ অমসুং লায়রেম্বীগী লৈপাক্তা মক্তা পুন্নমক্ত ঈচেপ নায়ব মন্তালগুম ভাগহন্দুনা মীয়াম পুন্নমক্কুগী থম্মোইদ, হায়মিংঙাই লৈতন মুংঙাইব পিরি। তৌইগুবসুং মঙোন্দদি ভুমথৈ লৈত্রব মুংঙাইতব পিরি। কজরব থাবলগী মঙাক্তু মঙোন্দদি হূগী তেল ওইনা থোক্লে, ময়মদি মান তৌগদৌরিব থবক্ত থবুবদ মহাকসি মশান হিংচাবী ওইনা থল্লে।

মহায় মন্দিরদ য়ৌব মতমদদি মী পুন্নমকসি নোক খেত্নন অমসুং অময-অময ফাগী জোগাই তৌমচুন মন্দিরদ চংথোক চংশিন তৌনরমই। থরুন মন্দিরগী মথুং চম্ব মকমদ লেপ্লগ পুন্নমকী কননব তৌব মহাদেবগী থাগৎ য়াইে; মন্ত্র কয়া খিনরমই। মান বিল পত্র থর লৈয়ে অমসুং মন্দির মথুংদ চংতুনা লিঙ্গ শারির অছদ কৎলে। মথুক্ত লৈপাক থমচুনা ভগবান্দ দণ্ডবৎ কৎলে। 'ভগবান! ভগবান! নংনা পুন্নমক্কদি মুংঙাইব পি করিগীদমক্ত ঐঙোন্দদি পিবিত্রিবনো? নংনা ঐবু অশিবগী লায় যম নিংথৌগী মথৌদ শরুক য়াহনবিরিবনো? অমুক হেন্না শাথিবনা ঐদি ময়াম লৈত্রিব, কজরব পুংশিরব অঙাং হাৎলি।'

পুতনান মকোক অমুক থাক্ষৎলি, অমুক হন্না মকোক লৈপাক শোক্ল থুমমজে। 'অসিনা অরোইবনি ঐনা হাৎকদৌরব অঙাং অসিন অরোইবনি। ভগবান! ঐহাক অমুক হন্না কত্তব অরাম্ব লম্বীদ চৎচররোই। মহাক হৌগৎলে। চর্নমৃততু লৌরগ মমিৎ মনাদ হাপলে অমসুং মথং-মথং লাকপ মীনা মাবু ইথোমল্লে।

মতুংদ লমজিংলিব মীতুন মাবু যশোদ অমসুং মাগী চাওরব ইন্নুং-মন্নুং কয়া, শঙ্গোম চফু অমা ময়াইদ থম্লগ ইকোয় কোয়ন কল্লিব মকম অদু তাম্ন পুরক্লে। লমজিংলিব মীতুন ইকায় খুম্নকম ওইরব অতিথিদু লাক্লে হায়ব তাকপদ, মিপামখৈ হৌগৎতুন মাগী লম্বী ফাংলি, নহা ওইবী মুপিশিংন মান শিরি, শেংলিব, মমল য়াম্লব লিক কোন অদুদ কল্লকপগ লোয়নন য়েংলি। মরমদি মখোয় করিগুম্ব মতমদ নিংথৌগী সভাদ মথুরাদ অচৌ-অপাং মুপিন শেংপ-ইম্বসি অমুক্ত উজত্রি।

যশোদ লৈপাক্ত কমন্থুন লৈরমই, য়োহিনিসু মনাক্ত কমন্থুন লৈরমই। মখোয় অনিমক শঙ্গোম চফু, মচা অমমম্ পায়রগ অঙাংশিংদ শঙ্গোম য়েন্নমই। পুতনাদ মহাক্ত মোমোন নোক্তুন ভয়াম্ন ভৌরমই অমসুং হায়রমই— 'হৈবেম্ন লেংশিনবিরকউ।' মতুংদ মশা থজিক্তং থৈজিন্দুন পুতন মনাক্ত ফমহল্লি।

যশোদান ভয়াম্ন ভৌবদুদ পুতনান য়াম্ন নুংঙাইজরমই। অমসুং মহাক মশাদি ওস্থোক্ত কত্রব মীনি হায়ন থজ্জরমই। মহাকসি অসিগুম্ব মপুক্লিং মুংঙাইন, নোক্তুনদ লৈরবী মমাসিগী মচা হাংকে হায়ন লাক্লিবনি।

পুতনান ফম্লব মতমদ যশোদাদ য়েংলমই। কয়াদ মশামউ কত্রব, পুকচেল চাওব মাল্লব মুপিনো! অঙাং অমন লেপোই-কখোই ভৌন, মাগী য়েংলথংব মায়কৈদ, শারি মচি অমন কুম্লগ, মমাগী অমৃত কম থক্লি। মথাংদ সনাগী মরি শিবিয়িব, মথোংদ লুপাগী খোংজি শিরিব, চুং কিয়ান চারুব, কুচু শংবাম্লন মুরব অঙাংদু

মহাক উরে। কংশন হায়রিব অভাংতু অসিনি, করিমত্ত চিংননিংঙায় লৈত্রে। কুচু শংবান্নবনি হায়বতু চুমলে।

অভাং মচাসিগী মনাক্ত চহি অহুমলোম শুরব, মশামউ য়াম্ন ফবব, রাংলব নোয়-পেল্লব রাংলব অভাং অমগ রোহিনিগী মশম ফাক্তুন শান্নরি। বস্নুদেবগী মুপি অহল, রোহিনিবুদি মান হান্নন থংই। রাং চাওবব অভাংসিন মাগী মচা ওইব তাবে, শোয়ররোই। শংবান্নব অভাংতুন মমাগী অমৃত থকপ লে'য়রতুন শাবিদগী মকোক লিংথোবক্লে অমসুং শান্নব ওইন অমদগী শঙ্গোম চফু মুল্লগ, শঙ্গোম থক্তোক্লগ চফুতু হুন্দোক্লমই। পুতনান অভাং অসিগী ফজবসি উবদ ভক্তুন য়েংলমই। মহাক্তী মশম ফজন থোয়বপ তৌব, মুবব নোকপগুমদ তৌব মিংয়েং অমসুং মুংঙাইতুনত লৈব শক্তমতু উরমই। মহাক মশাগীসু মচা কয়া পোকই, অতৈ অভাংসু মশিং নায়দন উরে, ভৌইগুম্বসুং অসুক ফজব, মুংশিব অভাংদি উথিদ্রি।

অভাংসিনি ঐনা হাংকদোবিবসি! মহাক্ল তৌগে হায়ন লাক্লিব থবকসি তোক্লসির হায়নসু থল্লি। অভাংসি হাংকদোবগী শকুকপুদি শিখিবন হেন্ন ফবে হায়নসু হেক থল্লি। নত্তে! নত্তে! তৌগে লাক্লিব ইথৌ পাংথোকপ তায়। মান তৌদ্রবদি মহাক শিব তায়—মপুরোইব প্রত্যুত্যসু শিব তায়। অসিগী মথক্ত মাগী মচা নিপালতুসু শিনি। কশংগী অশাওব, মাগী ইমুং-মমুং লোয়মক্ত তায়নগনি। নত্তে! থোক্তঅবব অতু মঙাইরে, অভাংসি শোয়দন শিব তায়। অতুগ রাফম অমন ঐনা হাংকদোব অভাং মান অরোইবনি।

পুতনান অঙাংদ মমিৎ কুপ্তন যেংলমই অমস্তুং মাগ মীং চানকব মতমদ মখুংকী তা, থেক্লমই, নোক্লমই অমস্তুং হুই, থোংলমই। অঙাংদুস্সু মঙোন্দ য়েংলমই অমস্তুং নোক্লমই। ওঃ! কয়াদ ফজখ্রবনো? পুতনান মখুং তিংথোক্তুনা কৌবমই। কৃষ্ণন অকীব লৈতন, যশোদাগী তম্পাক্ত ক থংলগ মাগী মখুও চংলমই। থংহৌদন পুতন! মমান মচা নুংশিবগী ইথক অমা মাগী থম্মোইদ পোক্লমই, মান কৃষ্ণবু থম্মোই য়াওন, চেজেৎ কোনশিল্লমই। মতম অসিদ মাগী নোন শিথ্রব মচাদু নিংশিংলক্তুনা মচা হুন্ন মান কোল্লমই। নত্তে! মহাক কবিগুম্ব মতমদ অস্তুক যাম্ন নুংশিন মচা য়াওবদ কে নখিদ্রি।

তন্তুম ওইনমক, মমা অমন মচা নুংশিবগী থৈক হৌবরস্তু, পুতনাগী রাখলদি খস্তব লেপ্তে। অঙাং অসি হাংপ তায় হায়রসি মাগী মপুরিংদ লেপ্লমই। লম্বী অতৈ লৈতে। মশানক মপুরোইব অমস্তুং মচা নিপাল হিংননব লম্বী অতৈ লৈতে।

পুতনান মকোক লুকথরগ, অঙাংন হরাওনব মনাতোম্ন মঙোনদ তক্লমই। অঙাংন মুংঙাইতুন নোক্লমই, মনোকসিন মাগী থম্মোই শোক্ত মুংঙাইহল্লমই। অঙাং অসিন মান লায়শংদগী হল্লকপদ মকোক্ত থেংলক্লিব চিনিচম্পা লৈতু উরমই, অমস্তুং থুন মখুং মচাদু থিংভিলক্তুন লৈতু লৌথিবমই। অঙাংদ মান য়েংলমই অমস্তুং অঙাংনস্তু য়াম্ন চক্রি তৌবগুম্ন মঙোন্দ য়েংতুন নোক্লমই অমস্তুং শাম্নব ওইন লৈতু মঙোন্দ লংশিল্লমই।

পুতনান মাগী নিপা মঙ্গ শাকফম অতুন নোক্লদুন য়েংলগ যশোদাদ হায়রমই ' ইমা ! ইমা ! য়েংবিয়ু নংগী নচান তৌরি-বসি। চহি অমুক নৌরিব মান ঐডোন্দ ফাগী তৌরি। মান ঐগী কোক্ত থেংপ চিনিচম্পাদু লৌরগ ঐগী মায়দ লংশিল্লকই।

যশোদান মমা অমা ওইন, চাওথোকচরদুন কৃষ্ণদ য়েংলমই। মহাক্ন হরাওরদুন হায়জরমই—' মান তৌরিব ফাগী জোগাই ময়ামসি থংবিদদুন তৌরবনি।'

' অঙাং ওইরিঙৈদগী অমুক য়ম্ন ঙাওরবদি চাওরক্লগদি করি থোক্লগদগে ? পুতনান হায়রমই।

মাগী থম্মোইদ থংহোদন শেংন মুংঙাইব অমা ফাওরমই। মাগী মুংঙাইবদুন থুম্বাংথিদুন মান কৃষ্ণবু অমুক কোনথংলমই। কল্লব ঈচেল ইথককুম্ন মাগী থম্মোইদ মমান মচা মুংশিবগী ইথক অমা কন্ন হোরমই। মাগী মশাদু থংহোদন হুমাংন পুমচোং চোংলে অমম্বং থংহোদন মাগী থবাক্তগী থোম্‌ ঈচেল নাম্বদন চেম্বরক্লমই। মাগী থবাক কুপলিব ফীদু পুমচোং চোংলে।

মতমসিদ মাগী থরাই হকচাং য়াওন অঙাং অসিবু মুংশিরমই। অসিগ লোয়নন মাগী থুপখ্রব থম্মোইদ লৈব, মান তোগে নিংব রাখলদুম্বু ফাওরকই। মুংশিখ্রব অঙাংসি মথোম্‌ পিথকদোবনি হায়বসি মান লেপ্লমই। মান ইরুজব হেক লোয়বগ আর্শেনিক্ল শেম্ব মাদন ময়াল থংব, মোলোম অমা মাগী থোমজিন্দ তৈশিল্লমই। মান অঙাং থোম পিথকপ তৌরগ, থোমগ লোয়নন আর্শেনিক, পিজবসি মমাংঙৈদম্ম কয়ারক তৌখ্রবনি। মসিন অঙাংসিগী অরোইব

ওইরগনি। লম্বী অতৈ লৈতে। মশামক, মপুরোইব অমস্নুং মচাশিং কন্দব য়াদে হায়বসি মাগী অকম্ব ফীরেপ্নি। অঙাংসি শিরগদি— মতম পুম্নমক্ত ; মপুন্সি চুপ্প নিংথৌন চাম্লগনি।

মতমসিদ মাগী থম্মোইদ শাফু কম্ন ইন্সিল্লক্লিব রাথলদি অসিনি—'অঙাংসি খোম্ পিথক্লো। নংসি ফত্তরব তোল্লন মুপিনি। নংদি— হকচাং পুক্লিং য়াওন শেংন মুংঙাইব হায়বত্থু ফংদ্রিব মুপিনি। মিকুপসিন নংগী নশাগী, নচাশিংগী, নপুরোইবগী মথৱাই কম্লনবগী খ্বাইদগী হেন্ন ত্তাঞ্জা চারব মিকুপ্নি। অঙাং অসি খোম, পিথক্লো।'

পুত্তনাসি মশাগী রাথল পুমকাও কাওখ্রে। অঙাং অসিবু মুংশিথিবদগী মাগী খোমজিন্দ হু তৈ হায়ব কাওখ্রে ; কৃষ্ণসি মাগী মতম্পাক্ত পমখৎলে। মতম পুম্নমক্ত হৱাওন নোক্লতুন কৃষ্ণন মতম্পাক্তদগী নাম্থোক্লব লাক্লে। পুতন মশাবু মশান কাওখ্রে। মান মাগী থবাক ফারিব কিশিত্থু লোথোক্লে, থবাক হাংলে অমস্নুং থবাক্তগী খোম, ইরি নায়ন থোরক্লমই। মান মাগী শারি মতোম্ন চোৎলব খোমজিন্দু নপথোক্লমই।

কনাগুম্বন হায়বগুম্ন মান মাগী নাকোংদ তারমই 'নংগী খোমজিনদি হু তৈশিল্লে, নংন য়াম্ন মুংশিরিব অঙাংসি হাৎলগনি।' তৌইগুম্বস্নুং হৌজিক্তি মহাক মশাত্থু ওইদ্রে, পুমকাও কাওখ্রে। কৃষ্ণসি মহাক্ল মশা থংদন খোম, ইনখ্রে। মহাকস্থু হৱাওন মত্থুদ য়ারমই অমস্নুং খোমজিন্দু মচিন্দ থিংজিল্লগ য়াম্ন পাম্ন থক্লমই।

পুতনাসি ডায়হাক্তং মহৌশা ফংখিদ্রিব, মফম থংদব মুংঙাইব অমা ফংলমই। 'ইবুংঙো! ইবুংঙো! নংন হেক পাম্লিবমখে মুংঙাইন থকচরো। কনাগুম্ব অমত্তন পিব ডমখিদ্রিব মুংঙাইব অমা ঐহাক ফংলে।'

থংহৌদন মহাক ব্রাখল খম্ব লেপংখ্রে হায়ন নিংলমই মুংঙাই-মন্দুন ব্রাম্বগদৌরিব্রা? হোয়! মান হৌজিকমক পাম্লিবদি যশোদাগী মচা কৃষ্ণদুনি, মান পাম্লবদি থব্লাই, হকচাং—পুম্নমক পিরবনি। হোয়! ঐগী মুংশিরব ইবুংঙো! নংঙোন্দ লোয়নমক পিরবনি। থংহৌদন—'ঐসি নংগীনি হায়ব ব্রাখল পোক্লমই।'

করিগুম্ব অমন মাগী থোপ্ত ফুবগুম তৌরমই। লাক্তব শগোলগুম্ন মাগী মিহুল চোংলমই। মতুংদ, থংহৌদন মশা পুম্নমক ফাজিনখিবগুম তৌরমই, মফম থংদব অনাব অমা মশা পুম্বদ ফাওরমই·········অঙাংদুদ অমৃত পিথকপদগী মুংঙাইবদু অমৃতগ লোয়নন চিংথোকখ্রে।

মীয়াম্ন নিম্লিবদুগী মতুংদ থংহৌদন কম্ন লাওনব তারমই। ব্রাগী চৈশাং পায়ব নিপাশিং চেনশিন্নরক্লমই। যণ-লাব অঙাওং-বগুম্ন নন্দন মমাং থাদুন, চেনশিন্নরক্লমই। মী পুম্নমক অকীবন মীপায়নরমই।

'পুতন কদায়দ চংখ্রে? কৃষ্ণ কদায়দ লৈ?'

'পুতন অসিদ লৈ।'

'পুতন! পুতন! পুতন' অকীবগী খোম্বাংসি মী পুম্নমক্কী মচিন্দগী তারমই।

যশোদান অকীবগ লোয়নন নিপা ময়াম মা-তম্ম চেনশিল্ল-ৱকইবত্থু— য়েংলমই। 'পুতন! পুতন! কৃষ্ণ! হায়ন লাওনবত্থু মান তারমই। মহাক্ন মাগী মনাক্ত ফম্লিব নিংথোকোনগী মুপিত্থদ য়েংলমই। মহাক পুতন ওইরে।

অত্থুম ওইনমক মান পুতনাদগী কৃষ্ণত্থু লৌথোকপ ঙমদ্রিঙেগী মমাংদ পুতনত্থু তপ্প লৈপাক্ত মমিং লাওন পাংথোক্তুন তুথব উরমই। মান অরোইব ওইন অঙাংত্থু মাগী অমৃত পিথক্নব লাক্নবমই। মান শিরত্থুন তুবত্থুদ মমা ওইবগী মু ঙাইব ওইন মচিন্দ মোমোন নোক্তুন নোক্ন লৈখিদে।

পুতনান শ্বর হোম্ব ঙমদত্থুন ৱারিঙেগী মতমত্থুদ কৃষ্ণদি মাবু থাদোক্নগ কাফৈ-কাফৈ চত্তুন যশোদাগী মনাক্ত চংখ্রে অমসুং যশোদানসু মাবু লৌথত্তুন কোনশিল্লমই।

নন্দন য়াম্ন পাথংপগ লোয়নন মাগী ইমুং-মন্নুং মনাক্ত য়ৌরকপ মতমদ—করি থোক্নবগে হায়ত্থুন খংনিংন হংলকপ মতমদদি পুতনান লৈবাক্ত তুত্থুন লৈরিব উরমই অমসুং মাবু মশকসু খংলমই।

মহাক্ন শ্বর চনিং-চমাং হোল্লত্থুন যশোদাদ হায়রমই। 'কৃষ্ণ কদায়দ চংখ্রে? মথুরাদগী— পুতনাসি গোকুলদ চংকনি হায়ব তা ত্থুন ঐহাক থুন হল্লক্লিবনি।'

ৱাগী চৈশাং পায়ব মী-শিংত্থুন 'পুতন হাংলু, পুতম হাংলু' হায়ত্থুন লাওনরমই।

অশিব অত্থুগী মনাক্নগী চংথোরকপগ লোয়নন যশোদান হায়রমই— 'মহাক্তি শিত্থুন লৈরে ঐগী অঙাংসিন তৌবনি।'

মহাক্ক কৃষ্ণবু মথবাক্ত চেঞ্জেৎ কোনশিল্লমই। মান মাগী থরাইনি লোয়নমক মাগীনি!

---

# তৃনাবর্ত্ত

কংশন পুতনাশিবগী রাসি হেক তাবদ মান হায়নিংঙাই লৈতন শাওরমই অমস্তুং খুদক্ত মাগী দর্শন হৈরব, রা-তান্নফম লমজিংবিবস্থ ওইরব, অহল ওইরব প্রালম্ববু কৌরমই।

প্রালম্ব! ঐহাক থাংহূন লৈব ঙম্মরোই। প্রত্যুত্যন গোকুল-দগী হল্লক্লব মতমদ ঐহাক গোকুলদ লাল তারনি অমস্তুং খুল লোয়নমক উৎ ওইহম্ব পায়ে। পুতনাসি ঐঙোন্দ ওস্থোক্ত মমল য়ামখ্রব মুপিনি। মান শিবসিগী লমনশিংব পামই।' কংশন হায়রমই।

প্রালম্বন মখুৎ লোম্নরহূন হায়জরমই—'ইবুংঙো মহারাজ! ইবুংঙোগী অনিংবহূন অড় ওইরগদি ঐগী অমুক করি হায়জখো হায়বগে? হায়জনিংঙাই লৈত্রে। তৌইগুম্বস্তুং মপুন য়াবিরবদি ঐনা হায়জনিংব থরদি লৈজ্রে।

নংবু অসিদ কৌরিবসি, নংন চুমই থম্বহূ হায়য়ু হায়হূন কৌরিবনি। প্রালম্ব! নংন অনিংবহূ হায়য়ু। তৌইগুম্বস্তুং পুতনাগী লমনশিংবগী রা য়াওদ্রগদি ঐহাক করিমত্ত তারোই।

প্রালম্বন য়াম্ন নোল্লুক্ত নোক্লহূন হায়জরমই— 'ইবুংঙোন গোকুলদ লাক্তরবদি মান অঙাং হাৎলিবসি ইবুংঙোগী য়াথংন 'ভৌরিবনি হায়বসি মীয়ামদ তাকথোকপগুম্ব নৎলোয়দ্রা?'

'ময়াম্ন খন্নিংব খঞ্জসন্নু, ঐহাক নাচুংদে। ঐহাক মীয়ামগী মনায় নত্তে।'

'ইনিংথৌ! ইবুংঙোন ময়ামগী মবুংঙোনি। ঐহাক্তি অহল অমা ওইন ঐঙোন্দ থোকপ য়াথলত্তুদ হায়জবনি। দেবকীগী মচাশিং ইবুংঙোন হাৎখ্রে। ইবুংঙোন তৌখিব থবক্তুদ মীন খন্নিংব খল্লবম্ব, ইবুংঙোগী থরাইদি কম্ব ভাবনি। তৌইগুম্বস্নুং মী পুন্নমক মুংশিন্দ্রব ন্নুপি অমা শিবগী মরাল লৈজদ্রব অঙাং ময়াম অমা হাৎপদি ইতোপ তোপ্প থৌওং ওইনি। মতুন যাদব পুম্নমকপু শাওহনগনি।'

'ঐহাক মখোয়গীদমক থোয়ন খল্লুদে। মখোয় ঐগী ফত্ত-নবদ তৌত্নুনা লাক্লিবনি। মখোয়ন কৈদৌব ঙমগনি।'

'ইনিংথৌ! মখোয়ন কবিস্নু তৌব ঙম্লোয় হায়বসি ঐহাক য়াজরে। তৌইগুম্বস্নুং মতিক মগুণ লৈরব পঞ্চালগী নিংথৌ দ্রুপদদগী খুদোং চাদব থোকপ য়াই। মহাকসি মথুবা পামত্তুন লৈরিবনি। অসিদগী চেনখিব যাদব কয়াস্নু মাগী রাজ সভাদ য়াম্ন চাওন লৈবি।'

কংশন মিকুপ অমত্তং খল্লমই। 'ফরে! দ্রুপদন লাল পাম্ন-বদি ঐহাক শেম-শাত্তুন লৈরিবনি। লালগীদমক ঐনা শেম শারক্লি-বসি মতম য়াম্ন শাংলবনি। পস্থদন লালসি থুন শোক্লবন ফরে।' মহাক্ন মকোয় নাল্ল-নাল্লত্তুন হায়রমই।

'ইনিংথৌ! ফরে। ইবুংঙোন শেম-শাত্তুন লৈরে হায়বসি ঐহাক থংজে' প্রালম্বন য়াম্ন নোল্লক্ল হায়জরমই। 'ইবুংঙোন

গোকুল মাঙহল্লবদি স্নুর পুন্নমক লাল হৌরক্কনি। অক্রুবগী ব্রিষনিস-শিংস্নু ভূমিন্ন লৈবোই। বস্নুদেবগী মরিমত্ত ওইরিব কুন্তিভোজস্ন দ্রুপদগ পুনখিব য়াই। কুন্তিভোজগী মচানুপি কুন্তিসি বস্নুদেবগী মচেনি হায়বসি মহারাজস্ন খংবিরমগনি। পৃথান হস্তিনাগী নিংথৌবেল পাণ্ডুদ লুহোংখি। মখোয়গী খুদোং চাবক্কু বদি য়াম্ন কীনিংঙায় ওইরব হস্তিনাপুর ঙাক্লিব ভীষ্মস্ন লাল য়াওবকপ য়াই। অদুদু ওইবগদি ঐখোয়গী ফীভম অকব ওইবোই।'

কংশ মতম খব ভূমিন্ন লৈবমই। মতুংদ খনফম খংদ্রুন মফেগন্দ খুবাক্ক পোপ-পোপ ফুবমই অমস্নুং হায়বমই— 'অহল ওইরব! নংন মতম পুন্নমক্ত হেক্ক চুমই। নংগী পাওতাকসি ঐহাক ইল্লগে। তৌইগুম্বস্নং নোংম নল্লগ নোংম পুতন শিবগী লমন শোয়দন শিংখিনি অমস্নুং ঐগী য়েক্লবশিংসি মরু ফংন মাঙহনখিগনি।'

প্রালম্ব চংখ্রব মতুংদ কংশসি পিশুম শুক্কোক্কুন ভূমিন্ন ফম্লমই অমস্নুং থোক্লিব থৌদোকশিংসি মুন্ন থল্লমই। নন্দগী মচাসিন খুদোংথিব ওইরক্কদৌরি। অদুবু কবম্ন মাবু মাঙহনগদগে? প্রালম্বন হায়বম্বসি চুমই। ইফোং-ফোংন গোকুলদ লান্দাববদি খুদোং চাদব কয়া থোবক্কনি।

মহাক্ক মাগী সিংহাসন্দগী হোগৎলে অমস্নুং মিহুৎ থোংদ লেপ্লগ যমুনাদ মপুক্লিং চংদন য়েংলমই। মতুংদ জঙ্গলদ লৈব, তুরেল মপান্দগী শা-উচেক ফাব নিপা অমদ মাগী মিৎয়েং অমস্নুং রাখল চিংশিল্লমই। মদু উবদ মান থল্লমই— 'উচেক ফাব নিপাসি,

অভাং লোন্ন ফাবস্থু হৈগনি, চুম্বনি।' মহাক্ক খুবাক খুত্নুন মাগী থাজরব মনায় অমা কৌবমই অমস্নুং উচেক ফাবত্নু কৌক হায়ত্নুন থারমই।

যশোদাসি পুতনান শিব অমস্নুং কৃষ্ণন লায়বক ফত্নুন হিংহৌব-সিদ মপুক্কিং য়াম্ন লাংতক্করমই। মী অমন ফন য়াম্ন ফত্তুনস্থু মীগী মচাবু হূ পিথক্কুন হাংকনি হায়বসি মাদি মও ফাওব মওদে অমস্নুং মত্নুগী হোংনবদ মথরাই ফাওব মাঙখ্রে। মাদি মপুন্সি চুপ্প কনাগুম্ব অমগী মাঙননব তৌরক্তি। অত্নুগী মহূক্ত মাদি, গোকুলদ লৈব, মমা-মপা লৈত্রব অভাং কয়া য়োকপি থাকপিকবই। মাদি মঙোন্দ চংজবকপ মী পুম্নমকপু লুন তৌই অমস্নুং নুংশি, মীনস্থু মহাকপু নুংশি। কনাগুম্ব অমন মাগী মচা হাংপ পান্নগনি হায়বসি মাগী রাখলগী রাংমনি। তৌইগুম্বস্নুং হৌজিক্তি মহাক্ক মবান্ন লৈত্রব অভাং কয়া মথুরাদ পুতনান হাংখিব অমস্নুং হূপিক্তত্নুন হাংপত্নু খংলে।

মীগী মশক্তি ওইবব হিংচাবীসিন মান তৌগে নিংব থবক্কুদ মায় পাক্লম্নবদি মহাক কবি ফিভম ওইবমগদগে হায়বত্নুদ—যশোদ—অহিং নুংথিল থন্দব ঙল্লমদে। কৃষ্ণন কবম্ন হূ-ত্নুদগী নাম্লোক-হৌবগে হায়বত্নু হেক খল্লুবদ মহাক কপ্তব ঙল্লমদে। মত্নু হেক খল্লুবদ মহাক্ক কৃষ্ণবু কোনশিল্লগ চেক্জেৎ কোন্সিল্লি অমস্নুং 'ঐগী কৃষ্ণ! ঐগী কৃষ্ণ! হায়ত্নুন তত্তন হায়রমই।

মতম অসিদ যশোদান মাগী মচাসিদ হায়দোকফম খংদ্রব নুংঙাইজব, ফোংদোকফম খংদব রাখল অমস্নু খল্লমই। মহাকসি

ছায়নিংঙায় লৈত্তন ফজবদ নত্তন মীন তৌবদ ওইথোক্তব অঙকপ থবকস্ম তৌবমই। মহাক্ পুতনাদ কন্ন কোনশিন্দুন লৈরমই অমসুং মথৱাইতু চিংথোকখিরমই। মত্তমসিদ মহাকসি চহি অনিদগী থবদ হেল্লিবনি। মসি ওইথোকপ থোদোক নত্তে।

অতুম ওইনমক যশোদান অসিগুম্ব থোদোকসি থোকহন্দনব কন্ন লক্লখি। মহাক মিকুপ অমা ফাওব কৃষ্ণগ থাদোক্লররোই থল্লে। নন্দ, রোহিনিনচিংব ইমুংগী মী পুন্নমকস্ম মঙোন্দগী কবিগুম্ব চংথোকথ্রবদি কুপ্প শেন্নবিয়ু হায়জরমই। তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণদি ফাজিন্দুন থম্ব য়ম্ব অঙাং ওইরমদে। মিকুপ অমা ফাওব মহাক্ থবক চিন্দুন চেকশিনহৌদবদ রোহিনিগী মচা বলরামগী মতুং হেক্ত ইনখি। মতুদ মাগী থম্মোইদ অকীব অমা হেক্ত পোকই। মতুদ মান মাগী তৌগদোব মথৌ পুন্নমক হুন্দোক্লম্লগ মাবু কোই-কৌ কৌতুন কোইচৎ চৎলি, চংলগ থিরমই। হেক লৈবম্বগ য়াম্ন খুদোংথিব অমা তারম্লগদোবদগী নাম্থোক-হোবগুম্ন মহাক্ পমথংলগ চেজ্জং কোনশিল্লমই। অতুগ কৃষ্ণসু হায়কম থংদব, ফজথ্রব মীনোক্ক লোয়নন মমাগী ঙকশমদ চেজেং কোনশিল্লমই অমসুং নপাশিল্লমই। মাগী মতৌসি অসুক্কী মতিক নুংশিবগী মওংনি মতুদি চৈব হেক কাওই।

নন্দন মঙোন্দগী অমুক হেন্ন কী। পুতনান লাক্লিবসিগী মবম মাদি থংই। কৃষ্ণসি দেবকীগী নিপালশুব মচানি হায়বসি ফত্রব কংশতুন থংবগুম তৌরে। পুতন শিবন ফত্রব কংশন কৃষ্ণগী মথৱাই লৌননব হোৎনব লোয়রোই হায়বসি মহাক্

থংই। মরম অসিন মাগী মনায়শিং অমসুং মবিমত্ত পুমমক্ত কৃষ্ণবু কম্ন শেন্ননব হায়রমই। করিগুম্ব, মশক খংদব অনৌব মী অমত্তং গোকুলদ লাকপদ ময়াম্ন মাবু কম্ন শেন্নগদৌবনি অমসুং কৃষ্ণগী মনাক্ত চঙহল্লোয়দৌবনি। ডম্নবদি কৃষ্ণসি মমা যশোদ য়াওরব ফাওবদ মশা কম্ব শেম্নব মী অমা-অনি য়াওদন চংথোকহল্লোইদৌবনি।

অতুম ওইনমক কৃষ্ণসি ফাজিন্দুন থম্ব য়াব অচ্চং ওইবমদে। মাবু চংথোক্তনব থিংব পুম্নমকসি মান কেকু-লা পি শাম্নবগুম থল্লি, অতুন মঙোন্দ য়াম্ন মুংঙাইব ওই। তত্থ তপ্প হেক ফংবগ, মিকুপ-নাহুম কুপ্ন য়েংলগ শেন্নবিব মীদগী নাম্থোকখিত্রন শম্বল মরুমদ, শঙ্গোলদ, কাংশদ নত্রগ চক পৈবিবগী মথক্ত কাথক্তুন লোৎলি। মহাক হেক উদবগ যশোদান কোয়লাও লাওত্রন হেক থি। অত্রদগীদি ময়াম পুম্নমক কোয়চেন চেন্নবত্রন কোইথি থি। মমৈদ মাদন ঙম্ব হায়ফম খংদব মুংশিবব মনোক অমা তৌবগ থোবকই অমসুং করিগুম্ব মতমদ বোহিনিগী মচা বলবান্ত মমাংদ থম্নগ মান মরুমদ থুপ্তুন, বলরামন তৌহম্বগুম্ন নোক্তুন থোবকই। মাবু থিব ময়ামত্থ উবদ, মান মুংঙাইত্রন জগোই শাবগুম তৌই। মঙোন্দদি মসি য়াম্ন মুংঙাইব ওইন থোকই।

তৌইগুম্বসুং যশোদ, মাগী মরিমত্ত, ইমুং-মমুং অমসুং মনায়-শিংদদি মসি মুংঙাইব কুম্মৈ নত্তে। পাখংপগ লোয়নন কোয়থি থিরুরগ মাদি ইরায় লায়ন মনাক্তগী হেক থোরকপগুম তৌবদ

ময়ামসি অপঙব তাবগুম হেক থোকহল্লি অমসুং মতুদ মাদি মুংঙাইরব কুম্মৈ ওইন থল্লি।

'ইবুংঙো! কৃষ্ণ! নং কদায়দ লৈ! নংবু থিব থংদবদ ইমাদি পাথংলে' যশোদান অস্নুম লাওডুন কৌই।

'ইমা! ঐদি অসিদদ লৈবিবনি' হায়দুন মমান রাজরিবদুগী মনা পিব ওইন, করিমগু, তৌদব শাশিন্নরদুন নোক্লদুন মমাদ য়াল্লমই।

নন্দ অমসুং মাগী ইমুং-মনুংনচিংব পুন্নমক্ক, কৃষ্ণন তৌরিব, চংলিব শাজং মওংদুগ মান্নন চংপ, থংব ঙম্লমদে। মিকুপ অমগী মনুংদ অনৌব লৌশিং অমা হেক পুথোক্লুন ময়ামবু পাথংহল্লি।

মতম থরদি করিগুম্ব থৌদোক অমা থোক্লুন লেল্লে। নোংমদি যশোদাসি মাগী মরিমত্তু লাগুন লৈব অমদ অঙাং পোকপ বেরা তৌদুন অনাব হংব চংলমই। ময়ুমদ হল্লকপ মতমদ কৃষ্ণসি খ্বাংদ শৌগংলগ নাকন্দ পমদুন হল্লক্লমই। থংহৌদন য়াম্ন কল্লব চক্রি হাপকংলক্লে। মহাক্ন শগোল তোংলগুম্ন হৌগংল-ফম্ন তৌরদুন চোংলক্লে অমনুং মাবু পমদুন পুব ব্রান থোক্লে অমসুং য়াহন্দ্রে।

মহাক্ন হংলমই— 'কৃষ্ণ! নংন তৌরিবসি করিনো?'

'ইমা করিসু তৌদে হায়রগ হেন্ন-হেন্ন কম্ন ফমথবগ হৌগংপগ তৌরক্লে।

'অদুদি চোংগনু'—মমান হায়রমই।

যশোদাসি কৃষ্ণন থেকপগ-চোংবগ তৌবদুদ পম্ব ব্রাবদ নক্তন ঙম্লক্তে।

করিনো নংন তৌরিবসিবু? কৃষ্ণ নংন চোংবসিদ ঐহাক নংবু পম্ব ওয়ক্কে, তুমিন্ন ফমত্থন লৈব য়াত্র?

কৃষ্ণন খুম্নমই— 'ইমা! ঐহাক খোঙন চংকে।'

যশোদাসি তুগদোবগুম্ তৌরে অমসুং মান তুবদ অঙাং শোকত্র হায়ন খল্লে। মরম অসিন, মহাক্ক ঙায়হাক্তং খর হোন্দোক্লুন, পোম্বাগে খন্দুন অনকপদ লৈব মাঙ্গোল অমদ ফমথরমই।

খংহোদন মুমিংসি নোং মংত্থন কুপশিনখ্রে। খুল অত্থুদ অকম্ব নোংলৈ, মুংশিং অমা শিংলক্লে অমসুং মত্থন মফম অত্থু উফুলন পুমকুপ কুপশিনখ্রে। নোংলৈ মুংশিং অত্থুগী অকম্ব শাফুন যশোদাসি লেপ্প ফাওব ঙমদ্রে। মমিংস্মু উফুল চংত্থন পাংথোকপ ঙমদ্রে।

মহাক্ক কৃষ্ণসি দাগ্নী অমদ থম্নমই অমসুং য়ুম্নী অমদ পায়ত্থন নোংলৈ মুংশিংগু নেমথব ঙায়ত্থন মনাক্ক ফম্নমই। উফুল-রাইফুল অত্থুন মমিং পাংথোকপ ঙমদ্রে অমসুং কৃষ্ণন নাম্বোক্লব মখুং পায়রিবত্থু চিংবগ লোয়নন পায়বত্থু ঙম্নক্কে।

নোংলৈ মুংশিং ফরকপত্থু মতম খর চংলমই। যশোদান মমিং পাংথোক্লগ কৃষ্ণদ য়েংলমই। তৌইগুম্নমুং কৃষ্ণদি মফম অত্থুদ লৈরমদ্রে।

'কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! নং কদায়দ লৈরে'— যশোদান লাওরমই।

করিমত্ত থুম্নক্কে। য়ুম অত্থুগী অকোয়বদ লৈব মফম পুম্নমক্ক মান কোয়চং চত্তুন থিরমই। কৃষ্ণ থিব ফংদ্রে। যশোদান পাথং-লত্থন অঙাওবীদোন 'কৃষ্ণ! কৃষ্ণ!—হায়ত্থন লাওত্থন কোয়চেন

চেল্লমই। থিব থংলক্তু বত্থদ মহাক কপ্প হৌরক্লে। 'ঐগী কৃষ্ণ মাঙপ্রে, থিব ফংদ্রে' হায়ত্থন মখোল থোক্ল ল্লাওন কপ্পক্লে।

লম্বী অত্থদ লাকপ গোপী থরস্থ মাগ থেংনরে। থোক্লিব থোদোক্তু মথোয়দ হায়রব মতমদ মথোয়স্থ কৃষ্ণবু থিব কপ্প য়াওররে। মী অমন চেনখিত্থন কৃষ্ণ মাঙথিবত্থ নন্দদ তাক্লুরে। মহাক্ল শাগে-নাতৈ অমসুং মচা-মনায়গ লোয়নন চেপ্প-চেপ্প লাক্তুন পাও হুংলমই অমসুং মথোয়স্থ কৃষ্ণ থিব য়াওররে।

কুইন অমসুং শাংন পাথংপগ লোয়নন থিরব মতুংদ মী থরন খুলগী খুংন্দান্দ মী অশিব অমা লৈরে হায়ন পাওদম লৈ। কনাগুম্ব অমা নোংলৈ মুংশিং কপ্প শিংপত্থদ, চেম্বদ, লম্বী মর্য়াদ লৈব নুংদ থেংজিন্দুন মকোক কায়ত্থন তুত্থন লৈরে। খুঙ্গংগী মী অমন মাবু মশাক থংলে। মহাকসি মুমিং নিনিরোমগী মমাঙদ উচেক ফাব, গোকুলদগী লাকপ অনৌব মীনি। মমিংন বৃনাবক্ত কৌই। মহাক মথুরাদগী লাকপনি।

নন্দন তৌকম থংদ্রত্থন কপ্পমই। নিপাসিন কৃষ্ণবু শোয়দন হূরাল্লগ্নগনি। অত্থবু কদায়দনো মান লৈরিবসিবু। কৃষ্ণবু কৌর-কৌরত্থন মায়কৈ পুম্নমক্ত মী-য়ামহ্থ চেল্লরমই।

মতম থরগী মতুংদ মথোয়ন কৌবত্থগী পাওখুম অমা তারে। 'বাবা! ঐ অসিদ লৈরে'—অপিকপ অঙাংগী থোম্বোক অমন খুল্লকই।

অঙাং ওইরিব. কৃষ্ণন, হরাওন নোক্ল-নোক্লত্থন মনাক্ত লৈব হৈন্নৌগী বন অমদগী. চেম্বাক্লকই অমসুং নন্দ তাক্ল চেনশিল্লমই। নন্দস্থ কৃষ্ণবু কোনথংনব মহাক্ল তাক্ল চেনশিল্লমই।

নন্দন পথংপগ লোয়নন থৌরি ফুম্ব থোংম্থাক্ল হংলমই—
'কৃষ্ণ! নংহাক করম্ন অসি তাম্ন লাকপনো?

লৈপাক্ত শিত্নন লৈরিব তৃনাবর্ত্তদ খুদোম্বীন থিল্লগ কৃষ্ণন হায়রমই—'মান ঐবু পুত্নন চেন্বনি। মান ঐবু কন্ন কোনশিল্লি, ঐনস্থ মাবু চেজেৎ কোনশিল্লি। তৌইগুম্বস্থং মহাক তুবমই অমস্থং ঐনা চেম্থোকহৌই।' মসিদ মহাক্ল ম্নুংঙাইত্নন নোক্লমই।

বস্থদেব অমস্থং দেবকীন কৃষ্ণবু হু পিজত্নন হাংকে হোৎনবগী পাও তাবদ—'অনিমক মথোয়গী মচাসি কদায়দ লৈবগে হায়ব' থংলমাল্লে হায়ত্নন মথোয় অনিমক য়াম্ন পাথংলমই। মরমদি—থংত্রগদি পুতনাসি গোকুলদ চংলম্লোই। কংশন কৃষ্ণগী লৈফম অমস্থং কনানো হায়ব শেংন থংলগদি মাগী মাঙননব তৌরকপ শোয়দ্রবনি।

ব্রাহ্মণ মুপি অমা শাজিম্নরগ করম্ন পুতন লাকপ, নন্দগী ইমুংগী ওইব কাংলুপ্ত করম্ন য়াওব, করম্ন কৃষ্ণবু হু পিজত্নন হাংকে লাক্লব অমস্থং মত্নগী হোৎনবদ মাগী মথরাই মাঙব — অসি পুম্নমকসি গর্গাচার্য্যন তম্বদ বস্থদেব অমস্থং দেবকীন য়াম্ন মুম্ন মপুক্লিং চংম তারমই।

দেবকীন মাগী মচাসি ভগবানমক্লি হায়ন থাজবত্ন অমুক হেন্ন থাজবত্ন হেনগংহল্লি। পুতন হাংপসি—লায়মক ওইন থল্লব মাগী মচা অত্নদন ভম্বনি। মান মমিত্তি পিরাং চেন্দুন মাগী লায় থুরমফমদ চংলমই অমস্থং মাগী থম্মোইদ লৈজব পামজব অথুপ্প পুম্নমক্ত মান ভগবান্দ কংথোকচরমই।

মাগী মুপিন য়োন থাজরিব অতুগুম্ন বসুদেবদি অঙাংদদ থাজব য়োদে। মহাকসি য়াম্ন অকীব অমসুং পাখংপ অমা য়াওরে। কংশন কৃষ্ণ মাঙহন্নব শোয়দন হোংনরকনি হায়বসি মহাক্ন শোয়দ্রে হায়ন লৌই। মুমিং থরগী মতুংদ মান অক্রুর অমসুং গর্গাচার্য্যগ ব্রা-তান্নবমই। কৃষ্ণ কন্ননব তৌব য়াব থর তৌব অমসুং কংশবু ব্রাখল অমরোমদ খলহন্নব হোংনব হায়বসি—মাগী অরেপ্প ব্রাখলনি।

অতুম ওইনমক অক্রুরন বসুদেবগী চিংনবন্থ কোকহল্লমই। 'বসুদেব! হৌজিক্কী মতমসিদ নংগী খৌবাংব, চিংনবন্থ করিমত্ত তৌরন্সু' মহাক্ন হায়রমই। 'কংশন প্রালম্বগ ব্রা-তান্নৈ হায়ন্থন ঐ ঙরাংদ তায়। মান গোকুলসি মরু ফংন মৈ থাদোক্তুন মাঙহন্ব পান্বনি।'

'হে, ভগবান! বসুদেবন শোল্লমই।

অক্রুরন হায়রমই—'ঐখোয় পুম্নমক্কী অরাব কোকহনবিগে হায়ন্থন ভগবান লেংখোকপিরক্রবনি। কনা অমত্তন ইবুংঙো মাবু মাঙহন্ব, শোকহন্ব ঙম্মোয়। অন্থবু ঐখোয়দি মীনিন, মী অমন তৌব হৌনব চেকশিনবদি তৌব তায়। তৌইগুম্বসুং ভিক্ষমদি করিমত্ত লৈতে। ঐনা তায়—প্রালম্বন পুতন শিবগী লমন খুম্ব তৌরন্সু হান্নন পাওতাকপি।

গর্গাচার্য্যন হায়রমই—'তৌগুম্বসুং খুদোং থিব অমদি লৈবি। ঐহাক মুমিং তরামরিনি খুদিংগী গোকুলদ চংলি অমসুং নংখোয়দ পাও পুরকই। নন্দনসু নংখোয়দ পাও তক্তন থারকই। কৃষ্ণগী

মরমদ নংখোয়ন হংলুবদি য়াদে। অদুম তৌরবদি—মরম অমদগী থংদে, অমদগী কংশন ঐখোয় পুম্নমক কৃষ্ণগী অফ-মুংঙাইদ পুক্লিং চংই হায়বসি থংথিগনি। কৃষ্ণসি দেবকীগী মচানি হায়ন চিংনবসি—কনশিনহনগনি। অদু ওইরগদি কৃষ্ণ মাঙহন্নব মান অঙম্ব তৌরক্কনি।'

বসুদেবন হংজরমই—' করি তৌজো হায়বগে?'

' কৃষ্ণগ নংখোয়গ মরি লৈনমাল্লে হায়দুন কংশন চিংনরিবসি তৌদনব লাক্লগদৌবনি। মদু থোক্লনব দেবকীগ লোয়নন মথুরা থাদোক্কন শাংন তীর্থ চংলুচো '—গর্গাচার্য্যন খুম্নমই।

বসুদেবন মপুক্লিং লাংতক্লন হংজরমই ওঃ!

ঐখোয়গী মুংশিজরব ইচাসিন কমদৌহৌব?

'ঐহাক মফম অসিদ লেংদন লৈগনি। অহল ওইরব ব্রাহ্মণ অমন আর্চা-পূজগীদমক গোকুলদ চৎপদি কনা অমত্তন চিংনরোই। নন্দন যজ্ঞ থর তৌ হায়দুন ঐহাক হায়গে। ঐনা চৎলগ মদুদ মতম থর লৈব য়াগনি ' গর্গাচার্য্যন হায়রমই।

য়াথল মুম্ন থল্লগ অক্রুরন হায়রমই—' বসুদেব! গর্গান হায়রিবসি চুমই হায়ন ঐনা খল্লি। নংখোয় অনিন মথুরা থাদোক্কুম চংখ্রবদি, নংখোয়ন অসিদ লৈবদগী কৃষ্ণগী হেন্ন ফব ওইগনি। হৌজিকসু নংখোয়ন মথুরাদ লৈন-লৈন নংখোয়ন কৃষ্ণগী ফননব করিসু তৌব ঙমদে, ঐসু মতম পুম্নমক্ত অসিদ লৈগনি।'

'অক্রুর! দেবকীন মাগী মুংশিজরব মচাগী পাও অমত্ত তাক ফংদ্রবদি— অরাপ্প মফমদ লৈখগদি মাগী থম্মোইসি কায়গনি'— বসুদেবন হায়জরমই।

পাখংপগ লোয়নরব মখোল নিরু গর্গাচার্য্যন হায়রমই। 'ঙসি অয়ুক ঐনা তাব পাওহু নংখোয়দ তম্মুরা? মুমিৎ মরিনি-বোমগী মমাঙদ কৃষ্ণসি জঙ্গলগী মী অমন ফাহুন লোম্ন পুথিরমই। ঐখোয়গীসিদ নোংলৈ মুংশিৎ কম্ন শিংপ মুমিত্তুনি। নোং-মুংশিৎ অতুদ জঙ্গলগী মীহু শিবে। কৃষ্ণদি কবিম্নু তৌবমদে, নোক্নুন লৈবমই। বসুদেব! দেবকীন হায়রিবসি চুমই। মহাকসি ভগবানমক্কি।'

'মহুন লেপ্রে। বসুদেব! ঐহাক রাশক অমা নংঙোন্দ পিগে' অক্রুরন হায়রমই। 'বৃষ্ণি ঐখোয পুম্নমক থরাই মাঙব তাবব ফাওবদম্নু ঐখোয়ন কৃষ্ণদ ফত্তব থেংকহল্লোয়। নংন মথুরা থাদোক্নুন চংপ্রগদি ঐনা কৃষ্ণগী অফ-মুংঙাইদ হেন্ন ফজন য়েংব ঙম্ব য়াই। কৃষ্ণসি নংগী নচানি হায়ব কংশবু থংহন্দবসি য়াম্ন মক ওইবনি।'

বসুদেবন হায়জবমই—'হায়নবিব রাফমসি ঐহাক দেবকীদ থংহঞ্জিদ্রি। অনৌব থোক্নিব থোদোকসি থংদ্রব ফাওবদ মহাক্কি অহুম মুংঙাইতহুন লৈবিবনি। থংলবদি মহাক শিব য়াই। মচা ওইববম্নু মিকুপ অমা ফাওব মচাবু উব ফংদবহুদ অমম্নুং মচাগী পাও অমত্ত ফংদবদ মহাক্কি হৌজিক ফাওবম্নু তখায় অমা মাম্নন লৈরিবনি। ময়াম্ন থংবিদ্রবননি, মাগী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংমকসি কৃষ্ণবু থন্দুনত হিংলিবনি।'

'জগৎকী মপু!' য়াম্ন থম্মোই শোকপ থোম্মোক্ন দেবকীন শোম্ব তারমই।

অহুমত্থু ওক্তুনা য়েংথোক্লরমই। দেবকীদি অকীব পাথংপগ লোয়নরব শককমগ লোয়নন থোংদ ডাহ্নুন, থোংবান পায়রগ লেপ্তুনা লৈরমলে।

'ইবুংঙো! আচার্য্যন তাকপিরিবসি চুমই। ঐখোয় মথুরা থাদোকপ তায়। ঐগী—'ভগবান' হিংহম্নবগীদমক থম্লাই কংথোকপ ফাওবদ চিংনজদে' অসি হায়রম্লগ ঋাম্ব্লে।

---

# কৃষ্ণগী ঋাখলদ নুংঙাইজব

কৃষ্ণন গোকুলদ নোং ঙাম্থোকরকপ মতমদ মথম্মত ঋাখল ভৌহ্নুন লৈরমই।

চহি তরুক্ত শুরবস্থু— পুন্সিসি ঐগীদি নুংঙাইবন হেল্লি। নোং হেক ঙাম্বগ ইমা যশোদান শুম্লগনি। 'হোয়!' ঐহাক ষণনাওমচাশিংন মমাগী মথোম থক্লিংহ্নুন থোংবত্থু তারে অমস্থুং ইমান মখোয় থুদিংগী মমিং কৌর-কৌরহ্নুন থেমজিল্লি। হৌজিক্তি মীং তৈংথোক্লগ হোগংপ মতম য়োম্রে থল্লমই অমস্থুং মথম্মত নোক্লমই।

অহুবু বলরামদি অতম্ব মীনি। মহাক্ত মমিং নোয়র-নোয়রহ্নুন শওম্ন ঙংবগুম্ন ঙংদ্রিঙৈগী মমাঙদ ঐনা মহাক হোগংনব ভিক্রি থোংদ্রুগে। মতুংদ ঐনা তৌগদৌবসি মাবু কমুংদগী চিংথোকপনি। মহাক য়াম্ন কুত্থু-কদ্রাক লাওরবস্থু ঐবুদি মান য়াম্ন মুংশি, ঐনস্থু

মাবু মুংশি। মহাক্ক মথুবাদ মমাগ লে'য়নন চৎলগ লৈকপাদোবগী শরুকপুদি ঐগ গোকুলদ লৈবন হেন্ন পামই।

মতুংদ ঐখোয় অনি মায় তাথোক্লগনি অমসুং শেম শাব লোয়বগনি। অতৈ ষণজেন নহাশিংন মখোয় মখোয়গী ষণ্ঠীশিংহু মহাবন তান্ন শাক্তিক পিজব পুরক্তিডৈগী মম'ডদ ঐনা হান্ন য়োগনি। ময়ামগী মকোক ওইব হায়বতু অসিনি। ঐনা থেংলবদি ময়'ম পুন্নমক্তু মুংডাইজরোই।

বলরামগ ঐগ ফৈজোম শেংকনি, কোয়েত্তি থুপচিল্লগ পুগনি, চৈ-শু পায়গনি অমসুং লোন্ন মপা'ন থাক্কনি। বলরামদি অসুম্ন থবক তৌবগী রাখলসি শুপলৈ লৈতে। ঐদি ফৈজোমসি নিংথিন য়েপশিন-থোমজিন্দুন শেংকনি, কোয়েৎসু নিংথিন চেপ্পপ তৌন য়েংকনি, ইয়াম্ব বলরাম্ন পংয়েং য়েৎশিন্ন অতুম্ন তৌরোই। রাহোং মতু অমসু থিকথিনি অমসুং মতু কোয়েত্ত থেংকনি। বলবা'মদি রাহোং মতু থেংপনচিংবসি করিমত্ত থৌ ওইদে।

মতুংদ ইয়াম্বগ ঐগ ফী শেংলগ ষণ্ঠী-ষণনাও ময়াম পুন্ন লৈবিব মফমদ চংকনি অমসুং ঐগী চৈ মচাসি হায়রছুন, ঐনা গোপ ময়ামছুগী মকোক্ত চংকনি। ঐনা মথে'য়দ হবাণ্ন নোক্ক রারী শাগনি মরমদি ঐহাক মথোম্বগী নুচিংবনি। ঐগী লেংমান্নব লাকপ মতমদ ঐনা শকফম হুপ্তিন্ন রা ডাংগনি, মথোয় পুন্নমক্কী অফ-মুংডাই ঐনা য়েংগদোবনি, মথোয়সি ঐগ লোয়নব মরুপমক্কনি, মথোয় য়াওদ্রগদি পুন্সিসি করিমত্ত মুংডাইরোই।

ময়ামসিগী মকোক থোংন ঐনা চৎপ মুমিং অমদ পুম্নমকপু জঙ্গল তান্ন পুতুন চৎকে অমসুং ষণশিংতু শক্তিক চাননব থন্নগ য়ুমদ হল্লক্লমই। হল্লকপ মতমদ মরুপ-মপাংশিংগ তুরেলদ ইরুজগে খল্লমই। অতুবু ঐনা বলরামসি ইয়াম্বনি হায়বসি কাওব য়াদে, থবক পুম্নমক্ত মান মাঙথাগদোবনি—অতুবু মানদি য়ান্ন মপুক ফবনিন মাবু থনম্নবসু করিসু ডাংলোয়। অতুবু ঐনা ঐগী ইয়াম্ব অহলদ থোদাবগুম্ন তৌবদি চুমদে। ময়াম্ব অহলদ কনাগুম্ব অমন অসুম্ন তৌব চুমদে।

মরুপ-মপাংশিংগ তুরেলদ ইরুজবসিদি য়ান্ন নু ডাইথ্রব কুম্মনি। ঈশিংদ চোংথব, ইরোইব, মরুপ-মপাংশিংগ ইরোইব তান্নব, অমগ-অমগ ঈশিং চায়নব নত্রগ অমন অমগী মকোক পায়রগ ঈশিংদ শ্বর ফুম্ব ফাওব নমথব—মুংডাইথ্রব শান্নবনি। ঈশিংদ অমন অমগী নঙ্গলদ শগোলতোংবি শান্নে। অতুবু ঐডোংদদি কনা অমত্তন তোংব ঙমদে।

মতুংদ ঐনা খুঙ্গংদ হল্লগনি, য়ুমদদি চংখিরোই। মুপিশিংন চৎলিব শাজৎ মওংসি ঐনা থংননব হোংনখিগনি। অয়ুক্ত মথোয় অয়াম্বন ঈশিং শোকপ তুরেলদ চৎকনি। মতুগী মতমত্থ ঐহাক শোয়হম্ব য়াদে।

মী অমত্ত লৈত্রব মতমত্তুদ ঐহাক তুমিন্ন য়েঙ্গাইদগী কুমথগনি অমস্থুং খুনিং কাংল-কাংলত্তুন চৎলগ মনিংথোং লোম্ন হাংদোক্তনি, নক্সগ লোম্নমদব মিছুংথোং অমদ চংগনি, নত্রগ ঐনা য়ুমথক্ত কারগ য়ুম কুপ্লিব উপাক হাংদোক্লগ চংগনি।

অসি পুন্নমক তৌবসি ঐংচোন্দদি অক্ষব নত্তে, কনা অমত্তন ঐনা তৌবগুম্ন তৌব ঙম্লোয়— মবমদি ঐদি য়াম্ন য়াঙই অমস্তুং খিংই। বলরামদি শোয়দন তৌব ঙম্লোয়। মাদি মশাস্তু য়াম্ন ল্লমই অমস্তুং খিংবস্তু খিংদে। করিগুম্ব মতমদ মরূপ খ্বরন মতেং পাংবি। অয়াম্ব মতমদ মরূপশিংন, মমা-মপান চৈগনি হায়ন থীতুন ঐবু ইথন্নত হুন্দোকই। কবিগুম্ব মতমদ বলরাম ফাওব য়াওবিদে, হুন্দোক্লম্লগ চংখি।

অতুম ওইনমক, ইহাক অতুদ কবিমত্ত খল্লুদে। অস্তুম্ন মীগী মযুমদ চাবসি য়াম্ন স্নুংডাইগ্র্ব কুম্মে অমনি। মীগী মযুমদ চংলগ ঐনা পাম্লিবসি কবিনো হায়ব ঐহাক মুন্ন খংই। শঙ্গোম অকম্ব, বত্তবনচিংব পুন্নমক্ত থৌরিন য়ান্দুন থমই ; ঐনা পাম্লিবসি মথোয়শি তুনি।

মহোশান চক্ষুশিংতু য়াম্ন রাংন থৌরিদ য়াম্ব মরম্ন ঐনা অয়াম্ব মতমদ লাম্ব ফংদে। তৌইগুম্বস্নুং মতু ফংব ঙম্লনবগী লম্বী কয়ামুক লৈ। ঐগী ইতেং পাংবিনিংঙাই লৈত্রবস্তু মতু ঙম্লনব পাম্বৈ কয়া-মুক লৈ। ঐনা মরূপ অমা কৌবগ মাগী মনঙ্গলদ ঐনা তোংলগ লামই। পাংবিয়ু য়াদ্রবস্তু থোয়দোক্তে। অতুগুম্ব মতমদ ঐনা নূং অমা পায়রগ শঙ্গোম চক্তু থুগাইনব লাক্নৈ। অতুদগীদি— চক্তু হোরে, করিগুম্ব মতমদ কায়বস্তু য়াওই অমস্নুং শঙ্গোম, বত্তরনচিংবতু চেম্বরকই, লৈপাক্তস্নু তাহুন ইচায় চায়রমই।

মতম অতুদনি ঐনা খুং অনিন য়াবগ পুক থম্ন থকহৌরিবসি, করি করিগুম্ব মতমদ য়া-কাথোক্লগ পুক থম্ন থকই। অতুবু ইশাগী

ওইজনব তৌবদি ফত্তে, মতুদি লাল্লি। ঐগী থাজরব, মুংশিরব মরুপ-মপাংশিংসু মপুক থন্ন পিজব তায়। মরম অসিন শঙ্গোম অফম্ব অমসুং বত্তরনচিংবতু খুজোক্ল য়ারগ, মনিংথোং হাংদোক্লগ, নত্রগ মিহুৎথোংদ, মথোয়দ লাম্থোক্লগ পিজে। মসিদি য়াম্ন মুংডাইখ্রে অমসুং হুরান্দুন চাব বত্তরগী উৎসবসিদি য়াম্ন হাওখ্রে।

করি করিগুম্ব মতমদ ঐনা হুরাল্লকপতু শরুক য়াবিনব মরুপ-মপাং অমত্ত ফাওব লৈতে। অতু ওইরগদি শঙ্গোম অফম্ব অমসুং বত্তরতু মাঙহম্বগী মরম লৈতে অমসুং চুমম্ব চুমদে। মতম অতুদ ঐনা মিহুৎথোংদ লেপ্লগ য়োংশিংদ পিজে। য়োংশিংতুন হরাওন উথক্কুগী চোংথরক্লগ খি-খা, খি-খা তৌতুন খুত্তগী বত্তরনচিংবতু লৌরগ উথক্ত পুথংলগ চায়। য়োংশিংসিদি মুংশিংগ্রে, মীগসু য়াম্ন মান্নখ্রে।

অতুম ওইনমক, মতমদি মাঙহম্ব য়াদে। নিপাশিং জঙ্গলদ নত্রগ লবুক্ত চংকদোরিবনি, তৌইগুম্বসুং নুপিশিংদি ঐনা লাক-হন্নিংদ্রব মতমদ হেক হল্লকপ য়াওই। মরম অসিন ঐহাক মথোয় খংহন্দন ঐনা লাকপ, চংলকপ লম্বীতুদ অমুক থুনা হম্ব তাবনি অমসুং খুৎ-শা, চিন-থা শেংন তেংথোক্লগ ঐনা হান্ন লাকপ মনিং-থোংলোমদ চংলগ য়ুমদ চংই। ইমাসি য়াম্ন শিংই। ঐনা বত্তর হুরাল্লি হায়বসি হেক্ত খংই। ঐনা বত্তর লোন্ন চায় হায়বসি ইমান তত্তন চিংনজুন লৈবনি।

করিগুম্ব মতমদ ইমাসি লাক্লব রাখ্রে। মহাকসি য়াম্ন লূ-নাল্লি অমসুং ঐবুসু লূন-নাম্ন লৈহম্ব পামই। করি করিগুম্ব মতমদ উফুল

মরক্ত শান্নব অমস্থুং লম্বীদ উক্ল চায়তুন শান্নব, মত্রগ শঙ্গোল ময়াদ শন্থি মেত্তুন, চায়তুন শান্নবসি কয়া য়াম্ন মুংঙাইবগে হায়বসি ইমাদি খংদে।

নোংমদি ইমান ঐবু লৈপাক চারে হায়ন ফাওব চিংনখি। মতুদ মহাক্ত চৈ মচা অমা পায়ৱক্লমই অমস্থুং ঐবু য়া কাথোকউ হায়রমই। ঐস্থু ইমান হায়বত্থু ইল্লমই। অমস্থুং মতুদ ঐগী য়া অমস্থুং চিন-খা পুন্নমকসি অস্থক্কী মতিক লূরমই, ফজরমই ইমাসি— থা-থরাম্মিচাক পুন্নমকসি উবগুম তৌতুন ঙক্লমই।

অতুম ওইনমক করি করিগুম্ব মতমদ চংথোকপসি য়াম্ন ৱান থোকই ঙরাংদি বলরামগ ঐগ শুমাংদ নিংথৌ ওইব শান্নরমই। অতুগ অমন অমদ শন্থি অতুন থানরমই। মংখোয়সি ভগবান শঙ্করন পিবিব লায়গী শক্তি লৈরব খুংলায়নি। মতুংদ ঐখোয় অনি কনান কম্বগে য়েংননব মল শান্নে। অতুম ওইনমক মতুদ কনান কম্বগে খংনদে। মরম অসিন ঐখোয়ন মফম অতুদ তাতুন, চায়তুন লৈরিব শন্থি অপেংপত্থু লোর-লোরগ অমন অমদ তৈশিন্নরমই। মতুদি ওস্থোক্ল মুংঙাইখ্রে। ঐখোয় অনিমক্কী হকচাং পুন্নমক শন্থি পুমতৈ তৈরমই।

ইমা য়ুমদ হল্লক্তি হায়ন খল্লমই। তৌইগুম্বস্থুং ঐখোয়ন লাওনবত্থু ইমাম তা-তুন মপান্দ থোরক্লমই। মহাক য়াম্ন শাওখ্রে। মান ঐখোয়গী নাসি পায়রগ ঐখোয়দ খুবাক্ল থারমই অমস্থুং ফাক-ফাক নোক্লগ ইমান পায়রিবত্থুদগী নাম্থোক্লব লাক্লরমই। মতুংদ চৈর-চৈরতুন ঐখোয়বু শেংন চামথোকপিরে, ইরুথোকপিরে। ইমান শাওন-শাওন থবক তৌবত্থুদ, মত্থুন কুম্মে অমা অমুক ওইরে।

মতুংদ ইমান মাগী চৈ পুথোরক্লে। বলরামদি চেনখ্রে অমস্তুং কোচিন-কয়া অমদ লোৎখ্রে, ঐদি চেন্দে। মাদি ইমাবু মুন্ন থংদে, ঐদি থংই। ঐনা মহাবোন্দ অহিংগী মতমদ কৈশাম্ন ঙংবগুম্ন মীংসি নোয়ব-নোয়বতুন কপশিন্নবে। মতুন ইমাগী থম্মোই পেংথ-বক্কনি হায়বসি ঐনা শোয়দন থংই। খুদক্ক চৈত্থু হুন্দোকখ্রে, অমস্তুং ঐবু চেক্সেং কোনশিনবিরে। মতুদ ঐনা চোংশিল্লগ ইমাগী ঙকশমদ কোনশিন্দুন ঐনা ঙস্বমখৈ কপশিন্নে। মহাক্ক মাগী অশাওব কাওখ্রে, ঐগী নঙ্গদ পোপ-পোপ ফুরগ ঐবু থেমবিবমই অমস্তুং হন্ন-হন্ন চুপ্পমই, মীত্তগী পি-তৈথোকপি অমস্তুং ইমাগী থবাক্ক চেক্সেং কোনশিনবিরমই।

ঐখোয় শাওনব ফবব মতমত্তুদ বলরামসি লোৎপদগী থোরক্লমই। খুদক্ক ইমান মাগী মমা ইন্দোল কহিনিত্থু নিংশিংলমই। ইন্দোলদি মথুবাদ চংখি, ঐবু মুংশিবদগী বলরাম লৈহৌরিবনি। ইমান য়াম্মুংগীস্তু মমামক ওইগনি হায়দুন ব্রাশকহৌবিবনি। ঐস্তু মাবু অস্তুক্কী মতিক মুংশি মতুদি ঐহাক মহাক উদ্রগদি ঐহাক লৈব ঙমদে। মরম অসিন ইমান মাবুস্তু তম্পাক্ক পমথংলে, থেমজিনবি অমস্তুং মাবুস্তু চুপ্লিরমই। ঐখোয়বু ইমান মতম্পাক্ক পস্বিরগ কোনশিনবিত্তুদ ঐখোয়স্তু ওস্তোক্ক মুংঙাইজরমই। ইমাসি ঐখোয়ন ওস্তোক্ক মুংশিজখে।

মতম পুম্নমক্ক গোপিশিং লাক্লবদি য়াম্ন ব্রাই থোয়দোক হেদোক্ক চহি থরা য়াম্নবশিংত্থু। মথোয়গী শঙ্গোম অফম্বগী নত্রগ বত্তরগী চক্থু হেক থুগাইরুবদ, মথোয়ন ঐনা তৌবনি হেক্ত হায়। অত্থুন

মখোয়ন য়াম্না শাওব শক্তমগ লোয়নন লাক্লুন ইমাদ হেক্ক রাকং লৈ। অসিগুম্ব মতমদদি ইমাগী উকশমদ তুংলোনদগী কোন্দুন মখোয়দ লোল্ল-লোল্ল শুগংলি। মখোয় অয়াম্ব য়াম্না ফব নুপিমক্তনি। মখোয়ন ইমাদ রাকংলবসু ঐঙোন্দদি নোকই। মতুংদদি 'ঐনা নত্তে' করম্ল মখোয়গী শঙ্গোম চফু থুগাইকগদগে হায়দুন কন্ন রাকংলি। মতম অতুদদি ঐহাক ভুবেলদ শান্নদুন লৈবি—হায়ন খুমই। মতুদ মখোয় রাংলাওন নোকই। মখোয়ন ঐবু বত্তব হূবানব কোই। ঐনা মতু কন্ন য়াদে অসুং কোকসি কন্ন হায়।

ইমান য়াম্ন শাওব শকফম লৌবগ মমিং ফাক্তেক্তুন ঐঙোন্দ হায়বমই—' কৃষ্ণ নংসি চক্রি ফত্তব অদুংনি। গোপিশিংদ নংন কবেম্নে।'

ঐনা শককম হজ্জিন্দুন য়াম্ন নুংশিব মওংগী খোম্বাংন হায়বমই— ইমা! মখোয়শিংসি ঐনা হেক তৌব থুদিংদ অরাম্বদ থিব পাম্বনি। মখোয়ন হায়বিব মতমতুদদি ঐদি ষণ শেন্দুনা বন্দ লৈ।

কনাগুম্বী গোপী অমন মতুদ হায়বমই—' ঐগীসু ঐচানিপা অমা লৈ। নংহাক বন্দ চত্তে হায়দুন মান হায়। ঐগ য়াম্ন চাম্নরব মরুপ ওইরবসু নংগী নচাহু মপুক শেংদব অঙাংনি। মহাক্ন বত্তর হূদে হায়বসি নংন কবম্ন থংব উমগদৌরিবনো। মান মনিংলোমদ বত্তর চাব ঐহাক উবিবনি ' ঐনা অসুম্ন করিমত্ত তৌদব শাশিম্নরগ খুম্নমই।

মসি তাবদ ময়াম পুন্নমক ৱা-লাওন নোক্লমই। 'ফবে! ঐগী হরিচন্দ্র! মান বত্তব চাব নংন উরবদি, নংদি কদায়দ লৈ? ইমুংদ লৈ-এ ইমান হৌন নোল্লহন্নন হংলমই।

'লৈতে! ঐদি মখোয়গী যুম মনাক্ত হৌব উ-অমদ কাখত্তুন লৈ। বলরামস্তু মতুদ লৈরিবনি' ঐনা কন্ন হংলমই। ইমান অশাওবগী শকফম লৌবগ হায়বমই—'নংন চোংলিবত্তু ওইদবনি। ইমান অশেংবদি ঐঙোন্দ শাওব উমদে।

মতুংদ নুংঙাইতব, পেন্দব শাশিন্নবগ পি-তত্তুন কপশিন্নবগ চংখোক্লমই অমস্তুং হায়রমই 'ইমা! ইমান ঐবু কবিমত্ত নুংশি-বিদ্রমাল্লে, ঐসি নচা নত্তবগুম তৌরে।

ইমান খুদক্ত শাওনিংলম্বত্তু পুন্নমক ফত্তুন ঐবু কোনখৎলগ চেজেৎ কোন্দুন হায়রমই 'ইমাগী কন্থাই হায়। নংহাক, মীগী বত্তর হুরাল্লুন্নুনে। ইমা! ঐ তৌদে' ঐনা কন্ন য়ারমদে অমস্তুং ইমাদ ওনশিল্লগ উহন্দন নোক্লমই।

মতুদ ইমাসি ঐনা তৌখিব পুন্নমক পুমকাও কাওখ্রে অমস্তুং গোপিশিংন মমিং থংনবগ মকোক হায়বত্তুন হায়বমই— 'অদোংসি ফজদ্রা?' ঐস্তু মখোয়দ, য়েংলগ নোক্লমই। মখোয় পুন্নমক্ল ঐবু থাগৎপিরমই। মখোয়সি য়াম্ন মী-নুংশি থংব, মপুক কখ্রব কাংবুমক্তনি। ঐবু তত্তন মখোয়ন পন্বি অমস্তুং মযুম-মযুমদ ঐবু কৌরগ ঐনা নিক্তব লৈতন মখোয়ন মরক মরক্ত বত্তর পিক্লে।

অতুগ মখোয়গী মবক্ত জ্ঞান তাদব কাংবুস্তু য়াওবি। মখোয়ন ইমাদ লাক্লগ ৱাকৎ লৈ অমস্তুং ঐবু চৈরৈ। মতুদদি ঐস্তু মখোয়দ

কবিগুম্ব থরদি তৌনিংলে। বলরামগ ঐগ মখোয়ন ময়ুম থাদোক্লুন চংথোকখিব তাঙ ডায়ন্থুন লৈরে। মতুংদ ঐনা বলরামগী নঙলদ কাথংলগ মপোয়গী লৈপলদ কাথংলে অমস্থং মখোয়গী ইথোলদ চোংশিল্লে। মতুংদ ঐনা মখোয়গী পুন্দুন লৈরিব যন্নাওমচাত্থু থৌরি থাদোকপিরে অমস্থং কোম্বোং হাংদোকপিরগ জঙলদ হোয়দোকপিরে মতুংদ ঐহাক থোরক্লে অমস্থং য়ুমথুগী মপু হল্লকপ লোম্ন ডায়ন্থুন লৈবে। য়ুম্বথুন হল্লক্লগ যন্নাওমচা লৈরম-দবত্থুদ কোয়থি থিবত্থু—য়াম্ন মুংডাইব কুম্মে ওই। 'ইহে!' পুন্সিসিদি কুম্মেগী কুম্মেমক্তনি।

মুপিন মফি মরোলগী মরমদ থম্ব ব্রাথল চহি তরুক শুরকপ মতমত্থুদ, কৃষ্ণসি মুংডাইবগী মুংডাইবমক্তনি হায়ন থল্লমই।

গোকুলগী মুপিমচাশিংসি য়'ম্ন নিংথিজৈ মশক মতৌ ফজৈ, য়েংবদ য়াম্ন নিংথি। মখোয়গ মাগদি শান্নমিনৈ, অতৈগদি য়াদে। অত্থুগ বলরামদি মরিল য়াম্ন ফরবস্থু মখোয়বু কী। তৌইগুম্বস্থুং কৃষ্ণদি ইতোপ-তোপই। মনা মখোয়গ লোয়নন শান্নব পামই। অমস্থং মখোয়স্থু মাগ শান্নমিন্নব য়াম্ন পাম্নমই।

গোকুলদ মুপিমচা অমস্থং মুপামচাশিংসি তোংডাল তোংডালব মতমদ, কাংলুপ কাংলুপ নায়ন তোংডান তোডাম্ব মফমদ ইরুজনরমই। তৌইগুম্বস্থু মুপিমচাশিংন ইরুজব লাক্কদৌব মতমসি মান থংই অমস্থং মখোয়ন ইরুজব উবদ কৃষ্ণসি য়াম্ন মুংডাইরমই। মাগী মরুপ-মপাংশিংন মত্থুদ হয়াওন নোক থেব তৌরমই অমস্থং

হুইনচিংব খোংহুন মখোয়বু লংনরমই, ভোইগুরনুং মানদি মঙ্গ থিংননব লাক্লরমই। মুপিমচাশিংদ অস্নুম তোব হৌনজে হায়হুন মান থিংব লাক্লরমই। মখোয়গী শাগেগী পুরোহিত গর্গাচার্যন মহাক্কি ক্কৈত্রিমচানি অমস্তুং অশোল-অনা কল্লসি মাগী মথৌনি হায়রমই। মুপিমচাশিংসু য়াম্ন শোল্লি, মখৌন লৈতে। মখোয়ন য়াওন চেম্বসু ভমদে অমসুং করিগুম্ব অমত্তুং লান্‌বদ হেক্ত কপই। মতুন মখোয়বু য়াম্ন নুংশিহল্লি।

মহাক্কি ভুরেলদ ইরুজব মতমদ মুপিমচাশিংসি, মান কাথংত্রি কাণ্ডব ঈশিংদগী কাথত্তে। মখোয়ন মঙোন্দ মিংচিন লোম্ন-লোম্ন য়েংই, হায়বসি মহাক থংই।

মহাকসু ময়ামগী তুংদ লৈহৌব পামই অমসুং মরক-মরক্ত মখোয়গ মিংচিন য়েংনৈ। মখোয়সু তুরেলদগী কাথংলক্লপ মফি-মরোল শেংচিল্লি, ইনশিল্লি অমসুং নোকশিন্নে। মহাকসু মফিদ য়েংগুন থাম্লিব বাশিত্তু লৌথোক্লগ খোংলমই। মহাক্ক অঙকপ কংন কজন থোংব ভমই, গোকুলদ মান খ্বাইদগী হেন্ন কজন বাশি থোংব হৈবনি, ময়াম্নসু মত্তু থংনৈ। মতুদ মখোয়ন য়াম্ন য়েংনিংব, পামজব মিংয়েংন মাবু য়েংনরমই, অমসুং মাস্নু মতুদ অঙকপ ওইন মুংঙাইজৈ।

মুমিং চাম্নবম্নব মুংথিলগী মতমদ, থোয়দোক হেন্নোক্ল থাবল মর্ক মতমদ মুপিমচাশিংন খুলগী মী-তিনফম ওইব মকমদ থোরক্ত্‌ন মথল মথেল কম্না-শাৈম্ন। অথোয়ন মুপামচাগ লৌয়নন শাম্নমিম্নব পীমজে। মাবুদি ময়াম্ন য়াওহাঙ্কিংই অমসুং হয়াওন ময়াম্ন মাবু

কোইশিল্লগ, মন্নাইদ মাবু বাশি খোংহল্লি। মাস্মু মতুদ হরাওন তৌবমই।

মতুংদ মাগ লোয়নন মখোয়গা শান্নমিন্নি। মরক মরক্ত মান ছায়ব-তাকপ শান্নব মওংজুস্মু য়াতুন শান্নমিন্নি। মতু মুপামচাশিংদন শান্নব মওংনি, মুপিমচাদি শিংথিন শান্নব ওমদে। ললিতা, বিশাখাগদি মখোনা লৈব মুপিমচা ওইবন মতু ওন্নব কন্ন হোংনৈ। তৌইগুম্বস্মুং করিগুম্ব মতমদ মখোয়দ য়াম্ন লুন থোকপ শান্নব মথল ওইবদগী ভুব-লাকপ থোকই অমস্মুং মতুদ হেক কপই। মতুদ মান চেনশিল্লগ মখোয়বু হোংলক্পি অমস্মুং মুংশিব ৱাহৈ ছায়তুন থেমজিনবি।

তৌবগীদি অয়াম্ব মুপিমচাশিংন মাগ লোয়নব অমস্মুং মান ঙাশিন ঙাংব ৱাঙাংতু তাব পামই। অতুগ মহাকস্মু করম্ন মতু তৌগদগে হায়বতু য়াম্ন হৈ। মহাকস্মু মখোয়গী মুংঙাইতবতু তোক্লগ, নোক থেতুন তৌই অমস্মুং ৱান্নী-ৱাতাই শাব হৌই।

বলবামদি ওম্ভোকপ মী হায়বতুনি, ময়ামগ তিন্নব য়াদে। মুপিমচাশিংগ শান্নব অমস্মুং ৱান্নী-ৱাতাই শাব পামদে। কৃষ্ণন মখোয়গ লোয়নব পাম্বতু উরগ মান নোকই। তৌইগুম্বস্মুং কৃষ্ণদি মতু তৌদব ওমদে, মখোয়গ লোয়নন ফাগী জোগাই তৌবতুদ মাগী য়াম্ন মুংঙাইব ওই। গোপিশিংন ঈশিং শোক্লগ মকোক্ত হাপ্লগ চক্ষু পুবগ লাকপতু হয়েংদগী মুং কাম্বকপ মুংন চক্ষু থুগাইহ্নতু মাদি য়াও য়াদে। মতু মাদি তৌহৈদবনি হায়ন থল্লি। অতুম ওইনমক কৃষ্ণদি মতু য়াম্ন মুংঙাইব কুম্মৈ ওইন থল্লি অমস্মুং

গোপিশিংনস্থ মতুদ মুংঙাইজে। মহাক্ন য়াম্ন তোয়ন মী কয়াগী য়ুমদ লোম্ন বক্তরনচিংব হুরান্ব চংবদগী গোপি ময়াম্ন য়াম্ন তোয়ন মমাদ ন্না কংলে। মতু মান চুমদবনি হায়ন থল্লি, মরমদি বক্তরন-চিংব হুরাত্রবদি হিংবগী হৈনিংব, থৌগৎপ কদায়দগী লাক্কদোবনো ? অত্তুবু ন্নাকংপ তোক্কব করিগুম্ব অমদি তৌব তায়।

গোপিশিংতুদ করিগুম্ব ফাগী মাম্বথর তৌতুন পারা অমা ভম্বিগে হায়ন মান থল্লমই। অতু নত্রবদি মথোয়ন মমাদ ন্নাকংপ লেপ্লোইদোরি। অস্নুম্ন, থম্ন-থম্ন মহাক তুরেল মপাল য়োরক্লে। নহা ওইরিবি, মশক মতৌ ফজরবী গোপিমচাশিং অমস্নুং অহল থর, ওইরবী মুপিশিং থরস্থ তুরেলদ মুংঙাইন ইরুজরমই, মরমদি মুমিং য়ুংব মতুং ওইব মরমদগী মুপা অমত্ত তুরেল মপান্দ লাক্লোই হায়বসি মথোয়ন থল্লমই।

মহাক্ন তুরেল মপান্দ হৌব খোংনাং মখোংদ মথোয়গী সাড়ী পুন্ন থম্বতু উরমই। কুম্মৈ মুংঙাইব অমা লৈবে। থল্লগ মহাক্ন মোংশোং মরুমদ লোম্ন, লোম্ন চংলক্লগ ফিশিংতু পুল্লপ তাশিল্লগ পুনশিল্লে অমস্নুং উ কাখত্তুন মনা পুংব উশা অমদ লোত্তুন ভূমিম্ন ফমতুন লৈরে। গোপিশিংতুন মশাদি পুমচোৎ চোংন অমস্নুং মথোয়গী শাংলব শমশিংতুন লিন ময়াম য়াম্বগুম্ন য়াম্বরতুন ঈশিংদগী কাথংলক্লে। মথোয়ন উগী মথোংদ লাক্লে, মফিদি অমত্ত লৈরমত্রে অমস্নুং পাথৎপগ লোয়নন লাওরমই। মসিদ মথোয়ন অমগ—অমগ য়েংনব ময়েং, অকোয়বদ কোইয়েং য়েংব মওং অমস্নুং ভমস্থ ভমদবদ মশা লোৎননব হোৎনব মওং—মুংঙাইত্রব কুম্মৈ অমা ওইরম্মি।

মতুংদ মখোয়ন উদ য়েংখংলমই, কৃষ্ণ লৈবত্তু উরে অমসুং লাওনরমই। মহাক্কি মখোয়দ য়েংব ঙমদে, বাশি পায়খংলে অমসুং মুংশিরব ঈশৈ অমা খোংলমই, ময়ামদি তৌফম থংদতুন লাওনব হৌরে। লৈশাবি মচা অমদি উত্তু কাখংকে লাক্লরমই, তৌইগুম্বসুং ঙমদ্রে। মহাক উদগী নাম্মুখ্রে, মখোং মখুং তেক্লম-গদৌই। মতুংদ মখোয়ন মখুং লোন্নরগ হায়জরমই—‘ কাহ্নাই! কাহ্নাই! থৌজানবিত্তুন এখোয়গী ফি পিবিরো।’

মত্তুগী পাওখুম ওইন মান বাশি খোংতুন লৈথোক্লে। মখোয়ন হন্ন-হন্ন মফি পিবিরো হায়তুন হায়জরে। মত্তুদ মান মখোয়দ হায়রমই—‘ এগী মায়োক্ত ইমাদ রাকংপত্তু লাল্লে হায়তুন হায়জো।’ মখোয়ন অসুক্কী মতিক মথরাই শোক্ল লাল্লে হায়জরমই মত্তুদি মহাকসু মমৈদ মুংঙাইতব পোক্লক্লে। তৌইগুম্বসুং মহাক্ল ফিশিংতু অননম হুন্তরক্লমই। মপু অশেংবতুন কংদ্রি ফাওব ময়ানত্তু ফিত্তু মুন্নগে তৌই। অসুম্ন মহাক্ল কুম্মৈগুন্ন মথং-মথং চংখো পুন্নমক মফি মরোল শেংপ লোয়রব মতুংদ মান উদগী কুমথরক্লগ বাশি খোংঙ্গ খোংলতুন মুংঙাইন চংখ্রে।

‘ যশোদাগী মচাসি ওম্নোক্ল অকীবগী মশক্কি অসুম্ন ময়ামগী মরক্তগী অমন হায়ব মান তারমই। মত্তুদ মান মথন্নত নোকই। অমন অমুক হায়রমই— ‘চহি তরেত্ত শুরম্বসি লায়বক ষবনিদো। মহাক্ল চহি তরাতরেৎলোম শুরন্নগদি করি খেন্নব ওইগদৌরিবনো হায়বদি মহাক থংদে।

মুপিশিংদি অহলসু, লৈশাবিসু মখোয়ন ঙাংথোক্কদৌরিবতুন মখোয়দ ইকায়ব পিব ওইরবসু মচিন কাব ঙমদে। মহাক্ল

থোজানবিদ্রবদি ঙাল্লিভৈগী মতমদ মফি মরোল অমত্ত য়াওদন ময়ুম ফাওব হনগনি হায়বসি মখোয়দি থংদে, ঐনা মুংশিবিবদগী মফি ফংবনি। ঐবু থাগৎপিবগী মহুত্ত মখোয়ন ইমাদ লাক্লগ দণ্ডি পিনবগীদমক ব্লাকৎলরে। অঙকপ সংসারনি।

অহুবু মুপিশিংহুন তৌবিমল থংদবহুদ মহাক্ত কবিমত্ত মুংঙাই-তব পোক্লে, ইমাদ ব্লাকংপহুদ মখোয়ন ফংলিব মুংঙাইবহুদ ঐহাক হেক্ত পেল্লে। অহুম ওইনমক ইমান য়াম্ন শাওবহুদ ঐনা লৈবাক্ত ওল্লগ কপ্লুন লৈ। তৌবগীদি ঐনা অহুম্ন কপ্লব মতমদ ইমান চংশিল্লক্লুন কোনথৎপিবগ ঐবু হেক থেমজিনবিবহু তৌবগদ্র হায়হুন কপ্প মবক্ত য়েংহুন লৈবনি। অহুবু হন্দক্তি তাবিবদ্রে।

তৌবিমল থংদ্রব মুপিশিংহু হনখ্রে অমসুং মিনায়শিংস্থু চংথোকথিব মরমদগী ইমান বত্তব শেল্লব শঙ্গোমহু ওংপ নৈব হৌরক্লে। মমান মহু তৌদ্রিভৈগী মমাঙদ মাবু পম্বিবমগদ্র হায়ন থল্লমই। তৌইগুম্বসুং নদ্রে, মহু তৌবিবমদ্রে। মহাক্ত কপশিন্নহুন য়েংই, তৌইগুম্বসুং মমান হম্ন য়েংবিদ্রে। মহুদ মান মপুক্লিংদ য়াম্ন শাওনিংলমই। ইমাসি মসিগী মমাঙদদি য়াম্ন ফবমই, তৌইগুম্বসুং ঙসিদি থাঙ্গেশেংন শাওরমাল্লে। কবিগী অসুক য়াম্ন শাওবিবনো হায়বসি মাদি থংদে। মান সাড়ী লোং-শিনবগী ব্লাসি তারগ মপাইবুংঙোনদি লাওন থিংব ঙমদবমথৈ নোকথি অমসুং মহাকস্থু মুংঙাইথ্রব কুম্মৈ অমনি হায়ন থম্বিবনি। তৌইগুম্বসুং ইমাদি অহুম্ন তৌদে, শাওবন মমায়সি ঙাংশং ঙাংই। মুপিসিদি মুপি ওইহুন অহুম লৈ, ওব্ব ম্রাদে।

মহাক য়াম্ন শাওনিংলে, অকৈন শাওবগস্থু মাগ মান্নদে। খুদম ওইন—বলবাম্ন শাওরগদি নিংঙায় য়াম্ন তৌই, চৈ-থাংই, মখোং দং-দং কাওই, ঙম্বমখৈ লাওন ঙংই মমিংসি কোইয়েং য়েংই। মসি অরেম্বদ মতম মাঙহম্বনি। মান শাওরগ মশা তৌফম খংহন্দ-বসি চুমদে। ঐনা শাওবে হায়বসি ইমা খংগদৌবনি অমস্থুং শাওব তোক্নুন হান্নগী মতৌগুম্ন মুংশিন তৌবত্থু তৌহনগদৌবনি।

ফি শেংপ-ইম্বগী মবমদদি মুপাগ মুপিগ মান্নরমদব য়াই। ইমাসি অমুক হন্ন ফবক্নবগী তাঞ্জ অমা ঐনা পিগে। মরম অসিন ঐনা কপ্প তোক্লগ তপ্প-তপ্প ইমাগী নাক্ত চংশিল্লি অমস্থুং মাগী সাড়ী মতোন মচি অমা চিংব লাক্নবমই। মত্থুদ মমাত্থু শোয়দন মমায় ওস্থোং-বক্কনি, মান কপ্পত্থু উবদ মাগী অশাওবত্থু কাওখিনি অমস্থুং মাবু অমুক হন্ন পম্বিগনি।

অত্থুবু হন্দক্কি মুন্ন চাদৌমখৈ য়েংলগ লৈথোকখি অমস্থুং ঐবু ইস্থোকপিবমই।

'ইমা'—হায়ত্থুন মুংশিন ঐনা কৌবমই। তৌইগুম্বস্থুং শঙ্গোম ঙৌবগী মনম অমা মতমসিদ কন্ন নম্নমই। ইমান মত্থুগী মনমত্থু নম্নগ শঙ্গোমত্থু শৌত্থুন পাথোকখিদনব থংনব কাদ চেনশিনখ্রে।

মহাক শাওনিংলে; বল্লরামগুম তৌবদি নত্তে, মহাক্কি তুমিন্ন শাওবনি। ইমাসি হৌজিক ফাওব শাওব ফত্রি। মরম অসিন মমাগী রাখল চিংশিন্নব কবিগুম্ব অমা তোগে থল্লে।

মরমত্থুদ মহাক্ক থৌরিদ শিকাদ য়ান্দুন থগ্রিব বত্তরত্থু উরুরে। করম্ন মত্থু থুগাইগদৌবগে হায়বগী লৌশিংদি মহাক য়াম্ন শিংই।

মত্থদি মহাক ময়ুমদ তৌদ্রবস্থ হম্ন-হম্ন য়াম্ন শাজেল তৌরবনি। মহাক্ল নুং অমা পায়থংলে অমস্নুং শোয়ব লৈতন মহাক্ল চফু অত্থদ থারে।

'ফট্' ! পাত্রত্থ চাওরব ময়ি অমা চংলে অমস্নুং বত্তর চেস্থরক্লে। মহাক্ল উম্বমথৈ মত্থ চারে অমস্নুং অরেম্বত্থন পিথ্রাইগী পুথম অমদ য়ারে। মতুংদ মান মত্থ মনিংথোংলোমদ পুথোক্লুন থোরক্লে অমস্নুং লেপশৃম্বল মচা অমদ থম্লগ মাগী মকপ য়োংশিংবু কৌরগ পিজরমই। অহাম্বদ অমা, মথংদ অনি, অহুম মবি লাক্লুন মাগী মমাগুদ ফম্লগ বত্তরত্থ হরাওন চাররে, তৌবগীদি অয়াম্ব চায়থোকই। মহাক মাগী শাওরম্বত্থ কাওথ্রে।

মমা-মপান থোরক্লে অমস্নুং চফু কায়বিব অমস্থ বত্তর ইচায় চায়রিবত্থ উরে। মহাক্ল খুদক্ত পুম্নমকসি মহাক্ল তৌবনি হায়রসি থংলে অমস্নুং অতৈগী য়ুমশিংদ বত্তরগী চফু করম্ন থুগাইবমগদৌ-বগে হায়বত্থ মহাক ভাব তারে। মহাক্ল শাওন মাগী মনাক তাম্ন লাক্লে অমস্নুং মনা পায়ত্থন ফারগ, খুপাক্ল অমুক্তং থারগ হায়রমই—'কাহ্নাই! ফত্রব অঙাং! নংবু করম্ব কান্দ ফগং লক্কদগে ?

মহাকস্থ য়াম্ন মুংঙাইত্রে। মহাক্ল মুংশিবিব থজিক্তং উৎলবদি মামু ফরমগদৌবনি। তৌইগুম্বস্নুং মহাক্ল করিগুম্ব তাঞ্জ অমত্ত পিদ্রে। অত্থগ মমান শাওবসিদি য়েংবদ য়াম্ন মুংঙাইব কুম্মৈ অমা ওইরম্নে, পিগুম শুক্তোকপ, মনাতোন ফঘ, থৌজালগী মশক ওইরম্ব শককমত্থন, অশাওবগী শককম ওম্নকপ—য়েংবদ য়াম্ন মুংঙাইব ওইরম্নে। মত্থ উবদ নোক্তব ঙমদে, নোকথোক্লুরে।

'নংন পুন্সি চুপ্প কাওরোইদৌব পারা অমা ঐনা তম্বীগনি'— ইমান লাওরমই। ইমান শাওবত্থু বলরামর্ন শাওবগুমই, থৌন য়াম্ন মাঙহন্ব মওংনি। শাওতুন মাবু ফুননব চৈ অমা পাম্নরক্রে। মতুদদি চেনব নত্তন করিস্থু তৌনিংঙাই লৈত্রে। ইমান মাবু কোইতান তাম্নরমই। তৌইগুম্বস্থুং মহাক চায়তুন লৈব বত্তরহুদ নাম্থুতুন তুরে। মহাক্ন মাবু ফারে অমস্থুং লেপশুম্বন্দুর ফম্লগ মমিং নোয়র-নোয়রতুন লাওন কপ্লমই।

ইমাস্থ ফুগে হায়তুন চৈত্থু থাঙ্গংলগ মিকুপ অমত্তং লেপ্লমই অমস্থুং অতুদ ঐস্থু ঙম্বমখৈ হৌন কপ্লমই।

অতুবু, ইমান অতুদ তৌবসি চৈত্থু হুন্দোক্লগ উগী হুই অমদ য়ান্দুন লৈব থৌরি অমা লৌরে। মহাক হৌজিক ফাওব য়াম্ন শাওরি অমস্থুং মমান করি তৌবগে হায়বসি মহাক্ন য়েংতুন লৈরি।

মমান কোম্থরক্লগ থৌরিতুন মাবু শম্বন্দুদ পুন্নব হোংনরে। মহাক্ন ঙম্বমখৈ লৈথোক থোতোক্তুন মমাদগী নাম্থোক্নব লাক্নরমই, তৌইগুম্বস্থুং মমাদি য়াম্ন মপাঙ্গল কল্লি। মমান মাবু ফারে, নাম্থোকপ ঙমত্রে, তৌইগুম্বস্থুং মত্থু হোংনবদ মমাসি মমায়-মমিং পুমঙাং ঙাংত্রে, মশম-মনা পুমফ ফারে, মশমদ চিম্ব লৈ থরস্থু ইচায় চায়ন তারে। মহাক্ন মাবু লেপশুম্বন্দ পুন্সিনলে অমস্থুং শাওন য়ুমদ তৌকম থোকপ মথৌত্থু তৌননব কাতুদগী থোকত্রে।

# খম্বাং হৌব উ-অনিগী অঙকপ

ইমান শাওরবদি, ঐস্সু শাওরে। মতম পুন্নমক্ত শাওতুন লৈব য়ারোই হায়বসি, ঐনস্সু থংহল্লিংই। করিনো অমা তৌবা তায়। অতুবু করিনো? মথুং-মথোং লেপশূম্বন্দুদ পুন্সিনবীরে। মহাক্ন হৌগৎকে লাক্নব মতমদ লেপশূম্বন্দু থাঙ্গৎপ তায়। হোংনতুন খজিক্কুং য়েংবদ থৌরিতু খজিক্কুংদি কোমথোরকই; চংপদি য়াদে। মমাগী শাওব মওতু কোক্লনব করিনো অমদি তৌগে খল্লে। ময়াংলেন কোম্বরগ চংপ য়াত্রা য়েংই। শূম্বন্দু মান লেংবন খরদি লেংলে থুনা চংপদি য়াদ্রে। তপ্প-তপ্প খর-খর চিংবোই-থাংবোই তৌতুন চংপদি য়ারে।

তুমিন্ন অমস্সুং তপ্প-তপ্প মহাক্ন থোংলোমদ থোনাক্লে। ইমাদি শূম্বলগ কোম্নন মপাল্লোমদ থোকপ ভমগনি হায়বসি থাজদব জাৎনি। মহাক্ন শুমাংলোমদ থোরক্লে। তপ্প-তপ্প কোম্হোং য়ৌরে, হাংদোক্লে অমস্সুং ম্রান হোংনতুন শূম্বন্দূ চিংতুন-চিংতুন মপান য়ৌরক্লে।

মহাক হৌজিক্তি অহাংব লম্কাংদ য়ৌরে, মমাঙদ ভক্সলদ চংননব লম্নীতু লৌরে। শূম্বন্দু চিংলচিংলতুন জঙ্গলদ চংলবদি অঙকপ কুম্মৈ অমা ওইরগনি। ইমান হায়রং ফৌ শুদ্রিবগী মমাঙদ শূম্বন্দু শোয়দন থিরকথিগনি।

শূম্বন্দুস্সু লুম্ব হেনগৎলকপগুম তৌরে। মতুগী চিংনব লৈতন মাস্সু ম্রাতুন হুমাং য়াম্ন শোরে। ইমান অশাওবগী মওংদ অতুম

লৈরবদি হঞ্জিল্লুবগী কাল্লদে, শাওব ফরগ হাল্লগী মতৌগুম মু শিং-
ংিব মওংহু ওইরগ হঞ্জিনগে।

মহাক্ক শ্ স্বন্দু চিংল-চিংলগ জঙ্গলদ চংনব লম্বীহুদ চংলমই। মহাক্ক রারব মতমদ শ্ স্বন্দুদ ফমহুন পোত্থাব, অমসুং মুংশিং হুম্বদ উশাশি, হায় হুমহুন শাম্নরিবহু য়েংহুন নত্রগ উচেক রায়া খোংলিং-বহু তাহুন লৈ। রাহোং অমোম ময়াম্ন কোইশিল্লগ রাহোং-লাবন মাগী মতু ময়াম থেকতুন জগোয় শাবসি য়েংবদ অঙকপ কুম্মৈ ওই। মহাক্ক মথোয়গী মনাক য়ৌবকপদ মথোয়-ময়াম পায়হুন হেনগ্রে। মতু ময়াম লৈপাক্ক তাহৌবহু মান খুঞ্জিল্লে অমসুং অমদি মকোক্ক (মশমদ) থেংলে। ব্রজদ লৈব মী অয়াম্বন মাগী থোয়রপ তৌব শমসি য়াম্ন ফজৈ হায়নবসু রাহোং মতু অমা থেত্রিব-মখৈদি মশাগী মশম থোয়বহু মান ইকায়জৈ।

হৌজিক মহাক ঈশিং য়াম্ন থোবাংলে, তুংবললোমদ চংপ পায়ে। কনাগুম্ব ঈশিং শোকপ লাকপ মী অমনসু ঈশিং খব পিথকপিরম্ব য়াই হায়ন খল্লি। মবম অসিন মহাক্ক য়াম্ন তপ্ন-তপ্ন শ্ স্বন্দু চিংল-চিংলহুন চংলমই অমসুং শ্ স্বন্দুদ ফম্নগ কনাগুম্বী মুপিন ঈশিং শোক্লকপ ঙাইহুন লৈরমই।

অহুম ওইনমক ঙাইহুন অসুম লৈবসি মংঙান্দ য়াম্ন রান্না থোক্লে। অহুগী মথক্ক খুঙ্গংগী মুপি অংাঙ্গ মুমিং য়ুংব মতুংসিদি মমুমগী থবক্ত য়াম্ন চিল্লি। মহাক থাংহুন লৈবা ঙল্লক্কে। মহাক য়ুংদসু হঞ্জিংলক্লে।

মতুংদ মান লম্বী, ময়াদ খম্ব হংনু হৌরি উ্ অহুন যামাল, অমন অর্জ্জুন বোধ উ অনিহু মহাক্ক উবে। মিকুপ অমুক্কং

মহাক্ন খল্লমই। মহাক্ন নাকল অমদ চৎলগ উ অনিহুগী মরক্ত চিংলগদি শ্ন্বন্দি ঢৎপ ঙমদবনিন থৌরিহু তত্তুন মহাক নান-থোকপ য়ানি হায়ন খল্লমই। শ্ন্বন্ম লৈহৌরবদি মহাক নান-থোক্লগনি।

পাম্বৈ অমা তৌহুন মহাক উ অনিহুগী মনাক্ত অমস্মুং মরক্ত য়োরে। শ্ন্বন্দুন অমরোমদ লৈরে, মান অমরোমদ লৈরে। মতুংদ মান মমায় শুক্তোর্নহুন, তৌদব য়াদে হায়ব অকন্ব ফিরেপক লোয়নন শ্ন্বন্দু কন্ন চিংলমই। মহাক্ন কন্ন-কন্ন চিংলমই। থৌরিহু তংলু হায়ব য়াদ্রে। ঙাইহাক পোত্থারে মপাঙ্গল হঙ্গিলহল্লে। অমস্মুং মতুংদ মথা চিক্তুন অরৈব মপাঙ্গল শিঙ্গিম্নহুন মহাক্ন চিংলমই। অমস্মুং থৌরিদি তত্তহুন যামাল অমস্মুং অর্জ্জুন হায়রিব উ পাম্বৌ অনিহু মপাল ফুক্তুন লৈপাক্ত তুরে।

মহাক তৌফম থংদ্রে, উহুদি তুখ্রে, তৌইগুম্বস্মুং শ্ন্বন্দি মঙোন্দ অস্নুম পুন্দুন লৈরি। অমস্মুং মহাক হৌজিক্তি অম-অমদস্মু চৎপ য়াদ্রে। ব্রাহুন হুমাংন পুমচোং চোত্তুন চোকথহুন লৈরে। মহাক হৌজিক্তি শ্ন্বন্দুস্মু অনিমক চিংব তারমই, মহুদি ঙমফম থোক্তে। ঙাইব তারমই। মহাক কপনিংলক্লে অহুবু করিগী কপকদৌরিবনো উহু চিংথব মহাক ঙম্লিব নত্র? তৌবগীদি মহাক য়াম্ন থিন শোকপ-পনব য়াবনি, অহুবু মহুগীদি থোয়দাক্তে।

মহাক হৌজিক্তি য়াম্ন চেকশিন লৈব তায় মুপি থরদি লাকপগী ব্রান্নী শাব মথোল তারে। অমস্মুং মথোয় তুরেল্লোমদ চৎপা উরে। মথোয়গী মমাঙদ কপ্প উহল্লোইদৌবনি মহাক, কনা অমত্তন তৌব ঙমদব, ঙম্বন চিংহুন পুরক্লে অমস্মুং উস্মু তুহল্লে।

সুপি আনথক মহাক্সি লাকপ উরমই। নত্তে! মখোয়শিং পিক্লিব সুপিমচামক্তনি। অমদি মাগ লেংব ওইগনি হায়ন খল্লি, অম দি মঙোম্নগী খর হয়ব ওইনি। মখোয়সি অয়াম্বন পিথ্রাইগী চক্ত মকোক্ত হাপ্তুন পুগল্লি অমসুং খর পিক্লিব সুপিমচাশিংন নাকলদ চপ্লগ পুই। মখোয় নোক্ল-নোক্লহুন লাক্লমই অনিছুগী মরক্তগী খর অহল ওইবহু কজরব মশম হৌই। লৈসু থেংলি অমসুং লংলব কজরপ তৌব কজরব মমিং পাল্লি। শিন্নিব মাগী খোংজিন তাল থাবগুম তৌই। কোম্ন-য়াংন মান চৎখি য়াম্ন নিংথি-কৈ।

"য়েং-ও! কমাগুম্ব অমা লৈপাক কল্লি।"

"নিপামচা ওইন উই—নহাহুন খুম্নমই।"

য়েংউসি লাও, অমহুন হায়রমই। মহাকী কজর খোংহোক লৈ, উচেক্কী মখোলগুম তৌই।

রাধা! মসি যশোদাগী মচা কৃষ্ণনি। লাশিতান হায়রমই। ল্যাক্লিব সুপিমচা অমসি লাশিতানি। কৃষ্ণগ (করিগুম্ব মতমদ) মরক্ত মরক্ত শান্নাম্নিনৈ।

নংন হায়রিবন্নিবু ঐখোয়গী সুচিংব নন্দগী মচা কৃষ্ণহুরা? অহল খর ওইবীহুন হংলমই, মমিংন রাধা কৌই। কম্বাদ কজরব মিংনো। সুংশিবগ লোয়নন কৌরিবসি থম্মোই কাওব সুংঙাইব পিরনি।

মখোয়ন পুন্নিব অহাংব পাত্রহু লৈপাক থম্নগ মখোয় অনি খর ফুইম হোম্দুন মাগী মনাক তান্ন চেনশিল্লক্লে।

কাহ্লাই ! নহাক অসিদ কৈদোৌরম্লিবনো ? লালিতান হংলমই।
'নহাক উম্রা, উশিংসি ঐহাক্ত চিংথুম্রিবনি, কৃষ্ণন নোক্লহ্নন খুমম্লই।'

মংদি শূবন্দ পুম্লি, কনন পুলিবনো ? খর অহল ওইরবা রাধাহন হংলমই।

ইহে ! ইমান শূবন্দসিদ পুম্বিরিবনি—ইত্তং-তত্তন তৌবগুম্ন ইচম-চম্ন কৃষ্ণন খুম্লমই। মশক-মতৌ ফজপ্রব লৈশাবি মচাহ্নদ মাবু মমান দগুি তৌরিবনি হাᵃন খুমনিংদে।

"কয়াদ মহাক মী-মুংশি থংদ্রিবনো" রাধান খোঞ্জান হৈব উত্তন খুম্লমই।

মহুদ কৃষ্ণন রাধাদ মুম্ন য়েংলমই অমসুং মাগী চুং কিয়াল চানা লৈব পিকত্তক-চেংতক তৌব মথুৎ-মশা অমসুং চংখোল্লব মাগী কিভমত্তু উরে। মগাক অসুক য়াম্ন চেকশিন্ন ফজব মুপি অমফাও উখিদ্রি, চহিদি খর অহল ওইরম্ব য়াই। মাবু অহাম্ব উমব ওই-রবম্ন পুন্সি চুপ্প খংনরবপগুম থল্লে।

য়েংউ ইমাদি য়াম্ন খোঞ্জাল হৈবনি, ঐবুস্ন য়াম্ন মুংশিবিরিনি। তৌইগুম্বসুং মরক-মরক্ত য়াম্ন শাওগল্লি। মুপি পুম্নমক মরক-মরক্ত শাওগনব হাবসি হৌরশানি। মাবু করেম্নহ্নন মান হায়রমই।

মহুদ রাধান নোক্লমই অমসুং মান নোকপহুদ মাগী খজাইদ শম্ক্রু অমা লৈবহু উরমই। অমসুং মহু মতোল্লদি ওম্বোক্ল ফজন উরে। মান হংলমই। মুপিগী মরমদ নহাক কম্নি খঙবগে ?

ঐবু ! ইনাস্ন হুপিনি, মুংশিবা শককমদা নোককেং তৌরমই, মানা খুম্লমই। ঐহাক ললিতা অমসুং অতৈ মুপিমচা কয়াবুম্ন থংনৈ।

শোযদ্রবনি, কত্তব কৃষ্ণ ঐহাক খংনৈ। ওমাং মান ঐবু লৈপাক্ত ইনথুই অমসুং ঐনা কপ্প মতমদ মাম নোকহল্লি।, ললিতান হায়রমই। মহাক্ত মাবু শূম্বন্দ পুম্বহুদ অমসুং উগ তুবহুদ মপুক্লিং ইরাং-লাংবংম তৌরমই।

রাধানা খোৗরি মনাক তাম্ন চংশিন্নক্লগ হায়রমই। "ললিত" পুন্নিবা খোৗরিসি লোৗখোক্লসি। কাহ্রাই নাম্থোকহল্লসি। মহাক অতৈ দুপিনা হায়বগুম্ন কাহ্রাই হায়হুনা করিগুম মতমদ হায়দে (কনই) হায়হুন তেনশিম্ন কৌই অমসুং মান কৌবা মকৌসিদা মিংসি অস্রুকী মতিক কজহল্লি অমসুং সুংশিহল্লি।

নত্তে। তৌবীন্নু, ইমান পুম্বনি, ইমান থোকপ ওায়ন্নিবনি। মহাক্ত খুম্নমই। মহাক্ত পুন্নিবদ থোকপিব পামদে, মমাবু, ওমই হায়ব থোকপ অমা পামই।

অদুবু, মহাক লাক্তব ম্নাই, রাধান চিংনন খুম্নমই। ইহে! ইমা শোয়দন লাকনি। মহাক মশামক্ত খোৗরিসি থোক্তুবদি মাগী অশাংবা নেমলোষ।

অদুদি, ঐখোযন হৌজিক করি তৌ হায়বনো। রাধান চিংনরপ তৌন হায়রমই।

চংলো, চানবীহুন নখোয়না ঈশিং থরা পিথকপিযু। ললিত। নংসি মরম মোকথ্রবা দুপিমচানি। মহাক্ত হায়রমই, মহু হায়বদ মান নোবকেং তৌবহুদি মীপুম্নমকী থম্মোই শুজ্ঞংনাবগী মশক্তি।

ললিত থর পীকপা পাত্র অমা পাইরগ তুরেন্দ ঈশিং শোকপ চংখ্রে। রাধান মাগী মনাক্ত কমথরে। মহুদ রাধাদগী

য়াম্ভ নুংশিরব মনম অমা কাওরমই। অমসুং মাগী পিক্কতক তৌরা য়েংবদ নিংথিখ্রব, ঈংথ্রব, শককমচু উরে অমসুং মচু উবদ মমাঙ্গৈদা অমুক্ত থোকখিদ্রিব নুংঙাইব ঈথক অমা হৌরকই।

মী পুম্নমক ঙাংনবিব নন্দগী মচা হায়বচু নংলা। ঐ নন্দগী মচানি, চুম্নবনি। মরাম ঐগী মবমদ ঙাংনরিবসি, মথোয়গী মথৌ তৌনিঙাই অমা লৈত্তনা তৌরিবনি। মংস্ম থুনমক ঐগী মরমদ রা ঙাংব পায়ে নত্রা? — মহাক্ক চক্রি ওইন হায়রমই।

মং করম্ন থংই — মাধানা মমিংনা নোকপগুম-তৌনা ম'বু লাংনবগী মওংদ নোককেং তৌনা হায়রমই। মহাক্ক হায়রমই — নংসি থৌজান হৈবা মীনুংসি থংব ওইন ঐনা উই। অসিগুম রাহৈ ভাবসি হায়কম থোক্কে হায়ন খল্লবসু লৈশাবী মচাসিগী কজব মওংচুদ থিংব ঙমহৌদন হায়দোকখ্রে। নহাক কদাইদগী লাকপনো। গোকুলদ নহাক লৈবা অমুক্ত উদ্র! ঐনা নহাক উনবা ত'ঞ্জ অমুক্ক কংলবদি য়াম্ন নুংঙাইগনি মান হায়-রমই। অসুম্ন রাবী-রাতাই শাবসি মহাক মনাঙৈদ কানাগুম্ন অমদ অমুক্ত তৌখিদ্রি।

বাধান নোকপদি লৈ শাংতোক্রপগুমই। মহাক্ক ঙাংলি-ঙাংলি তৌবা মওং-মতৌ চাং মাহম লৈবা মকোংমরগুম্ন নিংখিরব য়াগী পরেংদুস্ন উবা কংই।

ওঃ! ঐহাক বসানদগীনি। ঐখোয় বৃন্দাবন্দ চৎলিবনি হৌজিমক পাবুংচু বৃন্দাবন্দ লৈরি। গোপিনাথ মহাদেবগী মন্দিরদ অমুক্তং ভগবান থুরমজনিংঙ্গী হায়বা রাশক অমগীদমক ঐগী

ইবুংন ঐবু পুখিরকপনি। ওঃ! নংদি অশোক-অঙাম য়াম্ন য়াওরে। ঐহাক উকুল-রাইফুলসি তৈথোকে। মহাক য়াম্ন মুংশিন-নোক্তন হায়রমই।

অশেংবদি, মহাক থোযদোকপ মশক মতৌ কজরবী-লৈশাবী মচা অমম্ন রারী শায়হুন লৈবহুদ খর লোকপ-পনবহু মঙোন্দ খোয়দোক্তে। তৌইগুম্বম্নুং মাগী অশোক-অপন্দু মান তৈথোক-নাম্থোকপগী মুংঙাইবদি নাম্থোকহনবা পামদে।

মহাক্ক থৌরিক্তু লৌখোক্লবা অমম্নুং উফুন-রাইফুলহু মশাদগী তৈথোকপিরে। মহুদ মঙোন্দ মুংঙাইব ঈথক অমা কাওই। মসি মহৌশ মমাঙতৈদ অমুক্ত খোকখিব্রিব মুংঙাইবনি।

মশম অখোইবহুদ নপতুন খর লৈব্রিব উফুলহু রাধান মথুৎমক্ক কম্থোকপগ লোয়নন্দ হংলমই — 'কাহ্নাই' শুম্বন্দ ইমান নংবু পুম্বিরিব করিগীনো।

ওঃ! ঐনা শঙ্গোম মপাল চফু থুগাইরগ য়োংদ পিজরুরে।

আঃ অহুনবিদন নংবু শঙ্গোম হূরানব কৌবিবসি চুমজ্রা? গোকুলদ লৈব মুপি অয়াম্বসি নংন অহুম্ন মুংঙাইতব পি হায়বসি ঐ ভারে। মান হায়রমই।

নংন গোকুলদ লাক্লগ লৈররবদি, ঐহাক নংঙোন্দদি অহুম্ন তৌরোই। মান হায়রমই — মান পোকপদ মঙোন্দ ওম্থোকপ মুংঙাইব কাওহল্লব অসিগুম্ব মশক মতৌ কজপ্রব গোপিসিদ কৌহনবা পাম্নমদে।

ওহঃ! ঐনা অসিদ লৈব খোক্লবদি, নংগী লমচং-শাজং চুম্ন চৎননবা ঐনা তৌগনি।

ওঃ ঐহাক কগংপ হৌরকনি। নংন গোকুলদ লাক্লব অমসুং নৈরব খোক্লবদি নংগীদ নত্তন অতৈগী শঙোম অকম্ব চকু থুগাইরোই। অতৈ মুপিমচাশিংদ ৱারী শাবগুম, মসিগী লৈশাবী মচাসিদদি শাব ঙমদে, ৱানা খোকই। অদুবু প্রমাণ পাইহন অহেনব ৱা খরসু ঙাংখি। মশা শোক্তব ঙমদনুন মশাসু শোকখি।

নংন ঐগী চকু থুগাইরবদি ঐসু পুন্নিব অসুম্ন পুনগনি। রাধান কাগী ওইন কীহল্লদুন হায়রমই। মতুম মহাক মশম শোক্কনা মকোক্ক নান্দব ঙমলমদে।

রাধান কাগী ওইন কীহল্লদুন হায়রমই — নহাক শাঙ্গৎ চুনউ, করেম্নব তৌম্ন নত্রবদি ঐনা ... ............ মচিন পৈরপ য়েংলগ মঙোন্দ ফুগদৌবগী মওং খুবাক থাঙ্গৎলমই।

নংন অপম্ব তৌ—মান হায়রমই অমসুং খুপাক্ল থানব মমায় থাঙ্গৎলমই

অদুম ওইনমক মহাকসি অঙকপ লৈশাবী মচানি মহাক্ল মুম্ন মাগী মমিত্ত য়েংলমই, অমসুং ঐহাকসু মাগী ফজব মমিৎ অমসুং মথরাই কাওব ঐঙোন্দ চুপশিল্লখোই নিংই। মতুংদ মশাগী মখুত্তুন ঐগী খজাইদ তপ্ন থারগ হায়রমই — অমসুং ঐসু মতম পুম্নমক্ক নোক্ল-নোক্ল মাগী মশম চিংদুন মশম কাহল্লমই।

খংহৌদন মুপি খর লাকপগী মখোল তারমই অমসুং রাধাসু খজিক্কং লাপথোক্ল হন্দোক্লমই। মখোয়ন চংশিল্লকপগ লোয়নন রাধান হৌগত্তুন মখোয়গী মনাক্ক চংশিল্লগ ক্লুংশি হৈক্রব মনাদুন

মাবু করম্ন শুম্নন্দ পুল্লৰ অমস্থুং শুম্নন্দু চিংতুন-চিংতুন করম্ন জঙ্গলদ লাকপ অমস্থুং মশাগী মপাঙ্গলদন কল্লব উ অনিতু চিংথুব মতুগী মরমতু তম্রমই। গোপিশিংনা মুংশিব খোঙ্খোক লোয়নন মাগী মনাক তম্ন চেনশিল্লক্রমই, পুনশিল্লমই অমস্থুং উ অনিতু চিংথুতুন তেক্লিব মঙাংতু য়েংলমই অমস্থুং মাগী মরমদ মখোয়গী রা খর খর ঙাংনরে।

মতুংদ মখোইন মতুদ চৎলব নিপা অমা মান তৌরিবসিগী পাও তম্ব অমস্থুং মকমতুদ মমা পুরক্লব থাগ্রে।

মখোয়না মতুদ লাকপ থুলগী মী-শিংদ কাহ্লাই মশান হায়রমই। ঐবু লেপশুন্দ পুনবসি ইমাননি ইমাদন খোকদৌবনি। অতৈন খোকপ য়ারোই। মখোয়ন অসিমগ হায়বমই মতুদি—থুন লাকপিয়ু, মুংশিরব অঙাংসি য়াম্ন চোকথরে।

পাও পুবা নিপাতু থুন য়াঙন খুল তম্ন চেনখ্রে। গোপিশিংনা মঙোন্দ মুম্ন-মুম্ন য়েংলগ রাধান তুমিন্ন মান তৌরিব ওইখোকব থবক্তু তাক্তুন লৈরমই।

মতুংদ লালিত তুরেন্দগী হল্লক্রে অমস্থুং মাবু ঈশিং পিথক্রে। মখোয়ন মমান তৌরিব পুন্নমক্তুদ য়ানিংদব উৎলমই অমস্থুং মাবু মখোয়ন কয়া য়াম্ন মুংশিবনো হায়বসি হায়রমই। মতুংদ রাধান মাগ থেংনব মতমদ অঙকপ ফংনখোন লৈবগী রা হায়রমই অমস্থুং অশেংবসু রাধাম মাগী ওইন তৌবগী মঙংদ তম্রমই।

অহুগী মতুংদ লম্বীতুদ চৎপ মী-ময়াম অমস্থুং মাগী মনাক্ত পুল্লরে। মমাস্থু খর হোন্ব ওখোই — ওমদবওম তৌন চেন্নক্ত্রম মনাক্ত য়ৌবক্লে। মপাস্থু মাগী মতুং ইন্দুন খোংথাং তপ্প থাংতুন য়ৌরকক্লমই।

খৱ হোনব ঙমদৱ মথৈ চেল্লকুন মমা চেনশিনখ্রে। পুন্নিব থৌরিন্থু লোথোক্লে, মুংশিব রাহৈ কয়া হায়রন্থুন মাবু পমখৎলে অমসুং খেম্নমই, মহাকসু মমাদ অমুক্ত তৌখিত্রিবগুম্ন মমাদ চেজেং কোনশিল্লমই। মমাবু মান খ্বাইদগী হেন্ন মুংশিরমই অমসু মমানসু মাবু খ্বাইদগী হেন্ন মুংশি হায়রসু মান খংলমই। মমাদগী হুন্ন মুংশিব মাগী কনা অমত্ত লৈত।

মপান তুম্থুন লৈরিব উহুগী অবোয়রদ কোয়চং-চংলমই অমসুং অঙাংন চিংথুন্থুন তেকপনি হায়রসিদ অঙকপ কংলমই। অঙাংসি ভগবানমক্ল হায়ন খন্দুন মহাক্ল অতিয়াদ য়েংখৎলমই—, অন্থগ রাধান মাগী মুংশিরব খোঙ্গোক্ল মতম পুম্নমক্ত মাগী মরমদ মুংশিন তত্তম রারী শারমই।

মুখিং অন্থু য়াম্ন চোকখররসু মহাক অতিং শুকন্থুৱ তুম্ব য়ারমদে। মুখিত্তুগী নোংঙাম্বদ রাধাসি খুলন্থু খাদোক্লুন চংখিগসি হায়রসি মহাক খঙই অমসুং অন্থুবু মাগী মরমদ খন্দব শুকঙম ঙম্নমদে। মান অয়ুক য়াম্ন ঙম্ন হৌগংলে অমসুং মচৌশগুম্ন বলবাম তৌদোকপ মান মুখিত্তুবদি তৌত্রে, মান তুমিন্ন খ্বমগী মপান্দ চংখোক্লব তৌরে। মান রাধা অমসুং মাগী মবুংগ লৈরিব গোপ অহুগী যুমন্থু খঙলমই অমসুং মখোয়ন চংকদৌবগী য়ুমদগী হেক থোরকপন্থুদ গাডী তোংলমদাইদ মাগ খেংনরমই।

রাধান মহাক তাম্ন চেনশিনলমই অমসুং কংজেনে। মহাকসি ঈংব অমসুং খোংন উরবসু মশা য়াম্ন কল্লমই অমসুং মহাক্ল মাবু মাগী মবুংগী মনাক্ত পুশিনলমই।

দাদা ! মসি লেপশ্রুখলদ পুনলম নন্দগী মচা কাহ্নাই হায়বহু মসিনি। মহাক্ চাওরব উ অসিমক চিংখেক্লমই মতম পুন্নমক্ নোক্ল-নোক্ল রাসি হায়রমই।

মবুক মপাও কয়ব য়াং চাওরব মাগী মবুংহুন মাবু পমখৎলমই অমসুং মনঙ্গলদ পোপ-পোপ ফুরমই। কৃষ্ণদি অসুম্ন ফুবসি পান্নমদে অহুবু খাংব তারমই । মরমদি মহাকসি রাধাগী মবুংনি।

মখোয় গাড়ীদ কাখৎপ মতমদ মাহ্ন গাড়ীদ চোংখৎলমই। গোকুলগী সিমন ফাওব ঐস্ন গাড়ীদ তোংব য়াওগে, রাধাসি ওরাংদি ঐঙোন্দ ওস্থোক্ল মুংশিবিরমগ্রে অসি হায়রগ রাধাগী মনাক্ত কমগ্রে।

মগ গাড়ীহু থুনা-য়াঙম চৎলবদগী য়াম্ন চোংলমই অমসুং মহুদ মাগ রাধাগ থেংজিন্নরমই। অশেংবদি মানস্থ থেংদনব লাইক্লে অমসুং রাধাস্ন অহুম্ন তোরমই। মসি মহাক অমসুং মহুদ মঙোন্দ য়াম্ন মুংঙাইব কাওরমই। অমুক তাম্ন চারহুন গাড়ীসি কয় নিকপ মতমদ মহাকসি রাধাদ কয় থেংজিনব মতমদ রাধান মখুং তিংথোক্লুন মাগী মখুং কয় পায়রমই অমসুং চিংশিলগ কোনবীরমই।

গোকুলগী সিমন য়োঁমক্লব মতাংদ মান রাধা অমসুং মাগী মমুংদগী বিদায় লৌয়ে অমসুং গাড়ীদগী চোংথরে।

মতমহুদ রাধান হংলমই, নহাক চহি কয়া শুরে? মসি তাবদ অঙকপ হায়কম খংদব মুংঙাইব অমা মশাদ কাওরমই।

কৃষ্ণন খুমমই, তরেৎ শুরে। নংদি কয়া শুরে, তয়ানি-খোই, রাধান খুমকই অমসুং মোক্লমই। তাম্ন চাবদ বৃন্দাবনদ

লাকউ। ঐহাক লাকদৌরি মহাক্ল খুমলমই। মহাক্ল রাধাগ বিদায় তৌনবে অমসুং গাড়ী অচুন অমুম চৎখিবদ উফুল কাবচুন কত্রি কাওব মহাক য়েংচুন লৈরমই। অমসুং কয়াদ শান্নমিন্নবদ মুংঙাইথ্রদৌব মী অমা কংলগ মাওগ্রে খন্দুন মযুম তম্ম হল্লক্লমহ।

"বসুদেব দেবকী মযুমদ হল্লকপ" বসুদেব দেবকীন মথুরা থাদোকপ চহি অমা হৌখরে। মতম অসিগী মনুংদ মখোয় য়াম্ন লাপ্ন লাপ্নব লমদ লৈবা তাখি, কয়া চৎলি। নোংচুপংলোমদ সুরাষ্ট্র সমুদ্রগী মপান্দ লৈবা ভগবান নুমিৎকী মন্দির লৈবা প্রভাস তীর্থ অমসুং নোংপোকলোমদ লাই পুন্নবকী লাই ওইবব গঙ্গ মপান্দ লৈবা ভগবান মকর দেবগী মন্দির ববানন্'স তাম্ন কাওব চৎলমই। চৎথোক চৎসিন তৌবসিদ মখোযন পাপ কোক্লব লন্মীদ লৈবা তীর্থ কয়া লুপই অমসুং মন্দির কযাংসু খুকমজৈ। তীর্থ ময়াম অসিগী মনুংদ খ্বাইদগী অথোইব ওইরুব বদরীকাশ্রম চৎপদ কংচুনত্ত লৈরব মগিবি চীং লাম্মোকই। অহিংদ ঈচেলন ইনোংথলকপ চম্ন তারব আলকানন্দ তুরেলগী মপান্দ অহুল ওইরব মহারাজ পাণ্ডু অমসুং মাগী মহারানিশিংবুসু দেবকীদি মচন কুন্তি দেবী অমসুং মদভ্রাগী নিংথৌ মচানুপী মাত্রি-গসু উনরমই।

লন্মীদ কবিশিংন শিংথবনসু রাজ্যব লৈরব, অচৌ লমদ লৈত্রব ফজরব অমসুং মনম মুংশিরব লৈরাংন থম্ন শাৎসব গন্ধমাদননচিংবসু লান্দুন লাক্লমই।

মতৈমথংদ মখোয় বদরিকা আশ্রমদ য়ৌরে মকম অদুদ অকনব সাধন তৌহুন জগৎকী অশেবা মশক অমসুং ভগবান থীহুন চংমুং অমসুং শুরুংদ লৈরম্ব যোগী ঋষি কয়াবু মখোয়না খুরুমজরমই। মখোয়না মুনি কৃষ্ণ দৈপায়ন ব্যাসগী আশ্রমসু খুরুমজরমই। তৌইশুমসুং মুনিদি মতম অদুদ কুরুক্ষেত্রদ লৈবা মবমদগী উনব ফংজরক্তে।

মখোয়না মতম পুম্নমক উম্না কুপ্পুন লৈরব নিংখিম্নব য়াংল-য়াংলব চিংদোনশিং ঙম্নবু থাগৎচবমই অমসুং ঈচেল কম্নব উম্না মচেৎ-মচেৎ তাম্রব থেকন থোকন চেম্নব ভুরেসদ ঈরুজরমই মতুংদ শেংলব বদরিকা আশ্রমদ ভগবানবু খুরুমজরে। মকম অসিদ বিষ্ণু মশামকা মওোন্দ থবায় হকচাং পুম্নমক লুপচম্নব মাবু নিংজব মী-শিংবু মশামক্তা তিনশিনব তাক্লমবগীদমক নরায়নগী শক্তম লৌরগ ফোংদোকপিরকপনি।

মখোয়না বদরিকা আশ্রমদ লৈবিতৈদ পাণ্ডু শিবগী পাও তারমই অমসুং অরাবন থম্নব কুন্তিগী মনাক তাম্ন থুনমক লাক্লমই।

মান হাম্নরক্কদৌরিব রাকমসি অরাবন থম্নব রায়ৌনি। বসন্তগী মতমনি হৈবা-লৈরা নিংখিন শাংকায়রে। উচেক-রায়া পুম্নমকসি মখোয়গী ধার থম্ব মতম ওইবন মথল মথেল কয়াগী কজরব মতুগ লোয়নন মুংঙাইবব ঈপাক্ত তাওহুন শাম্নম্নি। নিংথৌ পাণ্ডুসু শাপ লৈ হায়ব খংন-খংন বসন্তগী কজবহুন শুমহৎখ্রে। মাগী মতম কুইন নমহন্ডুন থম্নুরব প্রকৃতিগী ওইব সংসারিকী মুংঙাইবতু লোইথ্রনি খংন-খংন ফুদোমকুন

খিংব ওমহৌদহুন মাগী মহারানি অতোম্বী মাদ্রিগী মনাক্ত চংলুরে তৌইগুম্বস্ং শাপ অচুদি মাণ্ডব য়াদবন মাগী মহারানিগী মতম্পাক্ত লৈন লৈন শিরে। (নোঙথ্রে)

অহানবদ কুন্তি অমস্ং মাদ্রি অনিমক মপুরোইবগী যজ্ঞগী মৈদ মথরায় থাদোক্লে খন্নরমই মরমদি সত্তি ওইব মুপিগীদি মপুরোইবগী তুংইনব হায়বসি খ্বাইদগী অথোইব পন্থুংকমনি। তৌইগুম্বস্ং মাদ্রিন কুন্তিগী য়া তাবদ য়াম্ন রান থোক্লমই। কুন্তিগী মচানিপা অহুম মাদ্রিগী মচানিপা অনি মখোয় অনিগী মরক্ত অমন য়োকপ তাবনি। মতুংদ মাদ্রিন তুংদ লাকদব মপোক্ত মুংঙাই-য়াইকন পান্নবগীদমক মপুরোইবগী মতুং ইনখ্রে। কুন্তিন মাগী মচানিপা অহুমগ মাদ্রিগী মচানিপা অনিগ য়োকহৌব তোখি। অস্ম্ন কুন্তিসি মচানিপা মঙাগী মমা ওইরে।

বস্দেব অমস্ং দেবকীন কুন্তিন লৈরিব পাণ্ডুকেসায় য়োব মতমদদি মকম অচুদ লৈরিব যোগী ঋষিশিংন শিনবিহুন মতিক মগুণ লৈরব কুরু শাগেগী কোম্বং হস্তিনাপুরদ চংনব থোরাং তৌরম্লে। মখোয়ন হায় মাণ্ডজোনন ভিষ্মদ মবুধো ইবুংঙো হায়ব য়াম্ন ইকাই খুম্নব উংপ মিংথোনগ লোয়নন কুন্তি অমস্ং মচাশিং পুম্নকপগী রাসি হায়খ্রবনি।

বসুদেবদি মযুমদ হন্দ্রিভৈগী মমাঙদ কুরুক্ষেত্রদ লৈরিব বেদ ব্যাস থুরুমজগে হায়হুন হায়রন শিন্দুন লৈবনি মরমসিন কুন্তিস্ হস্তিনাপুরদ চত্রিভৈগী মমাঙদ মখোয়গ লোইনয়গ কুরুক্ষেত্রদ চত্তুন

মচা মঙা অমসুং মহাকসি মুনিশিংগী মঙ্গল নিজনবগীদমক মখোয় লোইন চৎপ লেপ্লে। রাজরবী দেবকীন মাগী মপুরোইবগী মচন কুন্তি উবা মতমদ মুংশিন মাগী থম্মোয়সি পুবা ঊমদ্রে। মখোয় অনিমক তারিব অরাবগী রারী কয়াসি শাতুন অমগ-অমগ কোল্লতুন কয়া কপমিল্লরে।

কুন্তিন মাদ্রিগী মরাইবকপু কল্লকচরমই। দেবকী ঐদি লাইবকথিংদ্রেদ। ঐদি ঐগী ইবুংঙো ইপুরোইবগ লোইনন চৎপগী তাঙ্ক ফংহৌদ্রে, কল্ল কপ্তুন দেবকীদ হায়জরমই।

তৌইগুম্বসুং মাদ্রিন হায়জরিবতু চুমই। নখোয় অনিগী মরক্ত নংন অহলনি অঙাংশিং অসি নংন হেন্ন ফজন য়োকপ ঙমগনি দেবকীন খুল্লমই।

কুন্তিন মকোক হায়রতুন খুল্লমই, হায়রিবতু চুমই অতুন ঐনা য়ারিবনি।। মাদি য়াম্ন নহা ওইরিবী লৈশাবী মচাগুম্বনি। ইচাশিং অসিগীদমক ঐনা তৌফম থোকপ ইথৌনি। তৌইগুম্বসুং মহারানি গন্ধারিন করি করি চক্রি তৌরকদগে হায়বসি থংদ্রি। মান ঙম্লবদি ঐগী ইচাশিংসি মখোয়ন মপাগী ফংফম থোকপ হকশিং পিদনব তৌরকপ য়াই।

কুন্তিগী অরাবতুদ থম্মোইশেংন দেবকীগী মীসুংশি থংব ওই-রবসু দেবকীন কুন্তিবু কল্লরুমই। কুন্তিন মাগী মচানিপ মঙাসিন মাগী মতম্পাক্ত ফম্নব তাল্লব অমসুং মাবু মখোয়ন কোইশিন্দুন মাগী মুংশিব ফংনব হোৎনবতুদ কুন্তিন মুংঙাইগদব হল্লাওজব মান উরমই। মাদি মচা নিপান পোকচল্লগ তরুক হাংথরে,

অনিন লোম্ন থৈখিছুন তোডাম্ব মমা-মমান মচা ওইন য়োকখ্রে। মাদি মখোয়গী মশক ফাওব উবা ফংত্রি।

কুন্তিগী মচাশিংছু য়াম্ন মশক-মতৌ ফজৈ। য়েংবদ নিংথিজ্ঞ অমসুং মুংশি। মাগী মচাশিং অদুসু মখোয়গুম ফজরমগদ্র অমসুং মুংশিবমগদ্র হায়ন দেবকীন থনবদ ঙকলমই।

নিপা অহুম যুধিষ্ঠিরছু চহি নিপানলোম শুরে, চহিগ চানদন য়াম্ন জ্ঞান তান উই অমসুং শেংন অচুম্ব চৎপগী মিংকম মঙোন্দ লৈ। অনিশুব মচা ভীম হায়বসি চহি অমত্ত হনবনি ব্বাং চাওই, নোয় পেল্লি, নোক্কল্লি লৌথুপ-লোকোয় লৈতে। মাগী মচা বলরামসু মাগুম্ন তৌরম্ব য়াই। অহুমশুব মচা অর্জ্জুন হায়বসি মাগী মচা কৃষ্ণন চহি অমুক হনবনি য়াম্ন খিংই, হৈ-শিংই তুমিন্ন ঙাইহাক্ত লৈতে। মশকসু য়াম্ন ফজৈ অমসুং মীন মুংশিগদব লমচং চংলি। মাগী মচা কৃষ্ণসু অসুন্ন চাওথংলম্ব য়াই হায়ন খল্লি। ওইরম্ব য়াইদ; দেবকীন মথস্ত খঞ্জরমই। মাদ্রিন পোকপ মচা অনিছুদি পংচাও চাংদে অছুবু চুং-ফিরাল চাই অমসুং মখোয়গী চহি মশাদগী য়াম্ন হেন্ন শিংই। মঙাসি চপ চাব কাংলুপ অমা ওই। করিগুম্ব মতমদ খৎনদে অমসুং করিগুম্ব মতমদ কুহিদ অরাব পিদে।

তপ্প-তপ্প তাংকক নাইন চত্তুন মখোয়সি শেংলব রিষিকেসকী মনাক্ত লৈব তম্পাক য়োরক্লে। মফম অসিদদি বসুদেব হন্নকপ ঙাইছুন লৈবসিন মী-শিং অছুগ লোইনন নিপা নহা অঙাংন যণগাড়ী, নিপান খোংন নক্রগ শগোল তোংছুন তম্পাকু লান্দুন

হল্লক্লে। মতম পুম্নমক্ত কুন্তিদি মথোয়্‌ন হস্তিন য়ৌরগ করম্ন ওকপিরমগদগে হায়বত্থগীদ খন্দুন মপুক্লিং ব্রারমই।

নোংমগী খোংচত্ত ভাইবব মতমদ চাওরব খোংনাং অমগী মখোংদ কাংলুপ অনিসি অহিং অত্থম লেল্লমই। অতোপ্প শংগোল তোংব মী মভা অমগ উজ্রাও অসিগী মথাদ অহিংত্থম পুম্ন লৈরমই। মত্থদ বসুদেবসি য়াম্ন ভকলমই। হংনরবদ শংগোল তোংব কাংলুপ্তু গন্ধাব নিংথৌগী মচানিপ শকুনিন লুচিংলমই। মহাক্তি পাণ্ডুগী ময়াম্ব মমিং ভাংব নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রগী মহাবানি গন্ধারীগী মপুব্রানি।

ইচে ইংবম্ম কুরুক্ষেত্রব মতম হৌসিদ নহাক অসি করিগী লাক্লিবনো? খুদোংথিব থোকত্ত্ব হায়ন ঐনা থল্লি কুন্তিদ বসুদেবন হংলমই।

ইবুংঙো ঐনা কবম্ন থংগনি। কুরু মবক্তুগী খ্বাইদগী হেন্ন ফরব ইবুংঙো (পাণ্ডুন) মহাকসি ফত্তব নহানি হায়রমই। হস্তিনাপুবদ নংন লৈবদ শকুনিন লৈব মুংঙাইতনব খুদোংচাদব কয়া পিবক্লদোবিব্রা? বসুদেবন হংলমই।

কুন্তিন মত্থদ খুম্নমই, ঐ মত্থদ করিমত্ত ভকপ পোক্কে। গন্ধারীন ঐবু কল্লকই, করিগীনো থংদে। মাগী মপুরোইবসু লৈরি মান পোকচব মচাশিংসু লৈ। ইনাও ইবুংঙো ঐনা ঐগী ইচাশিংসি লাই পুম্নমক্কী মকোক ওইবব মহাদেব অমসুং মুনিবক্তুগী অথোইবদ শিন্নজরিবনি।

মত্থংগী অমুক অডনবদ শংগোল তোংবশিং অহু কুরুক্ষেত্রয়োমদ চংগ্রে অমসুং অতোপ্প কাংলুপ অহুন যণ গাড়ীদ নত্ত্রগ

থোংন তপ্প-তপ্প চৎলমই। মুমিৎ য়ুংব অত্থুরাইদ স্বয়বতী তুরেল কংথরকপদগী শেম্ব পাৎ মঙাগী মপান্দ লৈরিব চাওরব অশ্রমগী থাংপোকশিং উব ফংলে। মঙ্গল খুজিং ওইব অশ্রমগী যজ্ঞগী কারকপ মৈথুশিং ভগবানগী পূজা তৌবগী মওংহু শ্বর ফাওব হোনগনি থংদন দেবকী ঙাকথি। পাৎ থরগী মপান্দনি মুনি অমস্থুং মাগী শিষ্য থরন মুমিৎ মুংলকপদগী মুমিত্ত মথোয়ন খুরুমজরি। অতৈ থরদন উকুগী কিজেৎ শেংলব মুপি থরন মচাশিংবু ঈরুজবিরি থরন মথোয়ন পুরিব পাত্রশিংদ ঈশিং শোক্লি অত্থুগ ময়াম পুন্নমক্কুন বেদ ব্যাস মশামক্ত তম্বীব মন্ত্রশিং ঈশৈ ওইন লাওন-লাওন শক্লি থিরি।

খুন্দারিবসিগী ময়াইদ লৈরিব বেদ ব্যাসকী অশ্রম তাম্ন নৌন ব্রহ্মচারি তম্লিব ছাত্র ( মিষা ) শিংন বসুদেব দেবকী ঋষিশিং, কুন্তি অমস্থুং মাগী মচাশিংবু পুশিল্লক্লে। বেদ শাস্ত্র হৈরব ব্রাহ্মণ-শিংগ লোইনন হিংব হায়বসিগী মরমদ লুরব রারী-রাতাই শারমই। ময়াম পুনস্নিবত্থুগী ময়াইদ উ অচৌব অমগী মথোংদ শেম্লিব কাংথক অমগী মথক্ত ফম্লিব বেদ ব্যাসপু খুদক্ত কুন্তি বসুদেব অমস্থুং দেবকীন মশক থংব ঙম্নমই। কুচু মুরপ তৌবা, শাংলব ফারব শন্ন কুংন হৌব চাওরব কোক জীববু য়াম্ন মীন্নুংশি থংব মাম্ব মিংয়েং অমস্থুং মশাগী মওংদি চুং-ফিরাল চাবা ( মান্দব ) পান্দব মাবু থংবদ থোইদোক্ল জ্ঞান থোক্তে মুনিনা কুন্তি, বসুদেব অমস্থুং দেবকীবু উবমক্তুদ মহাক রারী শাবা তোক্লমই অমস্থুং মথোয়বু তরাম্ন ওকপ ওইন মোমোন তৌরমই। অনৌব লাক্লিব মী-শিংত্থুগী মকমদ জীব ওইন লৈরম্লিব মী-শিংত্থুবু নাকন

অমদ থৈদোক্লব ইঙ্গিং তৌরমই। মথোয়বু পুবিরক্লিব ঋষিশিংগ লেইনন কুন্তি অমসুং মাগী মচাশিং, বসুদেব দেবকী চংলক্লমই অমসুং মচোন্দ খুকমজরমই।

মুনিন মথোয়দ মঙ্গল পিব মতমদ পাণ্ডুগী মচা মডা মাগীন মডশিন্থন য়াম্ন হৌনগংব ইন্দ য়েকথংলকপ অডাংগুম্ন হৌনশ ওইন য়োকপগুম মাগী মাডদ দন্দবং ভাবদু উবদ য়াম্ন নুংশিবগী মিংয়েংন য়েংলমই। মহাক্ল ইঙ্গিং তৌবদ মচিন-মনাও মডাসি মাগী মনাক তাম্ন চংজরমই অমসু মগং লোমহৃন নোল্লুকপ উংন মমাডদ লেপ্লমই। মতুংদ শ্বাইটা তেম্ব সহদেববু মান মতম্পাক্ত পল্লমই অমসুং চহিগ চানদন রংং-চাওরব ভীমগী মবেংবান্দ নুংশিন মখুং থল্লমই। মুপিশিং অমসুং বসুদেবন মাগী য়েক্ত ফল্লমই অমসুং ঋষিশিংন মনাডদ ফামই।

মতুংদ মুনিন মাগী শিষ্যশিংদ হায়রমই ইচাশিং ঐথোয় হয়েং উরসি। হৌজিক্তি চংখ্রো অতিথিশিংসিগী লৈফম চাফম শেম শাক্ল-রো। ছাত্রশিং চংখ্রব মতুংদ মুনিন কুম্ভিদ য়াম্ন ঈংন নুংশিন হায়রমই "ইবেম্মা" নংন থারকপ পাওমী অহুন নংন থেংনরিব নরাইবক থিব পুম্নমক্তী পাও তম্লয়ে। মাগ্রিহু মুপি মরক্ত অথোইব মণিগুম্বনি। নংন নংগী নচাগ মাগ্রিগী মচাগগী মরক্ত থেন্নব অমত্ত থম্নোই হায়বসি ঐনা খংই।

গুরুদেব! মাগ্রিসি করম্ব মীনো হায়বহু খংবিব্রিবনি মহাকসি অরোইব ফাওবদ নহা মথোক কারকপগুম্ন চংখি। মান হিংলিউ ফাওবদ নকুল. সহদেব অনিসি ঐনা ইচাগুম্ন য়োল্লকপনি। মুনিন

মুংশিন নোক্লত্তুন হায়রমই নংগী লমচং-শাজত্তি য়াম্ন থাগংনিঙাই ওইব মওংনি। নংদি মুশিংমচ পিশক ওইরিবৈদগী অঙাং মুংশিত্তুন লাক্লবনি। নংগী মুংশিবত্তু করম্ন শিজিন্নগদগে হায়বস্থু নংদি থংই। মমা লিশিং-লিশিংগী মমুংদ নংগুম্ব অমত্ত য়াওদবনি।

অনিশুব মচা ভীম চহিগ য়েংনবদ য়াম্ন হেন্ন ৱাং-চাওরব ভীম হায়বত্তুদি পুকচেল ফাব ঙমদত্তুন থিংব ঙমদত্তুন লাওন নোক-থোকই অমস্থুং হায়রমই, ইমান নকুল সহদেববুন ঐথোয়দগী হেন্ন মুংশিবীরিবনি, পুম্নমক নোক্লমই, ভীম্থু নোকই।

মুনিন মঙোন্দ ওনশিল্লগ মুংশিন হায়রমই, নংদি মথোয়বু মুংশিদ্রা? মথোয়সি পিক্লিব ননাও ঙাক্তনি। নংদি কল্লি মথোয়বু লুন তৌবসি নংগী নথৌনি। ভীমন চাওথোকচবগ লোয়নন লাওনময়াম্ন নোক্লিবত্তুগ য়াওন নোক্তুন হায়রমই। ঐনা মথোয়বু য়েংলিবনিনে, তৌইগুম্বস্থুং শান্নমিন্নব মতমদ ঐনা মথোয়বু লৈবাক্ত হন্ন ইনথুই।

চহিগ চানদন চিং-লেম্ন নহা ওইরিব যুধিষ্ঠিরনা মরক থত্তুন হায়রমই— গুরুদেব! ভীমসি কাতু-কারল ঙাংলিবনি ঐথোয় অমগ-অমগ য়াম্ন মুংশিনজে।

অর্জ্জুনগী লংলব অত্তুন হায়রিবত্তু য়ানিংব উৎলমই অমস্থুং কুন্তিন অসিগুম্ব মচাশিং পিবিনবগীদমক ভগবানবু থাগৎচরমই। ব্যাস মুনিন মত্তু য়াম্ন ফরে হায়রগ বসুদেব অমস্থুং দেবকীদ ওনসিল্লগ হায়রমই। ঐথোয়দ ঙাইরব মতমদ নথোয় অনিগীদ ওইব ৱা থর হায়গে। মরক অসিদ বসুদেব! হস্তিনাপুরদ হৌজিক-হৌজিক

করি থোক্তি হায়বসি নহাক থংব্রা ? বসুদেব—গুরুদেব থংজদে।

গন্ধারীগী নিংথৌমচ শকুনিহ্ ওসি অয়ুক মফমসিদ লাক্লমই। মথোয়না থুংলহ্রিবগী থবনি মমাংদ চৎখিবনি। হোয়! ঐথোয়না ওবাং কেম্প তৌব মফমত্তুদ মথোয়স্তু লৈরমই।

মহাক গন্ধারীদগী ঐডোন্দ পাও অমা পুরক্লমই। তৌবগীদি মান শাডিল্লগ পুবকপ পাও ওইব য়াই মুনিন নোককফেং তৌরগ হায়রমই। পাও অদুদি অসিনি মত্তুদি কুন্তিগী মচাশিংসি অস্তুম অশ্রুনদ লৈহল্লু, হস্তিনাদ লাকহনগনু লৈবা য়ারোই। পাণ্ডুগী মচাশিংন মাগী মচাশিংগ চপ মান্নন নিংথৌগী মচা ওইন লৈমিন্নবসি গন্ধারীসি য়ানিংদে, নুংঙাইতে। শকুনিন অসিমস্তু হায়রমই মত্তুদি মথোয়না হস্তিনাপুরদ লৈবগদি মতুংদ নিংথৌমচাশিংগী মরক্ত মত থেন্নবদগী অকন্ব মুক্কব অমা থোরকপ য়াই।

কুন্তিন মপুক্লিংদ কীরস্বত্তুমক হৌজিক্তি থোক্লে অমস্তুং থংহৌদন মমিত্তগী মপি শিন্থরক্লি অমস্তুং হংজরমই, গুরুদেব! ঐগী ইচাশিংসি করি থোক্লগদগে ? মুনিন খুম্লমই, করি অমত্ত তৌরোই, মথোয়দি ফত্তব ওইগনি। ঐনা ইমা ইবেম্মা অমস্তুং ভীষ্মদ পাও থাখ্রে মন্তুদি ঐহাক ইশামক্ল পাণ্ডুগী মচাশিং পুবক্কনি অমস্তুং মথোয়বু চপ চাব ইকাই খুম্নফম থোকপ মওংদ ওক্লমগদৌবনি হায়ত্তুন ঐনা নিংথৌ পোকপি মমাদ অমস্তুং ভীষ্মদ ঐহাক ইশামক্ল পুবক্কনি হায়ত্তুন পাও থাখ্রে।

" গুরুদেব! শকুনিন করি তৌরক্কদগে " বসুদেবন হংজবমই। মুনিন নোক্লত্তুন খুম্নমই মহাক হস্তিপুরদ মাগী মমাকশিংগী অফ-ফত্ত

য়েংনব লৈগদৌরিবনি। ধর্ম্ম হায়বত্নগী মমাক ওইরবা ভীষ্মন মখোয় পুম্নমকপু চপ মান্নন য়েংগনি। পাণ্ডুগী মচাশিংগুম মখোয় পুম্নমকপুস্থ ঐগীদি ইচাশিংমক্তনি অমস্থং চপ মান্নন স্থংশি। বস্থদেব ! নংস্থ ঐখোয়গ লোয়নন হস্তিনাপুরদ চৎসি। মুনিগ লোয়নন বস্থদেব অমস্থং দেবকীদ ভাইরব মতমদ অক্রুরস্থ আশ্রমদ লাকই অমস্থং মখোয়বু ভাইদুন লৈরি হায়ন তমলমই। অক্রুরত্থ কৌরুবে অমস্থং মান লাক্লগ দন্দবৎ তান খুকমজরে মখোংদগী উফুল কনখো-ক্লমই অমস্থং বস্থদেবগ তরাম্ন কৌনরে।

অক্রুরন কংশগী ফত্তব থৌশিল কয়াদু তমলে অমস্থং কৃষ্ণন করম্ন মত্নদগী নাম্থোক্লগ নোংম-নোংমগী চাওখংলকপসি তমলে। কৃষ্ণন চক্রি চরাং কয়া তৌন ময়ামগ লোয়নরকপ অমস্থং নহা অহল থায়দন মাবু লোইনমক্ল স্থংশিবত্থ তমলে।

তৌইগুম্বস্থং ইকাই খুম্নফম ওইরব মাসর্গর ! ঐনা লাক্লিদৈ ী মমাঙদ গোকুলদ অকীবগী মশক ওইরব থৌদোক থর থোকহৌরি অক্রুরন হায়রমই। করিনো মত্থদি ? গোকুলসি কৈশাল্লন পিক থলহৌরে। মহাবনদগী মখোয় শঙ্গু-শঙ্গু লাক্লগ অপিকপ অঙাংশিং কাত্থন চাবা হৌহৌরে, অরাবগী মশক ওইরে। নন্দ অমস্থং যশোদনচিংব গোপ-গোপি পুম্নমক্ল গোকুল থাদোক্লন বৃন্দাবন্দ খুল হোংব থম্লহৌরে।

দেবকীন মখোল নিকন হায়জরমই—"কৃষ্ণদি করিস্থ তৌদেদন ? য়াম্ন স্থংশিব মীনোক্ল লোয়নন মুনিন মাগী থৌস্থাল হৈবব মিংয়েংগ লোয়নন দেবকীদ ওনসিল্লত্থন হায়রমই, দেবকী ! নহাক করিমত্ত

ৱারনু। মমা অনা ওইবগী নংগী নুংশিবদি পুকচেল অতুন নহাক অশেংব মশক উবা ঙমদ্রে। নংগী নচা কৃষ্ণহু ঐখোয় ময়াম্ন ঙাক শেনব চংই হায়ন নংন থনব্রা ? অদু নত্তে মহুগী ওন্নবনি, জগৎ পুম্নমকসি নান ঙাক শেনবীব দরকার ওইবনি।

বসুদেবন মরক থন্ন হংজবমই অদুবু মাগী মহৈ-মশিংদি কনান তম্বীগদৌরিবনো ? মহাক্তি নণজেন নহা ওইন হৌরগনি। মুনিন খুমলনই ঐহাক নহা ওইরিব সন্দিরনিদ ৱারী শাথ্রবনি। মহাক্তি লায়গী মহৈসু হৈ, বেদ শাস্ত্রসু খংই। ঐনা অক্রুরগ ঙাংনদুন লোয়রবনি। মমা মচা লোইনন বৃন্দাবন্দ চৎলগ আশ্রম অমা লিংখৎলগনি। অক্রুব! দেবকীন কৃষ্ণগী মরমদ পাও য়াম্ন তানিংলে ঐহাক নুমিং য়ুবগী সন্ধ্যা-গা তৌব মতম ওইরে। নখোয়সু চাব থকপ মতম ওইরে চংলো হায়বগ মুনিন ফমফমদগী লেংখৎলে। পুম্নমকসু হৌগংলে অমসুং মুনিদ দন্দবং তান খুকমলে।

মুনি লেংখিব মতমদ ময়ামদু মুনিগী তোংশমক্ত ঙাইরব মশা চৈদৌন তিংন চংপ ফিভমদু ময়াম্ন ইকাই খুম্নন য়েংনরমই। মুনিগী মনাক্ত লাকপ পুম্নমক মশা মশাগী ওইব পাওতাক অমা শোয়দন পিবিগনি হায়দুন ধন্নবমক্তনি অমসুং মাগী পাওতাক তাজবসিনসু পুন্সিগী অথোইব মথৌনি হায়নসু থন্নে।

মতুংদ দেবকীন য়াম্ন থাংব ৱারব মতাংদ অক্রুরদ ওনসিল্লগ "য়াম্নুং" হৌজিক্তি ঐগী নুংশিজরব ইচাদুগী মরমদ তাকপিরো হায়রগ অক্রুরগী মমাঙদ ফমলরে বসুদেবসু মনাক্ত লাক্লে।

"দেবকী! কৃষ্ণন ঐখোয়ন নিংব পুম্নমক থুংহল্লে। মহাক্তি মশা কৈ, তুমিন্ন লৈবা হৈতে, য়াম্ন শিংই। মহাকসি য়াম্ন ত্রিক

হৈ, তৌইগুম্বসুং মত্নু গোকুলদ লৈবা মী খুদিংদদি হৈনবী অমসুং তৌদব য়াত্রব মথৌ ওইন থোক্লরে। মতুংদ কৃষ্ণন তৌব পুম্নমক দেবকীদ তম্লে, অদুগ মান অনিমকসু হায়রমই — ঐনা হায়খ্রিব অকীবগী থৌদোক্তু থোকখিব থা অমুক্ত মঙায়খ্রি। মবম খবদগী মহাবন্দ লৈবা কৈশালশিংন গোকুলদ লাক্লিবনো অঙকপনি মখায়ন অঙাং মচা হূই অমসুং করি করিগুম্ব মতমদ নিপা অমা অনি ফাওব পুব য়াওখ্রবনি।

"ও," ইমা! দেবকীন লাওবমই অসুম্ন নুমিং খুদিং তৌবমই। যাদবশিংসি অকীব পোক্লব্রে। অহিং অহিংসি মথোয়ন লান্দবক্লিব শা-শিংহুবু য়েংহুন লৈবমই। মথোয়গী অকীবগী মশক ওইবব লাওখোংবহুন অকীব পোক্তুন অমত্ত তুম্নরমদে।

মতুংদ কবি থোকখ্রবগে দেবকীন হংজরমই। নন্দন ঐঙোন্দ পাও অমা থাবল্লমই অমসুং গোকুল থাদোকপ হায়ন লেপ্পরে। যাদব পুম্নমক বৃন্দাবন্দ নৌন খুল হোংব লেপ্পরে। মথোয় মত্নু তৌরব্রা? কৃষ্ণদি করম তৌববগে? "মহাক্তি অঙকপ অঙাংনি অঙাং ময়ামতুগী মরক্ত মনা লুচিংব ওইন চৎলি অমসুং বলবামসু মাগী মনাক্ত লৈ" অক্রুবন হায়রমই।

মথোয় নুংঙাইন চৎপ্রা? বসুদেবন হংজবমই অক্রুরন খুমলমই, হোয়! নুংঙাইন চৎলি। মথোয়ন চংপদ মথুবাদসু পল্লমই। ঐহাক মথোয়বু ওকপ খুনদোন ফাওব চৎলুই। ঐনা কৃষ্ণবু উবা মতমদ নুংঙাইমন্দুন পি তাখিব থংহোদে। কৃষ্ণগ ইবুংঙোগ কবম্ন উনবগে? পাও তন্থীয়ু।

বলরামন মমাঙ থাক্তুন থমলবস্থু কৃষ্ণন মতম পুন্নমক্ক ময়ামগী ল্যচিংব ওই। মহাক্ক মমান্নব ময়ামগ চংমিন্নে। মাদি গাড়ীদ থক তাংদে অমস্থুং মান মথোংন চংপত্থু উবদ মমান্নবশিং অমস্থুং মথকথোংবশিংস্থু কনা অমত্ত গাড়ীদ তোংদ্রে। মাগী মশক মতৌ করম ৫ৌবগে ? মাদি য়াম্ন নিংথি। চৈ মচা অনা মখুত্ত পায়ব সনা মচুন ফিবান চনব কোয়েৎ বেংপ ৱাহোং মত্থু অমস্থু থেংপ অমস্থুং নাতোন্দ শিব সনাগী নাশিকান কোয়হায় হায়ব য়েংবদ অঙকপ কংন ফৈজ নন্দন মহু য়াম্ন চাওথোকচৈ অমস্থুং য়াম্ন নুংঙাইজে।

বলরামন করম তৌবগে—বস্থুদেবন হংজবকই। মহাক্তি য়াম্ন ৱাং চাওব, নোয়-পেম্ব অঙাংনি। অঙাং অনিসি য়াম্ন নুংশিনজে। তৌইগুম্বস্থুং কৃষ্ণন য়াম্ন হেন্ন শিংই। বস্থুদেব! নংগী য়াম্ন ফজব লমচং শাজত্তু মঙোনদ পুন্ন য়াওই। অত্থু মহাক্ক বলরাম্বু মাঙদ থমলগ মথংদ ময়ামগীনি হায়বসি থংহল্লি। পুন্নমক্ক নুংশি অমস্থুং কৃষ্ণন ময়াম্ন মাবু নুংশিবত্থু মবন্নাই ওইন থক থমদে, লোইনরিব ময়াম পুন্নমক্কী ওইহল্লি। ওঃ! জগৎকী মবুংঙো! ঐগী নু শিঙ্গবব অঙাংসি ঐনা কপ্ন মতমদ উজব ফংগদগে? দেবকীন হায়জরমই। মতুংদ যাদবশিংদো করম তৌরে?

ওঃ মখোয় য়াম্ন নুংঙাইন বৃন্দাবনদ লৈতন লৈরে। জঙ্গল কয়া উ-ৱা কক্থত্তুন শেংদোকলে অমস্থুং অনৌব য়ুম কয়া শা-গংলে। ঋষিশিংন মখোদ য়াম্ন মতেং পি।

কংশ করম্ব মতমদ লান্দগী হনলক্কদগে বস্যুদেব হংজরমই। মাগী মকুবোক জরাসন্ধতু অশ্বমেধ যজ্ঞ অমা পাংথোকলি অমস্যুং কংশন যজ্ঞগী শাগোলতু কলিঙ্গ তমন চৎপদ ডাক শেনলি। লাইশিংগী মরক্তগী অথোইব ভগবানসি থৌজালগী মশকনি। হৌজিক ঐথোয় মথুরাদ হনব য়াবে বস্যুদেবন হায়ঙ্গরমই।

অস্যুম্ন পাণ্ডুন গেৎকপ মচা মঙাসি নিংথৌ মচা অমদ ওকক্‌ম থোকপ ইকাই-খুম্নবগ লোয়নন ওক্তুন হস্তিনাদ চংথাবে। কুরু শাগৈগী লুচিংব ওইবব ইকাই খুম্নক্‌ম ওইবব ভীষ্মন মথেয়দ মঙ্গল পিনবীবে। মনাও নিপা পাণ্ডুবু শেংন মুংশিবীবদগী কুরু নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র নস্যু, মমিং তাংলবস্যু মপি তান মথোয়বু কোনবীতুং ওকপিবে। মবোক্তীস্যু মনেম ওইববী ইকাই খুম্নক্‌ম ওইরবা মবেম-বোক সত্যবতীনস্যু মথোয়বু তরাম্ন ওকপিতুন কোনবীবে অমস্যুং মুংশিব উংপ ওইন মথোয়গী মশমস্যু মনম নম্বীবে। সত্যবতীন মাগী মুংশিজবব মবুংঙো নিংথৌরেল শান্তনুগী শাগৈ মুত্রে খল্লুবদ য়াম্ন নুংঙাইজরমই।

---

# * রাধা

ঐখোয়রগী জাতিগী ওইব ধর্ম্মগী মুমফমদ রাধা কনানো ?—
হায়রুন খীব তারবদি রাম্ন অরাবগী মশক্লি। মাগী হৌরককমসি
অতকপনা থল্লি। মাগী মখিংসি মহাভারতা, হরি বংশদ, নিপানশুব
শাকাব্দদ লেংলখয়া হায়ন খন্নরব ভগবত্তা রাওদে। অমরোমদ
মহাকসি কুইরব তামিলগী শিথপ পদি কাবম কৌব লাইরিক্ত
নাম্নিনায় হায়ন কৌব শ্রীকৃষ্ণগী মুপিনি হায়ম রাওই অমসুং
'হব' গী গাঠাসসাপ্তসতি হালাগীদ রাওই (২শুব খৃষ্টাব্দ A.D.)

অহুম ওইনবক ২শুব শতাব্দিদদি থা ভারতকী প্রকৃতী
কবিশিংদদি তোইন শিজিন্নরব, থংনরব ওইন তোরে। ৮শুব
শতাব্দিদগীদি প্রকৃতিগী কবি কযুরন খুলং-ঈশৈ ওইন শরুব, থানব
তোইন শিজিন্নব হোরে। মতম অহুমদি কৃষ্ণগ লোয়নন গোপি-
শিংবু খুরুমনরমই, পূজা তৌনরমই। তোইগুরসুং রাধাদি মহুগী
(মতুং) মনুং চন্নমদে।

সংস্কৃতকী লিতরেচরদ রাধা হায়ব রাইহেসি মুপিনহাশিংগ
সহ তৌব রাম্ন পামজব মালবকী নিংথৌয়েল বাকপতি মুঞ্জগী

---

* রাধা হায়ব রাইহেসি খৃষ্টাব্দ ১০০০ গী মমাঙদ কবিগুম বেদ
শাস্ত্রদ রাওব থেংনদে।

মালবকী রাজ সভাদ শোক ১০ দা ইহান হায় রাইহে অসি
শিজিন্নব হৌখি।

মতমদ লুহোংবগী মন্ত্রদ অদুম অহানব ওইন য়াওব থেংনৈ (A.D. 973-994) মসি ইয়াং পামজব নিংথৌহগী চুনব মওংনি। অদুম ওইনমক ভারত পুম্নমক্ক রাপোম্বারী হায়দুন মমিং চংখিব অদুদি নিংথৌ রাজসভাগী কবি জয়দেবন লেংখিব গীত গোবিন্দগী (১২০০) হিরইন (হিরোইন) (নায়িকা) ওইনখিবদগী কাওখিবনি।

চহি চাম অসিগী মনুংদ অসিগুম্ব মুপি মুপা অনিগী মরক্ত লুংশিনব অপাম্ব ইরাং পোকহনব হায়নিংঙাই লৈতন ফজত্রব শৈরেংশিন ভারত পুম্বসি শিন থুংন থুদুম চনখি। কবিগুম্ব শৈরেং লাইরিক অমত্তন অচৌ-পিশক থায়দন অমুক য়াম্ন কাওহনব করি করিগুম্ব মতমদ থোকখিদ্রি। চহি ৭ লোম হৌখ্রবস্তু যৌক্তিক কাওবস্ত মীয়াম্ন অদুম য়ানদুন লৈরি।

গীত গোবিন্দসি থুনমক্ক ধর্ম্মগী লাইরিক্কি হায়নরে অমস্তুং বেঙ্গলদদি অমাংব কাংবুম্নি হায়ন ইনথোক্লরব বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপ কাংবুনস্তু মসিবু ধর্ম্মগী লাইরিক্কি হায়ন য়াম্নরে। মতুংদ চণ্ডিদাসন বাঙ্গলাদেশত অমস্তুং বিদ্যাপতিন মিথিলাদ মথোয়গী ফজত্রব ঈশৈশিনি, রাধাসিবু য়াম্ন মীয়াম্ন য়ানব হায়বদু ওইখি। মতুংদদি ইবা পুরাল কয়াদ মাবু শ্রীকৃষ্ণ ভগাবানগ মন্নি লৈন-হন্নগ ভগবানগী শক্তিদগী ওইরকখিবনি হায়ন কয়া ইখি। রারী-শিংদুদি খর তোঙানলি। তৌইগুম্বস্তুং মনুংগী পুনরিম ভাবত্তি অমত্তমি। কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিভৈগী য়াম্ন চাম্নরব লোয়নবী মরূপ অমা ওইন ভগবানগ মন্নি লৈনব হৌরকদব মফমদু মঙোন্দ পিখি।

চৈতৈন্যন মাবু লাইরেম্বীনি হ'যন য়াখি। অহুগুম্ম মাধা পনঠি কাংবু বিষ্ণু স্বাধী কাংবু অমস্তুং নিম্বারকাস মহাকসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী লোইনবী লাইরেম্বীনি হায়ন য়ানখি।

ভারতকী মোংপোক থংব লমদদি যাম্ন চাম্নব মরু ওইব পিরগ শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্ন চাম্নবী মুপি অমনি হায়বদি য়াবৈ ভোইগুম্নস্তুং আয়ন কৌব মাগী মুপা অমা লৈ হাযনৈ।

ভারতকী মোংপোক থ ব শরুকুদি পয়ক্রিয়াগী ভাবত শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্ন মুংশিনবী হায়ব সি য়াবৈ অচুম ওইনমক আয়ন কৌব মাগী মপুরোইব অমা লৈ হাযনৈ। অচুম ওইনমক বাধা য়াওদব কৃষ্ণদি য়াখলগী রা'মদ লৈবা থোকনি অমস্তু ঐগী মত্ত মরাম্ন য়ানরিব মওংসি চপ চারবমি হায়ন লৌজরে।

গোকুলনগী হম্ভরুপদ গাড়ী যগী মঙকশমদ শরিক্ত ক্লিং-ক্লিং খি'ন খিংন কাহ্ন কৌব অঙরুপ নগা অমগ উনবা হায়বসি চহি তরানিথোই শুরবী মুপি অমগী য়াম্ন পুক্লিংদ মুংঙাইব অমনি হায়ন য়াখল খল্লমই।

"কাহ্ন" হায়বসি অঙরুপনি মচুদ করিমত্ত চিংননিংঙাই লৈতে। মুংঙাইবন খল্লব মাগী মিংকমচু—অচুদ য়াধান মমিত্ত উরমই। ঙাংথোবকপ থোলস্তু অঙকপ কংন তানিংহল্লি। উশিং-থাওইদবনি হায়বস্তু য়াবা মাগী মিংয়েং!—মত্তে মাগী তোপ-তোপ্প মিংয়েংদু কাওবস্তু মুকয়া য়াদে।

য়াধাসি ইহান হায় ওইন মাপী পাবুং বৃষভানুগী মনাক্ত লৈননব বৃন্দাবন্দ চংপমি মহাক অমস্তুং মবুং দামুদয়সি বৃন্দাবন

খুল হোংলকপশিংদুগী মরক্ত অহাম্ব ওইন চাকপনি অমসুং মবুংম বৃন্দাবনসি স্বর্গগুমই হায়ন খল্লি।

চহি তরুক শুরকপদ মমা লৈখিম্রে মতু'দ মহাক অমসুং মাগী দুপি অতৈগ লোয়নন বরসান থাদোকখি অমসুং মবুংন মমা-পোকপী মবোকী মনাক্ত লৈহৌই। মহাকসি মমাপোকপী মবোকী ইমুং-মচুংগী দুংঙাইনব মশক ওইবদ নত্তন খুল পুম্নমকী মমামব সুপামচা, সুপিমচা পুম্নমকী নোক খেদুন জগোই শাদুন, কাগী-জোগাই কয়া তৌমদুন ময়াম পুম্নমকী দুংঙাইব পি'বি ওইবমই।

মাগী মপাবুং বৃষভানুন মঙোন্দগী চহি যনা য়াম্ম হন্ব, মখোয়গ খুন্দামিম্নরকপ আয়ন কৌব নিপা অমদ থাজরমই। তৌইগুম্বসুং আয়নদি মান অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন লৌরাইদ লৈদুন শা-যণ য়োকপ, লৌউ-শিংউবসি পাম্নমদে অমসুং মথুরাদ চত্নুন কংশগী মখাদ থবক তৌগ্রে। হৌজিক্তি মবেমবোক্ত শিরদুন রাধাসি বৃন্দাবন্দ লাকলে। মহাকসি আয়নদ থাজরে হায়বসু থংলমই। তৌইগুম্বসুং মহাকসি মঙোন্দদি মশক খংদব মমিংদ তাব য়াম্ম লানথ্রব ওইমদ লৌই। মাগুম্বী কনাম লুহোংবগী রা তাবদ মপুক্লিংদ থংহৌদন দুংঙাইব পোকপত্থ মঙোন্দ দি পোক্তে, তানিংদে। হৈরাং-লৈরাং কয়া মরিক চুম্ন পানব, শাংপ, রাহোংন নোয়মদুন চংপ উরগ মান দুংঙাইজে জগোই শাই, ঈশৈ শকই অমসুং পুম্ননকী দুংঙাইব অমসুং দুংশিব ওই।

বরসান রাধাসি মমাম্বর সুপিমচা সুপামচা পুম্নমক লোয়নন শাম্নরিম্নরমই অমসুং মহাকী য়াম্ম হৈ-শিংবন পুম্নমকী লুচিংবী

ওইরমই। মাশ খুলদু থাদোকপ মতমদ মিকুপ অদুমক মায় মুংও.ইহব পোল্লমই। তৌইগুম্সুং মান অনৌব মী-শিং খুলশিং অমসুং অনৌব বন কোইবদ উরকপদ হায়গী পুম্নমক্কু পুমকাও কাওরমই।

অদুম ওইনমক গোকুলগ য়ায় খেন্নে। মহাক পোকপ মতমদ মাগী মমান গোকুলগী ভাকপি শেনবীব গোপিন মন্দিরদ পূজান-চিংব গ লোইনন খুরুমজগে হায়ন বাশকখি। হৌজিক চহি তরা-নিথোইগী মতুংদ মান মদু থুংহল্লে। মহাক অমসুং মাগী মবুং মপাগী লাপ্পব মচিন-মনাও অমগী ময়ুমদ মখোয় মতম খর লৈরমই। মদুদ নোয়-পেল্লব শাশিং অমসুং অয়োক তেমব রাহোংশিংদুন মাগী মপুক্লিং চিংশিনলমই। তৌইগুম্বসুং থাই য়াম পুক্লিং চিংশিন-লিবদি কাহ্নাইনি। মাবু লেপশূম্বলদ পুন্দুন লৈবা মতম কাওবদ মান মোক-নোক্কুন মাম শুকাও কাওব ওমদে। মাগী মিংয়েংদি মতম পুম্নমক্ক অর্থ লৈন মতম পুম্নমক্ক মাগী মুংশিব শককমদু মিংকুনত লৈ। মাগী মমিং উইশিনবদ মাগী মথুংন হেক শোকপগুম তৌই।

মান বন্দগী হনলকপ মতমদ বাশি তওন খোংই। থুল অদুদ মাহ অহল অভাং থায়দন বাশি অয়াম লৈনৈ। তৌই-গুম্সুং মাগী বাশিদগী থোরকপ মুংশিব সুরদুদি মতম পুম্নমক্ক পুক্লিংদ কাওব ওমদে। মদুগী খোম্বা'দু তত্তব নাকোংদ মাগী (রাধা) গী নাকোংদ তাদুন লৈ। মতম খরগী মতু'ঙ রাধা বৃন্দাবনদ য়োরক্লে অমসু' মহমদুগী অনৌব হৈয়াং-লৈরাং অমসুং মণশিংত্ত উবন মাগী মপুক্লিং হুরমই। বৃষভানু অমসুং অভৈ

[illegible] য়াঙোমক মখোয়ন খুন্দানবময়াং কয়ান শেংদোকলে অমসুং মখোয় মযুন মকৈ শায়ে।

মকম পিরব উ-রাশিং, হায় হুমহুন শান্নব হৈয়াং-লৈবাংন খঁয় শাংলব উরী-রারীশিং খোঙ্গাল খুদিংগী লৈ। যমুনা তুরেল মনাক্ত ঈচেল যাগুন চেল্লি। মহি মহাও চেল্লব যণজেনবুংন মাইকৈ পুম্নমক্ত থয় লৈ অমসুং যণ লাব-অমোম কয়ান অখিংব লৈতন মবুক থম শজিক চারি। য়েংখি যেংখিব মাইকৈদ কঙবগী ফজব ওাক্ত ওাই অমসুং অয়ুকী নোংঙাল্লকপ খুদিং নোম্ব কনব খুঙ্গাশিং খুদিংদ মুংঙাইব পি।

মান থুংলব মতমদ রাধান মাগী মমা লোন্নবী অমদগী আয়নবু কংশগী লান্মীগ লোইনন লাল চংপ্রে তমসুং মাগী লুহোংবহু য়েখোক্লে হায়ব তারে। অহুম ওইনমক মাগী পুক্লিং চংলুব লৈতে। মাগী পুক্লিংদ আযনগী মকম লৈতে। ঐহাক বৃন্দাবন্দ লাকনি (কৃষ্ণন) হায়খিব মুংশিরব পিক্লব খোলজেলয় অহিং মুংখিল থায়দন মহুত তাহুন লৈ। মহাকমু মংদ ওাইহুন লৈবগুম তোই শোয়দন মহাক থুংলয়গনি খল্লি হায়নমু মাম খল্লি।

চহি অমা হোখরে। বসন্ত লাক্লে বৃন্দাবনসি য়েংম্লিং হুন্নক্লে। হৈয়াং-লৈয়াং মরিক চুয় শাংলে। মকম খুদিং কদম লৈ শাংলি। উশা-রাশ খুদিং উচেক রায়ন মুংশিব স্বরদ খোংলি লৈরাংগী লৈনম য়ুমথোংদ শন্দোকলি। অহয় পুম্নমক মুংঙাইরমু রাধাগী মপুক্লিংদ মুংঙাইফন থংলে মরমদি মঙোন্দ রাশকখিব অমা থুংদহুন লৈরি।

মতুংদ গোকুলগী যাদবশিংগী লুচিংব নন্দগী পাও লাক্লে। গোকুলসি কৈশালন থল্লে। অওাং মগ্নাও মচা হুইনচিংব অহিং খুদিংগী চিংথুন পুমরে। অথুন গোকুলদগী বৃন্দাবন্দ খুল হোংলসি হায়থুন লেপ্পরে। অশেংবদি মখোয় খুদক্ত খুল হোংনব খোংপাল্ল-রবনি। রাধাগী থম্মোয়দ নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রে। রাশকথিবতু থুংগদৌরে। হৌজিক্তি নোকু্নদ লৈবা মখুত্ত বাশি পায়ব মমিংন কাওব ওমদব মওংদ নোকপ মহাক্তু্ লাক্লগনি।

"নৌব খুন্দগদৌরিব মী-শিংগীদমক্ত নিপাশিংন লম কোকথোক শেংদোকপদ য়াম্ন চিন্নরি। মুপিশিংন তরাম্ন ওন্নব শিন লাংই। ম শান মমাম্নব মুপামচা গুপিমচাশিংগী মমক্ত চত্তুন গোকুলগী রারী শারি অমমুং থোইদোকপদি করম্ন কাহ্নাইন (কৃষ্ণন) হিংচাবশিং পুথন, তুনবত্ত্নচিংব হাংপ অমমুং মাগী মথৌন মপাঙ্গলতন করম্ন উ চিংথেকপমচিংবগী রারী শারি।

নন্দ অমমুং অতৈ যাদবশিং অনৌব খুন্দগদৌরিব মরামদু ওকপা বৃষভানু অমমুং হান্ন লৈরমলিব মী পুন্নমক্তু্ থোকপ মতমদু য়ৌরক্লে। রাধানু হয়াওথুন কোয়চৎ চত্তুন ওকপ মাওরমই।

খুল হেংক্ত ন্নিবশিংদু য়ৌরক্লে। অওাংশিংন মমাও থারমই। থ্বাইগী মমাওদ মখুত্ত চৈ মচা অমা পায়ব থ্বাংয়েত্ত বাশি থেংপ সনামচু মাম্ন লংন মপান চনব কোয়েত্ত রাহোং মতু থেংলব কাহ্নাইম মাও থান লাক্লে। নহা মুপামচা মুপিমচাশিংদু মান হায়বত্ত ভৌই।

লোয়ব নৈত্রব মীয়ামদু থুংলরে। মমিং ংহেলব গোকুলগী মণ লাব অমোম, মকোক্ত পিথ াই পাত্র পুবী মুংশি-মুংশিমব উশৈ

শকপি মুপিশিং হমুয়ব মুপা মুপিশিং অমমুং অঙাংশিং নিংথিম লৈডেংলব যণ গাড়ীদ ভোংহুন থুংলরে। মপাঙ্গল কয়িব পাখংশিং অমমুং মীয়াই চল্লব নিপাশিংন মথুক্ত লিকং ভেন, থাংত কনাম লাঙ্গল চৈনচিংব পায়হুন লম্বী পুম্নমক্ত হেন্দোক্তনব ঙাকশেল্লি অমমুং তুং ইল্লি। অহল ওইরক্লব মখোয় পুম্নমকী নন্দম লুচিংহুন মথুক্ত চৈশাং অমা পায়রগ খ্বাইগী মমাঙ থান চৎলি। ভৌইগুম্মমুং য়াথাদি মথুক্ত চৈ মচা অমা পায়রগ খ্বাইগী মমাঙ থান লাক্লিব কুচু মুনা লংলব নিপা অহুবুন্নি মান য়েংনিংলিব।

হৌনৈ-হৌনদে খংদন "কাহ্নাই কাহ্নাই" কৌহুন মাঙ থান চেনশিনখয়ে অমমুং মাগী কল্লব উইরব মপাম্বোমহুন থাঙ্গৎখয়ে। কাহ্নাইহুম্ম মুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। মাসু মুংঙাইমন্দুন মাগী মমাই ঙাংদ্রি ফাওব মমঙ্গলদ ফুবা লেপ্পমদে। অঙাংশি অহুদ য়াম্ম মুংঙাইহুন মথুৎ শম্নরগ মখোয়গী অকোয়বদ কোইন-কোইন চৎলমই।

অহল খর ওইরব মীদি মহুদ খর ইকাইবগুমম্ম ভৌই বৃন্দাবন্দ খুন্দারিব মুপিশিংহুন হায় লৈরমলিব নুপিশিংগ তিন্নহুন য়ারী-য়াত্তাই শারমই, নোক্লমই। থুনমক গাড়ীশিংহু মতম খরগী ঙাক শেনব মুংঙাইনব খা মচেং শানা কোইন থমলে। শা যণশিংহু তুমেলদ ঈরুজমব পুখ্রে। চাখুম খুদিং মৈ খাগৎলে অমমুং চান-থক্লব খোংব হৌখরে। মুমিদাং ওইরকপগ জঙ্গলগী শাশিং চৎলকনব মৈকম কয়া মৈ হৌগৎলে। অকোইবদ ঙাক-শেন্নব সম্ত্রি খমলমই শা-যণশিংহুম্ম শম্নল শা রিবহুগী মমুদ পুনশিল্লে অমম্মং মাগী মাগী যণশিংহু গাড়ীদ পুনশিল্লে।

অহিং অত্থু খুন্দারিব ময়ামগ লোইনবক্লিব যশোদ অমসুং কহিনিসু কৃষ্ণ অমসুং বলবামগ লোইনন মনাক্ত তুমজ্জন বৃষভানুগী য়ুমদ লেকই। থংনব কাদ থম্মোয়দি তনিক-তনিক্ত বাধাগু মনা পোক্রবীশিংগ তুমলমই। মতম পুন্নমক্ত মাগী রাথলদ কাওব ঙমদব অমা লৈ মতুদি কাহাই লাক্লে, মান রাশকথিব ঙাক্লে।

মতুগী অযুক্ত বাধাসি ঙন্না চৌগত্তুন কৃষ্ণন তুমলিবা কাদ চলক্রমই। যশোদ অমসুং কহিনিদি হৌগত্তুন মযুম থাদোক্তুন মণবী শাঙ্গোম শুব হৌথবে।

মথুং কোনশিনলগ মকোক্ত মান থাংলিব কৃষ্ণদ মতম থব বাধান যেংতুন লৈবমই। মক্তুসু মচুগী লমদ কায়চং চত্তুন হবাওন কোইবগুম মবক্তসু নেকফেং-নাকফেং তৌই। মতুংদ মহাক লাকই হায়ব প বগুম্ন মমিং পাংথোক্রমই অমসু বাধান লেপ্তুদ্রুবা। থংহৌদব মুংঙাইব ঈথক অমা বাধাসু পোক্লমই।

মথুক্ত মোন থাংতুন তুমলিব পিক্লিব কৃষ্ণদ য়েংলগ বাধান য়েংতুন লৈবমই। মচিন্দসু মোমোন নোকপগুমসু তৌই, মমঙদ মঙগী লমদ হবাওতুন তৌবসু য়াই। মতুংদ মনাক্ত মহাক লৈবে খংবগম মমিং পাংথোবক্লে অমসুং মঙোদ য়াল্লমই। খংহৌদন মুংঙাইব ঈথক অমা বাধাগী থম্মোয়দ থল্লমই।

থম্মোয় ফুক্লব খোম্থাংন রাধান হায়বমই "কাহ্নাই"। বাধা ঐব্ ফমুংদগী অমুক্ত চিংথংলু হায়বগ মথুং তিংথোক্রমই। রাধান মথুক্ত পায়বে অমসুং ফমুংদগী থংচিং-চিংথংলমই। রাধান মাবু কোনবগুম মথুংন চিংথংপদু মান হবাওন নোক্ল-নোক্লতুন য়াবমই।

বলরামদি কদাই চৎখ্রে। মান হংলমই ওঃ! মাদি ইমাগ চৎখ্রে। মান হেক্ত যশোদদি মমা ওইন লৌর অমসুং ইমা হায়ন হেক্ত কৌরে। নংবু হৌদোকলুম্ব হায়রমই। মান হায়রমই "ভরাংসি নহাক য়াম্ন রাররুবনি, অয়ুক্ত তুম্ব থুগাইরনু" অমসুং নংন হৌগংলক্লগন নংবু শেন্নৌ হায়ন ভাকপিরমই। "মতু অর্থ (থোংও) য়াওদে বলরামন চৎখ্রিবতু কদাইদনো? অতুগ শ্রীদাম অমসুং উদ্ধবন ভাইতুন লৈরগ ঐগ তুরেলগ চৎমিন্নগদৌবনি।

রাধা মনাই মকশিল্লমই। কৃষ্ণসু মাবু খ্বাইদগী হেন্ন লুন তৌব রাধাগী থম্মোয় নুংভাইতনব রা হায়খ্রে থল্লুবদ মপুক্কিং নুভাইরক্তে। মহাক্ত হায়রমই, ঐহাক কদাইদ ঈরুজগদগে খ দ্রি।

ফজখ্রব নিংথিবব ঐখোয় অনিমক ঈরুজব য়াবমকম অমা লৈ। চৈন হেক ফুরক্কদবগুম কীন চিংনন হায়দুন মান (রাধান) হায়রমই।

কৃষ্ণন ফমুক হন্ন লৈশাবী মচাসিগী মপুক্কিং নুংভাইতনব থম্মোয় মকশিনব থবক তৌব পামদ্রে। ফরে নংন খংলবদি মফমতু ঐভোন্দ তাক্লো অতুবু করম্ন নংগ ঐগ ঈরুজমিন্নগদগে? নংদি লৈশাবী মচানি। নত্তে! নভোন্দগী ঐনা য়াম্ন হল্লি। নহাক অহল ওইরবী মুপিশিংগ ঈরজমিন্নদ্রা? অতুগ মখোয়ন কারক্তি্রৈদে ঐখোয়ন হান্ন লোয়গনি। রাধান হায়জবোই থেম্বোই তৌন চিংনবপ তৌন হায়জরমই।

কৃষ্ণসু নোক্লমই রাধাগ লোইনন চৎমিন্নব অমসুং ঈরুজ-মিন্নবসি নুংভাইব অমা ওইগনি হায়ন খল্লমই।

মবম অসিন খুংক-খুংক শন্নবুন মী চংনদব লম্বী অমদ ভুবেল মপান তান্ন চংলমই। মকম অতুদ বাদম পাম্বী য়ান্ন তুবলসি পুখ্রিদৌন হেন্ন তেম্ব মী পংচং চংদব মযম অমদ থুংলবে নোক্ল-নোক্লতুন মখোয় অনি ভুবেলদ চোংথখবে। লৈবম্ব কাংঙ-শিতু ঈশিং মপান্দ চেম্বোকথবে। বাধাদি ললিতা অমসুং চন্দ্রা-বলীগুম য়ান্ন ইকাইথিবী মপি নংলংদে। মহাক্কি নুপামচাদৌন তৌই ঈবোই য়াঙব তান্নে, ঈশিং চাইশিনবনচিংব শান্নে।

থুনা মশা কংহল্লে অমসুং মযুম তান্ন হনলক্লে। অতৈ থব অহল ওইবব মী অমত্ত হন্নবক্তি। মখোয়দি অনৌব থুংলব মী-শিতুগী অরাং-অপা মতেং পাংব হৌবে।

কুন্দিক গি-জোগাই তৌব মওংদ লাক্লে। মহাক্ক উনা শাব হংতুন শান্নব অমদ কাথংলে অমসুং বাধাদ মহু ইন্দুন হায়হল্লু হায়বমই অমসুং বাধানসু মতু তৌবমই। তৌইগুম্নসুং মহাক তুনিন ফমতুন লৈবমদে, থৌবি হায়বী শান্নব থেবিতু পাইবগ লেপখতুন হাইবমই। মগাক্ক হাইবমই, কন্ন হায়যু। হোয় হায়তুন থৌবি বান্দোং হাযবী শান্নবগী অকেইবদ কোয়চেন চেন্নতুন ইনলমই। কৃষ্ণন মখ্বা য়েপশিন্দুন থম্লিব বাশিতু লৌথো-ব্লগ খোংব হৌবক্লে।

হৌজিক্তি নংন অমুক তোংলো হায়বগ কৃষ্ণন চোংথরক্লে। মহাক্ক (বাধান) তোংফম উপাকুদ কাথংলে অমসুং য়াম্বরিব থৌবিতু পাইবগ মতম পুম্নমক্ক লেপ্তুনা লৈবমই। কৃষ্ণন হায়বী শান্নব উপাক্তু মনিংদ অমুক মমাঙদ অমুক কন্ন হাইরমই।

রাধাসি নোক্লমই অমস্থুং মুংঙাইবন মাইথোং মকা লাম্ন খুদক্ত ঈশৈ অমা শেমহুন শক্লমই।

"ঐগী কাহ্নাই, ঐগী কাহ্নাই" নংন বন চংপ মতা দ নংগ ঐগ উনখি নংগ ঐগ অহানব উমংদ উনবনি, শৃম্বলদ পুন্দুন চংপ ঙমদব ভুবকপ উ অনিগী মবক্ত, নংন মতুদ নোকফেং তৌরকপ মতুগী মীনোক্ত উতুনত লৈ। মতম পুম্নমক্ত ঐসি নংগী মমল য়াওদন লৈবা মীনাইনি ঐগী কাহ্নাই! ঐগী কাহ্নাই! নমাইদ পক্লম্ব উফুল ঐনা তৈথোকই, নংন ঐগী শম চিংই ঈশিং পীথকপদ ঐগী খুং শোকখি, থংহৌদন ঙ্গুংঙাইব পোকখি, নংন নোকফে তৌখিব মীনোক ঐগী মিত্ত মতুত উতুন লৈ। ঐসি নংগী মমল য়াওদন লৈববী মীনাইনি মতম পুম্নমক্ত ওইরবনি ঐগী কাহ্নাই! ঐগী কাহ্নাই।

কৃষ্ণন ইনব লেপলে বাসি পুথোক্লে থোংব হৌবক্লে! রাধান শাক্লিব ঈশৈগ চান্নন থোংব হৌবক্লে। থৌবি হাইবী উপাক্ত কান্নদব ওইবে। রাধান মতুদগী চেংথোবক্লে অমস্থু মখুংন তান চাননব থাবগ কৃষ্ণগী অকোইবদ কোয়ন-কোয়ন চংপ হৌবক্লে। নংন নোকপ মীনোক্ত মিত্ত উতুনত লৈ। ঐসি নংগী পুন্সিগী মীনাই ওইবে, ঐগী কাহ্নাই, ঐগী কাহ্নাই! কৃষ্ণন মথোং কাবন চয়ে, মকোক চেপলপ তৌন লেপ্নগ শক্লিব ঈশৈগ তান চানন থোলমই, রাধান কোয়ন-কোয়ন চংলমই। থংহৌদন বাসি মথোল তাবদগী ললিতা বিশাখা চন্দ্রাবতী অমস্থুং অতৈ লৈশাবী মচা কয়াম্থু চেম্থোরক্লুন থোংদ লেপ্লমই। মথোং

মখুং তান চপ চপ চানন রাধান নাইন হায়বগুম ঈশৈ, জগোই সেপ্পমদে।

নংগী বাশিগী খোম্থাংদ বসমন্দনগী ব্রাহোং কয়ান নোয়ন-নোয়ন জগোই শারব, নিংথিরবী ষণবী কয়াগী লৈফম ওইরব গোকুলদ নংগ ঐগ অহানব উনথি।

অতৈ মুপিমচাশিংস্থ চেম্থোবক্তুন বাধান শক্লিব ঈশৈগী তান খোংথাং চান, খুবাক খুরত্তুন কৃষ্ণগী অকোইবদ কোয়ন-কোয়ন জগোই ঈশৈ শকপ শাব হোবে। রাধান ঈশৈ হনলমই অতৈন পুম্ন খুম্নমই।

"নংন নোকপ মীনোক, মিত্ত উত্নত লৈ"। ঐসি নংগী মতম পুম্নমক্ত মমল য়াওদন লৈরবী মীন'ই ওইববনি। ঐগী কাহ্নাই! ঐগী কাহ্নাই!

বাধান মাগী থম্মোয় ফুরু মাগী থম্মোয়দগী হেক থোরক-পগুম শকপসিদ অতৈ গোপিশিংন খুম্নগ মখোয়গী অকোইবদ কোয়ন-কোয়ন চংলমই।

বৃন্দাবনসি লৈরাংগী লমনি। ঈচেল য়াওন যমুন তুরেলন হরাওন চেল্লি। অহিং মিংশেল কয়া থাংন মফমত্তুদ ঐনা ঙাইজরি নংন নংগী রাশক ঙাকই, ইনাক্ত লাকই। বনগী লাইরেম্বীগুম্ন ঈশৈ শকপ শুকলেপ লেপ্তুন কৃষ্ণগী অকোইবদ কোয়চং চত্তুন খোম্থাং ব্রাংন তান চান মখোয়ন ঈশৈ শক্লমই। বাশিত্তুন শক্লিব ঈশৈগী তান চপ চান, থোংন নোন কায়দন ইন্দুন খোংলমই।

গোপিশিংন তান চান থুনা য়াঙন অম্সুম চংলকপহ্নদ কৃষ্ণসু বাশি খ্বাংদ য়েপশিনখ্রে অমসুং শারিব জগোইহ্নদ য়াওশিনখ্রে। মখুৎন তান থাই থোংন গোপি খুদিংগী মনাক্ত চংথোক-চংশিন তৌই। থোংথাং অম্সুম থুজিনলপন অঙাওবগী মতৌগুম্লে। অঙকপ জগোইনি অঙকপনি।

খংহৌদন য়াম্ন হৌন নোকপ মখোল অমা তাই অমসুং পুম্নমক খংতোক তোক্লমই। মমা যশোদ, কৃহিনি অমসুং বৃষভানুগী ইমুংগী থোংদ লেপ্তুন লোইনমক লৈরম্লে। মথোয়গী মতুংদ অহল ওইরব নন্দন থিংব লাক্লবদ ঙমদন হৌন নোক্লমই।

---

# "হৌখ্রব চহিগ লোয়নন"

অরাং-অপা লৈত্রব মরাং কায়রব অমসুং ফজবন থল্লব বৃন্দাবন্দু যাদবশিংগীদি স্বর্গগ মান্নখ্রে। মাগী হকচাং ফরব অঙ্গং অশাহ্নদ অয়োকপ শা-যণশিংহ্ন নোয়-পেল্লে অমসুং য়াম্ন থুনা ধার শন্দোক্লে। মুমিৎ থোক্লিবৈ মতমদ থবক কম্ন শুনৈ অহ্নগ মুমিদাংদ শান্তি লৈন পোত্থানৈ।

বসন্ত হৌগ্রে, শংলদ্ব উপালশিংগী মনা উথিদ্রে, পুময়োম য়োমখ্রে। অনৌব খুন্দরিব মী-শিংসি উ য়ানবদ য়ুম শাগৎপদ অমসুং গাড়ী শাবদ ভাইহাক্ত শংনদে। মহুদগী য়াওশং য়োরক্লে।

মতম থরদি থবক্তগী পোত্থনরে। য়াওশং মৈথারে, জগোই ঈশৈ কয়া শান্নে, শক্লে অমসুং নিনথোংবগ লোইনন কুম্মৈ কয়া পাং-থোক্লে। অসিগুম্ব কুম্মৈসিদ মুপামচা মুপিমচাশিং অথিংব লৈজন মনি তম্ম শান্নে, থৌরি হাইবী অমাং কোরী অমসুং অমগ-অমগ ফাগি জোগাই কয়া তৌনৈ। কৃষ্ণ অমসুং বলরামন লুচিংব মুপা-মচাগী কাংবু, রাধা অমসুং ললিতান লুচিংব মুপিমচাগী কাংবু অমগ-অমগ কয়া শান্নে। তৌশিন্নব থর অকাম-অপেংক লোইনন চৈন ডাংনবমই। লৈথোম, লৈ মচুগী ঈশিং, উফুল কয়া চাইশিন্ন-রমই। মুপামচাশিংন অয়াম্ব মতমদ থর মাইথিগল্লি মরমদি শান্নবগী নিয়ম চৎনবী ওইন নিপামচাদি মথুং য়াম্ন শিজিন্নব থি লমই।

অত্তুম ওইনমক মায় পাকপ পাক্তব লৈতে মরমদি পিক্লিব কৃষ্ণন অশেংব মায় পাকপ হায়বত্থু ওই, মরমদি শান্নব লোইরকপদ কৃষ্ণবু মুপামচাশিংগী মরেংবান্দ পুই অমসুং কৃষ্ণন মত্থদ য়াম্ন ঈংন বাশি থাংত্থন লৈ। ময়াম লাকপত্থু নন্দগী ময়ুমদ লোই অমসুং যশোদা, রুহিনিন ময়ামত্থ তরাম্ন ওক্লগ অথুম অহাও কয়া পিজৈ।

রাধাদি মুমিৎ অত্তুদগী হৌন মপুক্লিংগী অশেংব মশক থংলে, মান পিক্লিব কৃষ্ণবু মুংশিবত্থু থাম্মোয় ফুরু ঈশৈদ থাত্থন শকই অত্তুগ নহা অহল থায়দনা ঈশৈত্থ শকপদ মুংডাইব ফোংদোকই, মরমদি পুম্নমক কৃষ্ণবু মুংশি।

রাধান বরসানদ লৈরিঙৈদ মনিং তৌন লৈব মাগী শাজত্তু বৃন্দাবনদ্দ হোৌদোক্লরে। মান হাম্ন লৈরম্ব মতমত্তুদদি খুলত্তুগী লাই (Idol) ওইন লৈরম্বনি। খুলত্তুগী অতৈ মুপি মচাশিংন ফংদব মনিং তম্ব অত্তুমদি ফংত্তুন লাকপনি। মত্তুগুম্ব মনিং তম্বত্তু বৃন্দাবনদস্থু হৌনশ ওইব শাজং ওইন তম্বীররে। য়াওশং লোইরব মত্তুং ফাওবদস্থু শঙ্গোম শুম্বী মুপিমচাশিংত্তুন মুপামচাশিংদ খুদোংচাদব পিবত্তু অত্তুম তোক্কে। করিগুম্ব মতমদ মখোয়্নন মখুং অমগ-অমগ শম্নরগ মুপামচাশিং খুলদ ময়ুমদ হনলকপত্তু থিংই।

থাবল ফব অহিংন অমুক্ক হেন্ন অরোইব লৈত্রব মুংঙাইব পি। রাধান লুচিংত্তুন অয়াম্ব মুপিমচাশিংন লৈঙোইন থল্লব যমুন মপান্দ পুল্লি অমস্থুং ঈশৈ, জগোই তৌত্তুন অহিং তংখায় অমা লেল্লি। কোয়ন-কোয়ন জগোই শাথেক কয়ান খুবাক খুত্তুন জগোই কয়া ঈশৈ কয়া শকই। করিগুম্বদ অনি অনি মখুং কারল চন্ন পাইনরগ কোয়ন-কোয়ন চংলি. উরু-উরু লৈনৈ অমস্থুং মকোক ঙাওত্তুন ফাক ফাক নোকলগ চোংথত্তুন লৈঙোই মথক্ত তুনৈ। কৃষ্ণন লুচিংলগ নিপামচাশিংস্থ হেক হেক য়াওই। অহানবদদি অয়েংব ওইন য়াওই মত্তুংদদি শরুক য়ারে। তৌইগুম্বস্থুং মখোয়গী রাস অত্তুগী অয়োবি মুংঙাইবদি হৈতব থর মখোং মখুং শিংদবী মুপিমচাশিংন তুখ্রগ থেংথ্রগ কৃষ্ণন ময়াইদ লেপ্লগ বাশি খোত্তুন অকোইবদ মুপিমচাশিংন মখুং মখোং তান চান থাত্তুন খোংজি মখোম্ন নিক্রকপ অমস্থুং কোয়ন-কোয়ন চত্তুন জগোই শারকপ মত্তুংদ ফাক ফাক নোক্লগ কাইনরকই অমস্থুং কৃষ্ণনু অহিংব Trophy ওইন পুরমই।

কৃষ্ণ অমস্থং বলবাম অয়াম্ব মতমদ শুকথ থাদোক্লদে। ফিজেৎস্থ মান্নৈ অমন ব্রাংই, উইন মশা তনাপ-তনাপই চীং লেমই অমদি নোয়-পেল্লি রাং চাওই পাগংগুম্লে। কৃষ্ণন বলবামগী কুচুগ চুনব মচুগী ফৈজোম থোল্লি। বলরামন কৃষ্ণগী মচুগ চুনব। শংবান্নব মচুগী ফৈজোম থোল্লি। মচিন-মনাও অনিসি মমা অনিন তম্বীব মতুং ইন্ন য়াম্ন ওন্ন হৌগংলি অমস্থং গোপ অতৈগ লোইনন অহল-লমন্ন ষণজাবংদ ষণ হোয়দোকপ অতু য়াওই। কবিগুম্ব মতমদ অহল লমন্ন থনয়্রগ মাহৌশ চংনবীদ বন্দ চংতুন অনৌব ষণজাবুং থি।

মথোয় অনিগী লুচিং মথাদ বৃন্দাবনগী নহা মমান্নব পুন্নমক য়াম্ন চুংভাইনৈ। মথোয় বন্দ চৎপদ লৈ ময়াম হেক্লগ লৈ পবেং লেংই নাদ চিননবঃনাচোম শেমই। খুদাদ শিনবস্থ শাই। অমগ-অমগ ফজবস্থ তান্নৈ। ফাগি জোগাই কয়াস্থ তৌনৈ, মথল মথেলগী কুম্মৈ শান্নৈ, মুংভাই মুংভাইব রারী লীতুন ময়াম ওইন হৌন নোকলৈ। শাগোল তোংবী শান্নৈ অমস্থং কুষ্টিস্থ তৌনৈ।

নহা ওইবিব ষণজেনহাশিংহুন ষণ শঙ্গু হোইতুন ষণ শেনব লাকপদ নাওরীস্থ পুনৈ। নৃং মচা মচান নাওবীতুদ খুং চুম্নস্থ তান্নৈ। ময়াম অতুগী মমুংদ কৃষ্ণন খ্বাইদগী হেন্ন মশা য়াওই অমস্থং থোংফম চেৎপ হেল্লি। মাগী তোংশান খ্বাইদগী হেন্ন উই, মাগী সন্ধানদি করিগুম্ব মতমদ শোয়দে। মাদি কল্ল-কল্লব মথক-থোংব নহাগস্থ কুষ্টি তৌনব ওমই অমস্থং নাওরী কাপ্পদ মান খ্বাইদগী শাল্লি। মান মতম পুন্নমক্ত নোক-খেতুন তৌই। ঈশৈ শকই

জগোই শাই। শান্ন-খোংনবদ খ্বাইদগী হেন্ন শিই। অয়োকপ শানা অমুক্ত চংনভ্রিব লমতুদ মাগী শুমহংনবগী মশক ওইরব মুংশিরব বাশিগী খোঞ্জেলন চীং মান লমহাং-তুমাং পুমনিল নিলহল্লি অমসুং শুমহংনবগী মশক ওই। পুন্নমক্ত মাবু মুংশি অমসুং মশা মশাবু কৃষ্ণন হেন্ন মুংশিবিরে হায়ন থব্দুন পুন্নমক্ত মুংঙাই।

মসি মুপামচাশিং অমসুং গোপ নহাদদ চম্ব নত্তে, বৃন্দাবনগী মীপুম খুদিংদ চুন্নবনি। কৃষ্ণসি হৌজিক্তি ময়ুমদগী বত্তর হূরানবতু তোকখরে তৌইগুম্বসু মাগী নক্লবদ অনসুং কৈরোল লৈকাইদ অফ-মুংঙাইগী রা হংবসি তোক্তে। ম'ন যুম অমদ হেক চংলুবদ অহল ওইর-ওইরবী গো'পিশিংন মখোয়গী লৈজবী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্ন ফরব মাঘন শে'য়দন পিজৈ অমসুং মান অঙাং ওইবিডৈদ তৌথিব ফাগি-জোগাইতু নিংশিংই নত্রগ মাগী মরমদ হৌজিক হৌজিক শক্লব ঈশৈ তাহল্লি। বৃন্দাবনগী মীপুম খুদিংন মাবু মুংশি। কনাগুম্বীন মাবু থাওইবিদ্রে হায়ন হেক খনবদ থংহন্নব হেক্ত হোংনৈ। মতুদ মান নিংঙমহৌদব শোয়ব উত্তুন অসুকী মতিক হৈ-শিংন মীতুগী পেন্ননব হোংনৈ মতুদি মীতু মরান্ন নিংঙমদব পোকই।

কনাগুম্ব কাংলুপ অমা মান হান্ন লৈরম্ব মফমদগী হোংদব য়াদতুন হোংলকপ কাংবুসি মখোয়গী হিংননব হোংনবদ ময়ামগ থর মান্নদব য়াওই। মী-শিংতুন অনৌব মফমসিদ থুন্দাতুন হিংন্নব লাক্লবদ হান্নগী চংনবী ওইন অথিংব লৈরম্বতু থর কোমখোকই অমসুং মাঙলকই। পিক্লিব গোপিমচাশিংন খুল অতুগী মাইকৈ

মরিমক্ত চেনখোক চেনশিন শান্নৈ। মুপামচাশিংগ লমজেন তান্নৈ, চংনবী পুন্নমক থুগাইরে অমসুং মুপামচাশিংগ ঈক্লজব চংমিন্নৈ ঈশিংদ শান্নমিন্নৈ ঈশিং চাইশিন্নৈ। মতুদ মাইথিরব কাংবুন হান্ন তুরেলদগী কাখংলি।

মী পুংমক্ত মাগী মচাবু নুংশিবতুদ হরাওতুন যশোদন মচাবু য়াম্ন হেন্ন নুংশি। কৃষ্ণনসু মাগা নুংশিজবব মচানি হায়বসি হরাও হন্নব হোংনৈ অমসুং কৃষ্ণনসু মমাবু শুবকাও কাওদে।

অশে নমক শ্রীকৃষ্ণন নুংশিব অমসুং শ্রাদ্ধ লৈনব হোংনবগী উমথৈ লৈতে। মহাক্ত অনুক থুদিংদ ষণজাবুংদ পুথোক্লিব ষণবী ষণ্ণাও পুন্নমক মাগী মরুপ ওই। ষণ অয়াম্ব মান মমিং পান্ন থংই অমসুং মহাক হেক লাকপদ মহাক্কী অপিকপ মথুত্তুন নানবীরগ মনাক্ত চংশিল্লি। মান ষণবী অমগী মনঙ্গলদ হেক নানবীবদ ষণবীতুন হবাওতুন মমায় থাঙ্গংলি। মান কৌব মতমদ ব্লাহোং ফাওব মথোয়গী কীবম্ব থাদোকই। মান বাশি খোংব মতমদ ষণশিংন নুংঙাইতুন তুমিন্ন লেপ্পুন লৈ। ব্লাহোংশিংসু নোয়ন জগোই শাই। নুংশিবদ হায়তুন কেথোকপদি তৌদন কৃষ্ণসি মী শা পুন্নমক্কী নুংশিব ওই থবক অমতং মান তৌরকপদ থোইন হোংকব য়াওদন মপুং হেক্ত ফাই। মাদি মমান্নব পুন্নমক্তগী হেন্ন মথোন লৈবা অমসুং মীন উমফম থোক্তব থবক তৌরবসু মান মতুদ ইচম চম্ন হৌনশ ওইব মওংদ তৌই।

কৃষ্ণ, বলরাম অনিসি থুনা চহি য়ামথংলক্লে অমসুং মপাঙ্গলসু অঙকপ ফংন কনথংলক্লে। মথোয়গী মতিক মগুণসু মথৌনসু

হেনগৎলকই। নোংম হিংচাব চংহুন ভাওরব ষণ লাব মচা অমন ভাওহুন ষণ পুম্নমকপু রাইগদোবগী তাম্নরমই অমসুং ষণবী অমদি মান রাইবদগী শিরে। মমাম্নব পুম্নমক্কী অডকপ অমহুং কীনরব মওংদ কৃষ্ণন পুম্নমক থাদোক্লম্লগ মাগী টৈ মচাহুমা পাইরগ অভাওব ষণহুগী মমাঙদ লেপলুরে। ষণ লাব মচা অদুন শাওন ঙ.ই অমসুং মকোক লুকথরহুন মা তম্ন চোংশিল্লমই। কৃষ্ণন মহুদগী লৈথোক্লুন চোংথোকই। অতৈ গোপশিংন খুদোংথিবহু থংলহুন মাবু কৌথোক্লমই তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণন য়াদে। মান লাও থোলমই অমসুং ষণ লাব অহুবু নু ভাইতনব তৌরমই। মতমহুদ ষণহুন মমিত্তু চপ য়ুংন য়েংহুন মনাতোন খুংখু কামহুন মকোক লুকথরগ লক্করিবহু য়েংলগ কৃষ্ণ তম্ন চোংশিল্লকই। চেনশিল্লক্লিব খুদিগী শোয়ফদ্রব থেংকমগ লোইনন তঞ্জ চানা চোংথোকই।

ষণ লাবহু রারহুন পোত্থারগ অমুক রাইননব মতম ভাইহুন লৈরমই। কৃষ্ণন মতম অহুদ ভূমিন্ন চংথোকথরে অমসুং থৌরি লিশাং অমগী মতোন নাম উ কল্লব অমদ পুল্লুরে। মহুদ মান তুংল্লোমদ লাক্লগ থৌরি মতোন নামহু ষণ লাব অহুগী তুংগী খোংদ মান থংদ্রিঙৈদ পুল্লুরে।

কৃষ্ণসি মাগী মতুংলোমদ লৈরে হায়ন থংলহুন থুনা থংওন ওস্থোক্লমই। মহুদ মাগী মথোংহুদি থৌরি কোঙ্গোইহুন ফাখ্রে, কম্ন চিংলিব মথৈ কম্ন পুনশিনথরে। মাগী মরুপ-মপাংশিংহুন তৌম্নু হায়ন থিংলব ফাওবদসু কৃষ্ণন ষণ লাবহুগী মমাঙদ চোং-ফন্দুন লাওহুন লংনৈ অমসুং মাবু য়াম্ন শাওহল্লি। মথোং পুল্লব

ফাওবদস্থ ইতং-তত্তন মান কৃষ্ণবু রাইগে তৌরমই। তৌইগুম্বস্থং হোৎনব খুদিংগী কৃষ্ণদি নাম্বোকখি। য়াম্ন হৈ-শিংন কৃষ্ণন ষণ লাবচু উ রোমদ চিংশিন্নব লাক্লে। ষণ লাবচুন মাবু রাইগে হায়চুন শাওবন মমিং উদচুন চোংশিল্লকপদ কৃষ্ণদি উগী মকমদ চোংথোকখ্রে। চেনশিল্লক্লিব ষণদি উদ থেংজিন্দুন মকোক কায়চুন শিরে। পাথংনবব অমস্থং থাগংপগ লোইনন মমান্নবশিংগী মবক্ত করিস্থ ইতৌ তৌদবগুম্ন চংশিন্দুন মমান্নবশিংগ তিন্নখি।

অসিগুম্ব থৌনাফবগী রারীসি, হৌজিকস্থ কয়া তমচুন বৃন্দাবন্দ লৈরিব মী পুম্নমক্ত মাবু লাইগী শক্তি লৈবনি হায়ন হায়নৈ। কৃষ্ণ মশাদি করিস্থ থৌশাদন লৈ, ময়ামগী মরক্ত তিন্নচুন অঙকপ থোক্লিব থৌদোক কয়াসি ইচম চম্ব ওইন লৌই অমস্থং মতম পুম্নমক্ত নোক্তুন ইন্দ্রি লাকশিন্ন লৈ, মান কনবুস্থ কীদ অমস্থং চাওজনিংবস্থ লৈতে।

---

## "অঙাওব এডভেঞ্চর"

চহি কয়া হৌথরে কৃষ্ণসি মশা মউ উইবব, রাং চাওবব মশক মতৌ ফজরব পাথংমচা অমা ওইক্লে। বলরাম নোয় পেল্লি, য়াম্ন রাং চাওই অমস্থং হিংচাবগুম্ন অঙকপ ফংন মপাঙ্গল কল্লি, বৃন্দাবনসি চাওথংলি, মুংডাই-য়াইফব হেনগংলি ষণশিংচু য়াম্ন থুনা মশিং

য়ামথংলি। মুপি অঙাং অহল খায়দন মাগী মাগী মথৌদ পুক্লিং চংই। পাখং লৈশাবী ওইরবী গোপ গোপী নহাশিংন মথোয় মশেন হয়াও কুম্মে শান্নজুন মুংঙাইন্নব অহাংব মতম কয়াম্মু ফংই।

নোংম অস্মুন্ন রাস শান্নব তুমিং অমদ যমুন ভুবেল মপান থাদোক্লগ কৃষ্ণ বলরাম, শ্রীদাম অমস্মুং উদ্ধব মকুপ মরিসি ময়ামদগী থব লাপ্ন চংথোক্লগ অমগ-অমগ তুমিন-তুমিন্ন রাবী শান্নবমই।

বলবামন মাগী মনাওদ হায়বমই,—কৃষ্ণ হয়েংদি নংগী হায়ন-খিব অবোইব মুমিংনি। হয়েং অযুক নংন হস্তিন তোংদ্রবদি নংগী হায়নখিব পোন্থ মাঙলগনি। ঐগী পোন্থ মাঙলগনি হায়বসি কনান হায়রিবনো ? নোং পুমঙাল ঙাস্ত্রিভৈদ অয়ুক অঙনবদ হৌগংলগ ঐনা হস্তিন তোংগনি অমস্মুং পোন্থ ঐনা লৌগনি। উদ্ধবন হায়রমই— "কৃষ্ণ! মত্তুগী খুদোংথিবত্তু লৌগন্নু। বলবাম! মঙোন্দ হস্তিন তোংউ হায়গন্নু। উম! ফাগি ওইন হায়বনি। মত্তু হন্দোক্লবসি। শ্রীদামন হায়বমই—"চুমই-চুমই" মত্তু নংন হস্তিন তোংগে হ'য়বত্তু ঐখোয়ন য়ানিংদে। ঐখোয়গী পাবুংন হায়, যণ লাব অচৌবদ লংনগন্নু।

কৃষ্ণন অকনব ফিরেপ ওইন তপ্ন হায়বমই—ঐ হয়েং শোয়দন তোংগনি। ঐহাক তোংগনি হায়জুন নখোয়দ রাশকপ্রে হয়েং অযুক শোয়দন তোংগনি।

উদ্ধবন হায়জবমই—বলবাম ফাগিত্তু অওইব ওইন লৌহনগন্নু, হস্তিনাত্তু মতম পুন্নমক্ত খুদোং থিব ওইনিংঙাইনি অমস্মুং করি করিগুম্ব মতমদস্মু ঙাওই। কৃষ্ণদ খুদোংথিব থোকপ য়াই। ফাগি

ওইন হায়রবস্‌ হায়রবস্‌ ঐহাক হয়েং শোয়দন হস্তিন তোংগনি। মতু য়েংননব নংখোয় ময়াম লৈরবস্‌ লৈত্রবস্‌ যে—কৃষ্ণন হায়রমই, অমস্তুং খুলদ হনলক্লিব পাখং লৈশাবীশিংগী মরক্ত হনখিত্থন তিনখ্রে।

বলরাম! নহাক কৈদৌগদৌরিবগে? করি থোক্লগদৌবনো শ্রীদাম্ন পাখংন হংজরমই। "শ্রীদাম! ব্রাগন্নু ঐহাক কৃষ্ণদ পারা অমা তম্বীব পামই।" অদু ওইরগদি মহাক মতুংদ চাও-থোকপ ব্রাডাং তৌরোই। অদুবু খুদোংথিবসি লোগে হায়রগদি কমদৌব? উদ্ধবন হংলমই।

"হস্তিন তোংবসি ফাগি নত্তে, অডাওব শামু অমা তোংবন হেন্ন ফৈ মান তৌদ্রগ ঐনা তৌনি" বলরাম্ন হায়রমই। উদ্ধবন মতুদ চীংনন হায়রমই— "ইয়াম্ব অহল! মান তোগে নিংলক্লবদি শোয়দন তৌরক্কনি। অদু ওইরবদি মাবু হস্তিনন লৈবাক্ত থাদগনি থর শোক পনব নত্তন করিস্ব তৌরোই" বলরাম্ন হায়রগ চংখ্রে। শ্রীদামগ উদ্ধবক ব্রা তান্নরমই। করি তৌসিগে শ্রীদাম্ন হংলমই। উদ্ধবন হায়রমই, রাধাদ হায়থুন য়েংসির? মাবুস্ব থংহনব চুমব্রা হায়ন ঐনা থল্লি।

হস্তিন হায়বসি বসুদেবগী মচা লৌনব যণ কাওনি। মসি য়াম্ন চাওব নোয়-পেনব মপাঙ্গল কনখ্রব শানি। য়াম্ন থৌরব অমস্তুং কল্লব মচি লৈ। মাগী মভক্তি তোংশাদন মরৈ-মরৈ তাছুন শাবগুম্বনি। মাগী চাওরব মরুমদি মহাদেবগী লিঙ্গগুমই। মাগী নিংথিরব মখ্বাংদগী বৃন্দাবনগী কল্প-কল্পব যণ লাব অমস্তুং ফজ্রবী যণবী থোরকপনি।

মাবু উজাও অমদ পুল্লগ লেপ্তুন লৈবসি থাগংনিংঙাই ওইব শক্তিগী মশক্তি। মুমিংচুপ্প খুমাংন লৈবাক খোত্তুন লৈ। কনা-গুম্ব অমতং মনাক চংলুবদ মনাতোন খু-খু কামদুদ অশাওবগী মিংয়েংন য়েংই। ষণ অমোম অমতং উরবদি মাগী ধার শন্দোক্লিংবন য়াম্ন শাওন পোত্থাকম লৈতব মওংদ খোংই।

নোংমল্লনিপামচা ময়াম হস্তিনাদু য়েংনরমই, মত্তুদ বলরাম্ন ম'ন পাখং ফাবকপদ হস্তিন ফাওব অমুক ফুব য়াদে শিব য়াবগী পাঙ্গল লৈগনি হায়ন থনখি। য়াম্মুংন অমুক থাবদ মাবু হাংপ ঙম্ব ঙমদবদি খংদে মাবু তোংবদি ঙম্লোই। ময়াম্মুং অহলবু লংনব ওইন কৃষ্ণন বলবামদ হায়রমই—"নংস্মু তোংব ঙম্রোই" বলরাম্ন হায়রমই—কৃষ্ণন মতম খর তুমিন্ন লৈরমই মতুংদ ঐদি তোংব ঙমনি হায়ত্তুন খুম্নমই।

বলবাম্ন নংস্মু ঙম্লোই।

কৃষ্ণ—ঐদি ঙমনি, ঙমই ঙমদে ময়ামদ উংকে। "উদ্ধবন হায়রমই' বাবা নন্দন মচা লৌননব য়োকপ ষণ লাব তোংবথিই। হস্তিন তোংব মীত্তুদি শে য়ন্দন ম'চিনা লেংথায়তুন শিগনি।

কৃষ্ণ—"ঐহাক মাবু শে'য়দন তোংগনি"

বলবাম—মত্তু ঙম্ব ঙমদব শিংনব য়াব্রা ?

কৃষ্ণ—ঐনা মত্তু ঙম্নবদি মীয়াম মমাঙদ নংবু শোয়দন চোপকনি। মত্তু য়ানরব্রা ?

হোয়! য়ানরে। ফরে! ঙসিদগী থা অমা লৈরগ, পুর্ণিমা মতুং নোংম কোনবদ ঐনা মাবু তোংগনি—কৃষ্ণন হায়রমই।

মতুংগী মুমিত্ত কৃষ্ণন যণ অতৈগী খুদো থিব থে ক্তনবগীদমক তেংডাম্ন থমলিব হস্তিনাগী যণগোলদ ময়াম হৌগংনদ্রিংঙগী মমাঙদ চংখ্রে মবমদি মহাকসি খজিক্তং মুংডাইহন্দবদ শাওবন হানব যণনি।

মবু শেন্নবিব মীশিংতুদ হায়জতুন কৃষ্ণসি মখোংন লৈবাক খোংলগ খোংলগ শজিক শাইবতুন লৈবিবা চাওর্ব মণ লাবতুগী মনাক্ত পুসিলহল্লে। অতুম ওইনমক যণ শেন্নবিব অন্তমতুদি কিতুন নিকলমই। পুম্নমক্ত ব্রাইগনি হায়দুনত তৌবব যণজাওতুগী মনাক্ত অমত্ত পোকচব মচানিপাসি মখোয়গী লুচিংবন খ লকলগদি কবি হায়বক্কদগে হায়নসু কী।

যণ শেন্নবিব অমন থুমোক অমদ মাগী চাননব লশিং নব্ব পুন্তই, অমন কবিগুন্ন শওবব্রবদি খুদক্ত মতেং পা নব শেন্নতুন লৈ। কৃষ্ণদি যণ শেংনবিব মীশিংতু যণগোলদ চংলগ যণদগীদি খদি ক্তং লাপথোক্ক লেপ্তুন নোকফেং-নোকফেং তৌতুন লৈ।

খ হৌদন অনৌব শক অমা চংলকপ উবতুদ মমায় ওনসিন-লক্লগ য়েংলমই অমস্তং মনাতোন খু-খু কামলমই। লশিং মব্ব পুব যণশেনবতুন থুমোক্ক লোয়নন কৃষ্ণগী মমাঙদ চলগ লেপলমই। হস্তিনান কন্ন খু-খু কামলমই। অমস্তং পোংনদা পুল্লিব থৌবিতুদ কম্ন চিংলমই। মমিত্তু ডাংশং ডাংলমই অমস্তং খুনাং লৈপাক্ত খোংলতুন মকোক লুকথরগ অনৌব লাক্লিবতুদ মমায় ওনশিনলমই।

কৃষ্ণন মাগী বাশি লৌথোকলে অমস্তং খোংব হৌবে। অহানবদদি হস্তিনাতু খু-খু কামলমই অমুক্ত তাদ্রিব অনৌব মখোলতু তাবদ শাওরমই মতুংদ মাগী মিংয়েংতু থোংথরক্লে অমস্তং কৃষ্ণদ

ঙক্ল য়েংলমই। শেন্নবিবত্তুন থব নকশিন্ন চংশিনথবে অমসুং চাননব থুমোক্তু মনাক্তু থমলে। ভৌইওম্বসুং হস্তিনান মতু থোওইদে, অনৌব চংলক্লিব মীতোপ অত্তুন খোংলিব অতুদ তারমই। মহাক্ল বাশিগী খোঞ্জেলত্তু নুংঙাই হায়ন থল্লমই অমসুং কৃষ্ণন খোংথাং অমা অনি চংশিনবদ মান মরুপকী রাখলদ য়েংলমই। মতম থরগী মতুংদ কৃষ্ণন বাশি খোংব লেপলে অমসুং ষণ লাবত্তুগী মনাক্ত থব নক্ল চংশিনলগ চান-থক্লব থুমোক্তু নচিন ময়াদ থাংজিল্লমই।

মতুংদ কৃষ্ণন নুমিৎ খুদংগী মনাক্ত লাক্লগ বাশি খোংলমই অমসুং ষণডাওত্তু মতু তাবদ য়ান্ন মুংঙাইবগুম তৌবমই। কৃষ্ণন নুমিৎ খুদিংগী হাওগাৌব অনৌব নাপি মতোন অমসুং ঘীদ ডাওবব অথুম-অহাও হস্তিনাদ পিবত্তুদ মহাক্ল য়াম্ন হবাওন চারমই অমসুং য়াম্ন পাম্ব মওং উংলই।

মতম থবগী মতুংদদি কৃষ্ণসি বাশি খোল,খোংলত্তুন মাবু শোকপ য়াবগী মনাক্ত নক্ল চংশিনথবে অমসুং মখোংসু তান চান থাই। হস্তিনান মতুদ হরাওবমই অমসুং মান নানব লাকপ য়াবমই। কৃষ্ণন শাথিখ্রব ষণত্তুগী মবপ ওইবত্তুদ শেন্নরিব ষণ শেনবত্তু ঙকলমই।

### হায়নবা নুমিৎকী অয়ুক্কুদ

হায়নব নুমিৎকী অয়ুক্কুদ হস্তিনাগী মনাক্ত কৃষ্ণ অমসুং বলরাম লাক্লমই। লৈবাক্ত কুন্দুন লৈবস্ব ষণত্তুন শাথিব মিৎয়েংন য়েংলমই অমসুং খু-খু কামলমই। নং হস্তিন তোংদোরিব্রা? বলরাম্ন হংলমই। হো তোংগনি কৃষ্ণন খুল্লমই। বলরাম্ন হায়রমই "পংগম্ন" ফাগী

ওইন হায়বনি। শ্রীদাম অমস্নুং উদ্ধবনচিংব নৌন লাকপ উবদ অমুক্ক লংনবমই, নখোয় কনা কনান পুরক্লিবনো ?

শ্রীদাম্ন খুমলমই, "রাধাস্নু ঐখোয়গ লাকমিন্নে। শাওববী গোয়ালীতুন হায়বমই "কহ্নাই করিনো তৌবিবসি, শিংনববু কবিগী নংন য়াবিবনো, ঐডোন্দ তাকত্রিব করিগীনো ? মহাক্ন কৃষ্ণগী মমাংদ মখুত্তি মথবাক্ত পুল্লগ পিশুন শুক্তোক্তুন তোক্লবগী লেপ্পুন লৈবমই অত্তুগ তাদ অহল কৃষ্ণন হস্তিন তোংব নংন পাম্মুবিবসিন কবিগীনো নখোয় ডাংবত্রা ? ঐদি ডাওদে, ডাওবিবদি মানি, বলবাম্ন কৃষ্ণদ খুদোম্বিন থিন্দুন খুমলমই। ঐদি ফাগিদ ওইন তৌবনি। মান ষণসি তোংব ঐদি পামদে। ঐগ মাগ থানবত্তু কোক্লে হায়বনি। মানা অস্নুক লুন লৌগনি হায়বদি ঐদি থল্লুদে।

কৃষ্ণ ! নহাক হৌজিক্তি উবেদন অত্তুক য়াম্ন অনম কনগন্নু বাধান হায়বমই। কৃষ্ণন নোক্লগ হায়বমই "বাধা নংন শাওবগ য়াম্ন হেম্ন ফজথংলি। মতমত্তুদি নংগী নমিংসি অঙকপনি। বাধান হায়বমই ঐবু কবেম্নগন্নু। নং হস্তিনাসি তোংগন্নু ঐনা মাবু তোংলোই হায়বসি কনান হায়বগে ? কৃষ্ণন নোক্লত্তুন হায়বমই।

মাগী পোত্থাব থুগাইবত্তুদ হস্তিনাত্তু য়াম্ন শাওবমই। মহাক্ন হৌগৎলগ শঙ্গোলদ তিন্নরিব মীশিংত্তুবু য়াম্ন চিংনন য়েংলমই অমস্নুং শাওন (য়েংলমই) খোংলমই। নোংডালথোবক্লে শাওরব ষণত্তুবু য়েংবদ রাধা মত্তু চুংলমই।

"বহ্নাই ! নংন মাবু তোংবসি ঐ য়ানিংদে। নংগী হায়ন-তানব য়াদবসি থাদোকউ, য়াধান কিনা ন্নাকৎলমই। ঐহাক

চক্রি চাওব নত্তে অমসুং ঐহাক শোয়দন তোংগনি। বলরাম কৃষ্ণগী মরেংবান্দ মখুং থল্লগ য়াম্ন মুংশিন হায়রমই "ইনাও ইবুংঙো তৌম্নু তৌম্নু।"

"বলরাম" করিমত্ত রাবম্নু। ঐনা হস্তিনাসি তোংগে হায়বিবসি থানরুত্নুন নত্তে ঐনা পামত্নুন তৌবনি মহাক কন্না হায়রমই, কৃষ্ণন কন্না হায়রমই। ঐগী পুক্নিং অমুক ওল্লরেই খেৎয়ন অসদ লেপ্পসিন ঐগী থবক্ত অয়েংপ পিবে। ফরাং অসিগী মকমদ লেপ্পুবো অমসুং ঐনা হস্তিনাদদ তোংলোব ইথৌ তোংগে, কৃষ্ণন অচেংপ ফিবেংক লোয়নন হায়রমই। ইহে কবি থোক্লগদগে? উদ্ধবন হায়বমই কবিসু তৌরোই, ঐনা মাবু শোয়দন তোংগনি হৌজিক চংলো বধা শাওবিনু। মথোয়গ লোয়নন চংপিখ্রো অমসুং তুমিন্না য়েংত্নুন লৈবিযু।

রাধাদি শাওত্নুন লৈবি। "মদে। ঐহাক চংথোক্লেই ননে ষণসি তোংলবদি ঐসু ষণসি তোংগনি। নংবু শোয়দন হায়হনগে হায়ন থল্লবদি ঐসু নতুং ইন্দুন শিনি মহাক শাওন খোংবনি লৈবাক তক্ল-তক্লগ হায়রমই। কৃষ্ণন হায়বমই, তোংবসিদ নহাক য়াওবদি য়াবোই। অত্নু ওইরগদি ঐনা শিবগদ নংন তোংব য়াগনি। মখুত্তি থক-থক নিক্ল মাইথোনে শাওবগী মাগী নিংথিবব মিংয়েংগ লোয়নন রাধান লেপ্তুনে লৈবমই।

কৃষ্ণন মতম থরদং পুকচেল তপথন অমসুং রাধান মাগীদমক রাবিরিবত্নু খন্দুন তুমিন্না লৈরমই। মহাক হৌজিক চহি তরামরি শুরে, বাধান চহি তরামাপলনি। মহাকসি পিক্লিব অমসুং উবদ চিংশিন্ব অমা য়াওব মুপিমচ অমা ওইন উই।

ফবে, নংদি তোংমিন্নব ঐহাক যাবগে। তৌইগুম্বসুং য়াম্বুং! মথাতান ব্রা ঙাংবিবন্নু। লেংথোকপিবো মফম অতুদ ঙাইবিষু, কৃষ্ণন হায়বমই। বলরাম, শ্রীদাম অমসুং উদ্ধবনচিংব চিংনন থোকথ্রব মতুংদ মহাক্ক বাধাদ ওনশিল্লগ হায়বমই, মতম থবদং মফম অসিদ ঙাইথো শেম-শাব লোইখিগে ত্তুগ তোংমিন্নসি।

কৃষ্ণন বাধা থাদোকলমলগ লশিং মব্ধ অমসুং লৈবাক হরাই মপাক থম্বা কাচিন অমদ চংখ্রে অমসুং থুমোক অমদ মথোয়দু হাপচিনলগ হস্তিনাগী মনাক্ত চংগে। মণদুদি চিংনন থু-থু কামদুন বাধাদ মমিং চপ যুংন য়েংদুন লৈবমই।

কৃষ্ণন থুমোক্তু লৈবাক্ত থমলে অমসুং বাশিদু থোলমই। মিকুপ থবদি হস্তিনাগী চিংনবদু লৈবমই মতুংদা শুমহংনবগী মশক ওইবব বাশি মথোলদুন মাবু ফাখ্রে অমসুং মহাক ফাথবে ইংথথবে। কৃষ্ণন থুমোক্তু লোথংলগ মাগী মচিন ময়াদ থমলবে। মণদু হবাওবগী মওংদ মনাতোন কামলে!

কৃষ্ণন মনাক্ত চংশিনলে। কৃষ্ণন য়াম্ন তোংনবগী মওংদ মঙকশমদ পোপ-পোপ ফুবমই অমসু মথাদ নানবিরে। কৃষ্ণন য়াম্ন তোংনবগী মওংদ বাশি থোংব তেংদুন মঙোন্দ ঙাংথেদুন তৌবদ হবাওন মচিঞ্জাক চাদুন লৈবমই।

মণদুন কম্ন চাবিঙৈগী মতমদ কৃষ্ণন বাধাগী মনাক্ত চংলগ হায়বমই "ঐহাক হস্তিনাসি ঈশিং থক্লব দ্রম মনাক্ত পুগদৌবি। মান ঈশিং থক্লিঙৈদ ঐনা বাশি তদুন থোংগনি মতমদুদ নহাক ঐগী নাক্ত তূমিম্ম লাকউ। ঐঙোন্দ কম্ন কোন্দুন য়াল্লু। নংন

ঐঙোন্দগী লাপথোগ্নবদি রাইহুন শিব য়াই। নংনা মহুগী থৌনাহু লৈগদ্র ?

নংনা ঐগী নাক্ত লৈবিমথৈদি ঐগী অকিব অমত্ত লৈরোই। রাধান মমিংতু লংন পাংথোক্লহুন হায়রমই। মতমদুদ যণ শেন্নবিব নিপা অমা যণশংগী থোংদ লাক্লমই। কৃষ্ণন মঙোন্দ হায়রমই —ঐহাক যণ ঈশিং পিথক্কদৌবি। নহাক মফম অসিদ লাক্কনু। নংন মহুদ লাকপ থোক্লবদি ঐঙোন্দ করিগুম্ব ফত্তব থোক্লবদি মহু নংগী দায়ী ওইগনি। কৃষ্ণন অকনব য়াথং পিদমই।

কৃষ্ণন হন্দুন অমুক চংখ্রে অমস্মুং হস্তিনান মবুক থন্ন চাব লোইদ্রিফাওব বাশি থোংলমই। মতুংদ থৌরি পুনলম্ব লৌথোকলে অমস্মু, মনাক্ত লৈব ঈশিং থক্কব অম (বালতিন) মনাক্ত পুশিনলে। যণহু ঈশিং থক্লিবৈগী মতমদ কৃষ্ণ বাশি তত্তন থোংলমই। রাধান তুমিন্ন কৃষ্ণগী তুংদ লেপলরে।

যণহু মবুক থন্ন ঈশিং থকলব মতমদ কৃষ্ণন মঙক্ত পোপ-পোপ ফুহুন রাধান মাগী মতুংদ চোংথনব ফক্লাংদ কাথংপন্থ উদনব নানবীরমই, নোইবীবমই মতম অসিমক্তদ কৃষ্ণন হস্তিনাদ নুংশিব তত্তন রা ঙাংই। যণন ঈশিং থকপ হেক লোইবগ মাগী মনাতোন্দ হুত্তুন পুন্নিব থৌরিহু পাইরগ কৃষ্ণন মাগী মনঙ্গন্দ চোংথংখ্রে। হস্তিনান য়েংথংলমই। অমস্মুং মতেং পাংলগ রাধাস্থ মাগী মতুংদ ফমথখ্রে।

হস্তিন য়েংথংলমই অমস্মুং খু-খু কামই, কৃষ্ণদ হন্ন য়েংলমই অমস্মুং অরোইব ওইন ঈশিং মবুক থন্ন বালতিন্দ মচিন থিংজিন্দুন

থকখ্রে। মহাক য়াম্ন হবাওব মওংদ লৈ। কৃষ্ণন হস্তিন! ইবুঙো! ঐখোয় হৌজিক বন তান্ন অমুক্ত চৎসি কৃষ্ণন যান্ন থোংলব খোনথোক্ল হায়বমই। যশোদন ডাংশিবত্ত খংবগুম মকোক থাঙ্গংলমই, অগুক্কী মুংশিত্তু, শুং-শুং নমলমই অমস্তুং বনগী লম্বী তম্ন তপ্প-তপ্প চেংলমই।

ইবুংঙো থব কন্ন চেল্লু, কৃষ্ণন যশোদদ হায়বমই। জঙ্গল তান্ন চংলিব লম্বীগী মযাদ কুংন হৌবিব উশিংদ উচেক-ব্রায কয়া খোংব হৌবে। লম্বী হেক লোইববপ মতংদ ডমথৈ লৈতংা চংখিব লম্বীদ পাক্লব সনাগী পুখম মানব নুমিং থাকপ উবমই।

কৃষ্ণন হস্তিন থৌত্থন লাকপত্তুদ বাধান মাগী খুদ কন্ন কোল্লমই। কৃষ্ণস্থু বাধাগী মখুং অনিত্থু তাংদনব কন্ন চপলমই, কেন্নবি। অনিত্থু পুবগ যশত্থস্থু কন্ন চেনব হৌবব্রে।

কৃষ্ণন যশত্থুদ মুংশিব ব্রাহৈ হায়বগ লোযনন মথোং থিল্লমই অমস্থুং কৃষ্ণদ কন্ন কোল্লিব বাধাগ লোযনন যশত্থু জঙ্গলগী মযৈকদ লাক্লে। হৌজিক্কি মপোায় অচুম্ব লম্বীদ চংলি থুনমক ডমথব চৌংগী লম্বী অমদ চৎকদোবি।

বাধাসি মুংডায়ব ইথক্ল থল্লমই। যশত্থু তমপাক ওইব অহাংব লম্বী অমদ চংলনই। কৃষ্ণন মান হেক ডম্ব মথৈ কন্ন যশত্থুদ মথুউন চপলমই। বাধান কৃষ্ণদ কন্ন কোনবত্থুদ কৃষ্ণসি করি করিগুম্ব মতমদ মান চপলিবত্থু নাম্থোক্কে তৌই।

মতম থরগী তুংদ যশজাও লেপলে। চেনবত্থুদ মহাকস্থু হৌজিক ফাওবদি য়াম্ন মুংডাইবমই। হৌজিক্কি মহাকস্থু স্বব চনিং-চমাং

শম্নরক্কে। রাধাস্ন তুংদগী কুমথরক্লে অমস্নুং কৃষ্ণস্ন কুমথহুন মমাংদ লেপলে। হস্তিনাস্ন নুংঙাইবহু য়াওবগুম মথোয় অনিবু য়েংলমই অমস্নুং মতুংদ লম্বী নাকনদ হৌরিব শজিক অহু চানব তৌথরে।

রাধান কৃষ্ণগী মনাক্ত ফমলমই অমস্নুং মাগী মনায়দগী হুমাং মরিক-মরিক কাবহু তৈথোকপিরমই। মতুংদ কৃষ্ণন মাগী বাংশি খোংলমই।

নুমিৎ থর কাথংলক্লব মতমদ বলারাম শ্রীদাম অমস্নুং উদ্ধব ষণহুবু পিজ-পিথক তৌরিবহুগ লোয়নন তুং ইম্নরক্কুন থুংলরে। রাধা কৃষ্ণন মথোয় অহুমহু য়াম্ন থংন-চান্নবগী মওংদ ষণহু চিংহুন মখোয়গী মরক্ত চংলক্লে।

কৃষ্ণন হস্তিন তোংবগী অঙাওবহু শিংনবসি মপান থংলক্লবদি য়াম্ন শাওগনি হায়ব থংলবস্ন নহাশিংহু অমস্নুং ষণ শেন্নরিব মী অমস্নু নিপামচা পুম্নমক্ত য়াম্ন হরাওরমই।

— — — —

# "চেনবা পুখ্রিগী কালি"

অনৌব ষণজাবুং থিরকপদ কৃষ্ণ অমসুং বলরাম শজিকসু য়াম্ন হৌব উ রাস্ন য়াম্ন হৌব, উরুম বারুমসু য়াম্ন লৈব গোবর্দ্ধন মনাক তাম্ন ষণশিংদু শাজিক চামব পুরক্লমই। অসিগুম্ব জঙ্গলদ কোয়ব মতম অসিদনি কৃষ্ণন মাগী তৌব-ওম্ব উৎলকপসি।

কৃষ্ণ অহৌবদগী তুলসি নত্রগা বৃদা পাম্বীবু য়াম্ন পাম্ন তৌরমই অমসুং মসি হৌব লম তুলসি বন হায়ন খংমরমই। মখোয়গী মুংশিরব মনমন কৃষ্ণগী অনৌব থৌন হাপ্লি। মহাক্ত কদন পাম্বী মখোংদ হিপুন থবানমিচা খোকপওম শাংলিব লৈশিংদু য়েংব পাম্নমই। মহাক্ত চিনিচম্প্র, কেতুকী অমসুং বোকুলনচিংব লৈ অতৈবুসু য়াম্ন পাম্নমই। নিংথিব কজবরু থাগৎপ পাম্ব মাগী মপুক্লিংদ লৈশিংগী মশক মচু, মওং মতৌ অমসুং মখল-মখলগী মনমশিংন কজবরু থাগৎপ পাম্ব মাগী মপুক্লিংদ য়াম্ন মুংঙাইব পিরমই। মান লৈশিংসি মকোক্ত থেৎপ মনাদ চিনব অমসুং পরেং ওইন শিবা য়াম্ন পাম্নমই।

কৃষ্ণন হৌরিব উ-রা পুম্নমকপু মাগী মুংশিরব মরুপকুম মুংশি। কম্নিগুম্ব মতমদ মানা অতৈ গোপশিংবু হুন্দোকলম্লগ লির-লিরব উ হৌমিব অহুগী মরক্ত কোয়ন চংলি। মতমহুদদি অচিকপগী শান্তি অমসুং অইংবগী মুংঙাইবহু মাগী থাম্মোয়দ কাওবগুম্ব তৌই।

করি করিগুম্ব মতমদ মানা উ-ৱাগ তত্তন বা ঙাংনৈ, ৱারী শানৈ। করিগুম্বদ লিরি হুম্বা মুংশিংক লোয়নন উনাশিংন শান্নবদ থোবক্কপ মখোলগ চানন মুংশিন বাশি খোংই অমমুং মশামকপু মথ্বদ তিন-থ্রবোই নিই। পুন্নমকসিগী মথক্ক মানা গোবৰ্দ্ধন চীংবু য়াম্ন মুংশিজে অমমুং মামুক ফজব লৈতে হায়ন খল্লি। নাকল পুন্নমক্ক উ-ৱান পিক থম্ন হৌই। মানা পুন্নমক মুংশিংকা লোয়নন তত্তন জগোই শাই। মবক-মরক্ক মথল কযাগী লৈ শাংলি। মরক মবক্কদমু চাংজম ঈশিকযা মখোল থোক্ক চেন্ন্রি। মফম পুন্নমক্ক ৱাহোং লাব' অমোম কয়ান শান্নরি অমমুং পুন্নমক্ক মাবুদি মকপ ওইন খল্ল। পাওনা কাংঙলাবা অমোম কয়ান খায়দোক্কব য়াদন তুম'-তুম। ওইন চিংলম্ন মু ঙাইন শান্নবি। করিম্ব মতমদ মহাক্ক কৌবদ অকিবা লৈতন মনাক্কে লাকই। মানা গোবৰ্দ্ধন কাখংপ মতমদ মরুপ ওইন খল্লব উচেক কয়ান মকোক মথক্ক লৈন লৈন পায়। থেবশিংন মানা বাশি খোংব ঙাবতুন মকোন্দগী মকোক থিন্দোক্কুন মুনা মুনা য়েংই।

কৃষ্ণনা অসিগুম্ব নিংথিরব চীশিদ করিগুম্ব মতমদ মরুপ মপাংশিংগ, করিগুম্ব মতমদ মথন্ত কোই। মথন্ত ঙাইব মতমদদি মানা মতোন কাওব কাখংলগ অনকপ অরাপ্পাদ লৈরিব নিংথিরব দশহ্ন য়েংই। মতম অত্তুদদি মঙোন্ন অয়োকপ শা, লম্বলকী শা উচেক ৱাম্না, উ-ৱা লৈশিং, চেন্নিব ঈচেল মচাশিং, পুন্নমকসিগী মথক্ক গোবৰ্দ্ধন চীং মশামক অমত্ত ওইন পুনবগী ৱাখল লৈ। পুন্নমক মাগ অমত্ত ওইরবে।

কৃষ্ণগী মশাদ অকিব লৈতে. মাবু কিহনবসি ওইথোক্কব ঙইন থোকই। মাবু খুদোংথিবা লৈগদবনি মাংজোনন উবা ঙমই অমসুং মচু মায়োক্নব ঙংগী মাংগী কায়দন থেংনব ঙমই।

নোংম মহৌশ অমুক্ত চত্রিবা জঙ্গলগী লম অমদ শঙ্কিক চাঞ্জিব যণথিবদ, মরুপ ঙাক্তনি, লৈরিব উরোক অচৌবা অমা থেংনলমই ইংনা লৈজবগ্ন পুগায়বদ শাওবব মপি অতুন কোইংচেন চেন্দুন খোংলমই। অঙাংশিংদুন, মাগী য়াম্ন কাগি মান্ন থোংগিব অমসুং চংশিব মওংদুদ মুংঙাইহুন খুবাক খুতুন নোকলমই অতুদা মানা ময়া কাথোক্তুন মখোয়দ চেনশিনলক্নমই, অমসুং শ্রীদাংদা তমথিন কিহলমই। নাহা পুন্নমক কিতুন লোইন চেনখ্রে কৃষ্ণ মথস্থ মায়োক্নতুন লৈহৌই। মানা উয়োক অতুগী মচিনতু থক-খা মখুংন নাম-নাম্ন পাইরগ মখয়াং শেগাইরমই মদু ঈ য়াম্ন থোক্তুন অমসুং মথয়াং তংপতুদ চেনম্নব কম্ন হোংনরমই তৌইগুম্বসুং থর চেনলগ শিতুনা তুরে।

খৌদোক অমদন চাওরব লাইরেল (Boa) অমনা যণ অমস্নু য়োংলব ফাওবদ অতৈ খরস্নু যোংনব ময়া কাথোক্তুন লৈরম্ব থেংনরমই। অতুগুম্ব খুদোংথিব তাঞ্জদ কৃষ্ণগী পাইরক্নী লৌশিং অঙকপনি, মাবু থক খাদোক্তে। যণবা যন্ন কীদুন লোইনমক চেনথ্র, তৌইগুম্বসুং মাদি মাগী মরূপ-মপাংশিংন খাপ্ন কাওব য়াদন চেন্দে। মশ্বিক্তি কুপ্তন ময়া কাথোক্তুন লিন অতুগী মনাক্ত চংশিনখয়ে। ময়া কাথোক্তুন মাবু লাকদোবগী হোংনরিব মকোক্তুদগী মাম্মোক্নগ, মুং-উ মকক কম্না হুনজিনলমই। মতম

খরগী মতুংদ ময়া উম্বশিনলগ কাম্নদ্রে খন্দুন চেনখ্রে। মতুংগী মুমিত্তদি শিনদু জঙ্গলদ শিন্দুন লৈরম্লে।

বলরামমু অদুক য়াম্ন খুদোংথিব য়াম্রবমু হিংচাবগুম মপাঙ্গল কল্লি। করিগুম্ব ফীরেপ অমা লৌব, তপলবমু শাওহল্লুরবদি অমুক্তং ফুবদ মাগা মায়োক্নরিবদু তুহনবা ঙমই। নোংম মান লুচিংলুন অনৌব জঙ্গলগী চম্বী অমদা যণ শজিক পিজবিডেদ মান উ অমগী মনাক্ত লেপলমই। মদুদ লমলক্ত লৈব লোলা কাং-লুপকী লুচিংব গাধান মচোন্দ নমলমই অমমুং কম্না কাওরমই। পাখং ফারব নিপা অমা কাওব শিব য়ারিবনি, তৌইগুম্বমুং বলরামদি মদুদ করি অমত্ত নাচুংদন লোলাদুগ মায়োক্নগ ম চিন্দ খুতুম্ন অমুক থাবদ লোলাদু শিরমই।

বলরামগী খুতুমদি মুংথংগ মাম্নে মদুন খিনবদ পোং অম্নাম্ব কায়। নোংম যণজেনাহা ময়াম ফীবুল হায়বী শান্নরমই নক্ল অমদন কৃষ্ণন লুচিংই, অমদন বলরাম্ন লুচিংই। শান্নবগী নিয়ম্ম থংনবদি অথোইব মাইকগী নাহাশিংদু অপোব মাইকৈগী অকরুব মকম অমা ফাওব প্ৰবনি। কৃষ্ণ মশামক্ল মাগী চান্নরব মরুপ শ্রীদাম প্তুন চংলি। বলাবাম্মুন প্রাল্ব কৌব মাং চাওব কুচু মুৰা হৌন লোনচং কয়া খংদব মুম্নিংভুদ য়াওরব নাহা অমনা পুই। মতাকসি জঙ্গল মমুংদ লৈবা লম অমদগী লাকপনি মেংবন মবুক চুমলোইদোবা মানব শকনি অমমুং মানা বলরাম্মু ময়াম পুনরিব মফমদুদি পুত্রদুন গুক্রব জঙ্গলগী মাদম খংবা লম্বী অমদা পুরমই। বলরাম মাগী মরেংবান্দগী চোংথগে লাক্নবদ মখোংদ

কয়া কোনখিবদগী ওমলমদে অমসুং বলরামবু পুহন য়াংন ঙঙ্গলদ চেল্লমই। বলরাম্ন শাওহন মকোক কিম্না খিনবদগী মকোক কাইহন শিরে।

অসিগুম থোদোক কয়াসিদ বৃন্দবন্দ লৈরিব মীশিংদ অকিব অমসুং অঙকপ কয়া পোকহল্লি অঙাংশিংসি ( বলরাম অমসুং কৃষ্ণ)-সি লাইন ওল্লকপনি অমসুং মখোযবু মাংনব থৌরিব মীশিংন হিংচাবম ওল্লকপনি হায়ন খ'জনরমই। তৌইগুনসুং মখোয়গী অকি-অথং লৈতব অচুদগী মখোযদ শোকপ লাক্কদ্র হায়দুন চিং-নরমই অমসুং কিরমই। চিংনরিবদুগী মরমদি নেমমহ চাওরব কল্লব হূন থল্লব কালি লিমগী লৈকম পুখ্রিদ কাসি লাকসংগনি হায়দুন কৃষ্ণন চোংথগ্রে হায়ন চেল্লকুন পাও পুরকখি।

হূগী পুখ্রিসি বৃন্দবন্দগী খজিকতংদি লাপ্প মী পংচৎ চৎনদব জঙ্গল অমদা লৈবনি মোংজু থাগী ঈশিং ইচাও মতমদ তুয়েলসি ঈশিংগ মাগা শয়ৈ, অতৈ মতমদদি নাপিশিংনাংন পিক থল্লা হৌদুন ইচেল লৈতন লৈবা পুখ্রি ওইন লৈ। মসিদগী হন্তব মমখিগ্রব মনম অমসু থোরকই অমসুং পুখ্রি অসিগী মথক অমসুং অকোয়্রব খর কাওবদু অনাব পোকহনব নমথিরব হূ চেনব মনম অমসু মতম পুম্নমক্ক নমদুন লৈ।

চাওরব, অকিবগী মশক ওইরব কালি বৌব কিন অয়োম্ন মাগী মচা মগুগ লোয়নন মকম অসিদ লৈ। মরম অসিদগী মী অমসুং শা যথ মকম অসিদা চংনদে। মাগী ঈশং থাংলব ঈশিং অদু হূনা পিক থনবনি। ঈশিংমু থকল্লব শাদি খুদক শি হায়বসি খংনরমই।

হন্দকী থোৌদোক অসিদদি যণ হাত্তম থরন হু য়াংহৃব ঈশিংসি থকল্লুরে অমস্তুং খুদক্ক শিয়ে নিপামচাশিং অহূন কিচ্ছুন খুদক্ক চেনখোরক্লে। কৃষ্ণদি মচু তৌদে। মহাক্ক তুমিন্ন ঈশিংচুদ য়েংলমই, অমস্তুং পুখ্রিগী ময়াইদ লেং-ওত্তুন লৈরিবা লিন অচুদ মুন্না যেং-চুন লৈরমই। মতুংদ মানা তৌগদৌরিবসি কবিনো হায়ব খং-নব্রিভৈগী মমাংদ মহাক কৈজ্রোম তাখৎখ্রে, মখুত্তা খোৌরি অমা পাইরগ উ অমদ ফাখংখ্রে অমস্তুং পুখ্রিদ চোংথখ্রে।

পুখ্রি মনাক্ত লৈবা মীওয়মক কিবনা পাৎত্তুন লাওমরমই। থবদি রাস্থখ্রে, মাগী মরূপ মন্নামগী মরক্ত খ্বাইদগী চান্নবব উদ্ধব অমস্তুং শ্রীদামদি কালি হায়ব লিনগ লাল শোক্লব হুগী পুখ্রিদ চো থখ্রে হায়বসি নন্দ অমস্তুং যসোদাদ পাও তন্নব স্বম থবেং-থবেং হোন্ন বৃন্দবন তান্ন চেললমই।

পুখ্রিচুগী ঈশিংচু ঈশংমক্ত কায় অমস্তুং মচুদ ঈরোইচুন নাপি শিংন চরাং মরক্ত লেং ওত্তুন লৈরিব কালি য়োৌবসি য়ান্ন রান থোকই অচুম ওইনমক মহাক য়ান্ন ইংন লৈ অমস্তুং মাগী হৈশিংব থোৌন মাংদে।

লিনচুন মানা মনিংতৌন মহৌশ খোকখিত্রিব মাগী লৈকমদ ছেনজ্জিনলকপচুদ শাওচুন মকোক কনদোকলমই অমস্তুং কৃষ্ণ তন্না চংশিনলক্লমই তৌইগুস্বস্তুং কৃষ্ণন ঈযোই ঈয়োইন মশা য়ুংন লেপলগ খোৌরিচুন কোঙ্গোই অমা শাযে অমস্তুং কোঙ্গোইচুনা লংচুন লিনগী মঙকশমদ থুরে।

পাইশিনলক্লিব থৌরি কোঙ্গোইদু লিন্দুন শুক্তুন য়েংদুনা লৈরমই অমসুং কবিনো খংজিনবগী মঙকশমদ থুখরে। মতুংদগী নাথোক্লবা মান কন্না হোৎনরমই, তৌইগুম্বসুং ওমলমদে মান শাওদুনা ন'নথোক্লবা মকোক্তু হাইরমই। মশাদু উক উক লৈরমই, ঈশিংদা বোম-বোম তাদুনা ঈশিং চাযরমই। অকিবনা থল্লবা মপান্দা লেপ্তুনা যেংলিবা কাংবুদুনা স্বর হৌগল্লি হাযবা কাওবা মখৈ পাখৎলদুনা লেপ্তুনা য়েংনরি।

চাওবব লিনদু নাথোক্লবা কন্না হোৎনরমই তৌইগুম্বসুং হোৎনরিবদু অরেম্ব তাখি, হোৎনরিবা থুদিংমক অরেম্ব তাখি কোঙ্গোইদুনা অসুম চেৎশিনবা হেল্লি। কৃষ্ণন ঈবোইদুনা লাক্লগা লেপ্তুনা লৈ মখ্বাংদগী অবোইবা থৌবি মতোনদু পুন্দুনা লৈ। মতম খরদি লিন্দুনা নানথোক্লবা থৌরিদা কন্না-কন্না চীংলমই অচিং থুদিংগী চেৎশিনবা হেল্লি অমসুং কৃষ্ণগা অবৈবা থাদুনা চিংগমই। লিনদুনা থরো থরো কুন্দুনা নান্থোক্লবা হোৎনরমই অমসুং মমৈনা কৃষ্ণদা কন্নবসু লাক্লবমই, তৌইগুম্বসুং অরেম্ব তাই।

অস্রম হোৎনবদু মতম শাংনা তৌরমই মমৈদা লিনগী মপাঙ্গল লৈবক্তে। কৃষ্ণন কিরম্ব লিন্দু চিংদুনা ময়াম লৈবা মাইকৈদা ঈরোইদুনা লাক্লে। কালিসিগী লিন অমোমশিংনা য়াম্না স্তোক্লবা মওংদা মখোয়গী মপু অমসুং মবুংঙোগী মতুং ইন্দুনা লাক্লিবদু অঙকপনি।

কৃষ্ণন হূগী পুত্রিদা মশা শিব য়াবা মওংদা চোংথখি হায়বসি অহানবা পাও তাবিবশিংদুগী মহুংদা রাধাসু অমনি। পাওসি

তাবদ রাধাসি মিহুন রাগ্রবগুম তৌগ্রে। অতৈদগী মমাং খান মান কিরব শজিগুমন পুখ্রি তাম্ন চেনলমই অমসুং লিন্দুন মমৈন চিংব কন্দুন ঈশিংদ বম-বম তৌব অমসুং মাগী কাহেন্ন ঈশিংদ লুপখোক-লুপশিন তৌবদু উরমই। মহু উবদ কল্লব অকিবগী খোম্লাং অমগ লোয়নন লাওবগুম্ন থাম্থরে।

কৃষ্ণন পুখ্রিদগী কাখৎলকপ মতমদদি ললিত বিসাখানচিংব ময়াম মকমহুদ হৌরক্লুন মাবু লায়কম্ররমই। বিবদগী মিৎকম কান্নবব মিংয়েংগ লোয়নন মান ঈশি, চোংলব কৃষ্ণবু উনরমই অমসুং মশম মনা ইকা কারহুন কৃষ্ণগী মনাক তাম্ন চেনশিনলমই। রাধান কৃষ্ণগী মখোং মনাক্ত তুররে অমসুং মকোক্ত মখোংদ থমলগ হিক্ল-হিক্ল কপলমই। "কহ্লাই" নংনা তৌরিবসি হায়বগ অমুক থাম্থবে।

মাগী মাগী নুপি লোয়নরকপ অহুগ গরালাশিন অমসুং নন্দ যশোদনচিংবন লৈশাবী অমন অসুম্ন তৌবসি য়াম্ন চুমদবনি হায়ন থরে। মমুম পান্দ্রিব চহি কুনগী লৈশাবীসিন মাগী অথিংব লৈতন শাজৎসিন ময়ামগী ইজ্জৎ মাংহনব থবক কয়া তৌরে হায়বসি হান্নদগী থম্রহুন লৈরবনি। মাদি হৌজিক্তি চৎনবীগী রামদ ইফোং-যোংন চৎলরে।

রাধান চৎলিব লমচং মওংসিদ খুলগী অহল-লমনগী মমাংদ খাইদগী হেন্ন ইকাইজরিবদি, চোপ্প নংলিবদি রাধাগী মমাগ লোম্নবী নুপি অগল কলিফনি। মহাক্ত হান্নদগী হৌন মাগী মপুরোইব বৃষভাম্নুদ মচান তৌরিব মখৈ রাহুন লাকপসিদ রানিংদব ময়া উবুন লাকপনি। রাধাবু থাজগনি হায়হুন রাখং পিখোগ্রব লাল

চংখিব বর অমবু অস্নুম ডাইহুন মনিং থর তম্না লৈশাবী অমবু থম্বসি মহাক্ক হান্নদগী য়াজদবনি। মুপামচানা চংকদৌব লমচং মওং মনিং তম্না কোইচং চত্তুন অমসুং নন্দগী মচাবু হেন্দাক্ক লুন মুংশিন তৌবসিদ মহাক্ক য়াম্ন ইকাইজবনি। হৌজিক্তি অমুক্ক হেন্ন বেরা ওইরে। কংশ লালদগী মথুরাদ হনলকলে অমসুং অয়নম্নু থিন্দন মাগী ময়ুমদ হনলক্লগনি।

রাধাসি মাগী মবুং-মপৌন্নান অঙাওবী মতৌগুম চোয়রোন পারোন লোন্দুন অশিবগী মতৌগুম পুরকপত্নুদ অশাওবদু লোত্তুন থম্ব ঙমলক্তে। মান রাধাগী মনাক্ত চংশিনলগ মথজাইদ খুপাক্ক থারমই। রাধাদি মমিং ফাওব কুপ্তুন তরংদ য়েংলগ কপ্প ফাওব তৌদন লৈপাক্ত পদ্রাক তারমই। করিগুম্ব ঙান অমত্ত য়াওদ্রে। মখোয়গী তুংদ ইন্দুন বৃষভানুম্নু হায়নিংঙাই লৈতন শাওরমই। রাধান মখোয় পুম্নমক লাংহল্লে থললমই মাবু মুমদগী চংথোকহনব য়াদ্রে হায়ন খনলমই। চায়োল থরগী মতুংদ আয়ন্দু বৃন্দবন্দ হনলকলগনি। থা থরগী মতুং লাইগী মতম লোয়খ্রগ উত্তবায়ন চংলকপদ মাবু লুহোংলগনি হায়ন খন্নরমই। মগাক মী চাও শাংদ্রবম্নু মশক্ত নাহামান্ন উদ্রবম্নু মহাক হৌজিক চহি কুন শুরে। মহাক হৌজিক নহা ওইরিবী নুপিমচাশিংগ চংমিন্নব গোপ মচাশিংগ তিন্নদুন লৈব মতাং নত্তে, জগোই শাতুন শান্নদুন ঈশৈ শক্তুন কোয়ব মতম হেল্লে। কৃষ্ণগ মাগ অমুক উনব য়াদ্রে। কৃষ্ণ হৌজিক চহি তরামঙা শুরে। মহাক্তি মখোয়গী লুচিংব নন্দগী অমত্ত পোকচব মচানি মখোয়দগী হম্বুব লাইন্নব মীগী মচাগ তিন্নদুন

লোয়নবসি য়ানিংলোই। হৌজিক্তি রাধাসি মপান শুকথোক থোকহনব য়াদ্রে। মাবু য়ুমদ শো লোনশিন্দুন থম্ব লেপনরে।

মতম পুম্নমক্ত রাধাসি মমায়দি কপ্পদ ইপোম পোমজুন কপ্তুন লৈবি। বৃষভানু অমসুং কপিনান মথোয়গী শাওবম্বতু থর ইথরকপ মতমদ মান মাগী খুউ অনিগী মবক্ত মমায়তু লোৎলমই অমসুং য়াম্ন তৌফম খংদব মওংদ নত্তে, নত্তে, নত্তে হায়বমই।

নংন নত্তে, নত্তে, নত্তে হায়বিবতু করি হায়বিবনো? নংসি য়ুমদ শো লোনসিনলগ থমলগনি। চানবসু পিবোই। নংন ঐখোয়গী ইমুংগী ইজ্জং মাংহনব য়াবোই, বৃষভানুন হায়বমই অমসুং য়ুমদগী য়াম্ন শাওন থোকখবে।

মথোয়ন বাধাবু শো লোনশিন্দুন থমলমই, অমসুং বাধাদি মতম অতু ফাওব শাংন লেপতন কপলমই, মান ফরকপ মতমদ মাগী কহাইবুদ নিংশিংলমই। হৌখিব থোদোক পুম্নমক শং শং রাথলদ উরক্লে। করম্ন অহানব উনবদ শুম্বন্দ পুন্দুন লৈবম্ব, ষমলাবুন উ-অনি থুদেকপ বৃন্দবন্দ লাক্কনি হায়তুন রাশকথিবতু রাশক ডাকপ, মাগ লোয়নন শান্নমিন্নব জগোই শান্নব, ঈশৈ শকপ অমসুং থুংক-থুংক পাইনরগ লৈন-লৈন জগোই শামিন্নব মতুদ হকচাংগ-হকচাংগ থেংজিনরকপ, কুইন নৈনরকপদগী কোক ডাওনরক্তুন ভুশিননরকপ মতুদগী মান হরাওন নোকখিব, মাগী মিনোক কনা অমত্তগ মান্নদব, মিংন নোকপগুম করম্ন মান মডোন্দ কনা অমত্তদ তৌদন মোমোন তৌখিব অসি পুম্বসি নিংশিংলুরগ মাগী থম্মোয়গী কাচিনদগী হুংডাইব ঈহৌ অমা মাগী থম্মোয়গী

কাচিনদগী লাক্কুন হায়ফম খংদব মুংঙাইব পোকই। মান মচু করিগুম্ব মতমদ কাওব উমদে, রাধাগী রাখল মতম পুম্নমক্ত মাগ লোয়নচুনত লৈ অমসুং মাগী মুংশিরব বাশিচু মাগীদমক্তনি।

হৌজিক আয়ন কৌব, মান অমুক্তসু মশক উদ্রিব শুকখং খংনদ্রিব নিপাচু লাক্কদোবে। মান হৌজিক মাগী মুপি ওইননব হায়রবনি। নত্তে, নত্তে, নত্তে, মাগী মুপি ঐহাক করিগুম্ব মতমদ শুইরোই, রাধান কপলমই।

"কহ্নাই" সি লুচিংবগী মচানি। মতমগী মতু ইন্ন মান মুরগী লুচিংব শুইরকখিগনি মান মাগ (কৃষ্ণগ) লুহোংব য়ারোই হায়বসি শোইদ্রবনি, মাগী মপাদি চুম্নগী ইচম চম্ব গরালা অমনি। কহ্নাইদগীসু মান চহি য়াম্ন হনলি। মামা যশোদানসু মাগী মচাগ শাম্নমিন্নবদ য়াববসু মাগী মুপি ওইনদি য়ারোই, মবমদি মান চহি য়াম্ন হল্লি। মরম পুম্নমকসিন মাবু ফংজদব তাবনি। অচু ওইরগদি হিংবগী করি কান্নরি। কান্নদ্রে, কান্নদ্রে, হায়দুন কপলমই।

অহিং অচু মহাক শুকতুম তুমলমদে মতুংগী মুমিত্তদি মাবু শো লোনশিন্দুন থমলে মপান থোকহন্দ্রে। মামা পোক্তবীন চাননব খর পুশিনলকই। তোইগুম্বসুং মান মাগী কহ্নাইগী খন্দুন লৈরমই। মঙোন্দগী মাবু থাইদোকহনব শুকঙম উমলোই।

রাখল অমত্তনদি মাগী থম্মোয়দ তান থিনবগুম তৌই। ঙসিসি পুর্ণিম মুমিংনি। অহিংদ কহ্নাইচু মাগী মরুপ মপাংশিংগ লৈঙোই মরক্ত মহাক শাম্নব চৎকনি। অতৈ মুপিমচাশিংসু মাগ

লোয়নগনি। মখোয়শি অহু জগোই শাগনি, ঈশৈ শকনি। মাদি মফম অহু য়ৌব য়ারোইদৌরে, মফম অহু য়ৌব ঙমলোইদৌরে। কাসিদ শো লোনশিন্দুন থম্বিরে অমসুং অমুম লৈব তাবনি।

রাধান থিত্নন থমলিব মিহুংথোংগী অহোবহুদ য়েংলমই। পৃথিবিসি থাবলন পুমলং লংলমই। খুঙ্গং অমত্তুং উমংশিং লুপা মাম্ন ইংলমই অমসুং ফজরমই। তৌগুম্বসুং ফজরিব পুন্নমকসি মাগী শরুক থুংবিদ্রে। ঙসি অহিংদি মাগী কহ্নাই উনব ফংলোইদৌরে কয়াদ লাইবক থিম্ব্রবনো ?

খুলহু ইংনে তুমখুন তান্ন তুমলি। ঙমুন তুরেল ঈচেল নাইন মখোল থোক্ল চেনবহু মান তাব ফংই, তৌইগুম্বসুং মখোলত্নন মাগী থম্মোয়দ নিংব কাইব অরাবদ থোকহল্লে। থংহৌদন ইংখ্রব অহিংত্নদ বাশি খেংবগী মখোল তারে মান থোংবসি মাগী শিংলি নাওরিদ ঈগী ঈচেল হেনগংলকলে। মাগী থম্মোয়দ মিহুন কন্ন হুল্লিবহু মান তাব ফংলমই, তৌইগুম্বসুং মখোলত্নন মাগী থম্মোয়দ নিংব কায়ব, অরাবদ থোকহল্লে। মসি মাবু কৌরকপনি। পুনিম নুমিত্ত অতৈ পুনিনাগুম্ন মহাক তুরেল মপানগী লৈতোইদ লৈরে, ময়াম মরক্তগী থোইদোক্ল মাবু কৌকলিবনি, মাগী মরুপ মপাংশিগী মরক্ত ঐবুতনি মহাকসি মাগী মুংডাইজফমনি অমসুং মান মাগী থরাইনি, মাগী মবুঙোনি, মাগী ঈশ্বরনি তৌইগুম্বসুং ঙসিদি মাগ কায়নরে।

মুংশিরব বাশিগী স্বরন খুঙ্গং পুন্নমক্তু পুমনিল নিললে। তৌইগুম্বসুং মত্নন মঙোন্দদি অরাবগী সুর ওইরুরে। পাইব ঙম্বা

খোকলবদি পাইত্থন মখোয়গ তিন্নরমগনি। মিত্থংখোং কাখংলগ চেনব য়াবগী মরমস্থু মহাক্ক থল্লমই। তৌইগুম্বস্থুং মত্থু খোক্তবন মান মপান্দ মুন্ন য়েংলমই ময়াম্ন থংনব কাদা হিপলি। মবুংশিংন মাঙ্গোলদ হিপলি।

রাধান মকোক্তু ফক্লাংদ থেংজিন্দুন শিরসির থল্লমই। ওঃ কহ্নাই! নংগ ঐগ করম্ন উনব ফংগদগে? নংগী ননাক্ত নত্তুন ঐনা করম্ন হিংত্থন লৈব ঙমগদগে? মথন্ত তুমিন্ন শোনজরমই অমস্থুং স্বর ফুনবমখৈ তুমিন্ন কপচরমই। মতুংদ বাশিত্থু তুমিন্ন লৈখ্রে। থংতোক তোখ্রিব করিগীনো? মহাক মাবু ঙাইত্থন লৈরিব্র? রাস শান্নবত্থু তোক্লব্র? মান মতম পুম্নমক্ত রাসকী থরাইদি ঐহাক্তি হায়ন তাকপিখি। কহ্নাই—মাগী কহ্নাইত্থু ঐহাক য়াওদন রাস শান্নরব্র?

রাধা পুমচোক চোকথরে, মমিং পাংবা ফাওব ঙমজদ্রে। করম্ন মহাক্ক তুমলুব, কয়াম কুইন তুমলুবগে হান্নবস্থু মহাক করিমত্ত ভাব তাদে। অত্থুবু কনাগুম্ব অমগী স্বরন য়ৈবগুম্ন তোত্থন মহাকপু মিকপ থোকলমই। মহাক ঙক্তুন ফমলে। কনাগুম্ব অমা কাসিদ লৈরে। মুংশিরব খোঞ্জেল অমন তুমিন্ন হান্নরমই "রাধা" মখোল থোকহনগস্থু তুমিন্ন শেম শারো! রাধান মমিত্তু নোন্নরমই। মংলা তাইবংল থংদে। মহাক্ক মঙোন্দ কোনলমই শোইদ্রে মহাক্তি। মহাক্ক যুম্নথক্ত য়েংথংলমই কনাগুম্ব অমা যুম্নথক্তগী য়ান্দুন লৈব উরমই।

হৌগৎলো, নফি শেংলো ঐখোয়ন নংবু ভাইহুন লৈরে। কহ্নাইন হায়রমই। মাগী খোম্থাং তাবদ মশা পুন্নমক নিকলমই, অমসুং মশাসি পুময়াং থাংখরে। অমম্বদ রাধান মাগী ফিজেত্তু ফি মপুন্দগী লোখোক্লে অমসুং শেংচিনলে।

হৌজিক ঐগী লেংবান্দ কাখৎলো ঐহাক নত্তেং পা্ংগে। মতুংদ শ্রীদাম্ন নংবু চিংখৎকনি। অসি হায়দুনা য়ুমথক্কুগী য়াম্থহুন লৈরিব শ্রীদামদ থিন্দুনা তাকলমই অদুগ বলরাম্ন য়ুমথক্ক লৈ, মহাক্ন শ্রীদামগী মখুং পাইরি অমসুং ঐখোয় পুন্নমকপু মান চিংখৎকদোবিবনি।

বাধা ব্রা অমত্ত ভাংদে অমসুং কহ্নাইগী মরেংবান্দ কাখংনব হোৎনরমই। "রাধা" নং তংপায় চনলকপদ কিদুনা থাদোকনু তামিন্নগনি, কৃষ্ণন তুমিন্ন হায়রমই। নংন ইনাক্ত লৈবিমখৈদি ঐগী অকিব লৈতে, রাধান হায়রমই অমসুং শ্রীদাম্ন চিংখৎপদু তুমীন্ন য়ারমই।

রাধান য়ুমথক য়ৌখ্রব মতুংদ কৃষ্ণন শ্রীদামগী মখোং পায়রে অমসুং মখোয় অনিমক বলরাম্ন চিংখৎলে। মিকুপ থরগী মমুংদ মখোয় মরিমক য়ুমথক্ত লৈরে। মখোয়্মন তপ্ন-তপ্ন উপাক মথক্ত চত্তুনা য়ুমথক্কুগী অরোইব শাইজিন য়ৌরে। মতুংদ শ্রীদাম মরেংবান্দ বলরাম চোংথখরে। মতুংদ রাধাদি শ্রীদামগী লেংবান্দ থমলগ কুমথরক্লে। মহাকসি কয়াদ কনগ্রবনো? রাধান তুমিন্ন শোল্লমই। মতুংদ মখোয় পুন্নমক লৈপাক্ত চোংথরে অমসুং তুরেল মপান তান্ন লাক্লে।

মথোয়বু ভাইহুন লৈরমলিব মুপিমচা মুপামগাশিংহুন মথোয় লাকপদ হরাওন নোকললমই। রাধান মনাক্ত লৈরগ কৃষ্ণন মুরলী খোংলমই। মতুদ মথোয় পুম্নমক শুমহৎনবগী মশক ওই। মথোয়ন খোংজিন অমসুং তান চান খুরিব খুবাক্ক লোয়নন জগোই শারমই।

অয়ুক্ত কাপিনান থোং হাংদেক্কুন রাধা করম তৌরিবগে য়েংলমই। মচিন্দ মোমোন তৌন রাধাদি তুমখুন হুন্ন মুংডাইন তুমহুন লৈরমই।

---

# "রাধা থাজবা"

"কৃষ্ণ"! ঐথোয় হৌজিক কৈদোগদগে? রাধাবু মমা মপাগী খুত্তগী কললহোব তায়, বলরাম শাওন হায়রমই। মাগী মপাসি য়াম্ন ফত্তব মীনি। মান তৌরিবসিগীদমক ঐহাক চৎলগ দন্দি পিরু হায়ব্র?

"নত্তে; য়াম্বুং ঐডোন্দ শিন্নবিয়ু" কৃষ্ণন হায়জরমই। হৌজিক্তি মথোয়ন চৎলম্ব মহৌশাগী চৎপ য়াদব মতম থাক য়ৌরক্লে।

কৃষ্ণন মমা যশোদাগী মনাক্ত চৎলমই অমসুং মোমোন তৌন নোক্নুন হায়রমই। ইমা! ইমান রাধাগী মনাক্ত পাও অমত্ত পিবিরু! করি পাওনো? যশোদান ঙক্লুন হংলমই। কৃষ্ণন তপ্প হায়জরমই, রাধাসি ঐগীদমক্ত ইমান খর হাম্বীয়ু। মাবু হায়রুব! মাদি আয়নদ থাজবতুগী মরমদ মীন কয়া ঙাংনরি অমসুং হৌজিক্তি আয়নদু লালদগী হনলক্লে। খর য়ানিংদব মীনোক্ত লোয়নন মমান হায়রমই ঐনা মাবু আয়নদ লুহোংবসি য়ানিংদে, কৃষ্ণন হায়জরমই।

যশোদান কৃষ্ণগী চক্রি মখল অমা ওইরমাল্লে হায়ন খল্লমই অমসুং ফাক-ফাক নোকলমই নংন খনব মাগী বরদি কনানো? ঐহাক ইশাবু খল্লে।

করি যশোদান লাওরমই। মিকুপ খরদি কৃষ্ণ র্বা ঙাংব ফাওব লেপলমই ঙমলমদে, মতুংদ মান হায়রমই, নং ঙাওরব্র? রাধাবু করম্ম নংন লুহোংগদৌরিবনো? মরমদি ঐন মাবু পাম-জরুবনি কৃষ্ণন য়াম্ম জ্ঞান তাব মওংদ মোমোন তৌন হায়রমই।

ঐগী ইচান বৃষভানুগী মচা লুহোংব! য়াদে-য়াদে। মহাক নংঙোন্দগীসু চহি য়াম্ন হল্লি। যশোদান মচান হায়রিবত্তু মপুক্কিং লৈতান হায়রিবনি হায়বসি থাজরমদে।

মতুন করি কায়বগে? লিপা কয়াসু মখোয়দগী হনব মুপি লৌনরি কৃষ্ণন খুমলমই। অমা থংদে অমা থংদে ঐগী ইচাদদি য়ারোই। ঐগী ইচাদগী চহি য়াম্ন হল্ল ইমৌ থিব য়ারোই। ঙোইগুম্বসুং রাধান ইমাবু মমা ওইন ঊইনে।

রাখিল লৈতক রাঙাত্ত তৌদনু। মতম পুন্নমক্ত নংসি চক্রি চাওব অঙাংওইন তৌই, ঐহাক মতম পুন্নমক্ত নংন হান্নবৃত য়াত্তুন লাকপনি।" রাক্ষমসিদদি ঐ য়ান্নিংদে। রাধাদি হন্থব শাগেদ পোকপনি।" নংদি লুচিংবনি। লুচিংব অমগী মচা থিগদৌরিবনি। নংন রাধা লুচাংব য়াবোই যশোদান য়াম্ন শাওন অমসুং পাথৎপগ লোয়নন হায়বমই। ইমা য়াম্ন ফবব মতিক চারব নমৌ অমা মাগাদৌরি, কৃষ্ণন ফাগিগী মওংদ মমাদ হায়রমই।

মহাক অফব ইমৌ ওইবোই। ইমা মহাক্তি মথোন লৈবী. চাও-থংলবী নুপিনি। থুল পুন্নমক মাগী চাওথংপ শাংজসি ঙাংনবিবনি। মাগুণী ইমৌদি মা খ্রবসু থোইদোক্তে নচানিপাসু মংখ্রদি কমদোব? তৌইগুম্বসুং কিহনব, খোনথোকুম্ব অমদি য়াওবি।

যশোদ তৌফম থংত্রে অমসুং রা ঙাংদন মচাদ য়েংলমই। কৃষ্ণ! নংন অসুম্ন লমচং চংলিবসি করিগীনো? মপাবুংদ চংলু ঐদি নংগ রা ঙাংননিংদ্রে। ইমা অসুম্ন ঙাংবিনু, করিগুম্বদসু ইমান ঐবু নুংশিবিদব তৌখিদ্রি অমসুং ঐগী নুপি লাক্লগসু নুংশিদ্রব তৌবিরোই। বৃষভানুগী মচানুপিসি অয়ুক নুংথিল্ল ইমাদগী থোজাল নিজগদৌরিবনি। চক্রি কনগনু যশোদান নোক্তুন হায়রমই। কৃষ্ণদ কুইন শাওতুন লৈব ঙমলমদে। নপাবুদ হায়ক। মতম অসিদ কৃষ্ণ মপাবুংগী মনাক্ত চংলে অমসুং মমাগ শান্নব রাবিত্থ ঙমলত্রে, নন্দন থিংব ঙমদন নোক্রমই। তৌরিব পুন্নমকসি য়ান চাওখ্রব ফাগি ওইনু লৌরুমই। নংন নুপিমচা-শিংগ কুইন লোয়নতুন লৈবনিন মথোয়গী মরক্তগী অমা নংগী

মুপি ওইনিংই হায়রিবসিদ ঙকফম থোক্তে। অচুদি ইমাদ হায়বিযু হায়জবসিদ পাবুং য়াবিবেদন কৃষ্ণন হংজরমই।

ই বুংঙো য়াদে। হম্বুব শাগৈদ পোকপ মুপিসি নংন ল্‌হোংব য়াবোই। নংদি নিংথৌ মচানুপি ল্‌হোংগদবনি নন্দন হায়রমই।

কনাগুম্বী নিংথৌগী মচানুপিন বৃষভানুগী মচাদগী হেন্ন ফগদ্র ?

নংহাক্ত নিংথৌগী মচানুপি কয়া থেংনববগে ?

গোপি মুপিমচা পুম্নমকসি নিংথৌমচা মুপিমক্তনি। হেন্নবা ফবনি।

"আঃ! নহাক করিমত্ত থংদ্রে" নন্দন মমিং থংলহুন হায়বমই। ঐথোয় পুম্নমক গরালা মক্তনি। ঐগীদি গরালা মুপি অমন ঐগী মতিক চাব ওইরোইদৌবগী করি মবম লৈবগে ?

আয়ন্ন কমদৌব ? মহাক্ত কনা ল্‌হোংগদগে নন্দন ঙা নবিব হিরমতুগী রাংমদ ওন্নন হায়রমই ব্রজগী মুপি পুম্নমক অসিদগী মান পাম্ব অমা থনব য়াই। পাবুং তাবিযু বৃষভানুগী মচানুপি হায়ননব ইমাদ অমুক্ত হায়বীযু।

ঐ ঙমলোয়, ঐ ঙমলোয়, ঐ ঙমলোয় নন্দন শাওন হন্ন-হন্ন হায়রমই !

করিগী ঙম্বীরোইদৌবিবনো পাবুং ? কৃষ্ণন ইংন হায়জবমই। নংদি য়াম্ন হৈশিংবা অঙাংনি। ঐন শিংন্সিবসিগ নংগ চাদম্নব য়াদে। ঐসি নংন পাম্ব পুম্নমক য়েংনিংদব মীনি তৌইগুম্বসুং নংন রাধাগ ল্‌হোংবদি শুকয়া য়ারোই মতুতস্থু নত্তে গরালী অমত্তগ ল্‌হোংব য়াবোই। গর্গাচার্য্য লেংলকপ মতমদ হংউ।

মান লৈহোংবসি করিগুম্ব য়ারবদি কমদোব ? মহাক য়ারোই নন্দন কল্লপ হায়বমই। য়াবে হায়ন থনলসি, অদুদি কমদোব ? অদু ওইবগদি ঐহাক য়েংলোই। তৌইগুম্বসুং মান করিগুম্ব মতমদ য়ারোই হায়বসি ঐ থংই।

ইবুধোগী চহিগী দিন হয়েং থোকপসিদ আচার্য্যন বৃন্দবন্দ লেংলকপ মতমদ ঐহাক রাবি শাজগে, কৃষ্ণন হায়জবমই।

হায়নব মুমিত্তুদ গর্গাচার্য্য থৌদোক্কু পাংথোকপ লেংলক্লে। মগী সেবক অহুম অমসু মাগ লোয়নবকই অমসুং য়াম্ন ইকাই খুম্নকম ওইবব আচার্য্য শন্দিপনি মচা অনি অমসুং শিষ্য অনিগ লোয়নন অতিথি ওইন লাকলমই সন্দিপনিসি চহি মীয়াই চল্লে। নেংদে, রাংই লংলব মমিংক লোয়নবব মাগী মশাদু তোংশ মক্ত ভাগ, অমসুং শালব মুবব মকোই হোই।

নন্দ অমসুং মাগী ইমুং-মন্নুংন মথোয়বু তরাম্ন ওকলমই। মতুংদ আচার্য্য অমসুং মাগী শিষ্যশিংদু ঈকজব তুবেল তাম্ন চংখ্রে। মথোয় হনলক্লব মতুংদ থৌদোক্কু পাংথোক্লে। মতুংদ চহিগী উৎসবদু পাংথোক্লে অমসুং মুমিদাং ফাওব চংথবমই।

মতুগী মুমিত্ত নন্দন গর্গা অমসুং শন্দিপনিগ লোয়নন লৈব মতমদ কৃষ্ণবু কৌবমই। কৃষ্ণন ইকাই খুম্নব উৎপ ওইন মথোয়গী মথোং-শোক্ক খুকমজবমই অমসুং ইকাই খুম্নব উৎপ ওইন খুয়া উফুলদু মকোক্তে হাপমলই।

কৃষ্ণ ! আচার্য্য সন্দিপনিসি মতম থর ঐথোয়গীসিদ লৈগদৌরি অমসুং মান নংবু লাইরিক ইবা পাবনচিংব

তম্নীগদৌরিক্নি। কৃষ্ণন মখুং লোম্নরভুন খুকমজরমই, ইকাই খুন্নফম ওইরব পাবুংনু তাকপিব ইনজুগনি।

আচার্য্যাসি লালগী খৎসু-খংলাইগীসু ওঝানি। নংসু মতু তম্ব পামদ্র?

ঐদি কবিগী পামগদৌবিবনো? ঐদি লাল তৌনব মরম লৈতে।

নন্দন গার্গ্রচার্য্যদ মমিং খংলভুন হায়বনাই কনান খ বনো? নহাকে নোংম-নত্রগ নোম নিংথৌ ওইবকপ য়ই।

ঐদি ইমাগ পাবুংগ নংশিংগ লোয়না লৈবন তেন্ন পামই।

ঐদি বৃন্দবনগী ফজব অমস্তুং শান্তি ওইন লৈবন থাদোকপ পামডদে নন্দগী মচাইবুংডো নুন লৈব মফম পুম্নমক্ক শান্তি অমস্তু নিংথিডবব পুম্নকক্ক তিন্ন লৈবসি মুনিলক্কগী অথোইবন পামই গর্গাচার্য্যন হায়মই।

মুনি মক্কগী অথোইবসি কনাবুনো? কৃষ্ণন হ জবমই বেদ ব্যাসগী মমিং নং হৌজিক ফাওব তাদ্রিএ? শন্দিপনিন হংলমই, ইক্বাই খুন্নফম ওইরব গর্গাচার্য্যগী মচিন্দগী মাগী মবমদ যম্ন তাডরে। কবিগুম্ন মতমদ কুরুক্ষেত্রদ চংলগ মাবু খুকমজগনি।

হৌজিক ইবুংডো! নংন হ যনিংবতু হায়রে। গর্গাচার্য্য লেরে নস্তু লৈরে। নখোয় য়াননব লেপনরো। নংগী অচৌকপ ব্রহ্মসিন এচেন্দ্র নু চাইতুব পিব পামদে নন্দন হায়রনই। নন্দন কৃষ্ণবু অস্তুকা মতিক সুংশিরমই মতুদি মান হায়ব অমত্ত নন্দন য়াদব পামদে।

কৃষ্ণন পাব করিনো ? গর্গাচার্য্যন হংলমই। মান বৃষভানুগী মচানুপি মাধাবু লুহোংব পামই, আচার্য্যনসু খংবিরিবনি, মাদি য়াম হন্নব শাগৈদ পোকপিনি, কৃষ্ণদগী মান চহি মঙা হনলি। কংশগী লাম্মিদ য়াওগ্রব আয়নদ মাবু থাজগ্রবীনি আচার্য্যন খংবিরিবতু মঙাই, কৃষ্ণন মাবু লুহোংব য়াদে, নন্দন হায়জরমই।

ইকাই খুম্নমন ওইরব গুরুদেব ! করিগী য়ারোইদৌরিবনো ? মরমদি মসি ওইথোকপ ওইরোই, গর্গাচার্য্যন খুমলমই। বাবান তাকপিরসু মতুনি তৌইগুবসুং কায়রবসু ঙাকপিয়ু, মানসু ঐগা লুহোংব পামই, ঐনসু পামজে।

ইবুংঙো ! লুহোংব হায়বসি ঐগী অপাম পামদব ঙাক্রুগী নত্তে, অপাম্ব মুপি মুপা লৈমিন্নব হান্নবসি য়াম্ন ফজব মওংগী পান্নবনি। গার্গচার্য্যন হান্নরমই। ধর্ম্মগী নিয়ম ইন্দব মীন অতুগী লমচত্ত চংলি। লুহোংবসিদ মশক মতৌ ফজব অমসুং লমচৎ ফজব, চহি অমসুং ইমুং-মনুং য়োখংলকপ মওং অমসুং তুংগী ওই-রকপ য়াব মওং পুম্নমক য়েংগদৌবনি। লুহোংব হাযবসি য়াম্ন মক ওইবনি। মসিদ লৈমিন্নরিব মুপা-মুপি অনিতু অমত্ত ওইন পুনলবনি অমসুং ধর্ম্মগী মতুং ইন্না লৈগনি হাযতুন রাশক্রিবনি। লুহোংলিব অয়াম্বসি ধর্ম্মগী মবিদ করিমত্ত থম্নদবন অয়াম্বনি। বৃষভানুগী মচাসি লুহোংবদ অধর্ম্ম ওইগদৌরিবসিন কদায়দনো ? কৃষ্ণন হংজরমই। ঐখোয় গোপ অয়াম্বসি অসুম্ন তৌবা ঙাক্তনি।

গর্গান নন্দদ অর্থ লৈনা য়েংলমই অমসুং তপ্ন ফাদরকপগ লোয়নন হায়রকই, কৃষ্ণ ! নংগীদি খ্বাইদগী হেন্না রাংব ধর্ম্মগী

ফীবেপতুম নংগী চান্নব ওইগনি। কৃষ্ণন অহল ওইরব অচার্য্যদ ওকুন য়েংলমই।

ইচা ইবুংঙো! নংন হেক পোকপদগী হৌনা ঐনা নংবু শেন্নতুন লাকপনি। মুণি মরক্তগী খ্বাইদগী অখোইব ওইরব মুণিন তাকপিখিব মতুং ইন্ন নংদি ধর্ম য়োকখৎপ হায়রবতু ওইগদৌরিবনি, গর্গাচার্য্যন হায়রমই। সন্দিপনসু মাগী অয়াবতু কোংদোক্লবগী-দমক য়েংলমই। মসিনি লাইশিংন নংগী লেপনরকপ কীরেপ। সন্দিপন্ন মাব উৎনব মকোক নোল্লমই অমসুং মতুগীদমক ঐহাক লাকলিবনি হায়রমই।

কৃষ্ণন সন্দিপনি মুণিগ মুন্ন য়েংলমই। কৃষ্ণন (হায়রমই) হংলমই ঐহাক করি তৌজগৌ হায়বগে? অসিগুম ইকাই খুম্নফম ওইরব মীশিংসিন মাগী মরমদ খন্নবীগনি হায়বসি মাদি করিসু খংলমদে। নংগী লায়বক্ত তমলকপ মাংখ্রব পম্বুংকমতু য়োননব শেম শাগৎপতুনি ঐখোয়ন পামলিবসি, গর্গাচার্য্যন হায়রমই। কৃষ্ণন মপাদ য়েংলমই অমসুং য়ানিংব উত্তন আচার্য্যদ মমিৎ খৎপতু মান উরমই।

ইচা ইবুংঙো ঐনা হায়রিবসি মুন্ন তাও। কংশসি লালদগী হুনলক্লে। হান্নদগী হৌজিক্ন মান্ন হেন্ন কত্রে। মহাক খংদন নংগী লাইগী (শক্তি) অঙকপ শক্তি পুথোকপতু কোংদোক্লন লৈখ কুইর-রোই। গর্গাচার্য্যন তপ্ন তুমিন্ন মখন্ত শোনজবগুম্ন হায়রমই। কৃষ্ণ! তাও! নংসি নন্দগী মচা নত্তে, নংসি নিংথৌ মচা বসুদেব অমসুং ইকাই খুম্নফম ওইরব দেবকাগী মচানুপি দেবকীগী মচানি, বলরামসু

অহুনি। ঐখোয়ন নংবু নন্দগী ময়ুমদ নপাঙ্গল কন্ত্রিশ্বাওব অমস্তুং গ্রকতায় রাংলি শ্বাওব নন্দগী ময়ুমদ লোন্তুন থহনি। নারদ মুণিন কংশসি নংগী নখুত্ত শোয়দন শিগনি হায়দুন হায়খি। ইকাই খুম্নফম ওইরব বেদ ব্যাসানসু অহুমন হায়খি। অহুগী আশাদ ঐখোয় হিংহুন লৈবনি। নংগী তুংদ ওইরক্কদৌরহুগী লম-য়ানব শেম শানব আচ'র্য্য শন্দিপনি লাক্লিবনি। থোংদগী চংলক্লিব মুংশা মন্তালহু কৃষ্ণন মিকুপ থব মুন্ন শেংহুন লৈরমই। গর্গাচার্য্যন তাকথোরক্লিব অহুগী মকওইবসু থংনব মহাক্ল কন্না হোৎনরমই। মতুংদ মহাক্ল লৌথুপ-লৌকোয লৈন্তন হায়রমই।

ইকাই খুম্নকম ওইরব ইবুংঙো। নংন চারবীহুন ঐনা হৌজিক লৈরিব মওংসিদ ঐহাক অসুম লৈব্রগে। ঐহাক যশক্তেন নাহ অমনি। ঐহাক ইমাগ পাবুংগ য়াম্ন মুংশিজৈ। ঐনা যশবীশিং, উমংশিং অমসুং ঐনা কোয়ন চংচরিব লমহাংশিংবু য়াম্ন মুংশিজৈ অমসুং গোব'ধননচিংববু থুক্লমক্লব পামজৈ। অরা-অনাসি কোক্লব ঐবু কৌরক্লিব মখৈদি ঐনা হৌজিক লৈজরিব মওংসিদ অসুম লৈজখিগে।

ইবুংঙো। নংন চংপ্রবসু নহাক্ল ঐবু অসুম মুংশিহুন লৈগক্ল ? মতম পুম্নমক্ল থোক্লিব থৌদোক খুদিংদ বাবাবু কাওজরোই। পাবুংগুম্ন মপাদি কনানসু কংব ঙমগনি হায়ব নিংজদে মতম পুম্নমক্ল নংগী নথোং সেবা তৌজহুন নচা ওইন লৈজগনি।

গর্'াচার্'্যন হায়রমই — "নংবু থুনা মথুরাদ কৌরকপ য়াই। কংশগী মীনাই থৌরিদগী ঐখোয় পুম্নমকপু নংন কোকপিগদৌ-

রিবনি। চহি কুনমঙাসি যাদকশিংন নংবু ঙাইহুন লৈরকলিবনি। হৌখিবা চহি কুনমঙাসিদ খোকখিব থোৌদোক কয়াহু গর্গান কৃষ্ণদ তমলে। কৃষ্ণন মহু পুক্কিং চংন তারমই অমসুং অনৌব মঙাল অমা মখিত্ত কাওরকই।

কৃষ্ণন হায়রমই — ঐগী ইকাই খুম্নকম ওইরব পাবুং বাসুদেব অমসুং ইম দেবকীদ মখোয়গী নিংবতু কায়রোই হায়ন তথীয়ু অমসুং পুজা তৌনকম ওইরব আচার্য্যগীসু নিংব কায়বোই। মতুংদা সন্দিপনিদ ওনসিনলগ হায়রমই— মতম পুম্নমক গুরুগী মঙ্গল নিজরি। ঐনা অসিদা লৈরিব মথৈদি ঐসি মখোয়গী অতোপ্পনি হায়ব খংহনবিগনু। মখোয়দসু ঐহোন্দসু ভোংঙানংনি হায়বসি খংগ্রগদি মখোয় য়াম্ন মথরাই নুংশাহরোই। সন্দিপন য়াব উত্তন নেংবলমই।

ইবুংঙো! হৌজিক্তি নংন বৃষভানুগী মচানুপি লৌব য়াদে হায়বসি খংলেদন নন্দন হায়রমই। কৃষ্ণন রাখল তৌদুনা তুমিন্ন লৈরমই। মহাক্ন পিশুম শুকপতু তোকখরে, অমসুং গর্গাচার্য্যদ মাইয়োক্নন য়েংলমই। ইকাই খুম্নকম ওইরব ইবুংঙো! নংন য়াদবশিংবু অধর্ম্মদগী কমব পাম্ব নত্র? হোয় ইবুংঙো! অদু ওইরগদি অহৌবদগী হৌন ধর্ম্ম থাদোকপসি চুম্বা? কৃষ্ণন হংলমই। ঐখোয়ন মহু নংবু ভৌ হায়দেন!

কৃষ্ণন মোমোন তৌদুন হায়রমই, নখোয়ন হায়। হৌজিক্তগী চহি নিপানগী মমাংদ ঐবু শুম্বলদ পুন্দুন উমংদ তৌকম খংদন লৈবা মতমদ বৃষভানুগী মচানুপিসি ঐগীদ লাকপনি। মতুদগী

তৌদুন নোংমত কাংদন ঐবু ঙাইদুন লৈরকপনি। মিকুপ অমা ক্ষাওব ঐবু মান কাওদন লৈরকপনি। চহি নিপালসি স্বর হোন্দোক হোনাজন তৌব ক্ষাওব ঐবু খল্লগ হোনবনি। মান নোকপস্থ ঐগী দমক্তনি, শক্লব ঈশৈস্ঠু ঐগী দমক্তনি ঐগা য়ারী শাবদন মাগী নুংঙাইহৌব ওইজবানি। এগী মুকলি খোলজেন তাজবন মাগী অরান-খুভম ওইজবানি।

নংগীসি হেনাজন্ন হায়ব নত্র। গর্গন হায়বমই। কৃষ্ণন খুমজমই নত্তে; কালিগ ঐগ লারব মতমদ মী খরদি য়াম্ন রানখি মাদি আশবগী মতৌগুম য়াম্থখি। ঐনা শিরম্ব থোকলবদি অতৈস্নু য়াম্ন থম্মোই কায়নরম্ব য়াই, তৌইগুম্বস্নুং মাদি খুদক্ত শিরম্ব য়াই।

কৃষ্ণন ঙাইহাক পোত্থারমই অমস্নুং আচার্য্য অনিদু মাগী মপুক্লিং শেংন ঙাংলকপ অমস্নুং বা ঙাংব হৈবদু উবদ ঙক্লমই। মতুদ মান মখাতান হায়রমই। ময়াম্ন ঐবু ধর্ম্ম য়োকখৎপ, ঙাকপ ওইজৌ তাকপিরি তৌইগুম্বস্নুং ধর্ম্ম থাদোকপ শিহনব ওইদৌরি মরমদ মাগী লৈজব পুম্নমক ঐঙোন্দ পিথোক্লবা বৃষভান্নুগী মচান্নুপিসাদি ঐনা মাবু হেক য়াদবদ মাদি শোয়দন শিগদৌরি।

গর্গাচায্যন মনিং লাওন পাংথোকলমই নন্দগী মমিত্তদি নুংশিখিবদগী মপি তত্তন শিন্থরমই। সন্দিপনিন হায়রমই — "বস্নুদেবগী মচা"! মুন্ন তাও! নংবু মফম অসিদগী থোদোক্ল চিংশ্র-বদ শক্তি লৈরক্লব, নপাঙ্গল কনখৎলক্লব, অচৌ অশাং ওইবগী নতিক নগুন ফুদোকলব মতমদ খুঙ্গংগী মুপিমচাসি হান্নগীগুম্ন অতুম নহাক লৈগদ্রা? নংগী থম্মোয়দ থিম্নু অমস্নুং অচুম্ব য়াহু

হান্নরকউ। কৃষ্ণন মিকুপ অমা কাওব চিংনব লৈতন হায়জরমই "ইকাই খুম্নফম ওইরব ইবুংঙো" মতুগী পাওথুম অমুক খঙ্খোয়দ খিবগী দরকার লৈজদে। ঐহাক ঐবু নুংশি-মুংশিবীব মী খুদিং-মক্কী ইমা-ইপা, ঐগী গোপ-গোপি মণ লাবা-অমোমগীদমক হিংবনি। বৃষভানুগী মচানুপিসু অদুমঙাই। মাদি ঐগীদমক লৈরিবনি। ঐসু মাগীদমক হিংলিবনি। ঐগী লৈরিব মওংসি ককলরোই। মহাক য়াওত্রবদি ঐগী মুরলীসু তুমিন্ন লৈরনি। মাদি হৌজিকসু তুংগীসু অওম্ব লৈত্রব অশেংব মুংঙাইব পিব ঐগী লাইরেম্বী ওইগনি।

অঙকপগী মশক ওইরব ঙাংব হৈবগী ঈচেল অদুদ গর্গাচার্য্য ঙক্তুন কমখরমই। অসিগুম্ব অঙাংসিবু পুম্নমক্কী অরা-অনা কোক-পিনব মহৈ মশিং তম্বীগনি হায়বসি অঙকপ ওইন খোকলে। মাগী রাখলদ মুণিন তুংদ থোক্লগদোব হায়খিবদু নিংশিংলক্লে। বাসুদেবগী মচা মসিগী মরমসি অমুক হন্না খন্নখিসি। হৌগ্রব চহি তরামঙাসি মংগী রাখলদদা হিংতুন লৈরকলব বসুদেব অমসুং দেবকীগসু খন্নরুখিসি। ইকাই খুম্নবগী মশক ওইরব ইবুংঙো মতু তৌবিরনু কৃষ্ণন মখুং লোন্নরগ হায়রমই ঐগী পাবুং সিদা লৈয়ে। ইমান থংনব কাদ মখল শুমলি। গুরুদেবগী অমসুং মখোয়গী খৌজাল নিজরি। ঐহাক যণশেননাহ অমনি মতুদগী রাংপসু হেনবসু তৌদে। তৌইগুম্বসুং মখোয়ন করি হায়গদগে?

মখোয়দ হায়বিয়ু, নখোয়গী নচান জগৎ ধর্ম্মগী ঙাকশেনব ওইব পাম্বীরবদি মাগ হৌজিকমক য়াম্ন মুক্রতুন লৈরিব মাগী অরৈব

পুন্নমক ঐভোন্দ পিথোক্লব, পাম্বে লৈত্রবী গরাঙ্গী মুপিমচাসিদগী ধর্ম্ম ঙাকপ হৌবা তাই। ময়াম পুন্নমক তুমিন-তুমিন্ন লৈরমই। মতুংদ কৃষ্ণন দন্দবৎ তাম থুক্রমজরে। পাবুং, পাবুং ঐভোন্দ বর পিনবীয়ু। বৃসভানুগী মচাগ ঐগা লুহোংজগে। কৃষ্ণন য়াম্ন নোংলুক্র হায়জরমই। অহল ওইরব নন্দসি মুংশিবন থুমহত্তুন মাগী লেপ্ন লেমদব শাওখরে, অভাং মচাগুম মচাদ ফোনলগ হিক্ল-হিক্ল কপলক্লে।



# "আয়ন লালদগী হনলকপা"

মোংগী লাই ইন্দ্রগী ইকাই খুম্নব উৎপ পুজা তৌননব বৃন্দবন ব্রজ লেম শাগৎলক্লি। গর্গাচার্য্যন মাগী শিষা কুম্ব্রাগ অমস্লুং শাস্ত্র তৈরব অভৌ ব্রাহ্মণ কয়াগ লোয়নন যজ্ঞগী মৈকম ১০৮ দা বক্তুর (মখল), ঘী অমস্লুং চেং থোইদিং মন-মন কৎনব লেম শাল্লি। নোংজু থাগী মমাংদ চক্তিগী ওইন মসি ব্রজগী স্নুম্ন যাদবশিংন নোংজু থাগী মমাংদ চক্তিগী ওইন তৌরক্লব যজ্ঞনি। মহৈ-মরোং পুন্নমকপু মপুং ফাহনব পিবিরিব নোংগী মপু অমস্লুং লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রন যজ্ঞসিগী লাইরেম্বনি। মান নোং তাহন্দব অমস্লুং মীশিংবু

চরা হেনহলব ওমই হায়ন বেদনা হায়। মান নেংসি য়াম্ন তাহন্দুন পাং তুরেল, তম্পাক পুম্নমকসি ঈশিংন থুমহন্দুন তাওথোকহনব ওমই। মরম অসিন মান পেংব চহিগী ওইনা পুজ তৌনৈ। মঙোন্দা অবাপ অহুই তৌরোইদবনি।

গর্গাচার্য্য অমসুং সন্দিপনি মুণিগী থম্মোয় পেনহলব মুমতগী কৃষ্ণবু অনৌব মশাবু থাজব অমা পোকখি।

শ্রীকৃষ্ণন গর্গাচার্য্য অমসুং সন্দিপনি অনিগী পেনহনব মুমিতগী মশাসু অনৌব মশান মশাবু থাজব অমা পোকলমই। মণক্তন নাহাশিংগী মরক্ত চৎপদসু মখোয়গী মুংঙাই য়াইফ ম্নেংশিনব হোরক্লে। করিগুম্ব মতমদ মাগী মরুপ মপাং পুম্নমক হুন্দোকলমগ মথন্ত বন্দ লোইরমই। হৌরিব উ-রা নাপেশিংন পুম্নমক মহাক অমত্ত ওইবগী রাখল পোকলমই।

তৌগদৌরিব যজ্ঞচুগী ফজনবগী মরমদসু বেদ হৈব ব্রাহ্মণ-শিংচুগী মরক্ত বা তানবমই। য়াদুন খল্লিব মীহু মশা শেংদোক্লব মুমিং হুমনি চরা হেনগদৌরিবনি অমসুং মতুংদ মুমিং তরেৎনি অমসু পুজা তৌব হৌনবী চৎনবী খরসু ঙাকদৌরিবনি। হৌখিব চহিদগী বলারাম্ন তৌখি। হৌজিক্কি কৃষ্ণসু অঙাং নত্তে। খম্নবদ কৃষ্ণন তৌফম পোকই হায়নরে। চহি অসিমদি থুলগী অহল-লমন পুম্নমক তানরগ গর্গাচার্য্যন যজ্ঞ তৌফম থোকই হায়ন য়ানরে। অহম ওইনমক চুম্নগী মিৎয়েংদ কৃষ্ণসি মপুং ফাব ওইরবসু তৌগদৌরিব ইন্দ্র পুজাসিদ থরায় ইয়াও য়াঙদবগুম তৌই। মী পুম্নমক তৌগদৌরিব যজ্ঞসিগী মথুম-মরাং হৌনহবা মতমসিদা মাদি

মকপ-মপাং থরগ লোয়নন গোবর্দ্ধনগী চৌংগী মকুম অমদ বাশি লোয়নন চংথি। তৌইগুম্বম্সুং তৌগদৌবিব যজ্ঞসিদ অম্সুক্কী মতিক ইকাই খুম্নব উংলি মহুদি মঙোন্দ কবিস্নু দোষ অমা ফাওব পিনিংঙাই লৈতে।

শাস্ত্র হৈববশিংন অমস্মুং অচুম্ব পাম্বসি গ লোয়নন তাথোক-তাসিন তৌব লোইশিনলকলে। কৃষ্ণন ষণজ্ঞাবুংদগী ষণশিংগ লোয়নন হনলকপ মতম গর্গাচার্য্যন লেপখ্রব ফিবেপত্ত কৃষ্ণদ থংহখ্রে। ইচা ইবুংঙো! কুমসি চহিগী পাংথোক্কদৌবিব যজ্ঞসিগী যজ্ঞমানদি নংন ওইব তাই হায়ন লেপনবে। শেম শাবসি মপুংফাব হেক লোয়বগ যজ্ঞমান ওইননব চবা হেনব তাবী।

কৃষ্ণন মখুৎ লোম্লহুন হায়জবমই যজ্ঞসিগী পাংথোকপ যজমান ওইবহু য়াম্বুং বলরামদ হায়বিযু। গর্গান হায়রমই, হাকুমদি যজ্ঞমান মান ওইখ্রে কুমসিদি নংগী পালিনি। কৃষ্ণ হায়জবমই, অহু ওইরগদি শ্রীদামবু থম্নব মতিক চাগনি। মাবু যজ্ঞমান ওইনবিযু। নং ওইবোই হায়বিব কবিগীনো? কৃষ্ণন হায়বমই যজ্ঞমান ওইবগী ইজ্জত অতৈন ফংজসন্নু। গর্গাচার্য্যন নোক্লহুন হায়বমই কৃষ্ণ! নংন নপুক্লিংদ কবি থল্লিবনো? বৃন্দবনগী মী পুম্নমক কুমসি চহিসি নংন যজ্ঞমান ওইব পামই। মসিগী ইকাই খুম্নবসি য়ানিংদ্রিব কবিগীনো? কৃষ্ণন লৌথুপ-লোকোই লৈতন খুমলমই। ঐহাক মসিগী মতিক চাদে।

মতিক চাদে হায়ব! নংবু! মতিক চাব থিববদি নংদনি নংন হায়রিবহুদ মরম থর লৈরমগনি। কবি মরমনো ঐঙোদ শেংন

হায়স্বু গর্গান হংলমই। মবমদি ম্নান লাক্লিবসি কৃষ্ণন ঙাংব অমস্থুং তৌব থবক পুম্নমক য়েংগে, তাগে হায়তুন লাকপনি অমস্থুং তৌবিব ঙাংলিব পুম্নমকস্মু মস্থুংদ শেংলব মিংয়েং অমা শৈবমগনি হায়ব থল্লি।

ঐহাক তসেংব হায়জবদ ঙাকপিগদ্র অমস্থুং শাওবীবোইদ্র? কৃষ্ণন হংজরমই। ঐন নঙোন্দ কবিগুম্বদস্থু মুঙাইতব তৌবোই অমস্থুং নংনস্থু ঐগী মুঙাইতনব তৌবস্থু ওইবোই। নংন ঙাংব-শকপ পুম্নমক কয়া য়াম্ন মরু ওইবগে হায়বত্তু ঐহাক থংই।

ঐহাক ইন্দ্রগী উংসবসি পামজদে কৃষ্ণন হায়রুমই কন্নিগীনো? মসি তৌবগ কবি কায়বগে? মসি থাইনদগী তৌনবরুব চংনবীনি গর্গাচার্য্যন হায়রমই।

ঐখোয়ন কবিগীদম শঙ্গোম, খোইহি মথল অমস্থুং চেং-থোইদিং, শীং অমুক য়াম্ন শিজিন্নগদোবিবনো? ঐখোয় ইন্দ্রবু কিত্তুন তৌবিবনি যজ্ঞসি তৌদ্রবদি মান শাওনি অমস্থুং মাংহনগনি হায়বদগী কিত্তুন তৌবনি।

চুমই, মহাক শাওনি। চাওবব ঋষি কয়ান ফাওব মঙোন্দ কংপ যজ্ঞসি তৌবিবনি। মতিক মগুণ লৈরব ঋষিন অসিগুম্ব যজ্ঞসি তৌদে অত্তবু মহাক মহয় য়ানপি। কিবদগী তৌব যজ্ঞসি ঐহাক পামজদে মস্থুদগী ঐঙোন্দ মুংঙাইব কবিস্থু ফংজদে। ঐন মুংশিজব কাংবুদগীদ ঐন মুংঙাইজব পামজে, কৃষ্ণন হায়জবমই ইবুঙো মত্তু হায়হৈদব ৱানি।

নত্তে! ঐন ঐখোয়বু মুংশিবিব অমসুং মঙ্গল পিনবিব লাইশিংবু পুজা তৌব পামজৈ কৃষ্ণন য়াম্ন মুংশিরব মিংয়েংগ লোয়নন মমিং মমাই লংথংলকুন হায়জবমই। ঐন ঐখোয়গী গোপ-গোপীগীদমক শঙ্গাম, মথন ঘী মীথান্নবশিং অমসুং হার্-পিবিবিব ষণশিং—উকম, উহৈ অমসুং য়ুম-কয়, শানব পিবিরিব উশিংদ ঐন পুজ তৌব পামজৈ। গর্গাচার্য্যন ভাবতান থংলহুন মোমোন মোমোন নোকলমই।

ঐন ফজরব শক্তিক অমসুং উ-রা কয়াগী হৌফম ওইরিব, মথল কয়াগী মতু পানব উচেক কয়াগী লৈফম ওইবিব, শেংলব ঈশিং চেম্রীবী তুংবল মচা কয়াগী হৌবকফম ওইরব গোবর্দ্ধন চীংবু পুজা তৌজব পামজৈ কৃষ্ণন হায়জরমই। ইচা ইবুংঙো! নংগী অনৌব লাইশিংসিগীদমক্ত নহাক কবি তৌব পামই, সন্দিপনিন হংলনই।

ঐন চহি খুদিংগী মখোয়গী ইকাই খুম্নব উংপ ওইন মখোয়বু পুজা তৌজগনি, উমজগন মুমিং খুদিংগী তৌজগনি। মখোয়সি ঐখোয়গী নত্তে ঐখোয়সি মখোয়গীনি। মখোয় লোয়নবগ ঐখোয় লাই ওইবনি, কিদবনি, মখোয় য়াওদ্রবদি ঐখোয় কবিস্থ তৌব ঙমলোয়। চুমই; মখোয় নত্রবদি ঐখোয় কবিমত্ত ওইবা য়াবোই অহল অমন হায়রমই।

ইকাই খুম্নফম ওইরব ইবুংঙো ষণবীশিংসি ঐখোয়গী লাইগী মশক ওইবব মমানি। মখোয় নত্রগদি ঐখোয় তপ্প, শওদব অমসুং পুকচেল চাওব, হায়বহু থংলমলোইদবনি তৌইগুম্বসুং

ইন্দ্রনদি শাওগনি। মহাকসি শাওগনব ল'ইনি অহল অমন হায়রমই।

অশাওব থিংবসি ঐখোয়গী ধর্ম্ম নত্র? কৃষ্ণন হায়বমই, অসিমস্থ হায়রমই, কিহনবত্থু ফহল্লব মতুংদ মখোয়বু ডাকপিগদবনি। অহল ওইরব নন্দনদি মত্থু তাবদ অঙাওবগ মান্নবে। কৃষ্ণন অনৌব রাখলগী ফীবেপ অমা হেক পুখোবকপদ মন্দি মচাগী ফীরেপ্তুদ হেক য়ানিংলে। ইচা ইবুংঙো চুমই। ষণবী উ-রা অমস্থং গোবর্দ্ধন চীংন ঐখোয়গী অরাংপ পুন্নমক শিবিবিবনি। অত্থুবু ঐখোয়দি মখোয়দ নুংশিবসি ফাওব পিব ঙমদে— কৃষ্ণন হায়বিবশিং অসি নত্র? সন্দিপনিন হাযবমই। মযাম পুন্নমক য়াবিবগদি গোপশক হায়ব উংসব অমা কর্দ মত্থুং গোবর্দ্ধন পুজা তৌসি। তৌগদৌবিব যজ্ঞ অত্থুন মখোয়ন পেনবিনব খুদম ওইনত তৌবনি। কংলিব পোৎশিংসিস্থু মখোয়দ কংপ ওইনত কংপনি। অত্থু ওইরগদি ঐহাক যজ্ঞমান ওইবা য়াজনিই! কৃষ্ণন হায়জবমই। অত্থু ওইরগদি যজ্ঞগী মৈদা থাদোকখ্রগ দৌব শঙ্গোম, মাখল ঘী শঙ্গোম অফস্বনচিংব অত্থুন ঐখোয়ন অমুক্ত থেংনদ্রিব নুমিৎ কয়ানিমুক নুংঙাইবা য়াগনি।

হোয়! বেদন হায় "শঙ্গোম অফস্বন পাঙ্গলনি, ঘীন থরায়নি" শাস্ত্র হৈবব গর্গাচার্য্যান হায়বমই। বৃন্দবন্দ গোপ বক্ষ্য অমা পাংথোকলগনি তাবদ অয়াম্বন ঙকলমই। থবদি য়াম্ন নুংঙাই-নরমদে, মরমদি মসি কুইন চৎনবকপগী রাংমদনি থবদন মসি অনৌব হৌদোকপ য়ানিংব মথল অমা ওইন থোকই। মমাংঙেদ

হুমিং তরেৎনি যজ্ঞ তৌবগী মহুত্ত, হৌজিক্তি মুমিং হুমনিদং লৈজব ফি শেত্তুন পুন্না জগোই শাগনি, ঈশৈ শক্কনি, চা-থক্কনি। অয়াম্বনদি কৃষ্ণবু মুংশি, মান যজ্ঞমান হায়বত্থুদ অয়াম্বন হেক্ত য়ানিংথবে। নহা ওগরিব পাখং লৈশাবীনদি মতুগী পাওতুদা অয়েংপ লৈতন হরাওন য়াখ্রে।

থোদোকসিগ চান্নন মতুংগী মুমিত্ত আয়নস্মু মমা মপাগী য়ুমদ চহি তবা লাল চংলুবব মতুংদ ময়ুমদ হনলক্লমই। মহাকসি চহি কুন শুবে। থোন লৈব নহানি। মহাকসি কংশগী অথন্নন থনগংলব লাম্মিশিংগী খ্বাইদগী চাগবব অশ্বমেধ যজ্ঞসি ময়ামদ নিংথৌরেলনি হায়বসি লাওথোকপ য়ানব কংশগী মবুবোক জরাশন্ধন মাগী মম্মাক কংশদ লৈবাক কয়া জয় তৌননব থাদোকপ শগোলতুগী ঙাক-শেনবগী খ্বাইদগী ইকাইখুম্নফম ওইরব লুচিংবতু থিংতুন ফাববদি মতু লাল তৌতুন মায়থিব পিরগ মথা পোল্লে য়াত্থুন লোয়পোং কাহনবসি মাগী মথৌনি। মান লৈতব মতমদ মাগী অহল ওইরব মন্ত্রি প্রালম্ব অমস্তুং কোন্নুং ঙাকপ লুচিংব পুতনাগী মপুবোইব প্রদ্যোতন ঙাক শেনলমই।

মবক মরক্ত যজ্ঞগী শগোলতুন অথিংব লৈতন চেনলকপন মনাক্ত লৈব লৈবাক্ত য়োরক্লগদি কংশসি মাগী কোন্নুংদ লাকই অমস্তুং মুমিং থব লৈরমই।

হৌজিক্তি যজ্ঞগী শগোলতু রাজ গৃহদ হল্লক্কুন নিংথৌরেল অমগী তৌব হৌনব কুম্মে ফিহোংগ লোয়নন কুইরব চংনবী কায়দন যজ্ঞতু লোইশিনখি। কংশতু মাগী মথা পোনহনব কয়া চাওথোকপগ

লোয়নন মরাইবক ফবব লাল্দ হিংহৌবব, হিংহৌব দাগন মশা'দ লৈতেংলব মথৌন লৈরব মা'গী লাম্মিশিংগ লালউম ফিরাল থেক্তুনা মাগী কোনুংদ হনলক্লে। মরিল ফরব আয়নস্তু মঠুগী মনুং চনবনি।

মান থুংলবগ ফংলিব পাওশিংঙুন আয়নবু ঙকহনলমই। মাগী হায়নতুন থমলব মুপি মঙে'ন্দগী লোথোকখ্রে অমস্নুং চহি থবগী মমাংদ বৃন্দবন্দ থুন হোংলকপ মথোয়গী লুচিংব নন্দগী মচা'দ পিবনি হায়ঠুন য়াথং থারমলে। মান মসি মাগী ইমুং মনুংদ ইকাইব পিবনি অমস্নুং মাগী অমোংপ লৈত্রব থৌনাফবগী মিংচত্ত অমোংপ দাগ অমনি হায়ঠুন থল্লমই। মঙোন্দ পিনি হায়নরম্ব মুপিদু মশক ফাওব উদ্রি হায়বসিস্তু অচুম্বনি অমস্নুং রাজ সভাদ মাগী ফমফম অমা লৈরিবসিদ হেনগংপ মুপি অমা হেক্তে ফংব ঙমগনি হায়বসিস্তু অচুম্বনি তৌইগুম্বস্নুং মশাদ ইকাইব পিবসিদি লমন শিংফম থোকই হায়ন থল্লমই।

মবম অসিন আয়নতু য়াম্ন শা'ওন মাগী খুলদ হল্লক্লমই। মসিগী লমহেনব কৃষ্ণসি লুচিংবগী মচা ওইববস্তু দণ্ডি পিদব য়াদে হায়ন থল্লমই। বৃষভানুগী মচানুপিসি অমুক হন্ন মঙোন্দ পিহন্দব য়াদে থল্লমই। লানফম কয়াদ মথৌন ফুদোক্তুন মাগী মবিল ফব থংনরক্লব মাদি কংশগী লাম্মিগী লুচিংবনি অসিগী মথক্ত মান বৃন্দাবন্দ থুংলব মতমদ কৃষ্ণগী থৌইনশিন্দগী নোংগী নো লৈ মুংশিংকী অমস্নুং লানগী লাই, ইন্দ্রগী চহিগী পুজা অমস্নুং মান লানগী মতমদ নোংমগী তক্তন পুজা তৌজরিব লাইগী পুজাক্ত খুলগী মী পুন্নমক্ক য়াদঠুন তোক্কদোরে হায়বসি ভারমই।

কৃষ্ণ খ দে, নত্তব খংদে, ইন্দ্রগী পুজা শে'য়দন তৌগদবনি হায়ন আয়ন্ন খনল্লমই।

---

# "গোবর্দ্ধন চীং থাঙ্গৎপা"

বৃন্দাবন কাংলুপ অনি থোক্লে। কাংলুপ অমন গোবর্দ্ধন পুজাগী শেম শাবে অমস্তুং অমন ইন্দ্র পুজা তৌননব শেম শারে।

গর্গাচার্য্য অমস্তুং সনদিপনি কৃষ্ণগী কাংলুপ্ত য়াওই অমস্তুং নন্দ অমস্তুং গোপ অয়াম্বস্তু কাংলুপসিদ য়াওই। আয়নগী পাবুং স্তোক কৃষ্ণন লুচিংব কংবুসি মশিং য়ামদ্রবস্তু অশাওব য়াওবনি অমস্তুং খংনব হৌই। শাস্ত্র খংলব ব্রাহ্মন লৈতবদগী শাস্ত্র হৈব ব্রাহ্মন অমা মথুবাদগী পুবকই।

নন্দগী লুচিং ইল্লিব গোপ গোপি পুন্নমক মখোয়গী য়েক্লব ওইবিব কা বুহুবু থোইন খল্লুদে। মতুংদ পুজা মুমিংতুমক য়োবক্লে। গোবর্দ্ধন চীং য়োন চংননব খুনগী খুন্দান্দ পুন্ন চংননব মীয়াম তিনব হৌরে। শা-ষণ পুন্নমক মপুক থন্ন পিজবে অমস্তুং শেংনশেংন ইরুজথোকপিরে ষণ অয়াম্ব শবিক শিবিবে অতুগ কনাগুম্ব হেন্দোক্ল ফজব ষণদদি মখোংদ মখোন থোকপ খোংজি ফাওব শিবিবে। ষণ অয়াম্ব থবোই মচাশিংতুন লৈতেংই অমস্তুং মথলমথেল কয়াগী মচু তৈবিহুন লৈতেংই। থারা লৌনব শাওগল্লব

কল্লব ষণশিংত্তুগী মচিত্থ অঙৌব উনান লৈতেংই। অহল থব ওইববী মুপিশিংন লিক-কোন নিংথিন শিত্তুন মথল মচু কয়াগী ফজবব ফি কয়া শেংনবমই। থৌদোকসিগ চুনবব ঈশৈ শন্নত্তুন ষণ-গাড়ীদ তোংলগ চংনবি। গাডীশিংসি চিংলিব ষণশিংত্তুস্থ মথল মচু কয়াগী ফিনা মশাত্থ কুপশিনলি।

মথৌন লৈবব পাখং মচা থবদি ষণগাডীত্থ লমজেন তান্নত্তুন চেনলমই। অয়াম্ব নিপান কোযেং য়েংলি অমস্থং মচু কযাগী কুমাল পুনলি। অয়াম্ব নিপামচা-মুপিমচাশিংদি চেন-চোংত্তুন লমজেন তান্নত্তুন শান্নত্তুন মথোংন চংলি। বাধাদি অহনব ফজবব ফি শেংলগ অমস্থং মাবু যাথং থানব মুমিত্ত খুন্দানপোং ওইন যশোদান পিথিব লিক-কোন্দু শিবত্তুন লৈশাবী ময়ামগ লোয়নন চংলমই।

বলবাম অমস্থং কৃষ্ণন হবাওন মযামত্তুগী মকোক্ত চংলমই। বলবামদি ময়ামদগী ইখি নিপান মাপনলেম হেন্ন য়াই, মাগী পাক্লব লেংবন্দ লঙ্গোল পিকলপ তৌব অমা পায় অয়াংব পো, অমত্ত মান পায়ব হৈনদে। কৃষ্ণস্থ নাপু মচুগী (পিতম্বব) মুগাগী ফৈজোম শেংলত্তুন মাগা লোয়নন চংমিন্নৈ, লৈ পবেং শি অমস্থং মখুত্ত লৈ পবেংগী খুজি শি, ককোক্ত য়াহোং মতুন লৈতেংব কোয়েং য়েংলি অমস্থং মখ্বাংদ থাদোকপ য়াত্রব বাশি খ্বাংয়েত্ত যেপ্লি। মাগা থেংনকব মকপ মপাংশিংগ য়ারি শাই অমস্থং মুপি-মচাশিংবুস্থ কাগ জুগাই তৌনৈ। অহল লমনশিংদ নোকফেং-নোকফেং তৌন ইকাই খুম্নব উৎলি অমস্থং মাগ থেংনকুব ষণবী খুদিংদস্থ পোপ পোপ ফুত্তুন নাল্লপ্ত তোক্তে পুজাসিগী থবাইদি মানি।

যজ্ঞসিন কৃষ্ণদ কয় য়াম্ন ওলহন্বগে হায়বহু শিংলব গর্গাচার্য্য অমসুং সন্দিপনি মমিংন উবা ফংলে অমসুং লাকদৌরিব থৌদোক কয়াদ থোরককদৌরিব মওংহু খল্লুবদ মথোয়গী থম্মোয় নিক্রমই।

মুমিং য়ুংব মতুংদ মীয়ামহু গোবর্দ্ধন চীং য়ৌরে। চহি য়াম্ন লিরব উ কয়াগী মরুমদ ফমলগ ইমুং পুম্নমক মান মান পুরক্লিব চান-থক্লবহু চানরে অমসুং থোইদোকপ ইঙ্গাংদি নরুবগ লাম্নহুন চামিন্নৈ। মুংথিলদ ঈশৈ ডগোই শাব হৌরে, শগোলগী, ষণগী কৈগী, হুইগী মাম্নব থোংব কয়া তৌই।

নোং ডাল্লক্লে। উচেক-ম্নায়া কয়ান ঈশৈ শকই। ষনবীশিংহু শঙ্গোম শুম্নরে। অয়োকপ ষণ পুম্নমক শেংদোকপিরে। ঈক-জবীরে ঈশিং পীথক্লে অমসুং অমুক হম্ন লৈতেংবীরে অডাং অহল কয়ান শঙ্গোম শুম্লিব ষণগী অকোয়বদ লেপল্লগ মাগী-মাগী পাত্র থম্ন শঙ্গোম থক্লরে।

তিল্লিব মী পুম্নমক্ত ইরু মাইথজহুন অহনব ফিরোল হোংলগ অমসুং লৈজব কয়া শেন্দ্রুন অডাংন পাওদর থাহুন গোবর্দ্ধন চীংদোন তাম্ন কাথংনব হৌরে। চীংহু খুকস্ব গর্গাচার্য্য অমসুং সন্দিপনি থুংলবদ মীয়াম পুম্নমক্ত মুংডাইনৈ। মরমদি মতুংদদি গোবর্দ্ধন চীংসি চীং পুম্নমক্তগী অথোইব ওইবত নত্তন লাই ওংগদৌরিবনি।

অরতি কংপ মতম য়ৌরক্লে, শেম-শারে, মতম অহুদ কৃষ্ণন আয়ন অমসুং মান মথুরাদগী পুবকপ মরুপ অনিগা গোবর্দ্ধনগী মরুমদ লৈব লম্বী অমদগী কাথংলকপ ঊরে। মাগী থৌরব মিত্তুন

মখোয়গী হুরানব মিংয়েং থৌব অমসুং রাধাগ লোয়নন লৈশাবী মচা কাংবু অমা লেপলিব মায়কৈদ লোল্ল কাখৎপন্থ উরে। মাগী মাগী ফজশ্রব মাইথোঙ্গ ভুমিন্ন মোমোন নোক্লমই মাগী মুংশিরর মীয়েংদি করিমত্ত কায়দে।

মুপা মুপি মীয়ামত্বস্থ আয়ন অমসুং মরুপশিংত্ববু উরে অমসুং মত্বদ শাওনিংব নত্রগ চিংনব পোকই। শ্রীদাম, আয়ন অমসুং মাগী মরুপশিংস্থ যজ্ঞসি য়াওব লাক্লিমালে, মখোয়বু কৌবিরকউ, কৃষ্ণন মখোয় ভানব লাওরপ্প হায়রমই। আয়ন! চানবীত্বন লাইখুরুম্ব য়াওবিরো!

শ্রীদাম্ন মখোয়ন লেপ্লিবদো তান্ন চংলমই ভৌইগুম্বসুং আয়ন অমসুং মাগী মরুপশিংদ মখোয়ন কাখৎলকপ লম্বীত্বদ চেনথরমই।

গর্গাচার্য্যন গোবর্দ্ধন যগবী-যগাও, উ-রানচিংব পুন্নমক্তদ পুজা তৌব নংখিদ্রে, কৃষ্ণ মশামক্ত পুজা তৌত্বন লোইশিনলমই। মীপুম খুদিংমক্ল মচিন্দ যজ্ঞ ধবানি তৌরমই।

অরোইব মুমিৎ য়ৌরক্লে অমসুং মত্বন খ্বাইদগী হেল্ল মুংভাইবস্থ ওইরমই। গোপ গোপীশিংত্ব মপুক থল্ল উৎসব কংনরে। ঈশৈ কয়া শকনৈ। অয়াম্ব ঈশৈদি কৃষ্ণন অভাং ওইরিৱৈদ তৌথিব অভকপ থৌদোকশিংত্বগী মরমদনি। অতিয়াদ থব্রানমিচাক্ল ভানব হৌরক্লে অমসুং ইংলব মুংশিংস্থ তপ্প-তপ্প শিংলি। মমশিনলক্লব মতমত্বদ তোভান-তোভানব ইমুংশিংত্ব মাগী মাগী গাড়ী যগশিংগী মনাক্ত তুমননব হোৎনরে। পুন্নমক পুমচিক চিকখরে। নোংয়াই

য়ৌরকপ অতুৱাইদা ওডাওব নোং কয়ান কম মংব হৌবকলে, অমগী তুংদ অমা লাক্লমই। মুংশিংসি য়াম্ন ইংথরমই মীশিংন তুম্ন-তুম্ন মুংঙাইতব ফাওব হৌরক্লে মতুদগী নোংথাং কুপলক্লে, ষণ লাব-অমোম তুমিন তুমিন লৈনখ্রে অমসুং ষণজেন নহা পুম্নমক মিকপ থোক্‌রবে। অতিয় অসি নোংন পুমমম মমখ্রে।

মী পুম্নমক থম্মোয়দ য়াম্ন কিনরে। নোং মুংশি-কী মবুংঙো ইন্দ্রদ অবালব তৌকবে অমসুং মখোয়বু দন্দি পিগদোরে, মখোয়ন মখোয়গী লাই থাদোক্লরে অমসুং অপংবা অঙাং কৃষ্ণগী বা তাত্নন উ য়া, বন, শা-ষণশিং অমসুং গোবর্দ্ধন চীং পুজা তৌকবে।

নোংগী লাইসি য়াম্ন শাওরে মরমদি নোং ঙাল্লকপগ লোয়নন নোং মংব কম্ন হেনজিল্লক্লে। গরালা পুম্নমক হায়নব লৈতন গাডী ষণশিংত্থ গাড়ীদ পুনসিনব হৌনরে। নোং তাদ্রিবৈঁদগী মমাংদ থুন বৃন্দবন্দ য়ৌব পুম্নমক্ল পামলমই।

নোংথাং কয়া ঙাল্লে, নোং কয়া থাকলে, মুমিং থোক্লম্বস্থ পৃথিবীসি অমম্বন পুমকুপ কুপশিনখ্রে। নোংসি ঈরি নাইন কম্ন তাব হোবে। ঈচেলগী তুবল মচা পুম্নমক পাথোক্ত্রন চেল্লে, লৈপাকসি লৈনাং ওল্লে। মুপা-মুপি পুম্নমক ঙাকথত্ত্রন থমলিব ষণগাড়ীগী মথাদ চংত্থন লৈনরে।

ইন্দ্র শাওবে। মী পুম্নমক চংনব লম্বী লৈত্রে জজল ফাওত্থন বৃন্দাবন হয়নব লম্বীত্থ ঈশিংন পুমলুপ লুপখ্রে অমসুং নোংসু অতৎপ লৈতন তারি। মুপি মুপা থাক্তন ইন্দ্রদেববু থুকম্ব হৌনরক্লে

অমস্নুং নোংলৈ মুংশিং অসিদগী মথোয়বু কনবীরবদি মতুংগী চহিদদি শোয়দন ইন্দ্র উৎসব শোয়দন তৌজগনি হায়জবমই।

অতিয়াদ অহানব নোংকুপ কুংন মংব অমস্নুং অইংব মুংশিং শিংপ হৌরকপদ কৃষ্ণ হৌগংলে। মান অতিয়াদ মুংডাইত্তব মিৎয়েংদ য়েংলমই অমস্নুং মাগী মকপ মপাংশিংবু কৌশিনলমই। লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রগ মায়োক্নরগে হায়দুন খল্লমই।

অহানব থর-থর ডানথোরকপগ লোয়নন কৃষ্ণন মাগী মকপ মপাং পুম্নমক লোয়নন গোবর্দ্ধন চীংগী মমাংদ শুরুং অমা লৈবগী মনাক্ত লাক্লে মাদি শুরুংসি লৈব হান্নদগী হৌন থংই মরমদি মফম অসিদ মীগী, শা-ষণগী থোংথাংনচিংবগী থোম্থাং য়ৈব য়াম্ন হেন্ন তাব ফংই।

য়াম্বুং বলরাম! ইন্দ্রসি ঐথোয়গ লান শোক্নব পাম্নমাল্লে। ঐথোয় হৌজিক মাগ লান থেংনব তারি। কৃষ্ণন চাওবব শুরুং অমা থিংদুন লৈরিব মুংদুম অমা ইস্থোকপ লাক্ল-লাক্লন হায়রমই। মথোয়ন শুরুং মমুংদ চংলে অমস্নুং বলরাম্ন অতৈগ লোয়নন লৈরম্ব নুংদুন খুন্দোকপ হৌরমই। নিপা মচাশিংন মায় পাকপগী মুংডাইবদগী লাওনরমই। মুপিমচাশিংন মত্তু তারগা মথোয়গী অরা-অনা পুম্নমক কাওদুন লাওনরিব মথোলগী মনাক তাম্ন চেনশিনলক্লমই। মথোয়ন কৃষ্ণদ শ্রদ্ধব লৈব তোক্কে। মঙ্গল ওইবগী লাওনবদুদ কৃষ্ণন শোয়দন অডকপ ওইথোক্কব থবক অমা তৌরম্নগনি হায়ন মথোয়ন থাজনরমই।

মখোয় পুন্নমক কন্না লান থেংনবগী রাখল লৈনবমই। মখোয়গী মু শিবব কৃষ্ণগীদমক্ত মখোয় পুন্নমক ইন্দ্রগী মায়োক্ত লান থেংনবমই শুরু অতুদগী নুংজাও, নুংকুপ অমসুং লৈঙোইনচিংব ময়াম চংতুন শেংদোকলমই। অঙাংশিং মযম অসিদ পুবকউ, কৃষ্ণন য়াথ পিবগী মওদ হায়বমই অমসু, মুপিমচাশিংন চেনখিতুন অঙাং মচাশিং লৌবমই।

নন্দ অমসুং অতৈ গওালা থবসু তৌনবিবসি করিনো থংনিংদুন মফম অতুদ লাক্লমই। অতৈসু অয়াম্ব লাক্লবে। চীংগী মমাংদ লৈব চাওবব শুগং অমবু থিদুন লৈবিব চাওবব নুংতুম অমা ইন্দ্রগী কৃষ্ণন বন্ন হোৎনবমই। মতুদ অঙাং অহল থায়দন ময়াম চদুন মতেং পাংলমই।

থংগোদন কল্লব নোংলৈ মুংশিং শিগলক্লমই অমসু, চীংতু বাওব নিকপ মথৈ নোং থাকলমই মতুদ শুক দুদ খোম্থাং য়ৈদুন অকিবগী ওইবা মখোল থোকলমই কবিগুপ্ত মফমদদি ব্রজসু তাই।

নোং মুংশিং থাকপ লাওবদু মখোয়গী কোকথক্ত তৌবিবনি। অকনব য়ুহাব অমসু তৌবমই। মখোয়ন গোবর্দ্ধন ফাওব নিংথায়-বরোই থক্লমই। কৃষ্ণন লৌথোক্কে হায়ন চিলিব মুডাওদু চীদগী ওন্থক্লে। কৃষ্ণ অমসু মাগী মপাংশিংন ফাদুন থমললমদ্রবদি মীয়ামদ নংলমগদবনি। অকাশত কল্লব নোং থাকপ অমা অমুক তৌরে। অকনব য়ুহাব হাব অমসু তৌবমই। মতুন মী পুন্নমক তুগ তৌবমই। মতুংদ অঙকপ ওইথাক্তব অমা থোক্লে। চী-মংক্তগী অথোইব ওইব গোবর্দ্ধন অদু কিউবিট অহুমলোম হেন্ন

য়াংথংলক্লে। মুংজাওদু ওম্বাকলে চীংদু থাঙ্গংখিব মরমদগী মী লেপ্প চ ব য়াব চাওবব অহোব অমা লৈবে।

মশিং য়াম্নব খোঁনাওদগী হবাও খোম্থাং কয়া থোবক্লে। কৃষ্ণন গোবর্দ্ধনদু থাঙ্গংখিবদগী হাংদুন লৈবিব থুপকমদুদ থুপি, নহা অড়াং শা-ষণ পুম্নমক চেনশিন্নবকুন থুপ্পবে।

গোবর্দ্ধন চীংন কল্লবদুদদি গোপ-গোপি পুম্নমক অনুক চন্ন হবাওনবে। মখোয়ন ইন্দ্রদ নোকপ হৌবে। মখোয় শাইগী মুংশিডবব অমসুং লাইসু ওইরব কৃষ্ণন মখোয়গী মবক্ত লৈবিডদ ইন্দ্রন হৌডিক তৌনিংব তৌব য়ারে।

কৃষ্ণন মখোয়গী মরক্ত লেপ্পদুদা ময়াম্ন মবু ভক্তি লৈন মুংশিবদু উবমই অমসুং মনম্ন মোমোন তৌন লোক্লমই। পুম্নমক মহাকসি মখোযগীত ওইন থল্লমই অমসুং মখোয়সু মগীনি, পুম্নমক মাগ তমত্তনি হায়ন থল্লমই।

গোপ-পোপি পুম্নমক ইন্দ্রন শাওব ফত্তিফাওব লেপ্পব থাংনব হৌবক্লে। কৃষ্ণ গোবর্দ্ধন থাঙ্গংপদ মতেং পাংই চায়ন থনব গোপিশিংন চংলমদায় য়ৌবকপদ মডোন্দ তাকলমই।

গোবিন্দ! মুমিত্তুদ মীয়াম্ন মডোন্দ থোনখিব অনৌব মিংনি। নংদি হৌজিক ঐখোয়গী লাই ওইরবনি। ঐখোয়ন বাস কয়া শান্নবদ নংদি য়াওব য়াদ্রে।

কবিগী য়ারোইদোবনো? ঐহাক নখোয়গ অমত্ত নত্র? মতুংগী থাদি অশ্বিননি, নিংথম থা চংলমদাইগী ফজথ্রব পুর্ণিমানি। ঐনা মখোয়দ রাশক্লিবনি, মতমদুদ বাস শান্নগনি মতংদ মান

মসিমস্থ ইংন তাকপিবমই। ঐংথোয় হৌজিক্তি ইন্দ্রবু কিংদ্রে ইন্দ্র উংসব তৌব য়াবোই।

—————

# "শিগদোরবা মন্ত্রি"

কংশন মথুরাদ হল্লকপ মতমদা মান তৌখিব অচৌব থবকশিং অমসুং মাগী লৈবাকস্থ খর জয় তৌদুন পাকথোক চাওথোকপদুদ মান য়াম্ন চাওথোকচবমই।

মাগী মকুবোক্ত নিংথৌরেল পদবী কংননব যজ্ঞ তৌব মতমদ যজ্ঞগী শগোলগী মতুং ইল্লিব লাম্মীশিংদুগী কংশন মকোক ওই। নুমিৎ খুদিংগী পূজা তৌরিব যজ্ঞগী শগোল অদুন লৈবাক লৈবাক্ত চল্লকপদুদ থেংনকব লৈবাকশিংদু মায়োক্লন লান থেংনব তাই নত্রগ মখাপোল্লে হাষবগী লোয়পোৎ পিব তাই। কংশন মদুদ মাষ পাক্ল মাপ্পী লানগী থবক্ত পাংথোকখি। শগোলত্ত চটি তরানিথোই কোইকয়ব তুংদ রাজ গৃহদ হল্লকলমই। বেদ শাস্ত্র, হৈরব ব্রাহ্মণ কয়াগী, মাপী মথা পোল্লবনি হায়ন য়াবষ নিংথৌ কয়ানা মাগী নরুব বার্ত্তন তৌব মীরামগী মমাংদ যজ্ঞত্ত পাংথোক্লে। থৌদোক অসিদ কংশসি য়াম্ন মথৌন লৈব নিংথৌ মচা অমনি হায়দুন য়াম্ন ইকাই খুম্নখি। জয় তৌব লৈবাক কয়াদুন মাগী লৈবাক্ত য়াম্ন পাক চাওথোকখি।

মতৌ অশুম্ন চহি তরানিখোইসিগী মতমসিদ করিগুম্ব মতমদ মাগী লৈবাক্ক নক্লব লৈবাক্ক অমসুং মক্লপ মপাংস্নু ওইব লৈবাক্ক য়োরকপ মতমদ করিগুম্বদ মথুরাদ থ্‌ংদন লেপ্লি লেপ্লি। মরম অসিন মাগী লৈবাক ভাকপ শেন্নবগী থবকসি মাগী সেনাপতি প্রাণম্ব, প্রত্যুতগী মখুত্ত শিন্নরমই।

মান মথুরাদ হল্লকপ মতমদ যদব শাগৈ কুনামথোই, স্থরসিং অন্ধকশিং, বৃষশশিং অমস্থং মাগী শাগৈ ভোজ য়াওব অয়াম্ব মনিং তৌন লৈরমলে। মান হান্ন হোংরন্ন চাওথোকচরম্ব যাদবনচিংব অসিগী অপুনব সনমান লৈরম্বদ ওং নৈত্নন দণ্ডি কম্বা পিত্নন মীনম সোম্নি কয়া তৌত্নন মাগী মখা পোনহন্দুন পুম্নমকপু লাকসিনলম্বচ্ছু করিমত্তা কান্নরমদ্রে। কংশ হল্লকপন ময়ামগী মুংভাইব ওইদ্রে। অমস্থং মত্নগী মহুত্ত অয়াম্বন য়ামিংদব অমস্থং থাজদব উৎলি। মান মথ্‌রাদ হল্লকপ মতম খরদি মহাক য়াম্ন মুংভাইরমদে। লানগী ইরাং লোইখ্রে অমসুং লানদগী মায় পাক্ল হল্লকপগী মাগী প্রজ্ঞান তরাম্ন ওকপত্নস্নু কংদ্রে। মাগী অহুল ওইরব মাম্ম উগ্রশেন অত্ন মান লান চৎপ মতাংদ তুক্কক-তুকাই চন্দুন লৈহৌই হৌজিক্তি ওইদ্রে মাবু ওকপসিদ তৌদব য়াদবগী তৌব য়ানিংদব উৎলি। কংশগী যাদব পুম্নমক্কী মকোক ওইত্নন লৈরম্বত্ন হৌজিক্তি মাগী মখুত্তগী লাম্বোখ্রে।

পুম্নমকসিন কংশগী ইজ্জত্ত য়াম্ন শোকহল্লে তৌইগুম্বস্থং মহাকসি হেনগৎপ পাম্বগ লোম্নবন ফত্ত লৌশিংস্নু য়াম্ন হৈ। মাগী হাম্ন লৈরন্ন শক্তি অত্ন হঞ্জিন্নব মহাক করিগুম্ব অমত্ত তৌরমদে।

প্রোলগ্ব হায়ব মন্ত্রিচু পঙথহুন নারে। মহাক শিবগ চপ মান্নরে। ত্তৌইগুম্বন্নুং মান য়াম্ন চানব মাগী সেনাপতি প্রদ্যুম্নদগী মান লৈতব মতমদ কন্নি কন্নি ত্তৌখিবগে হায়বগী পাওসি কুপ্ন লৌরমই। করম্ন মন্ত্রিন খৌদোক খুদিংদ অকম্ব থবক লৌশিন্দবা মরমদি অম্মাম্ব লান্মীদি মাগ লোয়নন চংখি।

যাদবকী লুচিংবশিংচু মখোয়গী হাম্ন চৎলম্ব শাজত্ত লোয়নমক হুঞ্জিল্লমলে অমসুং মপাঙ্গলসু য়াম্ন কল্লমলে অদুগ মনিং মখা তন্নমলে। কংশন মপাবুংদ চৎপ শাজত্তুগী কল ওইদুনসু মখোয়ন উগ্রশেনবু য়াম্ন হুংশিন ব্যবহার তৌই অমসুং মখোয়গী নিংথৌ ওইন থল্লমই মান লৈবাক গাকপদ খুং খিংজিন্দ্রবসু কংশন মাবু বত্তি থমন্নিস্তৈগী মমাংদ ওইরম্ব ইকাই খুম্নবদুম কংলমই।

কংশগী কত্ত লৌশিংদ য়াম্ন শিংলব মাগী কোম্নুংদ করম্ন হাম্নগী ম'ওং অমুক পুম্নক্কদগে হায়বসি কম্ন খল্লী। মাগ লানদ চৎমিন্নকব সিকাইশিং অদু মথুরাগী মরু ওইব মকম কয়াদ গাক শেল্লমই। মান অসিমসু লাওথোকলমই মতুদি মান লানদ মায় পাক্লকপগী ইকাই খুম্নব উৎপ ওইম থনু যজ্ঞ তৌগনি। মসি অমম্নোমদ মাগী মতিক মগুণ উৎবনব তৌবনি অমসুং থৈদোকসিদ তোঙান-ত্তোঙোম্ব শাগৈদগী খজন লৌননব মরমনি। অদুগ পুম্নমক মাগী মখাদ লৈবনি থংহনবনি।

নোংম অহিংদ প্রদ্যুম্নসি অঙকপ পাও অমা পুত্তুন কংশগ উম্নরমই। পাও অসি মাগী মথৌন লৈরব হৈশিংবদ মম্নিং লৈরব অয়নন পুরকপনি।

পাংসি তাবদ কুচু তাইকেৎ তাইগ্রে অমসুং মকোয়ডু চিক্রমই। মথুংসু থক-থক নিকলমই অয়নন পাওডু তম্ব লোইরব মতুংদ মান য়াম্ন শাওন নহাক অমসুং প্রত্যুত চংগ্রো হায়দুন য়াথং পিরমই। মতুংদ মান কোনুংগী তিরেমং কাখৎলমই অমসুং খুদুম শিংলদুন মমিত্ত অকিব ফিভমগ লোয়নন হঙ্গৎ-হন্দ চৎতুন লৈরমই।

হৌখ্রিব চহি থরসিদি লান্দ মিংচৎ কংনবব হোৎনবদি লায়রদন তুংগী ওইগদোব ওাংখিবডু পুমকাও কাওরুরে অমসুং মাগী মচন নুপি দেবকীগী নিপানগুব মচাদুদি মুপাগী মহুত্ত নুপি ওইন পোকখিব মরমদগী তুংগী থোক্লগদোখিব রাডু চুম্মী হায়ন খল্লুদরে। তৌইগুমসুং দেবকীগী মচাদুন নিপা ওইরগদি চহি লেঙ্গ ওইগদব অঙাং অমা লৈরে অমসুং য়াম্ন হৈ-শিংই অদুগ অঙকপ শক্তি লৈ হায়নসু হায়নরে।

হৌজিক কংশসি চহি য়াথ্থে হেল্লবসি মহাক শিবসি অমুক হেম্ন কিরমই। দেবকীগী নিপানগুব মচান মাবু হাংকনি হায়বগী কুইরব অকিবডু অমুক পোক্লকলে। অদুগ অকিবগী মশক কংন শাওনিংলমই। মহাক লান্দ শিব করিমত্ত কিরমদে তৌইগুমসুং মাগন্সু মরি থোকপ যাদব নহা অমগী মথুত্ত শিনি হায়বসিদি য়াম্ন নুংঙাইরমদে। মাগী হৌজিকসু চাওনিংবগী অকব্ব আশা লৈদ্রি। যাদবকী লুচিংবশিংবু মপুংকান নমথব তাই। অঙকপ অঙাংশিংন দেবকীগী মচা ওইরগদি মাবু হাম্ন মাংহনব তাই।

অহিং তুমদবগী ইচোক-চোকথরব কংশন মাগী মন্ত্রি প্রত্যুতগ লোয়নন শিবা ওাইডু লৈরব অহল ওইরব মন্ত্রি প্রালবগী ময়ুমদ

চংলমই। অহল ওইরব মন্ত্রিসি বয়াং য়াম্ন কংলমই মশাহ্ন তথ্যায় অমা শিথরে অমস্তুং জ্ঞানস্থ মতেক মতেক মাংই। মরম অসিন কংশন ইমুংগী মী পুন্নমক্পু ভানথোক্লগ প্রদ্যুম্নবু মী চংলক্তনব ঙাকহনলমই।

নিংথৌ কংশসি থম্মোয়দ ফুমহুন লৈব মুংঙাইতবন অশুকী মতিক শাওনিংলমই মহুদি হকচাং তথ্যায় অমা জ্ঞান মাংহুন লৈয়ব অহল প্রালম্ব হৌদোক্লগ নিকলমই। প্রালম্বন মমিং পাংলমই অমস্তুং কংশদ ঙকাই খুম্নব উংপ ওইন মাগী তথ্যায় পংথয়ব মথুত্তন থাঙ্গংলমই।

প্রালম্ব! ঐন হায়রিবসি তাত্র। ঐনা হায়রিবসি নহাক থংত্র? প্রালম্বন মমিং কুপহুন পিকথ্রব খোম্মাং অমন থংই হায়ব উংলমই। নং বৃন্দবনগী গবালা নন্দগী মচা কৃষ্ণগী রা তাত্র? অতগ রুহিনিগী মচা বলরামগী রা তাত্র? হোয়! খুদম তৌহুন প্রালম্বন হায়রমই। ঐমা মাবু হাংননব থাখিব পুতন অমস্তুং তৃনাবর্ত কৃষ্ণন হাংখি হায়বসি নহাক থংত্র? "হোয়" মহাক'সি মপাঙ্গল য়াম্ন কল্লি মশকস্থ য়াম্ন কৌজ হায়বসি থংত্র? "হোয়" মান অঙাং পইরিভৈদ যগদ অমস্তুং উয়োক্ত লৈব হি্চাব হাংখি হাযব নং থংত্র? "হোয়" বৃন্দাবনগী গোপ-গোপি পুন্নমক মাবু মুংশি হায়বসি নং থংত্র? "হোয়"

হুন থল্লব পুখ্রিদ লৈব অকিবগী মশক ওইরব কালি কৌব লিলবু লাকশিল্লগ হু চেল্লব মকোক্ত খৌরি কোঙ্গোই হায়বসি থংত্র? "হোয়"

হে অহল অপংব মাবু অমুক য়াম্ন মপাঙ্গল কনখৎহল্লিবসি করিগীনো ? কংশন য়াম্ন শাওন খাংকম খংদন হায়রমই। পাহৈ লৈত্রব পণ্ডখচুন লৈরব মহ্রিচু কংশন হাৎপ পাম্লবনি। অহল অহুন মাগী শোয়রিবব মখুৎ ওইথংবচুম থাঙ্গতুন তোকম খংদব ওইখিবচু ঙাকপিনব হায়জরমই। অহুগ মচু হায়বদ চোকথখিচুন মমিং উইশিল্লমই।

কংশন মুংশি হৈতন মখুৎ অনিম পাইশিল্লগ প্রালম্ববু নিক্রমই। মহ্রিচু মমিং পাংখোয়ক্লে, শাওরব কংশদ মমিং কুপ্তন যেংলমই অহুগ মাগী অয়ানব ঙাপিনবগীদমক য়াম্ন য়াম্নোইদৌব মখুৎ লোয়নগে হোৎনরমই। নংন নাপিবৈ মন্নুংশিদ নহাক অঙাংসিগী পাও কংব্র ? প্রালম্বন মখুৎ থাঙ্গতুম কংই খংননব হোৎনরমই।

অঙাং অসিন বৃন্দাবনদ ইন্দ্রদেব পুজা তৌব তোকহল্লগা মচুগী মহুত্ত মাবু লাই ওইনা পুজা তৌহল্লি হায়বসি চুব্ৰা। "তৌদে"! মহ্রিন ইঙ্গিৎন খংহল্লমই।

করে ! অঙাং অনিন যণশিং উ-ব্রা অমসুং গোবর্দ্ধন নচিংব পুজা তৌহল্লি অমসুং মখোয়গী ইকাই খুম্নব উৎপ ৎইন চাওরব হুরাও কুম্মৈ তৌই হায়বসি চুব্ৰ, কংশন লাওরমই। "চুমই"

নংদি কৈদৌন ঐঙোন্দ তাক্কে ? অহল অহুন থোংদ লেপ্লিবা প্রদ্যুম্নদ খুদোম্বীন খিনলমই। প্রদ্যুম্নন খংবনি মসিম নংন হায়ব পামলিবসি "হোয়" মহ্রিন ইঙ্গিৎন খংহল্লমই। থোদোক্ত কৃষ্ণবুম্ন খুরুমগে হায়ব চুম্বর ? অহলচুন ভুমিম্ন লৈরমই। প্রদ্যুম্নন বৃন্দাবনদ থাদোকখিব অরিষ্ট কৌব অঙাওব যণ অমসুং কেশর কৌব

লাকপ য়াত্রব শগোল কৃষ্ণন হাংথি হায়বসি নং থংত্র? অহলসিন ইঙ্গিৎন করি অমত্ত থংদে হায়ন থংহনলমই।

হৌজিক প্রাত্যাত মুম্ন তাও! নংন হৌখিব চহি কুম্ব্রামডাসি নিংশিন ঐগী সেব তৌরমদ্রবদি ঐগী খুং অসিদন হৌজিক হৌজিকমক হাংলম্ব য়াবনি ঐগী লৈবাকসি নডোন্দ পুমশিন শিন্নরয়গ নংন পুমমাং মাংহল্লমই। নংদি অমুক্কী মতিক শোল্লি মছুদি ঐন লাকশিন্দুন থম্নমলব লৈবাকশিংবু থুনগী লুচিংবশিবু হায়ব ইনহল্লমদে অমস্থং মপাঙ্গল কনথংহনলমই মছুদি মথুব ফাওবদস্থ মাবু অন্না-অনা কোকপিব মপু ওইন থন্নব য়াওরে। অহল ওইরব প্রালম্বন মথুং লোম্নগে লাক্লরমই তৌইগুম্বস্থং ঙমদ্রে। মীনম্ব অহল! নথুং কা-ক লোম্নগন্থ নংন ঐবু শেংন সেবা তৌগে হায়ন থল্লবদি অরোইব ব্রা অমা হংগে, মসি চুম্ন খুম্মু। অহল অছুন মথুংকী ইঙ্গিৎন করিনো হায়ন হংজরমই। কংশন পিশুম শুক্রোক্লুন অমস্থং কিহনব ওইন তুমিন্ন হংলমই "অডাংসি" দেবকীগী নিপানশুব মচার?

অহলছুন পাওখুম পিরমদে। হায়য়ু খুম্মু! অছু নত্রগদি ঐগী খুং অসিন ব্রাহ্মন অমা হাংপদগী খিংব ঙয়োয়দোরে। তাত্র? তাত্র? অডাংসি দেবকীগী মচার?

অহলছুন চিন্বান লেংছুন ব্রা ডাংননব কম্ন হোংনরমই। অমস্থং শোল্লব ব্রাহৈ থরন মছু চুম্মি হায়ব তাক্লমই। "বিশ্বাস ঘাত" বিশ্বাস ঘাতক তৌব হল্লুব মসি ঐবু তাহন্ত্রিব করিগীনো? কংশন মছু চাওরব লিলগুম্ন হায়রমই অমস্থং প্রালম্ববু লেংবান্দ পাইরগ নিক্লমই। তৌবিমল থংদব শা! ত্রেডোন্দ থংহন্ত্রিব করিগীনো?

অহলছুন য়া ভাংনব কয় হোৎনরমই মমিত্তু লাওন পাংথোক-লমই অমসুং ওন্থোকপ শকফম অমা ওইরক্লে। ঐভোন্দ হায়য়ু, মাংজোনন তাকত্রিব করিগীনো? খংহৌদব শক্তিগ লোয়নন মকোক থাঙ্গৎলমই অমসুং মচিন লেংলমই। মরমদি ইকাই খুম্নফম ওইরব বেদ ব্যাসন্তি অচুম্বদ ভাংবনি। মহাকসি "ভগবানমক্তি" মান তুমিন্ন শোল্লমই। খংহৌদন মকোক্তু লেকথখ্রে। শিনিং-শিনিং তৌভুন লৈরব মীতুদ মাগী হোৎনবতু অরোইব পাঙ্গল ওইথরে। মমিত্তু লাওন পাংথোরক্লে। শিরমদাইগী থৌরি ফুন্ব শ্বর থৌনাওদগী থোরক্লে। কংশন কিরত্নুন কাদগী মপান্দ চেনথোরক্লে।



# "কংশগী শমন"

কংশগী শমন থাব হৌরে। অসুম্ন বাজ সাভা ফম্বদ যাদবকী লুচিংব পুন্নমক য়াওগদবনি। প্রালম্বন শিরব মতুং সুমিৎ হুমনিদি কংশসি মথন্ত তুমিন্ন ফম্নমই, থোক্লিব থৌদোকসিদ করি তৌগদগে থল্লমই। বাসুদেবগী মচাসি মাংহনব তাম্ন অমসুং অতুগ লোয়নন দয়কার লৈরবদি যাদবকী লুচিংবশিংসু নমথব তাই। অসুম্ন থল্লতুন যাদব পুন্নমক্ত কংশন মান লান্দ্ন মায় পাক্লকপগী সুংভাইব

ফোংদোকপ ওইন "ধন্ন যজ্ঞ" লিক্লংগী যজ্ঞ তৌগনি হায়ন নিংথৌগী পাও লাওথোকলমই, চেনথোক্লমই। চয়োন অমগী কুম্মৈ পাংথোক্কনি মহুদ লানগী থুংগু-থুংলাইদ হৈশিংলব, শামু য়াথিন্নব কুস্টী শান্নব, উংসব চামিন্নব অমস্নুং হরাও কুম্মৈ তৌহুন শুংঙাইমিন্নগনি।

কংশগী থাক্তুন থন্নব সেনাপতি প্রাদ্যুত মাগী মবুংঙোগী য়াম্ন হৈশিংন থবক তৌব ওইন উরবস্নু মপুক্লিংদ নিংঙমদব পেন্দ্রব অমা লৈরে। মপানথোংদদি লিকংগী যজ্ঞ অসিগী শিনলাংব মকোক ওইন থমই। অশেংবদি মাগী মথক্ত অমা কাপ্রে। নিংথৌরেল জরাশন্ধগী মচান্নুপি মগাধগী নিংথৌ অমগী মচান্নুপ ভূীতিঘন কৌব অমন মাগী মথক্ত কাপ্রে। মান কোন্নুং ঙাকপগী থবক লোয়ন তৌখরে। প্রাদ্যুতগী মীশিংগী মহুৎ মগাধগী লাম্মিন কোন্নুং ঙাকথরে। মসিন করি তাক্লিবনো হায়বসি প্রাদ্যুত খংলমই। মতুংসিদগী কংশন মাগী ঙাক-শেনবগী থবক মাগী সেনাপতিগী থুক্ত শিন্নরোইদোরে। প্রাদ্যুত মাগী মবুংঙোগী মপুংফাব থাজব য়াব মী হায়বত্তু ওইদ্রে।

প্রাদ্যুতসি য়াম্ন নুংঙাইতবে। মহাকসি মপুন্সি চুপ্প মবুংঙোগী সেবা শেংন তৌহুন লাক্লবনি। মচান্নুপি ফাওব থাদোক্লবনি, পাপকী মশক ওইব থবক কয়া ফাওবদ মাগী ওইজব কয়া মাংলব ফাওবদ মান হায়ব ইন্দুন লাকপনি। অতোপ্প অতৈ লমগী মী অমগীদমক্ত কংশন মাবু হুন্দোকলে।

মন্ত্রি প্রালম্বন শিরমদাইদ হায়রম্ব ব্লাত্থু মহাক শুক্বাও কাওব ভম্লমদে। মহাক থোংডাকপ ওইহ্নন থোংদ লৈবনি চুমই, তৌই-শুম্বস্নং কংশগ মাগী মন্ত্রিগ ভাংনথিব ব্লাত্থুদি মহাক মনা থাঙ্গত্তূন তাত্থুন লৈ মন্ত্রিগী অরোইব ব্লাত্থুন মডোন্দ অকনব চৈফ্ অমা ফুররে। চহি অস্নুক কুইবসি প্রালম্বন নন্দগী মচাশিংগী লোয়শিন্নবব থবক অমত্ত লৌরমদে অমস্নং প্রাত্যুতন মাবুস্থু তৌহনলমদে করিগীনো হায়ব মহাক হৌজিক্তি থংলে। অহল ওইরব শিংলব মন্ত্রিন নন্দগী মচাসি অশেংব বাস্নুদেবগী মচানি হায়ব থংলমই অমস্নং লেপ্পমক ময়াম্বু কনবীগদৌরিব দেবকীগী নিপানশুব মচানিপাহ্নুনি।

প্রালম্বন মাগী ন্নুপিগী মরমদ থনব হেৌরক্লে। কৃষ্ণ থাঙ্গে-শেংব বাস্নুদেবগী মচা ওইরবদি দেবকীন মচান্নুপি অমা পোকপ উই হায়হ্নন পুতনান ব্লাশক্লিব করিগীনো? ন্নুপিমচাহ্নন করম্ন মাগী মবুংডোগী মথুত্তগী নাম্ন্থেংখ্রগ কংশদ চেকশিঞ্জনবগী ময়েক ওইন হায়খিব অত্থুগ পুতনান করিগীদমক হৌজিক্ক কৃষ্ণবু হাংনন-বগীদমক্ত য়ারিবন করিগীনো? কৃষ্ণসি ভগবানমক্লি হায়ন মহাক থংলব য়াই অমস্নং মাবু কনগে থল্লম্বস্নু য়াই। মপুরোইব মচাশিংগা কম্ননবগীদমক ভগবান কৃষ্ণবু হাংকে হোংনরম্বস্নু য়াই। শিরমদাইগী ব্লাহৈহ্নন কৃষ্ণসি ভগবানমক্লি হায়ন ল্লোব য়াই। পুতনাস্নু থংব ভাই। হৌজিক কংশন কৃষ্ণবু লোইশিন্নব থৌশিন অমা পাংথোক্লব কম্ন হোংনরি মত্থুগ ল্লোয়নন যাদবকী লুচিংবশিংবু নমথনব লাক্লরি। মহাক্ল হৌজিক করি তৌগদগে? পাপকী মশক ওইরব কংশগী থৌশিন অত্থুদ খুংলাই ওইহ্নন অস্নুম লৈখিদ্র? মাগী ঈ তিন্নব যাদবকী লুচিংবশিংসি মাংহনবদ মহাক খুংলাই

ওইন অসুম লৈখিগদ্র? মথোয়সি মাংথ্রগদি মাগী ফিভম কবম তৌব? মহাক মশামক যাদবকী লুচিংব অমনি। কংশগ মাগ লৈনবিব মরিদি মাগী থৌগলতনি। যুবরাজগী মায়কৈদ লৈবিব মথৈদি মাগী শাগৈগী লুচিংবশিংগী শৌগৎপ ফংব য়াই।

মাগী রাথলগী ঈচেলদু মাগী মবুংঙো কংশন কৌবকপ পাও অমন কয়হনমলই। হৌড়িক্কী রাথল মওংসিদদি মহাক কংশগ উননিংলমদে। মবু হৌদোংগা খুজিনগুম শিজিন্নবিবে খংবসিদদি মহাক য়াম্ন তোংথবগী মওং ওইবে।

প্রদু তান হৌখিব চয়েল থবসি যুদব ডসি যাম্ন ৎৌকম থংদন লৈবহদু মাংগ্রে। ফত্তব কম্বুগ্ন হমা তৌবমদাই প্রদ্যুতান হম্মন খলব মবুংগোবু ন্থ চাইনব শককম পুথোকপ মওংদু হৌজিক ওইরে।

মরুপ শাগৈগী লুচিংব অক্রুরগী যুমদ অমুক্ত চংল্ হত্থুগ যাদবকী লুচিংব পুন্নমক হয়েং নুমিং য়ুব মতুংদ ঐনা উনব পামই হায়তুন পাও অমুক্তং চেনহল্লু। লুচিংব পুন্নমক্ত হোয়, পুন্নমকপুনি। ঐহাক মথোয়গ রাবী শাব পামই অমসুং মথোয়গ শান্তি ওইন লৈবা পামই। হোয় ইবুংঙো; প্রাদ্যুতান হায়রমই। ঐবুসু পাম্বীব্র?

হোয়, হোয়। নহাক য়াওদন ময়ামদু ঐনা কবম্ন উনগদগে? প্রাদ্যুতান মাগী মবুংঙোগী চিবোল ওইন তৌব মীনম্ন রাঙাংদু তানিংলমদে।

ইবুংঙোন পাম্বীব মতুংইন্ন তৌজগনি। প্রাদ্যুতান খুম্নমই। মতমদুদ কোম্নুং ডাক-শেনবগী থবক্তু ঐবু শিঞ্জৌ হায়ব্র? কংশন

হায়রমই, মতুগী অরাবতু লৌরমু। রাজকুমার ভিতিম্ন মতুগী থবক্তু তৌতুন লৈরি। মপু ইবুংঙো, নংন অপাম্বতু তৌজনি। প্রাত্যাতান হায়রমই। অক্রূরন করি হায়রকপগে হায়বতু ঐনা তাব পামই, কংশন হায়রমই।

প্রাত্যাতান রাজকুমাবগী অসিগুম্ব অভাং ওইবগী মপুক্লিং ওম্বগুম তৌরিবসি কবিগীনো হায়বসি থংনিংলমই, মরমদি মান যাদবকী লুচিংবশিংবু শুপয়া য়ারক্তবনি। মান মাগী অবোনব পাওমী পুন্নমকপু কৌশিল্লগ কোন্নুংগী অবোনব পাও লৌব পামই অতুগ মহাক লাক্কনি হায়তুন অক্রূরদ পাও অমা হান্ন থাখিরমই।

কৃষ্ণগী ল্চিংব অক্রুবদি চহি অহল ওইশিল্লক্লে। মাগী চন্নব মকোক্তু শাংলব পুমডো ভৌবব পোক্ল কুপশিল্লমই অমসুং মাগী মিংয়েংতু য়াম্ন তপ্প অমসুং মুংশিবব মিংয়েংনি।

প্রাত্যাতা লাকপতুদ অক্রুর ঙক্লমই তৌইগুম্বসুং য়াম্ন তপ্প ওক্লমই। সেনাপতি কংশগী পাওতু তঃমই। প্রাত্যাতা কৌরিবসি কবিগীনো? মসি ওইথোক্তব থবক্লি, অক্রুরন হংলমই। ঐঙোন্দসু মসি ঙক্ল থোকচ, পাওসি মতম খবগী মমাংদত ঐবু খংহন্বনি, প্রাত্যাতান খুম্নমই। প্রাত্যাতা, নংবুন ধনুযজ্ঞ পাংথোক্লবগী ডাক-শেনবতু শিন্নবে অতুগ মগাধগী ভিতিমদ কোন্নুং ডাক-শেন্ব শিন্নবে হায়বসি চুমব্র? অক্রুরন হংলমই। প্রত্যাতান মকোক হায়বতুন চুমই হায়বসি থংহল্লমই। মহাক্ল অসিগুম্ব মপুকচেল চাওরব অমসুং দান তৌবন লমচং ওইরব মীসিদ মাগী মীন্নুংশি থংব্রব মবুংঙোগী ওংনৈবসি য়ানিংলমদে অমসুং মতুন মান মঙোন্দ মীনম্ব

পান্নমদে। মান হায়রকপদগী ঐখোয় যাদবকী লুচিংবশিংসি য়াম্ন শাওবে হায়বসি চুমদ্র ? অক্রুবন হংলমই। মান পুন্নমকপু য়াম্ন শাওবে তৌইগুম্বসুং ডসি অয়ুক্তি য়াম্ন মরুপ-মপাং ওইবগী মওং উৎলি, প্রাদ্যুতান খুন্নমই।

খংহোদন ওল্লিবসি করিগীনো ?

ঐ খংজদে, প্রদ্যুতনা চিংন-চি নান খুন্নমই অক্রুরগী মপুকচেল শেংলব মিৎয়েংচুন মুন্ন-মুন্ন য়েংলমই। মপুকচেল চাওরব যাদবকী লুচিংবসিন মান ওইদব ডাংই হায়বসি খংলমই অমসুং মহাক মশামকস্ম ইকাইজবমই।

করি মবমগীনো নহাক খংদ্রিব ? ঐখোয় অয়াম্বদগী নংন হেন্ন রাজকুমারবু খংলিবনি অক্রুরন হায়রমই। ঐখোয়গ শেংন মরুপ ওইব পামদ্র ? নত্রগ ঐখোয় পুন্নমকসি মতম অমতন্দ হাৎকে তৌবিদ্র ? মহুদ যুবরাজদি থোইন খঙ্খদব মীনি।

প্রদ্যুতনা মাগী মরিমতা থোরব সাধু ওইরব, মী পুন্নমক্ক ব্যবহাব তৌরব মওংন্দ তৌফম খংদন য়েংলমই। অক্রুবদ মিংচান্নন য়েংবস্ম ডমদ্রে অমসুং প্রালম্বন হায়রম্বছুদগী মীনম্বস্ম ডাংনিংদ্রে।

যুববাজসি অওকপ মীনি। মাগী তোডাম্ব থৌশিন অমা লৈবম্ব য়াই। মসি কবিগুম্ব ফত্তব অমা তৌনব চক্রিনি হায়বসি নং চিংনদ্রু ? প্রাদ্যুতান চুমই খংননব মকোক হায়রমই।

খংহোদন থোংদগী মুংশিবর অৱাবগী থোম্হোক অমা তারমই। ফিভমদি ফজখ্রব। মীদি পিক্লপ তৌব মুপি অমা থোংদ লেপ্ররে। মহাক চহি কুম্থ্রামুক্কী মথক্নি তৌইগুম্বসুং মকোক্তি পোক্ক পুমডৌ

ভৌখ্রে। মাগী শকফমদি ব্রাহৈন ফোংদোকপ ঙম্বগী ব্রাংমদনি। মহাক চংশিল্লক্লে। তৌইগুম্বসুং প্রাত্মতা নৈরম্ব উবদ ব্রা ভাংব খংলেপ লেপ্লমই অমসুং খংহৌদন অকিবগী মিংফম অমা উংলমই। অক্রুরন হায়রমই দেবকী চংঙকউ অন্ধকাগী লুচিংব প্রাত্মাতা খংদ্র?

দেবকীন প্রাত্মতাদ মুন্ন য়েংলমই অমসুং মিকুপ খরদি মাবু মীশক খংলমদে। মতুংদ মহাক কুচু তাইফেং তাইখরে অমসুং মচিনবান নিক্লমই। মহাক ব্রা ভাংদন মকোক হায়রমই অমসুং তুদনব থোংগী য়ুম্বীদ পায়রমই। মিকুপ অমদ মহাক ব্রাম্বগদৌবগুম তৌরমই।

প্রাত্মতাসু ব্রাম্বগে তৌরমই। মাগী মবুংঙো কংশন মাগী মনাক মক্তদ লেপ্লগ লুহোংব নুমিত্ত তোংলিব শগোল গাড়ীদগী চিংথব নিংথৌ মচান্নুপিতু মহাক অসিনি খংলে। মবুংঙো কংশন, মান মনাক্ত লেপলগ পোকপদ ভাইরিব মচাশিং হাংখিবত্তু মাগী মচাশিংনি। হৌজিকসু মাগী মতেং লৌরগ দেবকীগী মচা হাংননব মবুংঙোন থারক্লি। থিংব ঙমত্রব ইকাইব অমা পোকলক্লে। মহাক থৌরি ফুল্লে, খোল থোক্তে দেবকীন মাবু উবদ কিবগী শকফমতু উবদ মমিত্ত ঈরা চেল্লে মরমদি লাইরেল উরগ কিবদগী য়েংতুন নৈবগুম্ন মাবু য়েংতুন নৈরমই।

ব্রান হোংনতুন মথুৎ লোন্নরে অমসুং নৈপাক্ত মকোক নোম্বতুন খুরুমলমই।

দেবকী, প্রাত্মতাগ ব্রারী শাব হেক লোয়বগ ঐহাক নংগীদ লাক্কে অক্রুরন হায়রমই। দেবকীন মখোল পংথোক থোক্তন "হোয়" হায়রগ মমিত্তগী তারকপ মপি তৈথোক্লগ চংখ্রে।

প্রাদ্যুতান তুমিন্না অক্রুরদ রা ঙাংবা অমসুং য়েংব কাওব ঙমদন য়েং তুমিন্না ফমহুন লৈরমই। মান দেবকীগী অঙকপ অঙাওবসি তারমই। মান অহিং মুংখিল খায়দন মাগী অপিকপ অমবু থুরুমজব, মাবু ইরুঙ্গবিব মফি শেৎপিব পিঙ্গ-পিংকপ অমসুং নাওশুম ঈশৈ কয়া শকপ অনৌব মঙাল অমা মঙোন্দ ফাওরক্রে। সনাগী মুখ্তিদুদ মান ঈশৈ শকপ নত্তে, চহি ত্তরাতরুক্কী মমাংদ মান পোকখিব অমসুং হৌজিক্ক নন্দগী মচা ওইবিব অমসুং মাবু হাৎননব কন্সব প্রাদ্যুতা ঐনা কংশগী মতেং পাংখিব মত্থ খংলক্রে। মাগী খম্মোয়দ খাংকম খংদব মুংঙ ইতব অমা পোকলক্রে। অক্রুর হৌজিক খল্লিব বাখলগী মওং সি অক্রুরন খংলে। নহাক বাসুদেবগী মনাক্ত ঐগা চৎপ পাম্ব, নত্রগ নখান পাঙ সি পিবা পাম্ব। অক্রুরন জ্ঞান তান হায়রমই।

নত্তে, নত্তে, ঐহাক মাগ মায়োক্নবগী শক্তি লৈত্রে নোল্লুক্ত মথুৎ লোম্নহুন প্রাদ্যুতান হায়রমই। হে শিংজব ডাক্তর অমনা অনাবদ ঙাংবগুম্ন অক্রুরন হায়রমই। নহাক দেবকীন অহিং মুংখিল খায়দন থুরুমলিব লাইত্থ দর্শন তৌব পামলম্ব য়াই।

নত্তে, নত্তে, ঐহাক ঙমজবোই। ঐহাক মাগ মায়োক্নব ঙমজরোই। প্রাদ্যুতান য়াম্ন নোল্লুক্ত মথুং লোম্নজরহুন হায়জরমই। মঙোন্দ ঐহাক য়াম্ন লাবথ্রে। নহাক পুকচেল চাওথ্রব মুপিনি মান মংবু শোয়দম ঙাকপিগনি, চিংনরুম্ন, মাদি হৌজিকমক নংবু ঙাকপিয়ম্নবনি। মংবু উবদ মান খংকি কিবগুম্ব অমা তৌবদনি অক্রুরন মনঙ্গলদ খুপাক্ক পোপ পোপ থারহুন মুংশিন হায়রমই।

ইবুংঙোম য়াম্ন থৌজানবিগ্রে, লৃচিংব। ঐহাক হৌজিক চৎচরগে প্রাত্যুতান হায়জরমই। অক্রুরন হায়রমই। ঙাইহাক পূক্নিং ইংথবিথো, অদুগ চংকে হায়বম্নু চংপিয়ু। মী পুম্নমক্ত মতম অমদা ভগবানগী থৌজাল শোয়দনা লাকপনি, হৌজিক মহু মঙোন্দ লাক্লে।

প্রাত্যুতান হৌগংলে অমস্তুং লেঙান খুরমজরে তমস্তুং থোংলোমদা চংগ্রে।

ভগবানগী থৌজাল লাক্লব মতমদ মহু নমথত্তুনা থিংমন্নু হরাওন শকউ। শিবা নাইব মীওইব ঐথোয়দি মায় খংমব লম্বী ঙসিমতনি। অমুম্ন অক্রুরন প্রাত্যুতাবু থোজাল তমনা থিনদোরর্কপ মতমদ থৌশাদব মঙোন্দ হায়জব ওইন হায়রমই।

থংহৌদন প্রাত্যুতাহু লেপলমই অদুগা ওনশিনরকুন হায়রমই। অক্রুর ঐঙোন্দদি ভগবানগী থৌজাল করিগুম্ব মতমদ লাক্লরোই ঐহাক মহুগী মতিক শুকচা চাদে। মদুংদ থংলেপ লেপ্লমই অমস্তুং অঙকপ মিংয়েং অমনা অক্রুরদ য়েংলমই অদুগা তুমিন্ন হংলমই — বাসুদেবগী নিপানশুব মচাহু হিংজি অমস্তুং বৃন্দাবন্দা ইন্ন হায়রবসি অচুম্ব নত্রা?

অক্রুরন পাখংপ মিংয়েংগ লোয়নন মঙোন্দ য়েংলমই, থিরোনবসি কোংশ্রত্রা? পাখংলায়হু হনজিনগা ইংন তপ্না হংলমই মঙোন্দ কনান হায়বগে। প্রালহন শিরমদাইদ যুবরাজদ হায়রবনি।

"ও:" অক্রুরন শোয়মই। মাগী মিতুন হুনবহু লেপলমই। পাখংল মিংয়েংগ লোয়নন প্রাত্যুতা লোনরয়েং য়েংলমঙার, মার মী

থৈকত কাব্রবসি খংলম্বই। প্রাচ্যতান কম্বিনত্ত, য়াবিরুম্ন, কনা অমকুনা মাবু মাংচুনর ওয়লোই প্রালম্বন মুহাকসি ভগবানম্বক্তি ঙাঁরবমই। ঐখোয় পুম্নমকপু কনবীনবগীদমক পোক্লিপিরকপগি প্রাচ্যতান তুংগি হায়রম্বই খোংথাং থুনা মুমঙ্ু থারোক্নুন চংঙে।

---

# "মথুরাদ কৌবা"

কংশন মথুরাদ পাম্বসি চহি কুনমঙ্থা শুরে তৌইগুম্মমুং নোংমতমু লুচিংবশিং কৌবসি তৌখিল্লি। মাগী মপাবুং উগ্রসেনম পাম্ব মতমদদি লৈবাক্কী অরাব মতাংদ লুচিংব ময়াম তানরম্বই। মুবম অসিন লুচিংব ময়াম্ন ওকনরম্বই অমসুং থাক্তনসি থাজনরমদে অদুগ মখোম্নগী মরক্তগী অহল ওইরব বাসুদেব অমসুং অক্রুরন্না-চিংবগী পাওতাক হংনরমই। কংশন কুইনা লৈত্তবমতমদ মখোয়গী মাংথ্রব শক্তিশিংদু হনজিল্লবনি। মরম অসিন হৌজিক্তি মহাক হনল্লক্লবনিন হায়গী কিহনব ওং-নৈব অমসুং তাঞ্জা চাত্ত্রগদি হাংপি ফাওব তৌরকত্ত্র হাম্নন চিংনবতু পোক্লে।

যুবরাজন তৌব পাম্নিব লিরুংগী যজ্ঞসি শোইদম ঈ নাই তানরগনি। সিকাইশিং অমসুং কম্নাইবশিংন মায় পাকপদগী মুংভাইচুন ঈ-কাখিচুন অমসুং অহেনব কয়া তাম্নরকপদগী নত্তব

চিঞ্জাক কয়া চানয়কপদগী নিয়মগী য়াংমদ খোদোক কয়া খোকপ য়াওই। মীয়াম তুকচয়ব, মগধগী নিংথৌমচা ভিতিয়ন যাদব শাগৈগী লুচিংব প্রাদ্যুতাবু মাগী মচৎ কয়া ফত্তব ওইয়ব কাওবদ প্রাদ্যুতান কোন্নুং ঙাকলম্বদগী মচুৎ শিনহনখিবসি ফত্তব কয়া কয়াগী খুদমনি। করিগুম্ব ফত্তব খৌশিল অমা লৈবে খংদুন যাদবকী লুচিংবশিংসি মখোয়গী অরোমব উবদ যজ্ঞসি চৎলগ কংশগ মাখোয়্গে হায়বসি খন্দুন চৎকে খন্নববনি, কংশন হৌরকপ ঙাইরবনি।

হায়নখিব মতমদ লুচিংবসি অমস্থং অহল ওইরবশিং পুম্নমক চিথদন থুংলয়ে। পুম্নমক চপ চাব খুৎশু-খুৎলাই য়াওন লাকপনি, পেন্দব য়ানিংদব শককমন পুম্নমক্কী ওই। মখোয় ভিতিয়ন লুচিংদুন মগধগী লান্মীশিংন কোন্নুং মশিং মাইদন ঙাকলম্ব উবদ মখোয়দ তুংদ কদি খোক্লগদগে খংলে।

নিংথৌ উগ্রশেনসি মশা তৌফম খংদব মওংদ লৈ অয়াং-অপাদি অমত্ত লৈত্তব, মনাক্ত লৈব চাওরব কোন্নুং অমদ মাবু বন্দি ওইন থমদুন লৈবনি—মীয়াম উনবগী মাগী শাজৎ মাংথ্রে, লৈত্রে। মরম অসিন হৈনিংদন মাগী মচানিপাগী মনাক্ত লৈব কমকম অমদ মহাক ফয়ে। মিৎয়েংদি তরংদ লৈ। মাম কমবত্তুদ ঙাখৎনব যোম থিবদ মখুৎ অচু থক থক নিকই।

নিংথৌগী উগ্রশেনগী মখংদ অহল ওইরব চহি ৯০ (মরিফুত্তরা) হেন্নব অঙ্কাগী লুচিংব ইকাই খুম্নকম ওইয়ব বহুক কমই। মহাকসি উগ্রশেনগী মথুড়ানি। সেনাপতি প্রাদ্যুতাগীন মপা পোকপ মবুখৌনি মহাকসি চহি কয়া মীয়াম তিনব য়াওরক্ত্রবনি। মাগী

কোম্নং মনাক্ত লৈব শিব মন্দির অমদ লাই লিংথুন লৈশ্রবনি। অহল ওইবগী উনশাদি খুইস্লিপ্লবস্থ চৈগুম তিংন মোমোন নোক্ল লেংশিনলমই। চহিন শোকহনব ঙমত্রব মাগী লংলব মিত্তুন নহা মযামদুদ কোইযেং য়েংলমই। লুচিংশিংথুন করিগুম্ব খরদি খোকপ ভারে হাযবসি মপুক্লিংদ খম্নরমই। অতু নত্রগদি অহল ওইবব বহুক সাভাসিদ য়াওরোইদৌবনি।

বহুকী মথংদ স্নুব, য'দবকী লুচিংব বহুদেব ফম্নমই। অসিগুম্ব পুকচেল শেংব মীসিদ অরানব তৌখিবগী নুংঙাইতব পেন্দবস্থ মপুং কানা লোৎপ ঙমদবদগী মাগী মিৎযে'দ, মাইথোংদ ফোংদোক্লি অসিগুম্ব খংহৌদন কৌরক্তুন নৈযাম তিনবসিদগী করি থোক্লগদগে হাযদুন চিংমব শকফমতু ময়াম্ন উবা ফংই।

যুবরাজগী নাকল অমদন উগ্রশেনগী মনাওশিপা, দেবক অমস্থং মপুকচেল শেনলব ভল্লবা, লৌথুপ-লৌকোই লৈত্রব অতুম ওইনমক অকিব লৈত্রব অক্রুর ফমলমই। অক্রুরবদি চীং লেম্ব করিস্থ কাইদে। লুচিংব পুম্নমক মাবু ইকাইখুম্নব অমস্থং মখোয়গী আশাস্থ মাগী লৌশিংগী লমজিং মখাদ লৈনরি।

প্রাদ্যুতান শকফম কারদন ভুমিগ্ন ফমলমই মাগী মিৎয়েংন লুচিংব খুদিংদ পোত্থাকম খংদব মওংদ য়েংলমই। পুম্নমক মাবু ভুংশিদে হায়বসি মানা খংই অমশুং মাবু মবুংঙোন থংজদে। মনাও অসিন মাগী মনাক্ত ফমই, অচি অমনা কংশগী ভুংদ লেপই। সভা তিনব মতমদ মসি চংমবী ওইন লৈবনি। অতৈস্থ থাং চুঙ্গোই লোইন য়াওনরকই। মখোয়স্থ করিগুম্ব খর খোকম

হায়ন খন্নরমই। অয়াম্বন মিতিন অপিদ মুক্লব খর থোকনি খন্নরমই। অতুম ওনমক কংশন মোমোন নোক্লুন তরাম্ন ওকপা থেংনরমই। মীপুম খুদিংদ তোডান তোঙাম্ন কৌরমই। মখোয়গী ইমুংগী অরা-মুংঙাই রা ফাওব হংলমই।

মতুংদ ঙক্লব ওইন মাগী মপাবুং অমসুং মথুড়া অঙ্ককদ মখুং লোম্নন হায়রমই পুজ্য ওইরব ইপা ইবুংঙো অমসুং অহল ওইরব ইবুধৌ, ইচিন-ইনাও পুম্নমক ঐনা ময়াম্বু কৌজবিবসি ধম্ন যজ্ঞ অমা তৌগে নিংজরি। মসি পুম্নমক্ল য়াওবিনব কৌজবনি ঐগী ইথৌন পাম্বোমবগী পাঙ্গসদন যাম্বকী লমসি পাক চাওন শন্দোকলে। মথুরাসি হৌজিক্তি চাঙবব লৈবাক অমা ওইরনি। পুম্নমক্ল ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চংনম্বক্লব চাওরব চংনবী অমা লৈ হায়বসি খংবি-বিবনি। ময়াম্ন যজ্ঞসি নপুং কাইনবিয়ু হায়গে হায়তুন কৌজবনি।

কনা অংত্তন থুম্নদে। অহৌবদ অসিগুম্ব খোম্হোক য়াম্ন ফজবসিগী মতুংগী অর্থ করি ওইগদগে কনা অমত্তন খংনদে। কংশন মথাক্তান হায়রমই। ঐখোয়গী যজ্ঞসি চয়োল অমা তৌগনি। ঐখোয় মৈ থাগনি, ঈশৈ, জগোই তৌনি মসিগী মথক্ত ঐখোয়ন শা যণদ হৈ-শিংব উৎপ অমসুং মন শান্নবনচিংবসু উৎকনি, মতুদ অতৈ লৈবাকী মন শাম্নবসু য়াওরগনি। ঐনা শেংলব লিরুংগী যজ্ঞতু শেম শাননব অমসুং মতু হৌনবী মন্ত্রগ লোয়নন শেংদোকপ ঐনা য়াথং পিথ্রবনি অমসুং খ্বাইদগী হেন্ন লাপ্ন তেন কাপ্ন ঙম্বতুদ ঐনা পিবা ওম্ব ইকাইখুম্নব অমসুং মনা পিগনি।

লুচিংবশিংহুন কোক থর নোঙবদন মখোয়গী অয়াব ফোংদোকই, পুম্নমক তুমিন-তুমিন লৈনরমই। কংশন মখাতান হায়বমই — ঐনা হৌরগে নিংশিব যজ্ঞসিদ শাগদোরিব ফিরুংসি মী থরদন থাঙ্গংপ ওমাদোব অমসুং সিরি পানব ঙমগদোব ওইগনি। কুইস্নহু লৌবব মমাংদ যাদবকী নহা পুম্নমক য়াওহুন মখোয়গী হৈ-শিংব অমসুং মথৌন উৎপ পামই। ঐখোয় যাদবশিংসিদি কুষ্ঠি তৌনবদ ফাওরিবনি। চহুব অমসুং মুষ্টিকসি মথক থোংব লৈত্রে হায়রন ফাওরিবনি। যাদবকী নহাশিংন মখোয়গ চাংয়েং তৌবসি ঐনা পামই অমসুং যাদবশিংগী মপা মপুশিন মমিং চংলম্বহু ঙাক্লনব নহাশিংন উৎপহু পামই।

ইনিংথৌ ইবুংঙো, ইবুংঙোন ঐখোয় পুম্নমক বার্ত্তন তৌবিরকপাসি ঐখোয় য়ম্ম নুংঙাইজরে অমসুং যাদবকী লুচিংব পুম্নমক মানী মাগী তৌকম থেংকপ ধর্ম্মদ কায়দন চংকনি হায়রন ঐন থজবৈ লুচিংবশিংগী তুমিন-তুমিন্ন লৈবহু থুগাইহুন অক্রুরন হায়বমই। ঋষি মরক্তগী অথোইব নংন নংগী ধর্ম্মদগী করিগম্ব কায়দন চংকনি হায়বসি ঐন থংই। পুম্নমক ঐখোয়গী কুইরব চংনবিসি থংলিবনি কংশন হায়রমই।

অক্রুরন মোল্লুক্ল মথুং লোম্নহুন তারংই। মপু ইবুংঙো। নংস্থু ঐখোয়গী কুইরব চংনবিসি থংলিবনি ঐখোয় পুম্নমক্ল থনংসি ফোংদোকপ তাবগদি নিংথৌ মশামক কোন্নুংদগী মপান লেংথোকপ অমসুং থৌদোক অসিগী মকোক ওইব পামই। অক্রুরন উগ্রশেনদ ওনশিনলমই অমসুং হংলমই মহারাজ ইবুংঙো লেংথোকপিরক্দ্র ?

উগ্রশেন্ন তৌকম খংবতুন মচাদ য়েংলমই অসিগুম্ব অক্রূরগী অওকপ রাহংশিন মথোন্দ কন্নি থোকলব য়াবগে হায়বসি খল্লমই।

শোন্নদবনি, ঐগী ইকাই খুন্নফম ওইরব পাবুংস্থ শোন্নদন লেংখোরক্কনি। কংশন চিংনরপ তৌন খুন্নলমই। মহাক্ক কাবেন্নব মওংদ অসিমস্থ হান্নরিব মহাক ঐখোন্নগী মপুনি, মবুংঙোনি। হান্নরিব রাকমসি তিল্লিব মী পুন্নমক্ক হুমিন-তুমিন্ন তাবমই।

কংশন থোংদ য়েংলমই অমস্তুং মগধগী নিংথৌ মচাহু কাহু থাদোক্তুন চংখ্রে। খুদক অহুমক্তদ কাহুগী থোং কয়াম্নুত্তগী থাং চুঙ্গোই, লিক্রুং, তোলোরশুন পুব মগধগী লান্মী যাখৈমুক চংশিনলক্লমই। যাদবকী লুচিংব অয়াম্বন মখোযদ অশাওব মিৎয়েংন য়েংলমই। মগধগী নিংথৌ মচাহু মফমদ চংখ্রে অমস্তুং কংশগী মতুংদ প্রাদ্যুতাগী মনাও অনি লেপ্লিবহুগী হেক থ,নম লেপ্লমই।

কন্নিগীদমক ঐখোয়গী মিটিংদ মীত্তোপ পুশিনলক্লিবসি কন্নিগীনো? বহুকান হুংঙাইতন হংলমই অমস্তুং মিৎয়েং কন্ন য়েংলমই।

কংশন য়াম্ন উশিৎ থৌওইদব মওংদ নোক্লমই মখোয়শিংসি ঐন লৈবাক জয় তৌবদ ঐগী ইভেং পাংলকপ মথোন করব সিকাই মক্তনি। তৌগদৌম্বিব যজ্ঞহুদ মভেং পাংগদৌন্নিব অমস্তুং য়াওস্থ য়াওগদৌরিবনি। চানবীতুন তাবিয়ু মান মখোন্নদ হায়রমই অহুগ লুচিংবশিংদ ওনশিনলগ হায়রমই "ইচিন-ইনাওশিং পুন্নমক। ঐন ময়াম লুন্নমক খংমহনব পামই ভিতিপ্রসি য়াম্ন মথৌন লৈব লন্মিনি

মহাকসি ঐগ চহি তরানিথোই লৈমিন্নবক্লবনি। মহাকসি ঐখোয় অমত্তনি।

যুবরাজন ঐঃখোয়দ পাম্বীব করি করি লৈবিরিবগে? অক্রূরন হংলমই।

থোইদোকপ লৈত্রে কংশন হায়রমই অত্তুবু ময়ামদ শেংন হায়ববদ বাজকুমার বস্নুদেবগী মরমদদি কবিগুম্ব হায়ব পামই।

ঐগী মরমদ? বস্নুদেবন উক্তুন খুম্নমই। হোয় নংগী মবমদনি কংশন য়াম্ন থৌওইদব মওংদ খুম্লমই। নংন দেবকীন পোকপ অঙাং পুম্নমক পিগনি হায়ত্তুন ৱাশকখি অমস্নুং নংবু হায়নখিব ৱা শোয়দব মীনি হায়ত্তুন নংন হায়ব য়াখি অমস্নুং দেবকীস্নু হিংহনখি। নংহাক হায়নখিব ৱা অমা শোয়বে। নংন দেবকীগী নিপানশুব অঙাংত্তু হুবানহনখ্রে। নংগী নচাত্তু হৌজিক বৃন্দাবন্দ লৈ হায়ব ঐহাক খংলে। গৱালাশিংগী লুচিংব নন্দগী মচা ওইন লৈ হায়ব ঐহাক খংলে। মসি ক্ষেত্রি ধর্ম্মব? বস্নুদেবদ মমিং থানা য়েংলগ কংশন হংলমই।

লুচিংবশিংগী মরক্ত ইহৌ অমা থোকলমই। দেবকীগী নিপান শুব মচা হিংলিব নাবদন হায়খিব ত্তুংগী ৱা হায়খিবত্তু চুমগদৌরিব্র? মীপুম খুদিংন মশা মশাদ হংনরমই। বস্নুদেবন পিশুম শুঃক্তোক্লমই অমস্নুং অশাওবগ লোম্ননন খুমগে তৌরমই তোইগুম্বস্নুং ইকাই কুম্নফম ওইরব অন্ধকান মখুং থাঙ্গংলমই অমস্নুং খোল কল্লপন মাবু তুমিন লৈহনখি। বস্নুদেব ভাইপো অহল ওইববত্তুন খোল কন্ন মথাতান হায়রমই উগ্রশেনগী মচা। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম কায়হনবদি

নংনি। কংশসি ঙকলমই। নহাক্ন অহলসি লাক্কনি হায়ব ফাওব নিংলমদে। ময়াম তিন্নতুন ঙাংনব য়াবদি লায়বতুন মহাক্ন থই মতুদি ইকাই খুন্নফম ওইরব বহুকান ৱা ঙাংব মতমদ মবক থংন ৱা ঙাংবসি নহাশিংন তৌনদে। করিগী তৌবোইদৌবিবনো ? রাজকুমারন খুমলমই।

করিগী তৌবোইদৌরিবনো নংন হংলি। উগ্রশেনগী মচা তাও, অন্ধকান হায়বমই। "ক্ষেত্রি শাগৈগী অচৌব শাগৈদ পোকলব নংন হেক পোকপ নপাবুংবু ৱা ঙাংহন্দ্রব চুম্ব" ? দেবকী অমসুং বসুদেববু মথোয়গী লুহোংব নুমিত্ত বন্দিদ থম্লসি ক্ষেত্রিগী ধর্ম্মব ? নচনসু থোকপা মমা অমগী মচা নিপানসি হাংপ চুম্ব ? পোকপদ ঙাইবিব অঙাং হাৎপসি ধর্ম্মব ? অহলন য়াম্ন খোল শেংন লাওবমই। ঐন হিংগদব চহি থবদ মঙাইবে। ঐন নহা ওইরিঙৈ ফাওবদসু ঐহাক অশিব হায়ব লায়দু ফাওব কিবক্তে। চহি অসুক শাংবসিদ মঙোন্দ্র হায়নিংব থব লৈবদু হায়গে নংন তৌবিব অসিগুম্ব ফত্তব তৌব কন অমত্তা-তাব ফাওব তাথিদ্রি। নংন যাদব শাগৈগী মিংসি চোপহল্লে।

মহকান স্বব লৈতানা ঙাইহাক্তুং লেপলমই অনসুং মতুংদা মথা তান চৎথরমই বসুদেগী মচাগীদমক নংন করিগী অসুক য়াম্ন য়েংলিব করিগীনো ? ওইনিংব অমা ওইজসনু, লৈনিংব মফমদ লৈজসনু। নংগী নখুত্তগী বসুদেবসি ফংব য়াব অরাব ফংলে মাবু অমুক হেন্ন নৈবসি ঐন য়াদে থিংগনি।

কংশ মাগী মপুকচেল লাকশিনবসি মিকুপ অমত্তং মাংলমই। মাগী মথুক্তু খংহৌদন থাং পাইফমদ পায়বমই অমস্তুং মাগী মতুংদ লেপ্লিব প্রাত্যাতা তমস্তুং ভিতিখ্রদ হায়ফেৎ য়েংলমই।

অক্রূরন ফিভমত্তু উরমই, মহাকস্তু প্রাত্যাতাগ মিং চানন ঙাইহাক্তং য়েংলমই অমস্তুং মাগী য়াম্ন অতপ্প খোনথোক্ল হায়বমই। রাজকুমার ! নংগী অচুম্ব রাখলদগী অশাওবন পুনহলখিন্নু অশাওবদি অঙাওবনি। বসুদেবগী নিপানশুব অঙাংগী মরমদনিনে নংন খংনিংলিবসি। "হোয়"

দেবকীগী নিপানশুব মচাতু নিপানি, বৃন্দাবন্দ লৈ লৈতে হায়বসিনি নংন খংনিংলিবসি। ঐ হায়জগে। হোয় মহাক লৈ। কনাগুম্ব অমন নঙোন্দ মিনমলবদি মতু ঐনি। দেবকীগী মচা নিপাগ নন্দগী মচা নুপিগ ওন্নব শিন্নবতু ঐনি। কংশন মাগী শাওগংলক্লিব মপুক্লিংতু কন্ন খাংতুন ফায়ব তুংদ নংন তৌবনি হায়ব ? করিগীনো ?

দেবকীগী মচা পুন্নমক হাংপগী পাপতগী নংবু কন্ননব তৌবনি। অক্রূরন নোক্লতুন হায়বমই। ঐন নংবু নশান নশাবু কনজবতু পামই।

অতু ওইরবদি নন্দগী মচা কৃষ্ণসি দেবকীগী নিপানশুব মচানি হায়বসি চুমলেদন ? কংশন হায়রমই। "হোয়" অক্রূরন খুম্নমই।

মিকুপ অমতং কংশসি মাগী য়াংলেন শারু ফাওন নিক্লমই। মাবু মংহনগদব মীতু হিংলমলে। অতুম ওইনমক মান মাগী অশাওববু লাকশিল্লমই অতুগ অক্রূরদ ওনশিনলগ মোমোন নোক্লমই

অক্রূর, ঐসি অত্থক য়াম্ন ফত্তরব্র? মহু হৌখ্রব ইতিহাসনি। ঐস্থু কাওখরে নংস্থু কাওথোখ্রো। হৌজিক্তি দেবকীগী মচাহু হিংলি খংলে মহাক মফম অসিদ লৈব পামই।

করিগী মাবু মফম অসিদ লৈহনব পামলিবনো? অক্রূরন হংলমই। মহাক ধনু যজ্ঞসি য়াওহনব পামই। মহাক্কী তৌ ভম্ব কয়া ঐন তাব ফংই। ঐগী ধনু যজ্ঞসিদ মহাক্কী হৈ-শিংব উৎহনব পামই। মন শানবহুদস্থু মহাক য়াওহনগদবনি। ঐন তারিব মহাকসি অঙকপ মীনি হায়রিবসি চুম্নবদি লিরংগী চায়েংদস্থু অমস্থুং মন শানবদস্থু মহাক মায় পাকপ ভমগনি হায়ন খল্লি।

অহ! মহু নংগী চক্রির? ইকাই খুম্নফম ওইরব বহুকান হংল্লমই। করি চক্রিনো? কংশন খুম্নমই।

ঐদি য়াম্ন নুংঙাইরে, ইকাই খুম্নফম ওইরব পাবুংদি নুংঙাইবিদ্র? কংশন উগ্রশেন নিংথৌদ ওনশিনলগ হংলমই।

লুচিংবশিংহু অসিগুম্ব য়াম থোংপ খোলসি থাজনরমদে তৌইগুম্বস্থুং অক্রূরন শিল্লিব থোওংহুদ ময়াম পুন্নমক থাজনবমই।

ভগবান শিবন তৌব পুন্নমক ফননব তৌব ঙাক্তনি অহল ওইরব নিংথৌন হায়রমই। নুংঙাইরব অমস্থুং ফজবগী লাইরেম্বী।

বৃন্দাবন্দ লৈব মী অয়াম্বন নুপি নহা থায়দন মংথোয়ন তুম্নব মতম হেল্লব ফাওবদ তুম্নদন মঙ্গোলদ নব্রাগ খুনগী মী তিনফমদ পুর্ণিমাগী ফজরব থাবলগী মথাদ পুষ্প পুল্রপ ফমলগ রাবি অমা কন্ন শান্নরি। কংশন কৃষ্ণ শাগৈগী লুচিংব অক্রূর থারত্তুন কৃষ্ণ, বলরাম অমস্থুং মাগী শাগৈ-নাতৈ পুন্নমক্ক লোয়নন

অমস্তুং চহিগী পিফম থোকপ পোংক লোয়নন মথুরাদ লাক্নব বার্ত্তন তৌরকই। কংশন মায় পাক্ন লৈবাক জয় তৌব হনলকপগী ইকাই খুম্নব উৎপ ওইন ধনু যজ্ঞ পাংথোক্কদৌরি অমস্তুং মতুদ মখোয় লোয়নমক শরুক য়াগদবনি।

মথুরাদ কুম্মে ফিহোং তৌবসি মীশিংদদি য়াম্ন হরাওনব অমনি। তৌইগুম্বস্তুং য়াম্ন হঙোয়নরবা রাজকুমারদগী বার্ত্তন ফংব হায়বসি য়াম্ন ঙকপ অমনি থোইদোকপদি মখোয়ন খ্বাইদগী হেন্ন লুন তৌরব অঙাং অনিসিদ লাক্নব হায়রকপসিনি। মখোয়বুস্তু মখোয়গী মপাঙ্গল মথৌন অমস্তুং হৈশিংব উংননব কংশন য়াওহন্ব পায়স্ব য়াই। মপানথোংদ উরিবসি নত্তব মনুংদ চক্রি খর লৈরি হায়বসি অয়াম্বন থংনৈ। পাও ওইন অসিমস্তু তানৈ, মতুদি অক্রুরন হেক লাকপগ নন্দ, কৃষ্ণ, অমস্তুং বলরাম লোয়নন লোন্ন ফমিন্নথি অমস্তুং নন্দন কাতুদগী থোরকপদ মমায় মকশিল্লি অমস্তুং অকিব শকফম উৎলি। হরাওব য়াওদন লুচিংবন নোংঙান্দ্রিবৈদ গাড়ী শেম শানব অমস্তুং কংশদ লোয়পোৎ ওইনা পিগদৌব ফৌ-চেং শেম শাব লোইনব হায়রমই। মমা যশোদস্তু থেংনরমই। হায়রক্লিব য়াথংতু চপচান পাংথোক্লে। তৌইগুম্বস্তুং পুম্নমক্কী থাম্মোয়দ চিংনব অমা লৈবতুদি শুমকোক কোক্তে, নোংয়াই য়োরব ফাওবদ কনা অমত্ত তুম্বা য়াদ্রে থাবল ফরব অহিংতু।

থংহৌদন পুম্নমক্ক থংনরব স্নুংশিরব থোংলব স্নুংশিরব বাশি খোঞ্জেলন পুমনিল নিললমই। হোয় কৃষ্ণন লৈশাবী মচাশিং রাস

শান্ননব কৌরি। বৃন্দাবন য়াকায়নরক্লে। মখোয়গী নুংশিরব কৃষ্ণন পুন্নমকপু কৌরি। নুংশিরব বাশিগী খোঞ্জেলন পুন্নমক্কী থাম্মোয় য়াকায়হল্লমই। নুপি পুন্নমক নহাদ নত্তন মীয়াই চল্লবী অমসুং হন্নুরবী নুপি ফাওবদ যমুন মপান্দ চেনলমই। লিক-কোন শিব ফিরোন ওন্নবগী মতম ফংখিদে। মখোয় অয়াম্ব মশম মনা ইফা ফাই। থরন কুম-কুম দাগ য়াওদে। থরন শেংলিব শারি খোমজিনব লাকনৈ অমসুং পুন্নমক কৃষ্ণন কৌরিব মায়কৈদ য়াবমথৈ থুন য়ৌনলব লাকনরমই।

হোয় মান কৌরি — অমসুং মাদি হয়েং নোংডানলমদাইদ চংখিগদৌরি। রাধাসু কৃষ্ণ হয়েংদি চৎখ্রগনি হায়বসিগী পাও তারমই। মাগী ফমুংদ মথনত তুম্ব য়াদন ওন্দুন লৈরমই। মতমদুদ খংহৌদন বাশিগী খোঞ্জেন তারমই। মথংগী মিকুপ্ত মহাক ফমুংদগী চোংথোরকলে। কাচিন্দ লৈব মাগী খোংজি লৌরে অমসুং মশম মনা ইফা যাই মমুন্দগী চেনথোরক্লে। মাগী কহাইন কৌরি — মাদবু কৌবনি। নহা অহল থায়দন পুবদ রারব মখোয়গী হকচাংগী অরুম্বদু পুতুন গুমহৎনবগী মশক ওইরব মুরলীগী খোঞ্জেল মখোয় পুন্নমকপু কৌরি, চিংশিনলি। রাসদ থোওইরমদব নিপাশিংসু ডক্কুন হৌগৎনরমই অমসুং নুপিশিংগী মতুং ইন্নরমই। মখোয়ন মাগী হৌনশ ওইরব মখোং কারন চন্দুন তুংরেল মপান্দ লেপলগ নুংশিরব বাশি খোংবদু তাবদ পুন্নমক্ল তান চান খুবাক খুরমই অদুগ পুন্নমক্ল থাই, থাই, থাই হায়ন লাওরমই।

খোংজিগী মখোলন পুমনিল নিল্লে ধুলোক থিনলে খুংক-খুংক শন্নরে। নহা পাখংনচা অমসুং লৈশাবী মচাশিংন চাওন কোয়শিনলে অমসুং অপিকপ মকোয় অমসু কৃষ্ণবু কোয়শিনলগ কোয়ন কোয়ন চংলি। রাধাদি ময়ামদু থাদোক্লগ মাগী মনাক্ত লেপল্লরে। চাওথোকচব অমসুং হরাওজবগ লোয়নন মাগী পিক্লব থবাক্কী মরুম্বদু মর হোনদোক হোনজিন্দ থক-থক নিকন নুংঙাই-জবগী নোমোন ভৌব চিন্বানগ লোয়নন মাগী কহ্নাইগী মশকপু মুন্ন য়েংজদুন রাংলব নুংশিজব উচ্চরি।

মতুংদ কৃষ্ণ মাগী বাশিদু মখ্বাংদ য়েপশিনখ্রে অমসুং রাধাগ লোয়নন রাস শান্নব হৌথরে। মখোয়ন ঈশৈ শকলমই জগোয় শারমই ময়াম পুন্নমক জগোয় শারিবদুগ তান চানন নুংঙাইবন ঙমখৈ য়ৌন থাই, থাই, থাই হায়ন খুবাক খুরমই। জগোয় শারিব কাংবুদু কোয়ন কোয়ন লৈরমই অমসুং থংন-থংনন অমুক-অমুক মফম লোংলমই। মখোয়গী মখ্বাংদ থেংপ চৈ অনি লৌথোক্লে অমসুং অমগ-অমগ ফুনরদুন তান থারগ থুন থুন লৈনরমই। ময়ামদু নুংঙাইন কোয়রৈ লৈদুন খুবাক খুদুন থাই, থাই, থাই, থাই, থাই, থাই হায়ন লাওরমই। অতিয়া অমসুং পৃথিবী কোয়রৈ লৈরে। থানা নুংঙাইরদুন নুংশিবগ লোয়নন অকাশতা য়েংলি। যমুনাসু য়াম্ন নুংশিন ঈচেল নাইন নুংশিন ঈশৈ শক্লি। লাইয়ামসু নুংঙাইরদুন থাবলগী মশক ওইরব লৈরাং চাইথরি।

নুংঙাইমনখিদুন পুব ঙমদ্রদুন গোপি থরদি রান্থব য়াওথরে। থরন রামনখ্রদুন কোইরম্ব পরেংদগী চথোক্তুন পোত্থাখ্রে। রাসকী

ফজবত্থু কায়রে। পুম্নমক স্বর ৱান হোন্দুন অমস্তুং নোক্লুন পোখ্‌খানখ্রে। অয়াম্বন মমিং ফাওব পাংনিংদ্রব মতমসিদ জঙ্গল-লোমদ চংননব লম্বী অমা লৈব মায়কৈদগী, ময়াম্ন লৈনরিব অতোপ্প অমদগী বাশি খোংলকপ মখোল তারে। মখোয়গী মরক্তগী অমুব মমি অমা হৌগৎখিবগুম তৌই অমস্তুং বাশি খোংব মফম তান্ন চেনশিরমই। মীওই অনিথক্কুনি জঙ্গল চংখিবত্থু উখিদ্রে।

মসি করিনো হায়ব মীওই থুদিংন খংনৈ থম্মোয় থরদি অপাম্ব মওংদ কল্লকপ থম্মোয়দ পোকই। তৌইগুম্বস্তুং কনামক্ত লেংদে অমস্তুং খংলবা উরব ফাওবদ উদবগুম তৌনৈ। শেংন মুংশিনবগী ফজবত্থুদ পুম্নমক ইকাই খুম্নে।

রাধা নং য়াম্ন চোকথরম্লগনি হায়ব ঐহাক খংই। নহাক নখোং থাংব থোক্লমলোই ঐ পোবীগে, কৃষ্ণন হায়রমই। রাধা মত্থু তাবদ রাধাগী মমায় মমিং হুমাং কারমই। তৌইগুম্বস্তুং ইকাইব হঙ্গোইবন হৌনশ ওইরব মুপিগী লৈতেং ওইবন মত্থু য়ারমদে। ঐহাক চংপ ঙমজে রাধান খুমলমই। নত্তে, নহাক ঙমগ্রবনি ঐন নংবু পুব পামই, কৃষ্ণন হায়রমই। অদুগ মখুক্ত থাঙ্গৎখ্রে। রাধাত্থু মুঙাইজবন পাখক্তুন মশা পুম্নমক হুমাংন চোংলমই অমস্তুং থম্মোয় তিং তিং চোংই, অমস্তুং হায়ফম খংদন হরাওজরমই। মাগী পাম্বোমদ চংজরগ মকোক্ল লেংবান্দ থমত্থুন পোখ্‌খারমই।

মসিন করি তাকপনো হায়রবসি মী খুদিংন খংই মী থরদি কনা অমত্ত লেংনরমদে। খংদব ঙদবঙম তৌরমই। শেংন লুং-শিনবগী ইকাই খুম্নবস্থু পুন্নমক্ত তুমিন্ন ঙাকলমই। উগী উষাশিংদ পাল্লিব উনাশিংনস্থু নুংশিৎন হুম্বদ হায় হুমলম্বদগী মাগী মঙালদু লম্বীদ অমুক ঙানব অমুক মম্ব মরক্তুদ কৃষ্ণন খোংথাং চেৎন চৎলি অমস্তুং অশিংগুম্ব অমম-অঙান মরকসিদ কৃষ্ণন মাগী মমিং কুপ্পুন য়েংবদু রাধান উরমই। মাগী মশা পুন্নমক নুংঙাইবগী ঈথক তৌরমই অমস্তুং মাবু কোল্লিব মথুং অদুদ নুংঙাইবগী ঈহৌ লৈরে হায়বস্থু মানা থংলমই।

" রাধা " কৃষ্ণন হায়রমই।

" কহ্নাই " রাধান খুমল্লই।

ঙসিদি অহিং পুন্নমক্তগী অথোইব অহিংনি কৃষ্ণন হায়রমই। " হোয় " ঙসিসি অঙকপ রাখলনি। রাধান খুমল্লই। নংস্থু হায়-নিঙাই লৈতে। ধায়া অমুক হেম ঙকপদি কৃষ্ণন মাগী মকোক নোম্থরমই অমস্তুং মচিনগ মচিনগ চুপনরমই। রাধান হায়যম খংদন নুংঙাইবন থুমহৎখিদুন মমিং উইশিন্দুন পুক্লিং রাখল পুন্নমক কৎথোকলমই। রা ঙাংদন মানা মঙোন্দ কোনজরমই। মাগী থম্মোয়গী মিহুন তিং তিং হুল্লমই। খোংফম চেৎলব কৃষ্ণগী খোং-থাংদুম অকংব উনা-রানদ থেংবদ প্রোক প্রোক লাওন মখোল থোকলমই।

কহ্নাই — মতম পুন্নমক্ত অম্বম তৌবিগদ্রা ? রাধান হংজরমই-মতম পুন্নমক্ত নুমিৎথান থোক্লিমখৈ কৃষ্ণন খুমলমই। মতম

পুন্নমক্ত ঐবু কাওবীয়োইক্ল ? রাধান হংজয়মই। করম্ন কাওগনি। নংদি ঐগী নুংঙাইব পিব লাইরেম্বীনি, কৃষ্ণন থুম্নমই। মখোয় হৌজিক মরূপ মপাংশিংদগী খর লাপ্লব অহাংব মফম অমা য়ৌরে। থাবসন পুমণ্ডাল ঙাল্লে অমসুং তুরেলন ইরংলংন চেন্থ্রি। মহাক্ত রাধাবু নাপী নিংথিন হৌব থোংলব খোংনাং মখোং অমদ তপ্পা ফমহল্লে অতুগা মাসু মনাক্ত ফমলে। থরাই হকচাং পুন্নমক য়াওব হায়ফম খংদব অমা নাম্বোকথিনি মতৌগুম মঙকশমদ কোনশিন-লিবতু হৌজিক ফাওব থাদোক্তি। থিংব ঙমদ্রব অপাম্ব ঈহৌ অমগা কোয়নন মচিনগ মচিনগ থেংনখ্রে অমসুং থরায়গ থরাইগ অমত্ত ওইন পুনশিনখ্রে।

রাইেন কোদোকপ ঙমদ্রব অপেনব মুংঙাইব অমা অনিন অমত্ত ওইব অকনব ঈথক অমা হৌথি।

মিকুপ খরগী তুংদ রাধা ফমলে ইফা-ফারব মশম পুনশিমলি। "কহ্নাই" ঐখোয় করম্ব মতমদ লুহোংগদগে ? ঐদি নঙোন্দগী লাপ্ন লৈবসি খাংব শুকঙম ঙমদে।

কৃষ্ণন মাগী মমিত্ত য়েংলগ মোম্মোন তৌরমই, ঐখোয় মতম পুন্নমক্ত কায়নব লৈরোই। ঙসি গন্ধর্ব বিবাহ তৌখ্রে। পুক্নিং হকচাং থরায় পুন্নমক পুনখ্রবনি। জ্ঞান য়াওদব বা ঙংবিমু। করম্ন ঐখোয় গন্ধর্ব বিবাহদ লুহোংগদৌরিবনো ? রাধান হংলমই। মিকুপ খরগী মমাংদ ঐখোয় লুহোংখ্রবমি। চুমদ্রনে ? কৃষ্ণন হংলমই। ভৌইগুম্বসুং ইবুংঙোদি নিংথৌ শাগৈ নত্তেদন রাধান হংলমই। কৃষ্ণন নোকলমই অমসুং মমিত্ত চুপলমই। রাধা ঐসি নিংথৌগী ঈনি হায়ন থল্লো, কৃষ্ণন কয়েমন হংলমই।

ঐগী কহ্নাই, মতম পুন্নমক্ত নংদি ঐগী নিংথৌনি, নংসি ঐগীদি গোবিন্দনি, সন পুন্ননক্কী মপু, অমশুং নংনা মতম পুন্নমক্ত অশুম লৈবসিনি ঐনা পামজবদি।

রাধা রাধা, ঐসি গল্লালা নত্তে নিংথৌগী ঈনি অমশুং নংনা ঐগী নিংথৌ মচানুপিনি কৃষ্ণন হায়রমই। রাধাসি ওকলমই অমসুং হারিব রাকমসিগী অচুম-চুমদ খংননব কৃষ্ণগী মায়থোংদ মুন্না য়েংলমই।

রাধা! ঐঙোন্দ অদুম য়েংগম্ব। হয়েংদি ঐহাক মথুরাদ চৎকদৌরি হায়বসি নহাক খংলবনি। থুনা হনলকপ ওমদব য়াই নুমিৎ থর চংলগনি কৃষ্ণন হায়রমই।

নত্তে, নত্তে, মহাক থুনা হনলক্কনি, ঐগীদমক থুনা হনবিরকউ রাধান হায়জরমই!

রাধা! ঐন নংবু অসিদ পুরক্লিবসি অথুপ্প রা অমা হায়গে হায়দুন ভৌবনি। অদুম ওইনমক জগৎ পুন্নমক খংনরগনি যদু শাগৈগসি চহি মকম খংদন মীখ পোন্দুন থাক্লবনি। নারদনা হায়খিবদুনি ঐন যদু কোকহন্নবগী খুৎতু ওইগনি। মাগী খোন্থোক্তু চিংলেম্ন হায়রমই।

রাধান অকিবগ পাখৎপগ লোয়নন মঙোন্দ য়েংলমই অমসুং ঙাংজরমই। কহ্নাই! হৌজিক তাকপিখিবদু করিনো? অমুক্তগ তাকপিখো।

তাবো! নারদ মুনিন মমাংতৌদ হায়রমই মদুদি নিংথৌ মচানুপি দেবকীগী নিপানশুব মচানিপাদু যদু শাগৈ কল্লনি অমসুং কত্রব কংশ মাংহনগনি।

হোয় ঐস্নু মন্থুগুম খর তাজখ্রে। নিপানশুব অঙাংন্থ ঐনি, কৃষ্ণন হায়রমই "নংহাক—মংহাক" কিখিবগুম তৌন মহাক চংথোখ্রে। "হোয়" ঐসি পাবুং বাস্নুদেবন হেক পোকপগ গোকুলদ পুবিয়কপনি অমস্নুং অতোপ্প পাবুং নন্দদ শিন্নয়ঘমি। বলরামস্ন খ্বাইদগী অথোইব স্নুর শাগৈগী ইমা দেবকীন পোকপনি মাস্নু ইমা রোহিনীগী মচা নত্তে।

বস্নুদেব! ঐখোয়-ঐখোয়গী পুকচেল চাওরব নিংথৌমচা ... ... রাধান মথন্ত ওক্তুন মমিৎ লাওথোক্ল শোঞ্জরমই.......... ইবুংঙোন ... ... ... ... হোয় ঐসি মাগী মচানি বলরামস্নুনি। ঐখোয়বু অসিদ পুবিয়ক্লিবসি কংশগী অশাওবদগী কন্ননবগীদমক্কনি। রাধান পাওসি তাবদ ওকথ্রদুনা মমিত্তু তরংদ য়েংদুন লৈরমই।

হোয় মহাক লিরুংগী যজ্ঞ অমা তৌগদৌরি মতুদ ঐখোয়বুস্নু য়াও হায়রি। ঐখোয়বু হাংকে হায়দুন হোৎনগদৌরিবনি। কৃষ্ণন তপ্প হায়রমই।

মহাক কত্তব মীনি। মহাক্ল ইবুংঙোবু শোয়দনা হাৎপ পামগনি, রাধান তপ্প হায়রমই। মহাক্ল হায়রিবদু শোয়দন পামগনি তৌইগুবস্নুং মান ঐবু করিমত্ত তৌব ওল্লোই হায়বসিস্নু ঐন খংই। "ওহ: মান মংবু হাংকে হোৎনরবদি নহাক করি তৌব ওমগনি" রাধান হংলমই, মহাক্ল ওমলোয়, ধর্ম্ম কন্ননবগীদমক ঐহাক লাকপনি হায়বসি পুন্নমক্ল হায়নৈ। ঐস্নু ঐগী খশ্নোয়দ মতু খাজৈ। ঐহাক মতুগীদমক্ত পোকপনি। ঐন শোয়দন ধর্ম্ম ওাকনি অমস্নুং কত্রব মীখ পোনবদগী ঐন শোয়দন মতু শাগৈবু কনগনি।

ৱাধান ময়া কানা তারমই অমস্তুং অমুকসু উমশিনলমই। কায়রব থম্মোয়ন হিক্ক-হিক্ক কপ্পুন কৃষ্ণদ পাইজরমই অমস্তুং তুমিন্ন হংজরমই "নংন চত্তব য়াবা করি পাপ্পে লৈরিবগে" ?

মিকুপ থর কৃষ্ণ তুমিন লৈরমই। মতুংদ মানা হায়রমই লৈতে, করিমত্ত লৈতে। মথুরাদ ঐ চংপা তাবনি, মসি ঐগী ধর্ম্মনি। ইশা ইথন্তদ ঐনা হংজৈ ফত্তব মীভোন্দ্র ওং-নৈব কিহনবন-চিংব মীবু ঐনা করিগী মাংহনলোইদোরিবনো ? হৌজিক ফাওবদি অসিগী ৱাখলত্তু ঐনা থৈদোক্তুন থম্বনি হৌজিক্তি ঐহাক মত্তু তৌদব য়াদ্রবনি হায়বসি খংলে।

মপি তারকপনা মহাক্তু পুন্নচোং চোংন মমায়ত্তু খুমজিল্লগ হায়জরমই, ঐদি কমদোব ইবুংঙো লেংখ্রগদি ঐনা ত্তোগদব করিনো ? নত্তে নত্তে, শোইদ্রবনি। কংশসি য়ান্ন হিংচা ৱাই-তম্ব মীনি।

রাধা ! ঐগীদি করিমত্ত কিরুম্নু। কংশবু শোয়দন মাংহনগনি অমস্তুং ঐখোয়গী মীশিংসি ধর্ম্ম কাইদন লৈগনি। নং নথন্ত করিগুম্বদ লৈরোই। ঐগী ইথৌ লোয়বগ ঐহাক হনলক্কনি নত্রগ নংবু মথুরাদ কৌরক্কনি। নংনা হৌজিকমক ওইরিবসিগুম্ন ঐগী পুন্সিগী নুংঙ ইবগী হৌরকফম মতম পুন্নমক্ত ওইগনি মাবু থম্মোয়দ চেংজং কো৹শিনলমই।

অনিমক তুমিন-তুমিন্ন লৈনরমই। মতুংদ রাধান য়েংথংলমই অমস্তুং মথন্ত শোঞ্জরগ হায়জরমই "কহাই" ! নং শোয়দন মথুরাদ চংলগনি, শোইদনসু মায় পাক্কনি ঐনা খংজে। ঐনা নংসি লাইমক্লি হায়ন মতম পুন্নমক্ত ঐনা খঞ্জগনি। মথোয়ন

নংবু নিংথৌ ওইহনগনি ঐনা থংজৈ। নহাক অঙকপ ফংন নতিক নগুণ লৈগনি। মীন নংবু খুরুমগনি অমস্তুং পুক্ত তৌনগনি। নংন নিথৌশিংগী মরক্ত লানঙম ফিরাল থেত্তুন কনবীব ওইন চংকনি। রাধান হায়জরমই।

অত্তুগ নংনা ঐগী মহারাণী ওইগনি পুন্সিগী থাদোক্লব লৈররোইদৌব মহারাণী ওইগনি। রাধা মিকুপ থর তুমিন্ন রাথল তৌরত্তুন লৈপাক্ত য়েংলমই অত্তুগ মতুংদ মকোক্তু হায়রমই, নত্তে কহ্নাই ঐদি তোল্লবী গরালিনী অমনি ঐহাক রাণী ওইব মতিক চাদে। নিংথৌ মচানুপিন থল্লব অচৌ-অশাং মরক্তুদ লৈবা মতিক চাদে। নংবু পুক্ত তৌব অচৌ-অশাং অমস্তুং নংগীদমক্ত থরায় কথোক্কে হায়ব মরক্তুদ ঐদি চংনরোল থংদব হৌন থংদব খুঙ্গংগী অপাঙবী নুপি অমা ওইগনি।

নত্তে নত্তে, নংনা ময়ামগী মরক্ত তোমথিন ওইব মণি ওইন লৈগদৌরিবনি কৃষ্ণন হায়রমই।

রাধান মকোক হায়রমই অমস্তুং তুরেলদ মুন্ন য়েংলগ হায়রমই অত্তু ওইরগদি নংসি ঐগী কহ্নাই হায়বত্তু ওইররোই। নংদি মতিক মগুণ লৈরব নিংথৌমচা ওইরগনি। মকোক্ত লুহুপ উপ্লগনি, খুংলায়ন লৈত্তংগনি। লানদা চংকনি। মীনুংশি থংদন মবুকচেল কনব তমস্তুং ঈ-নায় তাহনব পাম্ব মীগ লোয়নগনি। নত্তে, নত্তে, ঐদি মত্তুদ পোংলুম ওইগদৌরিবনি। ঐসি মতমত্তুদদি নংগী থম্মোয়গী নুংঙাইব পিবা হায়বত্তু ওইররোই, নংগী হকচাং অমা ওইবত্তু ওইররোই। রাসতা নংগী শরুক য়াজবত্তু ওইররোই।

কৃষ্ণন তুমিন্ন লৈরমই।

মহাক্ক মথা তানা ভূপা ইংন হায়রমই — "কহ্নাই"! ঐনা নংগী থংম্মোয়দ অব্বাব পিনবদি ভাকপিয়ু। ঐহাক মথুরাদ নংগ লোয়নন লাকপ য়ারোই। ঐগী মিত্ত উজব কহ্নাইদি লমলক্কী লৈরাং মনাদ চিন্ননি, মথুক্ত রাগী চৈশু পাইবনি ষণশিংবু ষণজাবুদ হোয়-হুনা পুবনি। মথুক্ত বাশি পায়বনি। মথৌন লৈব অকিব লৈতব মীনি। মোমোন লোকপন মাগী শকক্ম ওইবনি। ইবুংঙোন নিংথৌমচা ওইবতু ঐগী মিংন য়েংজব ভমলোই, ঐহাক মথুরাদ লাকপ য়ারোই। মহাক্ক মশা থক-থক নিক্ক কৃষ্ণদ কোনজরমই অহুগ হিক্ক হিক্ক কপ চরমই।

অশেংব কিভমতু উৎপ ওইন রাধান মথা তান অমুক্ক হায়ভরমই — কহ্নাই, ঐনা হায়জরিবসি মুন্না অমুক্ত তাবিথো। মহাক বৃন্দাবন্দ অদুক হনলক্করোই হায়বসি ঐনা থংই, লাকপ থোক্কবসু ঐনা নুংশিজব মাগীদমক্ত হিংলিব ঐগী কহ্নাই হায়বতুদি ওইররোই। ঐদি অসিদ অমুম লৈজগে। ইবুংঙোগী ইমা পাবুংগী মসা তৌজগে। মানা কপ্পা থিংনমব লাক্কবমই অমসুং মংদ রা ভাংবগুম্ন মথা তানা হায়জরমই।

"মুমিং" মুনিং খুদিংগী ঐনা হৌজিক তৌরিবসিগুম্ন নুংশিরব যমুনা মপান্দ চংচগে থাংবদ রারব কায়নবগী থংম্মোয়গী মৈচাক্ক লোয়নন নংগী থোংথাং ভাইজগনি। নংগ ঐগা লোয়নথিব উমং কয়াদ, লমহাং কয়াদ চৎকনি, মথোয়গ নংগী মরমদ রাত্রী কয়া শাগনি অমসুং নংনা চিনলম্ব লৈরাং কয়া পিবিগনি। মহাক্ক মতম

খর পোত্থারে অতুগ মথা তানা হায়রমই — ঐনা করিগুম্ব মথুরাদ লাকপ থোক্লবস্থু যাদবকী নিংথৌমচা কৃষ্ণতুদি ঐনা মশক খংবা ঙম্লরোই। অসিদ লৈরগদি মতম পুন্নমক্ত নংগ লৈমিন্নব ঙমজগনি। নংন নুংশিব উমং-ব্রামং হৈকোল-লৈকোন কয়াদ ঐনা নংবু তত্তন উজব ফংজগনি। নংন নুংশিজব উচেক, শাজি থোংব থোঞ্জেল কয়াদ ঐন নংগী নথোল তাজব ফংজগনি। লম্বীদ তারিব, নংনা নেংথিব উফুল কয়াদ নংন চেন-চোংতুন খুনিং কাংন চংথিব কয়া তাকপিগনি। শিংলিব নুংশিংন উনাদ য়ৈবদ থোরকপ মথোলন নংগী পাও পুরক্কনি। কহ্নাই নংন হৌজিক লৈরিবসিগুম্ন মথোয়ন নংগী ঈশৈ শকপ য়াই। রাধান হায়জবমই।

মতম খরা মথোয় অনিমক তুমিন্ন লৈরে। কৃষ্ণন অরাপ্পদ য়েংবগুম্ন তৌরগ অকাশত য়েংলমই। মানা মাগী পুন্সিগী তৌ-গদবত্থু মানা উরমই অমস্থুং থোঞ্জেল শেংন হায়রমই —"রাধা" নংনা হায়ব চুমই। ঐনা নংবু মথুরাদ লাকহনিংলবস্থু ঐনা হৌজিক ওইরিব মওংসিদ ওইররোই হায়বসি ঐনা খংলে ঐগী থম্মোয়গী নুংঙাইব পিরিব লৈরাং নংস্থু ওইরিব অস্থুম্ন ওইব য়ারোই। নংদি নুমিং থোরকপদ ইংন পুন্নমক্ত নুংঙাইব মঙাল পিবগুম্ন নুংঙাইব শন্দোক্লব পোক্লকপনি।

কৃষ্ণন মতম খরা তুমিন্ন লৈরগ মথা তানা হায়রকই রাধা! নংন লাক্লগদি হৌজিক ওইরিব বৃন্দাবনসি ওইররোই। নংগ লোয়নন হৌজিক্তি নংন মন্দির ওইরবনি। নংন নুংঙাইব অমস্থুং নুংশিব হায়বতুমক্কী লাইরেম্বী ওইরবনি। লৈহৌরিব নংবু নিংশিংলগ

ঐন পুন্সিগী অনৌব রুংঙাইব ফংগনি অমসুং জগৎসিন লৈরিব-মখৈ মুপি নুপা পুন্নমক্ক নংবু নিংশিংলগ পোকপগী মহয় য়ানব পুন্সি ফংগনি।

কৃষ্ণন অমুক রাধাবু কোনখৎপিরে অমসুং মহাকসু মতম পুন্নমক্ত হিরু-হিরু কপ্তুন অণ্ডাং মচাগুম্ন য়ানিজরমই। ঐগী কহাই, ঐগী লৈজব পুন্নমক নঙোন্দ পিজরে। অরোইব থৌজাল অমত্তংদি পিনবিয়ু। নংন চংখ্রব মতমদ নংগী মুরুসিদদি ঐঙোন্দ পিবিরমউ। নংদি নিংলৌমচানি, ঐদি গরাংলা নুপিনি। কনানসু ঐবু ইকাইব খংদবিনি হায়ন খুদোম্বী থিনব ওয়্রোই রাধান হায়রমই।

ঐ থংলে ঐখোয় গুরু সন্দিপনিগী মনাক্ত চংলুখিগে। ঐখোয় মৈন শাপি ওইরগ লুহোংগনি কৃষ্ণন হায়রমই। মুরুসিগ নংগ অমত্তনি মান নংগ মতম পুন্নমক্ত থাদোক্লদন লৈগনি।



# "কৃষ্ণনা মথুরাদ চৎপা"

পিফম থোকপ কোর (খাজন) গা লোয়নন গাড়ীদ ইল্লগ নন্দ অমসুং মাগ লোয়নন গরাংলাশিংত্থু মথুরা থাদোকপদ খোংন লাক্লে। অক্রুরন মাগী শগোলশিংথু ইরুজখোকপিরে, ঈশিং পিথক্লে অমসুং শেম-শাব লোয়রগ বৃন্দাবনগী খুনজিন্দ ওাইদুন লৈরি।

কৃষ্ণ অমসুং বলরাম বৃন্দাবনগী মীপুম খুদিংদগী বিদায় লৌনরি তৌইগুম্বসুং মখোয়বু সুংশিরব বৃন্দাবনগী মীশিংদি মতুনসু পেনব ওয়মদে। মুপি মুপা অঙাংখাক্তন অমসুং কৃষ্ণগী য়াম্ন সুংশিনব মপ লাব অমোম কয়াসু পুথোক্তুন বিদায় লৌরি। অক্রুরন গাড়ীদ লেপ্লগ মথুরাদ চৎলোয়দব বৃন্দাবনগী মীশিংগী মরক্ত কৃষ্ণন রাহোং মতু থেক্তুন লাকপা অমসুং বলরামন মীয়ামদগী হেন্দোক্ত রাং চাওবগী শকফম থংব চুন মওংদ লাকপতু উবমই। অতুং অনিতু অক্রুরদ দন্দবৎ তান খুরুমজরমই অমসুং মহাক্তসু মখোয়দ মঙ্গল পিরমই। মতুংদ কৃষ্ণন মীয়ামগী মখাংদ তিক্ত কপ্পুন লৈরিব মমা যশোদাদ কৃষ্ণন মমাগী মখোংদ ভুরে অমসুং খুরুমজরে মখোংগী উতুল লৌরগ মমিত্ত হাপচরে। মহাক্ত কৃষ্ণবু কোনখৎপিরে অমসুং মাগী মথরাইগুম থন্দুন চেক্তেৎ কোনশিললমই। মতুংদ মান বলরামু কোনবিরমই।

রাধাসু মাগী নৌন লুহোংঙ্কপগী ফিজেত্ত যশোদাগ লোয়নন লৈবমই। মমায়ত্ত নৌন লুহোংঙ্কপ মুনিগী হৌনপ ওইব ইকাইব মওংদ শারীন মমায় খুমজিনজরমই। পুন্সি চুপ্প মাগী লেংদ্রব ধর্ম্ম কায়দ্রব মাগী মনায়দ ওইদুন লৈরগদৌবনি হায়বসিগী রাখলদ রাশকপ মওংদ নোংমংব মরক্ত অহাংবদ সুংশ মণ্ডল লাকপগুম মরক মরক্ত মঙোন্দ মুমন্নুন য়েংজরি অমসুং অনিতু থংনব মওংদ অরোইব বিদায় পিব ওইন মোমোন-মোমোন তৌই। অহল-লমন অমসুং মীয়াম তিনবন অসিদগী হেনব বিদায়দি য়াখিদে।

অরোইব বিদায় ওইন যণ অমমম-অমমমদ নানবিব অমসুং মখোয়নসু মভোম্দ থেং ভাব তৌরগ কৃষ্ণচু মমায় ওন্থোকখ্রে অমসুং চৎখ্রে। পুন্নমক মমিত্ত মপি তারমই অমসুং চিংন-চিংন য়েংন-য়েংন বলরামগী মখুৎ পাইতুন শগোল গাড়ীদ কাখৎখ্রে।

অক্রুরন শাজৈ থারে। থিংব রারব শগোলশিংচু চেনখ্রে। কৃষ্ণ অমসুং বলরাম, চেল্লিব গাড়ীদগী মুংশিন বিদায় তৌরিব মীরামদ গাড়ীদগী চিংন-চিংন য়েংলমই অমসুং মখোয়গী থোংলব থম্মোয়ন মিকুপ থরদি মখোয় লৈ হায়ব ফাওব কাওরমই। থুন চেনথিবদগী মথং-মথং উবদ রারব শগোল গাড়ীদ রাধান চিংন-চিংন য়েংজরমই অমসুং লম্বী থেকপদগী গাড়ী উথিদব মতাংদ যশোদাগী মখুৎ পাইগে হোৎনরম্রগ থাংব ডমন্তুন মহৌশ ওইব নত্তব মওংগী খোম্থোক্ত লাওরম্রগ রাম্বখ্রে।

অক্রুরন মীয়ামগী মুংশিনবগী বিদায়চু উরকপদ মাগী থাজব থর মাংলমই খোইরপ তৌব মশমু জগোয় শাবগুম তৌরব অমসুং মকোক্ত রাহোং মতু থেংপ হায়নিংঙায় হৈতন ফজথ্রব অঙাংশিন অমসুং অপেনব লৈত্রব চুং কিরাল চান পানথ্রব হায়নিংঙাই লৈতন ফজথ্রব অঙাংশিন পুন্নমক্কী অরাব কোকপিগদৌরিব মীচু ওইগদৌরিব্র হায়বদি অক্রুরগী চিংনব পোক্লমই। মরক-মরক কৃষ্ণগী ওইথোক্লরোইদব অঙকপ পাও তাবদ মান হিংলিবসিগী থৌদাং থর পাংথোকপচু নিংব শোইদন থুংলগনি থল্লমই। তৌইগুম্বসুং অঙকপ থবকশিংচু পাংথোক্লিবচু অঙাংশির নত্ত্রগ মাগী ময়াম্ব রাং চাওরব মপাঙ্গল কল্লব চহি তরানিপালগী কল্লব

পাখং অমগুম্ন মপুং কারব নহাসিন ওইগদৌরিব্র নত্রগ তারিব পুম্নমক্কসি পংঙাং ঙাংনব রারা ?

কৃষ্ণসি বৃন্দাবনগী লৈশাবী পুম্নমক্কী মুংশিব অমসুং মুরলী খোংহুন পুম্নমক্ক রাস শান্নে হায়বসু হায়নৈ। অহিংদ খুঙ্গংগী মুপি অমা লুহোংনব শিনখিব অদুন মুপিদ মপুকচেল পিকই তাকপ অ.সিন মথৌন লৈব অচৌব থবক কয়া তৌরক্কনি হায়বগদি চুনদে। মতম পুম্নমক্ক মাগী শিষ্যসিগী মরমদ থাগত্তুন ঙাংলিব গর্গাচার্য্য লালব তায়। নারদন তুংগী হায়রম্ব অমসুং ব্যাসমসু শোয়রোই রাশকখিব মহু পাংথোক্লবগী কদাইদগী থৌন লাক্ক-দৌরিবনো ? মাগী চুং ফিরাল চান ফজন শেম্লকথ্রব নিংথিরব মশাগী শকফম খিভমসি নত্তন ভগবানগী শক্তি মানবদি অমত্ত য়াওব উদে।

কৃষ্ণন অক্রুর য়েংলগ মোমোম-মোমোন তৌরমই। অহল ওইরব অক্রুরন খনলমই মান নোকপসিদ মচিনসু মমিৎ অমসুং মখজাই য়াওন মমিৎ পুম্নমক য়াওন নোকপদগী পুম্নমক শুমহৎনব ওই। অক্রুরসু মান নোকপত্তুদ নোক্কব ঙমলমদে।

খুরা ইবুংঙো! পাবুংহু করম্ব মতমদ মথুরাদ য়োগদগে ? ঐখোয়গী মাংদ থুংগদ্র নত্রগ মখোয়ন হানগত্র। কৃষ্ণন হংলমই। মখোয়দি মুমিদাংবাইরমদ থুংলগনি। ঐখোয়দি ঘতিকা নিপাল লোমগী মমুংদ থুংলগনি। শগোলসি য়াম্ন য়াংই। অক্রুরন খুম্লমই।

শগোলসি য়াংন চেল্লগ ঐহাক নুংঙাইজৈ বলরাম্ন হায়রমই। মাগী চাও শাংলব মশাহু নুংঙাইতন থুপচিন্দুন ফমবহুদ য়াম্ন নুংঙাইরমদে। ঐখোয়ন য়াংন থোরবদি ঘতিকা মরিদ থুংব ঙমগনি থুরা ইবুংঙো! খুরাদি শগোলসে য়াংন থোদে।

অক্রুরন মহুদ অর্থ লৈন নোকফেং তৌরমই। অনিসি কয়াদ থেন্নথ্রবনো? অমন চহিগ চানদন রাং চাওব হেল্লিব, অহানব ওইন শগোল গাড়ী তোংব ফংবসিদ য়াম্ন নুংঙাইজরি। মনাও নিপাসিন মপুক্লিং লাকশিনলীব অমসুং থোক্লক্লিব থোদোক পুম্নমকসি মপুন্সিদ হান্নন থেংনবগুম্ন তুমিন্ন য়েংহুন লৈ।

অহুবু থুরাইবুংঙো! পাবুং অমসুং অতৈহু থুংদ্রিবৈদ ঐখোয়ন হান্ন থুংব চুহ্ব? কৃষ্ণন হংজরমই। ঐন গাড়ীদ লাকচরিবসি খুরাইবুংঙোন পাম্বীবহুদ য়াজবনি। থাঙ্গৈশেংবদি পাবুংখোয়গ যণ গাড়ীদ নত্রগ খোংন চংপ পামজবনি।

অক্রূরদি য়াম্ন মীনুংশি থংব মীনি অমসুং নন্দগী মরমদ কৃষ্ণন ঙাংবহুদ মাগী থম্মোয়দ পাল্লমই।

অক্রূরন হায়রমই — মথুরাগী মী পুম্নমক্ক থাংফম থংদন ইবুংঙো নংবু ঙাইহুন লৈরিবনি। দেবকী বসুদেব অনিন নংবু থোরাংন ঙাইরি।

শাংলব চহি তরাতরুক ঙাইরক্লে ঘতিক থরদং ঙাইবদি থোইদোক্তে কৃষ্ণন হায়রমই পাবুংনদি খোংন চংলগ ঐন শগোল গাড়ীদ মথূরাদ শগোল গাড়ী তোংহুন চংবদি চংজনিংদে। ইবুংঙো

নহাক হৌজিক বৃন্দাবনগী ৱা কাওথোকখ্রে। নহাক হৌজিক্তি নিংথৌমচা বাসুদেব ওইরবনি।

কৃষ্ণন য়াম্ন নুংশিব মওংদ নোক্লমই অমসুং হায়রমই নত্তে, খুরাইবুংঙো ঐসি বৃন্দাবনগী যণজেন নহা অমনি। ঐহাক মতম পুম্নমক্ত মতু কাওব ঙমজদে।

অক্রুরন অমুক হন্না চিংনব পোক্লমই ইকাই খুম্নফম ওইরব কৃষ্ণ অসিন ইকাই খুম্নফম চাওরব যাত্থু শাগৈসি কনবীব ঙমগদৌরিব্র? লম্বীদ ঐখোয় লেপসি অতুগ সহর য়ৌরমদাইদ পাবুংগ থেংনসি, কৃষ্ণন হায়রমই। বলরামদি মতুদ শুংক্তোক্লমই। কৃষ্ণ নংদি মতম পুম্নমক্ত অতুম তৌই। হৌজিকমক সহরদ থুংলবদি য়াম্ন নুংঙাইগনি। মাগী দলালশিং অমসুং কৈথেলতু ঐহাক য়েংনিংই। বলরামন অতৈ পুম্নমক্কী মমাংদ সহরদ থুংব পাম্লবসু মান কৃষ্ণগী য়াকা য়েংতুন থবক তৌবদি করিসু পামদে, মান মতম পুম্নমক্ত মনাও মিপান লেপ্লকপ ফিরেপতু য়াই।

অক্রুরন হায়রমই। ফৈ নংন পাম্বতু য়াই তৌইগুম্বসুং ঐখোয় করি থোক্লব য়াই হায়বতুদি নংসু খংলম্ব য়াই। কংশন থাকপ লাংদ ঐন যাদবশিংবু বাত্তন তৌবনি অমসুং নখোয়বুসু মতুদ চিংলিবনি। খুরাইবুংঙো কংশন ময়াম পুম্নমকপু মাগী লাংদ চিংশিনব য়াখ্রিবসি করিগীনো বলরাম হংলমই। অক্রুরন খুম্লমই — ঐখোয় চহি কয়া পংশিন্দুন লৈরুরে। কংশদি মবুক ফত্তন শিংই। মাগী মন্ত্রি প্রালম্বন ঐখোয় পুম্নমক্তগী য়াম্ন হেন্ন শাংন উব হেল্লি। অন্ধকা অয়াম্বসু মাগী মতুং ইল্লি। মখোয়গী

মতুংদগী য়াম্ন মপাঙ্গল কল্লব প্রাত্যতা হায়বতুস্নু কংশগী য়াম্ন চাম্নব মতুং ইনবনি।

মবুক ফত্তবগী অমস্তুং মপাঙ্গল কলহলবদি মতম পুম্নমক্ত ফত্তে। ঙসি করি থোক্লব য়াই হায়ন খনবীবগে ? কৃষ্ণন হংলমই।

ঙসি নত্রগ হয়েং ধনু যজ্ঞ তৌরব মতমদ মাগী অরোইব ফীবেপ লৌরব য়াই ঐখোয় অয়াম্ব মান হাংনব হোংনব য়াই অক্রুরন হায়রমই তত্তুদি ঐখোয়বু মান বাত্তন তৌরিব করিগীনো ? বলরাম্ন হংলমই। ঐখোয়বু হাংকে তৌরীব্র ? অক্রুরন মতম শর ভূমিন্ন লৈরমই। মতুংদা মুন্ন খল্লগ হায়রমই — মহাক্ত অহানবদ কৃষ্ণবু হাংপ পামই। কৃষ্ণন হিংত্তুন লৈরবদি তুংদ থোক্লগদব রাতু চুমগচ্ছ হায়নবগীনি।

কৃষ্ণন রাতু তাবদ নোক্লমই। মীনোক্ত মীগী মপুক্লিংগী থোক্লগদৌব মরাইবক্তু মাগী মখুত্ত লৈব খংব মাগী মনোকনি। ঐহাক অহানব ওইন অক্রুরন করিগুম্ব মওং অমত্তন মশাগী থাজব মাহনব ঙমদব, মাশাদ থাজব লৈব মিংয়েংতু মাগী মমিত্ত উরে অমস্তুং কৃষ্ণদগী থোরকপ শক্তি অমন মাবু য়োমশিনবগুম তৌরে।

"মহাক শিরগনি অমস্তুং অত্তুন মান ঐবু হাংপ য়ারোই" কৃষ্ণন শোয়রোইদৌব রা ওইনা হায়রমই। নহাক করম্ন খংই, অক্রুরন হংলমই। ঐহাক আচার্য্য গর্গাচার্য্য অমস্তুং সন্দিপনিদগী তাজব ফংজৈ কৃষ্ণন খুম্নমই। মখোয়ন, ঐখোয়ন রারিবসিগী মরমদস্নু হায়ব্র ? চহি শাংন কুইন ঐখোয়ন রারক্লিবগী মরমদস্নু

হায়ব্র ? অক্রুরন হংলমই। মখোয়ন খুরাইবুংঙো কংশগী ওংপ-নৈব পুম্নমক হায়রমই, কৃষ্ণন খুমলমই।

অক্রুরন হায়রমই "ইবুংঙো"! চহি অসুক য়াম্বসিদ ঐখোয়ন ফংলক্লিব অরাবসি নংনদি থংব নত্তে। করিগুম্ব চহি অসুক কুইবসি ওং-নৈব পুম্নমকসি করম্ন থাংখিবনো থল্লুবদ অঙকপ অমসু ওই। ইকাই খুম্নফম ওইরব উগ্রশেনবু বন্দিদ লৈরিবনি। নংবু পোকপ পাবুং অমসুং ইমাসু নরক্ত তাবগুম্ন লৈরিবনি। নংগী নচিন-ননাওশিংত্থু ঐগী ইমাংমত্তদ হেক পোকপগ হাংলিবনি অত্থুগ নংগ বলরামগ ঐন গোকুলদ থৈরিবসি ঐন নারদন তাকপিরম্ব অমসুং ইকাই খুম্নফম থোকলব বেদ ব্যাসন তুংগী রা তাকপিরম্বত্থু শোইরোই হায়ন থাজবদগীনি মসি হায়বদ অক্রুরত্থু মমিত্তগী মপি তারমই।

খুরাইবুংঙো হৌখ্রব রা থনবীরুরগনু কৃষ্ণন হায়জরমই। মাগী নহা ওইবগী নৌরব খোন্থোক্তু তাবদ অঙকপ ফংন অইংব ফংই। মপান মচা থেম্বগুমই। ঐহাক মতিক মগুন লৈরব যাদবশিংগী ইজ্জৎ লম্নচিংব খুরাইবুংঙো, কংশন করম্ন মাংহনখিবগে হায়বত্থু থংজৈ, করম-করম্ব মথুরাদগী তাথোকখিবগে হায়বত্থু ঐহাক থংজৈ অমসুং পোকপদ ঙাইরিব অঙাংবু মমাগী মথাসুংদগী চিং-থোক্লগ হাৎপ ইমা কয়াগী ইজ্জৎ মাংহনখিব অত্থুসু থংজৈ।

অক্রুবন হায়রমই হোয় কৃষ্ণ, মী হাৎপ, ওৎ-নৈব, লুট তৌবন মাগী শান্নফম ওইরবনি। মান তৌব থবক্ত কন অমত্ত ঙাংব য়াদে। লাইশিংবসু মান থাজদে। জ্ঞান পুম্নকক্কী হৌরকফম

ওইরব ব্রহ্মাবুস্থু মরা লৌদে। ঐখোয়গী ইপা-ইপুদগী চৎনরক্লব নিয়মস্থু মান লৌদে। "মহাক ধর্ম্মগী য়েক্লবনি" কৃষ্ণন হায়রমই।

চহি তরাতরুক্ত ঙাইরিব অঙাংশিনা লাইগুরুশিংন ঙাংবগুম্ন নিয়ম চুম্ন ঙাংলকপসিদ মাগী মাংলম্ব থাজবত্তু অমুক হেন্ন কন্ন হৌগৎলক্লে।

অহু ওইরবদি নহাক নংগী পুন্সিগী নংন তৌগদবহু থংইদন, অক্রুরন হায়রমই। "হোয়" কৃষ্ণন খুমলমই।

করম্ব মতমদ মহু নংন থংবগে? অক্রুরন হংলমই। করিগুম্ব মতমদ, মরক-মরক্ত করিগুম্ব থর পুক্লিংদ গৌগংলকপগুম তৌই। তৌইগুম্বস্থুং মহু ঐহাক করিনো থংদে।

মতুংগী নুমিত্তুদ মথোয়ন ঐহাক কনানো তাকপিরব অমস্থুং খুরাইবুংঙো, কংশন তৌখিব পুম্নমক থংলব মতূংদ ঐন গোবর্দ্ধনগী খ্বাইদগী হেন্ন রাংব চীংদো তান্ন চংচৈ অমস্থুং মহুদ লেপ্লগ নুমিং থোকলকপসিদ য়েংজৈ অহুগ নুমিংন কাখৎলকপ অমস্থুং মাগী মঙালন পৃথিদ য়ৈব মতমদ ঐন ফংলমই ... কৃষ্ণন হায়দোরকপদ চিংনব পোক্লমই অমস্থুং হংলমই ঐবু হায়জৌ হায়ব্র? ঐঙোন্দ নোকপিরোইদ্র?

ইবুংঙো নংন করি ফংখিবগে হায়বহু হায়য়ু তানিংবন খৌরাংন ঙাইহুন লৈরবনি। নংগী নচিনমক্তগী মহু তাজগে হায়হুন ঐহাক হিংলিবনি অক্রুরন হায়রমই। ফত্তব পুম্নমকসি পৃথিদগী মথং-মথং মাংখ্রে হায়ন থল্লমই। ঐন মীশিংসি মমাংওইনন ধর্ম্ম কায়দন চৎপ উরমই ঐন, সর্গ, মর্ত্ত অমস্থুং পাতান অহুমমকসি ধর্ম্মন য়োমশিন বউজরমই। হায়ন কৃষ্ণন হায়রগ ঙাহাক্তুং পোত্থারমই।

মতুংদ কমদোব ? অক্রূরন খোৗরাংন হংলমই মসি (সৃষ্টি) সি নিয়ম ওইরমদ্রে পুম্নমক অপুনবসি থৱাই ওইরমলে ( হিংবা ) হায়বহু ওইরমলে ... ... ... কৃষ্ণন হায়রমই। অতুগ ... .... অক্রূরন হংলমই।

ঐন ফংলমই .... ... হোয় ঐন ফংলমই ... .... পুম্নমক ঐহোন্দ চংখিবগুম তোৗরে। ঐসে বসুদেবগী মচা বসুদেবহু ওইরমদ্রে পুম্নমক ওইরব বসুদেবহু ওইরে। মসিদ লোইরে কৃষ্ণন হায়রমই।

মতুংদ কমদোৗব ? য়াম্ন ভক্তিগ লোয়নন অক্রূরন হংলমই। ঐহাক খুন্দ হনলক্লে ! ঐহাক ইশাসি পুমওন ওল্লে হায়ন খল্লমই। ঐগী মরি-মতাশিংসি ঐগী ওইরমদ্রে। মখোয়সি ঐহোন্দ লোনম লৈরমলে, ঐসু মখোয়দ লৈরমলে। অসিগুম্বসি করম্ন লাকপগে হায়বসি ঐহাক খংদে। গর্গাচার্য্যন মমাংদ হায়খিব, ঐসি মীগী অৱা-অনা কোকহনবগীদমক লাকপনি হায়বহু ঐন ভক্ত খোকলমই। মতুংদ ঐন সাক্ষিনা অমতং ভাইরমই ... ... ঐন খল্লিবসি চুমই চুমদে খংননবগীদমক্তনি। ঐখোয়গী মীশিংবু কিহনলিব ইন্দ্রগী মায়য়োক্ত ঐনা লেপলে। ঐন খংনিংলিব খুদম ফংলে। ঐনা শোকপদ গোবর্দ্ধন চীংশি কিয়ুবিৎ অনি ৱাংখৎখ্রে— কৃষ্ণ ভাংব পোথারমই।

অক্রূরন কৃষ্ণদ অভকপ ওইনা য়েংলমই মহাক্ত অভকপ অভাংসিগী অকোয়বদ, মুমিৎ, থা, থৱানমিচাক ভরেৎনচিংব পুম্নমক লৈহ্নন চৎপ উরমই, খোৗরকপ খোম্থোকসু লাই ওইন তোৗরে।

মহাকসি করিস্নু লৈত্রব অমস্নুং তোনখ্রব মী ওইন থল্লে অমস্নুং সাধু ওইরব মাগী থম্মোয়দগী ভক্তিগী ঈচেল থোরকই। কৃষ্ণসি হুমিৎ লিশিং-লিশিংন থোগল তৌব লাইগী লাই ওইরব বসুদেব ওইন উরে।

অক্রূরসি মমিং ইথক থক্লে, য়েংজব ঙমত্রে। মহাক্ন মকোক নোম্থজরত্নুন খুরুমজরমই অমস্নুং মকোক্তু কৃষ্ণগী মখোংদ থমগে তৌরমই। তৌইগুম্বস্নুং মহাকসি মং-হা ওইন পংথরুবদগী জ্ঞান তারকপ ওইন তৌরে। কৃষ্ণগী মখুং অত্নুন মান নোম্থরক্নুন খুরুমজগে তৌবত্নু মং ওইন থোকখি।

বসুদেব হায়ব রাহৈ — পুম্নমকসি মানি অয়াকপ ফকলাং অমদগী থোম্থাং, য়ৈরকপগুম্ন মখোল থোরকই। থোম্থাংত্নু তপ্ন-তপ্ন শিনখি, মাংখি। মান মাগী মমাং ফমলিব শুমহৎনবগী মশক ওইরব অঙাংত্নুন নোকপত্নু উরমই। মীনোক্তু হুংশিব উংন নোকপনি, অকায়ব য়াওদে, থোজাল হৈব উংলি।

অক্রূরন মমিং নোয়রমই। মহাক মংল হায়ব থংদে। খুরাইবুংঙো! যমুন মপালসিদ উরুম লাংব মফম অমা লৈরে। ঐখোয় ঙাইহাক্তং পোথাখিসির? ঐখোয় ঈরুজখিসির?

শগোলত্নু থংথাম থামলগ অক্রূরন লেপহল্লমই "হোয় কৃষ্ণ! নংন পাম্বত্নু তৌসি"। বলরামন হায়রমই — অনি চৎপিরো, ইরুজবিরুরো ঐদি ঙাইহাক্তং উইহৌখিগে। খুরা ঐহাক কংশ অমস্নুং মাগ লোয়নব মী পুম্নমক লান শোক্নবব শেম শাখিগে।

কংশ লোয়শিন্দ্রিবৈংগী মমাংসি ঐখোয়গী হেক ঙমজবমথৈ পাঙ্গল কনখৎহনব চংগনি য়াম্বুং, কৃষ্ণন হায়রমই।

অক্রূরন যমুনাগী ঈশিংদ লুপথব মতমদ মী মরক্তুগী মচা মহাকৃষ্ণসি "বসুদেব" ওইখিব ঈশিংদ উরে।



# "অন্ধকানা চেকশিন্না হায়বা"

কংশগী শম্মোয়দ হায়ফম খংদব অকিব অমা পোকলমই। মিংয়েং অমরোমদদি মহাকসি করিগুম্ব মতমদ হেন্না কনখৎপ হায়বত্তু ওইদে। মহাক মমাংথৌদগী হেন্না চাওব লৈবাক অমদি লৈরে। মনাক্ত লৈব নিংথৌশিংন মাবু কি। মাগী মকুবোক্ত চাওরব লৈবাক্কী নিংথৌরেল ওইরে। মথুরাদ মান হায়বদ ইনগ-দৌরিব মগধাগী লান্মী লিশিং অহুম লৈ অন্ধক শাগৈ পুম্ন·ক পেন্দব লুচিংব খর নত্তনা পুম্নমক মাগ য়ানত্তুন লৈ অমসুং কংশন লৈক্রিবৈদ মাগী অপংব মানব শাজং খর চৎলবসু প্রাত্যাতানচিংলত্তুন মাগী য়াম্ন থাজরব থংনব লান্মীগী মকোক অমা ওইরি।

যাদবশিংন পেন্দব কয়া লৈরবসু ময়ংশুক-ময়ংজানত্তুন লৈ। মকোক ওইব লুচিংবীনব য়াওদে, অমগ অমগ মত তিন্নদে। মপাঙ্গল য়াম্ন কল্লব ব্রাহ্মনশিংসি মনা-মথুম য়াম্ন পিত্তুন নত্রগ অকম্ব

চৈরাক-রা ভাংহল্লে। হৌজিক তৌগদৌর লৈমহৌরিবসি অকন্না অথুব চৈরাক অমা হেল্লব যাদব লুচিংব লাকশিনগদৌরদ মত্তাইরে।

অহুম ওইনমক মওং পুন্নমকসি ওইনমক কংশসি মাগী থম্মোয়দদি, অকিব পোৎথাকম থংদব অমদি শুম কোক্লমদে।

দেবকীগী নিপানশুব মচা হিংলি, নারদসি ডুংগী রাহু অমদি চুমনি, কংশসি মাগী থম্মোয়দ অকিব অমা অহুম লৈ। অমসুং মহাক লাকদৌরি।

কৃষ্ণসি গরালাগী অশাং শোয়দবনি। মাগী কাওরব মান তৌখিবশিংসি মরিল হেন্দোক্ল ফব খুঙ্গংগী অশাং, অমন তৌবহু হেনজিন্ন হায়জিন্দুন অশেংবহু থংদবসি। তৌইগুম্বসুং অহুব বসুদেব, দেবকী অমসুং যাদব খরনদি অরা-অনা কোকপিরগদৌরিব মীনি হায়ন খল্লি। মসিগী থাজবসি মী অয়াম্বন য়ানহুন রারী শান্নে। গর্গাচার্য্য হায়ব চক্রি লৈরব ব্রাহ্মনশিংবু রা ইশাং ভাংদে অমসুং ময়ামগী কনবিগদৌরিবনি হায়বসিগী মরমদসু করিমত্ত ভাংদে, থংদবগুম লৈ তৌইগুম্বসুং মাদি লোয়নমক থংবনি হায়হুন অয়াম্ব প্রজানদি হায়নৈ। গরালা নন্দগী মচাসি দেবকীগী নিপানশুব মচাহুনি হায়ন প্রজাশিংন শন্দোক্লেনব কম্ন কংশ মশামক্ল কয়া লাক্লে তৌইগুম্বসুং যাদব লুচিংবশিংগী সভাদ কম্ন লাওহৎহুন হোৎরবসু তুমিন ভাংনবদি থিংব শুমদে।

করিগুম্ব মত্তমদ কংশসি লাং অমন কোরশিনবগুম খল্লি। মান পুন্নমকসি মুন্ন থম্বক্লরগদি মান কিরিবসি মাগী রাখলন পংখল থঙ্গুর ওইন খল্লি। হোয় খল্লিবসি য়ুম্ফম য়াওদবনি।

কংশসি ঙসি অহিংদি অতৈ অহিংদগী হেন্দোক্ল মুংঙাইরমদে। হৌজিক্তি অক্রুরতু বৃন্দাবন্দ থ্‌ংলরগনি। অঙাংশিংতু মথুরাদ লাক্লব থৌরাং তৌরল্লগনি। হুয়েংদি মখোয় সহরদ থ্‌ংলরগনি। মখোয়গী মশক মতৌ করম তৌরমগদগে? করিগী রাগদোবনো মখোয় অঙাং নিপামচা ওাক্তনি কংশন খল্লমই, মান কিরিবসি ভাবন শাক্তিংব অকিবনি, মাগী ভাবন শাব ওাক্তনি খল্লমই।

অতুম ওইনমক কংশসি পুক্লিং লৈতাব ওমলমদে। মহাক ইংন রাখল খনব ওমলমদে। মহাক মতম পুম্নমক্ত পোথাকম খংদব অসিগুম্ব রাখলসি থমদব পামই। মহাক ভারদ মিংশিংলে। ভারদ হায়বিসি কোম্নুংদ লৈব নহা ওইরিবী অগোয় শাবীনি লান্দগী হনলকপদ মান পুরকপনি। নিপা অমন হেক পাম্ব য়াব মগুন পুম্নমক্ত মাগী লৈ। মশক হায়নিংঙাই লৈতন ফজৈ, রাঙাং শঙাং হৌন-লোনচং খংই। মীগী মুংঙাইহনবস্ত তৌব হৈ। তৌইগুম্বস্নং লৈবাক্কী রাজনিতিদ খুং থিংজিল্লবদগী মাবু মতম থর ইস্থোক্ত্‌ন থমলুই। মহাক্ল ভারদাগী মনাক্ত চৎলবদি মাগী মুংঙাইত্রিবসি রাখলসি কোক্কনি হায়ন খল্লি। মাগ লোয়নবন মশাগী লান্নগী হনলক্কনি। খল্লমই। মাগ লোয়নবদগী মুংঙাইব ফংবতুন ভাবন শাতুন অকিব পোকহল্লিব খুন্দংগী অঙাং অনিসিদগী পুক্লিংদ পোথাহন্দবসি কোকহনব ওমগনি।

কোম্নুং মম্নুংগী তোঙানব মফম অমদ লৈরিব ভারদাদ কংশ লাকনি হায়ন পাও থাখ্রে। কুইদন মহাক মশামক পাওমীতুগ পংকান কাম্নদন চৎখ্রে। ভারদ মশামক কংশবু য়াম্ন হন্নাও তরাম্ন

ওকলমই মাগী য়া ভাংব খুদিংদ য়াওব শুমহৎনবগী মশক ওইরব মিত্ত লৈ। চান-থরুব থবগ রাজকুমারগী মমাংদ মান নোকফেং তৌব মিনোক্ক য়াম্ন শুমহৎনবগী মশক ওই অমসুং মাগী থোং নোৌরব মখুৎ অহুন হুমাই ওইনা হুম্নমই।

কংশ পোথাব কংলে। ভারদাগী নোক খেব হয়াওহুনত লৈব মুংঙাইরব শক্তম্ন মুংঙাইবগী ঈহৌন থল্লে। লৈবাক্কী থবক চিরোল তৌনব কিনবনচিংব তৌনব পুম্নমক মকম অসিদদি লৈতে। মতুংদ ভারদান মুংঙাইরব খুলং ঈশৈ অমা শকলে, থোংথাং অমা অনিস্থ ভগোয় শাই অমসুং লৈ পরেং অমা লংশিনবগুম্ন মশাসি কংশগা মতম্পাক্ক চোংশিল্লি। মান কংশগী মতম্পাক্ত হিপথরগ মখুৎ নামন মঙকশমদ কোল্লপ মাগী অরাব মিৎকমহু কোক্লব মোমোন মোমোন নোক্লমই।

ভারদ! নংসি য়াম্ন কজেদ! কংশন হায়মমই। ভারদান মাগী মখুৎ অনিন কংশগী মঙক্ত কোল্লগ মাগী মকোকসি কংশগী মথংাক্ত থমনব চিংশিল্লমই, হায়রমই— মহারাজস্থ য়াম্ন কজে। মান তপ্ন হংলমই ঐগী ইবুংঙো হৌজিক ইবুংঙো পোথারিব্র? নিংথৌ কোনগী মুপি অমা ওইন য়াম্ন হৈ শিংই অমসুং মুপাসি করম শুমহৎকদগে হায়বসি মান মুম্ন থংই।

„হোয়,, নংন লৈব মতমদ ঐহাক য়াম্ন মুংঙাইব ফংই। কংশন মাগী পোথাকম থংদব কোকপগ লোয়নন খুমলমই অমসুং য়াম্ন পাপ্নস্থ চুপ্লমই নংগবু লৈমিন্নবি হায়রবদি লৈবাক ফাওবস্থ থাদোকপ ভমগনি হায়দুন মুংঙাইমিন্নবগী অয়োইব য়োৌরক্লহুন কংশন হায়রমই।

অতুদি ঐহাক রা অমত্ত হংজগে খুম্বিয়ু মান মাক্ল নৈশি লৈখোম্ন কংশগী মনাকোংদ ভুমিম্ন হায়জরমই।

অমত্ত নত্তে চান্নরক হংউ সুংশিবি কংশন মাবু কোনশিন্নগ লোয়নন হায়রমই। ঐঙোন্দ রা অমত্ত তাকপিয়ু মান অমুক হন্ন কংশগী মনাকোংদ ভুমিম্ন হায়রমই ঐহাক কনা অমত্ত হায়দোকচয়োই। করিনো হায়য়ু কংশন মাগী মখজাইদ নানবগ লোয়নন হংলমই।

ঐগী নিংথৌরেল, ঐগী ইবুংঙো দেবকীগী নিপানশুবা মচাদু হয়েং লাকনি হায়বসি চুম্ব? ভারদান হংজরমই।

কংশগী মশাসি খংহৌদন নিকখংলমই মহাকসি খংহৌদন লিম্ন চিকপগুম্ন তৌরমই। ভারদাদ মান মুম্ন অকিব শক্তমদ য়েংলমই নুপিগ লৈমিন্নবগী অপাম্বদু পুম্মাং মাংখ্রে।

কনান হায়বগে— কংশন লাওরমই। ভারদাদি মাম হংলিব য়াহংসিন কংশদ থোকহল্লিব অওন্ব পুক্লিং মম্নুংগী ভাবতি খংদবদগী অওম্ব পুরক্লিবসি করিগীনো খংদে। মান কংশগী মশাদ নপশিল্লমই অমস্থুং থোং-নৌনা ভুমিম্ন হায়রমই কোন্নুংগী মক্ষম পুম্নমক্ত মাগী রা শাক্ত ঙাংনব্রি। ঐস্থু মাবু উব পামই। মাদি লাইনি হায়দুন ময়াম্ন হায়নৈ।

কংশন মান কল্লব্ব কাংথোন্দগী হৌগৎলগ লাওরমই নহাক মাবু উনব পামব্র? ওক্তবী! নহাক দেবকীগী নিপালশুবা মচা উনব পাম্ব! মাগী মমিৎ ঈদৌন ঙাংলে অমস্থুং মথুত খুদুম শিংদুন কাংথোন্দগী হৌগত্তুন মান ভারদাবু লৈবাক্ত হুন্দোক্রে।

ওক্তবী, মান লাওরমই অমসুং কাহু থাদোক্লুন চংখ্রে দেবকীগী নিপান শুবা মচা ! হোয় মহাক লাক্লদোরি মায়োক্লব লান চাম চামদ মায় পাক্লব কংশবু মান হাংলরগনি হায়রুন মী পুম্নমক্ক থাজনম্নি করে কম্নি থোকপগে য়েংশি।

কংশন সেনাপতি প্রাদ্যুতা অমসুং মগধাগী নিংথৌমচ ভিতিগ্রবু কৌরে। শাণ্ডবদগী অমসুং মীনুংশি থংদবদগী মচিন মথা ঙৈরেং তুরেং চিংলহুন লাকশিন্ন শুমদন শাওহুন লৈরমই।

মপু ইবুংঙো ঐগী করি অয়ান-অঙ্কউ পুম্নমক ঙাকপিগনি। ইবুংঙোগী নচিনমক্তদগী লুচিংব অয়াম্বন অক্রুরন মাবু লৌনব চৎখি হায়বসি পুম্নমক্ক তানরবনি। মহু করম্ন অরোনব ওইন থন্ন য়াগদগে ? প্রাদ্যুতান মখুৎ লোম্নরহুন য়াম্ন নোল্লুক্ক হায়জরমই।

কংশন হায়রমই। থোকখ্রিবহু থোকপ্রে খল্লুবম্ন অদুবু ঐন নখোয়দ থবক অমত্তং শিন্নগে। অঙাংহু করিগুম্ব মতমদ কোনুং মনুংদ য়োঁহল্লককু অমসুং ঐগী মাংদ পুশিল্লককু। ঙয়েংগী মতুংগী নুমিত্ত ঐগী ইমাংদ কুইস্ম হৌদ্রিঙৈগী মমাংদ মাবু লোইশিন-গদৌবনি। লিক্লং যজ্ঞ তৌব অমসুং তেল কাপ্পদ্রিঙৈগী মমাংদ মহাক য়াওব শুমদনব তৌগদবনি। ঐন থন্বদদি মহাকসি তেন কাম্নদসু য়াম্ন হৈ-শিংলমগত্র হায়ন খল্লি।

ইবুংঙোন অপাম্বহু তৌজগনি, ইবুংঙো প্রাদ্যুতান খুম্লমই। প্রাদ্যুতা! নহাকসি মহৌশাগী মতৌহু নত্রে। নং কম্নি তৌরবগে কংশন হংলমই।

প্রাহ্যুতান খুন্নমই, ইবুংঙো ঐহাক করিশু তৌজদে থবক কম্বদগী ওইব য়াই অচুগ ইশাসু অহল ওইশিল্লক্রে অসিন অহল ওইবগী শোন্থব মওংগী মীনোক্ত লোয়নন হায়রমই।

লুচিংব খুদিংদ অরাম্বাই (গুপ্তচর) অমমম থমউ। নংগী নচিন-ননাওশিংছু হায়ব ইন্ন থমউ। অচুগ ভিভিগ্র! নংগী মীশিংবু লুচিংব খুদিংবু কুপ্প শেন্নহুন লৈহল্লু। মখোয় পুন্নমক হায়ব ইন্দে মখোরপুন্নমক্ত ঐবু শিব পামই। কংশন য়াম্ন পাখংন হায়রমই। তৌইগুম্বসুং ঐহাক হকচাং য়াম্ন নুংঙাইন কন্ন লৈম্নি। ঐহাক তুংকোইন লৈখিনি। অসিমু হায়রমই।

মতম অচুদ নিংথৌগী পাও পুব অঙম্ব অমা লাক্তুন হায়রমই। মচুদি প্রাহ্যুতাগী খ্বাইদগী হনব চহি মরিফুতরা শুবহু হায়দব য়াত্রব বা অমা হায়গে হায়তুন লাকই হায়তুন পাও লাক্লমই। কংশ পিশুম শুক্তোক্লমই করিগী মা উশিত্তব অহলসিন তাঞ্জ অসিদ লাক্লিব করিগীনো? তৌইগুম্বসুং মাদি মখোয়গী কাংলুপকী পুন্নমক্ত ইকাই-খুম্নরব, খ্বাই পুন্নমক্তগী হল্লব অহলনি অমসুং মান উনগে হায়বদ থিংব য়াদে। কংশসি কন্ন হোৎনতুন মাগী অইংব শকক্মদ হঞ্জিল্লে। সিংহাসন্দগী কুমথরক্রে অমসুং অন্ধক কাংবুগী খ্বাইদগী অহল ওইরব তম্বান্ন ওক্লব থোরক্লে। অহম্ম মরাংদি চৈগুম্ন তিংন মচাগী মরেংবান্দ পাইরগ চংলক্লমই।

খুরাইবুংঙো, অসিগুম্ব অহিং ওইরক্লব মতমসিদ করিগী রান লেংবিরক্লিব করিগীনো? কংশন হায়রমই।

মখুৎন মম্বিত্ত খল্লগ অন্ধকান হায়রমই কনা কনানো, লৈম্বিবসিদি? এঃ, প্রাহ্যুতা অমসুং রাজকুমার ভিভিগ্রনিন।

কংশন হায়রমই "লেংশিন্বিবু"। অন্ধকাদু নিংথৌগী মমাংদ ফম্লে।

খুরাইবুংঙো! করি করি তাকপিগদৌরিবনো? কংশন য়াম্ন মোল্লুকপ শাজিন্নদুন হংজরমই।

ঐহাক নংঙোন্দ অরোয়ব পাওতাক অমত্তং পিগে হায়দুনা লাক্লিবনি। যাদবশিংগী মরক্তা ঐনা খ্বাইদগী হেন্না অহল ওইরদগী মসি তৌবসি ঐগী ইথৌনি হায়না খল্লি। অন্ধকান হায়রমই।

"হোয়! খুরাইবুংঙো" কংশন খুম্লমই।

'অক্রুরন বসুদেবগী মচা লৌব চংখি। হয়েং অমুক মখোয় থুংলগনি'। অন্ধকান হায়রমই।

হোয়, কংশন খুম্লমই।

'ঐসি নংন পোকপদগী খংলক্লবনি। নংন মখোয়বু হিংহন্ব পামদে', অন্ধকান হায়রমই।

করিগী পামগদৌরিবনো? অত্তাং অনিদুন ঐঙোন্দ করি তৌব ঙমগদগে? কংশন হংলমই।

নারদ মুনিন হায়রব তুংগী রাজু নহাক কিদে হায়না শাশিন্নগনু। নংহাক কিরিবনি। ঐঙোন্দ মিনমগনু। তৌইগুম্বসুং তুংগী থোক্লগদৌব হায়বদু ঐনা লালহন্ব পামই। অন্ধকান হায়রমই।

অদুগুম্ব অপংবগী রাজু ঐ থাজদে। অদুবু তুংদ থোক্লগদৌব হায়বদু চুম্মি খল্লগদি করম্ন লালহনগদগে? কংশন হংলমই।

'মী অমম মান লানখিব য়াবসি মীথু শিরগ অমুক হন্না পোক্লবনি। নংমা, নংন তৌখিব নরানশিংথু লালথ্রে হায়ন য়াম্নাবদি — নংহাক অমুক হন্না পোক্লবনি অমস্তুং তুংগী রাদুস্থু চুম্নবনি' — অন্ধকান হায়রমই।

'তাকপিরিবথু কয়ম্না ঐনা চুম্নবনি হায়ন লৌগদগে ? ঐহাক লাক্লে হায়ন য়াজরব মী কয়া উথ্রে অমস্তুং মথু তৌন তৌন মমৈদ হাংখি'। কংশন হায়রমই।

মথু মপুক শেংদব মওংগী লাক্লে হায়ব মওং ওইব য়াই। বস্তুদেবগী মচান্থন ভগবান মক নংল্লমক্রবস্তু লানথরে হায়ন য়াবন নংগী পুন্নমক্ত নংবু মুংশিগনি। মীন মাবু ভগবান্নি হায়নরিবশিন চুম্লগস্তু মাগী থৌজালদগী হেন্না মুংঙাইয়াইফব অমস্তুং মমাংঙৈদগী হেন্না নপাঙ্গল কন্ন ওইগনি। অন্ধকান হায়রমই।

খুরাইবুংঙো, করম্না ঐনা লাল্লি হায়গদগে ? —কংশন কয়েম্নব মওংদ হংলমই।

'ঐন হায়রিবসি নহাক থাজদ্রে হায়ব ঐহাক উবে। ঐন লাক্লিবসি নংঙোন্দ অচুম্ব লম্বী উৎকে হায়ন লাক্লিবনি অমস্তুং মহুদ ঐন অকিব লৈতন তৌবতায়। নংন বস্তুদেব অমস্তুং দেবকীদ কয়া ওৎ-নৈবিরে। নংম যাদবশিংসি মীমায়গ চপ মান্নন থগলে। বেদ শাস্ত্র হৈরব ব্রাহ্মণ কয়া নংন মথুরাদ চংহনদ্রে। মথুরাসি নরক চপ মান্নরে', অন্ধকান হায়রমই।

'হোয়, অতৈ হায়গদৌব করি রাংলিবগে' ? কংশন হংলমই। তুংগী রা হায়বগুম্না অহলন খোল কম্না ঙাংলমই। মাগী অহল

ওইরব মমিত্তু মৈরাগুম্ন লংলমই। ভগবান্দ য়াম্ন শ্রদ্ধ লৈবগ লোয়নন মান হায়রমই —'যুবরাজ ! খ্বাইদগী অহল ওইরব যাদব অমা ওইন নংঙোন্দ হায়রিবসিনি ঐখোয়গী ইনিং তম্ব অমসুং ঐখোয়দগী নমতুন লৌখিব লমশিং পিখোরকউ। বসুদেব, দেবকী মচাগ লোয়নন অকিব লৈতন লৈহল্লু। নংবু কিবদগী মথুরা থাদোক্লুন চেনখিব যাদবশিংডু অমুক হন্না ইজ্জং মাংহন্দন কৌশিল্লু। মমাংডৈ ব্রাহ্মণশিংগী য়ুমদগী বেদ খিবগী খোন্থাং তাহল্লু। মী কিহন্নব খুৎলায় ওইন শিজিন্নরিব মীরৈবাক্কী লান্মীশিংসি ময়ুমদ চৎহনখ্রে। নংগী নপাবুংসি বন্দিদগী থাদোক্লগ হান্নগী মতৌগুম্ন লৈবাক ঙাকহল্লু অমসুং নংন মাগী মনাক্ত লৈয়ু। খ্বাইগী মথক্ত নংগী প্রজাশিংসি অকিব লৈতন মনিং তমহল্লু'। অন্ধকান হায়রমই।

নংন হায়রিবসি ঐনা তৌখিব অরানবদু লাল্লে হায়ন য়াও অসি নত্রে ? কংশন হায়রমই। নংন ঐসি ফওব হায়বত্নমক্কি হায়ন খল্লি অমসুং ঐহাক ইশান শেংদোকপসিনি নংন পাল্লিবসি নত্রে ? মতুংদ করম তৌব ?

মতুংদ ! মতুংদদি লাইশিংন নংবু থৌজালবিরগনি। নংসু নশাবু নশান, যাদবশিংবু, মথুরাবু কল্লগনি। মতুংদদি কৃষ্ণডু লাই ওইরগদি, নংন অপাস্বমথৈ পিবিগনি। নহাক মন্থু তৌব ঙমগদ্রে ? অন্ধকান হায়রমই। পিনবিরিব পাওত্রাকসি খুরা-ইবুংঙো, ঐঙোন্দ মন্থু খন্নব মতম থজিক্তং পিনবিয়ু চুন্নবসু হৌজিকমক্তি ঐন মন্থুগী পাওখুম পিজব ঙমজরোই। ঐহাক অমুক্ত

খঙ্গথিগে ? কংশন করেম্নন হায়রমই । অন্ধকান হায়রমই ইবুংঙো ! নংন ঐবু পংথ্রব অহল অমনি হায়ন খল্লি হায়বসি ঐহাক থংই ।' কংশন মতুদ করেম্নব মওংদ নোক্রেম হায়গ্রেম তৌতুন নোকপগুদ মাগী মঙৈ থর থর নিক্লব মকোক্তু থাঙ্গৎলমই, মমিত্তু কয়লা অচাকপগুম্ন ডাংথংলক্লে অমসুং মিকুপ অতুদদি অহল ওইবগী মতৌ পুম্নমক মাংখ্রে । মান হায়রমই 'নংদি অফব পাওতাক পুম্নমক লৌবদ ল্লান থোক্কনি হায়ব ঐ থংই । তৌইগুম্বসুং অরোইব পাওতাক অমদি হায়রমগে ।' অহলছু ডায়হাক পোথারমই, মমিত্তু কয়লা অচাকপগুম্ন ডাংলমই — 'নংন যাদবশিংগী মাংননব মশক ওইরবনি অমসুং নংন মথোয়বু কন্ননব পোক্লিব মীবু মাংহন্ব পামই । তাও ! কৃষ্ণ শিরোই যাদব অমত্তং হিংলিবমথৈদি মহাক শিরোই । মহাক্ক মথোয় অরোয়ব আশানি অমসুং নংন রাখল থম্বব ডম্বগী পাঙ্গল লৈরগদি নংগী অরোইব আশাসু মতুনি ।'

'খুরাইবুংঙো ! ঐবু কিহন্বিন্নু, অসিন মফরে হায়বহু ঐনা তৌগদৌরিবনি' কংশন হায়রমই । 'নংন নংগী লমচৎ শাজৎসি হোংদোকত্রবদি শঙ্কর দেবগী অশাওব নথক্ত তাগনি' অন্ধকান হায়রমই ।

'ঐদি লাই-তিন কিদে' কংশন হায়রমই ।

'ভগবানবু উশিৎ-থৌওইদব মীতুদি মরায়বক থিব মীনি' অন্ধকান হায়রমই মতুগুম্ব মীগী প্রজা ওইরিব মীশিংসু মরায়বক থিবনি ।

'খুরাইবুংঙো, মিকুপ অমত্ত ঙায়বিথো' কংশন নোকফেং তৌদুনা হায়রমই। মতুংদ ভিতিখ্রদ ওনশিল্লমই অমসুং মাগী নাকোংদ তুমিন্ন রা থরা ডাংখি। রাজকুমারদু তুমিন্ন তারগ মকোক হায়রমই অমসুং কাদু থাদোক্লুন চংখ্রে।

কংশন করেম্নব মওংদ হায়রমই "খুরাইবুংঙো, তাকপিরিবদু চুমই। ঐনা কৃষ্ণদ অকায়ব তৌজরোই, প্রাদ্যুতা মদু থোক্লনব য়েংউ।'

'মপুইবুংঙো নয়াথং কায়হঞ্জরোই' প্রাদ্যুতান থুন্নমই। মাগী মবুংঙোন নোক্লিবদুগী অর্থদি মহাক মুম্ন থংই।

'ইচাইবুংঙো, নংন নংগী রা ডাকপ ডাক্লবদু হেক য়েংলগ লৈগনি।' অন্ধকান হায়রমই অমসুং কাদু থাদোক্লুন চংখ্রে।

প্রাদ্যুতান অহন্দু থিন্দোক্লে হায়দুন হোৌগৎলমই, তৌইগুম্বসুং কংশন থামখি।

'প্রাদ্যুতা! ঐনা হায়খিব নিংশিংউ' কংশন হায়রমই ঐনা কৃষ্ণবু মাংননব তৌরোই। তৌইগুম্বসুং মদুন ঐগী য়াথং নংন ডাক্লোইদৌব নত্তে, মদুদি মহাক ঐগী মাংদ শুকয়ৌ য়ৌহল্লকপ য়াদে। কংশন করেম্নব মওংদ নোক্লগ হায়রমই।

'ইবুংঙো! নয়াথং ইঞ্জনি' প্রাদ্যুতান থোন্দু য়াক্লপ্ন হায়রমই।

প্রাদ্যুতান নিংথৌদ খুরুম্নয়ে অমসুং কাদু থাদোক্লুন চংখ্রে। মান কাদুগী মাঙ্গোল থাদোক্লুন চংপ মতাংদ ইন্ন কাওনখিবগী খুদম ফংই—থাং অমা লৈপাক্ল তাব অমসুং ঈ তৈব ফি অমসু হুন্দোক্লুন লৈথ উরমই। অমম্ব কা অন্তুদ মী চংখিবগী মখোল

তাবত্তুগী তুং ইন্দুন চংলমই। মগধাগী সিফাইশিংন মী অনিথক পুথিব মান উরমই।

মশামক অকিবগী মওং ওইব অত্তুদগী রাস্থদনব প্রাত্যুতান মমিং উইশিল্লমই অমস্মুং উথোং অমদ ভাবমই। মতুংদ থরা ফরক্লগ মচিন্বান চিকপদ ঈ থোক্লমই অমস্মুং স্নুংভাইতন চংখ্রে।



# ত্রিবক্র, মথেক অহুম থেকপি

ত্রিবক্র হায়রিসি কংশগী কোন্নুংগী সেবা তৌবি মুপি অমনি। মাগী মথৌদি নিংথৌদ অমস্মুং অতৈ কোন্নুংগী মীশিংদ মনম মুংশিব থাউনচিংব পিবনি। মাগী য়াম্ন চাওবব মতেং পাংব মী য়াম্ন লৈ অমস্মুং মথোয়ত্তুগ লোয়নন মথল মথা অয়াম্ব হিদাক-লাংথক্কী পাম্বী কয়া থাই অমস্মুং মত্তুদগী মনম মুংশিরব মোলোম থাউনচিংব কয়া শেম শাবত্তু মান য়েংশিল্লি অমস্মুং মতম পুম্নমক্ত চাওরব কোন্নুং মন্নুংগী মনম মুংশিরব থাউ অমস্মুং মনম মুংশিরব মলমনচিংবত্তু রাক্তনব তৌই। মান থারিব নাপি-শিংবিগুম্ব পাম্বীদগী হিদাক ওইব মথল কয়াম্নু মান থংলমই।

মাগী মমা হিংজিভৈগী মতমদ মসিগী থবক্সি হান্নন তৌরম্বনি। মান শিঙ্গিভৈগী কোন্নুংগী ভার পুম্নমক মাদন পুরম্ব

জেনেবেল প্রাদ্যুতাদগী মান শিখ্রব মতুংদ মচান্নপি, মুর্ত্তিকায়ববিসি মাগী মহুৎ শিলহনগদৌবনি হাযন রাশকহনথি।

ত্রিবক্রেসিন চহি তবানিথোই শুবকপ মতমদ মহাক য়াম্ন কন্ন নাথি অমসুং হিংলক্কনি থাজদ্রে ফাওব হায়নখি। মান ফবকপ মতাংদদি মাগী joint শিংসি মওং কায়বে অমসুং চুম্ন লেপ্প ঙমদ্রবা, মনমপোনবা নুপিমচা অমা ওইবে।

মান নাদ্রিইঙগী মমাদ নিংথোগী শগোল গাডী পানবগুম্ন বাজসভাদ ফম য়াম্ন চাওন লৈব, নিংথোগী শামু পানবগী মকোক্ল মচানিপ অঙ্গবকদ মহাকসি লুহোংলমই। তৌইগুম্বসুং মান ফবক্লব মতাংদদি মওং কায়বব নুপিগী মশক ওইবতুদ মাগী মপুবোইবন মাবু লৌবিযু য়াদ্রে। মশক মতৌ ফজবম্ব, মওং মতৌ চুম্নম্ব শিংবসু যাম্ন শিংব নুপিমচ অমদ পুন্সিগী আশা পুন্নমক কায়তুন নিংব পুন্নমক পুমকায কাযখি অমসুং সসাবসিবুসু মশাবুসু অমসুং লাইশিং ফাওববুসু শাওখি। তৌইগুম্বসুং মাগী শাজং লমচত্ত অমসুং রাঙাং শাঙাংদ যাম্ন হৈ-শংবদগী মী পুন্নমক্ল তবাম্ন তৌবিবমই, মাবু নুংশি অমসুং মতিক মগুনসু লৈবমই।

ত্রিবক্রন মাগী মথু কোল্লব অনিদু চিংল-চিংলদুন, মাগী মতম পুন্নমক্ত থরাইতান নোকপ মনোক্ল লোয়নন, মতম পুন্নমক্ত থাদোক্লব লৈত্রব মাগী থাউ, মোলম্নচিংব য়াওব পুজাগী উপুতুগ লোয়নন কা অমদগী অমদ কোয়চৎ চৎলমই। মী পুন্নমক্ল মাবু নুংশি অমসুং নোকমিন্নৈ, কনাগুম্বদি মাগী মওংতুদ কবেম্নবিবসু য়াওই, মাগী ফিভম কায়বতুদ অথিব খোন্ন ফাগী তৌবসু য়াওই।

অচোংশিংনসু কবিগুম্ব মতমদ মাগী মতুং ইল্লগ অকায়ব রাহৈন ফাগি ভৌব য়াওই, ভৌইগুম্বসুং কবিগুম্বদসু ত্রিবক্রগী হবাওব, মুংঙাইব শক্তম উংপদু কায়হম্ব ঙমদে।

পোকপদ মাগী মমিং মালিনি কৌই, নাব মতুংদগী মথেক অহুম থেক্ল কোনবদগী ত্রিবক্র কৌথিবনি, মতুদ মাসু হবাওন য়াই। মাগী মওং কায়বদুদ মাসু অতুম নোকই মাবু য়েংলগ ময়াম লংনবদ মাসু অহুম য়াওশিল্লি। করিগুম্ব মতমদ মশাবু মশান হেন্ন থিন হায়ব মতমসু য়াওই। মতুন ময়াম পুম্নমক্ল মাবু মুংশি। কংশগী কোম্নুংগী মুপিগী লৈফমদ মহাকসি লায়বক ফব (mascot) পুবকপ মীনি হায়ন থন্নে। করিগুম্ব মতমদ ফাগি-জুগাই, নোকপ-লাকপ ইয়াও য়াওরুব কংশমকসু ত্রিবক্রন মশাবু মশান লংনজবদুদ হবাওন নোকপ য়াওই।

মপানগী মীয়ামদ মুংঙাইন শকউংপ অসিগী মনুংদ মী থংহন্দব মাগী অরোম্ব অমা লৈরি। মান থল্লমই মতুদি—মাগী মঙকসি পৈবমদ্রগদি মশক য়াম্ন ফজব ওইনি, মথাংদ কোল্লমদ্রবদি ফীভমসু য়াম্ন ফজবমগনি অমচুং খুদু কোল্লমদ্রগদি চুংফিবান চাব ফজবব ফীভম ওইগনি হায়ন থজ্জরমই। মশাক মতৌ ফজরে হায়ন লৈববী নিংথৌমচা মুপিশিংদগীসু মান হেন্ন ফীভম ফজগনি হায়বসি মাগী মশাগী ওইব অথুপ্প রাখলনি, মসি মান কনাগুম্ব অমদ হায়দোকপ পাম্নমদে।

অসুম্ন থজ্জরিব মাগী রাখলসি থাদোকপসু পামদে, থাদোকসু থাদো-কনিংদে। মরম অসিন মান মিংশেল অমা লাম্থোক্লুন চংপ মতমদ

মাগী থাঙ্গরিবসি কায়খিনি হায়তুন মমিং উইশিল্লি। মান ভুম্লনব ফমুংদ হিপ্প মতমদ মাগী মশক মতৌ ফজব অমসুং ফীভম য়াম্ল ফজব অত্তুগী ভাবন থন্দুন কুইন তুম্ব য়াদন লৈ। মতুংদ মাগী মতম পুম্বগী মওং মান নিংজবগী থৌজান হৈরব্র ইষ্ট দেবত ভগবান শঙ্কবদ খুবমজৈ। মাগী ফীভম মশক মতৌ ফজগদৌবসি অমুক্ত অতৈদ উইনবিয়ু হায়তুন খুকুমজৈ।

চহি কয়া, অহিং কয়া মান থৌজালগী মশক ওইবব ভগবান্দ খুকুমজবকপদগী মাগী অশেংব মশকসি উজব ফংজবগী খুদোং চাবতু শোয়দন ফংলকখিগনি হাযবসি ফাওব মান থাজরমই। হৌজিক্তি মুমিং হুম্লিগী মমাংদ মযাম পুম্লমকপু অন্ন-অন কয়াদগী কনবিবনি হায়নব দেবকীগী মচা নিপানশুবতু হিংলে হায়ব অসি মীন ঙানব তাবমই। মসি তাবদ মাবু আশান ঙাওহল্লমই। মীযামগী অরাব কোকহনঘিবগনি হায়ব ইবুংঙোতু নোংমদি মথুবাদ লাকপ য়াই অমসুং মাগী থৌজালদগী মাগী ফজবব মশক্ত মীযাম্ল উবব য়াই। অনৌব আশাসিদগী মাগী ভগবানবু খুবমজবতু অমুক হেন্ন কনশিল্লমই জগৎকী মবুংঙো! দেবকীগী নিপানশুব মচাতু থুন অমুক্ত মথুরাদ থাবিরবউ। মাগী থৌজালদগী মথেক অঙম কোল্লব অসি নত্তব ঐগী অশেংব শকফমতু মীয়ামদ উইংবিবগনি। অমুম্ল মান মমিত্ত মপি তানা থুবল্লমই।

মতুদ মান নন্দগী মচাতু মথুবাদ লাকনি হায়ব নিংথৌমচা মুপিশিংদগী তাবে। অত্তুবু অঙকপদি, অরাবদি মান হেক লাকপগ থুন কংশন লোয়শিনগদৌরি তাবদ মথোয়দি হন্নাওরি। তৌইগুম্বসুং

মাদি মাগী অরাব পুন্নমক কোকহনবিগদোব মী লাক্কদোরে খন্বদ ন্নুংঙাইবগী ইথক্ত তাওহুন লৈরি ।

কৃষ্ণন মথুরাদ থুংলরগনি তাবদ মীপুমতিংন হরাওনৈ। কংশগী লোয়নব অমসুং মতুং ইন্ব মীশিংন অসিগুম্ব য়েক্লবসি থুন লোয়শিনখিগনি অমসুং কংশগী মপান্দগী মথোয়গী মরায়বক ফবহু কায়রোই হায়ন খন্বদ য়াম্ন হরাওনরমই। অমবোমদন যাদবশিং অমসুং কংশবু তুক্কচব অমসুং কিশুকিব প্রজা অয়াম্বন কৃষ্ণগী অঙকপ তৌব ঙম্বশিংসি তাবদগী ন্নুংঙাইবগ লোয়নন মাবু থৌরাংন ঙায়নরমই।

নন্দগী মচান মথুরাদ লাক্কনি হায়ব হেক তাবদগী ত্রিবক্রন মমিং-নাকোংশিংন পাও খজিক্ত ফাওব চিথদন তাননব হোং-নবমই। কোন্নুং মনুংসি অঙক অঙকপ পাওন থল্লমই। নন্দগী মচাসি দেবকীগী নিপানশুব মচাহুনি হায়নরমই। মান হিংচাব কয়া হাংখি, ইন্দ্রমসু মায়োক্নখি অমসুং গোবর্দ্ধনচীংসি মাগী খুদোম্বীন থাংগংখি হায়নসু তায়। নারদন তাকপিরম্ব তুংদ থোক্লগদোব ব্রাগী মতুং ইন্ন মান কংশ হাংলগনি হায়নৈ। হায়নরিব পুন্নমকসিন অচুম্ব ওইরগদি ত্রিবক্রন মান নিংজরিব ভগবানসি শোয়দন ওইগনি হায়ন মান মপুক্লিং য়ৌন থাজরমই।

নুমিৎ হুমনিসি ত্রিবক্রসি তুম্ব-হিপ্প চাব নিংথিন য়াদ্রবসু মাগী হবাওব, নোকপ ন্নুংঙাইব শক্তম উৎপদি থক কায়দে। নোংমগী হৌখ্রিব মিকুপ খুদিংদ মান নিংজরিব ভগবানগী লাক্লনবগী খুক্লমজবহু মান কাওব লৈতে।

মাগী পুন্সিগী থোক্নরগদৌরিব চাওরব থোদোক্কুগী মান লেপ্তুন শেম-শাজৈ। মীন নোক্পনি হায়ন কিন্থন লোংশিন্দুন থম্ব মীগী ফজরব ফিরোলত্থু মান পুথোক্লে। ময়ন মানহেক থংজবথৈ শিভিন্নদুন মনম মুংশিন্নব থাউ কয়া শেয়ে অমসুং মদু হায়নব উপুত্থু ফেংদোক্কুন মিংশেলগুম্ন লংলে।

নোংমগী মুংথিলদ ত্রিবক্রন নন্দগী মচা অনিথু মথুবাদ থুংলরে অমসুং কৃষ্ণগী লুচিংব অক্রুরগী য়ুমদ লৈরে হায়বসি তাবে। মদুগী অহিংথু কোম্নুংদ অঙক অঙকপ থোদোক কয়া থোকই। মীসি লাকপগ চংথিবগ কয়া তৌই। অক্রুব, প্রাদ্যুতা, ভিতিখ্র অমসুং অঞ্জনচিংব কংশগী থাজরব মীশিংসি অমমম ওইন রা কয়া তান্নৈ। মাগীস্ত মান অপান্ব পামদব কয়া থায়বি। মাসু মাগী অপান্ব পামদব কয়া থায়। প্রাদ্যুতাবুদি মান য়াম্ন নুংশি অক্রুরবুদি মান য়ানিংদে মরমদি মহাক্তি মাগী থাউ মনমনুংশিবত্থু তৈয়ু য়াদে, মগধগী নিংথৌমচাবু নুংশিদে, মরমদি মান শিব থাউ মনমনুংশিব অমসুং মনমগী মরমদ করিস্ত থংদব মান অফ-ফত্তগী মরমদ রা য়াম্ন ভাংই।

অহিং অত্থুদ সহরদ লৈব মী থরদদি থুংগু-থুংলায় য়াম্ন য়েত্থোকপ্রে হায়বসি মান তারমই। নিংথৌ মচানুপিশিংসু য়াম্ন ইরাং হৌরমই। যাঁদবকী লুচিংবশিংন লৈব মকমদদি য়াম্ন অফা অপুন কম্ব চিংনব মওং ওইন তৌই। অহল ওইরব অন্ধকাগী লুচিংব বহুক অমসুং মাগী মচাশিং কোম্নুং মনুংদ লৈব উগ্রে— হাংগ্রে

হায়নস্থ তুমিন তুমিন ঙাংনৈ। পুন্নমকসি নন্দগী মচাশিং লাকপগ মবি লৈনবনি হায়ন মান লৌই।

মতুংগী অযুক্ত ত্রিবক্র অযুক অঙম্বদ হৌগৎলে। কংশ অমসুং মাগী মুপিশিংদ মনম মুংশিবব থাউ অমস্থ তৈনব মলম পিবে অমসুং থবক অতৈদি মাগী মথাদ লৈব মীশিংদ শিন্নবমল্লগ মহাক কোনুং থাদোক্তুন লাক্লে। মাগী লংলব মনম মুংশিবব হাপ্নব লুপাগী উপুত্থ পুবত্থন অক্রুবগী মযুমলোমদ লাক্লমই।

লম্বীদ মান মীযাম কয়া মপুং ওইব সহরগী কাববাব মপুং ওইন তৌব মফমলোমদ মী চৎনব, তিনব উবমই। পাখং ফাগৎলক্লব যাদবশিংন হেন্ন মশিং য়াম্ন থুন চৎলমই। লম্বীদ মহাক উবদ নোক্লবগী খুদোংচাব মাংহন্দব মীন ঙসিদি মাবু হন্ন যেংলমন্ত্রে। মতুদ মহাক্ল ঙক্লত্থন কবিনো খংনিংলমই অমসুং মাস্থ ময়ামগী মতুং ইন্দুন চৎলমই।

কোনুংগী ফিবোল মচুশংব অমসুং শুব-চাম্ব তৌব তুকাল অমগী মমাংদ মী ময়াম তিল্লমই। মহাকসি নিংথৌন যান্ন চাম্ব মীনি মবমদি মহাকসি কংশগী অমসুং মাগী ইমুং-মনুং মুপিশিংগী মকওইব মীশিংগী ফিবোল শূব-চাম্ব, মচু-মবাং শংবগী, ইষ্ট্রী তকপ মকওইব মীনি। ত্রিবক্রন মপ্লামত্থগী মরক্ত থান্নদোক্তুন ময়ামগী মমাং তান্ন চৎলমই। মান ইন্থোকলুব মীশিংন নম্বোম্বী মুপি অসিনচিংব হায়দু চৈ থাংবত্থ মহাক্ল থৌওইদে, হন্ন তাদে।

মহাক্ল তুকাল মনাক য়ৌরব মতমদ থোবীত্থগ অঙাং অনিত্থগ শূবদ ঙায়রিব অমসুং ফজন তকথোক্লব ফি থর ঝাইবগী মরমদ রা অকম্ব থর ঙাংনব তারমই।

ধোবীতুন য়াম্ন থিন অঙাং অনিতুদ চৈরমই। ধোবীতুন লাও-রমই 'লরাইমচা নখোয়সি' হায়তুন চৈরমই অমসুং অঙাং অনিতুদগী থর মুরপ তৌব নহাতুদ ফুগদোৌবগী মথুং থাঙ্গৎলমই। তৌই-গুম্বসুং অঙাংতুন থৈদোক্তুন ফুরকপন্থু নাম্ফোকথি অমসুং নোয়-পেল্লব ধোবীতুদ হায়নিংঙায় লৈত্রব পাঙ্গলগ লোয়নন ফুরমই। ফুবত্থু য়াম্ন মফমচান য়েংতুন ফুরকপনি। ধোবীথু অশিবগী পান্দমগুম্ন ৱান্থখরে অমসুং অশিবগুম্ন লৈপাক্ত তুখ্রে।

চাওথোকচরব অমসুং থৎনগল্লব মীতুগী খুদোংচাদবত্থু উবদ তিল্লিব মীয়াম্ন য়াম্ন মুংঙায়নরমই। জ্ঞান মাংতুন লৈপাক্ত তুরিব মীতুদ নহা থরাদি খোংপাক্ল ফাওব কাওরমই। ত্রিবক্রত্থু ময়ামতুগ লোয়নন ধোবীতুবু চৈবদ য়াওরমই, অঙাংশিংগ থৎনব পাম্লিব মহাকসি ফত্তব মীনি হায়রমই।

অঙাংশিংতুন তুমিম্ন তুকান্দুদ চংখ্রে অমসুং মখোয়ন অপাম্ব ফি থল্লে অমসুং শেৎচিল্লে। মীয়াম্ন মুংঙাইন য়েংলি।

অঙাংশিংসি কনা কনানো? ত্রিবক্রন মনাক্ত লৈব মীদ হংলমই।

নং থংগ্রিব্র? মখোয়সি বৃন্দাবনগী গরালাগী লুচিংব নন্দগী মচাশিংনি, মনাক্ত লেপ্ল অমন হায়রমই।

ত্রিবক্রগী থম্মোয়দ মুংঙাইবগী ইহৌ অমা ফাওরক্লে। 'করিগী ধোবীসিন চৈরিবনো? মান হংলমই।

অঙাংশিংসিন ফজব ফিরোল থর নিরমই। কংশগী ধনুযজ্ঞ সিদ মখোয়বু বাত্তন তৌই অমসুং ফিরোল নিংথিন শেত্রগদি চংব য়ারোই হায়রমই' অতোপ্প অমন খুম্লমই।

'মখোয়সি ফজব অঙাংমক্তনি' ত্রিবক্রন হায়রমই।

'কয়াদ ফজথ্রবনো। মখোয়সি কয়াদ চিংলেন্ন লৈথ্রবনো। অমন হায়রমই।

অতোপ্প মনাক্ত লেপ্প অমন হায়রমই 'গাধাসিবু কয়া ফজন ফুরিবনো ? মহাক মশামকসি মহারাজ কংশমক্লি হায়ন থজ্জব মীনি।'

'নিংথৌসি য়াম্ন শাওরনি' ত্রিবক্রন হায়বমই।

'অঙাংশিংসি মরিল য়াম্ন লৈ, কনান শাওব শাওদবগী মরমদ মখোয়ন থন্দে' মনাক্ত লেপ্প অমন হায়বমই।

লাইগুম্ন শেংলত্তুন অঙাংশিংত্থু তুকান্দগী থোরক্লে। ময়াম্ন অহলত্তুন অশংব ফি শেংলি অমসুং নিংথিন মশম খোয়রব নহাত্তুন য়াউংংচু ফি শেংলকই। মঙকশমদসু স্কার্য অমমম পুল্লকই অমসুং মখোয়গী শেংলিব ফিগ চুনব কোয়েংসু য়েংলি। অনিত্তুগী মবক্তুগীস্থ অতোপ্পত্তুন অমুক হেন্ন ফিরোল শেংপ চেকশিল্লি, মান হান্ন য়েংলকপ কোয়েত্তগী ব্লাহোং মতু থেংলকপত্থু লৌথোক্লগ হৌজিক য়েংলিব সানামচুগী কোয়েত্ত থেংচিল্লি।

মখোয়ন তুকান্দগী থোরকপ মতমদ মখোয়বু মীয়াম্ন মঙ্গল পিবনই। ধোবীগী তুকানসিগী মায়োক্নবদ লৈব লৈ য়োনব তুকান্দগী তুকান্দারত্তুন তাংন ফংব লৈন লেংব লৈপয়েং অনি পুথোবক্তুন মখোয় অনিদ অমমম শিজিনখিরে। অঙাংশিংনসু হরাওন লৈপয়েংত্থু লোয়রমই 'অমসুং নহাত্তুন মুংশিনব উংপ ওইন মনঙ্গলদ কাল্লমই।

ত্রিবক্রন মাগী মপুক্কিংদ নহাসিন হেন্না অঙকপ ওইন (faoinated)। পুন্নমকপু য়েংহুন চান্নবগী মওংদ য়েংব মিংয়েং মরক্ত মুংশিব মওংদ মমিং খংলকপ, য়'ম্ন মরুপ ওইবগী মওংনি। মীগী মিংয়েং, মরক্ত মমিং খংলকপ, পুন্নমকপু মুংশিব মরুপ ওইব মওংদ লৈ। মন্না কারণ তৌরগ মোমোন নোপকহু মহাক্ত মাগী-দমক্তনি হায়ন খঞ্জে। মমাংদ লৈরম্ব মী অমা-অনি ইম্থোক্লগ, খংঙ্গোয়গী মিহুলদি করং-করং চোংন মহাক মমাংদ থোক্লে। মাগী মতম কুইন হায়দোক্কন লাক্লব অনিংবহু থুংগদৌরিব্র?

'নন্দগী মচা কৃষ্ণ! মপুইবু ঙো! ঐহাক নংঙোন্দ চংজরি। ঐনা নংবু ঙায়জরকপসি ওম্থোক্ত কুইরেদ'। ম'ন হায়জরমই অমসুং emotion না পাখংখিহুন রা ঙাংব থোকখিদ্রে।

নহোম্বীসিন কৃষ্ণগী মমাংদ থুরম্লব লাক্লবদ ঘীম্ম চাদবদগী ভুগে-তুগে তৌবহুদ মী পুন্নমক হন্দোক্লরমই। নংহাক ঐখোয় লাকপ ঙায়রম্লিব্র? কৃষ্ণন হংলমই কয়াদ মুংশিবিগ্রবনো! ঐখোয় লাকনি হায়বসি করম্ন খংবগে?

'ইবুংঙো! অহিং কয়া, চহি কয়াদগী, ইবুংঙো, নংহাক লাক্কনি হায়ব ঐহাক খংজে। ঐনা নংগীদমক মনম মুংশিরব থাউ, হকচাং তৈনমব মনম পুজরক্লি, মহাক্ত হায়জরমই।

'ইচে! নং কনানো? কৃষ্ণন হংলমই'।

ঐ ত্রিবক্র কৌই। ঐহাক কোন্নুংগী মনম মুংশিব থাউ মলম্ন চিংব তৈনমবগী দাম্নী পুবিনি। অহুবু ইবুংঙোদ ঐগী লৈজরিবসিগী থ্বাইদগী হেন্না ফবহু ইবুংঙোগীদমক্ত থাকচরি। মহাক্ত থুব্রমই।

কক্তরব চিন্বান্দুদ মোমোন নোকপ উবদ ত্রিবক্রগী থম্মোযত্থ হায নিংঙায লৈতন হবাওব্রবমই। হোয ! নোক্লিবত্থ মাগীদমক্তনি। মযমবি মত্থন মতোন্দ নিংজব অমসুং বাশক থুংহন্নব আশা পিনবিবনি। মান কুইম নিংজবক্তব আশাগী মংত্থগী মুংশিজ্রবব মপুত্থ মহাক্লি।

মান মাগী মনম মুংশিজবব তৈননব মলম থাউনচিংবত্থ লোথোক্লে অমসুং কৃষ্ণগী মথুত্ত, মখক্সাইনচিংবদ তৈবিরে, ভা-চন্দোন্ন মবাইবক্ত তৈবিবে। মত্থ'দ থাউ, মোলোম্নচিংব পুন্নমক্ত বলবামদস্থ তৈবিবে। মহাক্তি মহৌশ'ন থেংনবক্তব মনমশিংত্থদ অঙাংগুম্ন হবাওন নোক্লি।

মতুংদ ত্রিবক্রন য়াম্ন যান কৃষ্ণগী মখোংদ তুথ্রে, মকোক্ত মাগী মখোংদ থমখ্রে অমসুং য়াম্ন থরাই শোক্ল 'ইবুংঙো। ইবুংঙো। ঐসি ওন্থোক্ল থিখ্রে'। মসিদং হায়রগ মথা তাব ভমখিস্ত্রে। কুইন কূমত্থন থম্নবব পেন্দব কয়াত্থন থম্মোয় ফুন্দুন হিক্ল হিক্ল কপ্লক্লে।

মুংশিবব মমান মচাদ হাযবগুম্ন কৃষ্ণন মুংশিন হায়রমই।

নংদি নশক থিদেন। মান কোম্নরত্থন ত্রিবক্র লৈপাক্তগী লোৎখল্লমই। মতুংদ য়াথং পিবগুম্ন মান হায়রমই। 'ইচে'। নংবু শকথি হায়ত্থন কনান হাযবগে ? নং ফজৈ।

ত্রিবক্রন লৈপাক্তগী হৌগৎলমই অমসুং মান মহৌশ তৌবগুম্ন লেপকে লাক্লরমই। ভৌইগুম্নসুং অঙকপ থর মঙোন্দ চংবগুম্ন ভৌবমই, খংহৌদব পাজল থর চংলকপগুম তৌরমই। মান লেপকে লাক্লরমই, অমসুং ভমলে। মান মখোং অনিত্থ পুন্ন চিংশিল্লমই অমসুং মখোংত্থ তিংলে। চপত্তিংন লেপকে লাক্লরমই অমসুং

ত্তিংন লেপ্প ঙমলে। খংতৌদন হায়কম খংদব মঙংদ মঙোন্দ কবি খোক্লবগে হায়বসি মহাক খংলে। হ্ৌনব খংব অচৌ-অশাং ইমুংদ পোকপ মুপিন কবম্ব শাজৎ চৎকদগে হায়বদু কাওখ্রে অমস্তুং মু'ঙাইমনখ্রবুন হবাওব চোংলমই। মহুদ তিল্লিব মীশিংন মহুদ ঙকখ্রবুন তুমিন তুমিন য়েংদুন লৈরমই।

'মপু ইবুংঙো, মপু ইবুংঙো, নংঙ্গ ঐবু যীভম তাহলে অমস্তুং চুমহনবিরে হায়দুন ভুমিন্ন শোল্লগ মাগী শাংলব মশমহুন মখোংদু ইচায় চায়ন কুপ্পগ হায়কম খংদব তৌৱিমল খংব ওইন মখোংদ তুখ্রে।

---

# "অশেংব লিরুং"

ধোবীদুগী দুকান মমাংদ লেপলিব মীশিংন ওইখোক্লরোইদব মঙংদ ত্রিবক্রেগী মশা ফরকপদুদ ঙক্লদুন লৈরিবৈগী মতমদ মীয়ামদুগী মপান থংব শকক্ত লৈরিব মীশিংদগী লাওনরকপ তানরমই। শগোল তোংবগী মরক্ত চৎপগী মখোল, শগোল শাজৈ ফুবগী মখোল, ফুবদগী নারদুন লাওনরকপ মখোল তানরমই। শগোল তোংব অমা মীরক থাদুন চৎলি, মান চৎপ য়াননব থেংন থেংনরুব মীগী লেংবান্দ নঙলদ ফুরকপগী অনাব চৈখোল তানরমই।

বলরামসি মশাগী ওইন থুব শাওগন্দে অমসুং বা ঙাংবন অমুক হেন্না তপই। তৌইগুম্বসুং শাওদোমক্রবদি অশাওবন পুন্থন চৎখ্রে, খিংব ঙমদে। মহাক্ত শগোল তোংবত্তুগী মমাংদ থোরক্লে চুক্লি কারে অমসুং চেল্লিব শগোলদু কাননব লাক্লরমই। শগোল তোংলিব মীহুন লাওহুন শগোল শাজৈহুন কননব লাক্লরমই। তৌইগুম্বসুং ফুরক্লি্ুঙৈগী মমাংদ শাজৈদু মুনখ্রে অমসুং শগোলদগী লৈপাক্ত চিংখখ্রে। শক্তি লৈব মীশিংন তৌব থবক্ত থিংহুন মাই-য়োক্লবসি উরক্কব মীয়াম্ন অঙাংশিংন তৌরিব থবকশিংদু থাগৎলমই অমসুং বলরাম্বু থৌগৎপ অমদি মুংঙাহ্ব উৎলমই।

বলরামসি মীয়ামদগী হেন্না রাং চাওববসু মাগী হেন্দোকপ মপাঙ্গল লৈ হায়বসি খংনদে। মান শগোলদু লেপহন্নদ নত্তে, তুংলোমদ অমুক ইল্লকপনি। শগোলহুন মখোং থুমাং থাঙ্গত্তুন তুংন লেপ্লগ মশাগী অরুম্বদু পিবগ খিংননব লাক্লরমই, তৌইগুম্বসুং পুন্নমক্তু অরেম্ব তাখি। মথং মথং ইল্লকপন তুংইন্দুন লাক্লিব যণ লাবশিংন চিংলক্লিব গাড়ী অত্তুগী মমাং য়েৌরক্লে।

যণ লাবশিংহুন তুং হল্লক্লিব শগোলহুবু অমসুং মীয়াম্ন মুঙাইহুন লাওনরক্লিব মখোলহুদ কীরহুন কৈরেংনন চেনগে তৌবদ গাড়ীহু লোংগদৌব থজিক্তং রাংলমই। গাড়ী অত্তুদ তোংলিবী মুপি অনি অমন চহি কুম্বামঙারোম্ন শুরবী অমন মশক মতৌ নিংথিরবী চহি তরাতরুকবোম্ন শুরবী মুপি অত্তুন কীরহুন লাওরমই। শগোল তোংলকপ নিংথৌ মচাহুন, থিনশোক্লবসু লৈপাক্তগী হৌগৎ-লমই অমসুং গাড়ী অত্তুগী তুং ইল্লিব শগোল তোংব অমি অত্তুদ

লাওরমই, তৌইগুম্বসুং অনিহু মনাক তাম্ম লাকপ গুম্লমদে, মরমদি গাড়ী অমসুং যণ লাবশিংহুন লক্ষীহু ফৈন পুমখিং খিংগ্রে। মান বলরামদ ওনশিনগে তৌরমই, তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণন মগুকশমদ পায়রগ কারে।

নিংথৌমচাহুন শাওন মঙোন্দ ওনশিন্দু হায়বমই অপংবা নহাক 'ঐ' কনানো খংব্র? ঐসি বিদউগী যুবরাজ, রুক্মি হায়বহু ঐনি অমসুং নখোয়গী নিংথৌ কংশগী অতিংনি।

নংন হায়রবনিন ঐহাক নং কনানো হায়ব ঐ খংলে কৃষ্ণন ইংন থুম্লমই নহাক নংগী মুপিশিংগী মনাক্ত চংলো অংসুং মী ওৎপ-নৈব তৌগমু।

ফক্ত্রব গুণ্ড (scoundrel) রুক্মিন লাওরমই অমসুং মাগী থাং শংকে তৌরমই। তৌইগুম্বসুং মান মহু তৌদ্রিংঙৈগী মমাংদ বৃষ্ণম য়াম্ম হৈ-শিংন মাগী মখুৎ লৈথেক্লমই অমসুং নিংথৌমচাহু য়াম্ম হৈ-শিংবগ লোয়নন মাগী ফীভম কায়ইল্লমই। মতুংদ অপম্ব পীব গুমক্সবদগী গাড়ী তাম্ম মমাংদ ইল্লগ চেং বোরা হুনগৎপগুম্ম গাড়ীদ হুনগৎলে। গাড়ীদ কল্লিব মুপি অনিহুন কৃষ্ণমদ য়াম্ম শাওন লাওরমই। ঐগী ইবুংসে থাদোকউ, ফক্ত্রব নিপা হায়হুন মশক মতৌ য়াম্ম কক্সরবী মুপিহুন লাওরমই।

কৃষ্ণন মীগী থম্মোয় শুমহৎনবগী মশক ওইরব মাগী মিনোক্ত নোক্লগ হায়রকই 'মসি মংগী নবুংবা'? নিংথৌমচা মুপি অমা ওইন যুবরাজসি লমচৎ-শাজৎ তম্বীব কৈ।

ইহে। ঐগী ইবুংদ নখোযম করি তৌবিবগে, লৈশাবি তুন লাওবমই।

কৃষ্ণন মাগী হৈনবী ওইবব মিত্তাঙু তৌরমই। নহাওইরিব ইবেম্ম। নুংঙাইতব তৌরুম্নু। নবুংসি মাগী চাওক্তনিংবতু মতুন অতৈ অমাংব লৈতে। মতু দদি নঙোন্দ ফাওবসু হেন্না লমচৎ-শাজৎ ফজবগনি হায়ন খল্লি। মাম নোক্কুন হাযবমই। কৃষ্ণনদ শাপ্পব ওর্থসি কনামত্ত লৈতে অমসু বিদউগী নিংথৌ মচানুপীতু মপি তান তান কৃষ্ণদ মোমান নোক্কথ ওন্নমদে।

কৃষ্ণন লাওন-খেংনবিব মীযামতুদগী কিরতুন চেনগে লাক-বিন যণ লাবশিংতুগী মন ক্ত চংগ্রে। মহাক্কি মীবু খংনগুম্ন যুমদ পোকপ শা ক জং মওং মুন্ন খংলমই। অমসুং অকিব লৈতন মনাক্ত চ শিল্লগ তপ্প তপ্প খরা মখোযদ চান্নব মওংদ তপ্প বা ডাংতুন থেম্নমই। তপ্প তপ্প খবা নাম্ব অমসুং ঙুংঙাইনব রা খব ডাংলমই অমসুং মতুদগী যণ লাবশিংতু ইথগ্রে। মতু দ যাম্ন শুংশিব মওংদ মখোযগী মথা নানবিবদগী যণ লাবশিংতু মখোযগী কিবম্বসু কাওখ্রে অমসু তেথরক্লে। মতম খবগী মতুংদ মখোযগী হান্ন লৈবগ্ন মফম তান্ন চিংশিল্লক্লে অমসুং গাডীতু চৎপ যাবগী মওংদ লৈবে।

কৃষ্ণন যণ লাবশিংতুদ কাযনবমদাইগী শিংশিৎ নাবিরমই, যণশিং-তুনসু কুইন কাযনথ্রব মরুপ উনবগুম্ন মনাতোম্ন কৃষ্ণদ তফলমই। মতুংদ মহাক্ক চুক্লিতু গাডীরালাদ হুঞ্জলমই যণশিংসি নিংথিন শেম্মৌ মখোয়ঙ্গসি যাম্ন কবা যন্নি হায়রগ লৈজবিতুদ মিৎচিন য়েংলগ নোক্লমই।

চংথাকচবম্বতু বাবকপঙ্গী হস্থরব কক্মিন শগোল তোংলগ গাডীম্বগী মতুং ইন্দুন চংখ্রে।

মতম অসিদদি মশিং মায়ত্রব মীবায় মচিন মনাও অনিসিগী মনাক্ক তিল্লরে অমসুং যাম্ন উকাই থুম্নবগ লোযনন মখোয়বু থাগৎলমই। নঙোম্বীমুপি অমবু তিংচম্ব, শগোল অমবু শাম্নপোৎ লাই মচাগুম্ন ইন, ম্ব, কশগী অতিং অ বু শগোলদগী চিংথবগ অমসুং বোরা থাংবগুম্ন পুব অমসুং কিযব যণলাবশিংবু তপ্প পোপ পোপ ফুতুন ইথহম্বদ অঙকপ ওইন থোকখ্রে।

পুলিগী নিংজরকপতু মনিং থুংলবদগী মুংঙাইবগী হমখৈ লৈত্রব ত্রিবক্রন, হৌজিক্তি তিংন চংলে। মুংঙাইজব অমসুং তৌবিমল ও ব বাংলন থমহৎখিতুন ত্রিবক্রন তৌজিক্তি মাগী লোম্ন থমজবতু চায়দোক্কব চানক্কে অমসুং গনাক্ক লৈব মী তমদ তমিম্ন হায়বমই হাকসি দেবকীগী নিপানশুবা মচানি। নাবদ মুনিন হাযখিবতুনি মসাক লাক্র।

কৃষ্ণ, বলরামসু তিল্লিব মীযামতুন হরাওন অমসুং তবাম্ন ওকপতুদ মুংঙাইব কোংদোক্লদুন মখোয়ন চংকদৌব লম্বীদু চংলি। ত্রিবক্রন লুচিংলহুন মীয়াম থবদি মখোযগী মতুং ইল্লি। মখোযন চংলিব লম্বীতু অরাম্ন অনকপ্প কযাদগী অচৌ-অশাং অমসুং থুঙংগী মীন থন্ন চংলি, অমসুং মখোয়গী মমুংদ তৌনবিব তমথিরব মুক্রবিবসিগী মবমদি কবিমন্ত থংদে। ত্রিবক্রগীদি — মশক মতৌ কজরব নহা অনিসিন, থোইদোক্ল মাগী ঈশ্ববনি থঙ্গরব মুংশিজরব কৃষ্ণগ চৎমিন্নবসিদগী হেন্ন মুংঙাইজব লৈত্রে

অমসুং মমিং চৎলব সহর অসিগী মরু ওইবশিংদু থিন্দু থিন্দুন তাক্লমই।

ধোবী অমসুং রুক্মিন খোকখিব থোঁদোকশিংগী পাওদু থুন চৎলমই অমসুং লৈবাক তাকপশিং য়েঁৱ্রে। জেনেরেল প্রাদ্যুত মশামক্ত, মাগী মী খরগ লোয়নন থোঁদোক খোকখিব মফমদু য়োবক্লে অমসুং ইংনরব মতুংদ বলরাম অমসুং কৃষ্ণন পোথ-পোথান চৎশিব মফমদু য়োরক্লে। মখোয়বু উবদ জেনেরেলদু শগোলদগী কুমথরে অমসুং অতা শিংদুগী মনাক্ত চংশিল্লমই।

নন্দ কোব নিংথৌগী মচা অনিদু নখোয় নত্র মহাক্ত হংলমই? অয়ুক্তগী ঐন নখোয় অনিবু থিরিবনি। মাংজোনন ফংহৌদ্রে— মদুগীদমক শাওবিনু।

প্রাদ্যুতান উবগ অতাং অনিদুবু থাগৎপুব তন্নমদে অমসুং খুদক্ত অতোম্ব অতাংদুগী নিংথিব ফজবদুন মাবু শুমহৎসমই।

'কনা ওইখিরবনো? বলরাম হংলমই।

'ওঃ! ঐসি অন্ধকাগী লুচিংব প্রাদ্যুত হায়বদু ঐনি।

'ঐসি কংশ নিংথৌগী জেনেরেলনি।

সহর অসিদ হৌন লমচৎ থংদব মীয়াম অমা লৈশিন্দু লৈয়ে বলরাম কোংন (bluntly) হায়রমই। 'ঐখোয়না সহরদ হেক থুংবগ অমন কৃষ্ণদ ফুগে তৌরমই, অমন ঐবু শগোল শাজৈন ফুরমই।' বলরাম রুক্মিন ফুবগী শাজৈ মফমদু মতোন্দ উৎলমই। 'নখোয় য়াম্ন হৌন থংব তরায় ওকপ থংব মী মক্তনি' হায়রগ, হৌন নোক্লমই।

কৃষ্ণন মথুৎ লোম্নরে। 'অন্ধকা মবক্তগী অথোইব ওইরব ইবুংঙোবু উনজব ঐখোয় নুংঙাইজবে। ইবুংঙোগী মরমদ ঐখোয় পাও কয়া ভাব ফংই।' কৃষ্ণন হায়রিবসি য়াম্ন চিংলেম্ন অমসুং ইকাই খুম্নন হায়বনি 'ইবুংঙোদি মমিং চংলব লান্মী অমনি।

'খুরাইইবুংঙো প্রাদ্যুম্নতান নন্দগী মচাদ ধোবীতু য়াম্ন হৌব খংদে' ত্রিবক্রন মরক থক্তুনা হায়রমই। অমসুং বিদউগী যুবরাজন বলরামদ শাক্তৈজন কল্লমই।

প্রাদ্যুম্নতান মাগী মনাক্ত লেপ্লিব মশা মতৌ ফজরবী অমসুং চুকিরাল চারবী মাগী মনাক্ত লেপ্লিব নুপিহুদ ওনশিল্লমই অমসুং ঙক্লহুন মমিত্তু লাওন পাংথোক্লমই। নংহাক কনানো? মান হংলমই।

'খুরাইইবুংঙো! ঐবু অশুক থুনা কাওখিবরা? নুংশিন নোক্লগা ত্রিবক্রন হায়রমই। 'ঙসি অয়ুক্ত মনম নুংশিব থাউ পিজরম্ব কাওরব্র মমাগদি জেনেরেল অসিগ য়াম্ন তোৎনরম্বদগী হঙোয়দহুন টরাই লায়ন হায়রমই।

প্রাদ্যুম্নতাদু মমিংন উরব কাঙব থাজব ঙমদে। 'ত্রিবক্র নং করি থোকখ্রবগে? ননম অপোম্বতু কদায়দ চংখ্রে। নংগী নশক মতৌ ফজব হায়বদু ওইবে প্রাদ্যুম্নতান ঙক্লহুন হায়রমই, মথেক অহুম কোম্ব, নম্বোর্ম্বী, ঙসি অয়ুক্ত মনম নুংশিব থাউ মলম পিরম্বহুন করম্ন তোংঙাম্ব মী অমা ওইখ্রিবনো হায়বহুদ তঙকপ ফংলমই। মথুৎ লোম্নহুন অমসুং কৃষ্ণদ মাকোকানান্দুন মান হায়জরমই, ঐগী ইবুংঙোসিগী মপান্দগীনি।'

প্রাহ্যুতান কৃষ্ণদ অনৌব জ্ঞান অমগ লোয়নন য়েংলমই মাবু হাংলু হায়হুন শিন্নরকপ দেবকীগী নিপানশুব মচাহু অসিনি থংলে। অহুম ওইনমক, ত্রিবক্রগী মনম পোনব ফহুম্ব ওম্বসিনদি, মহাকসি ভগবান ওইবতায় নারদন ত্তুংগী রা হায়রমবহু চুমগদৌরি। মাগী মপুক্লিংদ অমম্ব corridor দা ওবাংগী অহিংদ খোকখিব খোদোক্-নিংশিলক্লে, মান মমিংন উখিবদুন থম্মোয়দ নুংঙাইত্তব কয়া পোক্লক্লে অমসুং মংোন্দ শিন্নবিব থক্‌গী নুংঙাইত্রে।

'ঐহাক ঐখোয়গী সহবসি উহম্ব পামই প্রাহ্যুতান য়েংলুসি', প্রাহ্যুতান হায়রবই। য়েংব য়াব ফজব লৈরিব পুন্নমক নখোয় য়েংলুসি—অসিম্ন মান হায়রমই। হোয় পুন্নমক য়েংজগে' কৃষ্ণন হায়রমই। 'ঐখোয় চাওরব লিক্লংদ্‌ য়েংব পামজ্জে বলবামন হায়জরমই। 'মহুগী মবমদ ঐখোয় রা য়াম্ন হায়নব তাই'। ঐগ চংসি, মহুবু পুজা তৌরিব মাণ্ডব হুদ ঐহাক চিংগে প্রাহ্যুতা, হায়রমই।

পুন্নমক মাণ্ডবতু চংলে। লম্বীদ লৈরম্ব য়েংব য়াব পুন্নমক্‌-ত্রিবক্রন হরাওন ঙাংহুন থিল্ল থিল্লদ্‌ন তাক্লি। মখোয়ন মাণ্ডব ম্নৌরমদাইদ প্রাহ্যুতান মচিন মনাও অনিদ ওনশিল্লগ হংলমই—'নখোয় করিগুম্ব মতমদ অসিগুম্ব অশাংব লিক্লংসি শিজিন্নখ্রব?

'ঐখোয় শিজিন্নখ্রে, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্ব মথলগীদি নত্তে। ঐখোয়ন অপাম্ব মতুং ইন্ন য়াম নত্রগ উন লিক্লং শাই অমসুং মদ্‌ন লম্নকি শা কাপ্নে।

ময়াইদ কোন্নুং লৈরিব মনুংগী লাবন অদ্‌গী মনাক্ত যমুন মপান্দ চাওরব মাণ্ডব অমা শারমই। অচৌ-অশাং মী থরম্ব

অমসুং শুমিৎ হুমনি অসিগী মনুংদ থুংলব মী খবস্থ পুজা তৌদ্রন থল্লব লিরুংদ্র য়েংব ফাল্লমই।

মাওব অদুগী মরায়দ, বাংন শেস্থ প্রেটফোর্ম অমদ লিরুং অদ্র থল্লমই। মাখকৈ অহুমদ ব্রাহ্মণশিংন ফমদ্রন তৌব হৌনব তৌদ্রন লিরুং অদ্রব পূজা তৌরি। অতিথি খরস্থ অকোয়বদ চংলগ লিকংগী অকন্ব মপাঙ্গলদ্র থাগৎলি। মযাম অসিগী মনুংদগী মী খরদি হয়েং তেল কাপ্প যাওগদৌব মবম লিরুংস কবস্থ মওংনো হাযবদুগী কুপ্প য়েংব ফারুবি, মবমদি ধনুযজ্ঞসিদ লিরুংসি থাঙ্গৎপ ওস্ব অমসুং খ্বায়দগী হেল্ল শাল্ল তেব কাপ্প ওম্বদুবু থৌদোক অসি অথোয়ব অমসুং হেবোনি হায়ন লাওথোক্লগদৌরি অমসুং মদুগী মতুং ইন্ন মাবু মমা পিরগদৌরি।

লিরুংদ্র লৈরিব মনাক্তু য়োবক্লব মতাংদ প্রাচ্যুতান ত্রিবক্রগী মনাকোংদ কম্বিগুম্ব খরা তুমিল্ল হায়খি। মদ্রদ ত্রিবক্রন কৃষ্ণদ অর্থ লৈব মিৎয়েং অমা তৌখি। খুদক্তুদ কৃষ্ণস্র হায়খিব বাম্বু খংবগুম তৌরমই। হয়েং নোং ওাল্লগ ফনাগুম্ব অমন লিরুংদ্র থাঙ্গৎলগ তেল কাপ্প ওম্ব ওমদবগী ব্বাদি তৌইগদবসুং কংশগী মতিক মগুন লৈবগী তৌব ওম্ব উৎপদগী মীন মাবু কিনরিবদ্র মদ্র হায় খুদেক্তব য়াত্রে। মান লিরুংদ্র য়েংহুন লেপ্প মতমদ মফম খংদব শক্তি অমা মওোন্দ ফাওবগুম তৌরমই।

ত্রিবক্রন মঙোন্দ হায়বগুম অমা তারমই 'মপু ইবুংঙো হৌজিকমক লিরুংসি থাঙ্গৎনব হোৎনজ্রিব কবিগীনো। খুরাইবু ওোগী প্রাচ্যুতাগী হৈ-শিংলব খুংলায় শাবশিংন শাবনি।

ত্রিবক্রন হায়রিবসিদ করিগুম মতুংগী অর্থ অমা লৈত্র ? হায়ন কৃষ্ণ মথন্তন হংজরমই। মহাক্ন করিগুম মথৌ অমা তৌননব পোক্লকপ ওইরগদি, তৌব ঙম মতিক উৎলিব Symbol (খুদমশিংদি) মাংহনব তাবনি।

মহাক মপুক্লিং লেপ্লে অমসুং প্রাত্যুতাম ওনশিল্লমই। ঐহাক লিরুংদ য়াম্ন হৈ-শিংব মী মচ্চদে। ঐহাক গম্বালা অমনি। অহুবু অরোয়ব মুমিত্ত ভেল কাপ্লদি য়াওজগে খঞ্জরি। মহাক্ন হায়রমই। লিরুংসি কয়া লুব লুমদবগে হায়বত্তু হৌজিকমক য়েংজব য়াগনি ?

হোয় ! নন্দগী মচা ! য়েংউ প্রাত্যুতান ত্রিবক্রন হায়ফেৎ য়েংনরগ হায়রকই। ‘তৌইগুম্বসুং নহাক ঙমগনি হায়ব থাজদে। লিরুংদ য়াম্ন হৈ-শিংলব মী ফাওবদ য়ান খোক্লিবনি।

প্রাত্যুতাগী মপুক্লিংদ য়াখল অমসু খল্লমই। মহাকসিবু ময়ামক্না অবাব কোকপীনব মীহু ওইগদৌরিব্র ? নত্রগ মীয়াম্ন খন্নরিবসি ওইরোয়জ ? য়োউ ! প্রাত্যুতান হায়রমই।

কৃষ্ণন য়াম্ন চেকশিন্ন ওইরম্ব য়াব লিরুংদুগী অকনব, অরুম্ব, য়েংহুন লৈরমই। য়েংলিব মী খরম তৌজ শারিবসি, ঙমম্ন ঙমলোয়দৌবদ— অম্মুম্ন থৌওইদন খন্নে। মতুংদ মহাক্ন খংহৌদন শুকথরমই অমসুং খংনিক নিকপগ লোয়নন লিরুংত্তু থাঙ্গৎলমই। অকোয়বদ য়েংলিব মী পুম্নমক্তু পুমণ্ডক ঙক্লরমই।

‘হংচিৎ শিজিন্নগদৌরিব লিরুং অসি নত্র’ কৃষ্ণন হংলমই।

‘মাম্নি’—প্রাত্যুতান অনৌব পোক্লকপ য়াম্ন ইকায় খুম্নবগ লোয়নন খুল্লমই।

'মসি শিজিন্নবসি য়াম্ন লুব্র' কৃষ্ণন ইচম-চম্ব মওংদ হংজরমই। কৃষ্ণন লিকংহু মাগী অতোপ্প মীন হেক খংব য়াদব মগুন করি লৈবিবগে হায়বসি য়াম্ন কুপ্ন য়েংলমই। মতুংদ মান লদায় অমা উবে। মসি মান লাক্লিবসিগী মথৌ পাংথোক্লব খুদম অমনি হায়ন মান লৌবে। য়েংলিব, তিল্লিব মী পুন্নমক্কী অকিব পোকহন্ব মওংদ কৃষ্ণন নিয়মহু থম্বগী মহুত্ত মচিন অমবোমদন মথোংন নেংলে, অমবোমদন, মখুংন পায়বগ অকন্ব য়েংহুন মখুংন কন্ন মুক্লমই। লিকংহু ময়ি-চংলে অমসুং তেকলে। কৃষ্ণন অতেকপ মচেংশিংহু লংথোকখ্রে অমসুং নোক্লমই।

মসিগুম্বসি মমাংঙৈদ অমুক্ত থোকখিদ্রিব থৌদোক্লি, কংশদ ইকায়ব পিবনি ( sacrilege )। মতুংদ করিমত্ত থৌওইদন তুমিন্ন চংখ্রিব মচিন-মনাও অনিহু উব কাংবুন তুমিন্ন অকিবগ লোয়নন লেপ্তুন লৈহৌই। প্রাত্যুতাগী মপুক্লিংদ নিংঙমদব কয়া পোক্লে অমসুং অদুগ মুংঙাইবসু মুংঙাইবমই।

———

# শামুগী মউং মকোক

প্রাত্যুতান কৃষ্ণন তৌখ্রিব অকায়বহু মবুংঙোদ তম্লে। মহাকসি য়াম্ন হৈরব ওফিসারনি, থম্মোয়দ মুংঙাইব অমা পৌক্লিবসু, মপান-

থোংঙ্দদি য়াম্ন শকফম হঞ্জিন্ন উংলি। কংশন পাওসি তাব মতমদ খংহৌদন মপুক্লিংদ চিংনব অমা পোকই।

মহাক ম্নুমিৎ চুপ্নসি ম্নুংডাইতব, পোত্থাফম খংদব পাও কয়া ফংই। অঙাং অনিসিবু য়েংনিংতুন মী শঙ্গু শঙ্গু লাকপগী পাও তায়। ত্রবক্রগী মনম অপোম্বতু লাইগী থৌশিলগুম্বদগী মাংখ্রে। মাগী মরুপ অমসুং অতিথি রুক্মিবু নমথরে ( humiliated ) ইকাইব পিরে, মীয়ামগী মমাংদ ফুরে হায়বফাওব য়ারে। অতুগ, অমুক থৌদোক অসিমগ লাক্লে। লিরুংদ য়াম্ন হৈ-শিংলব মীন-ফাওবদ থাঙ্গৎপদ রাগনি খল্লব লিরুংতু দেবকীগী নিপানশুব মচান মতেক মতেক থুদেক্লে। মহাক থরাই মাংব (শিব) হায়বতু ওইগদৌরিব্র ?

'করম্ন কৃষ্ণন লিরুংতু থুদেকপগে ?' মহাক্ন হংলমই। 'য়াম্ন কল্লব অমসুং উইরব লিরুংনি।'

'অথং অহৈ পুম্নমক্ন মতিক চারে হায়নরিবনি। মপু ইবুংঙো নহাক নশামকস্মু য়েংবিখ্রবনি' প্রাত্যুতান নোল্লুক্ন খুম্নমই।

'নংন মখোয়বু করিগী পায়হল্লুরিবনো' কংশন হংলমই।

'ঐন করি তৌব ঙমগনি ? ধনু-যজ্ঞগী নিয়ম্ন যজ্ঞতু য়াওগে খল্লিব মীন করম্ব মখলগী লিরুংনো য়েংবদ অখিংব লৈতে' প্রাত্যুতান মখুৎ লোম্নরতুন খুম্নমই।

'থৌশিল অতুগীদি হৌজিক করমতৌব তারে ? লিরুং য়াওদন ধনু-যজ্ঞদি তৌব য়াদে, কংশন শাওরগ্ন হংলমই।

প্রাত্যুতান হায়রমই—'ঐখোয়গী লায়বক থিরিবসি অসিনি।

করি তৌগনি হৌজিক ? বেদ-শাস্ত্র হৈরব ব্রাহ্মনশিংগ ঐহাক তান্নজরে। হৌজিকমক অনৌব লিরুং অমা শেম্ব তায় অমসুং শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্ন অমুক শেংদোকপ তায়' হায়।

কংশন হায়রমই—'হৌজিকমক শেন্নো হয়েং নত্রবসু হংচিত্তি ঘজ্রত্থ মপুং ফাহনসি। হয়েংদি মল শান্নবদ তৌসি। প্রাত্যুত, নন্দগী মচাশিংত্থ কমদৌবগে ?

'ময়াম্ব অহলত্থদি য়াম্ন রাংচাওব, মলাঙ্গল য়ান্ন কম্ব নহানি প্রাত্যুতান খুন্নমই। মান যুববাজ রুক্মীগী মথৌন মপাঙ্গল কল্লব শগোলত্থ কন্ন হোংনকব লৈতন তুংগী থোংন লেপ্পফাওব ইল্লমই। অতোম্ব, কৃষ্ণ হায়বত্থদি য়াম্ন ফজব নহানি। অসিগুম্ব নাপ-নাপ লাওন উব মশাত্থন অত্থক য়াম্ন মপাঙ্গল কল্লমগনি হায়বসি ঐহাক থাজদবনি।

'মথোয় হৌজিক কদায়দ লৈ' কংশন হংলমই। 'মথোয় নন্দ অমসুং অতৈ গরালাশিংগ সহরগী রাংমদ কেম্প শাত্থন পুন্ন লৈ'। প্রাত্যুতান খুন্নমই।

মতম থর কংশত্থ মকোয় নাল্ল-নাল্লত্থন তুমিন্ন রাখল তৌত্থন অমসুং লৈপাক্ত মুন্ন য়েংত্থন লৈরমই। লুবব মতমদ অম্বুম্ন তৌবসি মহাক্কী শাজংনি। মতুংদ মান হায়ব্রমই 'প্রাত্যুতা, নংবু ঐনা মপুংফান থাজব ম্নাত্র ?

প্রাত্যুতান অমুক ওনশিন্দুন হংলমই—'চহি কুনমুকসিগী মন্থুংদ ঐনা ইবুংডো থাজদব ম্নাব তৌখিব য়াওরত্র ? ঐনা তৌখি হায়ন থম্ব ইবুংডোন য়াওরগদি ঐবু থবক্তগী লোথোকপিয়ু। সহরদগী ঐহাক মপান্দ্র থোকচখিগে।

কংশন করিমত্ত খুন্নমদে। মহাক য়াম্ন কন্ন রাখল তৌবি। প্রাত্ম্যতান মীনম্ব তৌববফাওবদ হৌজিক্তি মত্থ উংপ মতম নত্তে। মতুংদ মান য়েংশ্বংলক্লগ হায়রমই, প্রাত্ম্যত! নংবু ঐন থাজদব লৈতে। নংন মতম পুন্নমক্ত ঐগীদমক্ত লেপ্তুন লাক্লি অমম্থং নংন ঐগীদমক তৌখিব পুন্নমক ঐহাক কাওদে। তৌজিক্কিদি নহাক চৎলো।

মতুংদ, মিকুপ থরগী মতুংদ কংশন হায়রমই 'ভত্থু ঐগী য়াথং কায়হনগন্থু। কৃষ্ণত্থু করিগুম্ব মতমদ ঐগী মাদ য়োইল্লকনু।'

মীপুন্নমক মল শান্নফমদ লাক্কদৌবি। মাগ লোয়নন নন্দগী কাংবু লাকপদ ঐন থিংব ঙমগদগে' প্রাত্ম্যতান হংলমই।

'নংন হায়ব চুমই, মত্থদি চেম্ব য়াদ্রে' কংশন য়াম্ন ন্থংশিনব মওংদ হায়রমই। হৌজিক্তি চৎলো, ধনু-যজ্ঞদি হংচিং তৌবগনি হায়ন লাওথোক্লো। হয়েংদি মল শান্নবদ তৌবগনি হায়ন লাওথোক্লো।

প্রাত্ম্যতান চৎখ্রব মতুংদ কংশন খুবাক খুবমই। মাগী য়াম্ন থাজরব মনায় অমা হংলক্লমই।

'ত্রিবক্র হল্লক্লব্র' কংশন হংলমই।

'ইবুংঙো, হল্লক্লে। মহাক ইবেম্ম সনাশিংগ লৈবি।'

রাজকুমার ভিতিখ্র হৌজিকমক লাকউ হায়্বু' কংশন য়াথং পিরমই।

ভিতিখ্রম্থ উনগ দৌবগী ভায়ম্থন লৈবম্বনি অমম্থং থিন্দন চংলক্লে

'ভিতিখ্র প্রাত্যুতান তৌগদৌরিব কুম্মৈ অসিগী প্রোগ্রাম নংঙোন্দ হায়ররিগনি, কংশন হায়বমই। 'প্রজাগী রাখল মওং কবমতৌরিবগে ?'

ভিতিখ্রন হায়রমই 'য়াম্ন ফব নত্তে। নন্দগী মচাশিংন প্রজাশিংদ অকনব থাজব অমা পোকহনখ্রে।

'মতু ঐ য়েংগে। ঐহাক কুইন ভায়ব য়াদ্রে নংগী মী শেম শাতুন লৈয়ু। করিগুম্ব খুদোং চাব অমত্ত পিবোইদৌবনি। যাদবকী লুচিংব অয়াম্ব তিল্লবগনি। চপ চাব তাপ্পাদ ঐন খুদম পিরক্কনি। অঙ্গরপ কৌরকউ, কংশন হায়রমই।

'ইবুংঙো! পাম্বিবতু তৌজনি,' মগধগী নিংথৌমচান হায়-রমই অমসুং কংশগী মনাক্কগী চৎখ্রে।

'ত্রিবক্রদি হরাওজবগী পন্দাল য়ৌরে। নিংথৌমচানুপীশিংগী লৈফমদ মাগী কুইন ফুমতুন থমলুবব পেন্দব ময়ামতু ফোংদোক্লমই। মান নোকই, ফাগি তৌই অমসুং মাবু কম্বিব অমুব নহাতুগী মরমদ রা কয়া অমসুং মান তৌথোবকপ পুম্নমক ইরাই লায়ন তৌওগুম্ন তৌই হায়রমই।'

মথুবাগী নিংথৌ মচানুপিশিং অমসুং মথোয়গী অতিথি অয়াম্বদি ত্রিবক্রগী রাতু মপুক্লিংদ মুংঙাইত্তব মওং অমা ওইন তাই। কংশগী নুপিশিংদদি অকিব পোকহল্লি। অতোপ্পদগী লাকপ নিংথৌমচাশিংদন অঙকপ পোকহল্লি অমসুং অঙকপগ লোয়নন কৃষ্ণবু মশক থংনিংবতু লোত্তুন থম্ব ঙমদে। মথোয়গী মরক্কগী অনি অমদি অমগ-অমগ মাম্লদব মওংদ কৃষ্ণবু থল্লমই।

নিংথৌ বিস্মকসেনগী মচা রুক্মি মাগী মপুরোইববু ময়ামগী মমাংদ গরাল্লা মচা অমন ইকাইব পিরব ফাওবদ তুমিন্ন লৈথোকপ অমসুং কনা অমত্তবু দণ্ডি পিদবত্তুদ য়াম্ন মুংঙাইরমদে। মখোয়গী লৈপাক্ত অসিগুম্ব থোদোক থোক্লম্লবদি মরাল লৈরব মীত্তুগী মংকোক্তু খুদক্ত কেল্লগদোবনি।

ত্রিবক্রন থরাই য়াওন চবেং-চবেং ঙাংবত্তুদ অ'ত নিংথৌ-মচাগুপিশিংনদি তানিংদ্রবসু থরাই য়াওন তারিবদি রুক্মিনগী চহি তবাতরুক শুরবী মৈরাগুম্ন লংন ফজরবী রুক্মিনিনি। মান মাগী মবুংশিবু অকন্ব উংপ পান্ব, মীঙোন্দ ওংপ পান্ব মীনি হায়ন খল্লমই অমসুং চপ-চাব দণ্ডি ফংবত্তুদ মাদি হরাওরমই। অত্তুগী মথক্ত মাগী মবুংবু করিমত্ত তৌবঙমদব অঙাং মচাদ দণ্ডি পিবগুম্ন মথৌন মপাঙ্গল অমত্ত য়াওহন্দ মখোয়দ পুরকপ, কোয়েত্ত রাহোং মতু থেংপ ফজরব নহাত্তুগী মশক উবদ মাবু শুমহংমল্লই। মপাঙ্গল মথৌন য়াম্ন লৈরবসু চুংফিরান চান ফজরব নুপিগী শওং মাল্লব মাগী ফীভমত্ত মান কাওব ঙমদে অমসুং মাগী মীংফম মিংয়েংত্তু শুপকাও কাওব ঙম্লমদে।

ত্রিবক্রন, কোম্নুং মন্নুংদ ( compound ) লৈব মাগী লৈফম তাম্ন চংলগে হায়ত্তুন চংথোরকপ মতমদ, মাবু তান্নরকপ কনাগুম্ব অমগী থোংথাং মখোল তারমই। অমম্ব মী চংফমগী কোচিন অমদ মান লেপ্তুন ঙায়রমই। রুক্মিনি লাক্লমই অমসুং মাগী মথুৎ পায়ত্তুন খাম্লমই।

ত্রিবক্রন অমুব ষপ্লেন নহাত্তু কনবিযু। ময়খোয়ন মাবু হাংনব থৌবাংলি রুক্মিনিদ হায়রমই।

'মান ইরেম্ম! মখোয়ন মাবু হাংপ ঙম্মোয়। মহাক্তি লাইনি নঙোন্দ থোক্লিবদি — নংসি অঙাওবীগুম্ন মাবুদ থল্লে। ঐহাক নংগী নমিত্তুন উরবনি' ত্রিবক্রন খুম্নমই। 'তুমিন লৈযু। হায়রিবসি তাও। কুবলয়াপিদ কৌব ফত্তুব নিপা অমা লৈব্র? হয়েংদি অঙাংসিবু মান হাংহলগদৌবি। মহুগী থৌশিল অহুদ নখোয়গী নিংথৌমাচ হুপিশিংন হুংঙোয়হুন ব্রা-ব্রা নোল্লরমই', রুক্মিনিন হায়রমই। 'মখোয়ন শাব রারিহু অমুক্ত হায়বিযু' ত্রিবক্রন হংলমই।

ঐ হল্লগে ঐন নংঙোন্দ হায়রিবসি তারবদি ঐগী ইবুংন ঐবু হাংকে হায়গনি রুক্মিনিন হায়রমই অমসুং ত্রিবক্রবু য়াম্ন খোৗরাংব রাখলগী লাংদ থমল্লগ চৎখ্রে।

কুবলয়াপিদ হায়বসিদি মী নত্তে, কোন্নুংগী থ্বাইদগী হেন্ন মপাঙ্গল কল্ব শামুনি। নন্দগী মচাবু মহাক্ত করম্ন হাংকদোরিবনো? অহুবু করিগুম্ব খুদোংচাব অমত্ত পিব চুমদে। মান নম্বোম্বী ওইবদগী মাবু কুইন থাদোকপিগ্রব অঙ্গরপ হায়বসি শামু শেন্নব কাংবুগী মকোক্লি অমসুং কুবলয়াসি মান শেন্নরিবনি। মান শোয়দন থংগনি।

মিকুপ অমত্তংদি মান চিংনরমই। মাবু থাদোকপিরম্নবনি, হুদোক্লম্নবনি, অঙ্গরপন করেম্নহুন নোক্লবিরম্নবনি অমসুং হুপি অনি অমসু লুহোংহুন লৌগ্রবনি। হৌজিক মান চৎলবদি মশাগী ইজ্জৎ মাংবনি তৌইগুম্বসুং তৌগদৌম্বিবসি মাগী ভগবানগী সেব তৌগদৌরিবনি।

অঙ্গবপ হায়বসি মথুবাগী যাদবশিংগী লুচিংব নিংথৌগী শামু শংগী মকোক্কি অমসুং য়াম্ন ইকাইখুম্ননব, দাবী চাওন পুব অফিসারনি। লান্দ অমসুং কুম্মৈ ফিহেংদ শিজিন্ননব শাম্ন তম্বীবসি মাগী মথৌনি অমসুং মথোয়গী মুংঙাইনব, ফননব য়োকপ থাকপ য়েংশিন্বস্তু মান মকোক্কি।

নোংয়াইগী মতম য়ৌশিল্লক্লে। অঙ্গবপসি চহি য়াঙ্খৈ অমুক শুবে। মাগী মযুমদ মহাক তুম্বদি তুমদন মহাক যমুদ হিপ্তুন পোথাতুন লৈরি। মাগী মুপি অমন মথোং হামলি, অমন হুমায হুম্লি। মহাক হবাওন লৈরমদে। মান য়ানিংদ্রব থবক অমা মাবু তৌ হায়রি অমসুং মুপিশিংতুন মমিংদ পম্ব তাবদ মশান মশাবু তুকচজরবব 'অতুগী মিংতু পন্দুন য়াম্ন থৱাই যাওন ৱারি শাবি। মান মাগী মুপিশিংতুবু খোংপাক্ল কাওনিংলমই, তৌইগুম্বসুং মবম চাদন মথোয়গী মুংঙাইতনবস্তু মান তৌনিংদে। মতমতুদ মাগী খোং থিম্ব অমা তাবমই। অঙ্গবপন কিন হৌগংলমই। হৌজিক কবম্ব নিংথৌগী য়াথং লাক্লিবনো? মাগী মবুংঙোগী য়াথং ফংব য়াব ফংলে।

মুপি অহল অতুন মাগী মপুরোইবদ য়েংলমই অমসুং য়াথংগী ইঙ্গিং ফংবদগী থেংতু হাংদোকলুবে। শওং শাদ ফজববী, ফিজেংনচিংব মপাচান শেংলব ত্রিবক্র চংলক্লে। অঙ্গবপন ভুং অমা চংলকপগুম্ন উক্তুন মমিং লাওন পাথোক্লতুন য়েংতুন লৈবমই। মাগী লোয়নবী মুপি অনিমক কিতুন লাওবমই।

'কনা ওইববনো? অঙ্গবপন মমিংন উবব কাওব থাজদতুন হংলমই'।

তানিংব থংনিংবন পিক থল্লবম্ব মখোয়ন মপুরোইবগী রা হিক্তোকপ ঙুন্নমদে অমস্থং মিং থারপ্প শাওন ত্রিবক্রদ য়েংলম্লগ কাহ্ন থাদোকখ্রে।

ত্রিবক্র, নন্দগী মচাগী রাহ্ন ঐঙোন্দ অমুক হায়নু। ঙসি ঙরাংসি মাগী রাদা তারি। অহ্নগ হৌজিক জগোয় শাবীগুম্নে। অঙ্গরপন হায়রমই।

মহাক নন্দগী মচা নত্তে। দেবকীগী নিপানগুব মচাহ্ননি। মহাকসি ঐখোয় পুন্নমকপু নংগী নবুংঙোদগী কম্বিব লাকপনি, মহাক্ত তুমিন্ন হায়রমই। অঙ্গরপন রাশিংদু কক্লাংদ মনা পানবগুম খন্ন মমিৎ কোয়েং য়েংহুন তুমিন্ন তারমই।

'হে লাইশিংগী লাই' অঙ্গরপন মপুক্তিং রান শোল্লমই।

'ইবুংঙো! নংন অমুক রারিবসি কয়িগীনো? ঐখোয় পুন্নমকী অনৌব মতম অমা লাক্লবনি। কজ্রব মী অমগী মিনাই ওইব, ওৎপ নৈবহ্ন খাংহুন লৈব পাম্লিত্র? মান হংলমই।

'অহ্নগুম্ব রাহ্ন ঐঙোন্দ হায়নু। কনাগুম্বন তাখিব য়াই' অঙ্গরপন হায়রমই।

'কয়ারক হন্ন নংবু ইকাইব পিরবগে? কয়ারক হন্ন নংবু কজ্রব মীসিন নঙোন্দ ওৎ-নৈব তৌথ্রবগে? নারদ মুনিন তাক-পিরম্ব মুমিত্তু য়োরক্লে। মহাক লাক্লে।' ত্রিবক্রন হায়রমই।

'মহাক শোয়দন লাক্লত্র? অঙ্গরপন হংলমই।

'ঐঙোন্দ য়েংউ। ভগবান নত্তব কনাগুম্ব অমন ঐবু তুমহন্ব অমস্থং ফজব মওংসি তাহন্ব ঙমগত্র? যজ্ঞগী লিরুং থুদেকপসি

অচম্ব মীন ওমগন্ত্র ? যেংউ, হযেং শোযন্ত্রবনি কন্ত্রব মীসি লৈথিত্রব মপা-মপুগী লম য়ৌশ্রগদৌবনি, ত্রিবক্রন অকম্ব থাজবগ লোয়নন হাযরমই।

'ও ! মুপি ঐসি কয়ামুক য়াম্ন লাইবক থিবগে হায়বসি নহাক খংব্রে। মুংঙায়ব কংজ্রব মীচু ঐনি' অঙ্গবপন হায়রমই।

'কৈদৌববগে ? ঐঙোন্দ খংহনবিয়ু। দেবকীগী মচাগী মৌজাল কংহন্ব ঐন ওমগনি। মাদি ঐবু হাযনিংঙায় লৈতন মুংশিবি, ত্রিবক্রন চাওথোকচন হাযজবমই।

'কনানম্ভ ঐবু ইত্তেং পাংব ওয়্রবোই। ঐ লোয়রবনি। ঐ হযেংদি শিরগদৌবনি' অঙ্গবপন তৌকম থ দন হাযরমই।

'অদুবু করিনো ? ঐবু খংহনবিয়ু। য়ামন্ত্রবদ ঐবু নংগী নত্তেং থজিক্কুদি পা হনবিয়ু'। মচু দেবকীগী মচাগ অমস্তুং কুবলয়াপিদগা মরি লৈনব্র ? ত্রিবক্রন হংলমই।

অঙ্গবপন মমিৎ লাওন পাংথোক্লমই। মংন করম্ন খংবগে ? মান মঙোন্দ হংলমই।

'দেবকীগী মচাবু কনা অমত্তন হাংপ ওয়্রোয়' ত্রিবক্রন হায়রমই।

'তৌইগুমস্তুং মচু তৌ হায়ন য়াথং পিরে' অঙ্গরপন থৌনাও ফুন্ন হায়বমই।

'কত্তব মীগী য়াথং ঙাকপসিম্নু পাপনি।' ত্রিবক্রন হায়রমই।

'ঐনদি কৈদৌব ওম্বগে ? অঙ্গরপন হংলমই।

'দেবকীগী মচাদ থুক্রমজো অমস্তুং ঐন হায়ব তাও ত্রিবক্রন হায়রমই।

চহি কুনমঙা হেন্না মপুরোইবন খাদোকপিরব ত্রিবক্রন ঙাংবহ্না যায়া তৌবিমল খংবগ লোয়নন মান তারমই।

মতম খয় রাবি শারব মতুংদ, ত্রিবক্রহ্না ময়ুম তায় চংখ্রে অমস্তুং মনা-মশিং পাম্বী কোকথোং অমগ লোযনন হল্লক্লে।

নিংথৌগী শামু-শঙগী মন্নুংদ খ্বাইদগী হেন্না লাকসিনব য়াব কুবলয়াদ মনাহ্না পিজবদ অঙ্গরপ অমস্তুং ত্রিবক্র অহিং চুপ্প লেল্লমই।



# শাওরব শামু, কুবলয়াপিদ

যাদবকী লুচিংবশিং, নহা অহল খাযদন হৌখ্রিব মুমিং নিনিসিদ থোকখ্রিব থোদোকশিসিদ মপুক্কিং ইরাং লাংলমই। যাদব পুন্নমক্ত ইকাইথুন্নবব অহল ওইয়ব বহুক অন্ধকান মাংখিব, মখোয পুন্নমকসি মগধগী নিংথৌমচাগী থেঙালদ শিন্নব হাযব মীন ঙাংনব পাও, কংশগী য়াথংদগী দেবকীগী মচান মথুরাদ লাকপ, ত্রিবক্রগী অঙকপ মঙংদ মশা করকপ অমস্তুং পূজাগী লিক্তং থুদেকপ—পুন্নমকসিন কবিগুম্ব থোদোক অমা থোকনি হাযন চিংনরমই। মখোয় পুন্নমক্ত য়েংশিন্দুনা লৈব মীনি হায়বসি পুন্নমক্ত খংনৈ অমস্তুং মীন তম্ব ঙমদব লাইগী নোংদম নক্তবদি দেবকীগী

মচা শোয়দন্ন শিরমগদৌবনি হায়বসি পুম্নমক্ক খংই। মরম অসিন অহিং অখেংবদ, লুচিংবশিংসি বন্নদেবকী কোম্নংদ লাক্করমই।

তুমিন তুমিন রারি শানয়রমই, নৈনরমই, চিংনব কয়া অকিব কয়া পোক্লৈ। খরন থাদোক্লুম চৎপগী রা হায়নৈ, খরন চেনবগী রা য়াওদে অরোম্বব থেংনবগী রা হায়। অক্রুরগী পাওতাক হংনরমই। তৌইগুম্বস্নুং মাদি ভগবান্দ থাজবগী রাদনি, মাগী প্পান (থৌশিল) লৈতে। তুংগী রাতু শোয়দন চুম্নগনি, নিপানশুব দেবকীগী মচাতু লাক্লে—মান হায়রমই।

ইকাইখুম্নবগ লোয়নন যাদবকী লুচিংব নহা অমন হংলমই—'ইকাইখুম্নকম ওইরব ইবুংঙো, নারদন হায়খিবতু শোয়দন চুম্নগনি হায়বসি মপুংকান থাজবিব্র?

'হোয়, ঐহাক দেবকীগী মচাগ উনরে। মান ঐখোয় পুম্ন-মকপু কন্বিরগনি হায়বসি ঐহাক খংলে' অক্রুরন খুম্নমই।

'মহাক্ক তৌরদ্রে হায়ন খল্লো, কমদৌব চিংনগম্ব মী অমন হায়রমই।

'অতু ওইরগদি, ঐখোয়গী পাংদবদগী ভগবান্ন ঐখোয়বু মাংজরশন্নু খল্লে হায়ন লৌব তায়। অতুবু মান অতুম তৌরোই হায়বসি ঐহাক খংই, অক্রুরন হায়রমই। ইবুংঙোন থাজরিবদৌন ঐখোয়স্নু তৌরবদি কগদৌবনি। 'নখোয়ন মঙোন্দ থাজনবতু করি তৌব পায়গে? মহাক লেংলক্লে। মহাক্ক ত্রিবক্র মশা করবী লুপি অমা ওইহল্লে। মহাক্ক রুক্মিবু তোম্বহল্লে। যজ্ঞগী লিরুংস্নু মহাক্ক থুদেক্লে, অক্রুরন হায়রমই।

অক্রুরন ৱা ঙাংলিডৈদ মী অনিথক কাহৃদ চংলক্লমই। মুংলি-মুংলি চাক্লিব থাউগী থাউমৈদুদ লুচিংবশিংদুন অহাম্বদ মথোয়বু মশক থংলমদে।

তুমিন তুমিন লৈনরমই অমসুং গর্গচার্য্যগী মথোল তাবমই 'ইকাইখুম্নফম ওইরব রাজকুমার দেবকাগী মচামুপিশিংন ফিরেপ অমা লৌরে, মহু ময়ামদ খংহল্লব পানই।

তিল্লিব মম্নাম পুম্নমক্ত পুক্লিংদ চিংনবগ লোয়নন য়েংনরমই। দেবকীগী অৱাবন থল্লব মবাইবক অমসুং মান ধর্ম্ম কায়দন চংপ শাস্তগী মাগী মশক্ত লাইগী ওইব অরংব কাবা অমসুং মান ময়ামগী মাংদ লাকপদুদ যাদবকী লুচিংব পুম্নমকী থম্মোয়দু পেস্তব ঙম্নমদে।

দেবকীন থাল্লিব থাউগী থাউমৈ মথাদ লেপ্লমই, মাগী ময়ামগীদমক্ত অৱাব থাংবদগী কংশিল্লব মায়থোংদ লাইগী ওইব অরংব অমা কারমই। মাগী লাওৱব, অৱাবন থল্লব মমিং অহুন লুচিংবশিংদ মুম্ন য়েংলমই। মহাক ৱা ঙাংগে হোংনরমই, তৌই-গুম্বসুং মিকুপ অহুদদি ঙাংব ঙম্নমদে। মতুংদ, তৌফম থংদব মওংদ মথৌরিহু মখুংন পায়রমই অমসুং য়াম্ন নেম্ব খোঞ্জেলন হায়রমই 'ইকাইখুম্নফম ওইরব লাইওবশিং পুম্নমক। ঐন অসিদ লাকচম্নিবসিগীদমক অহলশলমন পুম্নমক্ত ঙাকপিনব হায়জরি'। ঙায়হাক লেপ্লমই। পুম্নমক মান হায়বহু তাগদোবগী তুমিন-তুমিন লৈনরমই। মথোল নিক্ত তমসুং থৌৱাই শোক্ত হায়রমই 'ঐগী ইচাশিংসি হাংপ থোক্লবদি ঐসু মৈহুংদ চোংশিন্দুন শিগনি'।

রাহৈ থরসিন যাদবকী লুচিংবশিংদ মখোাংন নেংলিব লৈপাকসি অকম্ব য়ুহ হাবগুম্ন চেথায়তুন লৈক্রক চংলবগুম থল্লমই ।

মপুক্লিং ফাজিন্ন, ইংন রা ডাংব গুম্বসি অক্রুর মথন্ত ডায়রমই ।

'পুকচেল চাওবব দেবকাগী মচান্নুপি। নংগী নচাশিংদ অকায়ব অরাব পিব তারগদি ঐথোায় পুন্নমকস্নু শিদোকখিগনি। ঐহাক নংডোদ রাশক্লি ।

দেবকীন মান চংলকপগুম্ন তুমিন্ন চংথোখ্রে। ফিবেপতু লৌবে। অকন্ব ফিবেপ অসিগ লোায়নন ময়াম পুন্বতু কায়নবে ।

মতম অসিদ কংশস্নু শকফম হঞ্জিল্লহুন মাগী কোন্নুংগী মথক্ত মমিং তবংদ য়েংতুন হঙ্গং-হন্দ চংলি। হৌজিক ফাওবদি মহাক থোংথরি যাদবশিংদ অকম্ব থবক লৌখংক্তি। মান যাদবকা মকোাকশিংতু লান চংলমদায়দ নত্রগ লানদগী হল্লক্লগ হাংতোক্লম্বদি চুম্বনি। মহাক্ল বস্নুদেবগী মচা বৃন্দাবন্দ লৈরিবসি অমা নত্রগ অমা থাতুন হাত্তোকহল্লম্বন চুল্লম্বনি।

পুন্নমকসি অচুম্ব মক্তনি। অতুবু অকম্ব থবক লৌখংপসি করিগুম্ব মতমদ থেংব হায়ব লৈতে। ডসিসিমক যাদবকী লুচিংবশিংসি লোয়শিন্ন য়াবনি, অদুবু কোন্নুং মন্নুংদ বার্ত্তন তৌরতুন অতিথি ময়াম লাক্তুন লৈরবসিন মতু চুমলোায়। ডসি অহিং বস্নুদেবগী মচা লোয়শিন্নস্নু ওইথোকলোায়। মথোায় খুলগী মীশিংগী থুংফমদ লৈ, নন্দগী মচান ওইথোক্লোায়দোব থবক তৌথিবসিদ মাবু খুরুমজব পাম্ব মীন অতং অথম লৈতন লৈ। অম থংদে অম থংদে নন্দগী মচাসি ভগবানমক্লি হায়ন মীয়াম্ন থাজনরে। মাবু হৌজিক হাংকে

লাক্লরবদি প্রজা মীয়াম হৌরকপ য়াই অমসুং মান থাজব মগধগী লান্মিশিংসি মশিং য়ামদবদগী মায়থিব য়াই।

অতুম ওইনমক অরুব ফীভমসিদগী নানথোক্লব পাম্বৈ অমদি লৈবে। অঙ্গবপ হায়বসি মাগী য়াম্ন থাজরব মকোক ওইব অথিসাবনি, শাওগল্লব কুবলয়াপিদ শামুন মাগী য়েক্লব শোয়দ হাংলগনি। মসি মাগী রাথলদগী থোরকপ ফজরব লৌশিংনি, মসিন কৃষ্ণবু হংখিবদ কনানসু মাবু দোষ তৌরোই। নুমিৎ থোক্লকপগী মতম থবগী মন্নুংদ, মীয়ামদি য়াম্ন তিক্রিভৈদ অঙ্গরপন শোয়দন মাগী য়াথং ইনগনি অমসুং ময়ামবু লাম্বিনবগীদমক অবত'ব তৌবকপনি হায়ব ময়ামগী রাথলতু শোয়বগনি। মতুংদ মহাক নিংথৌগী ফমফমদ চংকনি অমসুং তিল্লিব মীয়ামতু মল শান্নবদ মুংঙায়খিচুন নন্দগী মচান মথোয়বু লানবিব ওইরগনি হায়ব থাজবতু মাংখিগনি।

কংশগী থম্মোয়তু তুমথরকপগ লোয়নন আশান থল্লমই। মমংসু মুংঙাইবমই, মতুদ মাগী অততায় ওইন য়েক্লব ওইববতু কুবলয়াপিদগী মখোংন নেৎথায়রমই। চাওরব শামুতুগী, মখোংন কৃষ্ণনগী শক নেথায়বগী মখোলতু তাবগুম তৌবমই।

নোংঙাম্বগ কংশ হৌগৎলে অমসুং মাগী থাজরব মীশিংন মতেং পাংতুন মশা শেংদোকপ লোয়রবে। ত্রিবক্রসু মাগী তৈনব থাউ অমসুং হকচাং তৈনব আটবগ লোয়নন মকম অতুদ য়ৌবল্লে। কংশন অঙকপগ লোয়নন মমিৎ লাওন পাংথোক্লচুন য়েংলমই। মমাংদ লৈরিবসিবু মুমিৎ কয়া, চহি কয়া, মাগী

মনম পোম্বী, মথু শুপ্পী মুত্তি কায়বী মওংদ মিন্নুংশি থংদন মাবু লংনবিব ত্রিবক্রত্থু অসিব? শুমহৎনবগী মশক্ক লোয়নরব মিনোক্ক লোয়নরবী য়াং চুম্নবী অমসুং য়াম্ন চিং-লেম্নবী মুপিসি দেবকীগী মচান তৌহনখিব মিত্রংগুম্বনি।

ত্রিবক্র! নংহাক করি থোকখ্রবগে? কংশন হংলমই।

'ইবুংঙো! ঐবু ফহন্বিবে, হৌজিক্কি হকচাং ফবে' ত্রিবক্রন মশাদ চাওথোকচন য়েংলত্থুন, হবাওন নোক্লত্থুন খুমজবমই অমসুং কংশন শিজিন্ননবগীদমক মনম মুংশিব থাউগী উপু লানশিল্লমই।

কংশগী মপুক্লিংদ চিংনব অমুক পোক্লক্লে, নারদন থোক্লগদৌব রা হায়খিবদো চুমগদৌবিত্র? ওইথোক্কব থবকসি কনান থোক-হনখ্রিবনো হায়বত্থু হংবগী থৌনাত্থু মতোন্দ মাংখ্রে।

কংশন থুন, থাউ আটরনচিংবত্থু লৌরে, থুন মশামউদ তৈবে অমসুং থুন মিনায়সিং তানথোকখ্রে। মহাক হৌজিক্কি থাংকম থংদ্রে অমসুং থুন কুবলয়াপিদগী মখোংন কৃষ্ণবু নেং-থায়বত্থু মান য়েংব পাম্নমই। মবম অসিন, কোর্ট অত্থুদ মীয়াম লাক্লব হৌরব মতাংত্থুদ, মাসু ফিজেৎ লৈতেং লোয়বে অমসুং লুহুপ উপ্লে মিহুংথোংদ লাক্কুন লেপ্লবে অমসুং পনথোং আচৌবদ কুবলয়াপিদ চিংথোরক্কুন লাকপত্থু য়েংগদৌবগী ডায়ত্থুন লৈরে।

মিকুপ খুদিং য়াম্ন তপ্ন চৎলবোই থাল্লে অমসুং ডায়ত্থুন লৈবত্থুগী মিকুপ খুদিং মাগী অরৈব থাংব কন্বগী শক্তি পুন্নমক শিজিন্নরি। মহাক্ক মীয়াম লাকপ উরমই। ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য,

শুদ্র পুম্নমক সভাতুদ চংলক্লে অমসুং মাগী মাগী মফম চাব মফমদ ফম্নবে। কুম্মৈ মফমগী মকওইব মফম খুদিংদ বাজকুমাব ভিতিখ্রগী সিফাইশিং লেপ্প উবমই অমসুং মতুদ যাদবকী লুচিংব অয়াম্ব ভিন্দুন লৈববে। মুপিশিংগী ফমফমতুস্তু থন্ন ফম্নবে অমসুং নন্দগী মচা য়েংগদোবগী খোবাংন য়েংলমই।

মতুংদ মোহ্রবুং খোংলে। নিংথৌগী অকন অথৌ মল ময়াম চংলক্লে অমসুং মপাম্বোম মশোংগী তোংশ পুথোক্লগ arena অতুদ কোয়ন কোয়ন চংলমই অমসুং মখোযগ মল শান্নব পাম্ব চোংথোবকউ হায়তুন লাওবমই।

কংশসি মাগী মলশিংতুগী য়াম্ন চাওথোকচ। মখোয়গী মকোক্তি চান্নুর অমসুং মুস্তিকানি। মখোয়স্তু তাঞ্জ য়েংলগ অকোযব মীয়াম মমাংদ লাওব-লাওবতুন—চংলি অহান্বগী মলসিদি মপুক য়াম্ন নোয়বগ লোয়নন চীংমুক চাওবে হাযনবব দব-দব লাওব মীওইনি, অতুগ অনিশুবসিন মী য়াং চাওই, তোংশামক্ত ডায়, মশক থী অমসুং মপুক ফত্তব মাম্ব মীংয়েং লৈ।

মমৈদ কুবলয়াপিদতু কুম্মৈ তৌফম ( courtyard ) অতুদ চংলক্লে। শামুশং অতুগী মকোক ওইবব অঙ্গবপন, অতুগুম্ব থৌদোক্ত শেংনবব স্নান হংলব ফিজেং শেংলতুন শামুহ্ তোংতুন থোবক্লে। কুবলয়াপিদ হায়বসি য়াম্ন চাওব অচৌব ময়া পাম্ব অমস্থং পাক্লব মনা হায়তুন লৈব শামুনি। অসিগুম্ব থৌদোক্ত শিংজিম্নব স্নান লৈতেংলব ফিন কুপ্লতুন মাগী লৈফম মনাক্ত লাক্লগ হরাওন সলাম তৌরমই অমসুং খোংলমই।

কংশসি য়াম্ন ঙক্লমই। মতুদি মহৌশান খোংথাং য়াম্ন কন্ন চংপ কুবলযাপিদন ঙসিদি য়াম্ন তপ্ন, হৈনিংদন চৎলে। শাওন অমস্মুং থাংফম থদব মওংদ য়েংব মীয়েংতু তোক্কুন উইথন য়লে। অওম্বসি লাক্লিবগী অর্থ কবিগীনো? ভাবন থম্বদ ওইগদ্র?

নত্তে, ভাবন পংথন থম্ব নত্তে। মহৌশ অমুক্ত তৌদব মওংদ কুবলযাপিদতু শান্ন-শান্নন চংপ মওংদ তপ্ন নোমহৌ-নোমহৌ চৎলি। চাওবব শাসিন তিল্লিব মীয়ামতুবু মহৌশা তৌদব য়াম্ন তোংনবগী মওংদ য়েংলি।

কুবলয়াপিদন মহৌশ অমুক্ত তৌদ্রিব মওংদ হরাওন চংপ উবতুদ মহৌশ মাবু মপুক ফত্তে থংব মীশিংন য়াম্ন ঙক্লবমই। অঙ্গবপন মাবু পোং ময়াদ লেপহনলমই। মহাক্ল মশাগী অকম্বতু মথোং অমবোমদ অমুক, মনুংদ অমবোমদ অমুক জগোয় শাগে হায়তুন লাক্লবগুম হোংনবমই।

লাক্লবিব মীয়ামতু কংশন য়েংলকপদ অঙকপ মওং অম ওইব উরে। লাক্লিব মীয়ামতু — সহরগী নত্রপ থুঙ্গংগী ময়ামতু, থুংলায় পায়ব-পায়দব কয়াতু পাখং মচা অনিগী তুং ইন্দুন লাক্লবি অমস্মুং মথোয়গী মথোং মরক্কগী মুপি নুপা থায়দন চেনশিন্নবক্কুন মথো শোল্লগ, উকুল লোৱগ মমিত্ত মমায়দ তৈনবমই।

মহা অনিসি ওইবে হায়বসিদ কবিমত্ত শোয়নিঙায় লৈত্রে। মথোয়গী মশক মওং হান্নন তারবনি। অমন শংবান্নন কুচু মুই, নাপু মচুগী ফি·শেৎলি। অমদি কুচু ঙৌই, রাং চাওই, অশংব

ফি শেংলি। শংবান্নৱ অডাংসি ফোংদোকফম খংদন ফজৈ, মথোং কারকপ ন্নপি মাল্লি হায়রমই। দেবকীগী নিপানগুব মচাদু উবদ কংশগী অশাওবসি ইথক নায়ন হেনগংলকই। মাবু মাংহল্লনি হায়ন প্রেংফেসী তৌথিব মাগী য়েক্লবদু অসিনি তৌইগুম্বস্নুং কুবলয়াপিদন হৌজিক্কি মাবু মাংহনগদৌরি।

নহা অনিদুন শামুদুগী মনাক্ত চংশিল্লমই। হৌজিক্কি চপ-চাব মতমদু য়ৌবক্লে — কংশন খল্লমই। শামু অদুন চেনশিল্লগনি মখোয়বু থাঙ্গংলগনি অমস্নুং মখোংন মখোয়গী শকশিংদু নেথায়বগনি।

তৌইগুম্বস্নুং কংশন মমিক্ত লাওন পাংথোক্লুন য়েংলমই, অডক-অডকপ থৌদোক কয়া থোক্লে। নহাশিংদুন কুবলয়াপিদগী মনাক য়ৌবকপ! মতমদ মনাতোন্ন অনিদুগী লম্বীদু থিংলমই অমস্নুং কৃষ্ণন করিনো খর মঙোন্দ হায়রমই। শামুদুন মনাতোন থাঙ্গংলমই অমস্নুং থোংলমই — শাওদুন তৌব নত্তে, হরাওবগী মওংদনি।

কৃষ্ণন মহাক চংথিনব নাকল অমদ থৈদোক্লমই। শামুদুন শান্নব মওদ মনাতোন্ন লম্বীদু থিংলমই। কৃষ্ণন অতোপ্প নাকল অমবোমদ অমুক চংলি। মদুস্নু মনাতোল হায়জিলক্তুন অমবোমদ লম্বীদু থিংলমই। তিল্লিব মায়ামদুগী মরক্ত থরদি য়াম্ন পাথংনরে। তা পায়ব থরদি কৃষ্ণবু কন্ননব মাং থান চংশিল্লক্লমই অমস্নুং শামুদু কিনব লাওরমই। কৃষ্ণন নোল্লদুন কিরব মীশিংদুবু ইনথোক্লমই, অকিব লৈতন শামুগী মনাক্ত চংশিল্লমই, অমস্নুং চান্নব মরুপদুম্ন,

হাম্ন থংনব মওংদ তপ্প ৱা ঙাংলমই। মীওইবগী মন্নুদ ন্নুপা-ন্নুপি থায়দন মখোয়গী থম্মোয়দ ন্নুংশিব পোকহন্ব ঙম্বগুম্ন, শাশিংগী থম্মোয়স্নু পেনহন্ব ঙম্নমই। কুবলয়াপিদন কুইন কায়নৱব মরুপ অমদ য়েংবগুম্ন য়েংলমই, য়াম্ন নোক্নিংব মওংদ মশাদু নোম্নমই অমস্নুং ওন্তোকপ জগোয় অম শারমই, মতুদ মী পুন্নমক থিংব-ঙমদন নোক্নবমই।

কংশন মমিৎ উন উন থাজব ঙম্নমদে। চাওবব শান্নসি অঙকপ মওংগী শাজৎ অম চংখ্রে। মমিত্ত য়াম্ন হনাওবগী, নিংফম অম থোরক্নে — অঙকপগী অঙকপ — মনাপ ঙেরবগী মওংদ নাম্বনিবগীদমক্তমক মনাতোন তিংথোক্নমই।

মাগী অকোয়বদ লৈবিব মীশিংন চেকশিন্নব বা হায়ন হায়ন কৃষ্ণন মাংথান থোবক্নমই অমস্নুং মান বৃন্দাবনগী হন কান্নিংদ তৌবগুম শামুত্তুদ ৱা ঙাংল-ঙাংলহন চংশিল্লক্নমই। শামুন মনাতোন থিন্দোক্নক্নমই অমস্নুং কৃষ্ণবু থাঙ্গংলমই। প্রজাদি কীনহন চেন্নব হৌরে। অকিবগী খোম্মোক কয়া তাব হৌবে। ন্নুপি থবদি ৱান্থখরে। শামুত্তুদ য়াম্ন তপ্প কৃষ্ণবু মনাতোন্ন য়ংশিল্লগ থাঙ্গংলমই অমস্নুং মতুংদ য়াম্ন তপ্প লৈপাক্ত থগ্নমই।

তিল্লিব মীয়ামদু হরাওবন থল্লমই। 'জয় ওরে! জয় ওইরে' হায়হন কয়া লাওনৈ। কৃষ্ণন মনাতোন্দু তপ্প নাম্ব তোক্তে। কৃষ্ণদ শামুহন য়াম্ন থাজব মকপকুম্ন য়েংহন লৈবমই অমস্নুং থুন মমিত্ত তুমনিংবগুম্ন কুপ্পমই। মতুংদ মখোং নাম কুপ্তহন মশা অচৌবদু হায়রমই, মতুংদ অমস্নু কুপ্থরে, মতুংদ মশা শাজাওহুস্নু লৈপাক্ত হিপখ্রে অমস্নুং মনাতোন্দুস্নু তিংথোক্নগ মমিং উইশিনখ্রে।

তিল্লিব মীয়ামদি অঙকপ ওইন হয়াম্লেরে। মী খয়নদি কুবলয়াপিদসি ভগবান্দ ভৌবগুম্ন কৃষ্ণদ চংজবোই খল্লমই। অতৈ খয়ন মাবু হাৎলে হায়ন খল্লমই। ক.শ মশামকস্থ চাওরব শামুক্তুন তুক্তুন লৈবক্তুদ মাস্থু অক্তুম্ন খল্লমই অমস্থং হয়াওবব মীয়াম্ন খোঙক্তুদ চংশিল্লক্লে।

কংশন লেপ্প ঙমদক্তুন করাংদ ঙারমই।

—————

# মলগী মকোক চান্নুর

য়াম্ন কন্না হোৎনক্তুন কংশক্তু মাগী হান্নগী মওংদ হন্নথরক্লে। মফি মরোল কঙ্কন শেলব দেবকীগী মচাশিংক্তু ( জয় নন্দন ) জয় নন্দগী মচান জয়, ওইরে, জয় ওইরে, হায়ন লাওরগ্ন মীয়াম্ন কোইশিন্দুনা কোর্ট য়োরক্লে। অঙাং অনিক্তুগী মরুক্তুগী য়াম্ন চিংলেম্ন ময়াম্বগী মতুং ইম্বগুম্ন চৎলিব কুচু মুব অঙাং মহাক্ক ইগায় লায়ন খংব ঙম্নমই।

মাবু মাংহনগদৌরিব নহাক্তু অসিনি। চিংনব ইথিলগুম্ব অমতং মঙোন্দ ফাওরমই। লৈপাক কয়া জয় তৌব ঙম্নব ঐসি অঙাং মচাসিগী মখুত্ত মওং চাদন শিগদৌরিবনি! মহাক্ক মন্না ক্রেক ক্রেক চিক্লমই। নত্তে! অসিগুম্ব মওংগী পুল্লি লোয়বসি শিল্লগ্ব লাইগী নোংদমক্তু মহাক্ক কায়হনগনি। অয়োইব ফাওব মান হন্দন

মায়োক্লগনি। তাপ্প চাববদি দেবকীগী মচাসি ইথুৎসিতন মখোরি লাকহল্লন মেৎতুম হাৎকনি।

কংশন খুবাক খুবমই। মহু তাবদ মনায় অম চংলক্লে অমসুং মাগী য়াম্ন থাজব য়া তাম্নকম ওইব আখা ক্ষোয়কউ হায়রমই। আখা হায়বসি করিস্থু লৈতব মী মাম, চিয়োলগুম্বগী মীনোক্ল মতম পুম্নমক্ল লোয়নব অহল অমনি। মাম মাগী মবুংঙোগীদমক্ল চহি কয়া অথুপ অরোম্ব কয়া, মীমুংশি খংদবগ লোয়নন তৌখিব থবক পুম্নমক্ল মাগী মমায় খুইরব শরুফমচুন করিমত্ত কোংদোক্লে।

'আখা! নন্দগী মচাশিংসি কোটয়ার্দ চংলক্লে। কুবলায়পিদ কবি তৌপ্রবগে—কংশন হংলমই।

মপুইবুংঙো। ইশামুসি মহাক্ল হাৎপনি হায়চুন কনাগুম্বন হায়নৈ। কনাগুম্বন মান শোকপদন শামুসি তেবনি হায়নৈ। অঙ্গরপ করম তৌরিবগে হংব ঐহাক মী অমা থাপ্রি হায়ন খুম্নমই।

অঙ্গংরপগী মরমদ খম্নব হৌজিক মতম নত্রে। চেনশিন্দুম মলশিং থুংলবগী ত্রম খিনথ্রে অমসুং মিকুপ খরগী মমুংদ ঐহাক ঐগী গেষ্টশিংগ লোয়নন কোটয়ার্দ চৎপ ঙারে। কংশন হায়রমই

মপুইবুংঙো! ইবুংঙোন নিংব তৌবিয়ু—আখান হায়রমই অমসুং য়াথং ঙায়রমই।

'অকল অথোশিংসি পেরেড তৌত্রিবৈগী মমাংদ নন্দগী মচাসি লোয়শিল্ল হায়চুন চাণুরদ পাও পিখো কংশন হায়রমই।

হেন্দোক্ল নোল্লকপ উৎমব হোৎনবদ খুইরব মমায়মু অমুক হেন্ন খুইজিন আখান হায়জরমই করম মহু ওইব য়াগদগে? চাণুরন

অত্তাং অমদা শিংনরুব য়াদে। শাস্ত্রান মহু খিংই, মপুইবুংঙো।'

নিংথৌগী কমকমদ মাগ লোয়নন কম্মিন্নগদৌব নিংথৌগী অতিথিশিংডু লাকপগী খোংথাং তারে। থা'কম খংত্রদুন মান মখোংছু লৈমায়দ নোয়রমই। 'মান কবম্ন তৌগদগে হায়বহু ঐহাক খংবগী দরকার লৈতে। মসি, ঐগী য়াথংনি, শোয়দন ইনগদৌবনি নত্রগদি কংশন অহস্তুদ মমিং থারপ্ন য়েংলমই।

নিংথৌগী অতিথিশিংডু লাকপ উবদ কংশন মাগী অশাওবছু মপুক্লিংদ ফাজিল্লে, মখুংকী ইঙ্গিংন আখা চংহনখ্রে অমস্থং অনৌব লাক্লিব মীশিংডু তরান্ন ওরুব তৌবে।

চাওরব চুংখক মরি লম্পাক্তু কোন্নুংগী য়ুমশিংন কোয়শিল্লি। লম্পাক অসিগী নাকল অমরোমদ অতৈদগী য়ুম্ফম থর হেন্ন য়াংই। মসিদ নিংথৌগী, অতিথিশিংগী, অতোপ অতোপ্প শাগৈগী লুচিংব-শিংগী অমস্থং অচৌব কম ওইব অফিসারশিংগী কমকম শেমই। নাকল অমরোমদ নিংথিম লৈতেংব কমকম কয়া অমা শেমই, মহুদ ব্রাহ্মণ অমস্থং তোঙান তোঙান্ন যাদবগী লুচিংবশিং, মখুৎ মশা হৈব খুঙ্গংগী মীশিংবু অমস্থং অতৈ মীচমশিং কমই। কোর্ট অসিগী ময়াইদ খাজিন্ন কোইবক কোইব মফম অমা লৈ, মহু যান্ন থোংপ লৈবাক্ত লৈংঙাইগন য়ান্নব লৈপাক্ত কুপশিল্লি অমস্থং অসিদ মল শান্নমব থন্বনি।

এনক্লোজরদু মীন থল্লে। মিহুংথোং কয়াদগী কমকম কয়াদগী ত্রিশাতকী তোংঙান তোংঙান্ন বেজগী মুপি কয়াগী মখল মচু কয়াগী শাড়ী, ফিথুমদগী মচি মচিহু মুংশিং কর-কম হায়রি। অমস্থং কমকমহু মপুং কানা থল্লে।

মীয়ামগী মীয়েং চিংশিল্লব মকমদি লরাইগী কমকমতুনি, মতুদ বৃন্দাবনদগী নন্দন মকোক চৎলগ কৃষ্ণ অমসুং বলরাম মমাংদ কমতুন গরালা পুন্নমক কল্লি। অমসুং অপিকপ মী কাংলুপ কাংলুপসু মমাক্তা লেপ্লি অমসুং মী পুন্নমক্ত মচিন্দ মমিং ঙাংনরব অঙাং অনিহুদ য়েংনরি।

মোইবুং হৌন খংখোং খোংলকপন কংশ অমসুং মাগী অতিথি-শিং থুংলরে হায়ব তাকই। খংহৌদন তুমিন তুমিন লৈবমই। মহোশাগী ওইন তৌনব তরায় ওকপগী লাওখোংনদ্রে তিন্নবতু তৌনদ্রে।

কংশন নোক্লিংদন নোক্তুন ময়ামতু য়েংলমই অমসুং মাগী কমকমদ কমগ্রে। মাগী য়েত্ত মাগী অতিথিংশিংন কমই, ওইবোমদ বাসুদেব অমসুং অক্রুরন, অতৈ যাদবকী লুচিংবশিং কোযশিল্লগ কমই। প্রাত্যতান কংশগী তুংদ কমলমই অমসুং বাসুদেবগী তুংমক্তদ মগধগী নিংথৌমচা ভিভিগ্র অমসুং মাগী মতুং ইনব মগধগী লান্মীশিংগী মকোক ওইব অকিসারশিং কল্লমই।

নিংথৌগী কমকমদ কল্লিব মী অয়াম্বক্ত মনুংদ তৌনবিব ইরাংসি খংদব মী খর নত্তন কনা অমত্তদ মুংঙায়ব শকওং উৎতে।

মল তৌনকম মকম নিংথৌগী কমকমগী মমাংদ চাম্মুর মুসথিক অমসুং তোশাল, মল থেংনবদ মমিং চৎলব অহুমসি লেপ্লমই অমসুং মথুৎ লোম্নরতুন তরায় নিংথৌবু ওক্লমই। মখোয়গী নাকল অনিমক্ত থোংকম খরদি তু ওইন মখোয়গী মরুওইন ছাত্র তরা-নিথোই লেপসমই অমসুং কুম্মৈ হৌগদৌরে তাকপ ওইন মখোয়গী

মোইবুং খোংলমই। অথোইব ময়ামসিগী মতুংদ থনগংলব, মল শান্নব তমথংলক্লিবগী চনিরোম মফম চান-চান লেপ্পমই।

মল শান্নফমদ লেপ্লিব মী পুন্নমক্তু য়াম্ন চেংপ, মশা নপ্প লেংগোতা শেংলি। হৌজিকমক্তদি মখোয়গী মশাদু মশাকুপ্প য়াব ফি অচোম্বন কুপশিল্লি। নিংথৌগী চেমপিয়ন্নি থংননব মুস্তিক অমসুং তোশালদু লুপাহংপ ফিন মশাদু কুপশিল্লমই। চান্নুরদি মল থেংনবগী লান্দ মকোক্লি থংননবগীদমক স্নাহংপ ফিন মশা কুপই। মসিবু পাম্বোমগী লান হায়নসু থংনৈ।

মতম অতুদ লন্নাই থংনবদসু, লান্দসু, মুংঙাইনদব লোয়-শিন্নবগী 'বাহু যুদ্ধ' (পাম্বোমগী লান) হায়ন থংনরব য়াম্ন ইকাই খুম্নরব লাল্লোংনি। মীগ মীগ থংনবদ লন্নায় চোংথোক্লরব হকচাংগ-হকচাংগ থেংনতুন অঙম্ব তান্নরগ লোয়শিন্নবসি কুইরব চংনরকপনি।

মীচমগী মীনি চৈশাং, চৈতুপ, থাংগোলগুম্ব খুংলায় অমসুং তানচিংব শিজিন্নরমই, অচৌ-অশাংন থাং-তাশিজিন্নৈ অমসুং নিংথৌ, নিংথৌমচাগুম্বন গদা, মেস (মরী পাম্ব য়োক্তুম), লানগী শীংজং চক্র, লিরুং তেন্নচিংব শিজিন্নরমই। লান্দ হৈশিংলব পরশুরাম্ন শিজিন্নরিব লানগী শীংজংসিদি হৈশিংবদ নত্তন পাঙ্গল য়াম্ন কন্নসু দরকার ওই। অকম্ব মীদন ঙমই, চক্রসিদি তম্ব ঙমদে, মিং-না শিংব য়াম্ন হৈব মীদন ঙমই, লিরুং-তেন শিজিন্নবসু কুইন তম্ব চংই। অসিগী মথক্ত খুংলায়শিংসি ইরায় লায়ন মথুক্তগী নম্বোকথিব য়াই,

মুনখিব য়াই; মরম অসিন মতম অতুগী লান্দ মথোং মখুৎ হৈশিংব মশা-মশাগী হিংননব পাম্বে মশাদ লৈ।

মরম অসি অচৌ-মচা থায়দন মী পুন্নমকসি মশা হিংননবগী-দমক্ত পাম্বোমগী লান (মল যুদ্ধ) হৈব তারমই। সমাজন মল পান্নবদ য়ান্ন হৈব মীবু য়ান্ন ইকাইখুন্নরমই। নিংথৌগী কোর্ট অসিগুম্ব অকল অথৌ কয়া থম্নরমই। অমস্তুং কনাগুম্ব হকচাং থে.নবগী লানসি হৈত্রগদি লান্দ নিংথৌদু মথন্নাই কম্বঙম্বগী রা লৈ:ত। করিগুম্ব অচৌব কুম্মে ফিহোং অমা থে'কপদ মল শান্নব য়'ওদব লৈনবমদে, মরমদি মসিন প্রজা অয়াম্বগী মিংয়েং চিং শিল্লি।

লানফম নত্তবদ মল শান্নবসি শাস্ত্রন তাকপ অকন্ব নিয়মগী মথাদ লৈ। অসিগুম্ব কুম্মে ওইন তৌব মল শান্নবদ কনাগুম্ব অমন অমবু নঙ্গন্ন মথা থংন থর কুইন নম্ব ভম্লগদি মথা থংলিবদু মায়থিরে হায়ন লাওথোকই মায়থিরব মীদুবু অমুক চেলেঞ্জ তৌব য়াদে। পুন্নমকশিগী মথক্ত আইন্ন মায়থিরিব মীদুবু হাংপ য়াদে হায়দুন অকন্ব নিয়ম লৈ।

ধুলোক য়েরে। মোইবুং খোংলে। চান্নুরন পিরবদগী ম য়ো-ক্লগদৌরিব মল জুরা চামদু মখোয়্নন লোয়নরিব মীদ মফি শিন্নথরে অমস্তু চাং য়ে.নগদৌবগী মায়োক্লন লৈনরে। চান্নুরন মখুৎ হেক হায়থদগী মায়োকরিব পুন্নমক্ত মল থেংনব খোরে।

খুদক্ত মী পুন্নমক্ত লাংনরম্ব লেপখ্রে অমস্তুং কুম্মে য়েংনরে। মল শান্নরিব কাংবুন পাম্বোমগ পাম্বোমগ পায়নরদুন মখোয় মখোয়গী মশা-মশাগী ওইব অকনব হৈশিংব কয়া উংনরি।

য়েংলিং কাংবুস্তু শান্নবত্নদ লুপথিত্নন লাম্ব চানব অনি য়েংলুবদগী মশাস্তু য়াওবগুম তৌত্নন মপুক্লিং লাংলমই অমস্তুং নুংঙাইরমই। কবিগুম্ব হৈব অমস্তুং পাঙ্গল মান্নব কাংবুন হকচাংগ-হকচাংগ মুক্লরকপ, লৈপাক্ত তুনত্নন ওন্নরকপ অমস্তুং অমগ-অমগ পায়নরম্বদগী নাম্ব্রোক্লত্নন হৌগংনরকপ অমস্তুং নৌন অমুক থেংনবকপদ অঙকপ ফুমৈ ওইরমই।

কুইদন মায়থিব ফংলব কাংবুত্থু মমায় পাক্লব কাংবুদগী থায় দোক্লবে। মপাক্লব কাংবুন নাকল অমরোমদ লেপ্লে, মায়থিরব কাংবুন অমরোমদ। চানুর, পুসথিক অমস্তুং তোশাল মল অত্থম্ন, মথোয়গী মমাংদ অমস্তুং মতুংদ মল অনি অনিন মোইবুং থোংত্নন, ময়ামদ শিংনব ওটন অকোইবদ কোয়চং চংলমই।

চানুর হায়বসি মশা য়াম্ন নোয়, নোংমৈ মরূগুম্ন মকোক তুমই, মকশিংনাম্ন কোকথোকই। মপুক নোয়। মাগী মপাঙ্গল কল্লব তোংশাশিংত্নু মতোং চাও-চাওন কায়। মাগী পাম্বোমগী অমস্তুং ফৈগলগী তোংশাশিংত্নু অমুক্কী, মতিক চাওই, মত্থুদি মান চৎপদ ফন-ফন চোংথোক্ল উই।

চানুরন য়াম্ন হরাওব শক্তমগ লোয়নন থাজিল্লিবত্নগী অকোয়বদ কোয়চং চংলমই অমস্তুং তিল্লরিব, ইকাই খুমফম ওইরব অতিতক্কী দমক্ত থম্লব মতুংগী মল থেংনবত্নদ য়াওবিনব কোয়চং চত্তুন হায়জরমই। শিংনরমই। মান বৃন্দাবনগী গরালাশিংন ফমলিব মফমত্নু য়ৌরবদ লেপ্লমই অমস্তুং নিংথৌগী থোবীদগী লৌত্নন নিংথিন মফি শেংলক্লব মমাংদ ফম্লিব কৃষ্ণ অমস্তুং বলরামগী মমাং য়ৌরকপদ লেপ্লমই অমস্তুং তরাম্ন ওকপগী মওংদ নোক্লমই।

'নন্দ রাজ, অঙাংশিংসি নংগী নচাব ? চান্নুরন নন্দদ হংলমই। মথোয়সি নিংথৌগী মচাগুমই। মথোয়ন টুর্নামেন্টসি য়াওদ্রিব কবিগীনো' ?

'নত্তে, মথোয়দি য়াওরোই'। নন্দন খুম্নমই। 'নখোয়গুম্ন মল শান্নব মথোয়দি হৈতে। অতুগী মথক্ত, ঐখোয়দি খুঙ্গংগী মীনি।

অঙাং অনিসিগী মমাংদ চানুবন লেপ্লতুদ কবি থোক্লগদগে খন্দুন মী পুন্নমক্কী মঙক থাঙ্গত্তুন য়েংনবমই। অচম্ব প্রজা অয়াম্বন নন্দগী মচাশিংতু নৌন থাগৎপগ লোয়নন মথোয়গী হৈশিংবতু উৎহননিংলমই। অমবোমদ ফত্তব থোক্তনব ঙাক্লিব যাদবকী লুচিংব অয়াম্বন খুদোংথিব লাক্কদোরিমাল্লে হায়তুন চিংনরমই।

খুঙ্গংগী মী ফমফমগী থারিবতুগী তুংদ, টিরেস অমদ যাদবকী লুচিংবশিংগী নুপিশিং ফমফম ওই। মথোয়গী মবক্ত দেবকীসু ফম্লি অমসুং চান্নুরন মচাশিংদ রা ঙাংবতু উবদ মায়থোংতু তাইফেং তায়রমই। মান থাগৎলিবতুগী মনাক্ত চংলমই অমসুং মিকুপ অমুক্তং মমিৎ উইশিল্লমই। 'ঈশ্বর ইবুংঙো, ঐগী নুংশিজবব ইচা কৃষ্ণ' হায়রগ মথন্ত তুদনব লাক্লমই অমসুং মমিৎ পাংথোক্লে অমসুং মথাদ তৌনরিবতু মুন্ন য়েংতুন লৈরমই।

করিগীদমক অহল ওইরব নপাবুংন হায়ব তারিবনো ? চান্নুরন অঙাংশিংদ হায়রমই। 'নখোয় অনিমকসি য়াম্ন হৈশিংলব মল মক্তনি হায়ন ঐন তায়। নখোয়গী অঙকপ তৌব ঙম্ব কয়া মীন ঙাংনব তায়' চান্নুরন করেম্লতুন ঙাংলমই।

কৃষ্ণ অমস্তুং বলবাম্ন পা'ওখুম্ন অমত্ত পিবমদে। 'অভাংশ! এবিনাসিদ কুমথবক্লো, নখোয়গী হৈশিংবত্থু উংলরো চান্নুরন হায়মই অমস্তুং লাওন মখোল থোক্ল, মফৈগন্দ ফুবমই। মাগী ছাত্র অমন মোইবুং হৌন খোংলমই।

মোইবুং খোংলকপ অমস্তুং চানুরন মফৈগন্দ ফুবত্থু তাবদ যাদব অয়াম্ব মিহুল কন্ন চোংলমই। কবি থোবক্কদোবগে থংবসি কংশ মথক্তনি অমস্তুং মখুৎন মকোয়ত্থু তপ্প-তপ্প নানবগ লোয়নন নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবমই।

বলবামদি মলত্থুগী কবেম কথাইবত্থুদ থাংব উগ্রমদে অমস্তুং অয়াব পিবিবক্কদ্র হায়ত্থুন নন্দদ য়েংলমই। তৌইগুম্বস্তুং অহলত্থুদি পাখত্থুন লৈবমলে।

কিবত্থুন নপাবুংদ নংন য়েংলিব কবিগীনো? খ বিবত্থুদ ফগ্নিব মী পুন্নমক তানব মওংদ লাওন হায়বমই। 'নংদি মল শান্নব হৈব্র'? চান্নুবন কবেম্নব মওংদ কৃষ্ণদ হংলমই।

'নংগব'? কৃষ্ণন চপচানব কবেম্নব মওংদ খুন্নমই 'ঐদি য়াম্ন নহানি'।

কবিগুম্ব অম শিংনবকপদ মত্থু য়াবসি মতম অত্থুগী য়াম্ন ইজ্জৎ ওইনব চংনবীনি, তৌইগুম্বস্তুং চানুবন শিংনবিবসিগী মন্নুংগী ভাবত্থু কৃষ্ণন থংলমই অমস্তুং চেৎনফব্রগদ য়াগে থল্লমই।

'নন্দগী মচা লাকলো' চান্নুবন হায়বমই 'অহল ওইবব অমন নপুন্সি চুপ্প কাওরোইদৌব লৌশিং অম অনি তাক্কে'। শিংনব থংননব মাগী পাম্বোমগী তোংশ ফুরমই কৃষ্ণন মকোক হায়বমই।

চানুবন মল শান্নফমদ চিংথনবগীদমক কৃষ্ণগী মনাক তান্ন কাখংলমই।

'নত্তে, নত্তে, নত্তে', অক্রুবন নিংথৌগী থাবিব মফমতুদগী হৌগত্তুন লাওবমই। চানুবন অঙাংসিগ মল শান্নব য়াবোই। যাদবকী লুচিংব অতৈনস্থু লাওনবমই। বসুদেবদি থম্মোয় মিহুন্দি ফন ফন চো ন অকিব অমসুং আশাগ লোয়নন তুমিন্ন য়েংত্থু লৈবমই।

চানুবগী মী হাৎপ য়াব লৌশিংত্থু মী পুন্নমক্ল থংনবমই। তৌইগুম্বসুং মান অসিগুম্ব শিংনবদ য়াওব থোক্লগদি, মান কবিগুম্ব মতমদ চংনবী আইন্দি থুগায়দে তৌইগুম্বসুং অসিগুম্ব শিংনব অয়াম্বদ মাগ মায়োরবিবত্থু শ্বব ফুলহম্ব নত্ত্রগ মাগী মশাগী অকম্ব অতুমক্তন থবাক্কী শব্দ থুদেক্তুন মথৌরাই মাংহম্বসি মী অয়াম্বন থংনৈ।

যাদবকী মুপি অয়াম্বসু 'চুমদে, চুমদে, চুমদে', হায়তুন লাওনবমই খাজিল্লিবতুদ ফম্ব, থুঙ্গংগী মী অয়াম্বসু অয়ুক্ত মীয়াম লাওনথিব 'কৃষ্ণন জয় ওইরে, নন্দগী মচান জয় ওইবে' হায়ব থোঙ্গোকসি লাওনবমই। মখোয়গী রাখলদ চানুরগুম্ব মল্ল যুদ্ধদ লাম্ব লৈত্রব মীন কৃষ্ণবু থল্লগ শিংনবকপসি য়াম্ন চাওথোকচনিংঙায়নি হায়ন থল্লমই, মুংঙায়রব কুম্মৈ ওইগনি।

কৃষ্ণন চানুরগী মমিৎ ক্রোক-ত্রেক ওৎলিব মমিত্তুদ অকিব লৈতন য়েংলমই অমসুং নোকফেং তৌরগ মকোক হায়বমই।

নংহাক ঐগ মল শান্নব কিত্র, ঐগী হরাওতুনত লৈব মরুপ, চানুরন করেম্নরমই।

অক্রুরন কংশদ য়েংলমই অমস্তুং চানুরন চংলিব লমচক্তুদ য়াম্ন হরাওন য়েংবতু উরমই।

'অন্ধকাগী মবুংঙো! মসি লিরব বাহু যুদ্ধগী অচুম্ব নিয়ম নাত্ত অক্রুরন ৱাকংলমই। কংশ পাওখুম অমত্ত পিদে'।

'লাল্লে, লাল্লে, লাল্লে', হায়তুন যাদবশিংন অমুক লাওনরমই। 'হা, হা; কিবত্র'? চানুরন য়াম্ন ইকাইবপিব মওংদ লাওরমই। 'পাবু ন য়াদে', কৃষ্ণন থুন খুম্নমই।

'শোয়দন মহাক্ত থিংনি', চানুরন করেম্নরমই 'নংদি গরালা ছুপিগ জগোয় শামিন্নবদ হৈবনি হায়বসি মহাক্ত থংই, নত্ত্রনে?

'হোয়, ঐহাক রাসদ জগোয় শাব হৈ' কৃষ্ণন খুম্নমই। মহাক্ত হৌগংলে অমস্তুং নন্দগী মমাংদ মখুং লোম্নরে। লাওন মহাক্ত হায়জরমই, পাবুংশু থিংবিরগন্নু, অয়াব পিনবিরো'।

য়াম্ন থৌওইদব মওংদ মাগী মকোক্কী লৈতেং ফৈজোম অমস্তুং ঙকয়েং ফি লোথোক্লে। মহাক্ত নুংশিব হায়ব লাইগুম্ন হকচাং নপ্প ফিদ শেংলগ মায়োক্নবগীদমক লেপ্লে।

'চানুর! ঐছাক শেমশাব লোয়রে', মহাক্ত হায়রমই। চানুরগী মপুক ফত্তবতু থংদব অয়েংব মীন জয় ওইরে, জয় ওইরে। হায়তুন লাওনরমই।

# তুংদ থোক্লগদোব হায়খিবত্তু চুম্লে।

বলরাম্ন শাওবদি লুতোন কাখ্রে ; চানুরন অহাম্ব শিংনরকপত্তুদ মাম হৈনব মওংদ মহাক থোকপ মাম্নবনি। তৌইগুম্বম্নুং থোক্লক্লিব থৌদোক্তুগী চপ চাবা মতম অমস্তুং তাঞ্জ লেপ্পকপদদি মান মাগী মনাও নিপাগী লমজিং মতম পুন্নমক্ত ঙাযত্তুন লৈ অমস্নুং মাগী অশেংব অয়াব কংদ্রগদি মান খক হান্ন হৌদে। চানুবগী শিংনরকপত্তু কৃষ্ণন হেক ম্নাখিবদগীদি, বাং-চাওরব, ম্নোংলিগুম্ন তো শ কাবব মুষ্টীকস্নু বলরামদ মাম্ন করেম্নব মওংদ ম্নেংলমই।

'নংদি কমদোব! করিগী চিংনরিবনো? নংস্নু মুপিগুম্বর? বলরাম্ন ফম্লিবত্তুদ কাখৎলক্লগ মান হাম্নরমই।

বলরামগী মমিংসি শাওমনখিবন ঈ-কাখ্রে মাগীদি কৃষ্ণন চানুরগ মল থেংনরগনি হায়ত্তুন য়াখিবত্তুন অত্তুম কৌয়রে। মাদি মাগী মকোক্কী কোয়েং, ঙকশম য়েংলিব কি, ফৈজো'ম লৌথোকপ নংদ্রে। মান হৌগৎলক্লগ চেকশিনহৌজ্রব মুষ্টিকী মমায়দ ম্নেংথংব মথুংন কিম্ন খিল্লমই অমস্নুং মুষ্টিকম্ভু তুংলোমদ হন্দুন মাম্ন রান ছুগদৌবদগী উচিন নাচিম্ন নাম্নোকখি।

মিকুপ অমগী মতুংদ বলরামম্ভু (এরিনা) কুম্মে তৌকম লক্ষাংদ কুমথখ্রে অমস্তুং তুগে তৌবদগী হৌগৎলক্লব মুষ্টিক্ক কৈন তৌবগুম্ন

মঙোন্দ চোংশিল্লক্লমই অমস্তুং হিংচাবগুল্লব চাওম্রব অনিছু ম্রাম্ন শিংনব মঙংদ অমগ অমগ কোনশিন্নখ্রে। থুনমক হকচাংগ হকচাংগ য়েংশিন্নদুন অনিছু লৈপাক্ত থরো-থরো ওন্নখ্রে।

অয়েংব মীন অকন-অথৌ অনিছুবু শ্বর হোল্লি হায়ব ফাওব কাওন য়েংনম্নমই। অয়াম্বন মুংঙায়মনখিছুন হৌগংনবস্তু য়াওই। মুস্তিকন খজিক্তং খুদোং চাদব ওইরকপদ 'সাধু সাধু' (ফরে ফরে) হায়দুন খৌনাও লিশিংদগী লাওনরমই।

কৃষ্ণস্তু এরিনাহুদ কুমথয়ে অমস্তুং চীংগুল্লব মীছুগী চাওরব মথুং-মশা অমস্তুং ক্রোক, ক্রোক ওস্তু্ন য়েংলিব মমিত্তু্দ ইংন তপ্ন য়েংলমই। মত্তুংদ মান উশিত্তব উংপ ওইন মাগী পান্থোমগী তোংশ অমস্তুং মকৈগলদ ফুরমই অমস্তুং চানুরন মাগ থেংনগে হোংনরকপ মতমদ নিংথৌন কম্রিবছুগী মমাং তাম্ন তপ্ন তপ্ন ছুংহন্দুন চংলমই।

কৃষ্ণন য়াম্ন চেকশিন্ন চেমপিওন্দুগী মশা অমস্তুং খোংথাংদু মূন্ন য়েংলমই। চানুরগী মিংথেং অমস্তুং লেং ওংলিবদু মপুক না্ম্রব লাইরেনগী মিংয়েংগুমই, মিয়েংদুন মাগী মায়োন্ন রিবদু পংথহম্ববনি। তৌইগুম্বস্তুং কৃষ্ণন মদু মাগী চক্রিনি হায়বসি উরমই। মল অসিগী খ্বাইদগী হেন্ব মগুলদি মাগী মী পুন্নমক থুদেকপ ওম্ব মাগী লুল্লব চাওরব মশা অমস্তুং উনশাম কুপ্লিব কল্লব চপথায়ব ওম্বগী চাওরব তোংশাহুনি। তৌইগুম্বস্তুং কৃষ্ণন মদু মাগী থুদোংচানব মায়কৈদ ওম্থোকপ য়াই হায়বস্তু মান উরমই। মী অয়াম্বন উখিল্লিব পোং অমস্তু মহাক্ত উরমই। মল মকোকসিগী ওইথংব খোংদু লৈপাক্ত

খজিক্কুং চিংবগুম তৌরমই অমসুং করিগুম থৌদোক্কগী য়েত্থুগ মান্নদত্র হায়ন খল্লমই।

তপ্ন তপ্ন, চোংথোক চোংশিন তৌদুনা কৃষ্ণন চান্নুরসি নিংথৌগী খাজিল্লিব কক্ষরগী মমাং তান্ন পুশিল্লক্লে, চান্নুবন পাম্বোমগ পাম্বোমগ থেংননব হোৎনরকপ অমসুং ফুরকপ পুন্নমক্কু নাম্বোক্তুনা লাকপনি।

হৌজিক্কি মখোয় অনিদু কংশগী মমাং য়োরে, তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণন থুন লৈথোক লৈশিন তৌদুনা খন্ন লাপ্ন কৃষ্ণ কাগে তান্ন-রকপদুদ চান্নুরসি খজিক্কুং চোকথরমই। শুর খজিক্কুং ফুইন হোল্লে। কৃষ্ণসি মদ শান্নবদ করিমত্ত লৈতব অঙাং মচানি হায়ন খল্লম্বদুন মান কাগে তৌবদগী নাম্বোক মানশিন তৌবসিদ চান্নুরদু শাওনিংব পোক্লমই। মহাক্ক ময়া ক্রক ক্রক চিক্লমই, মনাক্ক নকশিল্লমই অমসুং কৃষ্ণবু কাগে হান্নদুন মথুং হায়রমই।

থুন লৈথোকপগ লোয়নন কৃষ্ণন মাগী মখুত্তগী নাম্বোক্লমই মতুং তান্ন লৈথোকখ্রে অমসুং মদুগ লোয়নন মখোং ঙইথংবদ য়ান্ন কন্ন কাওবমই। কৃষ্ণন খল্লিবদু চুম্লে, মখোং অনিদুগী মরক্কগী অশোন্ন মখোংনি, থোংফম চুম্ন লেপ্ন ঙম্লে। খংহৌদন কাওরকপদুদ মদ মকোক্কু খোংফম কায়বে মাগী চাওরব মশাদু লৈপাক্ক ঙনগদৌব খজিক্ক ঙান্নরমই। মাগী কল্লব পাম্বোমগী মতেংদন ভুগদৌবদগী কল্লমই।

মী পুন্নমক্ক কীনরব চেমপিওন্দুন য়ান্ন রান ভুগদৌবদগী কঞ্জবদুদ য়েংলিব মী পুন্নমক্ক লাওন-লাওন নোক্লরমই। মল্লযুদ্ধদ লাক

লৈত্রব মহাকপু য়াম্ন নোক্নব য়াব মওংদ তৌবিখ্রে হায়বসি মহাক খংই অমসুং ওমখৈ লৈতন শাওখ্রে। অমরোমদন মখোং য়াংলব মাগী লাম্বাদুদি কিভম খোংকম কায়দন ইংন অমসুং ইনৌ নৌন মাবু ঙায়দুন লৈরি।

মায়োক্নরিব ৎাম্ব অনিদু অমন অমবু য়েংনদু লেপ্পুন লৈনরমই, মতম অদুদ 'সাধু সাধু' হায়ব মীয়ামগী খোল্লাওন মখোয়গী মাখলদু চিংশিল্লমই। মফম পুম্নমক্তগী সুংঙাইব ফোংদোক্লরঃই, অঙাংশিংন হরাওদুন চোংলমই। অহল ওইবশিংন ওকথ্রদুন য়েংনরমই। খলরামন চেম্পিত্তম ওইরব মুস্তিকদু অগুক্তী মতিক কম লৈপাক্ত হুম্বরমই, মদুদি মাগী কোক্তী শরুদু কায়রে। মনাতোন্দগী ঈ চেম্থরদুন এরিনাদুদ তুদ্রন লৈরে।

চানুরদু শাওবন ঙাওখ্রে, অমরোমদ কৃষ্ণ য়াম্ন ইংন লৈরি। মখোয় চংশিন্নরক্লে অমসুং পাম্বোমগ পাম্বোমগ কোম্নখ্রে। অকম্ব মুরুব থোক্লক্লে। মশা-মশাগী হৈনব লৌশিং কয়া পুখোক্লরে, অদুবু অমন অমদগী নাম্থোক্লে। চানুরন মশা লুম্ব হেম্ব অমসুং কুইন তৌরকপগী খুদোংচাব লৈ, তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণগীদি বৃন্দাবনগী উমংদ মল কয় শান্নরকপগী লৌশিং কয়া লৈ। মরম অসিন মাগী মায়োক্নরিবন তৌরকইব চক্রি পুম্নমক নাম্থোক্নব খল্লমই। অমগীন মখুং শাংব হেল্লবসু, মাগীন উইরব মশা লৈ অমসুং হায়কম খংদন মশা থিংই। চানুরন মাগী অহেম্বদু মুন উৎনিংলমই মাগী মায়োক্নরিবদুদি খাংব কল্লি অমসুং ইংই। থুনমক শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোক্লে হায়বসি চানুর মশান খংজরমই, অমরোমদ কৃষ্ণদি মাবগী

করিগুম্ব খুদম অমত্ত উন্থি। মরম অসিন মমাংঙৈদ করিগুম্ব মতমদ শোয়খিন্নিব মাগী থুংতুম শিজিন্নরগে খল্লমই। মাম চিংনব হেক থোরক্লব মতমদ শিজিন্নবনি। মাগী কল্লব শাংলব মখুত্তুন মাগী মায়োক্লরিবত্থু থংহোদন কারণ মাগী কল্লব অমস্তুং লুম্লব মশাছুন নন্দুন মায়োক্লরিবত্থু লৈপাক্ত তুহম্বনি। মায়োক্লবিবত্থুন লৈপাক্ত হেক তুখিবগ মাগী লুম্লব মশাছুন চোংশিছুন ননখায়বগ শ্বর খিংহল্লি অমস্তুং থবাক্কী শরু থুদেকই অমস্তুং মশাগী অরুম্বদন নম্বছুন জ্ঞান মাংহল্লি। মছুগী লৌশিংত্থু মান খিবব ওমদে অমস্তুং মছুন মাগী ময়োক্লরিবত্থু কত্তব থোক্লি। মরম অসিন শিরিবত্থু তাঞ্জ চাদবদগী থোকপনি হায়ন লৌই, মল শাম্নবগী নিয়ম করিমত্ত কায়দে।

চানুরন মাগী হৈনবী লৌশিংত্থু তোগে হায়ছুন মাগী লৈজব মপাঙ্গল থাছুন চোংশিল্লমই, কৃষ্ণত্থু নিংহল্লমই। মহাক লৈপাক্ত ভুগে ভোরমই। তৌইগুম্বস্তুং অঙকপ মাগী পায়রক্কী লৌশিংদগী মাগী উইরব তোংশাগী মপাঙ্গলদগী চেম্পিওনছুগী মথুত্ত য়াল্লমই অমস্তুং মহু লৈথোকলমই। মতম অমত্তদ মথোয় অনিমক লৈপাক্ত তুরমই, তৌইগুম্বস্তুং মাগী কল্লব লুম্লব মশাছুন অতৈদ ভোবগুম্ব কৃষ্ণগী মথক্ত তাব ওম্লমদে। লৈথোক লৈশিন হৈন তৌখিছুন চেম্পিওনছুগী কল্লব অরুম্ব লম্বাছুগী মশাদ তাখিদে অমমুং পাম্বোমগ পাম্বোমগ পায়নবত্থু থাদোক্লক্রবস্থ মশা নাম্বোকখি অমস্তুং কমক্কখি মিংবকায়রব চানুরন শাওবন অঙাওবগুমনে। মাগী হৈনব লৌশিংত্থু কেল ওইরে। মহাক শবম্থ পুখ ওম্লক্কে। মাগী মীনাক ওইমব মশান

শেমজরে। কৃষ্ণন মাগী মখুত্তগী নাম্থোকখিবত্তুদ মাগী মপোকতৈগী ওইরব মী হাংনিংবগী রাখলহু হৌদোকপগুম থোক্লে, কংশগী য়াথং নিংশিংলক্লে অমস্নুং মখুত্তুন কৃষ্ণগী খৌরি থিরক্লে।

কৃষ্ণন তৌরককদৌরিবসি হান্নন থংলমই। চেম্পিওনসিগী মখুৎন মঙকশম পায়দ্রিবৈদ কৃষ্ণন লৈথোক্তুন পান্নব নংহৌদন নাম্থোকখ্রে অমস্নুং চোংথোকখ্রে। 'ধিক, ধিক, ধিক' লায়বক্ত থিল্লমঊ ঙকখি চান্নুর, মহাক্ক হান্নরমই।

অয়েংব মী পুন্নমকস্নু শান্নরিব মল অত্তুদ পুক্লিং লোয়ন চিংশিলহন 'ধিক, ধিক' চান্নুর হায়হুন লাওনবমই।

চান্নুরগী খুত্তু অহাংবদ হায়রে। মত্তুংদ মখুত্ত শৌরগ লৈপাক্তগী হৌগৎলক্লে। মমিং ঈ কান মান কৃষ্ণদ য়েংলমই অমস্নুং মাতম চংশিল্লক্লমই। কৃষ্ণন মাং তুং অমস্নুং নাকলদ চোংথোক চোংশিল তৌবমই। মাগী মাগী লম্বাগী মখুত্তু শোকনিং শোকমাংস্নু তৌরমই, পায়গদৌবদগীদি নাম্থোক্লমই নাকলদ চোংথোক্লমই।

চান্নুরসি মাগী মপাঙ্গল লোইশিল্লক্লে, চক্রি লৈন হৈরব মাগী মায়োক্ত লেপ্পিবসিগ মায়োক্লব ওন্নক্তে। মাগী মমিংস্নু উরক্তে।

তৌইগুম্বস্নুং চান্নুরন করিনো থংজিবৈদ কৈশালগী হৈশিংবগুম্ন কৃষ্ণ মঙোন্দ চোংশিনখ্রে অমস্নুং লৈপাক মথক্ত তোংহুন নমখ্রে। মল চেম্পিওনহু চাওরব উজাও অম ব্রজন থায়বগুম লৈপাক্ত তুংখ্রে। কৃষ্ণ মাগ মায়োক্লরিবহুবু থাদোক্তন মাগী মথবাক্ত ফমখ্রে। অয়েংব মী পুন্নমক্তগী ব্রজ থাকপগুম্ন নুংঙায়বগী লাওনরকপহু তারবস্নু নাচুংদন কৃষ্ণন ঈ কারব চেম্পিওনগী মমিত্ত য়েংলমই।

কৃষ্ণদ হায়রমই 'চান্নুর মায়থিরে য়াও, নশা কনজৌ পাওখুম ঙইন মথক্ত তোংলিব কৃষ্ণবু ইনথনব থংহোদন মশা লেংলমই। তৌইগুম্বস্নুং কৃষ্ণন চান্নুরগী মকোক্ত কন্ন ফারমই অমস্নুং লৈপাক্ত কন্ন নম্নমই। চেম্পিওনদুন মথক্ত তোংলিব কৃষ্ণবু ইনথোক্লব হোংনবস্নু ওইথোক্তব ওইরবস্নু, মশা নম্থোক্লব হোংনবগীদি শুপতোক তোক্লমদে তৌইগুম্বস্নুং মপাঙ্গলদি লোয়শিন্নক্লে। মকোক্ত থাংগৎকে হায়দুন কন্ন হোংনব লেপ্তুবদগী মঙকশমগী তোংশাদু পোনথংলক্লে। তৌইগুম্বস্নুং পাম্বৈদি লৈত্রে। কৃষ্ণন মাগী মকোক লৈপাক্ত কন্ন নম্বদি থাব লৈতে তোকপ লৈতে।

চান্নুরদ অমুক নাম্থোক্লব কন্ন লাওরমই। মান কৃষ্ণগী খোবি মেৎকে লাক্লরমই। মথুক্ত খুদুম শিংলমই।

কৃষ্ণন চেম্পিওদুন খল্লিবদু থংলমই অমস্নুং করিগুম্ব ভাকপিহৈব অম উৎপ চুমদ্রে হায়ন খল্লে। থংহোদন মহাক্ল চান্নুবগী মকোক লৈপাক্ত নম্বদু তোক্লে অমস্নুং মাগী খুত্নুম্ন চান্নুরগী মনাতোল থুগায়বে অমস্নুং মমিক্ত মনাদ ময়াদ ফুগায়রে।

চান্নুরগী মনাতোন কায়রে, ময়া পুমতেক তেক্লে, মমিং পুম্নম মমখ্রে। মমিৎ ময়াদগী ঈ ইচেল নায়ন চেনথোকবক্লে। মমায়দি ঈন পুমতৈ তৈন চেম্পিওন্দু জ্ঞান য়াওদন তাদুন লৈরে।

'সাধু, সাধু', হায়ব খোঞ্জেলন মায়কৈ পুন্নমক নিক্লে। মুংভাইথিবদগী যাদবশিংন মাগী মাগী ফম্ফমদগী চেম্থোকরক্লমই অমস্নুং কৃষ্ণ তম্ন থাংগৎনব চেনশিন্নরমই।

খুদক্কু থোদোক কয়া থোরক্লে বৃষ্ণন বংশদ য়েংলমই। চাণূরন জ্ঞান মাংহুন তুবত্থু হেক উবগ কংশত্থু লম্নকী শাগুম ঙংলমই, মখুত্তু থাং পায়রগ ফমফমদগী হৌগংলমই; অমসুং নিংথৌগী ফম্ফমদগী হৌগত্তুংন চেপ্পোরক্লমই তৌইগুম্বসুং অক্রুরন মরক্তু থিংলমই। অক্রূরগ চপ মান্নন হৌগংপ খুদক্কু খুংলায় পায়ব মগধগী লান্মি অমসুং মাগী মপাবুং বসুদেবদ থাংদোন উংপ উরমই। তৌইগুম্বসুং মীত্তোপকী খুংলায়হুন মপাবুংবু থিদ্রিঙৈগী মমাংদ মগধগী জেনেরেল প্রাদ্যোতান হাংলে। নিংথৌগী অতিথি পুন্নমক্কু দরকার লৈরগদি মশা কন্ননব মখুত্তু খুংলায় লোয়নমক পায়নরে।

মথংগী মিকুপ্তু, নিংথৌ ফম্ফমগী এনক্লোজরদ যাদবকী লুচিংব পুন্নমক লাওনরকপ অমসুং খুংলায় পায়নরকপ তারমই। মগধগী লুচিংবশিংন মখোয়গী মথক্কু লান্দারে।

থোক্লিব থৌদোকশিংসি মতম অমত্তদ থোক্লবসু মসিগী মারু ওইব মরম কৃষ্ণন থংলমই। মান শিরগদৌব চেম্পিওন অত্তুদগী খু শৌত্থুন ফম্নম্বদগী হৌগৎলে অমসুং অক্রুবন থিংলিব কংশগী রোমদ চংশিল্লক্লমই।

অক্রূরন কংশবু লেপহন্নব লাক্লরমই। 'নত্তে, নত্তে', মহাক্ক লাওরমই। কৃষ্ণন কংশগী মীহাৎনিংবগী মিংয়েংদ লপ্পোইবক্কব্রণ বৃষ্ণিগী লুচিংবদ য়েংবত্থু উরমই অমসুং থরো-থরো ওয় মান কম্ন ফুত্থুন শংজ্রাং তুরমই।

কংশন অক্রূরবু লৈপাক্ত তুহল্লগ কৃষ্ণ গুনশিল্লগ য়েংলমই। অসুম্ন তৌবদ মাগী লুহুপ্তু তারমই। মাগী শাংলব মশমত্থু লান্নন

পায়ব য়াবগী মওংদ তারমই। কৃষ্ণন মতুংদ চোংশিনখ্রে, মশম পায়খ্রে অমসুং লৈপাক্ত চিংথুরমই। কংশতু ইঙক ঙক্লমই। মাগী থাংতু মখুত্তগী নাম্থোকখ্রে। মাগী য়েক্লবন মাবু লৈপাক্ত চিংথুবে হায়বসি মহাক্ক খংলমই। মিকুপ অমগী জ্ঞান্দ তুংদ থোক্লগদৌব হায়খিবতু নিংশিংলক্লে অমসুং মতুদগী নাম্থোক্লব লাক্লবতু পুন্নমক্ত নিংশিংলক্লে। মাগী খ্বাইদগী হেন্ন য়েক্লরব অতত্তায়ন মায়পাকপতু উরে অমসুং মতম পুন্নমক্ত থৌওইদন লাক্লব ভগবানবু কিবতু মাগী থম্মোয়দ পোক্লক্লে।

মতম অতুদ বসুদেবদ খুদোংথিব থোকপ য়াবতু উতুন বলরাম মগধগী লান্মি অমদগী গদা অমা (mace) অমা মুল্লে অমসুং মপাবুংবু কন্ননব হোৎনরিব যাদবশিংগী মতেং পাংনব চেন্নশিল্লক্লে।

মথোং মরম থংদব থোক্লে। খুংলায় পায়দব মীশিংন চেন্নরি। মুপিন কপ-লাওরি। খুংলায়গ খুংলায়গ থেংনবগী মথোল নিল্লে। যাদবশিংগ মগধগী লান্মিগ মায়োক্লবে।

মরম চাদন মী শিনগদৌরিবসি তোক্লনব মরম অমত্তং লৈবশি কৃষ্ণন উরে। তাঞ্জ চাবব মিকুপ্তু য়ৌরক্লে।

মাগী মথোং ময়াদ তারিব কংশগী থাংতু লৌথংলে। মতু ইরং লংন হায়গৎখ্রে অমসুং হায়থরক্লে। কংশগী মকোক্তু মশাদগী তোংভাম্ন ভাতুন লৈপাক্ত ওল্লে।

মান কংশগী মরেংবান্দ য়াল্লস্ব, হৌজিক্ক লৈপাক্ত ওন্দুন লৈরব স্নাহৎপ মোইবুংতু 'লৌথংলে অমসুং য়াম্ন কন্ন, মথোল য়াক্ল থোংলমই।

লাংনরম্ব পুন্নমক তুমিন্ন লৈনখ্রে। মী পুন্নমক অহাম্বদদি য়াম্ন ঙংনরমই। মতুংদ থোক্লিব থৌদোক্তু খংনরক্লে। মথোয়ন বসুদেবগী মচান ফত্তুব মীত্তুগী মকোক য়াওদ্রব মশাগী মনাক্ত মথুক্ত থাং পায়হুন লেপ্লে অমস্নুং মায়পাকপগী মোইবুং থোংবত্তু উনবে। মঙ্গল ওইবগী ইথক্ত কুপশিন্দুন মথোয়বু কম্বিরিবত্তুগী মনাক্ত চেনশিন্নরমই ।

কৃষ্ণন থাংত্তু লংথোকখ্রে অমস্নুং বলরামগী গদান কন্দুন লেপ্তুন লৈরিব বসুদেবগী মনাক তান্ন চেনশিল্লক্লে। মান মপাবুংদ দণ্ডবৎ তান খুবম্লে অমস্নুং নোল্লুক্ত হায়জরমই 'পাবুং নচাদ মঙ্গল পিনবিয়ু।

বসুদেবন থম্মোয় নিক্ত মচাবু কোনখৎপিবে অমস্নুং কোম্বিরে। অসুম তোব মতমসিদ, শাংলব মতমসি ঙায়হুন লাক্লব মচাগী মবেংবান্দ মকোক থয়্নগ মথোলথোক্ত কপ্লক্লে। প্রোফেসীত্তু চুমলে।

লোয়রবা